# চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য

অইবী— ডা.কে. মাধুরী দেবী

# কঙ্চবা

কবি চাউবা অমস্থং

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা

# চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য

অইবী—ডা. কে. মাধুরী দেবী

Chauba Amasung Mahakki
Wareng Sahitya

1st Edition—March 1995

Copies—1000





Price Rs. 60/- ( Student Edition )
Price Rs. 120/- ( Library Edition )

Cover—H. Somo Singh
Block—An-Gee Screen Printer & Block Maker

Printed at Lamyanba Press
Sagolband, Tera Keithel Imphal-795001

# ৱাহৈ খরা

শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ সাহিত্যগী মনম ফংলবা মী খুদিংমক্না খঙনরবা মৈতৈ লৈমগী অথোইবা মচাশিংগী মরক্তা তমজনীংঙাই ওইরবা অইবনি। অদুমনদি ওইরবদ্না শক্লোন য়াম্বা মীশক অমা ওইখিবনা অশেংবা মসিনা মরোইরে হায়বা শক্তম অমদি কনানসু খঙবা অমদি উৎপা ঙমনদে। কনা অমনা কবি চাউবা হায়না শিংথানৈ। কনা অমনসু ওজা চাউবা, সাহিত্যকার চাউবা, উপন্যাসকার চাউবা হায়না শকথঙনৈ অমসুং শক্তাক্নৈ। ময়াম অসিগী মরক্তা ৱারেং ইবা অইবা চাউবগী শক্তম অমতং মপুং ইফা-ফাদনা তাকচনীংবা/উৎচনীংবনা ঐহাক্না লাইরিক্কী পান্দম ওইখি। লাইরিক ওঈনা পুথোকচরিবা অসি "শ্রীখ্বাঈরাকপম চাউবগী ৱারেংদা মহাক্কী মীৎয়েং অমসুং থুৎই' হায়বা থেসিস অদুদগী শরুক খরা লৌথৎলগা শেমদোক শেমজিন তৌরগা "চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য" হায়না মিংথোনবতনি মসিমক্না সাহিত্যকার চাউবগী অরেপ্পা, অরোইবা শক্তমনি হায়জবাদ ইতিক নতচদে। চাউরাকপা খরদং শোকপোই নানবোই তৌহনা থমজবদনি। অদুবু য়ারিবা মথৈদি পুথোকচনবা হোৎনজৈ। পেনবীবা পেনবীদবা হায়বতুনা অমনি। ঐগীনি হায়বতুমদি পাবিরিবা ময়ামগী মফমদা শিন্নজরি। মসিগী মথংদা কাচিন কোয়া য়ৌনা থিজিনবিবা অখঙ অহৈ কয়ানা শোইদনা অশেংবা চাউবগী শক্তম উৎপীরখিগনি।

তশেংনা হায়রবদি লাইরিক অসি ঐমক্তবু হায়বা অচেৎপা ৱাশক অমগা লোয়ননা পুথোকচখিবা নতচদে। পামদি পামজরবসু পাংজদবনা ময়ামনা পেনবীরোইদ্রা হায়না কিজবনি। অদুবু ঐবু হুংশিবীবা ওজা

ডা· ই· দীননানি অমদি ওজা ডা· এন· তোম্বীনচিংবা ওজাশিংনা তংত্রনা কোড্রদোক্লবা তাকপীবদগী ফোঙনগে হায়না থগৎখি। ঐহাক্কী অমা বহু ঐহাক্কী গাইদ ওইবিরিবা ওজা ডা· সাপম কোমল সিংহজী মফমদা খজিক্তং পঞ্জরুবদা ওজানা মশামক্কী থবক্কুম হোনবা হৌনা লাইরিক ওইনা পুথোকচবা ওমজরিবনি। লাইরিক অমা পুথোক্পদা খুদি তৌবা, করিচংবা ঐ করিস্ থঙজখিদে। শুংগী হায়রাওজবদনি। পুস্তক ঐহাক্কীদি ওজানা লৌবিখি। ওজানা ঐগীদমক্তা হোৎনবীবা অসিগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না ইহুৎশিন্দুনা হাদোখিবদি ওজাগী মোয়নবা ওজা ইবেমহলনি। ইনাও অসিগী লমনদি পুক্নিংসিংগী তোন্দুনা লৈরগনি। পুস্তক অসিগী মথক্তা লাইরিক অসিবু মপুংফানা পুথোক্নবা হোৎনবদা অরাইবা তৌবা লৌখিবা ইনাও লোইশাং নাতনা ভানদি ইনাও ইবেম্মা নাপরেং বীনা অনানুং তৌবিবগী থাগৎপা উৎচরি।

ডা· কে· মাধুরী দেবী

হৌরম                                                                                  লমায়

## খ্বাইরাকপম চাউবগী মতমদা ওইরিবা মণিপুরী সমাজগী মশক অমসুং মহাক্কী পুনসি রারী

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহনা পোকপা মতম—চাউরাক্না ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অতুগা ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা মতম অসি মণিপুরীশিংগী য়াম্না চরাংনবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমনি। চাউবসু হায়রিবা চরাংনবা মরক অসিদা পোকখি। চাহি-চা কয়া নীংতম্না লৈজরকপা মণিপুরগী নীংতম্বা ( ১৮৯১—এপ্রিল ২৭ ) মাঙখিতুনা মীথা পোনবগী খোয়শাওনরিবা মরক অসিদা অনৌবা আইন, নীতি কয়া অমসু হাপচিল্লকখি। অসিগুম্ব ময়াম অসি থিংননবা হোৎনবদা মীওই কয়াগী থবায় মাঙখ্রবনি। খুদম ওইনা থাঙ্গাল জেনরেল, বীর টিকেন্দ্রজীৎ চোংথামিরা, পাউনা ব্রজবাসী অসিনচিবা পনবা য়াই।

লমদম অসিদা বৃটিশকী অরনৌবা শাসন লাকপগা লোয়ননা অনৌবা রাখল্লোন কয়া অমসু লাকখি। হান্না লৈরম্বা চৎনবী পথাপ কয়া হোংদোক-হোংজিন তৌখি। মতম অসিদা য়াম্না চাউনা অহোংবা লাকখিবশিংগী মনুংদা খরদং পনবা তারবদি নোংচুপকী চৎনবী মতুং ইন্না মহৈ-মশিং তমহনবা, হান্না চৎনরম্বা লাল্লুপ কাবা, পোৎথাং পুবা তোকহনখিরা, মসিগী মথক্তা নৌনা লাকপা বৃটিশ সরকারনা ইং ১৯১৩ গী অতুরাইদা লৌগী খাজনা লৌবা হৌরকপগা লোয়ননা ইম্ফাল সহরগী মফম খরদা তোতি ঈশিং পীখিব অসিনচিংবশিংসু পনবা য়াই অসিগুম্বা মতম অসিদা মৈতৈমচা নহারোল কয়া মমা-মপাগী অথিংবা কয়া লৈতুনসু লোন্না-লোন্না নৌনা লিংখৎলকপা ইংরাজি স্কুলশিংদা

লাইরিক তম্বা চংনখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা শ্রীচাউবসু অমনি। মতম অদুদা মৈতৈ সমাজনা খাজনরম্বা অমদি ইংরেজশিং অসি অমাংবা জাতিনি, মখোয়না শোকপা, পায়বা, শন্নবা নত্রগা মখোয়গী ৱাখলগী মতুংইন্না থবক তৌবা, চৎপা হায়বসিসু মাংবনি হায়বসিনি। অদুবু হেন্না শিংবা হায়গদ্রা নত্রগা নহা ওইবগী হৌনশা অনৌববু পাম্বনি হায়গদ্রা নহারোল খরদি ইমুং-মনুংগী অহল-লমন খংহন্দনা য়াম্না থর্রায় যাওনা ইংরেজগী শিক্ষা অসি ফংননবা হোৎনরকখি। অসিগুম্বা থরায় য়াওবা ছাত্রশিং অসিদা মতমদুগী সরকারনা লাইরিক, চে, কলম পেন্সিলনচিংবা লেয়া পী। অসিগীসু মথক্তা অফবা ছাত্র খনগৎলগা চহীগী ওইনা মনা (বৃত্তি) পী। মরম অসিনা মশানবু থরায় খাজক্কং য়াওরবদি লাইরিক তম্বগী অৱাবদি থোইনা লৈরমদে। অৱাবা হায়ববু অহল-লমন অমসুং কৈরোই লৈকাইনা য়াদবা অদুখক্তনি। অদুবু অদুম্না য়াদবা কয়া লৈতুনসু নোংম নোংমগী ছাত্র অমসুং স্কুলগী মশিং হেনগৎলকখি। মমৈদা ক্লাস নাইন, টেন, আই, এ, নচিংবা তম্নবগীদমক্তা ছাত্রশিংগী মরক্তগী অফবা খল্লগা সরকারনা চংগদৌবা শেল পুন্নমক পুথোক্লগা শিলং, কলকত্তা, শিলেটনচিংবদা থারম্মী। হায়রিবা অসিগী মনুংদা শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবসু অমনি। অদুম্না মৈতৈ মচা কয়া মপান্দা চৎতুনা লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা ফংখি।

মতম অসিদা পাল্লম্বা বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী ফননবা কয়া তৌখি। মখোয়না মণিপুর অমসুং অসিগা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা চৎথোক-চৎশিন তৌননবা লম্বী থোং কয়া শেমখি। খুদম ওইনা নেসনেল হায়ৱে নম্বর ৩৯ (কুনথ্রামাপল) ইম্ফাল দিমাপুর লম্বী অসি পনবা য়াই। অসুম্না হান্না লৈরমদবা কয়া লৈহন্নবা হোৎনবা অমসুং শোৎথনা লৈরম্বা কয়া ফগৎনবা হোৎনবা হায়বসিনা মখোয়গী মথৌ ওইখি। মখোয়না লমদম অসিদা লৈরিবৈদা লমদম অসিগী মীওইশিং (মৈতৈ, কবুই, নাগানচিংবা) গী মরমদা মখোয়না খনবা অমসুং

মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওবা কয়াগী মরমদা লাইরিক ওইনা ইথোক্লম্মী। মখোয়শিংগী মনুংদা হডসন, মিসেস গ্রীমউড, গ্রীয়ারসন, পেম্বরতন, জোনষ্টোনচিংবগী মমিং পনবা য়াই। মখোয়না লমদম অসিগী মীওইশিং অমসুং য়ুমলৈ-কৈরৈগী মরমদা য়াম্না কুপ্না ইরম্মী। লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী হৌরকফম, মখোয়গী হৈনবী, লাইনীংলাইশোল, চৎনবী-নীৎ, কুচু-কুমেন, শামু-শাদা, ফিজেৎ-চাকচা, য়ুমলৈ-কৈরৈ, শেল-থুমগী ফিভম, শেনথোক লম্বী, অতৈ য়ুমলোম্নবা লৈবাকশিংগা লৈনবা মরী অসিনচিংবগী মরমদা ফজনা ইরম্মী।

মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রিটিশ সরকারগীনা মতম খরা সাশন তৌরম্মী অসিদা। (মপানথোংদদি ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুরগী নিংথৌগী মতেং পাংবনি হায়না লৈরগনু অরাপা ধনক্তদি মখোয়না লোয়না তৌরম্মী) মখোয়না লমদম অসিগী মহৌশদগী লৈরকপা ফজম অতু চাওখৎনবা হোৎনবগা লোয়নন। অনৌবা থৌরাং কয়া অমসু হাপচিল্লকখি। মখোয়শিং অতুগী মথক্তা। মথক্তসু হায়জখ্রবা অনৌবা মহৈ-মশিং তম্বগী পথাপ, মৈ, ঈশিং, লম্বী থোংগী খুদোংচাবা পীনবা হোৎনবগা লোয়নন। শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবসু হোৎনাখিনা অমিনি।

অতুবু ব্রিটিশ সরকারনা তৌবা অফবা ফবা পুন্নমক মাংদম অসিগী মীয়াম্না তুমিন্না হেক্তা য়াখিবদি নত্তে। লৈবাকতোংনগী ফম পায়রিবা মীওইশিংগা মীচম প্রজাশিংগগী মরক্তা য়াম্না, নুক্না কয়াদু লৈখি। খুদম ওইনা খাজনা লৌবা, লাইরিক তম্বা অসি পনবা য়াই। অসিগুম্বা য়াদবা কয়া লৈত্তুনসু মতম হায়বসিনা অখুনবা অনৌবা অসিগা লোয়ননা য়াওলোমদা চংলকখি। তৌনা মহৈ-মশিং তম্নুরবা মীওই কয়না মমালোন, মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যবু চাউখৎনবা হোৎনখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অনদি—চাউরাক্লা খ্বাইরাকপম চাউবা পোকপা মতম (১৮৯৬) অসিগী মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী থবক পুন্নমক বাঙ্গলা লোন্দা ওইবম্মী। ছাত্র পুন্নমক ইংরাজি মশিং

সেবা তৌনিংবগী ঈচেল অমা চেনখি। মরম অসিনা মমালোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগীদমক্তা অৱা-অনা থিদনা ঙমজবা পুক্নিং-থৌশিং পাঙগল অমসুং শেল-থুম পুন্নমক পুথোক্তুনা ময়ামসিবু চাউখৎনবা হোৎনখি। অসিগুম্বা মমালৈবাক, মজাতি অমসুং মসিগী লোল অমসুং সাহিত্যগীদমক্তা থৱায় ফাওবা কৎথোক্কে খনগ্রবা শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা সিংহগী শম্লপ্পা পুন্সি ৱারী অমা মখাদা পাজরি :

## চাউবগী শমলপ্পা পুন্সি ৱারী :

ইংশোক ১৮৯৬ কী জানুৱারী তাং ২৩ (কুনতমদোই) ফাইরেল থাগী ৭ (তরেৎ) নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা ইম্ফালগী উরিপোক শোরবোন খিঙেল লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং— মুক্তানিং কৌই অতুগা অপোকপীগী মিংনা থ.বললৈমা। চাউবা অসি মমা-মপা অনিগী ইতোন তোনবা মচানিপানি। মহাক্কী মথক্তা মচে অমগা ময়াম্বা ৬ (তরুক) লৈরমী। ময়াম্বা ৬ অতুদি মণিপুরদা "লৈনা অচৌবা" হায়রবসিদা হংনখংনমনা শিখি। ময়াম্বা ৬ শিগ্রবা মতুংদা মচে ইবেম্মা অনিগা চাউবগদমক হিংহৌই। অতুনা মচে অমসুং চাউবগী মিংসি মমা মপা অনিনা য়াম্না মুন্না অমদি চেকশিন্না থল্লগা ইবেচাউবা অমসুং ইবোচাউবা হায়না য়াম্না নুংশিনা থোনখি। অতুবু কাইনথদা লৈকায়গী অমদি অতৈ মমাম্বা কয়ানা ইবোচাউবা হায়বা তোকতুনা "চাউবা" হায়না খংনখি অমদি কৌনখি।

চাউবগী অপোকপা মুক্তা সিংহ অসি মৈতৈগী ইচন চম্বা নট পালাগী ঈশৈ তৌবা গৌরধর্ম্মবু য়াম্না থাজবদা মীশক অমনি। মহাক অদুহাক্তা মংচাই য়াইফবা ইমুংগী মী অমা হায়বদু ওইখিদে। অপোকপী থাবললৈমা শগোলবন্দদা লৈবা "মন্ত্রিময়ুম" হায়না খঙনরিবা শাগৈ অসিগী অানন্তশাই মন্ত্রি পুন্সিবগী কোন্দা পেৎকপী থাদোইম্মানা পোকপনি। মহাক অশেংবা নৈতৈ চন্নদি। মহাক্কী শিন্নক্লদি ইমুংগী অকুপ-অতা পুন্না

অমদি ফিশা-লোনশা তৌবনি। মমা অমা ওইনা হৌন-লেনচৎ খঙবী, লৌশিং চাউবী, থৌনা ফবী, লাইরিক হৈজদ্রবসু লাইশু খঙবীনি। লাইবক থিবদি চাউবগী চহীনা ৫ শুরকপা অতুৱাইদা অপোকপা মুক্তা সিংহ পীক্লিবা মচা অনীবু হুন্দোক্লমলগা তাইবংপান থাদোকখি। মপা লৈত্রবদসু নৌনা লুখ্রাশিংদা চলহৌরবী মমা ইবেম্মনা য়ুম অমা পানবগী লুপা-লুপী অনীগী থৌ পুন্না পুত্নুনা মচাশিংবু কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়দুনা য়াম্না চেৎনা মী অমমম ওইননবা কন্না হোৎনখি। বাইবলগী প্রোভাবতা হায়নবা “Her children arise and call he blessed” হায়বা অসিগী চপ চাবা শুণ চাউবগী মমা ইবেম্মগী মফমদা চেনখি। অপোকপী মমানা চাউববু ময়ুমদা নিত্যাচার তম্বীবা হৌই। মতমতুগী মী অয়াম্বনা অঙাংশিংবু মী অমা ওইননবা লমজিংবিবা ওইনা নিত্যাচার তম্বীত্নুনা নমচৎ শাজৎ শেম্বা চৎনৈ। নৌনা লাকপা নোংচুপলোমগী লাইরিক তম্বগী চৎনবী অসিবু পাম্নরমদে। মসিগী মরক্তা চাউববু পোকপী মমাসু অমা ওইরম্মী। অদুবু মচাবু লুনা তৌজবী, মচাগী অপাম্বদা মুন্না খম্বী, অফ-ফত্ত চাং পুবী ওইবনা কায়নথংদা মচাগী অপাম্বা মতুংইন্না অকবা লম্বীদা চৎহন্দুনা লাইরিক তমহনবসু হৌখি। অদুম্না মচাবু কদায়দা শোয়খিদগে হায়তুনা মীকুপ কাংদনা থঞ্জহনতা লাক্রবী মমা ইবেম্মা অসি চাউবনা চহী ৫০ শুরকপা অতুৱাই ফাওবা কোনবীরম্লগা ইং ১৯৪৬ দা তাইবংপানবা থাদোকতুনা লাইরমলেন্দা তিনখি।

মথক্তসু হায়জগ্রে, বৃটিশ সরকারগী মখাদা চুরাচান্দ মহারাজনা (১৮৯১-১৯৪১) পানবা মতম অসিদা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্বগী ঈহৌ অমা কন্না লাকখি হায়বসি। অদুবু মতাং অসিদা মতিক চাবা মহৈ তম্ফমশং অমদি তম্নবা লাইরিক মতিক চানা লৈতবনা নৌনা মহৈ-মশিং তমখৎলক্লিবা নহারোলশিংগী নীংবা থুংবদি ঙমখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা লৈবাক শাসন্দা, শিক্ষা বিভাক্তা পব্লিক ৱার্কস অমদি সর্ভেদা মতিকচাবা মী থোরকখিদে। মসিগী খুদোংচাদবা অসি কোক্লবগীদমক্তা

নিংথৌনা মৈতৈ মচাশিংবু মতেং পীরগা মণিপুরগী বাংমদা লাইরিক তম্বা চৎনবা পুক্লিং থৌগৎতুনা থারম্মী।*১৩ মতৌ অসুম্না মণিপুরগী ওইনা লাইরিক তম্বগী অকনবা ঈহৌ অমা চৎশিন্নকপা মতম অসিদা পোকখিবা খ্বাইরাকপম চাউবা মৈতৈগী ইচম চম্বা ইমুং অমদা অপীকপা থাওমৈ পোদোনগী মৈরী অমদি কেগে মরুগা মৈপান্দা লেম্না-লোম্না লাইরিক পাবতু উবদা মমানা নিত্যাচার তম্বীবগা লোয়ননা মথরায়না পানজবা স্কুলদা চৎতুনা লাইরিক তমহনগে খনখি' মশাগা চহি ৫/৬ শুরকপা অতুরাইদা মমা খৎহন্দনা লোম্না চৎলগা থাংমৈবন্দ এল. পী. স্কুলদা অহানবা ওইনা স্কুলগী লাইরিক তম্বা হৌখি। চাউবগী মতৌ অসি খঙলকপদগী মতমদুগী হেড মাষ্টর ওইরম্বা শ্রীচোংথাম বোরো সিংদা মমা ইবেম্মনা মচাবু মনিং চনবীনবা হায়জখি। মতম অদুদা মণিপুরীশিংগী মরক্তা থাজনবী অমসুং লৈরম্মী। মতুদি মশাগী চহীনা ৫ শুপ্রবাদি লাইরিক তম্বা হৌহন্দবা অমদি অকবা মীমৎ অমা য়েংলগা ওজা অমবু শিক্ষা গুরু ওইহন্দুনা পুজাগা লোয়ননা অঙাং অদুগী লৈতোন্দা সরস্বতীগী বীজ "ঐ" হায়বসি হায়বা থোক্লব্রা হায়না য়েংবা। অদুবু চাউবদি মতোমতা য়োম্না চৎচরগা স্কুল কাবা তৌখবা মরম্না অসিগুম্বা গুরুগী আশীবাদ ফংনবগী তানজা অসি ফংখিদে।

মথক্তসু হায়জখ্রে, মতম অসিদা স্কুল শং মরাং কায়না লৈরমদে। অহানবা ওইনা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস থিনগী হৌনা লৈরম্বতু স্কুল শঙ মতিক চানা চাউদবদগী তম্মিংবা ছাত্রশিংগী নীংবা কায়বনা হেল্লকতুনা স্কুল অসিদা ক্লাস ফাইভ তগী নাইন ফাওদমক লৈহনখি। অদুগা ক্লাস থি অমসুং ফোরনা থাংনৈবদ এন. পী. স্কুল, পেট্রিয়ট স্কুল মোইরাংখোম স্কুলদা তম্বা হৌহনখি। মতম অদুদা শেল-থুম মরাং কায়না লৈত্ররসু লাইরিক তম্বগীদমক্তদি থোইনা অরাবা ওইনরমদে। সরকারনা লাইরিক, চে, কলম পেন্সিলনচিংবা পেম্না ফংহল্লম্মী। অসিগুম্বা মতম অসিদা চাউবসু অহানবা ওইনা লাইরিক তম্বা হৌখিবনি। নিয়ম নাইনা বাঙ্গলা

লোন অমস্লুং সাহিত্যগা খঙনখি। থাংমৈবন্দ স্কুলদা নিম্ন প্রাইমারী পরীক্ষা ওম্লবা মতুংদা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস ফাইভতা মখা অমুক তমথখি। মশাগী মর্ধ ফবা, হোৎনবা কনবা অমদি থরায় য়াঙবা ছাত্র অমা ওইনা মরম্না অহানবা লাইরিক তম্বা হৌবদগী মকোক নম্রগা মথং ওইজনবা লাকখি। মসিনা মরম ওইদুনা মখা ক্লাসশিংদগী হৌনা "ছাত্র বৃত্তি" ফংলকখি। *৭৪ থা খুদিংগী "ছাত্র বৃত্তি" ওইনা লুপা মরি-মরি ফংখি। মতম অদুদা "ছাত্র বৃত্তি" ফংবগী শেনফম অসিদি ইম্ফাল অমস্লুং খুঙ্গংগী ওইনা খেন্নবা লৈরম্মী। ইম্ফালদা লুপা মরি ফংনা মতমদা খুঙ্গংগী ওইনা লুপা মঙা পীরম্মী। মসিগীসু মথক্তা মকোক ওইবা ছাত্রশিংগীদমক্তা পুক্রিং থোগৎপীবা ওইনা চহাগী অরোইবদা চে, কলম, মোজা খুরিৎনচি বস্ত পীরম্মী। অসিগুম্বা খুদোংচবাশিং (মনাশিং) শুম চাউবসু ইতৎ-তদনা ফংখি।

চাউবা থাংমৈবন্দ স্কুলদা ক্লাস ফোর ফাওবা তমলদুনা ক্লাস ফাইভতগী নাইন ফাওবা জোনষ্টোন স্কুলদা তমখি। মহাক্কা লাইরিক তম্বা মতম অসিদা বাঙ্গলা লোননা ভার্ণকুলার ওইনা ক্লাস সিক্সস ফাওবা তম্মে। অদুগা ক্লাস সেভেনদগীদি বাংলা নত্রগা সংস্কৃত ওইনা লৌরবসু (ওম্লবসু) য়াই। অদুবু চাউবদি বাঙ্গলা ওইনা অদুম লৌখি। মহাক্না ভার্ণকুলার হায়রগা বাঙ্গলা লোন ওইনা খঙনবগী মুৎথাইতনা অসি নহা ওইরিবা চাউবগী থম্মোয়দা ফাওখি। ইরোল লৈনা-লৈনা মাগী মরেলদা তাংজদুনা হিংবা, ইরোলগী সাহিত্যপু কনানসু শকখঙদবীদনা লৈরম্মা অসিবু উরুবদা অমুক্কং ওইরবসু মীয়াম মমাংদা পুথোক্লিংদগী বাখল অমদি য়ান্না নহা ওইনা, ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ফাওথবনি হায়বা য়াই। স্কুল অসিদা ক্লাস নাইন ফাওবা তমলম্লগা প্রবেশিকা (মেট্রিক) তনথনবগীদমক্তা মশাগী চহীনা ২২ শুরকপা অদুবাইদা (ইং ১৯১৭) শিলংগী গোভর্ণমেন্ট স্কুলদা চংখি। মতম অসিবাইদগী হৌনা মৈতৈরোলদা শৈরেং ইবা হৌরকখি। ইং ১৯১৭ তা ইবা "ঈশ্বর" হায়বা শৈরেং অসি মহাক্না

শিলংদা লৈরিবৈ, ক্লাস নাইন তম্লিবৈদা ইখিবনি। ইং ১৯১৮ দা মহাক মশাগী চহীনা ২৩ শুরবপা মতমদা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা থাবা প্রবেশিকা ( মেট্রিক ) পরীক্ষাদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। প্রবেশিকা পাস তৌরগা শেল-থুমগী অৱাৎপা লৈবনা মখা তমথরুনবা খন্নবদা য়াম্না অৱাবা অমা ওইখি। চাউবগী মথুরা " তোনা " কৌবা অমা লৈরম্মী। অদুবু চাউবখোয়গা পুন্না লৈমিন্নদে। মসিগীসু মথক্তা শেল-থুম মরাং কায়না পাইবা ( লৈবা ) মী অমসু ওইরমদে। মসিনা মরম ওইদুনা মহাকসু চাউবগী লাইরিক তমথবদা মতেং পাংবা ঙমখিদে। অদুবু ইং ১৯১৮ দা থাংমৈদন্দ পোলেন লৈকায়দা লৈবা শ্রীখুমন্থেম বাবু সিংহগী মচানুপী ইবেমহল ( খু য়না শ্রীয়াইমা হায়না খংনবা ) তনিগা লোয়নননা লুহোংখি। লুহোংলবা মতুংদা শ্রীয়াইমাবু পোকপা মপাবুংনা চাউববু মচা শক্না শেনগে খন্নে। লাইরিক মখা তমথহন্নবা শিনখি। অমরোমদসু লাইরক ফবদগী মতমদুগী মণিপুর সরকারনা মণিপুরী মচাশিংবু মপান্দা লাইরিক তমলুনবা খনগৎপাদা চাউবসু আনশুবা ওইনা য়াওখি।

ৱাফম অসি মণিপুর ষ্টেট দরবার রিজোলুসন নং ২১।১২।১৯১৭ অসিগা মরী লৈননা ইং ১৯১৮ গী জুলাই ১৭ দা তৌখিবা রাজ দরবারগী ৱারেপ অদুদা পল্লি। রিজোলুসনগী ৱাহৈরালদু মখাদা পীজরি—

> মেট্রিকুলেসন পাস তৌরবা অরাম্বম ইবুংগোহলনচিংবা অতৈনা লাইরিক তমথখিবদা বৃত্তি পিবিনবা থাবা দরখাস্ত পীরকপা ১৯১৮ইং, ৮ জুলাইদা শ্রীমহারাজগী নং ৩৪৯ মুবা মেমো খন্নরে। মখাগী বৃত্তি অসি পীবা লেপ্পরে—
>
> ১) অরাম্বম ইবুংগোহল — লুপা ২৫
> ২) খাইরাকপম চাউবা সিংহ — লুপা ২৫ গৌহাটি কটন কলেজ
> ৩) ওইনাম চাউবা সিংহ — লুপা ২৫
> ৪) ৱাংখৈমযুম অমু সিংহ — লুপা ১৮
> ৫) শৌগাইজম নন্দকিশোর সিং — লুপা ১৮ ডিব্রুগর বেড়ি হুগরাই মেডিকেল কলেজ

( Darbar Resolution,
12/10/1917 to 15/10/1919 ) ৭৫

মথক্কী রিভোলুসন অসিগী মতুংইন্নদি খ্বাইরাকপম চাউবা সিং অসি গৌহাটি কটন কলেজদা আই. এ. তম্বগী ( তমখিংগী ) ওইনা তৌই। অদুবু শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহগী "খ্বাইরাকপম চাউবা" কৌবা লাইরিক্কী লাঃ ৩, দা ইরি, মদুদি —"....কলকত্তা থেতুনা আশুতোশ কোলেজদা মিং চন্দুনা মখা তমথখি " হায় ! ৱাফম অসিগী মতাংদা শ্রী ওজা দীনমণি উঃদুনা ৱারী শাবদা অসুম্না তাকপীরবই, মদুদি চাউবগী মচানুপা গৌরহরি সিংহনা তাক্লকপনি হায়না। হায়রিবা ৱাফম অসি মহাক্কী শৈরেং খরদা " কলকত্তা " হায়না থাবা অসিনসু শোগাৎপগুম তৌই। অদুবু মসি নত্তবা অতোপ্পা প্রমানদি ফংদে। শ্রীসি হগা ৱাথৈ পরেংশিং অসিগী ওন্নবদা শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা হায়রি—চাউবদি ঢকাগী জগনাথ কলেজদা আই. এ. তম্বা হৌরুরবনি অদুবু " ৱার ফেভর " হায়বা লায়না অদুনা নাদুনা ময়ুমদা থোরকপদগী অমুক হন্না মখা তমথবা চংখিদ্রে। ওজা মীনকেতনগী ৱাথৈ পরেংশিং অসি মহাক মশামক চাউবগা থৌমু-নামু ওইবনা খুংহৌ-উহৌবগী ৱাফম ওইনা তৌই। ৱাফম অসিগা মরী লৈনবা থোইদোকপা তইবা রেকোর্ড অমদি প্রমান অমতা ফংদে। মথক্কী ওজা অনিগী মতকা মান্নদবা অদুগা চাউবগা জোনষ্টোন স্কুল হৌগৎলকপদা ওজা ওইমিন্নহৌবা ( থেংনহৌবা ) শ্রীচীঙ্গাংবম কলাচান্দ শাস্ত্রীনা অমুক অসুম্না হায়রি—চাউবনা আই. এ. তমলুবদি গৌহাটিগী কটন কলেজদনি। শাস্ত্রীনা ৱাফম অসি চাউবগা হুকথেংননা ৱারী শাহৌবদগী খঙবনি হায়না তাপীরকই।

মথক্তা পীজখ্রিবা ওজা তগী তোঙান-তোঙান্না মতশিং অসিগী মতিক চাবা প্রমান ফংননবা মরী লৈনবা কলেজশিং অমসুং অতৈ অখণ্ড অতৈ কয়াদসু হংজরুরে (থিজরুরে)। অদুবু লাইবক থিবনা চাউবনা তশেংনা মিং চন্নগা ক্লাস কাদুনা তম্লম্বা কলেজগী মমিং অমসুং মশক চপ চানা তাকপা ওম্বা লৈতবনা তশেংবদু খঙবা ঙমজদ্রে। মরমদি ইং১৯১৭/১৮গী রেকোর্ডনা হায়রিবা মফম অসিদসু প্রমান অমতা ফংদ্রে। অদুম ওইনমক মণিপুর

হৈট দরবারগী রিজোলুসনবু ইকাইখুম্নমা লৌজবগা লোয়ননা হকথেংননা থেংনবিহৌরবা শ্রীশাস্ত্রীগী মত অসিনা প্রমান ওইরগা হায়জনিংই। মতুদি চাউবনা আই. এ. তমখিবসি গৌহাটিগী কতন কলেজদা শোয়দনা ওইগনি হায়না। অদুবু মশা নারকপনা মরম ওইদুনা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদি থাবা ঙমদনা থোরক্লে। মথা অমুক হন্না তমথবা ঙমখিদ্রে।

চাউবা পুন্সিগী ইহান হানবা ওইনা ১৯১৯ দা বঙ্গালি স্কুলদা ওজা ওইনা চঙখি। মসিগী মতুংদা মতম খরদি অয়ুক্কা বঙ্গালি স্কুলগী অদুগা নুংখিলদনা চুরাচান্দ স্কুলগী ওজাসু ওইরম্মী। থা খুদিংগী তলব ওইনা স্কুল অনী অসিদগী পুন্না পুপা ৫০ ( য়াঙখৈ ) ফংই। অদুগা অতৈ অশংব, মতমদা নিংথৌ অমদি অতৈ অচম অথৌশিংগী মচা-মশুশিং লাইরিক ( প্রাইভেৎ ) তম্বীরম্মী। বঙ্গালি স্কুলদা চহী ১০ মুক লৈরম্লগা জোনষ্টোন স্কুলদা অমুক লাকখি। হায়রিবা মতম অসিদা চাউবা মশাগী চহী চাউরাক্লা ৩৪ ( কুনথ্রামরি ) রোন শুরে। জোনষ্টোন স্কুলদা মহাক্না বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি তম্বীরম্মী। মহাক্না তম্বীবা অমসুং তকপীবদা নুংঙাইবা মরম্না ছাত্র অমতা লাংখিদে তুমিন-তুমিন লৈনৈ হায়। অদুম্না মহাক ওজা অমা ওইবদা নিংথিনা মায় পাকখ্রবা ওজানি।

চাউবা জোনষ্টোন স্কুলদা চহী ২১ ( কুনমাথোই ) ওজা ওইরম্লগা ( মশাগী চহীনা ৫৫ শুরকপা ) ইং ১৯৫০ গী ওক্টোবরগী তাং ৯ ( মেরগী থাশি ) শগোলশেল নুমিৎকী অমুক অহানবদা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। ওজা চাউবনা লৈখিদবা লাইনাগী মতাংদা চোঙান-চেংঙানবা মত খরা লৈ। অহানবমক্তি মৈতৈগী অরিবা থাজনবিদা য়ুম্নম ওই। মতম অসিগী মতুংইন্না চাউবসি মণিপুর সরকারগী অহানবা এলেক্সন ইং ১৯৪৭ দা পাংথোকখিবা অদুদা প্রেসাইদিং অফিসার ওইনা ঊখ্রুলদা থাখি। মতুদা চৎলুবদা লাই ওক্নরকতুনা নাবদগী শিখিবনি হায়বসিনি। অদুগা অনীশুবদনা "লুকরাম" হায়বা লাইনা অদুনা নাবদগী শিখিবনি হায়বা অমা। অহানবগী মত অসিনা নবদ্বীপ শর্ম্মাগীনি অদুগা অনিশুবগী অসিদি

চাউবগী মচানুপী মুংশিতোম্বীনা ডাক্তরনা হায়রম্বনি হায়না তাকপী রকই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ওজা চাউবনা মনুং মতম চাদনা লৈখিদবা অসিদা মহাক্কী ইমুং-মনুং অমদি মণিপুরগী ওইনা অচৌবা অমাওবা অমা ওইখি। শম্না হায়রবদা—মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী কবিনি, সোসিয়েল রিফোমরনি, ৱারেং ইবা অইবনি (নিবন্ধকারনি), উপন্যাসকারনি, ক্রিটিক্সনি, অকবা ট্রান্সলেটরনি, মায়পাক্লবা ওজা অমনি ১মুং তমজনীংঙাই ওইরবা মপা অমসুনি। মরম অসিনা পুন্নমক্কী তমজনফম, চাওখোকচফম ১মুং লেমজনফম ওইরবা মহাক্না তাইবংপানবা থাদোকখিবদা হাংহৌরবা মফম অসি ঙসি ফাওবা মেনখৎপা ঙমদনা লৈরি। অমরোমদা অমুক মহাক অনৌবা সাহিত্যগী লময়ানবনি। অসিগুম্বা লময়ানবীরম্বা অইবা অসি ময়ামগী মরল্ভগী মাংবা য়াবা হকাংনা মাঙখ্রবসু মাঙবা অমদি শিবা নাইদ্রবা ফজবা মিংচৎতি হিংদুনা তাইবংদা অমর ওইদুনা লৈহৌরি অমসুং মৈতৈ সাহিত্যনা লৈরিবমখৈ লৈহৌরগনি।

## চাউবগী ইমুং-মনুং :

চাউবা অসি মমা-মপাগী ৮ (নিপাল) শুবা ইতোন তোনবা মচানি। লাইবকখিবনা মচিন-মনাও মখোয় নিপালগী মনুংদা চাউবা মশামক অমসুং মচে ইবচাওবীদমক তাইবংপানবদা হুমলিং-কৈরিংদুনা লৈবা ফংখি। মাগী মপা অমসুং মচিন-মনাও অহৌদি ওনতানা মনুং-মতম চাদনা তাইবংপান থাদোকখি। মপা অমসুং মচিন-মনাওশিং কায়নবগী অরা লৈনা কয়া অঙং ওইরিবা চাউবদা হৈখি। মরম অসিনা মতম পুন্নমক্তা মহাক্কী থম্মোয়দা ইহং হাংবগুম্বা মতৌ অমা উবা ফংলম্মী। মহাক্কী অসিগুম্বা মতৌ অসি উবদা মপুরোইবা অমসুং মচাশিং কায়নবগী অরা মৈশা লাংলবী মমা থাবলনৈনা অৱাবা পুন্নমক খা চিক্না খাঙলগা মচাগী অহাংবা থম্মোয় অদু মেনখৎনবা হোৎনখি। মমানা মপা অমসুং মচিন-মনাওশিং লৈত্রে হায়দগী ৱাখল খন্নবা তাঞ্জা অমতা চাউবদা ফংহনখিদে।

চাউবগী থম্মোইগী অহাংবশিং অদু মেনখৎনবা হোৎনরকপদা মমানা চাউনবু চহী ১৮ শুরকপা অদুৱাইদা থাংমৈবন্দা লৈবা শ্রীবাবু সিংহগী মচানুপী প্রিয়ালৈমগা পুন্না লুহোংবিখি। অদুম্না লুহোংলবা মতুং মতম খরা লৈরগা মচা ৮ (নিপাল) মথং মথং ওইনা ফংজখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা অহুমশুবা মচা অসিমতং নুপা ওইখি। মহাক্কী মমিং গৌরহরি থোনখি। তাংনা ফংজবা মচানুপা ওইবনা য়াম্না লুনা তৌখি। মচানুপীশিং অদুগী মমিংদি মথংশিংনা—সনাহনবী, ইবেয়াইমা, নুংশিতোম্বী, ইবেমশিশক, ইনাওতোম্বী অমসুং সুবাসিনি (ললিতা)। গৌরহরিগা থংনবা মচলনুপী অমদি য়াম্না অংাং ওইরিবদো ঈশিদা তাত্তনা লৈখিদ্রে। অতৈ লৈহৌরিবা মচাশিং অসিদি চাউবনা নুপা অমসুং নুপীনি হায়বগী খেন্নবা থমদনা অমতা ওইনা লুনাচান্না তৌখি। মখোয় খুদিংমক মহৈমশিং মতিকচানা তমহন্নবা হোৎনখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা গৌরহরিনা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়দগী বি. এ. পাস তৌরগা জোনষ্টোন স্কুলদা ওজা ওইখি। অদুগা নুংশিতোম্বীনচিংবা অতৈদি মনিপুরদা অদুমক তমখি। নুংশিতোম্বীনা ডি. এম. কলেজদা বি. এ. ফাওবা তম্লগা ওজা ওইখি। অতৈ মচে অমসুং মনাওনুপীশিংদি থবক ইনথাং তৌবা য়াওদ্রে। মতাং অসিদা পনবা য়াই, মহুদি, গৌরহরি মতম খরা ওজা ওইরম্বদগী তোক্লগা এলাহাবাত্তা চৎতুনা এল. এল. বি. তমখি। এল. এল. বি. লোয়রবা মতুংদা ইম্ফালদা অমুক থোরক্লগা উবিল ওইদুনা লৈখি। অদুবু লাইবক থিবদি মহাকসু মনুং মতম চাদনা মপুবোক, মপাগুম্না মচানুপা অনি, নুপী অনি অমসুং মাগী নুপীবু থাদোক্লগা লাইরমলেন্দা তিনখ্রে। থেসিস অসি ইবা মতম অসিফাওবদা চাউবগী মচানুপী ৬ (তরুক) তেক্ত-কায়দনা লৈরি।

চাউবগী নুপী প্রিয়ালৈমা অসি থৌনা ফবী, মিংলম নারম খঙবী অমসুং থাংবা কনবী নুপীনি। মতম পুন্নমক্তা মচা ময়াম হোৎনবগী অৱাবা কয়া থাংলগা মপুরোইবগী ফৌরোই য়েংনা নোমক্লা চৎপী মৈতৈ নুপীনি।

মরম অসিনা মতম পুন্নমক্তা মশানা তৌজবা ঙম্বা থবক ওইরগনা মশানা, তুমিন্না তৌই অহুগা ঙমদবা মতাং ওইরগনা মচাশিংদা নপা লাইরিক পারি নপাগী চানবা হৈ থোকলকউ, শঙ্গোম পুরকউ লাইরিক ইনবা ফাল মচা অমতং চলহন্নবা তৌসি অসিন্দচিংবা ৱ হৈ-ৱাত্তা লোয়ননা মচাশিংগা অমত্তা ওইনা মপুরোইবগী সেবা তৌখি। মহাক্কী অসিগুম্বা নোল্লুকপা লমচৎ, শোগৎপা ৱাখল অমসুং হৃং-তম্বা ৱাগ্রাংশিং অসিনা চাউবগী লাইরিক পাবা, ইবা করদা মতেং ওইখি। তশেংনমক প্রিয়ালৈমা মোং হান্দবী, ৱাখল লৈবা নুপী অমনি। মরম অসিনা মহাক্কা মতম পুন্নমক্তা চাউবগী অপাম্বদা তক্ক ফত্ত য়েংদনা অমদি য়েংনা মতেং পাংখিবা নুপী অমনি। মহাককুগী নৈতৈ নুপী অমা ফংলগী চাউবনা মহাক্কী য়াম্না শাদবা পুন্সি অসিগী সাহিত্যগী পাক-চাউরবা লৈবেক অমা শেমগৎপা ঙমখিবনি।

চাউবগী মতমদা মাগী ইমুং-মনুংগী শেল-থুমগী ফিভম নয়াই ওইরপ ওইনা ফরবা ইনুং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী মপা অমসুং মাগী মতমদা শেল-থুমগী অৱাবা খরা লৈবনবসু মহাক্কা লাইরিক তগা লোইজনা থবক তৌবা হৌরকপদগীদি অৱাবশিংসু কোকখ্রে। মহাক্কা থবক তৌরক্লবা মতম অসিদদি লৌ পরি ৬/৭ (তরুক/তরেৎ) ৩৬ লোম অমসুং য়ুম ইংখোল মতিক চানা লৈরে। মতাং অসিদা চাউবগা থৌমু-নাওমু ওইনা তিন্নহৌবা শ্রী কোংগ্রাইলাৎপম নবদ্বীপ শর্ম্মনা তাকপিরকই— "চাউবগী ইংখোলগী পাক চাউনা ফজবগী নত্তৌ অহু উরগা লৈকাইনা হায়নৈ, মহুদি, কোনুং অমা শেম্বা য়াগনি" হায়না।** অসিগুম্বা ইংখোল অসিগী ময়াইদা মৈতৈগী য়ুমশাংদা শাবা কা ৫ (মঙা) গী য়ুমজাও অমা, মমাং শঙ্গোই অমা, অসিগী মনাংদা রাধা-কৃষ্ণগী মন্দির অমা, মসিগী ওইরোমদা ময়াইওইরপ চাউবা পুখ্রি অমা অমসুং শঙ্গোইগী মখাদা কৈ (কোত) অমা লৈ। কোত অসি মথক মখা শারগা মথক্তনা ফৌ হাপ্পবা অহুগা মখাদনা শঙ্গোল ওইনা শিজিন্নৈ। চাউবনা মহাক্কী ইংখোল অমসুং য়ুম-কৈশিং

অসি লু-নাম্না থমই। ইংখোলগী মতানগা ফজবা অসিগী মথক্তা লু-নাম্না থম্বনা অমুক্কা হেন্না ফজখি। অসুম্না চাউবগী মতম ( চাউরাক্লা মহাক মশাগী চহী ৩০-৩৫ ফাওবা ) অসি হায়ফেৎ নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং অমা ওইনা শিংথানখি। মরম অসিনা চাউবনা মহাক্কী তলব ওইনা ফংলকপা শেনফম অয়াম্বা মহাকমক্তা ইবা লাইরিক— ৱারেং শৈরেংশিং অসি ফোংবদা শিজিন্নখি।

চাউবা মপা অমা ওইনা মচাশিংবু ফুন-চম্না তৌই। মচাশিংবু ৱারকপা মতমদা খুদৈবা নত্রগা অকনবা ৱাহৈনা চৈ-খানা তৌখিদে। মচাশিংগী অরানবা চুমথোকপা মতাংদা—"ভহা-হো তৌগন্তু, ভহা-ভহা তৌবনা পোয়রিবনি," হায়রগা অরানবশিং অদু চুমথোকপি। য়ুমরেল অমা ওইনা হায়বদি খুমগী অহল অমা ওইনা— "মসি তৌগদবনি, মসি তৌবা য়াদে" হায়বনাদি মা অকনবা ৱাহৈ অক শিজিন্নদে। মহাক্কা নুপী অমসুং মচাশিংগী অনিংবা, অপাম্বা খুদিংমক অচুম্বা ওইরবদি মনিং তম্না পাংথোক্লবা তাঞ্জা পী। অকবা-ফত্তবা পুম্নমক ঈংখ্রম শিনবনি, ঈশ্বরনা তম্না অমা লৈরমগনি হায়না ইচম-চম্না খন্দুনা চৈখন্নম তৌই। মহাক্কী নুপী অমসুং মচাশিংনা পাম্বা থবক্তা পুক্নিং থৌগংপা নীশব নমদি।

## ওজা অমা ওইনা চাউবা :

ওজা অমা ওইনা চাউবনা তম্বীখিবা মিহত্ত খুদিংমক মায় পাকখি। জোন অদামগী ৱাহৈদা—"The teacher is the makers of man" হায়বতুগী চপ-চাবা খুদম চাউবগী মফমদা উবা ফংই। মীওইবগী লমচৎ শাজৎ, বাবহার মশক খঙ্গৎলগীদমক্তা মথৌ ওইনা লোৎনখি। মহাক্কী ক্লাসতা অচাং অমতনা চান্দাল থিন্দনা চংবা য়াইদে। অকনবা চৈরাকমক পিদবসু মতুংদা শোয়দনা লৌমিংবগী ওপাদা অমুমদি ফোংদোকতুনা অঙাংশিংবু চুমথোকপীখি। অঙাংশিংবু ফজনা লোইনৈ, কমিশুংনা ককম্ব তথিতথি চৈ থাংতুনা কিহনবসু তৌখিদে। অদুম ওইননক চাউবগী থোইদোকপা গুণ অমনা অঙাংশিংনা মহাকপু অচুক্কী মতিক কিনা চেখি।

ক্লাসতা তম্বীবা চংলকপা মতমদা ছাত্র অমতা চেক-মোক লাওনখিদে। ছাত্র খুদিংমক থবায় য়াম্না য়াওনা তায়।৭৭ মহাক্না তম্বীখিবা পারা খুদিংমক ফারব্রা নত্রগা খঙলব্রা য়েংবা ওইনা তত্তনা ক্লাসতা পারা হংখি। চাং নাইবগী মতাংদস্থ ঘড়ী শিবা ওজা নহাশিংদগী ঘড়ী শিদবা ওজা চাউবনা চাং নাইবা হেল্লি, নোংমনা থেংবা নোংমদা ঙনবা থক তৌখিদে।

লাইরিক তম্বীবা মতমদা পারা অমতা মরু ওই, মসিমদি মরু ওইদে হায়দুনা খন্দোক খঞ্জিন তৌখিদে, পারা খুদিংমক শুগাইনা অঙাংশিংবু খঙহনবা য়াবা মওংদা তম্বীখি। পরিক্ষাগী নম্বর পীবা মতাংদস্থ য়াম্না লীবপা তৌখিদে। ওজা অমা ওইনা ছাত্রশিংবু চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবি, অচানশিরাই নাইবা তৌখিদে। মহাক্কী বাখলদা শ্রীঅরবিন্দগী " মীগী চাউখৎহনবদা অনৌবা খুৎলাইদি মহৈ-মশিংনি " হায়বগী মশক অহু ফজনা তাকপগী মতৌ উবা ফংই। মসিদস্থ নত্তনা " নিয়ম হায়বসি ইংখোলগী শম্বলগুম্বনি, মসিনা ফজনা লৈতেং ওইনা লৌবস্থ য়াই অহুগা হেন্না মরু ওইরিবদি পীক্লিবা পাম্বীশিংবু হম হম চাউননবা অমস্থং মপুং মরৈ ফানবা মহৈ মবোংবু ঙাক শেনবীবনি "৭৮ হায়রিবা অসিগুম্না পীক্লিবা অঙাংশিংবু নিয়ম নাইনা তম্বীদুনা মপুং ফাবা মী অমা ওইনা তাইবং পানবা অসিদা পানবা ঙমহননীংবগী ব্রাখল অমা লৈবা উই। ইরুজবা, চেন্দোল থিনবা, ব্রত তৌবা, অরৈবা খরদং ঈশ্বরদা কৎপা, ঈশ্বরবু মতম খুদিংমক্তা কাওদবা হায়বসি ঈশ্বরবু কাওদনবগী উপাইনি।৭৯ হায়রিবা ঈশ্বরবু কাওদনবগী পাম্বৈশিংগী অহানবা " চেন্দোল থিনবা " হায়বসিগী হৈনবী অসিবু পীক্লিবা অঙাংশিংদা তম্বীখি।

## বৈষ্ণব অমা ওইনা চাউবা :

তশেংনমক চাউবা অসি বৈষ্ণব অমনি। মহাক্কী সাহিত্যগী পোৎথোক উরুরগা মণিম্না শর্ম্মনা—" বৈষ্ণব কবি " অমনি হায়না শীংথারম্মী। ইমুং মমুং অহল-লমন হাক্তগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থবায়

য়াওরকপনা ইমুং অসিমক্তা চাওরকপা চাউবগী থম্মোয়দসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মমি তাখিবনি। মতমদুদা পাল্লম্বা নিংথৌ চুরাচাঁন্দ মহারাজগী পামজনা লেংখিবা গৌড়ীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লৈহাওদা চাউরকপা ওইবনা চাউবনা ঈশ্বরগীদমক্তনি খন্দুনা হায়না লৈরম্লবা মবেমবোক ঙারুংহনবীনা কৎলম্বা লাইশং মন্দির অদু চেক্লা শাদুনা নৌহৌনা শেমদোকখি। চাউবগী মবেমবোক ঙাকুংহনবী হায়রিবীসিনা ঈশ্বরগী মন্দির মতোনবু য়াহৌ-রকপদা মিৎনা হুংতিগী ওইনা উবা ফংলবদি অমদি গৌড়ীগী কাংশি মখোল তাবা ফংলবদি প'প পুম্নমক কোকই হায়না থাজরুবদগী মশামক্কী ইংখোলগী মনাং ওইরম্বা লাইশং মান্দব দৎলগা ব্রাহ্মণ অমবু সেবা তৎহনখি। মসিমক চাউবগী ইংখোলগী মমাংদা হৌজিক ফাওবা লেঙদনা লৈরি। মসিদসু নত্তনা মতম মতমগী ওইনা লাকপা ( থোকপা ) ঈশ্বরগা মরী লৈনবা কুম্মৈ কয়াদসু থব্রায় হায়না য়াওজখি। কাং য়াওংশনচিংবা মরুওইবা ঈশ্বরগী ওইবা মেলাশিংদা অতৌবা শরুক য়াখি। মতম অদুদা উারপোক মায়কৈদা খ্বায়দগী চাউই হায়না খনবা "কাং" কৎখি। য়াওশ গীদমক্তা "লমাবম হোলি পালা" হায়না খঙনবা অসিদসু মশামক য়াওই। হায়রিবা হোলি পালা অসিসু মতমদুদদি খ্বাইদগী ফজবা পালানি হায়দুনা "পয়লা নম্বর হোলি পালা" হায়না খনখি। অসুম্না ঈশ্বরগা মরী লৈনবা উসব মেলা তৌরিবা খুদিংমক চৎথদনা শরুক য়াবা অসিদসু নত্তনা মশামক নাম শোঙ্গহনা লেঞ্জবসু পামজখি। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা সন্ধ্যা আরতিগী ইশৈ মশ মক্তা শবতুনা অমদি "সংকীর্তন পালা" হায়বা মন্দোল অমা লিংখৎলগা মশামক্তা প্রার্থনাগী মতাংবু থব্রায় য়াওনা শোঙ্গখি। "সংকীর্তন পালা হায়বসি নুমিৎ খুদিংগী ওইনা নুমিদাংদা য়ুম য়ুমদা চৎতুনা পাল্লি নাইনা শঙ্গোই, মান্দব নত্রগা শুমাংদা শকপা মী তরেৎ-নিপালনা শেম্বা কাংলুপ অমনি। মদুদা য়াওখিবা মীওইশিং অদুদি— ১) মাইবম গুণ, ২) ওখেল্লম্বম বোকুল, ৩) হৈস্নাম চাউবা, ৪) লাইশ্রম লৈরেঙ্গাও, ৫) লাইময়ুম তোল্লম্বু, ৬) শেঙ্গম চাউবা অমসুং ৭) খ্বাইরাকপম চাউবা আসিন।৮০

অদুগ্না ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা চাউবনা মশা মতোমতা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্কা মফমদা ঈশ্বর ভক্তি লৈহনবা পাম্জবদগী "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱানা অসি ইখিবনি হায়বসি হায়মনবা থোকলোই! মসিনা পাউজেল পাউতাক ওইদুনা অসি ফাওবদা ততনা লেন্দুনা লৈরি।

চাউবনা শেংলবা বৈষ্ণব ধর্মগী গুণশিং ভড়ু মশক খঙনা মৈতৈ সমাজদা শন্দোকহনা হোৎনরমী। মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওই পুম্নমকসু ধর্ম অসিদা লুপচবা ঙাক্কনি। অদুগ্না চাউবনা মহাক্কী মতম অসিদা ওজা ওইবা, লোল অমসুং সাহিত্যগা সেবা তৌবা অসিগা লোয়ন-লোয়ননা অতৈ অশংবা মতমদা সমাজগী সেবা তৌদুনা মতম লেনাখি। সমাজ সেবা তৌবা মতমদা ধর্ম জাতি খেন্নবা মতোন্দা লাখদে। অদুম ওইনমক মহাক্কা খৱায় য়াম্না য়াওনা অমসুং থম্মোয় শেংনা বৈষ্ণব ধর্মগা মরী লেনবা থবক থৌরম কয়াদা মশাগী লৈজবা পুম্নমক বৎথোকখি। মসিনি চাউবনা বৈষ্ণব ধর্মগীদমক্তা তৌবা থবক। মহাক্কা লুপ্চেং পুম্নমক্তা বৈষ্ণব ধর্মগী শেংলবা "ঈ" লেনখি।

## চাউবগী থোইদোকপা গুণ খরা:

"The children shows the man as morning shows the day' হায়বা ইংরাজীগী ৱাহৈ অসিগী চপ চাবা খুদম চাউবদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা উবা ফংই। "অঙাংদি নিংথাদা খঙই' হায়বা মৈতৈগী পাউরৌ অসিসু মতোন্দা চপ্না থোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মতম মাঙহন্দবা, ঙাইহাক্তং শংবদা মমাগী মতেং পাংবা অসি চাউবগী হৈনবী ওইরকখি। মথৌ তৌনা তৌনা মমাগী মতেং পাংবগী মওংদা মশুমুপী সরোজিনীগী ৱাহৈদা "মমাইবেম্মগী শিনফম—লংমাইবা, ঈরাং অমদি মৈতৈলংগী খুদেনচিংবা শাবদা কবি চাউবসু লুপ্না ওইহৌরবা মমা ইবেম্মগী মতেং পাংবা ওইনা য়াওখি। মতম অতু পাংরো ফি শানরা মতম্নি মাঙদা লাইরিক থম্নগা পানা পানা মমাইবেম্না তৈ ভাগরি,

অৱাং-অপা কোয়না থিবা চৎথিবা মতমদসু হল্লকপদা ফি অনিকক্তা শাদোল্লম্মী।৮১ "চাউবনা চাকপা লংচাক্তি হুনবা য়াম্না নুংঙাই, লংচাক্তা নিংখায়বা হায়বদু চুকখঙ খঙদে" অত্তুগা মাোইবেম্মা নুংশতোম্বীনা মনেনেম্মদগী তাহৌবা অমসু ভম্বীরকই।

চাউবা অসি অঙাং অমা ওইনা করিগুম্বা মতমদা লাইফদিবী অমদি চাকথোংবীনচিংবা শান্নরা য়াওই। মমান্নবা নুপীমচাশিংনা শান্নবা—মা জোং চোবা, ফিনুল হাবীনিংবা শান্নবদি পঙনা য়াওরদে। মমান্নবা ময়াম্না লম্ফেলপাং, লাঙ্গোল চীংনচিংবা মফমশিংনা শান্নবা চৎপা মতমদসু চাউবসু য়াওই, অত্তুম ওইনমক মহাক্তি মখোয়শিংগী মরক্তা য়াওরুদে। মতোমতা তোঙানবা ৱাখল অমা থনবগুম লৈত্নুনা লেক্তো লৈরম্মী। মঙাক্তা কবিতা ইনিংবগী ৱাখল অসিদি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা লৈরব্রবনি— হায়না চাউবগা থোম্মু নাওম্মু ওইনা হৌমন্নরকপা মখেৎগী মরক্তা য়াওরব্রবা শ্রীকোঙগ্রাইলাৎপম নবদ্বীপ শর্মানা তাকপীরকই। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা শান্নবা মতমদা নুপামচাগী মশ নবুদি নুপীমচাগী মশ ননা হেন্না খোবদাখি হায়না মথক্তা হায়জপ্লে। অঙাং শান্নবা অটৈগী মতাংদদি—তোকপা য়াদবা স্কুলগী তোদবা য়াদবা মথৌ (বিবয়) অমা ওইনা শান্নবা তারবসু চুটবগ নবনা অটৈ অমতা য়াওরিদে। অদুগুম্বু মহাক অসি শান্ন-খোৎনবা গুবপান পানজখিদবা নীশক অমরা হায়বতুদি নত্তে। কা হেন্দবগী ৱাফম থত্নুনি। চহী হামশিনল্লাংবা হৌবনা শোকচিল্লব্রবা মতমদদি পাউতাক ওই পাউজেল ওইনা শান্নবনা হৌবচাং ফনবা মচাক্কি হায়না য়াম্না তোইনা মচাশিংদা লৌরা ওইনা কয়া অমা লিবীদুনা তাংহল্লি হায়।

চাউবসি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা য়েংবদা তনৌ তনৌবা, ইচম চম্বা মানবা, ওংশিবা পোকনা মায়থোং অমা ওইরকই। কুন্ই থংনা ভৌই। মীওই মীতৌ য়েংবদা মরেপ্না ভমতক তৌই, চাউবাক্তা মটা মঙামখায়রোম ৱাংই। ঘমতি শমকক্তা নাং মান্নবা জুম জুম লউনা

ককই। অদুবু আই. এ. তম্বা মতমদা নাক্কবদগী চিরাই তাংবা হৌখি,
লোয়ননা শমস্থ পৈরপা খায়দুনা হাৎপা হৌখি।৬২

অচম্বা ফিজেৎ, অচম্বা ডিঙ্গাক, অচম্বা ৱাডাং শন্না হায়রবদা ইচম চম্বা হায়বসি চাউবগী গুণ অমনি। ফিজেৎতা য়াম্না চয়া অভৌবা, মুগা মচু, নোঙ্গৌবী মচুতমক শিজিন্নখি। ফুরিৎ খুদাং ককপী অমদি ফৈজোম নত্নবা অতৈ ফিজেৎ, খোংগ্রাও, লোংগ্রিনচিংবা অমতা পুম্নিগী ওইনা শেৎখিদে। নিংথমথা অমদি অইংবা মতমদস্থ ইচম চম্বা ইনফিতমক শিজিন্নখি। কোৎ জরশিনচিংবা অমুক্তা লিংখিদে।

চাউদনা য়াম্না পাম্না চাখিবশিংগী মতুংদস্থ উহৈ-ৱাহৈ অনুনবা অৱাখদী, হৈনৌ, লফোই, জাম অসি পনবা য়াই। মুংতিগী ওইনা স্কুলদগী হল্লকপদা শঙ্গোম থকতুনা ডহাক পেৎথাবা নদনা চানচিংবা থকখিদে। চুরুপ, বেরী, হিদাকনচিংবা পুম্নিগী ওইনা থকখিদে হায়না মচা ইবেম্মা মুংশিতোম্বীনা তম্বীরকই। করিগুম্বা মীগী উৎসব-মেলানচিংবা চৎলুরবস্থ শঙ্গোমগী মথেনশিংদি য়াম্না পামনা চাখি। অদুগা মশানঙ্কা ইমুংনা কৎপা উৎসব মেলাদস্থ মথৱায়না প মজবা শঙ্গোনগী মথেলনা হেন্না কৎখি। অয়াবপা কয়া পামখিদে। অদুবু কারোৎ অখাবা, নোংমাংখানচিংবদি য়াম্না পামনা চাখি হায়নৈ।

অশাওবা হায়বা অদু পোকপদগী য়াওরক্তবগুম তৌই। অদুগা মীওইবগী মীন্নংশি হায়বদু চাউবদা চাং হেন্না য়াওবগুম্মী। খডনবা খডনদবা থিদনা মী খুদিংমকপু মনিে-মনাওগুম লোইনৈ। মহাক্কী মফমদা জাৎ-বিজাৎকী অথিবা লৈতে। মী পুম্নমকপু অমতা ওইনা তরাম তরাম তৌখি। চৌংমী-তম্মী, পুম্নমকপু মচিন-মনাওগুম থনখি। অরাপ্পদগী লাকপা মীওইশিংবু হনখিবদা খুদোংচাদবা থোক্লবস্থ মহাক্কী ময়ুমদা লেক চাদুনা লৈহনখি। অয়াম্পা লাক্লিবা মীওইশিংনা "বাবু" লৈব্রা বাবু লৈব্রা হায়না হংলম্মী। অস্নুম্না মী অয়াম্বনা "বাবু" বাবু কৌবদগী

মচাশিংনসু চাউবদা "ব'বু" কৌখি। চাউবগী মীনুংশি খঙবা পুকচেল অসি মী ওইবদদা নত্তনা অতৈ জীবশিংদসু লৈখি। মতম খুদিংমক্তা তোল্লবা জীবশিংদা নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংখি। মহাক্কী মীনুংশি চাউবগী ফজরবা খুদম অমদি নোংমা অহল অমা সাইকলনা থেংহুনা থিনা শোকখি। সাইকলনা থেংলম্বদগী তুশিন্দুনা শোকপা অত্থগী চৈনাখোল খাংবা অদু উরুবদগী চাউবগী রাখলদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। মসিনা মরম ওইহুনা মহাক্কসু অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোকলবা য়াই খনবদগী পুন্সিগী ওইনা সাইকল তোংলরোই হায়না তোংখিদে। মহাক্কা চৎপা মতমদসু য়াম্না তপ্পা লম্বীগী মতাইদদমক চৎখি। অসিগুম্বা কবি অসিনা লৈখিদবদা মীয়াম্না হায়নৈ—"উরিপোক লমদমগী সরক চিদাইদা নোল্লুকপা কবি অদু অমুক হন্না চৎলরোই।" ৮৪

চাউবা বা কয়া ঙাংগন্দবা, ঙাংবা ভারবসু মচং ওইবতা খল্লগা ঙাংগনবা মীতানি। মসি হায় হায়হুনসু মী তিন্নবা য়াদবা মত্রোমতা তোঙান্না তাহুনা লৈবা হৈনবা মীদাসু নত্তে। মী মরক্তা তিনলগা করি করিগুম্বা মতমদা মতাং চানা তৌথোরবপা ফাগীনা অত্যবা পুন্নমক নোক্নবা ঙমখিদে। মসিনমক মহাক্কী থোইদোকপা মগুণ অমনি হায়বা য়াই। তুমিন্না লৈরুরগা তৌথোরকপা ফাগীদা—মীগী দেব-কর্ম, বাসো-ক্লাচংবা চৎলুরগা মান্দব ময়াইদা নত্রগা নতায়দা ফমলগা নমোমতগী ওইবা বাখলদগী অর্থ লৈনা ভাবোকশিংবু :—

১। মান্দব য়েংবা ভাবোক

২। এ. আঃ তাবা/য়েংবা ভাবোক

৩। চোলোম য়েংবা ভাবোক। ৮৫

অসুম্না মখল থায়দোক্লগা ফাগী ওইনা ঙাংথোরকপা বাঙাংদা অতাবা খুদিংমক নোক্নবা ঙমখিদে। করিগুম্বদা অঙাশিংনা শাম্নরিবৈ মরক্তসু লৈচেং চাইবা অত্থগা মথোয়দা য়েংলল্লগা কৃষ্ণগী মুঙিঙুম খোং কারন চল্লগা বাঁশি খোংবগুম্না লেপহুনা লৈবা অসিনচিংবা ফাগীসু অঙাংশিংদা হেক-হেক ভৌই হায়। ৮৬

মিটিং তৌদুনা চান্দা থায়রগা তৌথোরকপা থবক্কা ইচান চান্নদকা উরুবদা শেলুশিং অদু লোইথোকখিবা মতাংদা ফাগী ওইনা—

মিটিং মিটিং ফলঙ্গতি চান্দা দেবী স্বাই। ৮৭

অসিনচিংবা অসি থোইদোকপা চাউবগী ফাগীগী নাচোম ওাক্কনি।

মতম মাঙহন্দবা, মীবু পেলহনবদা, ঈং তপচবা হোংনবা কনবা অমদি খাওবা কনবা হায়বসি চাউবগী থোইদোকপা গুণ অমনি। স্কুলগী লাইব্রেরীদা নক্রগা য়ুমদা ফমদুনা লাইরিক পাবা অমদি ইবদগী ওহাক শংবদা ইমুং-মন্নগী ওইবা থবক-ইনথাংদসু মচাশিংগী মতেং পাংখি। করিগুম্বা মতমদা মচাশিংনা গুরিবা ফৌ অদুদা য়াওশিনদুনা শুম্বল অনি-অহুম শুদোবপীরম্সু য়াওই। অদুগা মীবু পেলহনবগী মতাংদসু থরায় য়াওনা পুক্নিংগী ঈথিল অমগা লোয়ননা ইরিদৈদা কনাগুম্বা অমনা খওনিংনা হংলকপা থোক্লবদি মখুৎ ওই থাঙ্গৎতুনা ডাইহাক ঈঙ্গীৎ তৌরগা নোকমি-নোকমিবা মায়থোংগা লোয়ননা শোয়দনা তাক্কনি হায়বগী মওংদা থমখি। অদুম ওইনমক ঐ শোয়দনা খওগনি হায়বদি খক হায়খিদে। "ঐনু খওলমগদ্রনে খওলমলবদি তাক্কনি।" অদুম্না হায়রগা খওবা য়াবা মওংদা পাংবা য়াবা মতেং পাংবিদুনা মীবু পেলহনখি।৮৮ অদুম্না ঈং তপ্পবা মাইথোংদা ঈং তপ্পবা পুকচেননা চাউবগী মগুণবু "ভোত লেপপু" হায়না হায়রকপসু য়াওখি। অদুবু ঈংবা তপ্পা পামজবা মী অমা ওইবা মরম্না "ভোত লেপ্পনা ঈংনা লেনবা পুন্সি মাঙহল্লি" হায়দুনা য়াখিদে। মসিনা চাউবগী থোইদোকপা গুণ। অসুম্না চাউবদা মীয়ামগা মান্নদবা গুণ কয়ামরুম লৈ।

# চাউবা মৈতৈলোল অমসুং মসিগী সাহিত্য

ইং ১৮৯৬ তগী ১৯৫০ ফাওবগী মতম অসিবু "চাউবগী মতম" হায়না থমদুনা মথক্তা নৈনজখে। হায়রিবা মতম অসিদা মণিপুরগী সমাজদা ওইরিবা ফিভমগী মতাংদু শম্নপনা পনজখ্রে। মরম অসিনা হৌজিক "চাউবগী মতম" অসিদা মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগী মশক থাকনবা চাউবনা কয়া য়াম্না হোৎনরমবগে হায়বদু শমলগা অমুক নৈনরি।

চাউবনা জ্ঞান তারকপা মতমদা লৈরম্বা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী ফিভম য়াম্না ফরমদে। মহাক্কী মমাংদা অরিবা সাহিত্যগী মৈতৈ ময়েক্তা ইদুনা লৈবা পুয়াশিংগী রাফম্না তোঙানবনি। পুয়াশিংগী পুকৈ অমা লৈরমলবসু মহাক্না মতুদা পেনবা ঙমখিদে। মহাক্না নোংচুপকী য়ুফমদা চাউরকপা ভারতকী সাহিত্য লৈকোন্দা শাৎলিবা তোঙান-তোঙানবা বিধাশিং অমদি নোংচুপকী অনৌবা শিক্ষাগী শাদোং ওইননবা (তমনমবা) লাইরিকশিং রাৎতুনা লৈবদু উবা অমরোমদা বাঙ্গলানরিবা থরা চাওথংলবা লোনগী তমননবা লাইরিক অমদি সাহিত্যগী বিধাশিংদু য়েংলুরগা ঐথোয়দি করিসু লৈতে, মসি ঐথোয়গী ইকায়নিংঙাইনি হায়না খনখি। অসিগুম্বা অরাৎপশিং অসি মেনথংনবা লাইরিক তম্না তয়া অতোপ্পা সাহিত্যগী লাইরিকশিং পাবা অমসুং নৈনবা হৌখি। লোয়ননা থম্মোয়গী ইথিনগা ইরোইননা শৈরেং রারেং ইবা হৌরকখি। (মৈতৈলোল অসি অতোপ্পা লোন্দগী করিসু তাবা নত্তে। মহাক্না থম্লি, ইরোল লৈনা লৈনা মীগী মরোলদা লাইশোল-তীলশোন তৌবা, ঈশৈ-নোংমাই শকপা অসি ইরোলবু থৌশাদবনি অমসুং ইকায়বা পীবনি হায়না।) মরম অসিনা বেঙ্গলী নত্রগা সংস্কৃত লোন্দা শরু-শোন্নরম্বা লাইশোন নত্রগা ঈশৈ কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা শকহন-শোলহন্নবা হোৎনখি। জগোই রাস

অমদা শক্লা শোম্নরম্বা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ৱাহৈ কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা মহাক্কী মচাহুপী অমনা মকোক চিংহল্লগা চাংয়েং ওইনা জগোই রাস কৎখি। মহাক্কী অসিগুম্বা থৌনা, লোনগী থোং-নৌবা যঙবা মশুং অহু উবদা মীয়াম্না মহাকপু থাগৎখি। অদুবু কা হেন্না বৈষব ধর্ম্মদা থাজবা মীওই থরনদি হান্নগী রাসকী মগুণশিং অদু মাংহনবনি হায়নবা (শাউনবা) য়াওখি। অদুমওইনমক মতুংদা শনশেনবা, ৱাশোক্কী ঈশৈ কয়াবু মৈতৈলোন্দা হান্দোক্লুনা শক শোম্নহনবা ওমখি। মমৈদদি মীয়াম্না মৈতৈলোন্দা শক-শোনবা নত্রগা জগোই রাস কৎপা অসি হেন্না পাঃর-কখি। খুদম ওইনা চুরাচান্দ মহারাজ মশামক্না লিংখৎতুনা কৎখিবা গৌরলীলা অমা মৈতৈলোন্দা শাম্নখি। অস্তুম্না মহাক্কী মতম অসিদা মৈতৈলোন অসি চাউখৎনবা মায়কৈ কয়াদা হোৎনরকখি।

হায়রিবা মতম (১৯২৬) অসিদা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়না লৌবা মেত্রিক পরীক্ষাদা মণিপুরী অসি ভার্নকুলর বিষয় অমা ওইনা থাবা য়াহনখি। অদুবু হায়রিবা মেত্রিকী ভার্নকুলর (মণিপুরী) অসিদা তম্নবা লাইরিক য়াম্না লৈখিদে। মরমসিনা মতম অদুদা লাইরিক খরা খরা হৈরবা নত্রগা লাইরিক তম্লিবা মীওই কয়ানা শিনথা অমা ওইনা লাইরিক ইবা হৌনখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা চাউবসু য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মহাক্না শৈরেং ৱারেং কয়া ছাত্রদা কান্নগদবা য়েংদুনা ইখি। অস্তুম্না চোইনা ইবা শৈরেং ৱারেংশিং অদু লাইরিক ওইনা "ছাত্রমচা" হায়না কৌদুনা ইং ১৯২৩ দা পুথোকখি। লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা "লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং শৈরেংশিং পুম্নমক ছাত্রশিংদগীদমক্তা খন্দুনা ইখিবনি।" অস্তুম্না চাউবনা অতৈ ৱারেং কয়া অমসু ছাত্র নহারোলশিংগী খন্দুনা ইখি। মসিগী মথংদা মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগীদমক্তা খনদুনা ইখিবা ৱারেং লাইরিক কয়া অমসু পুথোরকখি।

মথক্কী মতাং কয়াদসু হায়জগে, মতুংদি চাউবনা জ্ঞান তারকপা নত্রগা মহাক্কী মতমগী হৌগৎলকপা হায়বসু য়াবা মতম অসিবাইদা। ঐখোয় মৈতৈশিংনা সাহিত্য হায়রগা বাঙ্গলা সাহিত্যবু খঙনবা ভানু কুলর হায়রগা বাঙ্গলা ওইনা লৌনবা, লাইরিক হৈবা হায়রগা সংস্কৃত, বাঙ্গলা হৈবা ওইনা খল্লবা মতমনি হায়না। অসিগুম্বা মওংশিং অসি তারুম্খন্নরগা চাউবগী থম্মোয়দা অৱাৎপশিং অসি মেনখৎনবা হেৎনবগা লোয়নননা মতমদুগী সমাজনা (মরু ওইনা লাইরিক লাইশু হৈরবা, মীওইশিংনা) লান্না খল্লিবা ৱাখল্লোন অদুসু কোকহন্নবা হেৎনখি। মরম অসিনা মহাক্কা মফম, মতাং কয়াদা তনা হায়—ঐখোয়গী ইমারোল অসি অতৈ চাউখৎপা লোনশিংদগী করিসু তাদে অদুগা মসিগী যজবা সাহিত্যসু লৈ। ঐখোয়না শঙবা হৌৎপা নত্রগা খনথদবদগী ইমারোল অমসুং মসিগী সাহিত্যবু মীরাইলনি।

মতম অদুগী সমাজনা মমারোলগী সাহিত্যনা অতৈ অতৈ লৈবাক্কী সাহিত্যদগী শোৎথনা লৈবা উরুবদগী মী কালুপ কয়া বয়ানা নৌহৌনা মীমাংদা শক্তাক্কিংবা হৌরকখি, লোয়নননা অরেঙ্কা লৈতনা থবক পায়খৎপা হৌরকখি। মীওইশিং অসিগী মরক্তগী হেন্না থৱায় য়াওখিবা, ভক্তিবমখৈ হোৎনজুনা সাহিত্যগী অৱৎপা বিধানখৈ শুনা লৈহন্দবা। য়াদে হায়বগী অৱেৎপা থাজবা অমগা লোয়নননা থৌনা ফনা চোংথোরকখিবদি শ্রী খুঃইরাকপম চাউবনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মতমদুগী সাহিত্যনা মীরক তিনবা ৱানা থোক্লম্মা। সাহিত্য হায়রগা বাঙ্গলা সাহিত্যগা মান্ননা লৌনরম্বা, ভানু কুলর হায়রগা বাঙ্গলা লোনবু খঙনরম্বা, লাইরিক তম্বা হায়রগা বাঙ্গলা অমদি সংস্কৃত তম্বা ওইনা লৌনরম্বা মতমনি। অদুবু মতম অদুদসু মীওই খরদি মশা মশগী থম্মোয়নুংদা ফাওরকপা ৱাখলগী মতুংইন্না শেমদোক শাদোক খরা পৌরগা অভাংশিংগী চাউনা ৱাৎলিবা তৱনবা লাইরিক ওইনা মারোলদগী অনুবাদ তৌথোকপা খরা তোৎনয়াম্নরগা লাইরিক কয়া পুথোকপীরকখি।

অদুবু মতম অদুদা অহানবদগী মঙাশুবা ফাওবা তম্নবা লাইরিক খরা পুথোক্লবসু মতিক চানা ফংবা ঙমদবনা লাইরিক খরদি ক্লাসশিং অসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন তম্বসু য়াওদবা নত্তে। অসুম্না অৱাংপা অসিনা মরম ওইদুনা মঙাশুবা ফাওবা তম্নবা লাইরিক লৈরবসু মখা তমথনবগী মণিপুরী লোনগী লাইরিক লৈতবদগী বাঙ্গলা লোনগী লাইরিক তম্বা তাখি। অসিগুম্বা অৱাংপগী চৈথেংগী লৈোখোল ফাওখিবদগী চাউবনা ক্লাস সিক্সতা তম্নবগীদমক্তা হুৱাইবম নবদ্বীপ চন্দ্রগা পুল্লগা ইবা "সাহিত্য অহানবা" ইংলিশ ১৯৩৬ তা পুথোকপীরকখি। মসিগী মমাংদা চাউবগী লাইরিক অমতা পুথোকখিদবদি নত্তে, অদুবু খ্বাইদগী নেংবা ক্লাসতা তম্নবগীদমক্তদি সাহিত্য অহানবা অসিনা ইহান হানবনি।

মতৌ অসুম্না অৱাংপা লৈরকপা অসিদগীদি মঙমদুগী মণিপুরগী নিংথৌমক্লা মৈতৈলোনবু চাউখৎহন্নীংবগী মীৎয়েং মখাদা মথং মথং ওইনা অইবশিংগী পুক্নিং থৌগৎপীরকখি। মসিগা লোয়ননা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু শক খঙবীবগা লোয়ননা ইং ১৯২৬ তা মেট্রিক পরীক্ষাদা থাবা য়াহনলকপদগীদি সাহিত্যগী ওইবা মশক অমা শেম্বদা মতেং ওইরকখি। খুদোংচাবশিং অসিগা লোয়ননা মথং মথং ওইনা শৈরেং, ৱারেং, ইতিহাসকী উপন্যাস, ইংলিস ট্রান্সলেসননচিংবা অহাংশিংগীদমক্তা ৱাৎতনবা পুথোরকখি। তশেংনা হায়রবদা চাউবগী থম্মোয় অমসুং ৱাখলগী পান্দমদি মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যবু মপুং মরৈ ফানা, মশা-মরেং লোংনা হুম-হুম চাউহনবা, চাউখৎহন্নবা হেৎনবা হায়বসিনি।

হৌরম খুদিংমক্তা মৈতৈ সাহিত্যনা মীমান্নদনা লৈরবা অমদি নিংথৌগী শক্তিগী মখাদা পঙথদুনা লৈরুরবা প্রজা খুদিংমক্তা সাহিত্যগী মনম য়োৌহনবা হায়বসিমক অহাংশিংগী তম্নবা লাইরিখক্তনদি মপুং ফানা মৈতৈ সাহিত্যগী ৱাখল য়েনবা ওমলরোই খনবদগী মতমদুগী মীওই কাংলুপশিংনা ভতোপ্পা উপাই ওইনা হেফোং অমদি পাউজেল চেনশিংবা

কয়াগী মতেং লৌরকখি। মীওইশিং অসিগী মরক্তগী খরনা মশা মশাগী ক্বরিৎখাওদগী শেল খরা খরা খায়দুনা সাহিত্যগী ওইবা সংস্থান কয়া শেমলকখি। অসিগুম্বা সংস্থান অসিদসু মৈতৈলোনগী ৱারেং শৈরেং কয়া কয়া ফোংনরকখি। ইং ১৯৮৭ তা 'মীংনাইদবী' অহাম্বা ওইনা পুথোকখিবা থা ৩/৩ গী ওইবা সম্পাদক খ্বাইরাকপম চাউবনা ওইখি। ইংশোক ১৯৪৮ দা পুথোকখিবা "জ্যোতি" হায়বা থা খুদিংগী ওইবা চেফোং অসিগীসু সম্পাদক ওইখি। মতৌ অসুম্না "ললিত মনজুরী" প্রত্রিকা, নহারোল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, য়াকায়রোলনচিংবা চেফোংশিং অসিদসু মৈতৈলোনগী শৈরেং, ৱারেং কয়া ফোংবা হৌরকখি। "ললিত মনজুরী" হায়বা চেফোং অসিদা "লবঙ্গ-লতা" হায়বা ইতিহাসিক উপন্যাস অসি মথং মথং ওইনা ফোংখি।

ইংশোক ১৯৩৫ গী জুনগী তাং ১৩ দা লিংখৎখিবা 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ফাউন্দর মেম্বর অমা ওইনা চাউবসু য়াওখি। হায়রিবা সংস্থান অসিগীদমক্তা নিংথৌগী মায়কৈদগী করিগুম্বা মতেং অমতা ফংবা লৈখিদে। মরম অসিনা মেম্বরশিংনা মশা মশাগী ক্বরিৎখাওদগী শেল পুথোকতুনা লিংখৎখিবা সংস্থাননি।

চাউবনা মণিপুরী লোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগীদমক্তা তৌরম্বা অবদান (থৌদোল) অতুবু ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা ইং ১৯৪৮ দা মহাক মশামক্তসু লিংখৎপা য়াওরম্বা "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ", ইম্ফালদা "সাহিত্য রত্ন" হায়বা উপাধি (মিংথোন) অসি পীখি। অসুম্না মহাক্না লৈরিবৈদা ফংলম্বা ইকায়-খুম্নবা অতুগুম ওসি মহাক্না লৈখিদবা অসিদগী অতুম ফংলি। মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই খুদিংমক্না চাউবগী মফমদা শেংলবা থম্মোয়গী পাউজেলগা লোয়নন শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎনরি।

## খ্বাইরাকপম চাউবনা ইরম্বা (বিধাশিং):

খ্বাইরাকপম চাউবনা ইরম্বা লাইরিকশিংগী শম্নরা মশক অমা মথাদা পীজরি। মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিং অমসুং চোইনা তাবা (ফোংখিবা)

ৱারেং শৈরেংশিং অসি নৈনবদা খুদোং চাননবা হায়দুনা মথাগী অসুম্না খায়দোক্লি—

১। শৈরেং ভাক্তগী ওইবা লাইরিক :

(ক) থাইনগী লৈরাং— ( ইং ১৯৩৩ )

২। শৈরেং অমসুং ৱারেং পুনবা লাইরিকশিং :

(ক) ছাত্রমচা ( ইং ১৯২৩ )—( শৈরেং ৯, ৱারেং ১৪ )

(খ) কান্নরা ৱা ( ইং ১৯২৪ )—( শৈরেং ১০, ৱারেং ২১ )

(গ) সাহিত্য অহানবা (ইং ১৯৩৬)—(শৈরেং ৫, ৱারেং ১৩)

"সাহিত্য অহানবা" হায়বা লাইরিক অসি শ্রীখাইরাকপম চাউবা অমসুং শ্রীহৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র অনিনা সম্পাদন তৌদুনা ফোঙবনি। অদুবু মতাং অসিদদি ( অহানশুবা তাঙ্কক্তা ) চাউবগী শৈরেং অমসুং ৱারেংখক্তমক লৌখৎলি।

৩। ৱারেং ভাক্তগী ওইবা লাইরিকশিং :

(ক) ৱাখল ( ইবা জুলাই, ১৯২৫, ফোংবা ১৯২৭ )

(খ) কিদম ( ইবা জুলাই, ১৯২৫, ফোংবা ১৯২৭ )

(গ) ৱাখলগী ইচেল ( ইবা ১৯৩০ )

৪। উপন্যাস :

(ক) লবঙ্গ-লতা—ইতিহাসিক উপন্যাস ( ইং ১৯৩৪ ফোংবা)

৫। তম্নবা লাইরিক ( ট্রান্সলেসন ) :

(ক) এলিমেন্টরি লেসন্স ইন ইংলিস ট্রান্সলেসন এণ্ড কম্পোজিসন, পার্ট ৱান— ( ইং ১৯৩৩ )

৬। অতৈ অতৈ :

(ক) থাগী, থাথায়গী, চেয়োলগী অমসুং মরক মরক্ত ফোঙবা চেফোঙশিংদা হাপখিবা শৈরেং ৱারেংশিং।

(ক) মিটিং নত্রগা ৱারেং শৈরেং পানবা থৌরমশিংদা পাথোকখিবা ৱারেং শৈরেংশিং।

৭। ফোঙখিদ্রবা লাইরিকশিং :

(ক) মথুরা বিরহ — ( খণ্ড কাব্য )

(খ) বীরেন্দ্র কুমারী ( ঐতিহাসিক উপন্যাস )

(গ) নব-মালিকা ( শৈরেং লাইরিক )

(ঘ) সায়োন ( ৱারেং )

(ঙ) "নোংপোকথংবা ভারত' — ( ৱারেং )

১। শৈরেং (ক) "থাইনগী লৈরাং" ( ইং ১৯৩৩ )

লাইরিক অসি শৈরেং ঙাক্তগী ওইবা পুন্না শৈরেং ২০ ( কুন ) য়াওবা শাক্তক চৌবা অইবগী অনাভা ঙাইরবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি অহানবা ওইনা ইং ১৯৩৩ দা ক্লাস নাইনদা তমনখি। মথংদা ইং ১৯৩৪ দা মেট্রিক পরীক্ষাগী মণিপুরী ভার্নেকুলরগী টেক্সবুক ওইনা তম্বা য়াহনখি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক্কী শৈরেংশিং অসি বি. এ., এম. এ. দা তম্মরে। লাইরিক অসি পচাউ চাউদে শুপ্নগী নো ৫৯ ( য়াংথৈমপল ) খক্তা পানখি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি য়াম্না ফজবা অমসুং রোমান্তিসিজমগী মশক ময়েক শেংনা য়াওবা শৈরেং খরনি য়াওরি। খুদম ওইনা "লোক্তাক মপান্দা" "তাম্না" অমসুং "লমগী চেক্লা অমদা" হায়রিবশিং অসি পনবা য়াই। অদুম্না য়াম্না ফজবা অমসুং থাক ৱাংলবা শৈরেংনা নম্না য়াওরবা শৈরেংগী লাইরিক "থাইনগী লৈরাং" ঙসি ফাওবা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা শাংলি। অইবগী ৱাহৈদা— "মলল মলল লৈন্নুংশি, থাইনগী লৈরাং অমনবা" হায়বদুগী অশেংবা খদমনি। পার পারগা নুংঙাইবা অমসুং নৈন নৈরগা মমল হেনগৎপা শৈরেংগী অপুনবা "থাইনগী লৈরাং" লাইরিক্নি।

২। শৈরেং অমসুং ৱারেং অপুনবা লাইরিকশিং অমসুং ৱারেং ঙাক্তগী ওইবা লাইরিকশিং হায়রিবা অনিশুবা অহুমশুবা তাঙ্কক্কী মতাংদদি মফম অসিদা শন্দোক্না নৈনজদ্রে। মরমদি তাঙ্কক অনিমক্তা ইরিবা লাইরিকশিং অসিদি থেসিস অসিগী তাঙ্কক অহুমশুবদা শন্দোক্না নৈনজরি। অদুম

ওইনমক "অনৌশুবা অসিদা লৈরিবা লাইরিকশিং অসিদা শৈরেং মথংশিংনা ৯ + ১০ + ৫ পুন্না শৈরেং ২৪ লৈহৌরি। হায়রিবা শৈরেংশিং অসিদি "থাইনগী শৈরেং" দা য়াওরিবা শৈরেংশুন্না থাক পংব্বাং ৱাংদে। অদুগা শৈরেং খরদি— অরাবা ঈশ, লমগী মেল্লো অমদা, মৈতৈ কবি অমদি হিংগী লৈরাং অমদা হায়রিবশিং অসিদা "থাইনগী লৈরাং" দা হুঞ্জিনা য়াওই।

৪। উপন্যাস : লবঙ্গ-লতা—

"লবঙ্গ-লতা" (১৯৩৪) অসি ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি। চাউবনা ৱারেং (নিবন্ধ) শৈরেং কয়ামরুম ইরমলবদুগী উপন্যাসনি অসিমখক্তনি। লাইরিক অসিগী ৱারীদি ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওই অদুগা পাত্র অমসুং থৌদোক খরথোক খরনা কল্পনিক ওই। খাগেন্না মতমগী ৱারী অদুনা কল্পনাগী ওইনা থৌদোক ৱাথোক্কা য়ানশিন্নদুনা শাগৎপা উপন্যাসকী ৱারীনিন্না অদুম ওইনমক ঐতিহাসিক উপন্যাস অমা ওইনা য়েংবদা পংনোপ নোপত্রা উপন্যাসনি হায়বা য়াই।

উপন্যাস অসি ইং ১৯৩৩ গী সেপটেম্বর থাদগী হৌনা "ললিত মনজুরী" (মাসিক মণিপুর) মায়কৈ খৎনবা চেকোংদা সেরিয়েল ওইনা ফোংখি। হায়রিবা লাইরিক অসি মণিপুর সরকারনা ইং ১৯৩৮ অদুৱাইদগী মেট্রিক্কী রেপিড রিডিং ওইনবা খনগৎখি। অদুম্না মণিপুরগী সাহিত্য পুক্কেদা মরু ওইনা মহৈ-মশিং তম্পশিংদা য়াম্না কাম্নরবা মতোক অমা ওইখি।

কনাগুম্বা ক্রিটিক্না খরনা "লবঙ্গ-লতা" হায়বা লাইরিক অসি বাঙ্গলা শাহিত্যগী মমি ফজনা তাই হায়নবা য়াওই। অদুবু লাইরিক অসিগী মপানথোং নত্রগা নুংগী ৱাখল পরিংদা হায়রেং মাল্লবা শরক থরা য়াওরবসু থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক অমসুং শাগৎলিবা মশিং-মুংতনগী ওইবা ৱাখল পরিং অসিদি মৈতৈগী অশেংবা মরমনি হায়রবসিনি। লবঙ্গ অমসুং লতাসনাগী থাম্মোয়দা ফাওনরিবা মুংশিবগী শকুম অমসুং

মপাবুং থাগেন্নগী মরক্তা নিংঙাই শান্দানখিবগী বারী এসি ফাওবা নৈতৈ নৈবক্তা ডাংনরি অমসুং শোয়রি।

উপন্যাস অসিদা মৈতৈলোন অরিবা, অমোবা, সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবা লোন কয়া শিজিন্নরি। অতুম ওইনমক মসিনা বারীগী ইচেলদা উপনবা পীবদি নৈতে। মসিগী মতুংদা থোইনহুম বখল শেমদোকপদা হায়রিবা লোনশিং অসিগী বাইনা হেন্না মপুংফানা যজহল্লি! মসিনা মরম ওইদুনা উপন্যাস অসি পাবদা অমদি তাবদা নুংঙাইবা অমসুং সাহিত্যগী মহাও থিংথিনা ফংবা ঙমী। হয়মা শন্না শ্রদা "লমঙ্গলাং" কয়বসি মণিপুরী সাহিত্যগী এনা অমত্রা চাউরবা সাহিত্যগী মহাও নিংথিনা পীবা ভুমলদা ঐতিহাসিক উপন্যাস হমনি।

৫। হেন্না লাইরিক (ট্রান্সলেসন) :

"এলমেণ্টারি লেসন্স ইন ইংলিস ট্রান্সলেসন এণ্ড কম্পোজিসন পার্ট বান" হায়রিবা লাইরিক অসি অচৌংশিংগী ইংরাজী তম্বনা হেন্না লাইনা অমদি খুৎলোইনা খোকননবা থন্দুনা ইথিলং অইবগী মখলসিদা মমতা চাউরবা অফোবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি মণিপুর সরকারনা টেক্সবুক ওইনবা ইং ১৯৩৬ কী নবেম্বর তা. ২২ দা নং ৭৫ (ফুম, বরামচা) দা কোপিরাইট ওইনা নৈথি। লাইরিক অসিদা মৈতৈলোনগী ইংরাজিগী অর্থ হনবা, ছাত্রনা ছুটি নিবা চিটি ইবা অমদি রচনা ইবগী মওংমতৌ তাকপা অসিনচিংবা পরা কয়া নিংথিনা যাওরে। লাইরিক অসি কা হেন্না চাউদবা শুংগী চেনা ১৪২ (নাঙা নিংনিথোই) দগী পাবদা লাইরিক্নি।

৬। অতৈ অতৈ :

"অতৈ অতৈ" হায়বা মতাং অসি নৈনবদা খুদোং চাননবীসক কাংলুপ অমি থোক্না থারদোকতুনা নমাদা নৈনজরি।

(ক) থাগী, থাখায়গী, চয়োলগী অমসুং মরক মরক্তা লোলগী চেফোংশিংদা হাপখিবা শৈরেং, বারেংশিং :

মথক্তা ইখ্রিবা লাইরিকশিং অসিদা নত্তনা খ্বাইরাকপম চাউবনা ৱারেং শৈরেং বয়া অমসু ইদুনা থাগী, থাখায়গী নত্রগা চয়োলগী ওইনা ফোঙবা চেফোংশিংদা মতম মতমগী ওইনা হাপলম্মী। মদুদি—"ললিত মনজুরী" অহানবা চেফোংদা "স্বরেন মঙ্গল কাব্য" হায়বা শৈংরেং অমা অমসুং মথংগী চেফোংদা "বাবুগী দশা" কৌবা শৈরেং অমা হাপখি। "জ্যোতি" চেফোংদা "খম্বা-থোইবীগী ৱারী অমসুং মহাকাব্য, "কবি অমসুং কাব্য" অমসুং "মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরা" হায়বা ৱারেংশিং অসিসু মথং মথং ওইনা হাপখি। "নহারোল" কৌবা চেফোংগী অহানবা পুজা মশিং অসিদা—"মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম" অমসুং "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা" দা—"মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাসকী মরমদা খরদং" হায়বা ৱারেংশিং অসি হাপখি। অসুম্না হৌজিক ফাওবদা থেথরক্লিবা পরিং অসিগী ৱাংমদা পারসনেল এসেগী মওংদা ইবা "রেলগী খোংচৎ" কৌবা ৱারেং অমসু লৈরি। ৱারেং অসিদা মহাক্না তীর্থ চৎপা খোংগৎ অমদা রেল গাড়ী মনুংদা হকথেংনখিবা অৱা নুংঙাইগী মরমদা ফজনা অমদি শন্দোক্না ই। অসুম্না মণিপুরগী ওইনা নৌনা ফোংলকপা চেফোংশিংদা লেপ্লা লৈতনা সাহিত্যগী খুদোম্জ তমলম্মী।

(খ) মিটিং নত্রগা ৱারেং-শৈরেং পানবা থৌরমশিংদা পাথোকখিবা ৱারেং অমসুং শৈরেংশিং :

মথক্তা পীখ্রিবা (ইখ্রিবা) ৱাফমশিং অসি নত্তবা চাউবনা মিটিং নত্রগা মৈতৈলোন্দা সাহিত্যগী পোৎথোক হেন্না থোকহন্নবগী পান্দমদা পাংথোকখিবা ৱারেং-শৈরেং পাবগী থৌরম কয়াদা পাখিবা ৱারেং-শৈরেংগী মতাংসু লৈরি। চাউবগা থৌবু নাওমু অখণ্ড-অহৈ ওজা খরদা চাউবগা মরমদা হংজরুবদা অসুম্না তাপীরকই— মদুদি মতম অদুদা লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহারোলশিং পুনসিন-পুনসিননা ৱারেং-শৈরেং ইবা অমসুং পুথোক্রবগী থরক অমা মফম হোংহোংদুনা হেক হেক

তৌরম্মী। মসিগুম্বা থৌরম অসিদা চাউবস্থ ইত্তৎ-হৎত্তনা শরুক য়াই। চুম্না শরুক য়াবদা নত্তনা খরা হেন্না হোৎনখিবা মীশক অমনি। অসিগুম্বা মীফম নত্রগা থৌরম অসিদা চাউবনা পাখিবা ৱারেং-শৈরেংশিং মশিং য়াম্না য়াগী। অদুবু লাইবক খিবদি মখোয়শিং অদু খরা ফোংখ্রবস্থ অতৈদি ফোঙ্খিদবা ঊাক্তনি। ফোংখিদবাশিং অদুদি খিবদা ফংজদ্রে। অদুবু মখোয়শিং অদুগী মধুংদা "দার্জিলিং বজেৎ" কৌবা ৱারেং অমগা "মহানিল ক খ্রেস" কৌবা শৈরেং অমগা অনি অসিগী মমিংদি "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ" কা অহানবা হৌদোকপা অতুৱাইদা পরিষদ অসিগী থৌপুবাশিংনা শিনন্নরুনা পংথোকখিবা চহী খুদিংগী ওইবা অধিবেশনশিংদা পাখি। মসিদি— "তাং ৩০।৩।৩৬ ইংদা পরিষদ অসিগী অহানবা অধিবেশনদা ৱারেং-শৈরেং পাখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহগী 'দার্জিলিং বজেৎ' কৌবা প্রবন্ধ অমা পাখ।৮৯ অতোপ্পা অমনা—" তাং ২৫।১২।৩৬ ইংদস্থ চাউবা সিংহনা তোঙান তোঙানবা খবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াখি। লোয়ননা সাহিত্য চাউখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী।

৭। ফোংখিদ্রবা লাইরিকশিং :

চাউবগী ওইনা ফোংখ্রবা লাইরিকশিং অমদি চেফোংদা হাপখিবা ৱারেং শৈরেংশিং অসি নত্তনা ফোংখিদ্রবা লাইরিকশিং খরস্থ লৈরি। অদুবু লাইবক খিবদি হায়রবা লাইরিক অসিদি উবা ফংদ্রে। অদুবু এলাংবম দীনমণিনা ইবা "খ্বাইরাকপম চাউবা" হায়বা লাইরিক অসিদা ফোংদ্রিবা লাইরিক অহমখক্কী মরমদা অস্থুম্না হাবরি— মস্থাদ—

(ক) নব মালিকা :

" ফোংদ্রবা কবিসিগী লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি। লাইরিক অসি নপুং ফানা খুৎই ওইনা ফংদ্রে। "নব মালিকা" হায়বা মমিং অসি ইবা সামায় অমগা কবিতা মচা মচা ইবা চোইজাইনরবা চেনা মঙা-তরুককা ফংই। ফংলিবা চে মাৎেং-মাৎেংশিং অসিদা তেনতক-তেনতক তৌবা

শৈরেং মচা-মচা খরা য়াওই। কবিনা থাইনগী লৈরাংগুম্বা শৈরেংগী লাইরিক মচা অমসু পুথোক্কে তৌরম্বা মাল্লি।"

(খ) বীরেন্দ্র কুমারী :

"ফোঙখিদ্রবা উপন্যাসনি। মপুঙ ফানা ইরম্বা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। খুৎইদা মমিং থাবা লামায়গী শেগায়রবা লৈনা খরগী উবা ফংহৌবা নত্তনা অতৌদি উবা ফংহৌদরে। মপুম ওইনা উংহৌবা পন্ডিতশিংনা হায়বিবনু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী সনা হান্তকপা থোকখিবা থৌদোক খরদা ইবা ৱারীনি হায়রি।"

(গ) মথুরা বিরহ :

"ফোঙদ্রবা লাইরিক্নি। খুৎই ওইনা নোংজাইনখ্রবা লাইরিক শংগী মনুংদা অমনি। কাব্যগী খুৎইদা ইবা লাইরিক্নি। কৃষ্ণনা মথুরাদা কংসগী ধনুযজ্ঞ য়াওবা লেঙখিবা গোপিশিংনা কায়না মৈশা লাংহৌবা, শ্রীমতী রাধিকানা থাইনা মৈশা থাঙহৌবা, খাঙবদা ওমলক্তুনা লৈমাইথকা হিকথদুনা তাহৌবা অসিনচিংবশিংসি শাংথাবা কাব্যনি। ব্রজভূমিগী বর্ণন খরা য়াওবা চেনা অমলৈ থৌ কয়াগী মমাংদা উখি। হাংদ্রবদা খঙ কাবা ওইরম্বা য়াই।"[৯০]

মথক্তা পীখিবা ফোংখিদ্রবা লাইরিক অসুম অসি লৌরবা অতুগা শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহনা মহাক্কী "খ্বাইরাকপম চাউবা" কৌবা চাউবগী মরমদা নৈনদুনা ইবা লাইরিকতুসু পললমদ্রবা— "সায়োন" অমসুং "নোংপোকথংবা ভারত" কৌবা লাইরিক অনিখক্কা মমিং য়াওবা অসাম সরকারনা আই. এ. অমসুং বি. এ. দা মৈতৈলোন ওসমকা লৌথৎপগী ৱারোল য়াওবা চিঠি অমা মণিপুর সরকারদা ইরকপদা থোংলে। হায়রিবা চিঠি অদুগী ৱারোল (টেক্স) অদু মথাদা পীজরি—

Govt. of Assam
Office of the Director of Public Instruction
Assam

From

J. R. Cunningham., Esq. CIE/MA
Director of Public Instruction, Assam

To,

The Political Agent in Manipur

Shillong—Dated 1st June, 1928

Sir,

I have the honour to state that a copy of letter No. 5621 dated 2nd March 1928 to the registrar of C. U. in regard to the recognition of Manipuri as subject of Examination for intermediate and B. A. Examination has been awarded to me for my opinion and to request that you will be so good as to furnished me a list of printed books in Manipuri at present available for purchase other than books which are used as school text books. It would be convenient if this information were furnished in tabular form thus :

List of Books

1. Essay—R.K. Atompishak Singh ( B. A. ) Subject—Problems of life here, happiness, aspiration life after here suitable for I. A. & B.A.
2. Arthurna Thupkhiba—do—(Prose)— Prose Translation of Tennyson's Passing Arthur

3. Thainagi Manipur—Yumjao Singh ( Prose ) -do- A series of essays on the finding of a research on the ancient history of Manipur.

4. Awakhamntakpa do (Prose) – a narative of 7 years devastation

5. Meitei Lonchat do (Prose)—quotation and extracts from Mss and text of stone and copper inscription of various ages with an account of the language and character of the inscription in the earliest coin of Manipur available.

6. Wakhalgi Echen— Kh. Chaoba Singh

7. Nongpokthangba Bharat – Kh. Chaoba Prose) —An account of the Eastern India with reference to Purana or Itihas or History.

8. Sayon— Kh. Chaoba Singh ( Prose ) —Ancient stories depicting lines of great of ancient Manipur with criticism of characters of Legendary personages such as

| | |
|---|---|
| | Khamba Thoibi and Khuyon Haoba. |
| 9. Sakuntala— | Dwijamani Dev Sarma (BA) ( Prose ) —Manipuri version of Kalidas— Abhigyan Sakuntala. |
| 10. Basanta Seireng— | A. Tombi Singh ( Verse ). |
| 11. Manipur Darpanan— | Manipur Bidhodh Jananee Seva (A Research Committee of Manipuri) (Prose)— An attempt to prove that the present Manipur State is the Manipur of Mahabharath. This book is only opening chapter of historical book to be. |
| 12. Meitei Seireng— | Moirangthem Chandra Singh ( Verse ) |
| 13. Garib-Niwas— | Moirangthem Chandra Singh ( Prose ) |

N. B. All the books are not yet printed.

True Copy—R. K. Sanatomba Singh. ৯১

মথক্কী টেক্স অসিদসুময়েক শেংনা য়াওরি— মতুংদি "সায়োন" কৌবা লাইরিক নিবন্ধগী খুৎইদা ইবনি। মসিগী মরুওইবা পান্দমদি লমদম অসিগী থাইন্দগী লৈরক্লবা অকল অথৌশিংগী ৱারী মরু ওইনা মোইরাংগী

সায়োন কয়াদা য়াওরিবা হাওবা কোম্নু অমসুং থপা থোইবীনাংবগী ৱারীশিংগী মরমদি ইবনি।

অদুম্না "নোংপোকথংবা ভারত" হায়বা অসিসু ৱারেং ( নিবন্ধ ) গী মওংদা ইবা লাইরিক অমনি। মসিদা পুরান অমসুং ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইরগা নোংপোকথংবা ভারতকী মরমদা নৈনবগী মওং ওইনা পল্লি।

চাউবনা মথক্তা হায়রিবা লাইরিক অনিসিগা লোয়ননা "ৱাখলগী ঈচেল" সু থাগৎলম্মী। অদুম্না মণিপুর সরকারগী খুৎথাংদা চাউবনা থাগৎখিবা লাইরিক অহুম অসিগী মনুংদা অহানবগী "ৱাখলগী ঈচেল" হায়বা লাইরিক ( মখোয়গী সেরিয়েলগী মতুং ইন্না ) অসিমক অসাম সরকারনা লৌখৎখি। অদুগা লৌখৎলবা লাইরিক অনি "সায়োন" অমসুং "নোংপোকথংবা ভারত" না ফোংখিবদগী চহি মখায় উফংলে। অদুগা সরকারনা লৌখৎতুনা ফোংখিবা লাইরিক "ৱাখলগী ঈচেল" অসিনা সাহিত্যগী লল ওইনা লৈরি। মসি সাহিত্যদু পারিবা, নৈনরিবা অমসুং জাতি অমগী ওইনা লাইবক থিবগী মশাক্নি।

চাউবনা মহাক্কী সাহিত্যগী পুথি ( ৱাফম অসি মথক্কী লমায়দা ইজখ্রে ) অসিদা পুন্না লাইরিক ১৪ ( তরামনি ) ইরম্মী। মসিগী মনুংদা ৯ ( মাপল ) না ফোংদোকতুনা সাহিত্যগী লৈকোলদা মফম ফন্না শংলি। অদুগা ৫ ( মঙা ) অমনা সাহিত্যগী লৈকোলদা য়োকখৎপীনবা লৈখিদবনা শাৎপা ফংদনা মতমগী ঈরাংদা তিনখ্রে। মরম অসিনা শুপগী মমিং তারগা, শোল্লগা পেনথোকপা/পেঙ্খবা নত্তনা অচৌবা উপাইঅমা লৈতে।

চাউবনা মহাক্কী সাহিত্যগী খোংচৎ অসিগী মনুংদা সাহিত্যগী মচম ওইনা পুথোকপীরম্মা সাহিত্যগী নাচোমশিং ( তোঙান তোঙানবা সাহিত্য বিধাশিংগী লাইরিকশিং ) অসি নত্তবা মতম মতমগা চান্নবা ৱারেং শৈরেং কয়া অমসুং ইরম্মী। ( ৱাফম অসিসু মথক্কী লমায়দা থরাংমখৈ ইজখ্রে )।

তৌবদা অমসুং থবক-ইনথাং শুবদা ওইরবসু মোং হাদবা, চীংলেম্বা অমসুং য়াম্না তপ্পা ইংনা ৱাখল তৌরগা ঙাংবা নত্রগা ওজা অমা ওইনা ক্লাস লৌবদা নত্রগা মিটিংনচিংবদা ৱা ঙাংবা মতমদা য়াম্না ফজ ফজরবা চীংলেম্বা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্লা ই অমসুং শিজিন্নে। মরক মরক্লা ফাগী তৌহুনা নোকহনবা অমসুং ইরিবা নত্রগা ঙাংলিবা হীরম অতুবু খংহন্নবসু থেংনৈ। মহাক্না ইবা মতমদা করম্বা লোল শিজিন্নবগে হায়বতুদি মহাক্কী অইবশিং অসি নৈনরগা খঙবা ঙম্মী। অতুগা ওজা অমা ওইনা নত্রগা মিটিংনচিংবা মী মরক্তা ৱা ঙাংবগী মতাংদদি তাহৌবা মীশিংনা হায়বদগী খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী ৱাঙাং তাহৌবা মীশিংনা হায়— য়াম্না চয়া ফজবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ঙাক্লা ঙাং-শকই। ছাত্রশিং নত্রগা অতাবা মীশিংবু তাক্লিংবা নত্রগা ঙাংলিবা হীরমতুগা মরী লৈনবা ৱারী নত্রগা পাউখোং নত্রগা পানথৈ তৌহনা তারিবা মীশিংবু নোকহল্লি, মানা ঙাংলিবা হীরমতুদা মীয়াম নত্রগা ছাত্রগী পুক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনৈ হায়না। অসুম্না মহাক্না শম্নহৌবা ওজা, ছাত্র অমদি মরুপ মপাংশিংনা চাউবগী নোল্লুকপা অমসুং ৱাঙাং হুংশিনবা অতুদি এখোয়না কৈদৌঙৈদা কাওবা ঙমদে হায়না অনুক্নসু হায়। ৱাফম অসি অচুম্বা শোয়দনা ওইগনি হায়নসি মহাক্কী খুৎইশিং অসি নৈনরকপা মতমদসু মসিগী মতিক চাবা প্রমান কয়া ফংই।

চাউবা ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা হোৎনবা ঐনবা, লাইব্রিক থৱায় য়াওবা মী অমা ওইরকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুলগী লাইব্রিক্তা নত্তনা অতোপ অতোপ্পা লাইব্রিক কয়া পাখিবগী খুদমসু মহাক্কী অইবশিংদা মরাং কায়না ফংই। মহাক্না খ্বায়দগী হেন্না থৱায় য়াওনা পাখিবা লোল অমসুং সাহিত্যদি সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজিনি। হায়রিবা লোল অসুম অসিদা মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা স্কুলগী তম্নবা লাইব্রিকশিং পাবগা লোয়নন। কবি অমসুং সাহিত্যকার কয়াগী সাহিত্যসু পাখি। মসিনা মরম ওইদুনা নহা ওইরিঙৈদগী মহাক্কী থম্মোয়দা সাহিত্য ইনিংবগা অমসুং পানিংবগী ঈখিল ফাওরকখি। অদুনা মহাক্না ইবা সাহিত্য

খুদিংমক্তা হায়রিবা লোল অহুম অসিগী মমি চাউনা তাই। মহাক্কা লোল অহুম অসিগী সাহিত্য অমসুং লোল নিংথিনা নৈনরুবদগী ফংলকপা ফজরবা ৱাখল, ফজরবা ৱাহৈ, ফজরবা পাউরৌ কুয়া মৈতৈলোনগা চান্নবা য়েংহুনা হাপলম্মী। মথক্কী লোল অহুম অসিগী অচৌ-অচৌবা কবি অমসুং সাহিত্যকারশিংগী খুৎহৃৎ লোন অমসুং ফোংদোকপনাইবা উরুবদগী মহাক্কী থৃৎহাঁশিংদসু খুৎহ অমসুং লোনগী মফোংদোক য়াম্না চেকশিন্না, ফজবা মতাংগা চান্নবা ৱাহৈ থন্দুনা ফোংদোক্লবা হেৎনৈ। মসিগীসু মথক্তা মহাক মৈতৈরোন আরবা অমসুং অনৌববু ফজনা খঙবা (হৈবা) গী অমসু ওই।

মরম অসিনা মহাক্কা করিগুম্বা মতাং অমা হায়নিংবা নত্রগা ইনিংবা মতমদা লোল মরী অসিগী মনুংদগী অপাম্বা ফজবা অমসুং মতাংগা চান্নবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ পরেং থল্লগা ফোংদোক্লবা হোৎনৈ। মসি মহাক্কী লোন্দা হৈথশিংবা (কমান্দ লৈবা) গী খুদমনি। অশেংনা হায়রবদা মহাক্কা ৱারেং ইরাম্বা মৈতৈরোন্দা ইবা। ওইরগসু সংসকৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি ৱাহৈ নত্রগা মহুগী আহাংদয়া (ৱাখল্লোন) য়াওদবা ৱারেং অমত্তা য়াওদে হায়রবদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই হায়নিংই। ৱারেং খুদিনক হায়রিবা লোল মরী অসিগী মনুংদগী ফজবা ৱাখল, ফজবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ পরেং নত্রগা প্রমান পানথে লৌখৎলগা ফোংদোকনবা হোৎনবা ঙাক্তনি। চুম্না ফোংদোক্লবা হেৎনবদা নত্তে— মতাং চাবা য়েংহুনা খুদম কয়াসু পীনবা হোৎনৈ। অদুবু মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি মহাক্না অতোপ্পা লোন্দগী ৱাখল, ৱাহৈ পরেং কয়া লৌহুনা ইবা ৱারেংশিং ওইরগসু মৈতৈ লোনগা চাননবা মৈতৈলোনগী লোনচৎ (নেচর) চাননবা য়েংহুনা য়াম্না লাইনা ফোংদোক্লবা হোৎনৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী ৱারেং অমসুং শৈরেংশিং অসি পাবদা নুংঙাইবা, খঙবদা লাইবা অমসুং মৈতৈলোনগা চান্নবা ঙাক্লা ওই। খুদম ওইনা— "কবি হায়বসি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি।"৯১

অসুম্না অতোপ্পা লোন্দগী লৌবা ৱাখল্লোন ওইরগসু মৈতৈলোনগী ওইবা মশক্তা ফোংদোকই।

চাউবগী লোন চম্না মতৌং লৈনা ফজে — হায়নিংবা ৱা, লুংগী ৱাখল কয়া অচম্বা ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেংদা ফোংদোকপা উমী। করিগুম্বা ৱাফম অমা নত্রগা খুদম অমা পীবা মতমদা ৱাহৈ পরেং অশাংবা ময়াই ওইরপ শাংবা অমসুং য়াম্না তেনবা ৱাহৈ পরেংগী মশক হৌংহনা উবা ফংই। মসিনা খংহন্নিংলিবা হীরম নত্রগা ফোংদোক্লিংলিব ৱাখল অদু ফোংদোকপদা লাইনা থোকই। ৱাহৈ পরেং অয়াম্বা অদোম্বা ৱাহৈ পরেংদা হকথেংননা (কাইপার্নিনদা) ফোংদোকপগী মওংদা লৈবগা ওইনা চৎই। খুদম ওইনা, "ঐখোয়গী ঈরোল হুংশিরবা, পাম্মুববা ইমারোল, মৈতৈলোন অসিগী অয়াংপদি লৈরাং ইংখনলৈগী পশম পৃথ্বী"ডং "ৱাখলগী ঈচেন" ঙী ৱারেং অয়াম্বদা "ঐখোয় মৈতৈ", ঐখোয় মীওইবা, ঐখোয় নোংপোকথংবা লাগা, অসিনচিংগা ৱাহৈ কিজিন্নরুবা হকথেংননা পাউদম্বগী মওংদা ফোংদোক্লগী। অদুগা করি করিগুম্বা মতমদসু পাউদম্বা অমা ওইনা (সোরেন্দ্র পানন্দা) ইবস্য়াওই — মতুংদা, "... মীওইবা হায়বা অসি শোল্লবা জাবনি। মতাক্কীদ অদোম্বা মরা পান্দে, অয়াংবা মখোং লৈতে, মীওইবগী লুংগেতংদদস মতিক চাবা পাঙ্গল লৈতে। লৌশিংজনা হিংজুন, পাম্বগা লানফম অসিদা, মতাক্কী পাইপেনি" ২৪ অসুম্না চাউবনা মতাংগী চানগদবা মওংদা ৱাহৈ পরেংগী মশক শেমজুনা ফোংদোকই। মতাং চাবা য়েংজুনা অলঙ্কার, রস তেনবা ৱাহৈ কয়া অমগা লোয়ননা প্রমান পানথৈ কয়াসু শিজিন্নৈ। মসিগী লোয়ননা মৈতৈগী পাউখোং—পাওরো হায়নবীনাংবা (চৎনবী) কয়াসু মওংগা চানা চানা হাপ্পী। অসুম্না চাউবনা লোলগী মওংদা য়াম্না হংশিনা অমাদ চেকশিন্না ৱারেং অমসুং হীরনগী তান্নবা য়েংজুনা শিজিন্নৈ

চাউবনা লোল শিজিন্নবগী মতাংদা মগম্তা ইখিবা হায়বদি লোলম হৈ, লোল ফজনা শিজিন্নৈ, মতাং চানা ফোংদোক্লিংবা কা মরীক চুং

ফোঙদোকপা ঙম্মী হায়বনচিংবা কয়া ইক্কখ্রে। অদুম ওইনমক মৈতৈলোনগী ওইবা ব্বারেং নত্রগা শৈরেং ইরকপা মতমদা অতোপ্পা লোলগী খুদম পীশিনবা নত্রগা অতোপ্পা লোলগী ব্বাহৈ, ব্রহৈ পরেংনচিংবা য়াওনা ইরকপদগী পাবদা নুংঙাইতবা, পনবা, ব্বাহৈগী অর্থ খঙবা যুমদবা নত্রগা মতাংগা চান্নদবা কয়া অমস্থ লৈতবা অমসুং থোকদবদি নত্তে। মসি তাইবগী থরা কোমথোপা মতাংদা ইখিবা (শিজিন্নখিবা) মতা ওইবসু য়াই। মরম অসিনা শুদ্ধ হায়রবদা মতাংদা ইরম্বা খুদিংমক্তা ব্বাহৈ অমসুং অর্থগী দোষ শুংলৈ লৈতে হায়বদি য়াদে। অদুবু মতাংদা মীশিং হায়না খনদোক্লগা মহাক্কী অশোইবা নত্রগা অরাংথপাশং অসি করিদু খন্দবদি য়াই। পাক্রবা ঈপাক অমদা অনৌবা ঈশ্বর লানি অমনা ঈশিং পুন্নমক লৈহনবা ওমদবগুম অসিগুম্বা অশোইবদা মচা অসিনা চাউবগী লোল শিজিন্নবা হৈবা থোৎপা, মোংবা অমদি লৈতেংবা পুন্নমক অসিমু মাঙহনবা ঙমদে। মসিগী মতাংদা মীনাকেন্ননা শাংথাবী— "...মহাক্কিনু ফজরবা থাশিদদি মায়হিংনা লৈতেংতুনা ওইনা থোক্লে" হৈ অসিমক মতিক চাবা প্রমান ওইরি। অদুনা চাউবগী লোল মণিপুরী সাহিত্যকার পুন্নমক্কী ওমজনফমনি হায়বদা লাংলোইদা য়াইদ্রে। মসু ফজনা, হেনহেক লাউবা, অর্থ পীবা ঙম্বা, মতাংগা চান্নবা ব্বাহৈ খংবা হৈবা হায়দুনা অরায়বা থবক নত্তে হায়রিবা ঙনশিং অসি চাউবনা শুংলৈ লৈ। মরম অসিনা অমুক্কসু হায়জনিংই চাউবা মরু ওইনা ব্বারেগী লমদম লেংনা নিংথিনা শিজিন্নদুনা মতিক চাবা ব্বাখল কোংদোকপা চুপ সাহিত্যকার অমনি।

হীরম— চাউবনা ইরম্বা হীরমশিংগী মথাংদা মনম মখমদা ব্বাফম অনিথক ময়ামগী মাঙদা চোংথোরকই। অহানবা— অহানবদা মতাংদা সাহিত্যগী করা। হীরম হায়বদি বিধাশিংদা খুৎথারবগী তোঙান তমা, অনিশুবদা— সাহিত্য বিধা অমথকতদা নত্রগা তোঙান তোঙানবা বিধাশিংদা ওইরবসু করম করম্বা হীরমদা হায়বদি থিম লোমথংগা

ইরম্বগে হায়বা অসিমগা। মতাং অসিদা ৱাফম তাসিমক চাউবগী ওইনা চপ মান্নবা মরু ওই। চাউবা কবিনি, সাহিত্যকারনি লোয়নননা সমাজ সেবক অমসুনি। মসিগী মতাংদা মীনকেতনসু অসুম্না শীংথাই—"ৱাখল পোকপা ৱারেং মচা মচা কয়া মহাক্না ওন্মী। মুংশিবা হাপ্পা শৈরেং মচা মচা কয়া পুথোকতুনা শৈরেং মচা থাংবশিংদসু মহাক অতুম য়াওই। অসিদসু নত্তুনা, মুংঙাইবা পীবা ৱারী হাপতুনা ৱারী খায়বশিংদসু মহাক অতুম ময়াওই।"৯৬ অসুম্না কবি ওইবগী ৱাখল ঈথিল লাকপা মতমদা শৈরেং ইরম্বগুম, করিগুম্বা হীরম অমগী মরমদা তাকনিংবা, তমনিংবা, খঙহন্নিংবা লৈরবদি সাহিত্যকার অমা ওইনা মরু ওইনা নিবন্ধকার অমা ওইবগী হৌননা হীরমতুদা হেন্না মমুৎ তানা খঙবা অমসুং খনথবা ওন্মী। মরম অসিনা মহাক্না ঙাংবদা মরীক চুম্বা অমসুং তাবা মুংঙাইবা অসি শৈরেং পাবা নত্রগা তাবদা মুংঙাইবগুম তৌরম্মী। মসিগা লোয়ন লোয়নননা সমাজ সেবা অমা ওইনা সমাজ অসিদা লৈরিবা জীব পুন্নমক্কী মরমদা হেন্না উশিনবা, মথোয়গী অৱা-অনাদা শরুক য়াবা অমসুং মথোয়গী মফমদা মীনুং শ উৎপা অসিনচিংবা কয়া অমসু মথৌদাং ওইনা লৌরম্মী। মরম অসিনা মহাক্না মহাক্কী পানজনা খুৎ থারিবা সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা বিধ্যশিংদা মী ওইবা অমসুং মসিগা মরী লৈনরিবা সমাজ অসিদা লৈরিবা জীবশিং অমদি লেংলি পাল্লিবা প্রকৃতিগী মশক কয়াবু শৈরেং অমসুং ৱারেংগী মওংদা ফোংদোকনবা হোৎনরকই। অতুনা মতাং অসিদা শিজিন্নরিবা হীরম" হায়বা ৱাহৈ অসি তোঙান তোঙানবা অর্থদা লৌরগা মতাং অনিথক্তা শন্দোক্না নৈনজরি। মথক্তসু হায়জখ্রে, মতুদি অহানবা অর্থদনা সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা বিধাশিংগী অর্থদনি অতুগা অনিশুবা অর্থদনা বিধাশিংগী তোঙান তোঙানবা হীরম (থিম) গী মতাংদনি। ৱাফম অনি অসি মথংশিংনা চৎথিবা লামায় অমসুং লাক্কদবা লামায় থরদা নৈনজরী।

**অতৈাপ্পা সাহিত্যগী মমি :**

চাউবগী খুৎইশিংদা অতোপ্পা সাহিত্যগী মমি ময়েক শেংনা তাই

হায়বসি অয়াম্বনা য়ানরবা ৱাফমনি। মতাং অসিদা অতোপ্পা সাহিত্য হায়রগা ময়াম্না লৌনরিবসি মরু ওইনা সংসকৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি অসিনি। হায়রিবা লোলশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা লোল অমসুং সাহিত্য কয়া চাউবনা পারম্বসু য়াই। অদুবু মপুং ওইনা মহাক্কী পুন্সিদা হকথেংননা ঈথিল (প্রভাব) নিংথিনা পীখিবা লোল অমসুং সাহিত্যদি অহানবদা হায়জখিবা লোল অহুম অসিতনি। মরম অসিনা তাঙ্কক অসিদা হায়রিবা লোল অহুম অসিগী প্রভাব চাউবগী খুৎইশিংদা মরু ওইবা নিবন্ধশিংদা কয়া য়াম্না তাবগে হায়বদু মখাদা শন্নগা নৈনজরি। নৈনবা মতমদদি চাউবগী মফমদা খরা হেন্না তাখিবা সাহিত্যগী মমি মতুংইন্না বাঙ্গলা, ইংরাজি, সংসকৃত হায়না থমজরি।

মথক্কী মতাং কয়াদা হায়জখ্রে, মতুদি চাউবগী পুন্সিং, ৱাখল হায়বদি মহাক্কী শিংলি-নাওরি পুম্নমক্তা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম, বাঙ্গলা লোল অমসুং সাহিত্যগী মমি তায় হায়না। মহাক্কী ৱাখলদা মহাক মথন্তু নত্তে মতমদুগী সমাজদা ধর্ম হায়রগা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মবু ওইনা লৌনবা অদুম্না লোল অমসুং সাহিত্য হায়রগা বাঙ্গলাগী ওইনা থম্লখি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা পোকলকপা চাউরকপা চাউবনা য়েংলকপা মায়কৈ খুদংদা "ব" তাক্না ওইনা উখি। মসিদগী খরা হকথনা খন্থরুরগা সংসকৃত সাহিত্যগী অশেংবা মনম তাবা ফংবগুম খরা লাপলপ্পা পাক-চাউনা য়েংলকপদনা ইংরাজী সাহিত্যগী মশক উবা ফংই। মসিনা মরম ওইদুনা চাউবনা মৈতৈ লৈমগী মচা অমা ওইনা হায়রিবা লোল অহুম অসিগী পাক্রবা সাহিত্যগী লৈকোন্দা চংদুনা পামজবা লৈরাং থিবা হৌরকখি।

চাউবা মতম অদুগী হোৎনবা কনবা ছাত্র অমসুং অইবনি। ছাত্র অমা ওইনা মহাক্না মহাক্কী ক্লাসকী পাফম থোকপা লাইরিক পাবা অমদি তৌফন থোকপা হুংতিগী থবক খরা অসিত নত্তনা মথক্তা হায়জখ্রিবা লোল অহুম অসিগী লাইরিক কয়াম্ব পারম্মী। ছাত্র ওইনা ওইনা বিশ্ব

কৱি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী সাহিত্যবু মপুং ফানা পাখিবগা লোয়ননা কালি প্রসন্ন ঘোষকী, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদীনচিংবা সাহিত্য মপুং তানা পাখি অমসুং নৈনখি। মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওখিবা সাহিত্য রসকী খোৱাংবা কোক্লবা কন্না হোৎনরকই। তৌরিঙুসুং মসিমক সাহিত্য খরা পারগা কোকপা ঙমখিদে হেন্না হেন্না খোৱাংবা পোল্লকই। অদুনা চাউরনা তুমগনি, চাগনি হায়বা ফাওবা কাওথোকতুনা সাহিত্যগী জগৎতা চাওখি। মহাক্না পাক্লবদা ফংলকপা জ্ঞাননা মরু ওইনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী ঈথিল ওইনা ফাওরকপা কয়া মৈতৈলোন্দা ইথোকখি। অসুম্না মহাক্না হৌরকপা সাহিত্যগী পোৎথোকশিং অদুনা মতমতুগী মণিপুরী সমাজ অমদি মণিপুর সরকারগী ঙৱাৎপা কয়া মেনখৎপা ঙমখি। মতাং অসিদা পননবা য়াই, মতুদি চাউবনা ইথিবশিং অসি মশাগী অকক্লবা পান্দম হায়গী মখাদা ইবরা নত্রগা চুম্না পুক্নিংগী ঈথিলনা ইবরা হায়বনি। অদুবু অমে খনবদা ৱাখল অনিমক মহাক্কী খুৎইশিংদা উবা ফংই। মহাক্না বাঙ্গলা সাহিত্যগী মতৌ ওনা মণিপুরী সাহিত্যদসু শেমগৎনিংলম্মী। লোয়ননা মতমাসিগী টেক্সবুককা অৱাৎপশিং অদুসু মেনখৎপা পামখি।

মথক্তসু হায়জখ্রে, মতুদি, চাউবগী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভম অসি বাঙ্গলা লোল, সাহিত্য অমসুং ধর্মনা মপুং ওই হায়না। মসিগী মরক অসিদা চাউরকপা চাউবসু য়াম্না লমকেৎ নাম্দহেনবা মী অমা ওইখিদে। মপা-মমা, অহল-লমন, লাই-গুরুগী য়াথং তাক্লা লেপা, নোমুবপা মীশক অমা ওইখি। মহাক্কী ৱাখলদা অনৌবা হেংদোকপবুদি হান্নগী লৈরম্বা নত্রগা লৈতবদা নৈনবা শেমগৎপনা হেন্না ফৈ হায়না খনবা মাতা অমনি। মরম অসিনা মহাক্না মপা-মপু হাক্তক্তগী লেনরকপা ধর্ম অমসুং লাইনিং লাইশোন অসিগী পরিংদা অসুম চৎথখি। চাউবগী খুৎইদা মরু ওইনা বাঙ্গলা সাহিত্যগী মখি তাবা অসিদি অমুক নৌহৌনা হায়রবসু চাউবা মশামক্না মহাক্কী লাইরিক, ফিদম, ৱাখল, ৱাখলগী ঈপেনশিংবগী ৱাহৌ-দোক্লা অসুম্না ইরি—"মণি (লাইরিক) লেবদা বাঙ্গলাদেশকী মনিং

চৎলবা কবি কালিপ্রসন্ন, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদী অসিনচিংবা কবিশিংগী মতৌ অয়াম্বা ঐনা ফিদম ওইনা লৌজরি।" মসিদগী খরা শাংদোক্লা "ফিদম" গী ৱাহৌদোক্লা—"লাইরিক অসি লেংবদা বঙ্গেশকী মমিং চৎলবা কবি" কালী প্রসন্ন ঘোষগী প্রভতচিন্তা, নিশীথচিন্তা, নিভৃতচিন্তা, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদীগী— প্রকৃতি, কর্ম্মকথা জিজ্ঞাসা বঙ্কিম বাবুগী বিজ্ঞান রহস্য লোকচরিত, শ্রীযুক্ত রবীন্দ্রনাথ বাবুগী স্বদেশ -- নাইরেং ৱাখল অয়াম্বা পুজরি অচুনা মতিক মগুন লৈরবা কবিশিং অসিদা পুক্নিং শোনা তৌবিমল খংবা উক্তরি" হায়না ইরি। অসুম্বা চাউবগী ৱারেং পারেং নর অসিদগী মহাক্কী খুৎইশিংদা বাঙ্গলা সাহিত্যগী অচৌবা মমি ভাই হায়বসি খঙবা উম্মী। মতাং অসিদা খুদম ওইনা "ফিদম"দা য়াওরিবা "মণিপুরা ইতিহাস", "শিদবদি নিংচত্ননি", "লৈবাক্কী কথা" হায়বা শৈরেং অহুম অসি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "স্বদেশ" কৌবা লাইরিকতা য়াওরিবা "ভারতীয়" "ইতিহাস" "দেশীয় রাজ্য" অমসুং কালিপ্রসন্ন ঘোষকী নিভৃতচিন্তাদ য়াওরিবা "ঐহিক অমঙা" হায়বা অসিদা ৱাখল, মীৎয়েংদা য়াম্না মান্নে। অসুম্না চাউবগী অয়াম্বা ৱারেংশিংদা হকথোননা নত্রগা হায়রকেৎ মান্নবা মশক য়াম্না রাওই। মশেন্না হায়রবদা চাউবগী ৱারেংশিংগী মাই, মীৎয়েং অমসুং মখেৎ চদেননা বাঙ্গলা সাহিত্যগী অচৌবা মমি তাই। মহাক্কী "ৱাখলগী ঈশেংদা য়াওরিবা 'কুপি' অমসুং 'ঈশ্বর ভক্তি' হায়বা ৱারে অনি অসিমু কালিপ্রসন্ন ঘোষকী 'প্রভাতচিন্তা' (১৮১৭) হায়বা বাঙ্গলাগী স্কুলশিংদা টেক্সবুক ওইনা শিজিন্নখিবা লাইরিক অসিদা য়াওবা "নিরব কবি" অমসুং "ঈশ্বরে ভক্তি" হায়বা ৱারে অনি অসিগা য়াম্না মান্নে। চুমভা ৱাখল, মীৎয়েংদা মান্নবা নমনা ৱারেংগী মিংথোলশিং অমদি মনুংগী ওইবা মতাং কয়াদা ৱাখল মান্নবা, খুদোংদোক মান্নবা য়াওরকই। অদুবু কবি কবিগুপ্তা মতামদা ৱাখল, মীৎয়েং মান্নদনা নত্তনা অর্থ "হন্দোকপা হায়নবা অদুগুম্বা মতাংদু য়াওরকই। মদুগী মান্নবা মতেক খরা মখাদা থমজরি।

মীওইবগী মফমদা ঈশ্বর ভক্তিগী মশক তাকপা মতাংদা ঘোষনা অমুম্মা হায়—"ঘরের কোন এক স্থলে একটি গোপাল ফুল লুবকায়িত রহিয়াছে। যহারা সেই ঘরে অবসিথত, তাহারা ফুলটি সকে দেরেনা, অথচ উহার সুরভি ঘ্রানে একটুকু আমোদ ও একটুকু সুখ অনুভব করে। অনেক নিদাঘ সুনধ্যায় নদীর তটে উপবিষ্ট হইয়া মৃদুবাহি মলয়সমীর—সেবনে শীতল হয়। সমীর এত মৃদু বহিতেছে যে, গাছের পাতাটিও নড়েনা এবং নদীর জলে সামান্য একটি লহরীও লক্ষিত হায়না। তথাপি উহা দেহে অনুভূত হুইয়া কিনচিৎ আনন্দ জন্মায়। ভক্তি কে-যে প্রানা স্থিকা বলিয়াছি, তাহাও এইরূপ অর্থে।"৯৭

( য়ুমগী করিগুম্বা মফমদা আতারগুম্বাপ অমা শাৎত্নুনা লৈ হায়না খল্লসি, য়ুমদা লৈরিবা মীশিংনা লৈ অত্বু উবদি ফংদে অত্বু মহাক্কী মুংশিবা মনম অত্তু ফংবদা হরাওবা, নুংঙাইবা ৱাখল ফাওই। সনধ্যাগী মতমদা তুরেল মপান্দা কোইথোকলুবা মংমদা লীরি লীরি শিৎপা মুংশিৎকী অইংবা হকচাংদা ফাওই। মুংশিৎনা অমুক্কী মতিক তপনা শিৎলি। মহুদি উনা ফাওবা লেংদে। অত্বু মহুগী অইংবহু হকচাংদা থেংত্নুনা মুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। ভক্তিবু জ্ঞানদগী পোকই হায়বসি মসিগুম্বনি। )

মথক্কী মতাং অসি চাউবগী ৱাহৈদা—"নারক্তা লৈরাং কেতুকীনা লোৎত্নুনা শাৎলি মীৎনদি মহাক্কী নিংথিজবা অত্তু উবা ফংদ্রে। তৌইগুম্বমুং নাতোন্দা মহাক্কী শুমহৎনবগী মশক ওইরবা মনম অত্তুদি ফাওত্নুনা পুক্লিংবু লাংতক্লহল্লি, ওলাংথাগী য়াৎংবদা বনাগুম্বনা তোর্বান্দা হকটিক লাংবা চৎথোকই লমগী মুংশিৎ নামিবনা লীরি লীরি শিৎলি। তৌইগুম্বমুং উনা অমত্তা য়োনস্তু লেংদে, ঈথক্তা ঈথক্কী জগোই অমতমু শাবা ঙমদ্রি। তৌইগুম্বমুং মহাক্কী অইংবা মথৈদি ফাওত্নুনা পুক্লিং হকচাং অসি পেম্নবদি ঙম্মী। ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসিসু মীওইবগী মরীদা অসিগুম্বনি।৯৮

অমুক্কস্তু অস্তুম্না–"কবি"গী মতিক মগুন শিংথাবা মতমদা কলিপ্রসন্ননা হায়— " তহাদিগের আকাঙ্ক্ষা স্বভাবতঃ ইজগতের হিতসাধিনী; তাঁহাদিগের আশা বসন্ত সমাগমের প্রিয়সংবাদ-দায়িনী কোকিলান ন্যায় পীযুষবর্ষিনী। ধর্ম্ম তাঁহাদিগের কাছে কটোর ব্রত নহে। ধর্ম্ম ও জীবন, সুখ ও সাধনা এই সমতাই তাঁহাদিগের কাছে এক এবং অভিন্ন পদার্থ। সমীরন তাঁহাদিগের স্নেগেপিম পবিত্র স্পর্শে শী তলও সুরভী হয় বলিয়াই আমার বাঁচিয়া আছি, নচেৎ এই স্বাথচিনতাময় সংসারমরুতে সকলেই প্রানে মরিতাম। পৃথিবী তাঁহাদিগের; নচেৎ ইহা নিরয় নিবাস হইতেও ভয়ভকর বেশ ধারন করিত। তাঁহারা ব্যরহার করিয়াছেন বলিয়াই, মনযোর ভাষা অদ্যাপি শোক দুঃখের সুদারুন পরী ফাসময়ে মনুয্যের দগ্ধহৃদয়কে শীতল করিতেছে নৈরাশ্য আশ্বাস দিতেছে; থয়া উৎসাহ, শ নতি ও প্রীতি প্রভৃতি অমিয়ুষিক ভাবের ভার বহন করিতেছে; নচেৎ ইহা শিশাচকথ" হইতেও অধিকতর শ্রুতিকঠোর হইতে। ভক্তি এইরূপ কবিদিগের হৃদয়কাননে নিত্যবিকসিত কুসুম আরাধনা সেই ভক্তি বিলসিত হৃদয়ের স্বভাবিক উচছাস।"৯৯

( মখোয় অশাদি সংসার অসিদা নুংঙাইবা পুরকপা সংসার অসিগী অঙ্গবা ওইহনবা, বসনতগী মতমদা নুংশিবা পাউ পুরকপা কোকিলগুম্বনি। ধর্ম্ম হায়বসি অকনবা লাইনিং নত্তে। ধর্ম্ম অমস্তুং পুন্সি, নুংঙাইবা অমস্তুং লাইনিংবা ( সাধনা ) পুন্নমক অসি মখোয়গী মফমদা অমতনি। নুংশিৎ হায়বসি মখোয়গা থেংনবদগী ইংই অমস্তুং নুংঙাই হায়দুনা হিংদুনা লৈরিবনি। নত্রবদি মশাগীত ওইজবা খল্লবা সংসার অসিদা ঐখোয় লোইনমক থরায় থারমগদবনি। পৃথিবী অসি মখোয়গী খুয়াগী উকুল থরদং ফজবসিনা মীওইবা ঐখোয়না ( ঐখোয়গী হিংদুনা লৈবদা মতীক চাবা মফম অবা ওইরিবনি। নত্রবদি মফম অসিদা রস য়াওদ্রবা, অকিবা ফংলবা শকফম অমদা লৈরমগনি। মখোয়না শিজিন্নবা লোল অসিনা মীওইবনা ৱারবা মতমদা থয়োয়বু ইংহনবা ওম্মী। নীংবা কায়রবা মতমদা

আশা পী, মীন্নুংশি, পুক্নিং থৌগৎপা, ইংবা পেনবা পুম্নমক অসি মীওইবগী ৱাখলগী পোৎলুন পুদুনা চৎলি। হিংচাবগী খৌনাওদগী থোরকপা খোঞ্জেলদগী হেন্না তাবদা ঙুংঙাইতনা থোকলমগনি। ভক্তি হায়বসি অসিগুম্বা কবিশিংগী থম্মোয়গী লৈকোন্দা শাৎতুনা লৈবা লৈরাংগুম্বনি, নিংজবনা অহুগুম্বা ভক্তি চেনবা থম্মোয়শিংগী মহৌশাগী ওইবা ৱাখলনি।)

চাউবগী ৱাহৈদা—"মখোয়গী আশানা বসন্তগী দুতকী মশক ওইরবা কোকিলশিংগী মতৌগুম্না তাইবং মীগী থম্মোয় ঈনবগী মশাক্নি। ভক্তিনা অসিগুম্বা কবিগী থম্মোয়গী লৈকোন্দা কুম্বী কালেন শায়দনা শাৎলবা লৈরাংনি, মখোয়গী খুয়াগী উফূল মরিক তাবতনা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবা য়ারিবনি, নত্রবদি মখোয়না ওইজবতা থিবগী মৈরী মরক অসদা কনানা হিংতুনা পানবা ঙমগদলা, মখোয়না শিজিন্নখবা মরম্না মীওইবগী লোন্না অরা-নুংঙাইবা মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী থম্মোয়বু পুকমেন পাওমেন্নবা ঙম্মীবনি। ঙমিৎ থানা তানিবা ওইরবা মখোয়গী কোম্লোই মপাউ অতৈনা আশাবু তাইবংপানবা মপুগী মায়কৈদা ঈনশিনবিরিবনি মসিগা পান্দমনিংঙাই তাইবংপানবদা অতৈ করি লৈবগে?"১০০

অহুম্না চাউবনা ৱারেংগী বিষয় খনবদা অনদি ফোংদোকপা লোলগী মওং ফাওবদা বাঙ্গালাগা য়াম্না নকনা ফোংদোকই। অহুগা চাউবগী ৱারেং "কবি" অমসুং "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা অসিদা অহুক্কী মতিক মান্নবা মতাং য়াওবদা নত্তনা ৱারেংগী লাইরিকশিং হায়বদি চাউবগী ৱাখলগী ঈচেল অমসুং ঘোষকী প্রভাতচিন্তা অসিদা য়াওরিবা ৱারেং মরি অসিগী লৈফম ফাওবা য়াম্না মান্নৈ। মহুদি—"নিরব কবি" অহানবা ৱারেং "ঈশ্বরে ভক্তি" খ্বাইগী অরোইবা ৱারেং অহুগা চাউবগী "কবি" অনিশুবা—ঈশ্বর ভক্তি ৱারেং ১১ গী মনুংদা ৯ শুবা ৱারেংনি। প্রভাত-চিন্তাগীদি শুপ্পগী ৱারেং ১০ থক্তনি। অহুম্না মান্নবসি উরুরগা মথক্তা পনজগ্রবা কালিপ্রসন্নগী "নিরব কবি" অমসুং "ঈশ্বরে ভক্তি" হায়বা ৱারেংশিং অসি চাউবনা ভাবানুবাদ ওইনা মথংশিংনা "কবি" অমসুং

" ঈশ্বর ভক্তি " হায়না হন্দোকপনি হায়না । মতাং অসিদা হায়জনিংবদি চাউবনা ৱারেং অনি অসিদগী ভাৱানুৱাদ মতাং মতাংগী ওইনা থরা তৌরবসু ৱারেং মপুং ওইনা য়েংবদদি মৈতৈ লৈবাক্কী লৈহাওদগী চান্নবা ফজবা, থোৎ মেংলবা ৱাহৈনা মরীক চুন্না ইথোকপনি ।

## ইংরাজি সাহিত্যগী মমি ঃ

"চাউবগী সাহিত্যগী খুৎইশিংদা অতোপ্পা লোল অমসুং সাহিত্যগী মমি তাবা " হায়বা মতাং অসি নৈনরকপদা মরু ওইনা ইংরাজি, বাঙ্গলা অমসুং সংসকৃত সাহিত্যগী ৱাহৈ অসি হান্না নৈনগদবনি হায়না মথক্তা পঙথোক্লে । মতুংগী মতুং ইন্না মতাং অসিদা ইংরাজি লোল অমসুং সাহিত্যগী মমি কয়া য়াম্না চাউবগী সাহিত্যগী পোৎথোক্তা তাবগে হায়নচু শন্নগা নৈনজরি । চাউবনা মৈতৈ সাহিত্য ( মণিপুরী সাহিত্য ) শেমগৎপদা অতোপ্পা সাহিত্য কয়া নৈনখি । মতুংগী মনুংদা ইংরাজি সাহিত্যসু অমান । চাউবনা ইংরাজি সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা বিধা কয়া পাখি অমসুং নৈনখি । অদুগা লোয়নননা মৈতৈ সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা বিধা কয়াসু ইখি । চাউবগী হৃৎই পুন্নমক অমি পোৎহো শৈরেং অমসুং ৱারেং হায়না মখল অনি থোক্লা খায়দগী নৈনহনা য়েংবদা মহাক্কী খুৎইদা ইংরাজী সাহিত্যগী মরু ওইনা শৈরেংগী মমিনা হেন্না তাই । মহাক্কী শৈরেংশিং— "তুম্না অমসুং পিথাদোই" হায়বসি ইংরাজি কবি P. B. Shelley ( 1892--1822 ) গী 'To a Skylark ' হায়বা শৈরেং অসিগী মমি চাউনা তাই— খুদম ওইনা Shelley গী শৈরেংদা —

" Teach me half the gladness
that they brain must know,
Such harmanous madness
From my lips would flew,
The world should listen then, a I am lestening now' ১০১

হায়বা অসিগা চাউবগী "তম্না" য়াওরিবা অসিগা য়াম্না মান্নবা মওংদা অসুম্না ফোংদোকই। মতুংদি—

"ৱাখল্লা ফংদ্রবা নংগী নুংঙাইবা
মরীক 'মতং ফংবদা
চেক্লা নংগী নতৌগুম
তাইবং শুমহৎপা ঙমগনি।"১০২

মথংদা চাউবনা মহাক্কী "থম্বাল উবদা" অমসুং "ইঙেল্লৈ" কৌবা শৈরেংদা Robert Herick ( 2591—1674 ) "To Daffodils" হায়বা Herrick না হায়খিবগুম হায়রকই—মীওইবগী পুন্সি অসি মতম খরা হিংলমলগা দেফোডিলস লৈরাংনা কেনখিবগুম মাংখিগনি। অদুনা ঐখোয়সু লৈরাং নখোয়গুম্না শিননবা ঙাইবনি। অসুম্না মহাক্কী শৈরেং কয়াদা মীওইবগী পুন্সিগা প্রকৃতিগী খোঙচৎকা অমতনি।" শিননবা পোকপনি হায়না শৈথাদুনা ই। "To daffodils" অমসুং থম্বাল উবদা হায়বা শৈরেং অনি অসিগী নুংগী ৱাখল য়াম্না মান্নৈ অমসুং মীৎয়েংসু অমত্তনি। অসুম্না চাউবগী শৈরেং কয়াদা ইংরাজি শৈরেং কয়াগী মমি ফজনা তাই। মহাক্কী মৈতৈ কবি, অৱাবা ঈশৈনচিংবদা ফোংদোক্লিবা ইমারোল মৈতৈরোল অসিবু কনানসু খঙবীদনা অরেম্বদা তাদুনা লৈরি হায়না ইরক্লিবি ইংরাজি কবি Thomas Gray ( 1716—1771 ) গী মমিং চৎলবা শৈরেং "Elegy written in a country Churchyart' অসি পারুবদগীনি হায়বা য়াই। হায়রিবা Gary গী শৈরেং অসি চাউবনা "অৱাবা ঈশৈ" হায়না মৈতৈলোন্দা হন্দোকতুনা ফোংলম্মী। অদুগা হায়রিবা কবিতা অসিগী ঈথিলদি চাউবনা "মৈতৈ কবি", "ইঙেল্লৈ" ( শৈরেং ) অমসুং "মৈতৈলোন, মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা খরা" (ৱারেং) অসিদসু ফাওই। করিগুম্বা চাউবনা গ্রেগী শৈরেং অসি পারমদ্রবদি হায়রিবা শৈরেং অমদি ৱারেং অসি ইবদা ফজবা য়ৌরমদবা য়াই হায়বদা থোইনা লাল্লোইদ্রা খল্লি। খুদম ওইনা গ্রেগী শৈরেং মতেক

খরগা চাউবগী শৈরেং মতেক খরগা অনিগী মান্নবা অতু মখাদা পীজরি—

"Full many a gem of purest ray screne
The dark unfothen'd caves of ocean beat
Full many a flower is born to blush unsean
And waste its sweetness on the desert air."১০৩

"নারক্তা শাংপা লৈরাংনা
নম্বীনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম
ঈয়াইদ লোংপা মণিনা
য়োংবিনবা লৈত্তনা
অরেম্বদা ঙানবগুম"১০৪

মতৌ অসুম্না চাউবগী শৈরেংশিংদা W. H. Longfellow অমদি William Callen Bryalt নাহিংবগী মমিসু ফজনা তাই। চাউবগী শৈরেং "মীওইবা" গা Longfellow গী "Psalm of life" কা মান্নবগুম William Callen Bryalt গী "To a Waterfowl" গা চাউবগী "নানগী য়েক্লো অমদা" হায়রবসিগা হায়রপ মান্নৈ। হায়রিবা কবিশিং অসি মতেং অহাঞ্জাবা কবি কয়া অমগী মমিসু চাউবদা শোয়দনা তারগনি। অদুবু চৈথাক্কী ওইনা মফম অমসুং মতমগী খুদোং চাদনা মরমনা মতাং অসিদা পাঙদে। অদুগনা চাউবগী শক্তোয়দি মথক্তা পনখ্রিবা কবিশিং অসিগী অনাৈবা প্রেরণা (থৌইনসিল) ফংবনা মহাক্কা তোয়ান তোয়ানবা ইরম কয়াদা সাহিত্যগী লৈরাং থাবা ঙমলিবনি।

মথক্তা খরা ইজথ্রিবা অসি শৈরেংগী ৱানা মপুং ওইবনি। অদুগা চাউবগী ৱারেং শিংদসু ইংরাজি কবি অমসুং সাহিত্যকারশিংগী মমি য়াম্না ফজনা তাই। ৱাকম অসি মহাক মশামক্কসু অতুম পনলম্মী। মহাক্কী ফিদমগী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না হায়— "টেনিসন, মেকলেগী ইংলণ্ডগী ইতিহাসনচিংবগী ৱাখল অয়াবা পুজরি অতুনা মতিক চাউরবা কবিশিং

অসিদা পুক্লিং শেংনা তৌবিমল উৎচরি।" অসুম্না চাউবনা ইরম্বা অৱাংবা সাহিত্যগী পোৎথোক নম্রগা চুম্না স্কুলগী তম্নবা ওইনা ইবা লাইরিক নম্রগা পারা ওইরবসু মৈতৈ মচাশিংদা কান্নগদবা, ফজগদবা লৈরবদি লমদমসিগী লৈহাওগা চান্নবা মওংদা হায়রবদি লোল অমসুং সংসকৃতিগা চান্নবা য়েংহনা ৱারেং কয়া অমসু ইরম্মী। ৱারেংশিংগী বিষয় খনবগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা জাতি মশেল অমদি ধর্ম মশেল তিন্নবা চান্নবা লৈমিন্নবা ঙমগনি হায়না মহাক্কা থাজরম্মী। মহাক্কী ৱারেংশিংগী মন্নুংদা য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইবিবা "মৈতৈলেন" হায়বা ৱারেং অসি —Sir Walter Scot গী "The lay of the Last Mainstream' গী থিমগা মান্নৈ। মরম অসিনা মহাক্কা শৈরেং অসিমক্কী মতেং খরা মহাক্কী ৱারেংগীময়াই অমসুং অরোইবদা হাপলম্মী। মতাং অসিদা পম্বা য়াবা অমনা শৈরেং অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ পরেং—" O Caledonia stern and Wild Meet Nurse for a poetic child হায়বা অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ পরেং " O Caledonia হায়বা অসিগী মহুৎতা চাউবনা " O Manipur "১০৫ হায়না ওনথোক্লগা অতৈ মওং মতৌ অমতা কায়হন্দনা লমদম অসিগা চাশিন্নবা হোৎনৈ। অসুম্না শৈরেং, ৱারেং কয়াগী মতাং কয়াদা খঙনা নম্রগা খঙদনবু ওইরবসু মান্নবা ৱাখল, মীৎয়েং কয়া তত্তনা উবা ফংই। চাউবনা মমা লৈবাক্কী লোলবু য়োকখৎপীরনবা মতিক চাবা অইবা কয়া পীক্লিবা অঙাংগী মরক্তগী থোরকহনবা পামখি। মসিদসু নত্তনা মহাক্কী ৱারেং "কবি" দা ইংরাজি কবি টেনিসনগী অমদি "মীওইবগী থবক অমসুং আতনবনা ৱা কায়বা" হায়বসিদা Elin Stargis Hooper ( 1816–1841 ) কী " Life of duty" গী মমিসু তাখি। লোয়নন্না চান্নবা ৱাহৈ পরেংশিং লৌথোকতুনা হাপলম্মী। মহুদি—

> " I slept and dreamt that life was beauty
> I wake and found that life was duty"১০৬

চাউবনা ইবা লমদম অসিগী ছাত্র নহারোলশিংগী লমচৎ-শাজৎ শেমগৎনবা অমসুং নুংঙাই য়াইফবা পুন্সি অমা পুরকপা ওন্নবগী ৱাখল্লোন য়াওবা ৱারেং-শৈরেং ( অয়াম্বনা পাউতাককী ওইনা তৌবা ) লাইরিক "ছাত্র মচা" অসি Reverened John Todd গী "Students Manual" গী মতৌ লাক্লগা ইখিবনি হায়বা য়াই ১০৭ "Students Manual" হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা "Politeness and Subordination" হায়বা তাঙ্কক অসিগী অয়াম্বা ৱারেশিংগা য়াম্না মান্নৈ। অসিদসু নত্তনা চাউবনা ইংরাজিগী অকাওবা নিবন্ধকার Bacon গী ৱাখল অমসুং মীয়েংগা য়াম্না মান্নবা ৱারেং কয়া অমসু ইরম্মী। Bacon গা ৱারেং –"Of Death", "Of Nobility" হায়রিবশিং অসিগা চাউবগী "শিবা কিবা", "শিদবদি মি চৎতনি" অমসুং "থোইবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা" হায়বসিদা ফোংদোক্লিবা—"Men fear death, as children fear to go in the dark : and as that natural fear in children is increased with tales, so is the other" ১০৮

চাউবগী ৱাহৈদা পোকপু পোক্লবদি শিবগী লমন তোঙ্গক্লে হায়বা অসি ঐখোয় পুম্নমক খঙদবা অমতা য়াওদে। তোইণুদুসুং শোয়দনা থোক্লগদবা মরেরে হায়বা খংনা খংনা ঐখোয়না শিববু কিদবা ওনদে "১০৯ অসুম্না ৱারেশিং অসিদা ৱাখললোন মচা মচা মান্নবদা নত্তনা অয়াম্বা ৱারেংগী মপুং ওইবা থিম ফাওবদা মান্নিনা থোকই। চাউবগী "কবি" হায়বা ৱারেংদা কবিগী মতাংদা ইরমলিবা "কবি" হায়বসি লাই তোংলবা মাইবী নত্রগা ধ্যান তৌরিবা মুনিগুম্বনি।১১০ হায়বা অসিগা Socrates কী ৱাহৈগসু য়াম্না মান্নিনা থোকই। মদুদি—

> "( Poets are ) like prophets and oracular persons, who also say many fine things without knowing what it is they are saying "১১১

মথক্তুসু হায়ফেৎ পঙ্গ্রে মতুদি — চাউবগী খুৎইশিংদা মাম্নবা সমাজ, মাম্নবা ধর্ম্ম অমসুং জাতি অমা ওইনা উবা, য়েংবগী মমি তাই হায়না। অতুনা মহাক্না মরু ওইনা ৱারেং ইরকপা মতমদা— অচুম্বা চৎপা, অচুম্বা ঙাংবা, অচুম্বা তৌবা, ফিদমনিংঙাই ওইবা অমসুং লেমজনিংঙাই ওইবা মীশক কয়াগী ৱারী নত্রগা লমগী মশক তাক্লবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা— ইংরাজি জাতিগী অচুম্বা ঙাংবা, জর্জ্জ ৱাশিংটন, সার আইজাক নিউটন, বেঞ্জামিন ফ্রঙ্কলিন, পুকচেল চাউবা আলফ্রেড, নিংথৌরেল ৫শুবা জর্জ্জ, উইন কনবা (রবার্ট ব্রুস), জনষ্টোন সাহেব, হোরেসিও নেলসস অসিন-চিংবা পনবা য়াই। অতুগা ইসলাম ধর্ম্ম অমসুং মুসলিম জাতিগী ওইনা হজি মহম্মদ মহশিন, হজরত মহম্মদনচিংবা পনবা য়াই। অসুম্না মহাক্কী ৱারেংগী থিম অমদি মিংথেলনচিংবা অসিদসু চাউবদা ইংরাজি সাহিত্যবু পামজনা পারম্বা অমসুং নৈনরুবগী মশক উবা ফংই।

## সংসকৃত সাহিত্যগী মমি ঃ

চাউবগী খুৎইদা সংসকৃত সাহিত্যগী মমি ফজনা তাই। চাউবনা সংসকৃত লোনবু অপাননা তমলুবা নত্রগসু স্কুলগী পামক্রমগী মনুংদা মরু ওইবা বিষয় অমা ওইনা সংসকৃতসু তমখি। মরম অসিনা মহাক্কী মকমদা সংসকৃতকী জ্ঞান মতিক চানা লৈ। মসিগীসু মথক্তা মহাক হোৎনবা কনবা, লাইরিক য়াম্না পাবা মী অমনি হায়নসু মথক্তা কয়ারক হন্না পঙ্গ্রে। মহাক্না ছাত্র ওইনা ওইনা রামায়ণ অমসুং মহাভারত নিংথিনা পাখি। অসিগী ময়েক লারবা খুদম মহাক্কী খুৎইশিংদা ফজনা ফংই। সংসকৃত সাহিত্যদা নহারোলশিংগী চরিত্র শেমগৎপা মরী লৈনবা হিতোপদেশকী ৱারী কয়াসু পাখি। মরম অসিনা মহাক্না মহাক্কী "ছাত্র মচা", "কাম্নবা ৱা" নচিংবা লাইরিকশিংদা ছাত্র অমসুং নহারোলশিংগা মরী লৈনবা, পাউতাক্কী ওইবা ৱারেং কয়া মরীক চুম্না ফজনা ইবা ঙমলিবনি। অসুম্না চাউবনা মহাক্কী খুৎইশিংদা সংসকৃত সাহিত্যগী কাম্নবা ৱাখল্লোন কয়া লৌই। গীতাগী মমল য়াম্নবা পাউতাক শিং

রামায়ণগী পিন্দহিংডাই ওইবা ৱারী তাক্কক কয়া, কালিদাসকী খোয়থুম্নরবা মপাওথেল অমসুং হিতোপদেশকী মীওইবগী চরিত্র শেম্বদা কাম্নরবা ৱাহৈ কয়া অসিদগী লমদম অসিগী লৈহাওগা চান্নবা অমদি ছাত্র নহারোলশিংদা কাম্নগদবা হেংত্তুনা মতাং মতাংগী ওইবা ৱাহৈ হাপতুনা মহাক্কী ৱারেংগী মশক শেম্মী।

চাউবনা হকথেংননা কাশিরামদাসকী মহাভারতগী "একলব্য" অমসুং কৃত্তিবাসকী রামায়ণদগী "শক্তিশেল্না পান্দুনা লক্ষন তুরবদা শ্রীরামনা তেংথাবা" হায়বসি অনুবাদ তৌরম্মী। বাঙ্গলাদগী হকথেংননা অনুবাদ তৌবা ওইরবসু ৱারীগী অশেংবা হৌফমদি সংসকৃতকীনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি শৈরেং অনি অসিবু অনুবাদ তৌরম্বগী পান্দমদি একলব্যগুম্না গুরু ভক্তি লৈবা অমসুং হোৎনবা কনবা অমদি লক্ষন অমসুং রাম মচিন-মনাও নুংশিনবগী মতৌবু মরমদমগী ছাত্র নহারোলশিংদা নত্রগা সমাজ অসিদা কাম্নগনি অমসুং ফগনি খনবা কয়া মহাক্কী ৱারেং-শিংদা হেক হেক মতাং চাবা য়েংত্তুনা হপলম্মনি। অদুগা করিগুম্বা মতাংদসু হায়রিবা ৱাহৈ, ৱাখল্লোন অমসুং ৱারী কয় মশানা ইথং থংহৌদনা হেক্তা য়াওখিবা মতাং মানবসু য়াওই। মসি মহাক্কা লোল অমসুং সাহিত্য অসিগী মফমদা থাজবা অমসুং থৱায় য়াওনা পারুবগী ফলনি হায়বা য়াই।

মথক্তা হায়রিবশিং অসিদা নত্তনা চাউবনা মহাক্কী ৱারেংশিং— "শিবা কিবা, মী ওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱা কায়বা, ঈশ্বর ভক্তি, নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুরনচিংবা কয়াদা মতাংগা চান্নবা সংসকৃত শ্লোক কয়া হাপতুনা হায়নি লিবা ৱাফমদা শাফু পীনবা হোৎনৈ। অসুম্না চাউবগী থুংইশিংদা সংসকৃত সাহিত্য মরুওইনা মহাভারত, রামায়ণ অমসুং হিতোপদেশকী অচৌবা মমি তাই। গীতা নত্রগা বেদগী ৱাফম কয়া মহাক্কী ৱারেংশিংগী মনুংদা পুশিনত্তুনা শিজিন্নবতা নত্তনা ৱাহৈ পরেং অতুম্বক মশক নওং কায়দনা শিজিন্নৈ। থুদম ওইনা মহাক্কী

'শিবা কিবা', 'মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱা কায়বা', 'ঈশ্বর ভক্তি', 'নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর' হায়বা অসি পনবা য়াই। 'শিবা কিবা' হায়বা ৱারেং অসিদা সংসক্কৃতকী ৱাহৈপরেংশিং মতাং মরি থোক্লা য়াওরি। ৱারেং অসিগী অহানবা হৌবমফদা গীতাগী সংখ্য যোগ হায়বা তাঙ্কক অহুদগী ২৭ শুবা শ্লোক অহু লৌথাকহুনা মহাক্কী ৱারেং অসিবু শৌগৎপা ওইনা অসুম্না থম্মী। মহুদি—

" জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ।
তস্মাদ পরিহার্য্যের্থে নত্বং শোচিতুমর্হসি।"১১২

মসিদসু নত্তনা "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেং অসিদসু গীতাগী "রাসবিদ্যা রাজগুহ্য শ্লোক" হায়বা তাঙ্কক অসিগী ২৬ শুবা শ্লোক অসি লৌশিন্দুনা হাপ্লী। অসুম্না হিন্দুগী বেদান্ত নীতি শাস্ত্রনচিংবা কয়াগী মমি মহাক্কী ৱারেংশিংদা তাই। লোয়ননা চপ চানা লৌশিনহুনা মহাক্কী খুৎইশিংবু শৌগৎলি। মসিগা লোয়ননা মহাক্কা সংসক্কৃতকী সাহিত্যদা থেংনবা প্রভাব কয়াসু ৱারেংগা চান্নবা মতাং য়েংহুনা হাপ্লী খুদম ওইনা "জননী জন্মভূমিচ স্বর্গাদপি গরিয়সী" (মৈতৈলোন), "নহুতস্য সিংহনা প্রবিসন্তি মুখে মৃগ", নচ দৈবাং পরং বলম" (লাইবক অমসুং থবক) "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" হায়বনচিংবা পনবা য়াই।

অসুম্না চাউবনা ৱারেংগী মিংথোল কয়াদসু সংসক্কৃত সাহিত্যদা (ৱারী) অমর ওইরবা চরিত্র কয়াগী মমিং অমসুং মখোয়গী থৌনা, লৌশিং খাঙবা কনবা, মপানিংবা অমসুং ৱাশক চেৎপা, ময়াম্বা নিংবনচিংবগী লৌশিনহুনা ইথোকই। মহুদি ৱারেংগী মিংথোলসু কায়দবা ৱারেংগী মুংগী থিমসু সংসক্কৃতকী ওইবা—শ্রীভীষ্মগী ৱাশক, ভারতনা ময়াম্বা নিংবা, নিমাইনা মরুপ নিংবা (কান্নবা ৱা) হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্যা, অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম অসিনচিংবা অসিনি।

অসুম্না চাউবনা মহাক্কী সাহিত্যগী পুন্সি অসিগী মনুংদা থেংনবা লোল, জাতি, ধর্ম্ম অমসুং লমগী খেন্নবা থমদনা মরমদম অমসুং মজাতিগী

নহারোলশিংগী ফনি, কান্নি থনবা পুন্নমক কোনশিন্দুনা ইবা, মহাক্কী রাখলদা জাতি কয়ামক্কমগী ফিদমনিংঙাই ওইবা মহাপুরুষশিংগী থৌন, অচুম্বা চংলা, ঙাংবা, মমা-মপানা হায়বা ইনবা, নোক্লুবপা, মমা লৈবাক অমস্তুং মজাতিগী সেবা তৌনিংবা; তোল্ল-তাম্নবশিংগী মফমদা মীনুংশি লৈবসি পারগা তারগা ঐখোয়গী ছাত্র নহারোলশিংসু মখোয়গী মতৌ তম্নীংবগী রাখল পোক্কনি থনখি। মসিনা মরম ওইদুনা সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি সাহিত্যগী মথরায়না পামজবা খরা খনগংলগা মখোয়গী ফিদমনিংঙাই ওইবা চরিত্রবু মহাক্কী রারেং অমস্তুং শৈরেংগী থিম ওইহল্লি। লোল খুদিংমক্কী সাহিত্যবু মহাকী খুৎইদা কোনপিন্দুনা থম্মী। শুন্না হায়রবদা মহাক্কী খুৎইশিংদা বিশ্ববন্ধুত্ব অমস্তুং মানবতাগী মশক উবা ফংই।

---

## শৈরেং অমস্তুং রারেং পুনবা লাইরিকশিং

তাঙ্কক অসিদা শৈরেং অমস্তুং রারেং পুন্না য়াওবা লাইরিকশিং— "ছাত্র মচা", "কান্নবারা" অমস্তুং "সাহিত্য অহানবা" অহুম অসি থমজরি। ছাত্র মচাদা পুন্না শৈরেং ৯ অমস্তুং রারেং ১৪, "কান্নবা রা" শৈরেং ১০ অমস্তুং রারেং ২১ অমস্তুং "সাহিত্য অহাদব'দা শৈরেং ৫ অমস্তুং রারেং ১৩ য়াওরি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা শৈরেংশিং অসি থাদোক্লগা রারেংমখৈ লৌখৎলগা তাঙ্কক অসিদা নৈনরি। নৈনবদা খুদোংচাবা য়েংহুনা লাইরিক অমমম লৌখৎলগা মদুগী মনুংদা য়াওবা রারেংশিং অহু মথং মনাও নাইনা থম্মী।

ছাত্র মচা:

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংক্নো সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখিবসি চাউরাক্কা ইং ১৯১৭/১৮ মী অহুরাইদগীনি, মতম অসিদা মহাক ক্লাস

নাইনত্তমক তমলি। মেত্রিক থাগদবা ছাত্র অমা ওইরিবা মহাক্না পুক্নিংদা ফাওরকপা ৱাখলগী ঈথিল কয়াদুসু লেপ্পা লৈতনা ৱারেং অমসুং শৈরেং ওইনা ইথোরকখি অসিগুম্বা পুক্নিংগী ঈথিল অমসুং তঙাইফদবনা থৌইনশিল ওইহনা ইথোকখিবা ৱারেং অমসুং শৈরেংশিং অসিবু পুনশিল্লগা "ছাত্র মচা" কৌবা লাইরিক অসি ১৯২৩ দা অহানবা ওইনা ফোঙদোকলকখি। মসি হেক্ক ফোঙদোকখিবগা ক্লাস আইটকী ছাত্রশিংগী তমননবা লাইরিক ওইখি।

"ছাত্র মচা" হায়রিবা লাইরিক অসিদা ৱারেং ১৪ অমসুং শৈরেং ৯ য়াওরি। শৈরেংগী মনুংদা মহাক্না শিলংদা তমলিঙৈ ইং ১৯১৭ তা ইবা "ঈশ্বর" হায়বসিগী অরোইবদা শক অমসুং তারীক থাদুনা ইবগী মতম তাকলি। মসিনা লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা শৈরেং অমসুং ৱারেংশিংদগী ইহান হানবা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লি। অদুবু শোয়দ্রে হায়বমক্তি ঙমদে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অমসুং ৱারেংশিং অসি চাউবগী পুন্সিগী অহানবা সাহিত্যগী খুৎখাবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারোলশিংদা ছাত্রগা-ছাত্র ওইবগী পুন্সিগা লৈনবা মরী অমসুং থৌদোকশিংদু তাক্কক তরাহুমদোই অমসুং পাউতাক খরা হায়না মিং থোনবা (পাওতাক কুনহুমদোই য়াওবা) ৱারেং অমগা য়াওই)। অসুম্না লাইরিক অসিপুম্না তাক্কক তরামরি থোক্না খায়দোক্লগা শন্দোক্না ইরি। ৱারেংশিং অসিদা ছাত্রদদা নত্তনা নহারোল কয়াদা কান্নগদবা ৱারোল অমদি পাওতাক কয়া হুকথেংননা নক্রগা নাকোইননা পীরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসিগী হীরম (থিম) অসি মতমদুগী সমাজনা পীবা ঈথিলনি। মতম অদুদা লমদম অসিগী ওইনা অরি-অনৌ শিন্নরকপগী তাঙ্গা ওইবনা মীওইবগী হিংবগা পক্কনা লৈবা পোৎ খুদিংমক্কী মমল হোংলকপগুম তৌখি। অনৌবনা অরিববু থাদোক-লিংবা অদুগা অরিবনা অনৌববু লৌশিনবা (ৱাবা) ঙমদবা তাঙ্গা ওইবনা অনিমক চানখিদে। অসিগুম্বা লংদাইগী অতমসিদা পোকখিবা চাউবনা

ম.গী ৱাখলদা ফাওবা অতুমক মহাক্কী ৱারেংশিংদা ফোঙদোকই। মহাকসু অনৌবা মতমগী অঙনবা অয়ুক্তা পোকপা ওইবনা অনৌবা মওং-মতৌ, অনৌবা মহৈ-মশিং, লমচৎ-শাজৎ অমসুং ওল্লক্লিবা য়াওন্দা নোংচুপকী মহৈ মশিং তম্বা হায়বসি তঙাইফদবনি হায়না পনখি। অতুবু মতমতুগী নহারোলশিংনা অনৌবা শিক্ষা ফংলগা হান্নগী চেনবীবু য়াদবা, অহল-লমন্না হায়বা ইন্দবা, লমচৎ কায়রকপা, মথৌদা পুক্লিং চংদবা অমদি ঈথক ঈরংদা তাউতুনা লৈবা মওং অসিবুদি য়ানিংখিদে। অসিগুম্বা লাইরিক লাইগু হৈরবা হনারোলশিংগী মতৌ অসি উরুরগা অহল-লমনশিংনা মচা-মশুশিংবু লাইরিক তমহনননীংখিদে। অতুনা লাইরিক লাহগু তম্বা ছাত্র অমা ওইরবসু হায়বা ইনবা, নোল্লুকপা, অফবা শঙ্গ তৌবা, লৈবাক্কী হৌন-লোনচৎ খঙবা ওইগদবনি হায়বসি খঙহন্ননবগীদমক্তা মহাক্না মহাক্কী ৱারেংশিং অসি ইখিবনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি ছাত্র নহারোলশিংগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মরম অসিনা চাউবগী লাইরিক " ছাত্র মচা " হায়বসি R.J. Todd কী লাইরিক "Student Manual" হায়বতুগা হায়ফেৎ মান্নবা মতৌ অমা য়াওরি হায়বসু য়াই। চাউবা মশামক্তসু লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা " অসাম সরকারনা পীবা সেলেবসকী মতুং ইন্না লোল তম্বীবগা লোয়নননা হৌনবী অমসুং রাজ ভক্তি তম্বীবা হায়বা অতুমথৈ কায়দনা ঙাকচরী।"১১৩ হায়না পনবীরম্মী। মসিনা তাকপদি চাউবনা লাইরিক অসি ইবগী পান্দমদি মতমতুগী মহৈ-মশিং হৈরবা ছাত্র-নহারোলশিংগী মোরেল ভেল্যু নোংম নোংমগী মাঙথরকপা অমদি নাৎ, হৌন-লোনচৎ থৌওইরক্লবগা লোয়নননা অহল-লমন্দা ব্যবহার কায়রকপা অমসুং রাজভক্তি লৈরক্লবশিং অতুগী মওং অতু খরদদা ওইরবসু শেমগৎপা অমসুং ঙাকপা ঙমগদ্রা খন্দুনা অপাম্নানা ইখিবা ৱারেংশিংনি। অতুগা লাইরিক অসিগী ওইবা পান্দমদি ইশম শমনা হায়রবদা ছাত্র নহারোলশিংবু অফবা মী অমা ওইহনবা অতুবা লম্বী তাকপা হায়বসিনি। মতমগী মতুং ইন্না হোৎনকপা

নত্রগা ওল্লকপা অনৌবা য়াওর্ন কয়াবু লৌশিনবগা লোয়ননা থায়নগী চংনবী হৌন-লোনচং কয়াবুসু ঙাক্না চেকদবনি হায়বসি লাইরিক অসিগী মতাং অয়াম্বদা তাক্লি। লাইরিক অসিগী অহানবা মক্তদা "তম্বা" হায়বা ৱারেংসিদা "তম্বা" হায়বসি ছাত্র ওইবশিংগী মথৌনি হায়বন্থ শন্দোক্না তাকই। অতুগা ৱারেং তরামরি শুবা অরোয়বা "প.উত্তাক থরা" হায়বা মতাংসিদনা থঙবদা কান্নরবা মটি ওইবা ভক্তি য়াওবা পাউতাকশিং থম্লি। মতাং অসিগী মওংসি মীতৈগী অরিবা ৱারেংগী লাইরিক "লাংওন" (শ্রীৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা ইবা) অসিগা য়াম্না মান্নবা মওংনি। মতাংসিদা মৈতৈগী অরিবা পাউরৌ পাউতাক ২১ থক পুনশিনদুনা ইথোক্লি। মসিমক্না ৱারেং অতৈগা মওং মতৌ মান্নদবনু ওইবা অসিগী পুক্নিংগী অপাম্বা অতুদি লাইরিক অসিগী হৌবদগী লোইবফাওবা চেথরক্লিবা তাঙ্ককশিং অতুগী অশুম্বা মওং ওইবা ৱারোল অমা পীদুনা লোইশিনবগী মওংনি।

চাউবগী অসিগুম্বা ৱারেংশিংগী অপুনবা লাইরিক "ছত্র মচা" হায়বসি মতমতুগী নৌনা শেম্বা "ইডুকেসনেল ষ্টেন্দিং কমিতি (১৯২৯) গী অয়াবা মতুং ইন্না ষ্টেট দরবারনা লাইরিক অসিবু থনগৎপদা য়াওরদুনা নমনবগীদমক্তা কোপী রাইট পীয়ু হায়না থংহনলকখি। লাইরিকশিং অসি থনবগী অকুপ্পা মরোলশিং অতু মথাদা থমজরি—

> "Considered the purchase of copywights of the following books p. 26 by paying the amounts noted against each copy to the following persons.

Chhatramacha from Kh. Chaoba Singh at Rs. 120
Kannaba Wa " " " " Rs. 120
Sheireng Anouba from Mayurdhaja Singh at Rs. 75
Meitei Wareng Aruba from P. Parijat Sinhg at Rs. 120

| | | |
|---|---|---|
| Meitei Sahitya Aruba | ,, | ,, Rs. 100 |
| Sinfam from A. Kamal Singh | | ,, Rs. 100 |
| Saidom Seireng from H. Irabot | | ,, Rs. 80 |
| Chithi Pareng from Kh. Jugeshwar | | ,, Rs. |
| Kh. Yaima Singh & Gokulchandra Singh | | ,, Rs. 50 |
| | | Rs. 765 |

Sanctioned the above payment for purchase of the copyrights which will thereby become State property together with exclusive printing rights."

S.H.O. Memo No.
2750 of 2. 1. 30.
Camptroller Memo
No. 2983 of 21.1.30."১১৪

অসুম্না লাইরিক অসি ইং ১৯২৯ দিসেম্বর থাগী তারীক ৪ দগী সরকারগী ওইখি।

চাউবনা ইবা লাইরিক "ছাত্রনচা" হায়বসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি ৱারেং অমতগী মন্নুংদা তাঙ্কক কয়াম্রুম থোক্লা খায়দোক্লগা ইবগুম হৌখদগী লোয়না ফাওবা চৎথরকই। অদুগা লাইরিক অসিমক্কী অহানবদা লৈরিবা "তম্বা" অমসুং "ছাত্র" হায়বা ৱারেং অনিসিদি অতোপ্পদগী ৱাথল খরা পুথোক-পুশিন তৌতুনা ইখিবনি হায়না অইবা মশামক্না পল্লম্মী। হায়রিবা ৱারেং অনী অসিগী মশক হায়ফেৎ তোপ্পা উরগনু মগী মরীদি অমতা ওইবগুম তৌই। অহানবা ৱারেং "তম্বা" হায়বসিগী মথং মথং চৎথরকতুনা ইরিবা মওং মতৌ অদু শমলপা মথাদা নৈনজরি।

**তম্বা :**

"তম্বা" হায়বা ৱারেং অসিদা চাউবনা অসুম্না মীওইবগী জীব অতৈগা অনীগী মরক্তা লৈবা খেন্নবদু উৎলি। জীব অতৈদি মা মগী

পোকপদগী য়াওজরক্লবা লৌশিং অতুদগী হেন্না খঙলুবা, তমলুবা লৈতে অতুগা মীওইবদি পোকপদগী য়াওরক্লবা লৌশিং অতুগা লোয়নননা অনৌ অনৌবা কয়া তানশিন্নবা হোৎনৈ। "তম্বা" হায়বসিমক মীওইবগী অপাম্ববু হেন্না ময়েক শেংহনবা অকৗবা মায়কৈদা পুবা তম্বা গুণ অমনি। খুদম ওইনা মীওইবনা পাংথোকপা তমখিবা হায়বদি ঈশিংদা ইরোইবা, অতিয়াদা পায়বা অসিনচিংবশিং অসি তম্বদগী তমখিবা তান্তনি। কনা কনাগুম্বনদি তম্ববু করিস্থু কান্নদবনি, ঈশ্বরনা তম্বা অমা শোয়দনা লৈরমগনি হায়তুনা পেন্থোকই। অতুবু মসিমক্তা অচুম্বদি ওইদে। মীওইবদি কাংলুপ নাইবা জীবনি। কাংলুপ মনুংদা পুন্না হিংমিন্নতুনা অমনা অমগী অৱাংপা কয়া তমদুনা মেনথংনৈ। তম্বনা পুক্নিং হকচাং অমস্তুং ধর্ম্ম চাউখৎহল্লি। তম্বগী অরোইবা লৈতে। নিউটনমক্তা তোর্ব্বান্দগী হেঙ্গ্লিনবা তমখিদ্রবা মহৈগী সমুদ্রনি হায়। অপংবা মীতনা নাপল তৌবনি। ছাত্রশিংনা স্কুলগী তম্বা লোইবগা তেংবানবগী মহৈ তম্ফমশংদা অমুক চংহুনা স্কুলদগী ফংলকপা তম্বগী মহৈ অত্ত শিজিন্নতুনা হিংবা তম্নবগী লানফমদা অনৌবা কয়া অমুক তমগদবনি। ছাত্র নহারোল্লশিংনা মহৈ তম্ববু অৱাবা, নুংঙাইতবা ওইনা লৌনৈ। তৌইগুম্বস্তুং তম্বগী মহাও নিংথিনা খঙলবা মী অতুদি হিংনা হিংনা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংলবনি হায়বসি ৱারেং অসিদা উৎলি। লোয়নননা চাউবনা থৱায় য়াওনা মহৈ তম্ববু য়াম্না নুংঙাইবা অমস্তুং লেমজনফম ওইবা মশক অমা ওইনা লৌই। মীওইবগী মপোক্তা তম্বা অমস্তুং খঙদববু খঙনবা হোৎনবা হায়বনি পুন্সিগী পান্দম ওইগদবনি হায়রি।

## ছাত্র :

লাইরিক তাসগী অনিশুবা তঙ্ককতা লৈরিবা ৱারেংদি "ছাত্র" হায়বসিনি। মসিদা ছাত্র মখল অহুম থোক্লা—মরাইবক ফবা, হোৎনবা কনবা অমস্তুং শেন্দা থোকত্রবা ছাত্র হায়না থায়দোকতুনা শন্দোক্লা ইর্ল্লি। মরাইবক ফবা ছাত্র হায়বা অসিদা অইবনা অহুম্না কোংদোক্লি। মরাইবক

যবা ছাত্রদি য়াম্না কন্না হোৎনরুবগী মথক্তা লাইবক্কী অফবা ফল হাপচিন্দুনা অক্বা, মুংঙাইবা হায়বদি মকোক থোংবা ছাত্র ওই। অনীশুবা মখলগী "হোৎনবা কনবা ছাত্র" হায়বসিনা মহাক্না হোৎনজবা অতুগী চাং অতুতমক মহৈ ওইনা ফংজে। ঈশ্বরগী থৌজাল নত্রগা কনাগুম্বা অমগী মীমুংশিগী ওইবা মশক অমতা মঙোন্দা ফংবা লৈতে। মহাক্কীদি মশাগী থবক্না মরাইবক লেপচৈ। অহুমশুবা থাক্না লৈরিবা "শেম্বা থোকত্রবা ছাত্র" হায়বসিগীদি মথক্কী মখল অনীগী ছাত্রশিংগী মরাইবক অতু অমতা ফংদে। মসিগীসু মথক্তা মঙোন্দা হোৎনিংবগী ৱাখলসু লৈতে। মতম পুম্নমক্তা ফত্রবা ৱাখল অমদি লমচৎনা লমজিংবগুম তৌই। খঙদনা অখঙ শাবা, হৈতনা অহৈ শাবা, লৈতনা অরৈবা শাবা অসিমক মহাক্কী মথৌ ওই। অসিগুম্বা মখলগী ছাত্র অসিদি শেম্বদা থোক্তে। মসিনা মতোমতা মাংজবদা নত্তনা মহাক্না লোয়নরুবা মরুপ মপাক্না অমসুং সমাজগীসু অমাংবা ওইরকই। চাউবনা নৌরিবা নহারোলশিং মরু ওইনা ছাত্র-নহারোলশিংগী মরমদা মুন্না খল্লি। মসিনা মরম ওইতুনা মহাক্না ইবা ৱারেংশিংদা ছাত্র খুদিংমকপু অফবা ছাত্র অমমম ওইহন্নিংবগী মশক নিংথিনা উবা ফংই। মহাক্না অফবা ছাত্রশিংবু থৌগৎলি। ফত্তবা ছাত্রশিংবুনা অফবা ওইননবা হন্না হন্না হোৎনৌ— মমৈদা শোয়দনা অফবা ওইজরক্কনি হায়রি। তশেংনমক ছাত্র অমনা ৱারেংশিবু নিংথিনা পুক্রিং চংনা পারবদি মশামক করম্ব মখলগী ছাত্রনো হায়বতু খঙজবা ঙমগনি। লোয়নবা মশাগী ওইরিবা থাক্কী মশক খঙজতুনা মশানা মশাবু শেমজবা ঙমজনবগী অকনবা থৌইনসিন অমা ৱারেং অসিনা শোয়দনা পীগনি হায়না খনখি। অতুনা শম্না হায়বদা ৱারেং অসি ছাত্রগীদমক্তদি শকয়েং মীংশেনগুম্বনি।

চাউবনা ছাত্র হায়বা ৱারেংসিগী অরোইবদা শেম্বা থোক্তবা অমসুং মশানা হোৎননিংদ্রবা ছাত্রশিং অতুগীদমক্তা খল্লুরগা য়াম্না অরাবা অমসুং নীংবা কায়রবা স্বরদা হায়রকই— "অমুক্তং হোৎনদুনা য়েংউ শেম্বা

থোকত্রবনি হায় হায়তুনা নিংবা কায়গনু৹ মীনা শেম্মীবদা থোকত্রবসু নশ.না শেমজো নশানা নশাগী অৱাং-অপা য়েংতুনা শেমজরবদা করি থোক্কবা লৈবগে" (লাঃ ১৪) অসুম্না শেম্না থোক্কবা ছাত্রশিং অতুগী মফমদা শোনথাংনবা খোনথাংনা মশানা মশাবু শেনজনবা উপাই থরা তাক্লি। অতুদি—

(১) তৌগদবা থবক্তা মাই ওন্শিল্লু
(২) নিংবা কাইগনু হন্না হন্না হোৎনৌ
(৩) মীগী মপাল তাংবা তমগনু
(৪) অফবা শঙ্গ তিল্লু
(৫) অহল-লমন্না হায়বা ইল্লু
(৬) মতম মাঙহনগনু
(৭) নোল্লুকপা তম্মু
(৮) চাং নাইবা তম্মু

অসুম্না ৱারেং ইবা অসিনা শেম্না থোকত্রবা ছাত্র অমগী মীংথোন্দা, শেম্না থোকত্রবা নহারোল কয়াদা কান্নগদবা পাউতাক কয়া সূত্র ওইনা পীতুনা মশানা মশাবু করম্না শেমজগদগে হায়বতুগী উপায় কয়া তাকলি। উপায়শিংগী মীংথোল অসিমক অমুক হন্না মৈতৈলোন, সংস্কৃত, বাঙ্গলা, ইংরাজিনচিংবা লোল কয়াদগী ফংবা মচাক চেনবী, প্রমান-পাম্বে, প্রাউরৌ কয়াগা লোয়ননা শন্দোক্না ইথোক্তনা অংাংশিংনা লাইনা খঙবা ঙমনবা হোৎনৈ।

চাউবনা তক্তনা হায়— ছাত্র অমা ওইরবদি থবক্তা মাই ওনশিল্লু, নোম্না তনগনু। মীওইবগী পুন্সি অসি থবক্না শেমগৎপনি, থবক্না লেপ্লবদা মীওইবগী পুন্সিসু লোইশিল্লি। অতনবা হায়বসিদি মীওইবগী পুন্সিগী য়েক্লবা অমসুং মাংহন্নবা মশক্নি। অতুনা ছাত্রগী পুন্সিসু ওঝা-গুরুগী মখাদা নিয়ম নাইনা থবক তৌফম থোকই। অতুগা অমরোনদা শুবা নোম্না হায়বসি পুন্সিগী নুংঙাই-য়াইফ পুরক্কবগী অচৌবা পাম্বৈ অমনি।

হোৎনবগী মহৈনা জনক, বিলাতগী মন্ত্রী গ্লেডষ্টোন, বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন-নচিংবশিং অসি শিদবগী মিংচৎ ফংবা ঙমখিবা ঙাক্তনি।

" নিংবা কায়গনু হন্না হন্না হোৎনৌ " হায়বা মরিগুবা তাঙক্তা লৈরিবা অসিগুম শেম্বা থোকত্রবা ছাত্রশিংগী মফমদা হায়খিবা বরৈ পরেংনি। চাউবনা মতাং অসিবু শন্দোক্না ইতুনা তাক্নি— মীওইবগী পুন্সিদা অনীংবা, অপাম্বা কয়ামরুম লৈরি। অদুম ওইনমক মসিবু ফংননবা হোৎনবদা খুদোংথিবা কয়া থেংনবা য়াই। খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নবসু মাই পাকত্রিব। ফাওবা নিংবা কায়বা তৌদনা হন্না হন্না হোৎনগদবনি। নিংথৌরেল ব্রুসকী মতৌগুন্না হন্না হন্না হোৎনরবদি নিংলিবা অপাম্বা অদু ফংবা ঙমগনি। অরেপ্পা লৈতনা হোৎনবা লেপতবা থাবো কনবা মীতনা অপাম্বা ফল ফংতুনা। মুংঙাই-য়াইফবা অচৌবা মী ওইবা ঙম্মী। ছাত্রশিংনা পারিক্ষাদা মাই পাকত্রগা অমদি অনিংবা অপাম্বা অদু ফংবা ঙমদ্রগা নিংবা কায়বা তৌদনা অমুক হন্না হন্না হোৎনবা তাই। মতাং অসিদা চাউবনা অসুম্না অমুক ইরি। মীওইবা খুদিংমক মানা মানা নীংবা নত্রগা অপাম্বা অদু হেক্তমক ফংবা ঙমদে। অদুবু মদু ফংনবা হোৎনবদি মীওইবগী ধর্মনি। অদুনা ছাত্রশিংনা নীংহম্বা তৌদনা মাগী মাগী পান্দম অদু য়োম্বা হোৎনফম থোকই। হন্না হন্না হোৎনরগা অফবা ফল ফংতুনা লৈবা হায়বসি ছাত্রগী মথৌনি। বারেং অসিদা মৈতৈগী ওইবা পাউতাক-পাউরৌ কয়া য়াওরি। অদুবু মতাং অমদা সংসকৃতকী ওইবা "অতুম্বা নোংশাগী থায়াত্তা শক্তি চোংশিনলক্তে" হায়বা পাউরৌ অমনা খুদম ওইনা পীতুনা ছাত্রশিংবু নৌহৌনা হন্না-হন্না হোৎননীংবগী থৌইনসিল অমা পীননবা হোৎনরি। মতাং অসিদা চাউবনা অহানবা থবক্তা শোয়গ্রবা মীওইশিংদা নীংহন্নদনবা অমদি পুক্নিং থৌগৎপা ওইনা তাইবংপানবা অসিদা মুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা পুরক্নবগীদমক্তা মী খুদিংমক হোৎনবা লেপাতবা, থাওবা কনবা মী অমমম ওইগদবনি হায়রি।

"মীগী মপান তাংবা তমগনু"— হায়রিবা মতাং অসিদা চাউবনা নহারোলশিংদা মরু ওইনা শেন্না থোকত্রবা ছাত্রদা লাইৱাগুম্বা পাউতাক অসি পীরি। চাউবনা অসুম্না হায়রি— ঐখোয়গী লৈবাক্তা মমাংঙৈদগী থাজনরক্লিবা "লাইবক্তা তম্বা লাকনি" হায়বা ৱাফম অসি হৌজিক্কী মতমগদি য়াম্না চান্নদ্রে। হৌজিক্তি নোম্বা নত্তনা লাইবক্তা চাবা য়াদে। মরম অসিনা নহারোলশিংনা কম্না শু-নোমহুনা মীগী মপাল তাংলুবা তৌদনা হিংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। ঈশ্বরনা পীরকপা হকচাংগী ইন্দ্রিশিং মফম, মতম চানা শিজিন্নগদবনি, নত্রবদি ঈশ্বরগী খুৎশেমগী নিয়ম থুগাইবনি। মসিদা নত্তনা হকচাংগী ইন্দ্রিশিংগী মপাঙ্গল হনথরক্কনি। অমরোমদা মীগী মপান তাংবা হায়বসিদি মশানা মশাবু থাজজদ্রবা, মশাগী ইকায় খুম্নবা মালবা মীশক অমগুম্বনি। সেকন্দরনা হায়খিবা ৱাহৈ—" ঐনা ইপাগী বিষয় পুম্নমক অসি ফংলবসু ইশানসু হোৎনদ্রবদি করিসু কান্নবা লৈতে।" অসিগুম্না মীপুন খুদংমক থনফম থোকই।

"অঙাংনা মমাগী মখুৎ পায়দুনা চেপা তম্মী, ছাত্রনা গুরুগী অফবা পাউতাক লৌই। ধর্ম্ম চেনবা মীনা মাগী গুরুদগী মন্ত্র লৌই।" (লাঃ ২৬) মসিদি মীগী মপান তাংবা কৌবা য়াদে। ঈশ্বরনা তাইবংপান শেমলকপদা পীরকপা তৌফম থোকপা থৌদাংনি। অসিগুম্বা থৌদাং অসিগী মতুং ইন্না অফবা পাউতাক, ধর্ম্ম অমসুং ইশাগী নাৎ ঙাক্নবা হোৎনবা, লোইননা ইশাগী পুক্লিং লৌশিং চাউখৎহন্দুনা মুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা শেম্বদা মীপুম খুদিংমক্কী থৌদাং লৈ।

ৱারেং অসিগী পান্দমদি ছাত্র নহারোলশিংনা মীগী মপান তাংদনা মশা-মশানা হোৎনজহুনা মথৌদাং মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমনবা হোৎনফম থোকই হায়বসিনি। ৱারেং অসি ইরিঙৈ মতম অত্তুদা ওইরিবা মণিপুরী সমাজগী ফীভম, য়ুমলৈ-কৈরৈ, মহৈ-মশিংগী থাক অমদি লৈবাক্কী শেল-থুমগী ফীভম য়েংলুরগা ৱারেং ইবা চাউবনা মহাক্কী মতমগী নহারোলশিংবু থায়নগী "লাইবকনা তম্বনি লাইবকনা তম্বা

লাক্কনি " হায়বা ৱাখলহু থাদোক্লগা অনৌবা ৱাখল অমসুং থৌনাগা লোয়ননা চোকথবা লৈতনা তোৎনগদবনি হায়রি। মতুতদা অতৈ চাউথৎখ্রবা সমাজগা মান্নবা ঙমগনি হায়বসিনা অইবগী ৱাখল অমসুং মীৎয়েংসু ওইরি।

## অফবা সঙ্গ তিল্লু :

"অফবা সঙ্গ তিল্লু" হায়রিবা ৱারেংগী তাঙ্কক অসিসু নহারোলশিংনা অফবা লম্বীদা চৎপা ঙম্মনবা অফবা মীগা মরুপ ওইয়ু হায়না তাকপনি। ফত্তবা মীগা তিন্নরগদি অৱাবা তাই, ইকায়বা নংই। কাংলুপ নাইবা সমাজ অসিদা ইথন ইথন্না হিংবা য়াদবনা ময়াম পুন্না লৈমিন্নৈ। পুন্না লৈমিন্নরবা মতমদা অমগা অমগা অফ-ফত্ত, অৱা-অনা নত্রগা নুংঙাই য়াইফ কয়াদা শরুক য়ামিন্নৈ। অসিগুম্বা পুন্না লৈমিন্নরবা মতমদা মী অমনা মী অমদগী মীরোল অমনা মীরোল অমদগী নত্রগা সমাজ অমনা সমাজ অমদগী মতৌ তম্নৈ। অসিগুম্বা মতৌ তম্নবা অসিদা চাউবনা পাম্মিবদি অফবা, মীওইবা সমাজনা পুন্না হিংমিন্নবদা কান্নগদবা, নুংঙাইগদবা অতুমথৈদমক তমগদবনি। অদুবু মীওইবনা ফনা হোৎনদুনসু ফত্তবা হৈনবী অমদি ফত্তবা মীগা মতম পুম্নমক্তা লাপ্না লৈবা ঙমদে। করিগুম্বা মতমদা ইথঙ খঙহৌদনা ফত্তবা লম্বীদা চীংশিন্নবা হোৎনৈ। মসিদগী কন্নবা উপাইদি অফবা সঙ্গ তিন্নবা হায়বসিনি। অফবা সঙ্গ তিন্নরুবদগী সজিগা-নোংশাগা হৌদোংগা-উচিগা পুন্না লৈমিন্নবগী ৱারী কয়া লৈরি। খুদম ওইনা— রত্নাকরদাম্লনা সাধু খরগা সঙ্গ ওইরুবদগী মমৈথংদা মহাকবি অমা ওইখি। জুগাই-মধায়না গৌর-নিত্যাই থেংনরুবদগী হরিনাম শোনখি। অসিগুম্বা কয়া অসি অফবা সঙ্গ তিন্নবদগীনি।

"অফবা সঙ্গ" হায়বসি ভারগা ফত্তবা সঙ্গনদি তানিংফম থোক্তে। অদুধু সঙ্গ ফত্তবদি পোকপদগী য়াওরক্লবা গুণ কয়া মাঙলকপগা লোয়ননা ভুগী য়ুঙ্গীরেল ওইগদবা কয়াসু কাথথাং ওইদুনা তোকই। ফত্তবা মীবু মীনা নিম্নংদে, মীগী তুক্কনেফম অমদি সমাজগী য়েক্লবা ওই। মরম

অসিনা ছাত্রশিংনা মতম পুম্নমক্তা ফত্তবদগী লাংনা লৈগদবনি। অফবা ৱাখল থন্দুনা অফবা সঙ্গ তৌগদবনি। মসিনা মীওইবা সমাজগী অফবা ওইগনি হায়না হায়রি।

চাউবনা ৱারেং অসিদা মীওইবগী মফমদা সংসারগী মশক তাকপগা লোয়ননা মমাঙৈদগী চৎনরকপা ধর্ম্মগী লাইরিক-লাইশুদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অসি তারানবা নত্তে হায়বসি তাক্লনবা হোৎনৈ। অত্তুনা মাংবা তাবা য়ারবা সংসার অসিদা হৈরিবা পোৎশকশিং অসিদগী নানথে ক্লবা উপাইদি অফবা লাইরিক পাবা অমদি অফবা মীগা সঙ্গ তৌবনা ওইগনি। অতুগা মসিব ভাক্লা চৎলবদি মীওইবগী পুন্সিদা নুংঙাই-য়াইফনা লেনবা ঙমগনি হায়বসি চাউবগী অমতা ঙাইরবা মাৎয়েং অমস্থং পান্দমনি।

## অহল-লমন্না হায়বা ইল্লু :

চাউবগী পাউতাকশিংগী মনুংদা ৭ (তরেৎ) শুবদা লৈরিবা „অহল লমন্না হায়বা ইল্লু" হায়বা অসিস্থ প্রমান কয়াগা লোয়ননা ইরি। তাঙ্কক অসিদা অইবনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমদি হৌজিককী নহারোলশিংনা মমাংঙৈদা অহল-লমনগী ৱাবু লাইগী লাইবাও ওইনা লৌনরম্বত্তু অরেম্বা কান্নদবা ওইনা লৌনরক্লে হায়বসিনি। মসিমক্তি নহারোলশিংনা খঙবা ৱাৎপনি। অহল-লমনগী ৱা য়াওদনা তৌবা থবক্তা তোয়না শোয়বগী নিংবা কায়বা তত্তনা থেংনরি। শাস্ত্র, বাইবল অমদি কুরান্দা মমা-মপাবু লাইনি, মখোয়না হায়বা ইনবদি মীনস্থ লাইনস্থ য়ারবনি হায়না লাওরি। মমা-মপানা হায়বা ইন্দবা হায়বসি পাপকী মশক ওইবতা নত্তনা মখোয়বু উশিত্তবা, মুংশিদবা অমদি মখোয়গী মফমদা ভক্তি লৈতবগী খুদমনি। হৌজিককী নহারোলশিংনা অনৌবা লৌশিং হেন্না তানবা ঙমলবস্থ থবক ওইনা পাংথোকপা মতমদদি অহল-লমনগী পাউতাক লৌদবা অমদি মথং মনাও নাইনা নিয়ম অমগী মখাদা তৌদবদগী তত্তনা শোয়বা থেংনরি। অসিগুম্বা অশোয়বশিং অসি থোক্তনবা অহল-লমনগী পাউতাক লৌবা

মমা-মপাগী য়াথং ইনবা তাই। মতম খুদিংমক্তা মখোয়না হায়বা ইনবা অমসুং মখোয়গী মফমদা ভক্তি উৎপা হায়বসি মীওইনা পোক্লবা খুদিংমক্কী ধর্ম্মনি। পৃথিবীদা ফাওখিবা জর্জ রাশিংটন, মমা-মপাগী য়াথংবু লাইগী য়াথংমক্কি হায়না লৌখিবা মীশক তমনি। অহল-লমন্দা ভক্তি লৈবা অমসুং মখোয়গী য়াথংবু লৈপাক তাংঅবা মনে অচুগীদমক্তা মমা-মপানা ঈশ্বরগী মফমদা নিজবা মঙ্গলদি ঈশ্বরনসু থৌজানবি।

চাউবগী রাহৈদা, "মমা-মপাগী মফমদা ভক্তি উৎপা অমসুং মখোয়না হায়বা ইনবা হায়বসি মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি" হায়বসিনা তাঙ্কক অসিগী মরু ওইবা মীৎয়েংনি। অঙাংশিংনা অনৌবা লৌশিং শিজিন্নদুনা পাইখৎলুবা থবক্তা শোয়বগী নীংবা কায়বা নংলিবা অসি থোক্তনবগীদমক্তা মমা-মপা অমসুং অহল-লমনগী য়াথং ইনদুনা চাং নাইনা হোৎনগদবনি। লোয়ননা চাউবনা রারেং অসিদা উৎকে হায়না হোৎনরিবা পান্দমসু অহল-লমনগী য়াথংদি লাইগী য়াথংগা মান্নৈ হায়বসিনি।

## মতম মাওঙ্গনগন্দু :

রারেংগী তাঙ্কক অসিদা চাউবনা অহুম্না তাক্লি। মচুদি মৈতৈনা চাউথৎত্রিবগী মরমদি মতম্ নিয়ম চুম্না শিজিন্নদবদগীনি। মৈতৈ অয়াম্বনা হৌখ্রবা মতম্না অমুক হন্না লাকপা তৌদ হায়বসি খঙনা খঙনা অরেম্বদা মাংহল্লিবা অসি য়াম্না চুমদবা অৱাবা ওইরক্লবগী লম্বী শেম্বনি। মীওইবনা মতমবু মতাং অহুম থোক্না হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং লাকদবা হায়না খায়দোনাক্তু শিজিন্নরি। হৌখ্রবা মতমবু নিংথিনা শিজিন্নবা অচুগী মচু হৌজিক্কী মতমদা চাররি। অসুম্না হৌজিক্তা তুংগী লাইবক ওইগদৌরিবনি। করম্বা মতমদা করি তৌগদগে হায়বা নিংথিনা খঙজবা মীশিংনা লাকদবা মতমবু অমুক ওাইরুবা তৌদনা হৌজিক হৌজিক তৌরিবা মথৌদা পুক্নিং চংহুনা নিংথিনা পাংথোকনবা হেৎনৈ। অসুম্না মতমবু নিয়ম চুম্না

শিজিন্নতুনা পুন্সিদা হকচাং ফনা, মুংঙাই য়াইফনা পানবা ঙম্মননবা হোৎনগদবনি।

"চাউবনা মৈতৈ জাতিনা চাউখৎপগী থাক্তা কাবা ঙমদ্রিবা অসি মতমবু লাম্না শিজিন্নদগীনি হায়বসি জাতি অসিগী নৌনা হৌগৎলক্লিবা মহারোলশিংদা খঙহন্নবা হোৎনরি। মসিমক ৱারেং অসিগী মরু ওইবা পান্দমনি। অদুগা মখা তানা মীওইবনা পুন্সিবু মমল লৈনা লেনগে হায়রবদি অকক্নবা থবক অকক্নবা মতমদা নিয়ম চুম্না তৌরবতদা ঙমগনি হায়বসিনি তাক্লি।

## চাং নাইবা তমমু :

"চাং নাইবা তমমু" হায়বা ৱারেংগী তাঙ্কক অসিদসু চাউবনা মশামকনা পীখিবা পাউতাকশিং অদুবু শন্দোকনা লাইনা খঙনবা তাকথোকপগী মওংদা ইরি। কান্নগদবা চংগদবা চাংদগী হেন্দোকপবু চাং নাইবা কৌই। চাং কায়দবা হায়বনা মহৌশাগী লৈরম্বা পোৎশকশিংদগী খঙবা ঙম্মী। অদুগা "হেন্দোকপনা ফবা লৈতে। হেন্দোক্লবদি শোয়দনা ফত্তবা ওই" হায়না হায়নবগুম্না অফবা থবক্তসু চাং হেন্না তৌরগদি ফত্তবা ওল্লকই। অদুনা থবক খুদিংমক্তা চাং কায়দনা তৌরবতদা মীওইবগী অফবা ওইগনি।"

ছাত্রশিংগী মরক্তা মীথোই মীহেনবা পাম্বদগী নত্রগা ওক্কবদগী তুম্বদা, চাবদা অমদি পাবদা চাং কায়বা তোয়না থেংনৈ। মসিনা মশাগী হকচাং অমদি ৱাখল অমাংবা ওইরকই। অদুনা হীরম খুদিংমক্তা থবক্কী মতম নীংথিজনা খঙলবা মীওইনা মফম অমদি মতমগী মতুংইন্না মথৌ তৌদুনা হকচাং ফনা নাদ-য়েক্তনা লৈদুনা চাউখৎপা ঙম্মী।

" হৌজিক্কী মতমদা খ্বায়দগী হেন্না চাং কায়রকপা অমদি মৈতৈগী কেবা-মৌবগী লম অশোমদনি। ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা মী পুম্নমকনা থাগৎনফম ওইরম্বা শেল তিংদনা লুবা-নানবগী মশক অদু থাদোকচুনা

শেল তিংনা কেবা-মৌবদা হেন্না থৱায় য়াওনরকপা অসিনি। অসুন্না কেবা-মৌবদা চংখিবা শেল অসিনা লৈবাক্কী ৱাংমদা চংখিদুনা লৈবাক অসিগীসু অমাংবা ওইরকই। অসিগুম্বা চাং কায়বা ফীভম অসি য়োৌহন্দনা হায়গী চাং অতুদা লৈরবদি লৈবাক্কী অমদি মশাগী অফবা ওইবা ঙমগনি।" হায়বা ৱাহৈশিং অসিনা ৱারেংসিগী পাউজেল ওইরি।

চাউবনা ৱারেং অসিদা উৎকে হায়না হোৎনরিবদি চাং কায়বা হায়বসি ফত্তবা খুদিংমক্কী হৌরকফম্বি হায়বসিনি। ৱারেং অসিদা অইবনা য়েংলিবা মীৎয়েংদি মৈতৈ জাতিনা মমাংঙৈগী লূবা-নানবদগী হৌজিক্কী কেবা-মৌবদা ওস্লোকখিদুনা শেল হেন্না তিংহল্লি। মসি থোক্তনবগীদমক্তা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা থবক খুদিংমক্তা চাং নাইবা তমগদবনি হায়বসিনি।

## নোল্লুকপা তম্মু :

"নোল্লুকপা তম্মু" হায়বা তাঙ্কক অসিদা চাউবনা নোল্লুকপা হায়বসি মীওইবগী মগুণ হেনগৎপা নত্তনা হম্থবদি ওইদে হায়বসিগী মতাংদা শন্দোক্না তাক্লি। মহাক্না অসুন্না হায়রি—মতুদি নোল্লুকপা হায়বসি মীগী লমচৎতা লৈতেংগুদনি। নোল্লুকপা মীবু মী অয়াম্বনা থুংশি। মহাক্কপু উহৈ য়াম্না পানবা উনা মরু লুকপগা পান্দমনৈ। ছাত্রগী পুন্সিদদি য়ুমদনা মমা-মপা, অহল-লহনগী মফমদা অমদি স্কুলদনা ওজাগী মফমদা নোল্লুকপা লমচৎ চৎকদবনি। নোল্লুকপা মীনা মশাগী মগুণ হেনগৎপদনি অমাংবদি ওইদে। খুদম ওইনা নেপোলিয়ান হায়বসি কন-থোবদা পৃথিবী থুংনা মমিং চৎলি। মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা নোল্লুকপা ৱাহৈতমক শিজিন্নখি। অসিনা নেপোলিয়নগী গুণদা সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম নিংথিজহল্লি।

মীওই খরনদি নোল্লুকপা হায়বসিদি মশাগী ইকায়থুম্বা মাঙলবা মীনি হায়নরি। মসি অচুম্বা নত্তে। মতিক চাবা গুণ লৈরবা মীনা নোল্লুকপা ৱাহৈ শিজিন্নবদা গুণ হনথহনবা ঙমলোই। খুদম ওইনা

শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞদা খোং হাম্বগী থবক তৌখি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ হন্তবা লৈখিদে। অসুম্না অফবা, অচৌবা মীনা নোল্লুকনা চৎলবদি থোইনা হেন্না ইকায় খুম্নৈ। মালেম শিনথুংনা ফাওরিবা নিউটননা হায়খিবা "ঐদি অশাংগী মতৌগুম্না সমুদ্রগী তোর্বান্দা তাবা নুংচুম মচা খুঞ্জিনলিবমখৈতনি লৌশিংগী মপাল নাইত্রবা ঈপাক্তি মাশদা শোক্তনা লৈ" (লাঃ ৪২) হায়না মশাগী করিগুম্বা মাপল অমতা য়াওদনা চম্নবা ৱাহৈ অসিনা মহাক্কী নোল্লুকপা অদু ফোঙদোক্লি।

ৱারেং অসিদা চাউবনা পৃথিবীগী অমদি ভারতকী ওইবা ৱাৱী, পুরাননশিংবদা য়াওবা গুণ লৈরবা মীশকশিংগী নোল্লুকপনা মরম ওইদুনা মীচম অমগুম্না থবক তৌখিবা অমদি মশানা অচৌবা মী ওইদুনসু চাউথোকপা য়াওদনা লেনখিবা ৱারীনা য়ুম্ফম ওইদুনা ইরি। মসিগী মরমদি চাউবগী ৱাখলদা মীওইবগী মরক্তা মরু ওইনা ছাত্রশিংগী মরক্তা অকন-অরিংগী ৱাখলদা থবক কয়া তৌরকপা অসিনা পুন্সিদা অমাংবা নত্তনা অতোংবা হায়বদুদি ওইরক্লোই হায়বদু খংহনবা ঙমগনি খনবদগীনি। মহাক্না ৱারেং অসিদা অচৌবা মীশকশিংগী নোল্লুকপগী মতৌদু উৎননবা হোৎনখি। নোল্লুকপা হায়বসিদি মীওইবগী লমচৎতা মাংবা তাবা লৈত্রবা ফজববু হেনগৎহনবা লৈতেংগুম্বনি হায়বসি খঙহন্নবা হোৎনবসিনা ৱারেং অসিগী মীৎয়েং অমসুং পান্দম ওইরি।

**লমচৎ :**

মসিগী মথংদা "লমচৎ" হায়বা তাঙ্কক অমা অমুক হোৎরে। তাঙ্কক অসিগী মিংথোল "লমচৎ" হায়বসিসু ছাত্রগী পুন্সিদা য়াম্না মরু ওইবনি হায়না ইরি। মসিদসু নত্তনা চাউবগী অতৈ ৱারেংশিংগী মরু ওইবা হীরমসু "লমচৎ" হায়বসিনা ওইন্নি। মহাক্না ৱারেং অসিদা অসুম্না হায়রি, "লমচৎ" হায়বসি মীওইবগী মমল নাইদ্রবা লন অমসুং লৈতেংনি। হায়রিবা লন অসি মীওইবনা তম্নদগী ফংলকই। "তম্না" হায়বসিদা

মী অয়াম্বনা পুক্নিং হুকচাং অমদি ধর্ম চাউথৎনবা অমদি শেল তান্নবগী লম্বীনি হায়না লৌনৈ। অদুবু মসি ফংনবা অমদি ঙাকতুনা থম্নবগীদমক্তদি ফজবা লমচৎ দরকার ওই। অদুনা লমচৎ ফজবা হাম্না তমদবা য়াদে। লমচৎ ফজবা মীদি শিরবসু য়াংদবা মিংচৎ লৈহোই, মী অয়াম্বনা নুংশিনৈ, মহাক্তি হিংনা হিংনা লাইরৈবাক্কী মুংঙাইবা ফংবা ঙম্মী। জাতিগী অক-কত্ত খুদিংমক্কী লেপকমসু ওই। লমচৎ ফজদবা মীদা লৈতেং শিন্দুনা মহৈ হৈত্নসু অমসুং ইনাক খুন্দুনসু মহাকপু মীনা য়েংনিংবা পোক্তে, মহু পানবা লিলগা চাংদয়ে। অদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ফত্তবা লমচৎ হৈনখিদনবা হোৎনবা হায়রবসি ছাত্র খুদিংমক্কী মথৌনি।"

ফত্তবা লমচৎকী হৌরকফম, ওইরকপা মরম কয়ামরুম লৈদুনসু খ্বায়দগী মরু ওইরিবদি ফত্তবা সঙ্গ তৌবা অমদি পুক্নিংনা ফত্তবা নেমথবা মায়কৈদা চেত্থিবা অসিনি। অনি অসিদগী ঙাকথোকপা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। মতাং অসিদদি অহল-লমলগী অমদি অফবা মরুপকী পাউতাক য়াম্না মরু ওই। মথোয়দগী লৌবা অফবা পাউতাক-শিংনা মসিদগী লায়না ঙাকথোকপা ঙমগনি হায়বসি বারেং অসিদা চাউবনা উৎলি। বারেং অসি "অফবা সঙ্গ তিগা অমসুং নোঙ্গুকপা ভয়" হায়বা তাঙ্কক অনিসিগা য়াম্না মান্নে।

বারেং অসিদা অইবনা ছাত্র নহারোলশিংদা লমচৎ ফজবগী মাঙবা তাবা নাইদ্রবা অতাংবা মিংচেৎতু লৈহন্নীবগী অপাম্বদু উৎলি। পুন্সি অসিদা অফবা মিংচেৎ থমগে হায়রবদি অহানবদা লমচৎ ফজবা তিমগদবনি। মসি তয়বগীদমক্তা অফবা সঙ্গ তৌবা অমদি পুক্নিং ফাজিনবা হায়রবসি য়াম্না মরু ওই। মসিবু ঙম্নবদা মী অদুদি মশাগীদা নত্তনা লৈবাক অমসুং জাতিগী য়াইফবা ওইগনি। জাতি অমগী পুন্সিদা লমচৎ ফজবা হায়বসি কয়া য়াম্না মরু ওইবগে হায়বদু বারেংসিদা উৎনবা হোৎনৈ। মসি বারেং অসিগী মরু ওইবা চাউরনা উৎনিংলিবা পান্দম অমত্তনি। লমচৎ ফজবা

মীদি শিরবসু মিংচৎ উরোং থিল্লম্মী। মরমসিনা অকবা সঙ্গ তিন্দুনা ফজবা লমচৎ চেপা ঙম্বা নহারোল খুদিংমক্না হোৎনগদবনি। মসিনি চাউবনা য়ামনমক পামজনা উৎলিবা।

**ইন্দ্রী খুদুম চনবা :**

ইন্দ্রী খুতুম চনবা হায়বা তাঙ্কক অসি "লমচৎ" হায়বা ৱারেং অসিগী মতুং চন্না থম্বা য়াই। মসিসু ছাত্রশিংগীদমক্তা লোয়নদবা য়াদবা গুণ অমনি। অতুবু লমচৎ ফজবগী হৌফমদি ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমলবতদা ওইগনি হায়বসি শন্দোক্না ইথোক্লি। ৱারেং অসিদা চাউবনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম অতুদি ইন্দ্রী খুতুম চনবা হায়বসি লমচৎ ফজবগী পোক্লফম্নি। ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমদ্রবা মীদি পুক্লিংগী অপাম্বা মতুংইন্না অফ-ফত্ত খঙদনা চুক্লি য়াওদবা শগোলগুম ফত্তবা মায়কৈরোমদা চেনসিনখিতুনা মমল য়াম্নবা পুন্সিবু মাংহল্লি।

হিন্দুগী শাস্ত্রশিংদা ছাত্রশিংনা অহানবদা ইন্দ্রী খুতুম চনবা তমগদবনি হায়রি। ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙম্বা মী অতুদি সংসারগী অৱা-নুংঙাই খুদিংমক চাং অংদা থমই। মথোয়গী মফমদদি সংসার অসিমক খুতুম চনবা ঙম্লগা চেপ মাল্লে। অতুনা অসিগুম্বা মীওইবগী পুন্সিবু মী অয়াম্বনা পায়ে। মসি কৈ হায়বসি খঙনরবসু মী অয়াম্বনা হেক্তমক তৌবা ঙম্বদি ওইথোক্তে। অতুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অতৈ অতৈগী হীরমশিং তম্বগা লোয়ননা চাবদা, তুম্বদা, থবক কয়ামুক্তা চাং নাইবা ঙম্বা ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙম্বা হোৎনফম থোকই। সংসার অসিদা মহৌশাদগী হৌনা ফত্তবা কয়াগা লোয়নতুনা লৈবা অপাম্বা, অশাওবনচিংবা ময়াগী লাং অসিদগী লাম্থোকপা ঙম্নবা হোৎনফম থোকই। তাইবং পানবগী কল্লক মিহৌবা অপাম মুংশিগী ৱাথল অসি থাদোকতুনা ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমলবদি লৈবাক্কী অমদি মশাগী অফবা ওইগনি। ঐখোয়গী ছাত্র-নহারোলশিংনা হীরম খরদা মরু ওইনা কেবা-মৌবদা অমদি কুম্মৈ-শহরাওদা হেন্না লুপতুনা লৈবনা পরিক্ষাগী মতমদদি নিংঙমদবগী খুদম য়ামনা উবা ফংই। মসি

মখোয়না ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমদবদগী ওইরিবনি। মীওইবগী অফবা ফিদম্মিংঙাই ওইবা ময়াম্না পাম্নরবা খুভম অতু ফংবা ঙমগে হায়রবদি ইন্দ্রী খুতুম চনবা তনগদবনি।

বারেং অসি চাউবনা ছাত্র নহারোল খুদিংমকপু লমচৎ ফজবা মী অমমম ওইহুনা পুন্সিদা মমল লৈনা হিংহন্নীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকতুনা ইবনি। ছাত্র নহারে লশিংদা ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমনবা হোৎনহুনা পুন্সিদা মাংবা তাবা লৈররোইদবা মিংচেৎ ফংতুনা হিংবনা পোকপগী মহৈ য়ানবা ওইগনি। অইবগী মরু ওইবা পান্দমদি মীওইবগী পুন্সিদা য়াম্না মরু ওইরিবদি ফজবা লমচেৎ অমসুং পুকচেল হায়বসিনি। মসিগী হৌরকফম মরুদি ইন্দ্রী খুতুম চনবা ঙমলবতদা ওইগনি হায়বসিনি। তশেংনমক মীওইবগী পুন্সিদা "লমচৎ" হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মী অমগী মশক লেপ্পা হায়বসি মাগী লমচৎ অতুদা লেপ্পী। মসিনি চাউবনা অঙাংশিংদা খঙহনবা পামলিবা।

## পুকচেল তিংবা :

"পুকচেল তিংবা" হায়বা বারেং অসিদসু চাউবনা অসুমনা ফোঙদোক্লি। পুক্লিংনা থাজবগী মতুংইন্না থবক তৌববু পুকচেল তিংবা কৌই। পুকচেল তিংবা অমসুং নমথাক তৌবা মী অনি অসিদি অমম্বগা অঙানবগা খেন্নবগুম খেন্নে। পুকচেল তিংবা মীবু মী অয়াম্বনা নুংশি, লোয়ননা "লমচৎ ফজবা" হায়বা ফংঙমদ্রবা মিংচৎ ফংতুনা ময়ামগী ভক্তি তৌনফম ওই। অতুগা পুকচেল শেংদবা মী অতুদি মশক ফজবা, মহৈ হৈবা অমসুং ইনাকখুনবা ওইহুনসু কনানসু মাবু নুংশিনদে অমসুং থওইনা তৌনদে।

পুন্সিদা চাউখৎপগী খুভম ফংতুনা মায়পাক্না হিংগে হায়রবদি পুকচেল তিংনা লৈরবতদা ওইগনি। হৌজিক্কী মতমদা ফত্তবা পান্থৈনা অফবা ফল ফংনবা মীয়াম পুন্নমক্না পামনা লেন্নরি। মসি য়াম্না ফজবা মওং

অমনি। নমথাক তৌবা মীনা ঙহাক্কী ওইনা অফবা ওইদুনা লৈরবসু মহাক মশামক্না পুকচেল তিংবা মী অদুগী মফমদা ভক্তি উৎবা ঙম্লক্তে। অদুনা পুকচেল তিংবা হায়বসি মী পুম্নমক্না থাজনবা ওইবনা পুন্সিদসু চাওখৎপা ফংদুনা মুংঙাইনা পানবা ঙমই। হৌজিক্কী মতমদা ছাত্রশিংনা মহৈ তম্বদা পুক্নিং চংদ্রবসু পরীক্ষাগী মতমদদি ফত্তবা পাগৈ শিজিন্নরগা ঙমনবা তৌগনি হায়না খল্লি। মথোয়না পরীক্ষাদা মমান্নবদগী শিনবা, ছুটি লৌরগা মপান্দা লাইরিক য়েংবা অমসুং ওজাদগী নম্বর নিবা মসিদগী ফংবা ফল অসি করিসু কান্নব্রবা উতোং অহোবগুম্বনি হায়বসি খংবনা চুম্মী।

ৱারেং অসিদা চাউবনা উৎকে হায়না হোৎনরিবদি পুক্নিংনা থাজবগী মতুংইন্না অফবা থবক তৌবা হায়বসি পুকচেল তিংবা কৌই হায়বসিনি অইবনা অফবা মী অমা ওইনবগীদমক্তদি পুকচেল তিংবা হায়বসি ওইদবা য়াদে, পুকচেল তিংবা হায়বসি ওইদ্রবদি মীনা থাজনদে, নুংশিবা ৱাংলি, অমসুং ইকায়খুম্নবা পীদে। মসিনা মী অমগী পুন্সিদা খ্বায়দগী মাংজবা হিংদুনা লৈবদা কান্নদ্রবা মপোক্কি হায়বদা থোইনা হায়নবা থোক্কোই। অসুম্না চাউবনা ছাত্র নহারোলশিংবু পুকচেল তিংবা তমগদবনি অমসুং ওইগদবনি হায়বা পাউতাক্কী ওইবা পাউজেল অমা ৱারেং অসিদা পীনবা হোৎনরি।

## খুৎই :

খুৎই হায়রগা ঐথোয়না ইদগী মওং (মোদ ওফ রাইটিং) অদুবু খঙনৈ। তোঙান তোঙানবা অইবশিংনা মশা মশাগী ওইবা খুৎই (ষ্টাইল) দা ইনৈ। অদুগা করিগুম্বা মতমদা অইবা অমনা তোঙান তোঙানবা মফম মতমগী ৱাখল মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা খুৎইসু শিজিন্নৈ। হায়রিবা ৱাফম অসিমক চাউবগী ৱারোলশিংদা য়াম্না মরাং কায়না ফংই। মহাক্কী "ছাত্রমচা" হায়বা লাইরিকঅসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং হায়বদি তোঙান তোঙানবা তাঙ্ককশিং অসিদা ইরিবা মই অসি

নৈনহল্লা য়েংবদা অমগা অমগা মান্নদবা মশক য়াম্না উবা ফংই। অসিগুম্বা মান্নদবা খুৎইশিং অসি পোৎলম মথাগী অসুম্না মখল খায়দোকপা য়াই।

১। দিসক্রিপ্তিপ ওইবা খুৎই
২। ওবজার্বেসন ওইবা খুৎই
৩। রিফ্লেকটিভ ওইবা খুৎই

## ১। দিসক্রিপ্তিপ ওইবা খুৎই ঃ

চাউবগী "ছাত্রমচা" হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংসি কুপ্পা নৈনহল্লা য়েংবা মতমদা "তম্বা" অমসুং "ছাত্র" হায়বা তাঙ্কক অসিদা ইরিবা খুৎইগী মওং অসিদি দিসক্রিপ্তিপ ওইবা খুৎইনি। তাঙ্কক অনি অসিদা চাউবনা অকুবা ছাত্র অমা হায়বসি করম্না ওইগনি। করম্না ছাত্রবু অফবা কৌগনি। অসিনচিংবা রাফম কয়া পুখৎলগা মতুগী অফবা অমসুং ফত্তবশিং অদু শীংথাহল্লা শন্দোক্না তাক্লি। মতৌ অসুম্না "তম্বা" হায়বা মতাং অসিদসু তম্বা হায়বসি করিনো, মতৌ করম্না তমগনি, তম্বনা পুন্সি অসিদা লৌরিবা থৌদাং অদু কয়া য়াম্না চাউবগে হায়বনচিংবশিং অসি শন্দোক্না শীংথাহল্লা ইরি। (তম্বগী মতাং ইরকপদা অপাকশিং মরু ওইনা ছাত্রশিংগী পুক্নিং চিংশিনবা ওয়নবা অহানবদা ৱাহং হংবা অদুগী মথংদা পাউথুম ওইনা খুদম কয়াগা লোয়ননা তাক্লি। অসিগুম্বা খুৎই অসি অপাবা অমসুং অতাবশিংনা লাইনা খংবা ঙম্মী।)

দিসক্রিপ্তিপ এসেগী মনুংদা লৈরিবা "তম্বা" হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা হীরমনি। মসিদা মীওইবগা জীব অতৈগা থেন্নবশিং অদু উৎপগা লোয়ননা মীওইবনা জীব অতৈদগী হেল্লিবা অসি "তম্বা" হায়বা কলা অসি লৈবদগীনি হায়বা তাক্লি। মীওইবগী পুন্সিদা "তম্বা" হায়বসি, চংদবা য়াদবা মচাক অমগুম্না লৌরগা অইবনা ময়ামগী মফমদা শন্দোক্না অমদি শীংথাহল্লা ইথোক্লি। তম্বা হায়বা হীরম অসি ইমে চম্না উরবসু অইবগী ৱাখলদা য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইনা লৌরগা মসিনা মীওইবদা

পীরিবা কান্নবশিং অদু শুগাইনা তান্নবা হোৎনৈ। চাউবগী হৈ শিংলবা খুৎইনা শকনাইদবা হৌরম অসিবু য়াম্না লায়না খংহনবা ঙম্মী। মসি মহাক্কী ৱারেং ইবদা থোইদোক্না য়াম্না হৈ-শিংবগী ময়েক লাৱবা খুদমনি।

## লোন :

তম্বা অমসুং ছাত্র হায়বা তাঙ্কক অনিসিদা শিজিন্নরিবা লোন অসি য়াম্না চম্মী অমদি লাইনা খঙবা য়াবা মওংদা ই। কোঙদোক্লিংবা ৱাফম অদু মপুং ফাননবা হোৎনবদা প্রমান পাম্নে অমদি খুদম কয়া পী। মসিনা অঙাংশিংদা লাইনা খঙহনবা ঙম্বগী পাম্নে ওই। ৱাহং হংবা অমদি মশানা পাউখুম পীজবগী মওং অমস্ত য়াওরি। মসিনসু ছাত্রশিংগী পুক্লিং লাইনা চিংশিনবা ঙম্মী।

চাউবনা ৱারেং অনিসিদা শিজিন্নরিবা লোন ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেংশিংগী মওং অসি মাম্নদে। অহানবা তাঙ্কক "তম্বা" হায়বা ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোন অসিনা খরা লাই অদুগা অনিশুবা "ছাত্র" হায়বা তাঙ্কক অসিগী লোন অসিনা খরা হকচিল্লি। "তম্বা" হায়বা ৱারেংসিগী মমুংদা খ্বায়দগী শাংবা ৱাহৈ পরেং অসি ৭ শুবা (ৱারেংগী অহৌবদগী থিবদা লৈরিবা ভরেৎশুবা) অসিনি। পুম্না ৱাহৈ ৭৬ (হুমফৃতরাতরুক) না শেম্মী। মসিগী মমুংদা অনি অহুমগক হঞ্জিনবা ৱাহৈদি য়াওই। মতাংসিদা অতোপ্পা লোনগী ৱাহৈ য়াওদে। ৱারেংগী অহৌবদগী লোয়বা ফাওবা মৈতৈলোনগী ওইবা প্রমাণ, পাউরৌ অমসুং খুদম ঙাক্না শিজিন্নে। অদুবু "ছাত্র" হায়বা মতাংসিদদি অতোপ্পা লোন— খুদম ওইনা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃতকী ৱাহৈ কয়া থেংনৈ। মদুদি—ব্রত, অবস্থা, বুধি অসিনচিংবা।

"ছাত্র" হায়বা মতাং অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ পরেংশিং খরা শাংতক শাংতক্ত তৌই। মসি অইবগী পুক্লিংগী ঈথিল অদু থিংবা ঙমদমদগী ওইবা তাই। করিগুম্বা মতাংদা শেরেংগুম্না পাবা মুংঙাইবা অমসুং

লেপ্তবা ঈচেলগী মতৌগুম চেঙবা য়াওরি। ৱারেং অসি পুল্লা ৱাহৈ পরেং ১২১ (চাম কুনমাথোই) না শেম্বনি। মসিগী মনুংদা খ্বায়দগী শাংবা ৱাহৈ পরেং অমা য়াওরি। মসি ৱাহৈ ৬৫ (হুমফুমঙা) না শেম্মী।

ৱারেং তাঙ্কক অনিসিদা কোমা, সেমিকোলোননচিংবা শিজিন্নদুনা ইবা কা হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেং খরা য়াওরি। মসিনা ছাত্র ওইরিবা অঙাংশিংদা খঙবদা খরা ৱানা থোকই। অদুম ওইনমক ৱাহৈ পরেংশিংনা পুরিবা মুংগী ৱাখল অদুদি য়াম্না লাই। মরম অসিনা অমুক অনিরক পাবদা নত্রগা তাবদা লায়না খঙবা ঙম্মী। ৱারেংগী তাঙ্কক খুদিংমক্তা চান্নবা ৱাহৈশিং মফম চানা চানা থম্মী। ৱাহৈ পরেং খুদিংমক সজেক্ট, ওবজেক্ট অমসুং ভার্বকী মথং মনাও কায়দনা লৈ। করিগুম্বা মতাংদা কবিতাগী মওংদা ইবদা হায়রিবা নিয়ম অসি ঙাক্তবসু য়াওরকই। অদুবু মসিদি পংয়াম য়াম্বা নত্তে। চাউবগী " তম্বা " অমসুং " ছাত্র" হায়রিবা ৱারেং তাঙ্কক অনিগী খুৎই অমসুং লোন (অনিসিদা নত্তনা ছাত্রমচা'দা য়াওরিবা ৱারেং তাঙ্কক অয়াম্বা) অসি কুপ্পা নৈনরকপদা মুংঙাইতবা মতাং য়াওরকই। খুদম ওইনা করিগুম্বা ৱাফম অমা তাক্লবা হোৎনবদা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বগী পাবদা নত্রগা তাবদা মুংঙাইতে। মসিনা চুম্না মুংঙাইতবদা নত্তনা মফম মতমসু মাংহল্লি। পানিংবা, তানিংবগী হৈনিংবা লৈরক্তে। অদুমু মসিনক্তা ৱারেংশিংগী ফজবদা য়াম্না হুন্থিবা হায়বদুদি থোক্তে। চাউবগী ৱারেং " তম্বা " অমসুং " ছাত্র " হায়বা অনিসি তশেংনমক ছাত্র নহারোলশিংগী লাইরা তম্বনি। ৱারেং অনিসিদা য়াওরিবা কান্নরবা ৱাহৈ, পাউতাক, পাউরৌ অমসুং কিদম্মিংঙাই ওইবা মীশিংগী লমচৎ অসি নিংথিনা তৌরবদি অফবা ছাত্র অমা ওইদুনা তুংগী য়াইফবা ওইগনি।

## ওবজর্বেসন ওইবা খুৎই :

চাউবগী " ছাত্রমচা " হায়রা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংগী তাঙ্কশিংগী মনুংদা ওবজার্বেসনগী ওইবা খুৎইদা ইবশিংদি—

ক) নিংবা-কায়গনু হন্না হন্না হোৎনৌ

খ) মীগী মপান তাংবা তমগনু

গ) তৌগদবা থবক্তা মায় ওনশিনলু

ঘ) অফবা সঙ্গ তিল্লু

ঙ) অহল-লমননা হাইবা ইনলু

চ) মতম মাঙহনগনু

ছ) চাং নাইবা তম্মু

জ) নোল্লুকপা তম্মু

মথক্তা পীগ্রিবা তাক্কক নিপাল অসি ওবজারবেটরি ওইবা খুৎইনি। তাক্ককশিংসিদা পাউতাক অমসুং নৈনবগী মতাং কয়ামুকসু য়াওই। অদুগা ওবজারবেসন ওইবা মারেংগী খুৎইদা নৈনবনা মপুং ওইরগা পাউতাক পীবগী মওংদা লৈ। চাউবনা মথক্কী তাক্ককশিং অসি ইরকপা মতমদা পীক্লিবা ছাত্র নহারোলশিংগী ওইনা খনখিবনা লাইনা খঙবা শুমংনবা খুদম, প্রমাণ অমসুং পাউরৌগী ওইবা শরুক কয়া হাপত্তুনা ই। অদুগা মতাং মতাংগী ওইনা নৈনতুনা তাক্লগা পাউতাক ওইনা পীনবসু হোৎনৈ।

তাক্ককশিং অসিদা ছাত্রশিংবু মতৌ করম্না অফবা মীথোই-মীহৈনবা ছাত্র অমা ওইবা য়াগদগে হায়বা অসি হংবগা লোয়ননা মসিগী পাউখুম পীনবা হোৎনৈ। অসুম্না নিংবা কায়গনু হন্না হন্না হোৎনৌ, তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিল্লু, মতম মাংহনগনু, অফবা সঙ্গ তিল্লু, নোল্লুকপা তম্মু, অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মিংথোলগী মথাদা ছাত্র নহারোলশিংগী লমচৎ শেমগৎপদা কান্নবা বা কয়া নৈনতুনা তাক্লি। ঙসিগী অফবা ছাত্র নহারোল অসিনা জাতিগী অফবা য়ুম্বীরেল অমা ওইগদৌরিবনি। ঙসি মখোয়না ফরবদি হয়েং মখোয়গী সমাজ অহুসু নুংঙাইবা য়াইফবা ওইগনি। ঙসি মখোয়না অফবা পুকচেল শেংবা হোৎনবা কনবা ছাত্র-নহারোল ওইহৌত্রবদি তুংগী পুন্সিদা মীমান্নবা ঙমদনা লৈহৌগনি দু। অনা অসিগুম্বা ফীভমদা লৈখা তারবা মী অমা ওইদুনা লৈতনবগীদমক্তা ছাত্র-নহারোল

খুদিংমক্কা মীপান তাংদনা, মতম মাংহন্দনা অফবা সঙ্গ তিন্দুনা কন্না হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্না বারেংগী তাঙ্কক খুদিংমক্তা কান্নরবা পাউতাক চান্নবা প্রমাণ-পাউরো অমসুং ফিদম্নিংঙাই ওইরা মীওইশিংগী মশক উৎতুনা অমদি নৈনতুনা তাক্লি।)

মথক্কী তাঙ্ককশিং অসিদা য়াওরিবা কান্নবা বাহৈশিং অমদি বাখল্লোন অসি চাউবনা মৈতৈগী ওইবা চৎনবী অমসুং মুংগী বাখল্লোন অসিদা নত্তনা অতোপ্পা জাতি অমসুং ধর্ম কয়াগী ফজবা বাহৈ বাতাগা লোয়ননা কান্নবা পাওতাক, চান্নবা বাখল্লোন হকথেংননা নত্রগা নাকোয়ননা শিজিন্নরি। মরম অসিনা তাঙ্কক খুদিংমক মান্নবা ঙাক্তা ওই। বারেং খুদিংমক অমনা অমদগী হেন্নদে, লোয়নমক মশা মশাগী চান্নবা গুণ লৈ। তাঙ্কককী মতাংচাবা য়েংতুনা অইবনা বিলাটকী মন্ত্রী, গ্লাডষ্টোন, রুসকী পীটর অমসুং ভারতকী জনকনচিংবগী মতিক মগুণ, মথৌনা অমসুং মরোঁশিং কয়া অচু তাকতুনা ছাত্রশিংগী পুক্নিং থৌগৎনবা হোৎনৈ। "নিংবা কায়গনু হুন্না হন্না হোৎনৌ।" হায়বা তাঙ্ককী মতাং অমদা—"অতুম্বা নোংশাগী থায়াত্তা শক্তি চেনশিল্লক্তে" মরম অদুনা ছাত্রশিংনা বন্না হোৎনফম থোকই। কন্না হোৎনরবদি নিংথৌ রুসকী মতৌগুম শেয়দনা মায় পাক্কনি হায়না তাক্লি।

মথক্তা শমলপা পনখ্রিবা বাফমশিংসি ওবজারবেসনগী ওইবা মচাকশিংনি। মতৌ অসুম্না চাউবনা য়ান্না হৈননা অমসুং পানজনা ইবা খুৎহশিংগী মন্নুংদা ওবজারবেসন ওইবা খুৎই অসিগী অমনি। মহাক্না করিগুম্বা হীরম অমবু নীংথিনা মপুং ফানা খংহন্নীংবা লৈরবদি খুৎই অসিগী মতেং লৌতুনা তাকই।

## লোন :

লোন শিজিন্নবগী মতাংদা চাউবগী স্লাইগ্লিক অসিদা য়াওরিবা তাঙ্কক তরামন্নিগী মন্নুংদা ওবজারবেসনগী খুৎইদা ইরিবা বারেংগী তাঙ্কক

নিপাল অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ, ৱাহৈ পরেং অমসুং প্রমান পাহৈশিং অসি য়াম্না ফজে। মখোয়শিং অসিদা অতোপ্পা লোনগী মমি য়াম্না হেন্না তাদে। মৈতৈলোনগী ইচম চম্বা ৱাহৈ, তেনতক তৌবা ৱাহৈ পরেং অমসুং মীয়াম্না শিজিন্নবা প্রমান পাহৈশিংতনা মপুং ওই। অদুবু করি করিগুম্বা মতাংদা খুদম ওইনা অতোপ অতোপ্পা লোন লোনবা মীগী মমিং অমসুং মখোয়গী মতিক মথৌনাবু শীংথাডুনা ইরকপা মতমদা অতোপ্পা ৱাহৈ থরা শিজিন্নরকপদি য়াওই। মসিনা তাঙ্ককশিংগী নিংথোন্দা অমসুং ৱাখল্লোন্দা অমাংবা লৈতনা হেন্না ফজবরোমদা মপুং-মরৈ ফাহল্লি।

চাউবগী হৈনবী ওইনা তাঙ্ককশিং অসিদসু ময়াই ওইরপ শাংবা ৱাহৈ পরেং থরা য়াওরি। খুদম ওইনা "তৌগদৌবা থবক্তা মাই ওনসিল্লু" হায়বা তাঙ্কক অসিদা ৱাহৈ ৪৬ ( নিকুতরুক ) না শাবা ৱাহৈ পরেং য়াওরি। অদুম্না " নিংবা কায়গনু হন্না হন্না চুহোংনৌ " হায়বা মতাং অসিদসু ৱাহৈ ৪৪ না শাবা ৱাহৈ পরেং য়াওরি। " অফবা সঙ্গ তিল্লু " হায়বা ৱারেং তাঙ্কক অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ পরেং ৩৪ ( কুনথ্রামরি ) শুবসি ৱাহৈ ১০৮ ( চাম শুম্বা নিপান ) শাই। ময়াম অসিগী মনুংদা মসিনা খ্বায়দগী শাংবা ৱাহৈ পরেংনি। অদুবু "মীগী মপান তাংবা তমগনু" হায়বা তাঙ্কক অসিদা ইরিবা অয়াম্বা ৱাহৈপরেংশিং অসিদি তেনতক তেনতক তাঙ্কক শায়দোকতুনা থোল্লিবা মিংথোলশিং অসি হেক থেংনবদা নত্রগা পাবদা মসিগী মনুংদা করি য়াওরমগদগে, করি হায়রমগদগে হায়বদু খঙনিংবা পোকহল্লি। মসিমক্তা চাউবগী লোন শিজিন্নবা হৈবগী লারবা খুদম অমা ওইরি। শম্না হায়রবদা ৱারেংগী তাঙ্ককশিং অসিগী মনুংদা য়াওরিবা প্রমাণ, খুদম অমদি পাউরৌশিং অসি য়াওরমদ্রবদি মহাক্কী ৱারেংশিং অসিগী মগুণ থরদি হন্থগনি। মসিবু অনরোমদা অদুম্না হায়বসু য়াই— চাউবগী ৱারেংশিংদা শিজিন্নবা মনুংগী অমসুং মপানগী ওইবা চৎনবী, প্রমাণ, পাউরৌ অমসুং খুদমশিং অসি লৌথোকখ্রবদি মতোং য়াওদ্রবা জীবগুম ময়াং বংনা উগনি।

খুদম পীবগী মতাংদা চাউবনা য়াব্রিবমখৈ পৃথিবীগী ওইবা য়ানবা মওংদা অফাও অফাওবা মীওই কয়াগী মতিক মগুণবু তাকতুনা পীবা য়াদবা কয়া য়ানবা হোৎনৈ। মখোয়না হায়রম্বা মমল য়াম্লবা ৱাহৈশিং অমুক কায়দনা থমই। খুদম ওইনা বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন মশামক্কা হায়রম্বা অ. মতেক অমা—"তৌগদবা থবক্তা মাই ওনসিল্লু" হায়বসিদা অসুম্না য়াওরি—"মুংঙাই-য়াইফবদি নিংবগী মখা পোনবনি। শেল তান্নবগী লম্বীদি কৈথেল কাননবগী লম্বীগুম অরায়বনি মতম অমসুং লনবু অরেম্বদা মাংহল্লগা লোয়রে।" (লাঃ ২০) "নোল্লুকপা তম্নু" হায়বা ৱারেং তাঙ্কক অসিদসু নিউটন্না হায়খিবা—"ঐদি অঙাংগুম্না তোর্বান্দা তাবা মুংতুম মচা খুঞ্জিলবমখৈ তনি। লৌশিংগী মপাল নাইদ্রবা ঈপাক্তি মাংদা শোল্লনা লৈরি।" (লাঃ ৪২) ৱারেং অসিমক্কী মতুংদা অমুকসু কবি ভবভূতিনা হায়খিবা— "অসিগুম্বা মীশিং অসিদি ব্রজদগীসু হেন্না কল্লি অমরোমদা লৈদগীসু হেন্না থোংল্লি।" (লা ৪০) অসুম্না চাউবনা প্রমাণ ওইবা অমসুং ফজবা ৱাহৈ কয়া মতাং চানা চানা মহাক্কী ৱারেং তাঙ্ককশিংদা তক্তুনা হাপ্পী। মসিনা ছাত্রশিংদা শংনিংবা অমা পোকহন্দুনা হন্না হন্না পানিংহল্লি। চাউবগী অসিগুম্বা খুৎই অসি য়াম্না ফজনা মায়পাক্লবা খুৎই অমনি।

চাউবনা ৱারেং অসিগী তোঙান তোঙানবা তাঙ্ককশিং ইরকপদা ছাত্র নহারোলশিংনা খঙবদা লায়না থোক্লনবা অমদি পাবদা হৈনিংবা পোক্লনবা হায়তুনা উপমা, য়মক, শ্লেষনচিংবা অলঙ্কারশিংগী মতেং লৌই। অতুবু পীক্লিবা অঙাংশিংগী ওইনা তৌবা ময়ম্না অলঙ্কারশিং অসিগী চপ চাবা মশক্তি পুথোকতুনা উৎত্রে। অলঙ্কারগী ৱাফম অসিদা নত্তনা মহাক্কা মহাক্কী ৱাখলশিং অতু ফোঙদোকনবা হোৎনরকপদা ৱারেংগী বিধান (চৎনবী) অমসুং ব্যাকরণগী চৎন-পথাপশিংগী ৱাংমদা ইরকপসু য়াওই। অতুগা করিগুম্বা মতমদা ৱাখলগী ঈচেল অহু লেপ্তনবা হোৎনবদা মতিক চোবা ৱাহৈ ফংদবদগী নত্রগা মতুগীদমক্তা মতম মাঙহননিংদবদগী

কোমা, চৈথৈ, দিয়াস, সেমিকোলননচিংবা কয়াগী মতেং লৌই। মহাক্কী অসিগুম্বা মওং অসিনা ব্যাকরণগী ওইনা নম্ভ্রগা লোলগী চৎনবী ওইনা য়েংবদা মুংঙাইতবা খরা লৈহুনসু পাবদা নুংঙাইমা ত্তাবদা তানিংবগী মহাও অমদি পীরি। মসিগা লোয়ননা মৈতৈলোনগী ওইবা চৎনবী অহুগী মতুংইন্না পাউতাক পীবদা "রোইদবনি", "গদবনি", "ফত্তে" হায়বনচিংবা তুংৱাতপ কয়াসু শিজিন্নে। করিগুম্বা মতাংদসু অহৈবগী ৱাখলদা য়াওরকপা ৱাখলগী মমি অহুনা ছাত্র নহারোল্শিংগী ৱাখলগা ইরোয়ননা চৎমিন্নবগী মওংদা য়েংশি, হোৎনশি, হায়বনচিংবসু শিজিন্নরকই। অসুম্না চাউবনা মহাক্কী ওবজার্ভেসনগী ওইবা খুৎইশিংগী ৱারেং তাঙ্ককশিংদা তোঙান তোঙানবা পার্সন ( 1st, 2nd, 3rd ) শিজিন্নে। ওবজার্ভেসন খুৎইগী মনুংদা লৈরিবা ৱারেংগী তাঙ্ককশিং অসিগী মনুংদা অশোয়বা, অরানবা খরা য়াওরবসু পুন্না য়েংবদা ফজবা, নুংঙাইবা অমসুং কান্নবা কয়ানা অঙাংশিংবু অফবা মায়কৈদা লমজিংবিবা অমদি অনৌবা থৌনা পীবা ওম্বা ৱারেং ঙাক্তনি হায়বসিদি শোয়দ্রে।

## ৩। রিফ্লেকটিভকী ওইবা খুৎই :

মখল অসিগী ওইবা খুৎইদা নৈনহুনা য়েংবদা লমচৎ, ইন্দ্রী খুহুম চনবা, পুকচেল তিংবা হায়বনচিংবা ৱারেংগী তাঙ্ককশিং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা মশক ঙাক্তনি। তাঙ্ককশিং অসিদা চাউবনা মীওইবগী পুন্সিগী য়াম্না মরু ওইরিবা গুণশিং লমচৎ, ইন্দ্রী খুহুম চনবা অসিনচিংবা অসি শুগাইনা নৈনরি।

চাউবনা ইচম চম্না মী অমবু কদায়ফাওবা অফবা মী অমা ওইহনবা ঙমগদগে হায়বনচিংবগী মতাংদা মীতৈগী ওইবা ফজ-ফজবা পাউরৌ, প্রমান কয়া অহু পুথোকতুনা ইথোরকই। (অহুনা ৱারেংশিং অসি মখলশিংগী ওইবা য়াম্না ফজবা ঙাক্তনি।) লমচৎ ফজবা হায়বসি ওইরক্লবগী মতাংদা ইন্দ্রী খুহুম চনবা, পুকচেল তিংবা হায়বসিসু তৌদবা য়াদবা

থোদাংনি হায়বনচিংবা শন্দোক্লা ময়ামদা লায়না খঙবা য়ানবা মওংদা তাক্লি। অতুগা করিগুম্বা মতাংদা অক্নবা ফত্তবা, ওইবা য়াবা য়াদবা কয়া চাংদমহুনা ই।

লোল :

তাঙ্কক অসিদা শিজিন্নরিবা লোল থোইদোক্লা চম্মী। অঙাংশিংদা লাইনা খঙবা য়ানবা মওংদা অতোপ্পা লোলগী অক্নবা ৱাহৈ শিজিন্নদে। মৈতৈতগী ওইবা মৈতৈরোলদা ইবা তেনতক তৌবা ৱারেং ঙাক্তনি। ৱাহৈ পরেং শাংনা ইবগী হৈনবী তাঙ্কক অসিদা লৈতে। অতুম ওইনমক ৱাহৈ ২০ মুক্লা শেম্বা ৱাহৈ পরেং অমা অনিদি য়াওই। "লমচৎ" হায়বা তাঙ্কক অসি পেরেগ্রাফ অহমগী মনুংদা ৱাহৈ পরেং ৩০ খক্তনা লোইশিল্লি। পীক্তক তৌবা ৱারেং অসিদা য়াওরিবা মগুণশিং অসিদি পীক্লা গুণ চেনবা চম্প্রাগুম্বনি।

"ইন্দ্রী খুতুম চনবা" হায়বা মতাং অসিসু মী অমগী লমচৎ ফজনা খংনবা হোৎনবদা করি করি পোৎচং চংবগে হায়বসিগী মতাংদা মুম্না নৈনবনি। অচম্বা ৱাহৈদা ইতুনা য়ারিবমখে লায়না খংহন্নবা হোৎনতুনা অথোৎপা লোন্দাদা লৎপা লৈত্রবা ঈচেলগুম চেন্থহল্লি। ময়াম পুম্না ৱারী শামিন্নবগুম "ঐখোয়" হায়বা ৱাহৈনা পুন্নমকপু অমতা ওইনা কোনশিল্লি। মতাং অসিদা ৱাহৈ পরেং ৪৫ খক্তনা শেম্বা তেনতক তৌবা পেরেগ্রাফ তরেৎকী মনুংদা লোইশিল্লি। মতাং অসিসু মথক্কী অসুম্না য়াম্না লায়বা লেন্দাদা করিগুম্বা মতাংদা খরা হেন্না খঙহন্নিংবা লৈরবদি ব্রেকেত মনুংদা থম্লগা শুগাইনা ফোঙদোকই। য়াম্না কা হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেং য়াওদে। মথক্কী অসুম্না অলঙ্কার পাউরৌ, প্রমাণনিংবা মতিক চানা অমদি মতাং চানা শিজিন্নৈ।

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা তরামরিগুবা মতাং অসিদি থোইদোক্লা শন্দোক্লা নৈনজত্রে। মরমদি মথক্তসু হায়জত্রে, মতুদি "ছাত্রমচা" হায়বা লাইরিক অসিগী মনুংদা ৱারেংগী ওইবা শরক্কী

অরোয়রবদা মৈতৈতগী ওইবা পাউরৌ পাউতাক কয়াবু খোমজিল্লগা থম্বনি। অদুবু মসিনা নৈনম্রিবা বারেং তাক্কশিং অসিগী মতেংদি য়াম্না পাংই।

## বারোইশিন :

"ছাত্রমচা" হায়বা লাইরিক অসিগী মমুংদা য়াওবা বারেংশিংগী মরমদা নৈনখ্রে। বারেংশিং অসি খনগৎলগা নৈনবগী মরমদি ঐগী হীরম অসি চাউবগী বারেংশিংতবু নৈনবনি। অয়াম্বা চাউবগী বারেংশিং অসি কুপ্পা নৈনবা মতমদা লোয়না হায়কেৎ ইমান মাম্নে। য়াম্না লুবা নত্রগা য়াম্না লায়বা মওং নত্রগা ময়ামগা ইমান মান্নদবা য়াওদে। বারেং পুন্নমক্কী মুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি অমতা ওইনা তৌই। অদুবু অইবা চাউবগী হৈ-শিংলবা কলম্না তোঙান তোঙানবা মমিং থোনদুনা তাক্লিংলিবা হীরমদু য়াম্না ময়েক শেংনা কোংদোকপদি ওন্মী। মহাক্কী বারেংশিংগী অপুনবা অমতা ওইবা পাউজেন্দি ছাত্র ওইনা মহৈ তমলিবশিংদি হোৎনবা কল্লু, নোম্বা লেপকন্নু, ইন্দ্রী খুদুম চন্দুনা মীগী মপান তাংদবা তম্মু, অফবা সঙ্গ তৌ, অহল লমন্না হায়বা ইল্লু, মতম মাংহনগন্নু, চাং নাইবা তম্মু অসিনচিংবনি। অসিগুম্লবা পাউতাক অমমমগী মশক ওইরবা মিংথোলশিং অসিগী মথাদা মহাক্না ছাত্র নহারোলশিংদা কান্নগদবা, ফগদবা কয়া হায়রি, তাক্লি।

ছাত্রমচাদা য়াওরিবা বাহৈশিংসি নৈনবদগী থঙবা ওন্মী, মদুদি— চাউবা অসি ওজা অমা ওইনা অঙাংশিংবু কয়াদা মুংশিখিবা। মহাক্না থল্লি, ওসিগী ছাত্র হনারোলশিং অসিনা ফরবদি মথোয়গী তুংগী পুন্সি মুংঙাইনা লেনবা ওমগনি হায়না। মরম অসিনা তোঙান তোঙানবা বাহৈদা ছাত্র নহারোলশিংবু হন্না হন্না বারকপনি, হন্না হন্না পাউতাক পীবনি। সনা শাবগী মুংথংমা সনাদা হন্না হন্না যুরগা হেন্না লংবা, হেন্না ফজবা সনা মওং অমা পুথোকলকপগুম— ওজা চাউবসু হন্না

হন্না তাকতুনা হন্না হন্না নিংশিংহল্লগা অকৎবা ছাত্র নহারোল পুথোক্লবা হোৎনবনি।

**কান্নবা ৱা :**

শ্রী খ্বাইরাকপম চাউবনা ইবা "কান্নবা ৱা" হায়বা লাইরিক অসি "ছাত্রমচা" (১৯২৩) গা ইকান কান্নদনা শোক ১৯২৪ অহূৱাইদা পুথোকখি। লাইরিক অসি ইং ১৯২৯ গী দিসেম্বর থাদা মনিপুর সরকারনা অঙাংশিংগী তম্নবা অইবশিংদগী কপিরাইট লৈবদা য়াওখি। মসিগী মনুংদা পুন্না শৈরেং ১০ (তরা) অমসুং ৱারেং ২১ (কুনমাথোই) য়াওই। শৈরেংশিংগী মনুংদা "লৈবাকলৈ" হায়বা অমা য়াওরি। মসি চাউবনা কলিকতাদা আই. এ. তমলিঙৈদা (১৯১৯ ইংদা) ইখিবনি। মসিনা তাকপদি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং শৈরেংশিং ১৯১৯ দগী ১৯২৪ ইং ফাওবা হায়বদি চাউরাক্লা চহি মঙারোমগী মনুংদা ইখিবা ওাক্কনি। অতুনা লাইরিক অসি চাউবনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকপা অহানবা তাক্কী খুদোলশিংগী মনুংদা অমনি।

লাইরিক অসি ছাত্র নহারেলশিংগীদমক্তা খল্লগা ইখিবনি। মসিদা ৱারেং অমসুং শৈরেং পুন্না য়াওরবসু ৱারেংনা হেন্না মপুং ওইবা মরম্না মসিবু ৱারেংগী লাইরিক কৌবসু য়াই। লাইরিক অসিমক্তি মতমতুগী নৌনা মহৈ-মশিং তমখৎলক্লিবা— মরু ওইনা সাহিত্যবু শকখঙনবা হোৎনরক্লিবা নহারোলশিংগী তম্নবা ৱারেং লাইরিক্কী মশিং ৱাৎনা লৈবা উরুবদগী লাইরিক অসি পুথোরকখিবনি। মসিগী চপ চাবা খুদমসু লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্কগী খঙবা ঙম্মী। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেং অয়াম্বা সমাজ অমসুং লনাই পুন্সিদা কান্নরগদবা ৱাকম ওাক্কা ওই। লমচৎ-শাজৎ ফজবা, মতিক মথৌনা লৈবা, হৌনা লোনচৎ খঙবা, হোৎনবা কনবা, অচুম্বা ঙাংবা, কৎথোকপা পুকচেল চেনবা অসিগুম্বা গুণশিংনা পুল্লবা মীশক কয়াবুসু শীংথাত্নবা নি। ইবগী মইদি ৱারেং ওইনা

লীথোকতুনা তম্বী-তাকপীবগী মওং ওইনা তৌই। মসিনা ছাত্রশিংগী নত্রগা নহারোলশিংগী মফমদা কান্নগদবা পাউতাক কয়া হুকখেংনমা নত্রগা নাকোয়ননা পীবা ঙম্মী।

লাইরিক অসিগী মিংথোল "কান্নবা ৱা" হায়বসিদা মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিং অসিগা য়াম্না চামৈ। ৱারেং অয়াম্বদা খঙজিনবদা কান্নবা মচাক ঙাক্তনা থম্না য়াওরি। অফবা মী অমা ওইবদা চঙদবা য়াদবা, খঙবদা কান্নগদবা পাউতাক, ফজবা ৱাঙাং, অচুম্বা লমচৎ-শাজৎ চৎপা, হোৎনবা কনবনা কান্নবা অসিনচিংবা কয়াবু অইবগী হৈ-শিংলবা খুৎইনা অপাবশিংগী মাংদা উহনবগুম তৌই। ৱারেং অসি নৈনবদা খুদোং চান্নবগীদমক্তা তাঙ্কক মরি থোক্না খায়দোক্লি মতুদি—

অহানবা তাঙ্কক—লমচৎ-শাজৎকা মরী লৈননা ইবা

অনিশুবা তাঙ্কক—মীওইবগী পুক্লিং অমদি লমচৎকী মরমদা ইবা

অহুমশুবা তাঙ্কক—অফবা মীগী ৱারী অমসুং লমচৎকা মরী লৈননা ইবা

মরিশুবা তাঙ্কক—খঙজিনবদা কান্নবা অমদি মাহৌশাগী পোৎশকশিংবু শীংথাহনা ইবা

## অহানবা তাঙ্কক :

"মীনা চৎকদবা লমচৎ-শাজৎকা মরী লৈননা ইবা" হায়বসি মী অমগী লমচৎ-শাজৎ শেম্বদা খঙদবা য়াদবা তঙাইফদনা চংবা মচাকশিং অতৃ তাকপা ৱারেংশিংবু পুন্না থম্মী। অঙাংশিংনা মমা-মপা, মচিন-মনাওশিংদা, নিংথৌদা অমসুং তোল্লবা জীবশিংগী মফমদা করি করম্বা শাজৎ চৎকদগে, অমদি মখোয়গী মফমদা করম্বা ব্যবহার উৎকদগে হায়বতু তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসিদা শুগাইনা তাক্লি। খুদম ওইনা মপা-মমা অমসুং মচিন-মনাওদা চৎকদবা লমচৎ" হায়বা ৱারেং অসিদা চাউবনা নৈনহুনা ইরি। মচা ওইবশিংনা মপা-মমাবু নুংনা তৌহনা মখোয়বু

পেলহনলবদি মখোয়গী শীংডমলরোইদবা লমন অতু শিংবগা মান্নে। ইপা-ইমা, ইচিন-ইনাও হায়বসিদগী হেন্না মুংশিবা য়াবা অতৈ অমত্তা লৈতে। ইপা-ইমানা পোকপীরনি, চাউননবা য়োকপী-থাকপীরি, ইচৈ ইশিং হৈননবা তম্বী-তাকপীরি, নারবদা সেবা তৌবিরি, অমদি মচাগী য়াইফনবগীদমক্তা ইশ্বরগী মফমদা নিবিরি। অসুম্না মচাগী অক্কবত্তা খনবীরিবা মশাগী অৱা-অনা থিদনা হোৎনরিবা মপা-মমাগী লমন অসি মচা ওইবশিংদা মতম চুপ্পগী ওইনা তোনসিনলগদবা শিংবা ডম্নরোইদবা অমনি। মচা ওইবশিংনা মখোয়না হায়বা ইন্দুনা মখোয়গী মফমদা ফজবা লমচৎ ব্যবহার উৎপগা লোয়ননা শোল্লক্লবা, নারক্লবা মতমদা মখোয়গী সেবা তৌবা হায়বসি তঙাইফদবা মথৌনি। অসুম্না মচিন-মনাওশিংগী মফমদসু করি খনগনি, করম্বা লমচৎ চৎকনি অমদি কমদৌনা লোয়নগনি হায়বগী মতাংদসু মহাক্না অসুম্না হায়রি "মচিন-মনাও হায়বসিসু মপা-মমা অমতগী মফমদগী কংফম থোকপা মুংশিবা চপ মান্ননা ফংমিন্নরিবনি। পোকপদগী মখোয়গদা লোয়নদুনা লৈমিন্নরক্লি। অসিগুম্বা মচিন-মনাওগী মরক্তা লৈনরিবা মরী তাসিবু থওইদদুনা মখোয় মশেন অমগা-অমগা থৎনা চৈনদুনা মুংশিনদবা থোক্লবদি মপা-মমা ওইবশিংগী থম্মোয়দা অৱাবা পোকই অমসুং ইমুং মন্নুংগী শান্তি মাংলকতুনা মুংঙাইফম খংদে। অদুনা অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মপা-মমা অমসুং মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা মুংশিনবা অমনা অমবু ইকাই খুম্নদুনা পুন্না লৈমিন্নবগী হৈনবী অদু লৈরবদি, মদুনা সমাজগী মরক্তসু য়াইফবা অমসুং চাউখৎপা ওইগনি।"

বারেং অসিদা চাউবনা মপা-মমা অমসুং মচিন-মনাওশিং তাসিসু সমাজগী শরুক অমনি হায়বদু তাক্লি। অদুগা মখোয় মশেল লুনা-চান্ননা লৈমিন্নবা হায়বসিনা সমাজগী য়াইফবা অমসুং চাউখৎপনি হায়বা তাকপসিনা বারেংসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েং ওইরি।

"মপা-মমা অমসুং মচিন-মনাওদা চৎকদৌবা লমচৎ" হায়বা বারেং অসি চাউবনা মীওইবগী লমচৎকী মতাংদা খন্নক্লবদগী ফংলকপা

বাখলগী পরীং অচু মরমনাই ওইনা শেমগৎ-শাগৎতুনা শকনাইদবা হীরম অমখু নৈনহনা ইবা রিফ্লেকটিভ এসেগী মখলনি। অতাবা অমসুং অপাবশিংবু লায়না খওহনবা য়াননবা উৎনিংলিবা বাকম খরা অচু শব্দোক্লা ইথোক্লি। বাহং কয়া হংহনা অঙাংশিংগী পুক্লিংবু লায়না চিংশিনবা ঙমবা পাম্বৈসু শিজিন্নৈ।

বারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল য়াম্না চম্না ফজৈ। অতৈ লোলগী ওইবা বাহৈ চাওদে। অচুগা বাহৈ পরেং শেম্বগী মতাংদদি অইবগী বাখলগী পরীং অচু অপনবা অথিংবা য়াওদনা ফোঙদোক্লিংবগী মতৌ অচু কায়দনবা হোৎনবদা ',' ( কোমা ), ";" ( সেমিকোলোন ) নচিংবনা পাম্নৈ ওইরি। হায়ফেৎ শাংবা বাহৈ পরেং খরসু য়াওরি।

খুায়দগী শাংবা বাহৈ পরেং অসিদা বাহৈ ৭১ ( হুমফুতরামাথোই ) য়াওই। মসিগী মনুংদা হংগিনবা বাহৈ কয়া অমসু য়াওই। অসিগুম্বা অশাংবা বাহৈ পরেং অসি কোমা অমদি সেমিকোলোনচিংবা শমজিহনা তোঙান তোঙানবা বাহৈ পরেং মচা অমমম ওইবা য়াববু অমতা ওইনা উহনবতা নত্তনা মমাংঙৈগী অরিবা শৈরেংগী মতোন তাবা মাম্নবগী মতৌ অমসু লৈরি। মসিনা অহুম পাথরকপদা শাংমন্না থোক্লবসু ছন্দগী মতৌগুম্না মুংঙাইবা অমদি তান নাইনা চেথবগী মওং অমসু লৈ।

বারেং অসি শুংগী বাহৈ পরেং ১৯ ( তরামাপল ) খক্তনা শেম্মী। অচুগা পেরেগ্রাফ অহুমগী মনুংদা লোইশিনলি। ওইদবা খওনবা বাহৈ নত্তে, চুমদে, য়াদে হায়বনচিংবসু শিজিন্নৈ। মসিমক্তি চাউবনা পামজফাত্তবা বাকম অচু অঙাংশিংগী মফমদা ফোঙদোকনবা হোৎনবদা শিজিন্নখিবনি। তাবদা মুংঙাইবা বাহৈনা হন্না হন্না শিজিন্নহনা অনুপ্রাসকী ফজরবা খুদম অমসু ওইরি।

তাক্ককসিগী মনুংদা লৈরিবা " নিংথৌদা চৎকদবা লীচেৎ " হায়বা বারেং অসিদা ওজা অমা ওইনা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরিবা লাইগা

ম.মরবা নিংথৌগী মফমদা করম্না লমচৎ চৎকম থোকপগে হায়বগী মতাংদু তাক্লি। ৱারেং অসিদা চাউবনা অম্মুম্না হায়রি— হিন্দুশিংনা নিংথৌবু লাইনি হায়না লৌনৈ। অহল-লমনশিং ওজা, গুরু অমদি ইমা-ইপাবু লাইগা মান্নবা ভক্তি কৎকদবনি। মপা-মমানা মচাবু, ওজানা ছাত্রবু অমসুং নিংথৌনা প্রজাবু য়াইফনবা শেম্মী। মরম অসিনা মখোয়গী মফমদা ভক্তি উৎকম থোকই।

নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপদ নত্তনা লৌউ-শিংউবগী অমদি ললোন ইতিক তৌবগী লম অশোমদসু চ.উখৎনবা হোৎনর্রি। প্রজাদগী খোমগৎপা পৈশা অতুনা লৈবাক্কী লন্নী থোঙ শেম্বদা অমদি মহৈ-মশিং তম্বগী লমদা শিজিন্নদুনা অফবা থবক কয়া তৌবিরী। অসিদসু নত্তনা হরান-চিন্থি কয়াদগী কনবীদুনা অফববু য়োকখৎপীরি। অসিগুম্বা লৈবাক প্রজাগী য়াইফনবতা খনবীরিবা লাইগুম্বা নিংথৌ অসিগী মফমদা ভক্তি অমদি ইকায়খুম্নবা উত্রবা মী অদুদি শাগা মান্নরবনি হায়না শন্দোক্লা তাক্লি।

ৱারেং অসি মীওইবগী লীচৎ শাজৎকী মতাং অমা লৌখৎলগা শক্লাইদবা হীরম অমবু ৱ.খলনা শাগৎলগা ইবনি। ইবগী মতৌ অসি ৱাক্কম অমবু ময়ামগী মফমদা খঙহননীংবদগী হায়বনি। মী অমা ওইনা হিংলবদি লৈবাক্কী মপী মপা ওইরিবা লাইগুম্বা নিংথৌ অমগী মফমদা ঐখোয়না করি করি তৌকম থোকপগে হায়বদু শন্দোক্লা অমদি শুগাইনা তাক্লবা হোৎনবা মরম্না রিফ্লেকটিভ ওইবা খুৎইনি।

ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল য়াম্না অখন্নবা খন্নবা ৱাহৈ ৱাতা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মরমদি লাইগুম্বা নিংথৌগী মতিক-মগুণ তাকপা, মহাক্কী মফমদা চেৎকদবা লমচৎ অমসুং ঙাংগদবা ৱাহৈ-ৱাতা অদু তাকপা ৱারেং ওইবনি। খুদম ওইনা—"নিংথৌ হায়বা অসি মীওইবা জাৎকী পুম্না ভাবা য়ানবগী থৌরী কেঙ্গোয়গুম্বনি। ··· নিংথৌনা ঐখোয়দগী খাজনা লৌখৎপীদুনা লৈবাক্কী কান্নবা থবক তৌবদা শিজিন্নবী", অসিন-চিংবা। (লাঃ ৭)

## তোল্লবা জীবশিংদা চৎকদবা লমচৎ :

তোল্লবা জীবশিংদা চৎকদবা লমচৎ হায়বা ৱারেং অসিসু মীওইবদগী হৃস্থনা লৈরে খল্লিবা তোল্লবা জীবশিংগী মফম্মদা করম্বা লমচৎ চৎকদগে হায়বত্থু শন্দোক্লা ইত্থুনা তাক্লি৷ ৱারেংসিদা চাউবনা হায়রিবা ৱারোলশিং অদুদি তোল্লবা জীবশিংবু থৌজানবীবা হায়বসি হিন্দু ধর্ম্মদা নত্তনা ধর্ম্ম খুদিংমক্তা য়াওরবা ৱাকল্লি৷

শা-ষণনচিংবা তোল্লবা জীবশিং অসি মীওইবনা কাননবগীদমক্তা য়োকই অমসুং মখোয়দগী কান্নবা ক্লয়ামরুম ফংই। অসিগুম্বা মীওইবগী কাননবা তৌরিবা জীবশিং অসিবু মপাঙ্গলগী মতুংইন্না শিজিন্নদীরবা ফাওবদসু মখোয়বু লুনা চান্না নানবা-শিংপীত্থুনা মখোয়দা তৌবিমল খঙবা উৎফম থোকই।

ৱারেং অসিদা মরু ওইনা চাউবনা উৎনিংলিবা অমদি উৎকে হায়না হোৎনরিবদি জীবশিংবু লুনা তৌবা হায়বসি ধর্ম্ম খুদিংমক্তা য়াওরবা মরু ওইবা মন্ত্রগী মশক্তি হায়বসিনি। মখোয়বু লুনা তৌবিদবা, মুংশি হৈতবা শাজৎ চৎপা, থিনা তৌবা হায়বসিদি পাপকী মশক্তি। মরমসিনা মালেমসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক লুনা চান্না তৌবিগদবনি হায়বসিনা ৱারেংসিগী পান্দম অমসুং মিৎয়েং ওইরি।

ৱারেং অসি মীওইবগী লমচৎকী মতাংবু পন্দুনা ইবনি। অয়াম্বা মীওইবনা তোল্লবা জীবশিংবু মুংশিনা তৌবিদ্রবা, ধর্ম্ম হায়বত্থু মখোয়গী মফমদা উৎপিদবা উরুবদগী করম্না অমদি করি উপাইনা খজিক্তুং ওইরবসু কনবা ঙমগদগে হায়বসি খন্থত্থুনা মসিগী মতুংইন্না লাকপা ৱাখলশিংত্থুবু নৈনত্থুনা ইথোকই। অত্থুনা ৱারেং অসি ইবগী মওং য়েংলগা 'রিফ্লেকটিভ এসেগী মনুংদা থম্বা য়াই। ৱারেং অসিগী মনুংদা চাউবনা য়াম্না ৱাংবা ৱাখল "পরলোক্কী" ওইবা ৱাফম মতেক অমবু প্রমান ওইনা শিজিন্নরগা তাইবং নীগা জীব অতৈগা থেন্নবা লৈতে ঈশ্বরগী ওইবা খুৎশেম ডাক্তনি

হায়বছু তাক্লি। ইধগী মওংদি অংপাংশিংগী মক্কমদা তম্পী তাকপীবগী ওইনা তৌই।

ৱারেং অসি অচম্বা লোন্দা তেনতক তৌবা ৱাহৈ পরেং শিজিন্নহুনা ইবনি। করিগুম্বা মত'ংদা শাংতক তৌবা ৱাহৈ পরেং খরসু য়াওরি। শৈরেংগুম্মা তৌবা ছন্দ অমসুং তান য়াওনা পাবা য়াবা মতাং য়াওরকই। খূদম ওইনা—

" শামুনা চাউই কান্দ্রেং; কৈনা থৌই চেংনদ্রেং; উচেক্কী মশা পাল্লিং চন্নকম লৈদ্রেং ভানা ঈশিংদা লোৎলি কান্নফম লৈদ্রেং; ..." ( লাঃ ৯ )

ৱারেং অসিদা ৱাহং হংবগী হৈনবী লৈ। অশাংবা ৱাহৈ পরেং অমা শেম্বদা মরক্তা কোমা, সেমিকোলোন অমদি দিয়াস শিজিন্নহুনা ৱাফম কয়াবু অমতা ওইনা পুন্সিনবগী মওংসু ৱারেং অসিদসু য়াওরি। মসি চাউবগী ৱাহৈ পরেং শেম্বগী হৈশিংবনি। মসিনা ৱারেং অসিগী ফজবা হেনগৎহল্লি।

অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ—ধর্ম্ম, হিংসা, দণ্ডিনচিংবা খরদি য়াওরি। "অহিংসা পরম ধর্ম্ম" হায়বা ৱাহৈ পরেং মতেক অমসু য়াওরি। অহুবু মসি ব্রেকেতকী মনুংদা থল্লি। অঙাংশিংগীদমক্তা ইবা তেনতক তৌবা অচম্বা ৱারেংনি। পেরেগ্রাফ অহুমগী মনুংদা নিয়ম নাইনা অহৌবা, ময়াই, অরোইবা নাইনা ইবনি। পুন্না ৱাহৈ পরেং ৩৫ ( কুনথ্‌রমঙা ) থক্তনা শেম্বা ৱারেংনি।

## অনিশুবা তাঙ্কক :

"মীওইবগী পুক্লিং অমসুং লমচৎকী মরমদা ইবা"

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা ঊলরিবা "মীওইবগী পুক্লিং অমদি লমচৎকী মরমদা ইবা" হায়বসিদা চাউবনা মী অমা ওইবদা তঙাইফদনা চংদবা য়াদ্দবা ফজবা লমচৎ হায়বসি ওইরক্কবা হোৎনবদা অমদি মসিগী মতেংনা ওইবা য়াবা মুং অমসুং পানগী ওইবা শাজৎ লিচৎকী মতাংদু নৈনহুনা

উৎলি। তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা বারেংশিং মথাদা নৈনজরি।

## পুক্লিং চঙবা :

বারেং অসিদা চাউবনা য়াম্না থবায় য়াওনা হায়রি। মতুদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা অহানবা খুদোংথিবা অমা থেংনবগা থাদোক্লবদি থবক অমতগী তাফবা মহৈ চাবা ঙম্মোই। খুদম ওইনা সার আইজাক নিউটননা হৈতুপ অমা তারকপা উবদা করম্না তারক্লিবনো হায়বসি হন্না হন্না পুক্লিং চঙনা খল্লবা মতুংদা পৃথিবীগী চিংশিন্নবা শক্তি লৈ হায়বসি খঙবা ঙমখ্রিবনি। মসি নৎলমদ্রবদি মাগী মমি অসি বিজ্ঞানগী লমদা তারমদবসু য়াই। অতোপ্পা অমনা দ্রোণাচার্য্যনা খুৎলাই চায়েং তৌবদা পুক্লিং চংবগী অশেংবা খুদম ওইনা আজ্জুননা উচেক্কী মিৎতমক উই হায়থিবদগী চাংয়েংদা মায় পাকপা ঙমখি। খুদিংমক অসিগী মরমদি মিৎনা উরিবসি পুক্লিংনা থনবগী মথা পোনবনি হায়বসিনি। ঐখোয়সু সুংতিগী তৌগদবা থবক্তা পুক্লিং চিংশিনবা ঙমদ্রবদি থবক অতু নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্মোই।

বারেং অসিদা চাউবনা উৎনিংলবদি থবক খুদিংমক্তা পুক্লিং চঙনা তৌদ্রবদি মতুগী মহৈ ফংবা ঙমদে হায়বসি খঙহনবগা লোয়ননা থবক্তা পুক্লিং চঙগদবনি হায়বসিনি। করিগুম্বা থবক অমা মায়পাকনা পাংথোকপা ঙম্বা-ঙম্দবা হায়বসি পুক্লিং চঙবগী মথা পোনবনি। পুক্লিংনা চপ য়ুংনা লেপ্পবা অমসুং হন্না হন্না হোৎনরবদি ঙমদবা থবক লৈতে। মসিনি নিবন্ধকারনা অঙাংশিংদা খঙহননিংলিবা বাফমদি।

খুৎই লোল : বারেং অসি শক্লাইদবা হীরম অমদা অইবগী বাখলনা শাগৎপা পুন্সিদা থেংনগদবা, ওইরকপা য়াবা বাফম কয়াগী মরমদা শন্দোক্লা নৈনত্নুনা উৎতুনা ওবজার্বেসনগী ওইবা খুৎইদা ইবনি। বাখল ফোঙদোকপবুদি খুদম পীবনা হেন্না মপুং ওই। মসিদা শিজিন্নরিবা লোন্দা য়াম্না চিং লেম্মী। বাহৈ অরুবা শিজিন্নদে বাহৈ পরেং কা হেন্না

শাংবা য়াওদে। অয়াম্বা ময়াই ওইরপ তৌনা শাংবা বাহৈ পরেং শিজিন্নতুনা ই। তশেংনমক অঙাংশিংনা খঙননবদা ইবা মৈতৈরোলগী চয়া ফজরবা বারেং অমনি। বাহৈ পরেং ১৯ খক্তনা পেরেগ্রাফ অহুমগী মন্নুংদা লোইশিল্লি।

## য়াহৌঙনবা :

চাউবনা মহাক্কী বারেং "য়াহৌঙনবা" হায়বসিদা অহুম্না ইরি— য়াহৌঙনবা হায়বসি মহৌশাগী নিয়মনি। মীওইবা নত্তুনা মহৌশাগী ওইবা উচেক-বায়া, জীবশিং অমদি হৈপাল-লৈপাল অপুম্বা নিয়ম অসি ঙাক্না চৎপা ঙাক্তনি।

অয়ুক অঙনবগী নুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈহনবদা পুক্লিং অমসুং হকচাং পুয়মক তেকখৎহল্লি। মসিগী মতাংদা মান্সফিল্ডনা অহুম্না হায়রম্মী— "ঐনা মতম কুইনা থিরুত্নুনা খঙজয়ে— তেংবানবদা কুইমা পুন্সিত্নুনা লৈনবগী মরমদা য়াহৌঙনবগা মান্নবা অনিশুবা হিদাক অমা লৈতে।" মসিদসু নত্তনা ভারতকী মুনি ঋষিশিংনা য়াম্না ঙন্না ঈশ্বরগী পুজা তৌননবা হৌগৎলি। অদুবু অসিগুম্বা অফবসি খঙনা খঙনা হৌজিক্কী মীওইবনা হেন্না তুমহুনা অরেম্বদা মতম মাংহল্লি।

অয়ুক্কী নিংথিজবা উরগা অউবা খুদিংমক্কী থম্মোই পেনফম ওইরি। অইংবা নুংশিৎনা য়ৈবদা পুক্লিং হকচাং তেকখৎলি। মরম অসিনা য়াহৌ ঙনবা হায়বসি হকচাং ফনবা লাইবাগুম্বনি লোয়ননা থৌ পাংথোকনবা অফবা পাম্বৈ অমসুনি।

বারেং অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি য়াহৌঙনবা হায়বসি মহৌশাগী তৌদবা য়াদ্রবা নিয়মনি হায়বসি তাকপগা লোয়ননা য়াহৌঙনবনা হকচাং ফৈ; থৌ পাংই লোয়ননা মহৌশা (প্রকৃতি) গী ফজবসু উবা ফংই হায়বসি ছাত্র নহারোলশিংদা তাক্লবা হোৎনবনি। নিয়ম অসিমক অঙাংশিং খুদিংমক্না তৌহননিংথি।

**থুৎই অমসুং লোল :**

বারেং অসি অইবগী বাখলদা ফাওবা নহারোলশিংনা মতমগী মমল খঙলক্তবা অসিগী মরম নৈনহুনা ইবনি। মসিগী মইসি ওবজার্বেসননগী ওইবা থুৎইনি। মসি পৃথিবী অমসুং ভারতকী ফীদমনিংঙাই ওইবা মীশকশিংবু খুদম পীহুনা ভাকপা তেনতক তৌবা বারেংনি। অচম্বা বাহৈ অমসুং অতেনবা বাহৈ পরেং শিজিন্নহুনা অতৈ লোনগী বাহৈ য়াওনা ইবনি। বাহং হংবগী হৈনবী বারেংসিদসু অহুম লৈ।

বারেং অসি বাহৈ পরেং ২২ না পেরেগ্রাফ ৪ গী মনুংদা নিয়ম নাইনা ইহুনা লোইশিনবা তেনতক তৌবা বারেংনি।

**কল্লকপা :**

কল্লকপা হায়বা বারেং অসিদসু "কল্লকপা" হায়বসিদি মীওইবগী মাঙনবা পুকচেল্লনি, মসি থাদোকপা চুম্মী হায়না, হায়রি। চাউবনা হায়রিবদি কল্লকপা হায়বসি মীওইবগী মরক্তা মুংশিনদবা অমগা অমগা খৎন-চৈনবা থোকহল্লিবা মীওইবগী মশাদা য়াওবা হুগী মশক্নি। মসি লৈবদগী মীওইবগী মরক্তা খৎন-চৈনবা থোকহল্লি। কল্লক চাওবা মীনা ফত্তবদা নত্তনা অফবা মখল অমতা খনবা ঙমদে, অফবা মশক অমতা উবা ঙমদে। অহুনা মহাক মহু তেংবানবগী মুংঙাইবা মশক খঙবা ঙমত্রবা মরাইবক থিরবা মীশকনি হায়বা য়াই।

কনাগুম্বনা কল্লকপবু মীথোই মীহেন পাম্বদগী থোকপনি হায়নবা য়াওই। অহুবু মসিদি অতোপ্পগী অফবা উরগা মীহৌবা, মাঁবু মাংনবা শিনবা পুকচেল পীকপগা লোয়নবা মরম্না লাল্লবা বাফম্নি।

অমরোমদা কল্লক মীহৌচাওবা হায়বসি মীমুংশি হৈতবগী খুদম অমসুনি। মীগী ফত্তবা অশোইবা উবদা অফবা কয়াবু উবা ঙমদে। অসিগুম্বা মশাগীসু কাল্লবা ফংদবা মীগী মাংনবা ওইরবা পুকচেল অসিনা মিংচৎ থিনবা ওইবনিনা মসি থাদোকফম থোকই।

ৱারেং অসিদা চাওবনা ফোংদোক্লিংলিবা ৱাফমদি কল্লকপা হায়বসি মীথোই মীহেন পান্নদগী থোরকপা নত্ত্রা, সংসারবু পাকনা উবা ঙমদবা, মীসুংশি য়াওজ্রবা মীওইবগী পুকচেলনি। অসিগুম্বা মীগী মাংনবতা থনবা নত্তনা অফবা অমত্তা ওইরকনবগী মচাক য়াওদ্রবা পুকচেল অসি মশাগীদ নত্তনা জাতিগী মাংনবা ওইরকপা য়াবনিনা মসিবু থাদোকপা ঙমনবা হোৎনফম থোকই। মসি ফত্তবা পুকচেলনি হায়বসি ময়ামগী মফমদা তাক্লবা হোৎনৈ। মসিগা লোয়ন লোয়ননা মীওইবগী লমচৎতা মসিনা কয়ি অমাংবা পুরকপগে হায়বত্তুসু উৎনবা হোৎনরি। অদুগা মসি পুম্নমক থাদোকত্তুনা অফবা ৱাখল খনগদবনি হায়বসিসু তাক্লি। মসিমক ৱারেংশিগী মিৎয়েং অমসুং পান্দম ওইরি।

## থুৎই অমসুং লোল :

ৱারেং অসিগী অইবগী ৱাখলদা কল্লকপনা থোকরপা য়াবা থুদোংথিবা অমাঙবা ওইরকপা য়াবগী মরমদা থনথরুরগা যৎতবশিংতু ময়ামদা উৎথোরকপনি। অত্তুনা শক্লাইদবা হীরম অসিদা ৱাখলত্তনা মপুং ওইনা অনিংবা অমগা লোয়ননা পুথোরকপা মরমনা ৱারেং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা থুৎইনি। ৱারেং অসিদা অতৈ লোলগী ৱাহৈ ৱাতা অমত্তা য়াওদে। অদুবু ৱাহং হংদুনা অতাববু পুক্লি চিংশিন্নবা হোৎনবগী থুৎলাই অদুদি অদুমক শিজিন্নরি। মতাং চানা কল্লকপনা ফত্তবশিংতু শুগাইনা নৈনদুনা ইরি। য়াম্নমক শন্দোক্লা ইদ্রবসু উৎনিংলিবা খরদুদি ফজনা খঙহনবা ঙম্মী। মসি অইবগী গুণনি। অদুগা য়াম্না,কা হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেংদা ৱাখলগী পরিং নত্তনা ফোঙদোকপগী হৈনবীদি য়াওদ্রবসু অয়াম্বনা শাংতক তৌবা ৱাহৈ পরেংদি শিজিন্নরি। ইচম চম্বা থুৎফোংদোক্লি। য়াম্না শাংবা ৱারেংসু নত্তে। শুপ্নগী ৱাহৈ পরেং ২৬ থক্তনা পেরেগ্রাফ ৪ গী মহুংদা লোইশিনবা ৱারেংনি।

## লমচৎ :

ৱারেং অসিদা চাওবনা অসুম্না উৎলি। মতুদি— লমচৎ হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা লৈতেং অমনি। হায়বদি ইনাকথুনবনা ফিজেৎ লৈতেংনা

মশাগী মগুণ হেনগৎহনবা ওমগ্রবস্তু লাইরবা অমনা মশাগী ফজবা লমচৎনা লৈজেং ওইহনা মশাগী ইকাইখুম্নবা অমদি ভক্তি তৌনফম ওইবা গুণ অদু হেনগৎহনবা ওমগতুনা শিরবদস্তু লেংদবা মিংচৎ থম্নবা ওম্মী। মসিদস্তু নত্তনা লমচৎ ফজবা হায়বসিদি মাংগ্রবা মমল য়াম্নবা মীওইবগী লন অমগ্লুনি। মচা অঙ্কবা অমা থম্বনা লল য়াম্না থম্বদগী মমল য়াম্বা হেল্লি। হায়না মী অয়াম্বনা হায়নরি। অফবা মচা অমনা মপা মপুগী অরান খুত্তম ওাকতুনা হাম্নগী লৈরম্বা চাংদগী হেনগৎহনবা ওম্মী। অমুম্না লমচৎ ফজবা মী অমনা মশাগীদা নত্তনা মরৈবাক মচাশিংগীস্তু অফবা ওইরকই।

অদুগা অময়োমদা মচা ফত্তবা মীদি মহৈ হৈত্তুনস্ত, ইনাক খুনবা মী ওইত্তুনস্তু মী অয়াম্বনা মহাকপু মহু পানবা লিলগুম্না কিনৈ। মহাককুনা মচা পোকপনা মপা-মমাগী, মশাগী অমদি জাতিগী অমাংবা নত্তনা করিস্ত কাম্নবা ফংদে। অতুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু অফবা সঙ্গ তিম্নহনতুনা অফবা লমচৎ শেম্বীনবা হোৎনফম থোকই।

বারেং অসিদা চাউবনা লমচৎ ফজবা হায়বসি মীওইবগী লল অমস্তুং লৈতেংনি হায়বসি তাকপগা লোয়ননা লমচৎনা মীওইবগী পুন্সিদা লৌরিবা থৌদাং অদু তাক্লবা হোৎনৈ। মসিদা অইবগী বাখল অমস্তুং মিৎয়েংদি লমচৎ ফজবা হায়বসিদি মশাগীতা নত্তনা মরৈবাক মজাতিগীস্তু লেংদবা লন ওইরি। লমচৎ ফত্তবনা খুদিংমক্তা অমাংবা ওইরকই। অতুনা মমা-মপা ওইবা খুদিংমক্তা মচাশিংবু অফবা সঙ্গ তৌহনতুনা অফবা ফিদমদমক লৌহন্নীংবনি। লমচৎ ফজবা মী য়াম্না লৈরকলবতদা লৈবাক অতুস্তু চাউথৎপা ওইগনি হায়বসিনা বারেং অসিগী মিৎয়েং অমস্তুং পান্দম ওইরি।

## খুৎই অমস্তুং লোল ঃ

বারেং অসিদা অইবগী বাখলদা ফাওরিবা মীওইবা জাতিনা লৈথা তানা মাওখিগদবদগী করিনা কনবা ওমগদগে হায়বসিগী মতাংদা মুলা

খঙ্নরগা মরুওইবদি লমচৎনি হায়বসি খন্দুনা লমচৎকী মতাংদা অফবা ফত্তবা অতু অনিগী চাংদম্নরগা নৈনহুনা ইবা রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা থুংইনি।

বারেং অসিদা অইবনা ধর্ম্মগী ওইবা থাজবী—স্বর্গ অমসুং নরককী বাফমবু য়ায়া ফজনা শুগাইনা ইরি। ফত্তবা মীবু অসুম্না—"মহাক্কী পুক্নিং অহুদা মতম পুম্নমক্তা নরক্কী অমম্বা মমি অমা তাহ্নুনা লৈ।" (লাঃ ৬৪) মহাক্কি মহ পুবা লিলগা অমহানি। মসিগা য়ান্না চান্নবা প্রমান অমস্ত বারেং অসিগী মতাং অমদা শিঙ্জিন্নরি—"শাগৈগী ইকাইখুম্নবা, লনগী মর্য্যাদা অমসুং মহৈগী তাংলবা ভক্তিনচিংবা অপুম্বা ফত্তবা লমচৎনা অমুক্তদা লিক্লি অকাইবগুম পুম্মাং মাঙহল্লি।" (লাঃ ৬৪)

**অহুমশুবা তাঙ্কক ঃ**

"অফাওবা মীগী লমচৎকা মরী লৈননা ইবা"

অহুমশুবা তাঙ্কক্তা লৈরিবা "অফাওবা মীগী লমচৎকা মরী লৈননা ইবা" হায়রিবা অসিদা মতিক মগুণ লৈবা মীশকশিংগী লমচৎ-শাজৎপু বারী ওইনা লীথোকতুনা উৎলি। তাঙ্কক অসিগী মসুংদা লৈরিবা বারেংশিং অসি ইতিহাস অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হায়না অনি থোক্লা থমহুনা নৈনরি।

(ক) ইতিহাসকা মরী লৈনবা হায়বসিদা জর্জ্জ বাশিংটন, নিউটন, বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন, হাজি মহম্মদ মহসিন অমদি ধাতি পানানচিংবশিংগী থোইদোক হেন্দোকপা লমচৎকী মশক উৎতুনা ই। ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হায়বা অসিদনা মহাভারত অমদি হিন্দুগী শাস্ত্রশিংদা তমজনিংঙাই ওইবা লাইপোককুম্নবা কয়াগী লমচৎপু বারী ওইনা লীবগী মওংদা ইরি।

**জর্জ্জ বাশিংটন ঃ**

অহানবা ওইনা ইতিহাসকা মরী লৈনবা হায়বসিদা জর্জ্জ বাশিংটন্না অচুম্বা [illegible]বদগী ভংশাওবা মপাব [illegible]রক্না খুহুম চনখিবগে হায়বহু তাক্লি।

মসি ইরিবসিগী মওংদি — জর্জ ৱাশিংটননা অঙাং ওইরিঙৈদা নোংমা মপানা য়াম্না লুনা তৌজবা উপাম্বী অমা য়াম্থংলুরে। উ অদু কনানা য়াল্লিবনো হায়বা খঙদ্রবা মপানা ৱাশিংটননা মপুক শেংনা অমদি থৌনা ফবগা লোয়নননা মহাক্না তৌবনি, দগি পীবা তারবসু মঙোন্দা পীবিয়ু হায়জখি। অসিগুম্বা মচাগী মপুক শেংবা অদু উবদা মপানা মতম খুদিংমক্তা মদু ঙাকতুনা চংলবদি পুন্সিদা মিংচং লৈবা অচৌবা মী ওইবা ঙমগনি হায়খি। অদুম্না মপানা হায়খিবা অদু কায়দনা চংপা মরম্না আমেরিকাগী নীংতম লাল লোয়রবা মতুংদা অহানবা শেমখিবা সাধারণ তন্ত্রগী সভাপতি ওইদুনা ইকাইখুম্ননিংঙাই ওইরবা মিংচে অদু ফংখিবগা লোয়নননা অচৌবা মী অমা ওইবা ঙমখি।

ৱারেং অসিদা চাউবনা ময়ামগী মফমদা থমগে হায়না হোৎনরিবা পান্দম অদুদি অঙাওবগা অঙাংগা মান্নৈ হায়না ময়াম্না লৌনরবসু অচুম্বা ঙাংবা, কিদবা পুকচেল তিংবা হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈরক্লবদি পুন্সিদা মাঙদবা মিংচং থমদুনা অচৌবা মীশক অমা ওইবা ঙমগনি হায়বসিনি। চাউবগী ৱাখলদা পৃথিবীদা লেংদ্রবা মিংচং লৈহৌরবা জর্জ ৱাশিংটনদগী তমজনিংঙাই ওইবা কান্নরবা পাউতাক কয়াগী মমি অঙাংশিংদা তাহৌরবদি থোৎলবা থম্মোয়বু লায়না অফবা লম্বীরোমদা লমজিংবা ঙম্বা য়াই হায়বসিনি। ৱারেংসিদা লৈরিবা অইবগী মিৎয়েং অমসুং পান্দম অসি য়াম্না পাক চাউই।

ৱারেং অসি পাউতাক ওইনা পীরিবদি অঙাংশিংনা পামজবা মওংদা ৱারী ওইনা লীবিদুনা তাহল্লবদি হেন্না লায়না খঙগনি খল্লুবদগী ৱারী লীবগী মওংদা ইরবনি। অদুনা ৱারেং অসিবু নেরেতিভ এসেগী মখলনি হায়না লৌরা য়াই। অদুবু ৱারী ওইনা লীরগসু মপুংদদি ৱাশিংটনগী লমচৎ-শাজৎকী মরমদা কুপ্পা নৈনবা মরম্না ৱারেং অসি কেরেক্টর এসেগী মখল ওইনা লৌবনা হেন্না চাম্না থোক্কনি। তশেংনমক অঙাংশিংগী মনোবিজ্ঞানবু মুম্না খঙলবা চাউবনা মখোয়গীদমক য়েংদুনা ইখিবা ৱারেংনি।

খারেং অসিদা লোল অরুবা খাহৈ পরেং অশাংবা অমতা শিজিন্নদে। ইচম চম্বা অঙাংনা লায়না খঙবা য়ানবা মওংদা ই। লাপ্পবা ইংলণ্ডগুম্বা লৈবাক্কী মারী ওইরগসু য়ারিবমথৈ লমদমসিগা চান্নবা হোৎনৈ। খারেং অসি তেনতক তৌনা, শুপগী খাহৈ পরেং ১০ খক্তনা পেরেগ্রাফ মরিগী মঙ্গংদা লোইশিল্লি। অয়াম্বা খাহৈ পরেং তেনতক তেনতক তৌই।

## নোল্লুকপা সার আইজাক নিউটন :

লমচৎ ফজবা মীগী মতিক মগুণবু মারী ওইনা লীথোকতুনা ইবা হায়বা অহুমগুবা তাঙ্কক্তা লৈরিবা খারেংশিংগী মঙ্গংদা "নোল্লুকপা সার আইজাক নিউটন" হায়বা খারেং অসিসু অমনি। নোল্লুকপা কদায়বু কৌবগে হায়বদু তাক্লবা হোৎনবদা নিউটনগী মারীনা খুদম ওইনা পীরি। চাউবনা পামজনা খনগৎলবা ফীদমনিংঙাই ওইরবা মীশকশিংগী মারী অঙাংশিংদা লীবিরিবনি। নিউটন হায়বা মীশক অসি বিজ্ঞানগী মরমদা মপাল নাইত্রবা লৌশিং লৈরবসু কৈদৌঙৈদা চাউথোকখিদে। অদুনা মহাকপু মতম খুদিংমক্তা নোল্লুকপা মীগী মরক্তা শীংথানরিবনি।

অচৌবা মীদি কৈদৌঙৈদসু চাউথোক্তে। থন্দবা চঙনা মথোল হৌবগুম অপংবা মীতনা চাউথোকই। নিউটন হায়বসি বিজ্ঞানগী লমদা মমিং লৈরবনি অদুবু মহাককুম্না চাউথোক্তবা মীদি য়াম্না তাংই। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা খুজুম্খুৎলাই শাদুনা মীবু ঙকহনখি। নুমিৎ, থা; থবানমিচাক্কী ময়মদা য়াম্না খঙনীংনা থিজিনখি। নুমিৎ, থা, থবানমিচাক্চিংবশিং অসি প্রকৃতিগী নিয়ম অমগী মখাদা লৈরিবনি হায়বা কান্নরবা বিজ্ঞানগী খাফমশিং অসি পুথোকখি। অদুগা ঙসি ফাওবদা মহাক্কী মতিক মগুণ শোন্নরি। মসি পুন্নমক ওইদুনসু মহাক্তি মতম খুদিংমক্তা নোল্লুকই। মহাক্কী নোল্লুকপা খাহৈ অসিসু ময়াম পুন্নমক্না কাউবা ঙমদনা লৈনরি। "ঐহাক্তি লৌশিংগী ঈপাক্কী তোর্ববান্দা মুংজেং খুগ্গবনথৈতনি মপাল নাইত্রবা লৌশিংগী ঈপাক্তি মংদা শোক্তনা লৈরি" মহাক্কী খাহৈ অসি কয়াদা ফজত্রবা খাঙাং ফজবগুম্না মহাক্কী লমচৎ অমসুং ব্যবহার ফজে।

ৱারেং অসিদা চাউবনা উৎনিংলিবা মরুওইবা পান্দমদি উহৈ য়াম্না পানবা উপাম্না মরু লুকই হায়নবগুম, অচৌবা মীদি মতম খুদিংমক্তা নোল্লুকই হায়বসি তারুবা হোৎনবনি। চাউবগী ৱাখনদা মী খুদিংমকপু নোল্লুকপা তম্মু হায়বসি ৱারেং ওইনা ইথোকতুনা পাউজেনবনি

ৱারেং অসি কেরেক্টর এসেগী খুৎইনি। মসিদা শিজিন্নরিবা লোল অমদি ৱাহৈ পরেং চম্না ফজে। অতেনবা ৱারেংশিংগী মরক্তা অমা ওইনা লৈরবা ৱাহৈ পরেং ১৩ খক্তনা পেরেগ্রাফ অহুমগী মনুংদা লোইশিনবা পাউরৌ য়াওবা ৱারেংনি।

## বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিন :

"বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিন" হায়বা ৱারেং অসিদসু চাউবনা অসুম্না বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিনগী ফীদম্লিংঙাই ওইরবা হোৎনবা কনবগী ৱারী অহু ছাত্র নহারোলশিংদা খঙহল্লি। বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিন হায়বসি অৱাংথংবা আমেরিকাগী বোস্টোন সহরদা লৈবা য়াম্না লাইরবা ইমুং অমদা পোকখি। অহুম ওইনমক চাং নাইনা চাদিং তৌবা অমদি হোৎনবা কনবনা মরম ওইহনা মমৈথংদা লনগী মপু ওইখি। মসিগী খুদম অমদি মহাক্না হায়রম্বা "লন তাম্নবগী লম্বী অসিদি কৈথেল কাম্নবা লম্বীগুম লাই, নোম্বা অমসুং চাং নাইনা চাদিং তৌবনা লন তাম্নবগী অথোইবা লম্বীনি।" অসিনি।

ৱারেং অসিগী মরুওইবা পান্দমদি চাং নাইনা চাদিং তৌবা অমসুং মথৌদা পুক্নিং চংবা মীনা পুন্সিদা ফংবা কান্নবশিংহু তাকপনি। চাউবগী মিৎয়েং অসি য়াম্না পাক চাউনা য়েংলুরগা মৈতৈ সমাজদা য়েংলকপনি। বেঞ্জামিন ফ্লাঙ্কলিননা ছাপা খানা অমদা থবক তৌরম্লদগী চাং নাইবা অমসুং নোম্বা কনবদগী লনগী মপু ওইবা ঙমখিবগুম মী খুদিংমকসু হোৎনরবদি শোইদনমক্কী লনগী মপু ওইবা য়াই হায়বসিনি

ৱারেং অসিদা অফবা ওইহন্নীংবগী ৱাফম অমা ফুমহনা থমলগা ফ্লাঙ্কলিনগী হোৎনবা কনবগী মতৌবুনা ৱারী ওইনা লিথোকই। অহুনা

ৱারেং অসি কেরেক্টর এসেগী ওইবা খুৎইনি। ৱারেং অসিগী অহৌবমক্তদা তুংদা উৎলগদবা অমস্তুং অইবনা পামজবা হায়নিংলিবা খুদিংমক শব্দোক্লা হায়নবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা—“ থবক্তা মায় ওনসিনবা, অথাঙ কনবা অমস্তুং চাং নাইনা চাদিং তৌবনা তাইবংমীনা লাইরবা, অনংবগী পাপ পুম্মমক নমথেকতুনা মহৈ হৈবা, মরল লৈবা অমস্তুং মপাল নাইদ্রবা মিংচৎকী মপু ওইবা ভগী হায়বসি বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনগী ৱারী লীরবদি থঙবা ঙমগনি।”

ৱারেং অসিগী মস্তুংদা থোইদোকপা অরুবা ভাব, ৱাখল য়াওদে। ইচম চম্বা লোন্দাদা চুম্না ৱারী লীবনি। য়াম্না শাংবা ৱাহৈ পরেং য়াওদে। ৱাহৈ পরেং ২৫ থক্লা পেরেগ্রাফ ৫ গী মহুংদা লোইশিনলি।

## মপু নিংবগী অথোইবা খুদম :

ৱারেং অসি মমিং থোনবদি অস্তুম্না “ মপু নিংবগী অথোইবা খুদম ” হায়না থোল্লগা ধাতি পানাগী ৱারী মতেক অমনা খুদম ওইনা পীরি। মতুদি— রাজপুত শাগেগী থৌনাফবা সংগ্রামসিংহনা শিখিবগা লোয়ননা বাপ্পারাউগী শাগৈ মুৎহল্লবা হোৎনরিবা মীনাই মুপীগী মচা বনবীরনা উদয়সিংহবু হাৎতোক্লগা মীৱারগী সিংহাসন ফংননবা হোৎনরক্লি। মসিমা মরম ওইদুনা করিস্ন খঙজরিবা মুংঙাইনা তুমহুনা লৈরিবা অঙাংবু হাৎননবা য়োকচবী পানাদা উদয়সিংহগী লৈফম হংলকই। মসিদা পানানা মবুঙোগী মুৎকদৌবা শাগৈবু কল্লবগীদমক্তা উদয়সিংহবু লানবনগী ৱাংমদা থৈদোকল্লগা মশামক্তা পোকচবা মচাগুপাবু নিংথৌ মচানি হায়জিন্দুনা হাৎহনখি। মহাক্কী মপু ওইরিবা অমদি শাগৈগী অরোইবা মচা ওইরিবা অতুবু কল্লবগীদমক মথান্নুংগী মচাবু হাৎহনখিবসি মুপীলক্তগী অথোইবী অমা ওইবগী লারবা খুদমনি।

(ফ্রিডম অমস্তুং মতমনা তঙাইফদনা দরকার লৈরক্লবদি ঐখোয় মীওইবা হায়বসি অমনা অমগীদমক খ্বায়দগী ৱাংবা ত্যাগ তৌবা তাই।

ৱসিগী লারবা খুদমদি পানানা মহাক মশামক্না পোকচবা মচাবু মীহাৎপদা শিন্নগা মপুগী মুৎখিগদোরবা শাগৈবু কনখি। অসিগুম্বা মপু নিংবগী লারবা খুদম অসি অঙাংশিংদা খংহন্নবা হোৎনবনা ঙাইবগী মিৎয়েং অমসুং পান্দমনি।

ৱারেং অসি য়াম্না কা হেন্না শাংবা নত্তে। খ্বায়দগী শাংই হায়না লৌবা য়াবা ৱাহৈ পরেং অমদা ৱাহৈ ২৮ না শেম্মী। ৱারেং মপুম ওইনা হায়রগসু ৱাহৈ পরেং ২২ খক্তনা শেম্বা পেরেগ্রাফ ৫ থককী মনুংদা লোইশিন্নবা মতেনবা ৱারেংনি। অঙাংশিংগী মরু ওইনা মুপীমচাশিং থোইদোক্না কাম্নরবা ফীদমনিংঙাই ওইবা ৱারেং অমনি। অঙাংশিংনা লাইনা খঙবা ঙম্নবা য়াম্না অচম্বা লোন্দা ইবা ৱারেংনি। মসিহু কেরেক্টর এসেগী মমুং চন্না থহা য়াই।

## হাজি মহম্মদ মহসিন ঃ

ৱারেং অসিদা নিবন্ধকারনা লন অমসুং মীওইবগী পুন্সি হায়বসিদি মতম কুইনা লৈবা ঙমদে লেংদনা লৈবা পোৎতি মীগী কান্নবা তৌবদগী ফংলকপা মিংচৎতনি হায়বসি হাজি মহম্মদ মহসিনগী পুন্সিগী ৱারীনা খুদম ওইনা থমজুনা উৎলি। মহসিন হায়বসি পারস্যদগী হুগলিদা ললোনজনা লৈখিবা অগা ফৈজুল্লাগী মচানি। মহাক্কী মমাদি আউরঙ্গজেবকী অচানবা মনাই সলাউদ্দিননা হান্না লৌরম্লগা মনুজান কৌবী মচানুপী অমা পোক্লম্মী। মসিগী মতুংদা ললোনবদগী নংথরক্লবা হাজি ফৈজুল্লাগা লুহোংলগা খৃঃ ১৭৩২ দা মহসিন পোকখি। অদুবু পোকমিন্নদবা মচিন-মনাও অনিদি য়াম্না নুংশিনখি। খৃঃ ১৮০৩ দা মচে শিখি। মচেগী লৈহৌবা সম্পত্তি খুদিংমক মহসিনগী ওইহৌই। অদুবু মহসিননা লন-থুম করিসু খল্লদনা মীগী কান্নবগী লম্বীরোমদা শিজিন্নৈ। সমাজগী কান্নবা থম্দুনা লুপা লাখ ৩ কায়থোকতুনা হুগলি কলেজ লিংখৎতুনা ছাত্রগী বৃত্তি পীথোকই। অনা লায়েংশং কয়া লিংখৎলি। শয়া হায়রবদা মহাক্কী পুন্সিদা মীগী

কান্নবা নত্তনা অতোপ্পা থবক অমতা তৌখিদে। অদুগা মহাক খৃঃ ১৮১২ দা শিখি। অদুবু মহাক্কী মিংচৎতি হুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ অমর ওইদুনা লৈহৌরবনি।

~~ৱারেং~~ অসিদা চাউবনা খঙহন্নীংলিবদি— হাজি মহম্মদ মহসিন হায়বসিনা মাগী পুন্সিদা তৌখিবা মীওইবগী কান্নরবা ফীদম্লিংঙাই ওইবা থবকশিং অদুগুম্না মী খুদিংমক অফবা থবক তৌদুনা মিংচৎ উরোং থিন্নবা হোৎনৌ হায়বসিনি।

ৱারেংসিদা শিজিন্নরিবা লোল অমদি ৱাহৈ পরেংশিং য়াম্না চন্না ফজে। য়াম্না শাংবা অমদি অতোপ্পা লোলগী অরুবা ৱাহৈ শিজিন্নদে। ৱারেং অসি শুপ্নগী ৱাহৈ পরেং ৩৫ থক শিজিন্নদুনা পেরেগ্রাফ ৬ থককী মনুংদা লোইশিল্লি। চাউবগী ৱাখলদা ধর্ম্ম, জাতি অমসুং অনেম-অম্মাং, লৈত-লাইরগী খেন্নবা অমতা লৈতে হায়বসু ৱারেং অসিদগী লায়না থংবা ঙম্মী। মহাক্কী অনিগুবা ৱাখল অসি অপাবশিংদসু ময়েক শেংনা তাহল্লি। অসিগুম্বা মওংসি চাউবগী ৱারেং ইবগী হৈ-শিংবগী লারবা খুদম্নি। ৱারেং অসি কেরেক্টরগী ওইবা খুৎইনি।

## (খ) ধর্ম্মগা মরী লৈনবা :

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা পুম্নমক্কা মরী লৈনবা ৱা কয়া হায়রি। মতাং অসিদা হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইপোক কয়াগী মতিক-মগুণ শীংথাদুনা ফজবা লমচৎকী মতাংদা ইবদা নত্তনা অতোপ্পা ধর্ম্মগী ফিন্দম্লিংঙাই ওইবা মীশকশিংগী মরমদসু ইরি। তাঙ্কক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি অদুগুম্বা লাইপোকক্লমলবা মুনি, ঋষিশিংগী ৱারীদগী মতেক মতেক থোথোকলগা শাগৎপা ৱাখলগা লোয়ননা ইথোকপনি। মহাভারতকী মনুংদা য়াওবা "ভীষ্মগী ৱাশক", রামায়ণগী মনুংদগী "লবকুশ", ভরতনা ময়াম্বা নিংবা অমদি গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ৱারীদগী "নিমাইনা মন্নপ নিংবা" অসিগা লোয়ননা ইসলাম ধর্ম্মদগী আরক

অমসুং মহম্মদকী বারী য়াওরি। অসুম্না মীওইবা মরুপ্তা শ্রম অমসুং জাৎ খেন্নবা লৈতে হায়বত্থু বারেংশিং অসিনা ময়েক শেংনা ওক্লি। বারেংশিং অসি অমমমতা ওইনা মথাদা নৈনজরি।

**লব কুশ :**

রামায়ণগী মসুংদা মরু ওইনা মতাং অমা লৌথোকতুনা চপ্না লেনবা সনা লুপ.গী কান্নবা লৈতবা লবকুশকী বারী মতেক অমা শিরি। বারেং অসিদা লবকুশ মচিন-মনাওনা রামগী সভাদা রামায়ণ শকখিবগী মতাং অত্থু ইরি। লবকুশ মচিন-মনাওনা বাল্মীকি মুনিনা হায়খিবগী মতুংইন্না রাম সীতা অনিনা মুংশিনবগী বারীবু মুংশিবা সুরগা লোয়নননা শরুকপদা অতাবা খুদিংমক পেন্নখি। সভাদা তিল্লিবা মী খুদিংমক্তা অঙাং অনিবু রামগা মান্নে হায়না খল্লখি। অঙাং অনিগী ঈশৈদা পেল্লত্থুনা রামনা লক্ষনগী মফমদা সনা মোহুর লিশিং অমা পীখিনবা হায়খি। মতুদা অঙাং অনিনা ঐখোয়দি বনদা লৈবনি সনাগী কান্নবা লৈতে হায়না লৌখিদে। সভাদা লৈরিবা কোসল্য, লক্ষ্মণ, ভরতনচিংবা খুদিংমক অঙাং অনিবু উবদা সীতাবু নিংশিংত্থুনা কপ্পখি।

বারেং অসিদগী চাউবনা ময়ামগী মফমদা খঙহন্নীংবা অমদি ময়ামদা খঙহনগে হায়না হোৎনরিবদি লবকুশকী অপাম্বা কল্লকপা লৈতবা মতৌবু উৎতুনা ময়ামস্তু অসিগুম্বা ফিদম অসি লৌহন্নীংবনি।

বারেং অসি নেরেটিভ এসেগী ওইবা খুৎইনি। বারী লীবগী মওংসু হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা মিৎনা উবা থৌদোক অমবু পাউদমবগী মওং ওইনা তৌই। খুদম ওইনা— "ঙসিদি লবকুশনা রামগী ... সভাদা রামায়ণ শকনি... ।, সভা পুম্নমক ঈশৈ তানিংবগী মতৌ উরে।" অসুম্না নেরেটিভ এসে অমগী ওইবা গুণশিং অত্থু বারেংসিদা শুনা তিল্লি। বারেংসিদা বাহৈ পরেং অরুবা অমদি অশাংবা য়াওদে। তেন্নতক তৌরা বাহৈ পরেং ২৩ থক্তনা পেরেগ্রাফ অহুমগী মসুংদা লোইশিল্লি।

## ভীষ্মগী বাশক :

"ভীষ্মগী বাশক" হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা অসুম্না ইরি। মতুংদি হস্তিনাগী নিংথৌ শান্তনুনা সৈত্যবতি লৌনবগীদমক্তা হায়রুবদা সৈত্যবতিগী মপানা মচানুপী সৈত্যবতিনা পোকপা মচানা নিংথৌ ওইহনগনি হায়বা য়াথিরবদি মচানুপী পীগনি হায়রকখি। বাকম অসি সান্তনুগী মফমদদি দেবব্রতা লৈবা মরম্না সৈত্যবতিগী মপাগী মমাংদা পুন্সি চুপ্পা নিংথৌ খুভম তাল্লরোই, নুপী থিররোই হায়না বাশকখি। মহাকী বাশক চেৎপা মরম্না সান্তনুনা সৈত্যবতিবু লুহোংখি। অসুম্না ভীষ্মগী মপা নিংবা অমসুং বাশক চেৎপগী বারী অসি তাস্নগা মথোয়গী ছাত্রশিংসু মপা-মমা নিংবা অমসুং মপুক্লিং চেৎপা মী অমমম ওইবা ঙমগনি খল্লুনা চাউবনা বারেং বারী অসি ইখিবনি।

(বারেং অসিগী পান্দমদি মচা অমা ওইনা ভীষ্মনা মশাগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা পুন্সি চুপ্পা নিংথৌ ওইরোই অমসুংময়ুম পাল্লোই হায়না বাশকখিবা অতুম্না ছাত্র নহারোলশিংসু মপা-মমাগী নিংবা থুংননবগীদমক মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোক্লিংবগী ইথিল অমা পীহনবনি।)

বারেং অসিদা লমচৎ ফজবগী হৌরকফম ইন্দ্রী খুঠুম চনবা ঙমগনি হায়বগী পাউজেল অমা পীরি। অতুগা ভীষ্মগী লমচৎপুনা খুদম ওইনা পিবনি। অসিগুম্না খুৎই অসি নেরেটিভ এসেগী ওইবা মইনি। ঙাম্না ময়াম্না খঙনরবা বারী অমবু অঙাংশিংনা লাইনা খঙবা ঙম্নবা মওংদা ইথোক্লি। অসুম্না অতোপ্পা খঙনবা বারী লীবগী মওংদা ইবা বারেংবু নেরেটিভ এসে কৌনৈ। বারেং অসিগী ভাব, বাখল মখৈদি অতোপ্পা মহাকাব্যদগী লৌরুরবস্ম মতু ফোঙদোক্লবা হোৎনরিবা লোল অমসুং বাখল্লোন্দি মীতৈগী ওই। বারেং অসিদা হায়ফেৎ শাংবা বাহৈ পরেং য়াওরি। মথোয়শিংথুগী মঙ্গুদা লৈবা য়াবা বাহৈ পরেং মচা মচাবু কোমা, সেমিকোলোননচিংবা শিজিন্নতুনা বাহৈ পরেং অশাংবা অমা ওইহল্লি।

ৱারেং অসি ৱাহৈ পরেং ২৫ থক্তুনা পেরেগ্রাফ ৫ গী মনুংদা লোইনববা ইরি।

## ভরতনা ময়াম্বা নিংবা :

"ভরতনা ময়াম্বা নিংবা" হায়বা ৱারেং অসি রামায়ণদগী লৌথোকপনি। চাউবনা লীরিবা ৱারীগী মতাংনা দশরথনা মচানুপা রামচন্দ্রগী মফমদা নিংথৌ খুভম শিন্নবীগে হায়না থল্লকপদগীনা রামচন্দ্রনা বন্দা লেংখিবা, ভরতনা ময়াম্বগী খুরুম নিরকপা ফাওরনি। ময়াম্বা খঙনরবা ৱারী অমা ওইহনসু থোইদোক হেন্দোক্না ভরতনা কদায় ফাওবা ময়াম্ববু নীংখিরগে হায়বসু ৱারেংসিনা উৎলি। ৱারেং অসিদি চাউবনা থবায় য়াম্না য়াওনা ইখিবা মাল্লি। মসিগী খুদমদি ৱারেং অসি হেক অহৌবমক্তদা সেকেণ্ড ব্রেকেটকী মনুংদা ৱারী থেথরক্নদোবিরহুগী হৌরকফম অসু হান্নানা থমতুনা তাকথোকই। মসিগী মথংদা ভরতকী মচীনমক্না পুক্নিং ৱা কয়া ময়াম্বদা হংগৎলি। মসিমক ৱারেং অসিগী তোপ তেপ্পা খুৎইগী মশাক্নি।

(ৱারেং অসিদা চাউবনা উৎকে হায়না হোৎনরিবদি মচিন-মনাও ওইবশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মুংশিনবগী মরি অসু তশেংনমক ভরত অমসুং রামচন্দ্রগী মফদগী উবা ফঙসি হায়বসুনি। ভরতনা ময়াম্ববু কয়া য়াম্না নীংবা, কদাইফাওবা ইকাইখুম্নবা হায়বসু তারুবা হোৎনবদা ৱারেং অসিগীসু মরু ওইবা পাম্নম ওইরি। মসিসু মথক্কী ৱারেংগুমনা অফাওবা ৱারী অমদগী মতেক অমা অমুক হন্না ৱারী লীবগী মথংদা ইবা মরমনা নেরেটিভ এলেমেন্টী মসুংদা থম্লি। চুম্না ৱারী ওইনা লীবদা নংনা পাত্র মশা মক্না থেংনুনা ভাংবা অমদি ৱারী শারধগুমনা ইবা মরমনা ৱারী মচাগী খুৎইগা হায়কেৎ মাল্লে হায়না লৌরবসু য়াই। অদুবু এলেমেন্টী ওইনদি মথক্কী মথল অসিনা হেন্না ফাল্লে। মসিদা অভোম্না লোল হায়বদি ৱাহৈ শিজিন্নদে।

ৱাহৈ পরেং অয়াম্বা তেম্না তেম্না ই। করিগুম্বা থজিক্না শাংবা ৱাহৈ পরেং য়াওরবদি মরক্তা পংচুয়েসন শিজিন্নতুনা ফজনা পুথোকই। মসিমক চাউবগী ৱাহৈ পরেং শেম্বগী হৈ-শিংবনি।

"কান্নবা মী" হায়রিবা লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৱারেংশিংগী মরক্তদি ৱারেং অসিনা খ্বায়দগী হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেং ৫৬ না পেরেগ্রাফ ৩৩ গী মনুংদা লোইশিনবা ৱারেংনি।

## নিমাইনা মরুপ নিংবা ঃ

ৱারেং অসিদা চাউবনা নিমাই হায়না খঙনরবা চৈতন্য দেৱগী মরুপ নিংবগী অশেংবা মতৌ অছু অত্যাংশিংদা ৱারী লীবগী মওংদা ইরি। নিমাই অমসুং রঘুনাথ য়াম্না নুনা তিন্নবা মরুপনি। মখোয় অনিমক বাসুদেবদা ন্যায়শাস্ত্র তম্লমী লোয়ননা ন্যায়শাস্ত্রগী লাইরিক অমমম ইরম্মী। রঘুনাথকী ৱাখল্দা মহাক্কী লাইরিক অসিদগী হেন্না কজবা অমতা থোরক্লোই হায়না খনখি। অদুবু নিমাইগী লাইরিক অসি উরুবদগী নিংবা কায়বগা লোয়ননা কপখি।

মরুপ্না মথৱায় শোক্না কপ্পগী মরম খঙলবদা নিমাইনা ঐগীদি মিংচৎকী কান্নবা লৈতে, নংগী লাইরিক অসিনা ভারত্তা মমিং চৎপা ওইরসনু "নংগী নমিংতগী পী শিন্দুবা উরবদি ঐগী থম্মোয় অসি অরাদগী মৈনা চাকই হায়তুনা মচেং মচেং শেগাইরগা ঈশিংদা লংথখি।"

চাউবনা ৱারেং অসিবু অথম্বনা ইখিবগী মরমদি অশেংবা মরুপ অমনা মরুপ অমগীদমক্তা কদায়ফাওবা কৎথোকপা ঙম্নগে হায়বছু উৎনবগীদমক্তনি। নিমাইনা মরুপ বাসুদেবগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা মহাক মশামক্কী লাইরিকপু শেগাইরগা হন্দোকপা ঙমখিবা অদুগুম্বা ছাত্রশিংসু মরুপ নিংবগী মতৌ অসি লৈরবদি মখোয়গী মরক্তা খৎন-চৈনবগী ৱাখল থাদোকতুনা অমনা অমগী মতেং পাংনতুনা চাউখৎপা ঙমগনি হায়বা চাউবনা খনখি।

ৱারেং অসি নেরেটিভ এসেগী খুৎইনি। ৱারেং অসি অতোপ্পা লোন্দগী লৌথোরকপা ওইতুনসু ইবগী মওংদি মৈতৈগী ৱাহৈ ৱাত্তা অমদি লোল শিজিন্নদুনা ইরি। থোইদোকপা লৈথেক লৈকেই লৈতনা তেনতক তৌবা

মওংদা ইবা বারেং অসি ব্রাইট পরেং ২৪ থক্তনা পেরেগ্রাফ ৭ কী মসুংদা লোইশিল্লি।

**আরব অমসুং মহম্মদ :**

"আরব অমসুং মহম্মদ" হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা আরব হায়বসি করম্বা লমদমনো, অমদি মহম্মদ হায়বসিনা কনানো হায়বদু তাক্লবা হোৎনরি।

আরব হায়বসি এসিয়া মহাদেশকী নোংচুপথংবা সমুদ্রা তোর্বান্দা লৈবা য়াম্না শাবা, নোং য়াম্না তাদবা, লৈভোই ভাক্তা ভাইবা লৈবাক্নি। লৈবাক অসিদা মী জাৎ অহুম লৈ। মখোয়শিং অহুগী মসুংদা বেহুইন হায়বা জাৎ অসি ললোনবা কোয়চৎ চেৎতুনা লৈবা, ভমথিবা, হাংৎন শুনহুনা লৈবা জাংৎনি। অহুম ওইনমক মখোয়না চহী অমগী মসুংদা থা ৪ (মরি) দি ভমথিবা শাজৎ অসি থাদোকতুনা ধর্ম্মগী থাজনবী অমসুং চৎনবী ভাকতুনা লৈ।

তম্পাক্তা তাবা আরবশিংদি অয়ুক নুমিৎয়ুংবা অমসুং সনধ্যাগী মতমদা নুমিৎকী মগুণবু তোভান তোভান শৈথাহুনা খুরুমই। মখোয়না কাবা মসজিত্তা লাই ৩৬০ থমহুনা নুমিৎ খুদিংগী পুজা তৌই। মখোয়গী পুজাদা মিহুদিশিং খৃষ্টান প্রদিনচিংবসু আরবতা খুন্দাহুনা লৈখিবদগী মখোয়গী হাম্না চৎলম্বা ফজবা নীতি, "লাই পুম্নমক অমতনি" হায়বদু কাওথোকখিহুনা যিশু অমসুং মেরিগী মুর্তি ইরাৎপা হৌখি।

অসুম্না এসিয়া মহাদেশতা ধর্ম্মগী অহোংবা কয়া লৈরবসু; পৃথিবীগী মফম কয়াদা বৌধ ধর্ম্মগী খোজানগী বা শন্দোকরবসু আরব লৈবাক্তা ধর্ম্ম অসি য়োবা ভমখিদে। অসিগুম্বা মতম কুইনা লৈখা তাহুনা লৈরক্লবা হজরত মহম্মদনা মাকা সহরদা পোকলকতুনা কুইনা নোরোক্কী কোমদা লৈরক্লবা আরবসু কনবীখি। পৃথিবীগী ধর্ম্ম অমতনা পেৎহনবা ভমত্রবা আরবকী থম্মোয়দা অমতা ওইবা ঈশ্বরগী থাজবা পোকহনহুনা পৃথিবীদা অকনবা জাতি অমা ওইহনখি।

ৱারেং অসিবু চাউবনা ইখিবগী মরু ওইবা পান্দমদি পৃথিবীদা ফত্তবনা থল্লকলবা মতমদা ফত্তবশিংদগী কনবা ওন্নবা ঈশ্বরনা দূত অমমম থারকই হায়বসিনি। মসি হজরত মহম্মদকী ৱারীনা খুদমনি। অসিগুম্বা আরব অমসুং মহম্মদকী ৱারী অসি অঙাংশিংদা তাহনবা পামখি। লোয়ননা মহাক্কী ৱাখলদা মসিগুম্না ধর্ম্মবু য়োকখৎপা মরৈবাক, মজাতিবু কনখৎপা মীশক অসিগী মতিক মগুণ মালেম শিন্না খঙনবগুম লৈবাক অসিগী নহারোলশিংবুসু খঙহন্নীংখি। চাউবগী ৱাখলদা চেৎনা থাজখিবদি হজরত মহম্মদনা পোকলকপা অসি পৃথিবীদা মীওইববু ফত্তবা লম্বীদগী কনবীহুনা মীনুংশি অমসুং থৌজালদা য়ুম্ফম ওইবা চৎনবী তম্বীনবা ঈশ্বরনা থারকপা দূত অমা ওইননি হায়বসিনি।

ৱারেং অসি নেরেটিভ এসেনি। ৱারেং অসিগী অহানবা হৌবা পেরেগ্রাফতা কল্পনাগী ফজরবা ৱাহৈ পরেংশিংনা আরব লৈবাক্কী ঈশিং নুংশিৎ ফিদমবু ফোঙদোকই। মসিনা ডিসক্রিপটিপ এসেগী মওং মাল্লবসু, অয়াম্বদি ৱারী ওইনা লীরি হায়বদি নেরেটিভ এসেগী ৱারেং অসি মৈতৈলোনগী অচম্বা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নহুনা ই। মতাং অমদা খঙবদা ৱারবা ৱাহৈ "খুদিল" হায়বসি শিজিন্নরি।

লাইরিক অসিগী ওইনা য়েংলুরগদি হায়ফেৎ শাংবা ৱাহৈ পরেং ৭৫ না পেরেগ্রাফ ৮ গী মনুংদা ইবা ৱারেংনি। ৱারেংসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, অলঙ্কার অমদি প্রমান-পাম্নৈনচিংবা য়াম্না মফম চানা চানা থম্মী।

## "খঙজিনবদা কান্নবা অমদি মহৌশাগী পোৎশকশিংবু শীংথাহুনা ইবা":

"খঙজিনবদা কান্নবা অমদি মহৌশাগী পোৎশকশিংবু শীংথাহুনা ইবা" হায়বা মতাং অসিদা মহৌশাগী ওইবা পোৎশকশিংবু খঙদবদগী লান্না লৌনরম্বা কয়াবু তশেং তশেংবা খঙদবা য়াদবা অমা ওইনা লৌরগা অচুম্বা অহুবু প্রমাণগা লোয়ননা তাকহুনা ইথোকই। তাঙ্কক অসিগী

মসুংচন্না লৈবা ৱারেংশিং অতুদি সুমিৎ, লৈচিন অমসুং নোং, হকচাং ন্নায়নবগী অরাইবা পাম্বৈ অমদি ইংরেজনা খুতুম মেন্নবা ভারত হায়বসিনি। হায়রিবা ৱারেংশিং অসি শন্নগা মথাদা নৈনরি।

**সুমিৎ :**

"সুমিৎ" হায়বা ৱারেং অসিদা চাউবনা সাইন্সনা চাউখৎলকপদগী হান্নগী অন্নানবা ৱাখল অতু থাদোকহন্নীংবগী মওংদা ই। মহাক্না সুমিৎকী মতাংদা খঙহন্নীংবা কয়া অঙাংশিংনা লাইনা খঙহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্না অসুন্না হায়রি— ঐখোয়না সুমিৎকী মরমদা করিসু খঙদনা লৈরিবা অসি য়ান্না ইকাইবা ৱানি। সুমিৎপু লাইনি, শগোল থৌতুনা পৃথিবী থুংনা মঙাল য়েল্লিবনি হায়না নিংতুনা পুজা কৎনরি। মসিদি অরানবা ৱাখলনি। সুমিৎকী মঙালনা তাইবংপানবসিদা জীবশিংনা হিংতুনা লৈবা ঙমলিবনি, ঈশ্বরগী খুদোলনি খন্দুনা পুজা তৌবদদি করিসু কায়দে। অতুগুম্না মীয়াম্না লান্না লৌনরম্নবসু বিজ্ঞান চাউখৎলকপদগী অশেংবতু খংবা ঙমলক্লে। বিজ্ঞাননা হায়রিবদি সুমিৎ হায়বসি মতম চুপ্পদা চাকতুনা লৈবা, মাগী মৈশা অমসুং মঙালনা মায়কৈ থুংনা কাপথোকতুনা লৈরিবা অচৌবা মৈ মতুম অমনি। মসি পৃথিবীদগী শরুক লাখ ১৩ হেন্না চাওই অমসুং মাইল কোতি ৯ লাপ্না লৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না শীক্লা উরিবনি অমসুং মৈশাসু হুম্না ফংলিবনি। পণ্ডিতশিংগী মত মতুংইন্না পৃথিবীদা য়ৌরক্লিবা মৈশা অসি কোতি ৩০০গী মনুংদা শরুক ১ খক্তনি। অসুন্না সুমিৎকী মরমদা অশেংবা খঙবা ঙম্নরে। মরম অসিনা সুমিৎপু ঐখোয়না লান্না উরিবসি থাদোকতুনা ভুগোলদা য়াওরিবসিঙবু থাজবনা হেন্না চুমগনি।

চাউবনা ময়ামগী মফমদা সুমিৎকী মরমদা লান্না খন্নরিবসিগী মহুত্তা অশেংবা সুমিৎকী মশক খঙহনবা পামখি। লোয়ননা বিজ্ঞানগী কান্নবদুসু খঙহন্নবা হোৎনখিবসিনা ৱারেং অসিগী পান্দমনি।

চাউবনা পোৎ অমখু চুম্না হেক্তা য়েংবা পামখিদে। মতুংগী মনুং হৃল্লিননা অশেংবা খিদোকপা পামখি। অতুনা মী অয়াম্বনা লাম্না লৌরম্বা মুমিৎপু লাই ওইনা, বারী শান্নবা য়াবা ওইনা খনতুনা পুজা তৌনরিবসি তোক্কতুনা— মসিনা তাইরং পানবদা পীরিবা কান্নবশিং অসি য়েংতুনা খুরুম্বনা হেন্না ফৈ। বিজ্ঞাননা পুথোরক্লিবা ' অচৌবা মৈ মতুম " অমনি হায়রা অচুম্বা অসি মীপুম খুদিংমক্তা খঙহন্নীংখি।

বারেং অসি ময়াম্না খঙনতুনা লৈরবা পোৎশক অমগী মরমদা শীংথাতুনা ইবা মরম্না দিসক্রিপটিপ এসেগী মনুংদা থমজরি। অতুবু কনাগুম্বনা ওবজার্বেটরি এসে ওইনা লৌরবসু য়াই। মরমদি খঙবদা কান্নবা থাফম কয়া শন্দোক্না নৈনতুনা ইবা মতাংসু য়াওবা মরম্না। ইবগী মওংদি ক্লাসতা অতাংশিংগা য়াম্না মায় ওনসিনতুনা বারী শান্নবগী মওংনি।

বারেংশিংদা বাহং হংলগা মশানা পাউখুম পীথোকতুনা অঙাংশিংগী পুক্লিং চিংশিনবগা লোয়ননা লায়না খঙহননবা হোৎনবগী মতৌ লৈ। খুদম ওইনা " মুমিৎ হায়বসি করিনো? মসিগী পাউখুম ওইনা বারেং মপুম অসিমক চৎথরকই। মতাং চানা মৈতৈগী ওইবা " সৌবোল লাইরেম্বী " নচিংবা প্রমাণ হাপচিল্লি। মসিনা বারেংগী মশক ফজবা হেনগৎহল্লি অমসুং খঙবদা লায়না থোকহল্লি।

অতোপ্পা লোলগী ওইবা বাহৈ-বাতা অমতা বারেং অসিদা য়াওদে। বাহৈ পরেং তেনতক তেনতক তৌই। পীক্তক তৌবা, বাহৈ পরেং ৩২ খক্তনা পেরেগ্রাফকী ৫ সী মনুংদা লোইশিনবা বারেং ওইরবসু য়াম্না গুণ লৈবা বারেং অমনি হায়বা য়াই। মরমদি মুমিৎ কুম্বা মতিক মগুণ লৈরবা হীরম অনবু বাহৈ পরেং ৩২ খক্তনা ইতুনা অঙাংশিংবু খঙহনবা হায়বসি অরাইবা নত্তে। অতুবু চাউবদি লায়না খঙরা ঙমহল্লি।

## লৈচিল অমসুং নোং :

" লৈচিন অমসুং নোং" হায়বা অসিসু ইবগী মওং মতৌ, খুৎক্ষোঙ- দোক্তা মথক্কী "মুমিৎ" হায়বা বারেং অসিগা য়াম্না মান্নৈ। বারেং অসিদসু

চাউবনা লৈচিন অমসুং নোংগী মরমদা থম্লরিবা অরানবা ৱাখল অদু বিজ্ঞানগী অশেংবা প্রমাণ অদু উৎতুনা ময়াম্বু খঙহন্নবা হোৎনরি। মহাক্না অসুম্না হায়— ঐখোয়না লৈচিনগী মরমদা খঙনবা থিদে। মসিগী মহুত্তা ইপা-ইপুগী ৱাহৈ লৈচিনবু মী অশিবগী থৱাইনি, মমিংনি অতিয়াদা পাইহনা লৈবনি। শোরারেনগী শামু ইরাবোৎনা মন্দাকিনিগী ঈশিংবু মনাতোম্না কামথোরকপনি, হনুবা হনুবীনা ঈশিংগী খাঙদগী হৈথরকপনি হায়বনচিংবশিং অসিদা থাজহনা লৈ। শাস্ত্রদা করি হায়রিবগে হায়নচিংবসু থিরুদে। বিজ্ঞাননা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না নোং অসি পৃথিবীদা লৈরিবা ঈশিং অসিদগী মনিল ওইনা পাইখৎপ্রগা অইংবা মুংশিৎকা থেংনরুহনা তারবপনি। মনিল অসিবু মুংশিৎনা কোইহুম হুমহনা পুহনা চৎলি। মসিনা লৈচিন ওইনা উই। মসিনা অমুক পুনশিনখ্রগা ঈশিং মরীক ওইনা তাথরকই অসিবুনা নোং হায়না খঙনরিবনি। অসুম্না শমলপ্না অঙাংশিংগী মফমদা খঙবা য়াবা চাংদা খঙননবা ই।

ৱারেং অসিদা চাউবনা পামল্লিবদি লৈচিন অমসুং নোং হায়বসিগী মরম অঙাংশিংনা নীংথিনা খঙহন্নীংবনি। থায়নগী ইপা ইপুশিংনা ওইথোকপা য়াদবা ৱাখল অমদা থাজনহনা লৈরম্বহু বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা অশেংবা খঙহনবা ঙম্নক্লে হায়বসিনি।

---

ৱারেংসি অঙাংশিংগীদমক্তা খঙবদা কান্নগদৌবা মহৌশাগী ওইবা হীরম অমদা শন্দোক্লা ইবনি। অতুনা কনাগুম্বনা দিক্রিপটিপ এসেগী খুৎই ওইনা লৌরগসু অশেংবদি অয়াম্বা মতাংদা খঙবদা কান্নগদৌবা ৱাফম অমবু শুগাইনা তাকতুনা নৈনবগী মওংদা ইথোকপা মরমনা ওবজার্বেটরী ওইবা খুৎইনি হায়না লৌগনি। ৱারেং অসিদা ইপা-ইপুশিংনা থাজনরম্বা ৱাফমবু হায়কেৎ য়াম্নিংদবা অদুগা বিজ্ঞানবু শৌগৎলগা ইবগুম তৌই। অদুম ওইনমক অনিগী অফ-ফত্ত থূল ওল্লগা অশেংবা অচুম্বা অদুবু তাক্লবা হোৎনৈ।

ইচম চম্বা লোল অমসুং বাহৈ শিজিন্নৈ। ময়াইওইরপ শাংবা বাহৈ পরেং য়াওই। খুদম— "নথোয়না চক্ষুদা ঈশিং লুহন্দা মত্মদগী কাবা মনিল অহু উররিগনি। মহু ঈশিং মকুপ নত্তনা করিসু নত্তে, মহুদা নংনা খন্না কাখৎনা অইংবা গ্রেট অমা পাইরবদি মনিল অহু ঈশিং ওন্দুনা গ্রেট অহুদা পক্কনি।" ( কান্নবা বা লা: ২৪ )

বারেং অসি অত্তেনবা বাহৈ পরেং শিজিন্নহুনা পেরেগ্রাফ ৪ (মরি) গী মমুংদা বাহৈ পরেং ৩৩ ( কুনথ্রুমদোই ) থক্কনা লোইশিল্লি।

## হকচাং নাদনবা পাম্বৈ :

বারেং অসি খণ্ডবদা কান্নগদোবা হকচাংগীদমক্তা তৌদবা য়াদবা থৌরমশিং অহুগী মরমদা শন্দোক্না ইবনি। বারেং অসিবু চাউবনা ইথিবগী মরমদি চুম্না লাইরিক তগা, লমচৎ ফজবা অসিত্তনা মপুংফাবা মী অমা ওইবা য়ারক্তে। মসি পুন্নমক্কী মথক্তা হকচাং ফনা লৈবা হায়বসিসু য়াম্না মরু ওই হায়না থনবদগীনি। মহাক্না বারেং অসিদা হকচাংগীদমক্তা তৌগদোবা থৌরম খরা তাক্লি। মহুদি— মুংঙাই য়াইফবা পুন্নমক্কী হৌরকফমদি হকচাং শেংনা নাদনা থম্বা হায়বসিনি। মী খুদিংমক্না হকচাং শেংনা নাদনা লৈনবগীদমক তৌগদবা থৌরম খরা লৈ। মহুদি—অফবা চিঞ্জাক চাহুনা হকচাংদা ঈ পোকহন্দুনা নোই পেন্না লৈননবা হোৎনবা। ধর্ম্মগী ওইনা চৎনরিবা অমসুং ওইরিবা শেংনা ইরুজহুনা হকচাংদগী অমোৎ অকায় কোকহন্দুনা তুথোংদা অশেংবা মুংশিৎ চংহন্নবা হোৎনবা, শেৎনবা ফি, লৈনবা য়ুম নান্না থম্বা, য়ুমগী অকোয়বদা মনম মুংশিবা অপীকপা লৈ পাম্বী থাহুনা শেম্বা, হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা খ্বাদগী মরু ওইবা অমদি পুক্লিং হকচাং শেংনা থম্নবগী অমদি লৌশিং থোক্লবগীদমক্তা হকচাং শাজেল তৌবা। হকচাং শাজেল তৌবা হায়বসি লংফৈ চৎপনা উরুমদা পোৎথায়গা অনৌবা পাঙ্গল ফংবগুম, নোম্বদা বারবা হকচাংবু অনৌবা থবায় ফংবগুম তেকথৎহনবা ওমী। অহুনা লাইরিক পাবগুম্বা চাং নাইনা হকচাং শাজেল তৌবনা মাবদগী ফনবা ওঙগনি হায়রি।

বারেং অসিদা চাউবনা চাং য়াইনা শাজেল তৌতুনা লাল-য়েক্কনা লৈননবা হোৎনবনা মীওইবগী অমত্তা ঙাইরবা মথৌনি হায়খি। মসিবু নিংথিনা ঙাকতুনা চৎপা ঙম্মবদি অফবা পুন্নমক্কী হৌরকফম শেমদুনা মুংঙাইবা পুন্সি হায়বদু ওইগনি। চাউবনা অসিগুম্বা পুন্সি মরেল অসিবু য়াম্না পামজনা য়েংখি।

বারেং অসিদা হকচাং ফত্তবনা করি অমাংবা থোক্লকপা য়াবগে হায়বগী মতাংদা থম্লকলগী ফংলকপা বাখল পরিং অদু ইরি। করিগুম্বা শক্লাইদবা হীরম অমবু নৈনদুনা অফ-ফত্ত চাং ওন্দুনা ইবদি নত্তে। অদুবু থঙবদা কান্নরবা মফম ওইবা মচাক ঙাক্না ওইনা ইবা মরম্না ওবজার্বেটরি এসেগী ওইবা খুৎইনি হায়বা তাই।

বারেং অসি ইচম চম্বা লোন্দা লাইনা হেক্তা ফোংদোকপদি নত্তে। লক্কনা য়েঙ্গনানচিংবা লোল মতাং কয়াদা শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা—"…অপাম্বনা খুতুম চনখিদুনা মখোয়না মতৌ করম্না অমুতগী মশক ওইরবা হু অদু চারিবা' মদুনা পুক্তা লাই হিংচাবা শারক্কনি…।" (ল: ২০) বারেং অসি মায় মায় ওনসিন্নদুনা বারী শান্নবগী মওংদা ই। হকথেংননা ঙাংবা বাঙাং 'থন্নু', 'তৌ', 'তৌগদবনি' হায়বনচিংবা য়াৎং পীবগুম্বা রাঙাং মরক মরক্তা শিজিন্নৈ। ইংরাজীদা "you" গী মফম লৈবগুম মসিগী অর্থদা "নংগী", "নংদি", "মং" নচিংবা বাহৈ শিজিন্নদুনা সেকেণ্ড পার্সন্দা ই।

অতৈ লোলগী বাহৈ, ভাব পংয়াও য়াওদেদি হায়ববু সংসকৃতকী বাহৈ "শারীর মাদ্যং খল্লু ধর্ম সাধন" হায়বনচিংবা থরদি শিজিন্নরি। মসিমক্তা বারেংগী মগুণ হম্বহনবদি ওইদে। বাহৈ পরেং শাংনা ইদে। বাহৈ পরেং ৪৬ থক্তনা পেরেগ্রাফ ৭ কী মমুংদা লোইশিনবা বারেংনি।

## ইংরেজনা খুতুম চনবা ভারত :

বারেং অসিমক্তি ইতিহাসকী তাঙ্কক হায়বা অমা খায়দোক্লগা থম্বনা হেন্না চামফম্ থোকই। অদুবু তাঙ্কক অসিগী মমুংদা থম্বদনু থোইদোক্না

কায়বা লৈতে খন্দুনা অসুম থয়ে। মরমদি মসিগী মখুংগী মচাক্তা মণিপুরগী মতমমতুগী সমাজগী ফিভম, অমদি নিংথৌগী শক্তিগী মশক খঙবদা কান্নবা মা ভাক্তা ইরি। বারেং অসিদা চাউবনা ফোঙদোক্লিবদি ভারতবর্ষদা পান্নম্বা মুসলমানশিংনা মখোদা মথায় ওন্নিন্দবদগী প্রজাশিংগী পুন্সিদা সুংঙাইতবা অমদি লালগী ইরাং লৈবা হুরান-চিম্থিগী অকিবা লৈবা কয়াসিগী মরক্তা লৈত্তাফম খঙদনা লেপ্লবপতু ইংরেজশিংনা পানবদগীদি ফজনা সুংঙাইনা, ইংনা তপ্পা পানবা ঙম্মে হায়বসিনি। মরমসিনা ইংরাজী মচাশিং অসিনা মখোয়না লৈবাক অসিগীদমক্তা কুলশং, ছাপা খানানচিংবা কয়া লিংথৎপী। মখোয়না নিংথৌগা তান্নরগা প্রজাগী সুংঙাইনবগীদমক্তা লম্বী থোং, রেলগাড়ী লম্বী, টেলিগ্রাফ, অষ্টিমর‌িংবা কয়া পুথোকপী-রম্মী। অসুম্না অফবা কয়া তৌবিরিবা মখোয়গী লমন ঐখোয়দা তোনশিন-লবনি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্বা অফবা নিংথৌ ৫ শুবা জর্জ্জবু মতম কুইনা পুন্সিন্নবা প্রজাশিংনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি হায়না বারেং অসি লোইশিনলি।

বারেং অসিগী মরু ওইবা পান্দম — মীৎয়েং অমসুং খুৎইদি ভারতকী ইতিহাসকী ফিভম মতেক অমা তাকপগা লোয়ননা শক্তি লৈবা নিংথৌ ৫ শুবা জর্জ্জনা তৌথিবা কান্নবা থবকশিং অতুগীদমক্তা ইকাই খুম্নবা উৎনবা হোৎনবনি। ভারতবর্ষ অসি মুসলমানশিংগী মখাদা অবাবা তাতুনা লৈরম্বদগী ইংরেজশিংনা সুংঙাইবা লৈবাক অমা ওইহনবীরে। মরমসিনা ঐখোয়না জর্জ্জ অসিবু ঈশ্বরগী বফমদা মতম কুইনা পুন্সিহনবীয়ু হায়না হুম্না হুম্না খুক্লমসি হায়না মশাগী মত অমবু বারেংসিগী মতেংনা ফোঙদোক্লি।

বারেংসি নেরেটিভ এসেগী ওইবা খুৎইনি। মসিদা ইচম চম্বা লোন্দাদা শয়প শয়পনা মচং ওইবা মতাং অতুত্তমক ইরি। বাহৈ পরেং অয়াম্বা চম্না অমদি তেম্না ই। বাহৈ পরেং ২৪ না শেম্বা পেরেগ্রাফ ৪ (মরি) গী মমুংদা লোইশিনবা বারেংনি।

"কাম্নবা ৱা" হায়বা লাইরিকসিগী মম্লুংদা য়াওবা ৱারেংশিং অসি কাংলুপ মরি থোক্লা খায়দোকতুনা মথক্তা নৈনজগ্রে। পুম্না য়েংবদা ৱারেংশিং অসিগী মশক অমসুং হীরমগী মতুংইন্না তাঙ্কক মরি থোক্লা খায়দোকতুনা নৈনখ্রবসু ৱারেংশিং অসিনা পীরিবা পাউজেলদি মীগী মপুং ফাবা লমচৎ অমা শেমগৎনবা হোৎনবনি। তাইবং পানবদা লৈরিবা মীওইরা খুদিংমক অফবা ৱাখল থনবা, অচুম্বা ঙাংবা, হোৎনবা কনবা, ধর্ম্ম লৈবা, মীনুংশি হৈবা অমসুং নোল্লুক্লা চৎলবদি সমাজগী য়াইফবা ওইগনি। অসিগুম্বা গুণশিং অসিনা পুল্লবা মীতুবু মহাপুরুষ নত্রগা ফিদম্লিংঙাই ওইবা অচৌবা মী কৌই। মরম অসিনা ছাত্র নহারোল খুদিংমকপু অসিগুম্বা মতিক মগুণ অমসুং থৌনা লৈন্নবা মীওইশিং অসিগী পুন্সি ৱারী তারগা অমদি ধর্ম্মগী ওইবা পাউতাক কয়া অসি খঙলগা অফবা মী অমা ওইতুনা কুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা শেমগৎপদা শরুক য়াগনি হায়না চাউবনা খল্লি। মসিনা মরম ওইতুনা ৱারেংসিগী মতাং কয়াদা মতিক চাবা প্রমাণ অমসুং পাউরৌ পীতুনা ছাত্রশিংবু খঙহন্নবা হেৎনৈ।

লাইরিক অসিদা উৎলিবা চাউবগী মপুং ওইবা মীৎয়েংদি সামুয়েল জোনসনগী "Life sufficient to all purpose if will employed হায়বসিনি।১১৫

## সাহিত্য অহানবা :

লাইরিক অসি চাউবা অমসুং হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র অনি পুল্লগা ইবনি। মসিগী মম্লুংদা ৱারেং অমসুং শৈরেং পুম্না ৩২ (কুনথ্রানিথোই) য়াওরি। চাউবগী ওইনা শৈরেং ৫ (মঙা) অমসুং ৱারেং ১৩ (তরাহুমদোই) য়াওরি। লাইরিক অসি অঙাংগীদমক্তা ওইনা ইবনি। তৌইগুম্বসুং য়াম্না ঙম্না হায়বদি চাউবগী ওইনা সাহিত্যগী লমদা থোঙদারকপগী অহৌবা মতমদা ইখিবদি নত্তে। অইবগী লাইরিক কয়ামরুম মসিগী মমাংদা ফোঙগ্রগা কায়নথংদা শোক ১৯৩৬ তা ফোঙবনি। লাইরিক অসি পুম্না

চেপ্পা ৭৯ ( হুমফুক্তরামাপল ) পাল্লি। লাইব্রিক অসি ইখিবগী মতাংদা অইবা অনিমকী ওইবা অমতা ভাইরবা বাখলদি— " অঙাংশিংবু লোল তম্বীবগা লোয়ননা রাজভক্তি, গুরুভক্তিনচিংবা কায়দবা তম্বীনবা হোৎনবা, ফজবা লমচৎকী অমসুং ভাবকী খুদম উৎতুনা মচ্চ পামহন্নবা লাক্লবা, মতমগী জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানগী বা খরদং অরাইবা মওংদা উৎতুনা খঙহন্নবা লাক্লবা, মুসলমান মচাশিং অমসুং মুপীমচাশিংনা তম্বদা মতিক চাবা অমসুং কান্নহৌনবা হোৎনবনি। মতিক চাবা নৈনবা বাহং হাপতুনা ওজা ইবুংঙোশিংগী অমসুং ছাত্রমচাশিংগী খুদোংচানবা হোৎনবা। শন্না হায়রবদা লাইব্রিক অসি নিম্ন প্রাইমারী পরিক্ষা পীগদৌরিবা অঙাংশিংগী খরদং কান্নরবদি নোম্বা মহৈ য়াল্লে হায়না নিংহুনা হরাওজগনি। ইত্তি " ১১৬ অসুম্না অইবা অনিগী বাখলনা অমতা ওইনা নৈরবমু ঐদা নৈনজগদৌরিবদি চাউবগী বারেংশিং অসিতনি। চাউবগী বারেং অসি অরাংবা থাক্কী ওইদবগা লোয়ননা পুল্লপনা অমদি তেলপা নৈনজরি। লাইব্রিক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিংদি—

১) নিংথৌরেল পঞ্চম জর্জ
২) অচুম্বা ঙাংবা জর্জ বাশিংটন
৩) তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা
৪) সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ, ( কে. সি. এস. আই )
৫) য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা
৬) সার সৈয়দ অহম্মদ
৭) ধাতুনা কান্নবা
৮) ঐখোয়গী লৈবাক
৯) উইল কনবা
১০) মীগী মপাল ভাংদবা তম্বা
১১) নোম্বা
১২) কৈ ফাবা অমসুং খম্বগী পুকচেল চাউবা
১৩) মী পুম্নমক মহৈ তমগদবনি।

মথক্কী ৱারেংশিং অসি নৈনবদা খুদোং চানবা হায়জনা হীরম অমসুং থুংই য়েংজনা তাক্কক মরি থোক্কা খায়দোক্লি। মজুদি—

১) চরিত্রগী ওইবা হীরম
২) খঙজিনবদা কানবা হীরম
৩) পাউতাক্কী ওইবা হীরম
৪) অতৈ অতৈ

অমুম্না তাক্ককশিং অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংবু শমপা নৈনরি।

## ১. চরিত্রগী ওইবা হীরম :

অহানবগী "চরিত্রগী ওইবা হীরম" হায়বা তাক্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা ৱারেংশিংদি নিংথৌরেল ৫ শুবা জর্জ, অচুম্বা ভাংবা জর্জ ৱাশিংটন, সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (কে. সি. এস. আই) অমসুং সার সৈয়দ অহম্মদ অসিনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা"অচুম্বা ভাংবা জর্জ ৱাশিংটন" হায়বা ৱারেং অসিদি মথংদা নৈনরক্কদবা "ফিদম" দা য়াওবা মরম্না মতাং অসিদা নৈনজদ্রে। লেমহৌরিবা মহাপুরুষ অহুমগী মরমদা ইবা ৱারেংশিংতমক নৈনজরি। অহানবদা নিংথৌরেল ৫ শুবা জর্জগী মরমদা ইবা ৱারেংসি লৌথংচরি। নিংথৌরেল ৫ শুবা জর্জ হায়বসি ইংলণ্ডদা ইং ১৯১০ দা পানখিবা নিংথৌনি। মহাক্কী লৈঙাক সাসন মখাদা অ্যালেণ্ড, আষ্ট্রেলিয়া, ভারতবর্ষ অমসুং কানাডা লৈখি। মহাক নিংথৌ অমা ওইনা মীয়ামগী ৱাখল থনবা, তৌগদবা মথৌদা মায় ওনসিনবা অমসুং নোংলুকপা নিংথৌনি। মীয়ামগী য়াইফনবা হেৎনবদা অৱাবা কয়া খাঙখি অমদি অচুম্বগীদমক্তা মথৱায় কাওবা কৎথোকপা ঙম্বা নিংথৌরেল অমনি হায়বসিমু ৱারেং অসিদা তাক্লি। অদুগা ৱারেংগী অরোইবদা ৫ শুবা জর্জগী মথংদা পানখিবা ৬ শুবা নিংথৌরেল অদুসু মতম কুইনা পুন্সি মুংশাংনা পালহনবীবা ওইসনু হায়না লোইশিল্লি।

৫ শুবা নিংথৌরেল জর্জ শুম্না মথৌদা পুক্লিং চংবা, মীগী মপান তাংদবা, নোংলুকপা লমচৎ চৎপা অমসুং অচুম্বা তৌবগীদমক্তা মথৱায়

পাম্মুদবা হায়রবসি ওইরবদি পুন্সিদা অকবা মী ওইবা ঙমগনি। হায়রবসিনা বারেং অসিগী পান্দম্নি। অদুগা বারেং অসিদা অইবনা য়েংলিবা মিৎয়েংদি অকবা মী হায়রবসিদি জাৎ, ধর্ম্ম অমসুং লমগী খেন্নবা নত্রগা লাপনবা লৈতে, পুম্নমক মীওইবগী ফিদম্নফম্নি হায়রবসিনি।

মথংদা "সার সৈয়দ অহম্মদ" অমসুং সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (কে. সি. এস. আই)" হায়বা বারেং অনি অসি লৌখৎচরি। সার সৈয়দ অহম্মদ হায়রবসি খৃঃ ১৮১৭ তা দীল্লীদা পোকখি। মহাক অসি মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মুসলিমশিংগীদমক্তা ফিদমনিংঙাই ওইরবা মহাপুরুষ অমনি। মহাক অহানবদা আমিনগী লোয়শংদা সেবিতাদার ওইরম্বদগী মমৈদা সবজর্জ্জ ওইরকখি। মহাক্না মতম অদুদা থোকখিবা "সিপায় বিদ্রোহ" আন্দোলনদা অবা-অনা তারবা মুপী অঙাং কয়াগী পুন্সি কন্নবগীদমক মশাগী লৈজবা লন, পাঙ্গল অমসুং লৌশিং পুথোকতুনা হোৎনখি। ময়ামগী সেবাদা চোকথবা লৈত্রবা সার সৈয়দ অহম্মদ অমসুং মহাক্কী মচানুপা অহন্দা থাগী ওইনা লুপা ২০০ পেন্সিন পীখি।

সার সৈয়দ অহম্মদনা মুসলিমশিংগী অন্ধবিস্বাসতা কা হেন্না থাজদুনা লৈবসি তোকহল্লগা বিজ্ঞান অমসুং সাহিত্যগী অনৌবা জ্ঞান পীননবা কলেজনচিংবা কয়া লিংখৎলম্মী। মসিদসু নত্তনা মুসলিম জাতিগী য়াইফনবা থবক থৌরম কয়া মহাক্না পায়খৎলম্মী। মসিগা লোয়ননা মহাক্না ইংরাজীদা 'দিল্লীগী লেমহৌবা মখাক' কৌবা লাইরিক অমসু ইরম্মী। মহাক্কী অসি●া পুকচেল চাওবা অমসুং হোৎনবা কনবা অসিদা ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা মতমদুগী সরকারনা (খৃঃ ১৮৬৬) ব্যবস্থ্যপক সভাগী মেম্বর অমসুং কে. সি. এস. আই. হায়বা মিংথোল পীখি।

## সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (কে. সি. এস. আই.)

সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ অসিসু সার সৈয়দ অহম্মদকুম্না পুকচেল চাউবা, মীনুংশি খঙবা, মথৌনা লৈবা অমসুং হোৎনবা কনবা নিংথৌরেল

অমনি। মহাক্না মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা তাঙ্কক অমা পুরকখি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক্কী অফবা থবক কয়ামরুম তৌখি। মহাক্না লৈবাক অসিগী ওইবা কান্নগদবা য়েংদুনা দোগজর, টেলিফোন, ডাকটরখানা, স্কুল, কলেজনচিংবা কয়া লিংখৎখি। মহাক্না অসিগুম্বা লৈবাক্কী য়াইফনবা পায়খৎখিবা থৌরাংশিং অসি উবগা মতমতুগী সরকারনা কে. সি. এস. আই.* হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎলি। হায়রিবা অসিদা নত্তনা মহাক্কী পুকচেল চাউবা অমসুং লৈবাক্কী য়াইফনবা থম্বা থবক থৌরমশিং অসিগীদমক্তা সি.বি.আই.* শ্রীযুক্তা সেবা বিনোদ হায়বনচিংবা উপাধি কয়া পীখি।

সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তগী মণিপুরদা অনৌবা যুগকী নথক্তা হায়জগ্রবা কান্নরবা কয়া অসি ফংখি। অসিগুম্বা লৈবাক মীয়ামগীদমক্তা হোৎনরিবা নিংথৌ অসিবু নিংশিংদুনা ইকায়খুম্নবা উৎপা হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্কী থৌদাংনি হায়বসি খঙহন্নবা হোৎনবনা ৱারেং অসিগী পাউজেলনি।

ৱাস সৈয়দ অহম্মদ অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ( কে. সি. এস. আই. ) হায়বা ৱারেং অনি অসিগী পান্দমদি মহাপুরুষশিং অসিনা মমা লৈবাক মজাতিগীদমক্তা কয়া য়াম্না কম্না হোৎনরম্বা হায়বদু খঙহন্নবা হোৎনবনি। মখোয়না লৈবাক প্রজাগীদমক্তা খল্লম্বা ৱাখল অমসুং তৌরম্বা থবকশিং অদু ঙসি ঐখোয়না নিংশিংদুনা মখোয়গী মফমদা ইকায়খুম্নবগা লোয়নননা তৌবিমল খঙবা উৎফম থোকই। মখোয়গী পুক্নিংদা জাতী অমসুং ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতনা পুম্নমক চপ মান্নবনি হায়না থন্দুনা তৌখিবা মীওইবা জাতিগী সেবা অদু নিংশিংদুনা ঐখোয়সু মান্নবা অমদা খেন্নবা লৈতনা হিংমিন্নগদবনি হায়বসিনি।

তাঙ্কক অসিগী মতুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসিগী খুৎইদি চুম্না পাউ অমা তম্বা নত্রগা ৱারী লীবগী মওংনি। অসিগুম্বা খুৎই অসিবু কনাগুম্বনা

* কে. সি. এস. আই. হায়বদি কিং কম্মান্দর ওফ দি ষ্টেট ওফ ইন্দিয়া
* সি. সি. আই. হায়বদি কম্মান্দর ওফ ব্রিটিস ইন্দিয়া

নেরেটিভ এসেগী মইনি হায়া। বারেংশিং অসিদা অবাংবা এসেগী খুৎইশিংগী মীৎয়েংদা নৈনকপগী থোইদোক্না কান্নবা লৈতে। চুপ্পা ইচম চম্না ছাত্র নহারোশিংদা সধারণ ওইবা বা খরা খঙহন্নবা ইবগী মওংনি।

বারেং অসিদা অতোপ্পা লোলগী বাহৈ বাতা অমদি অরুবা খঙবদা বাবা বাহৈ নত্রগা বাহৈ পরেং য়াওদে। চুপ্পা মিংথোল ওইরিবা বাহৈ জর্জ, সার সৈয়দ অহম্মদ, কে. সি. এস. আই. হায়বা খরা অসি নত্তনা।

নিংথৌরেল ৫ শুবা জর্জ হায়বা বারেং অসি বাহৈ পরেং ২৩ থক্তনা শেম্মী। (সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ( কে. সি. এস. আই. ) গী অশেংবা হায়বা ওমজদ্রে। মতেক খরা শেগাইথিবা অমদি অতৈ কপী ফংদবা মরম্না ) সার সৈয়দ অহম্মদ হায়বা বারেং অসি বাহৈ পরেং ৩৩ না শেম্মী।

## ২. খঙজিনবদা কান্নবা হীরম :

অনিশুবা তাঙক্তা লৈরিবা "খঙজিনবদা কান্নবা" হায়বা অসিগী মনুংদা ধাতুনা কান্নবা অমসুং "য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা হায়বা" বারেং অনিসি থম্মি। অহানবা ধাতুনা কান্নবা হায়বসিদা ললিত অমসুং মাধব মচীন-মনাও অনিনা 'ধাতু', হায়বসি করিনো ? মসিনা মীওইবগী হিংবদা করি কান্নবা পীবগে হায়দনচিংবদু বারী-বাতাই শান্নবা অমদি ময়াম্বনা মনাওদা পারা তাকপীবগী মওংদা ইরি। ইবগী মওংদি বাহং পাউথুনগী মওংনি।

মাধব—... হয়েং করি পারানো ?

ললিত— হয়েংগী পারাদি— "ধাতুনা কান্নবা" হায়বা অসিনি, য়াম্না লুই তাদ, অমুক্তা নিংথিনা তাকপীয়ু।

অসুম্না মাধবনা ধাতুগী কান্নবা করিনো ? মসিগী মখল কয়া লৈবগে অসিনচিংবশিংসি হংলকপদা মনাওমুপা ললিতনা ধাতু হায়বসি মখল য়াম্না য়াম্মী। মখোয়শিংগী মনুংদা মরু ওইবা খরদি—সনা, লুপা, য়োৎ, কোরি, মিশি, সনাহিদাক, রাঙ, দাস্তানচিংবা অসিনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা

খ্বায়দগী কান্নবদি য়োংনি। মসিগী মথক্তা নিকেল, এলুমিনিয়ম অমছুং প্লাটিনম হায়বা থরস্থ থোক্লক্লে। অসুম্না মচিন মনাও অনিগী বারীগী খুংথাংদা থাতুনা মীওইবগী পুন্সিদা করি কান্নবগে হায়বত্থ ময়ামগী মকমদা খণ্ডজিনমদা কান্নবনি হায়বসি খণ্ডহন্নবা হোংনৈ।

## য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা :

আহক অসিগী অনিশুবা বারেং "য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা" হায়বসিদস্থ য়ুমদা য়োকপা শাশিংনা কান্নবত্থ শন্দোক্লা তাকতুনা বারী ওইনা লীথোকই। য়ুমদা য়োকপা কান্নবা শা থরগী মমুংদা যন, ইরোই, শগোল, হুই, হৌদোং, হামেং, য়াও অসিনচিংবশিং অসিনি। মথোয়শিং অসি অহানবদদি লমজাওদা মনিং-মখা তম্না লমলক্কী শা ওইনা লৈরম্বনী। অদুবু মথোয়গী লমচৎকী মতুংইন্না মীওইবনা য়ুমদা য়োকপা য়ানবা মথল মখা কয়াগী নিয়ম তাকপী তম্বীবা হৌখি। অসুম্না লোয়নররকপদগী য়াম্না তাংবা অমসুং কান্নবা শা 'য়ুমশা' ওইনা লৈরকই। অসুম্না য়ুমদা য়োকপা শাশিং অসিগী কান্নবশিং অসি বারেং অসিদা চাউবনা শমলগা য়াম্না লাইনা খঙবা য়ানবা মওংদা তাক্লি। লোয়ননা অসিগুম্বা শাশিং অসিনা মীওইবগী কান্নবা কয়া তৌরি। মরম অদুনা মথোয়বু থোজালগা লোয়ননা মুংশিনা তৌবিগদবনি হায়বসি ছাত্র নহারোলশিংদা বারেংগী থোংদা পাওজেল্লি।

বারেং অনিমক্কী পান্দম চপ মান্নে। হায়বদি ধাতু অমসুং য়ুমশা হায়বসি মীওইবদা কান্নবা পীরিবা অমসুং মীওইবনা হিংবদা মথোয়গী মতেং কয়া দরকার ওই হায়বসি তাকপা ওইবনা। ধাতুশিং অসি চুম্না মীওইবগী লৈত্তেংদ নত্তনা হিংবদা চংদবা য়াদবা মচাক অমস্থ ওইরি। অসুম্না য়ুমদা য়োকপা শা হায়বসিস্থ মীওইবগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা পী। মরমসিনাথ্র থোয়গী মকমদা থোজাল লৈগদবনি হায়বসিনা বারেং অনিসিগী পান্দমনি।

খারেং অনিমক পংশাং শাংদে। অহানবা খারেং দাইলোগকী মওংদা ই। অতুগা অনিশুবা খারেং অসিনা খারী লীবা ওইনা তৌই। খারেং অনিমক্তা অতোপ্পা লোলগী খাহৈ-খাতা য়াম্না য়াওদে। মৈতৈ-লোনগী ওইবা ইচম চম্বা খাহৈশিংতগী ওইবা খারেংনি। ধাতুনা কান্নবা হায়বা খারেং অসি খাহৈ পরেং ৬৩ না শাবনি। অতুগা য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা হায়বসিনা খাহৈ পরেং ২৩ থক্তনা শেম্বনি।

খারেং অনিমক য়াম্না চম্বা অমসুং লাইবা মওংদা অঙাংশিংনা খঙননবা ইথনি। মসিবু ইথিবগী মরমদি মসি খঙজিন্নদা য়াম্না কায়ে হায়না চাউবনা খনথিবননি। অতুনা খারেং অনিমক অসি অতুক হাক্না রারেংগী (এসেগী) থাক্তা নৈনরুদ্রগম্ম চাউরাক্না ওবজার্বেটরি এসেগী মন্নংদদি থম্বা য়াই।

### ৩. পাউতাক্কী ওইবা হীরম :

অহুমশুবা তাক্কক্তা লৈরিবা 'পাউতাক্কী ওইবা হীরম' হায়বা অসিগী মন্নংদা তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা, উইল কনবা, মীগী মপাল তাংদবা তম্বা, মী পুম্নমক মহৈ তমগদবনি অমসুং নোম্বা কনবা হায়বা খারেংশিং অসি থম্লি। খারেংশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা মুংগী খাখলদি তোঙান তোঙাল্লি। তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা হায়বা খারেং অসিদা চান্দনী কৌবী নুপীমচা অমনা ইংলণ্ডগী মহারাণী ভিক্টোরিয়াগী খারীবু পাতুনা মমাদা তাহল্লি। খারেংগী মতাং অমদা চান্দনীনা মমাদা হায়রকই—ইমা লাইরিক্তা হায়রিবদি মমানা নোংমা লাইরিক তম্বীরিঙৈদা ঐথোয়গী হৌজিক নিংথৌরেল ওইরিবা পঞ্চম জর্জ হায়বা অসিগী মবেম্বোক ভিক্টোরিয়া মহারাণী হায়বী অতুনা হায়খি— "ইমা লাইরিক ময়েকশিং অসি খঙলুতুনা করি কান্নগদগে? মতুদা মমানা খুমখি—"য়েংউ, ঐগী ইথুক্তা লৈরিবা জ্ঞানগী রানা থল্লবা লাইরিক অসি ঐদি মমেক চংলবনিনা পাবা থোক্লে। নংসু মমেক পুম্নমক অসি খঙলবদি মসি পাবা থোকদবনি।" মতু তাবদা ভিক্টোরিয়ানা খুমখি "মতু ওইরবদি ঐসু

থঙনবা হোৎনরগে।" মহৌশাগী উইল কনবা অমসুং হোৎনবা তনদবনা মমিং খরদগী মসুংদা ময়েক চৎনখি।"* বারেং মতেক অসি তারবদা চান্দনী মমানা হায়রকই— নহাকস্তু ভিক্টোরিয়াগুম্না ওইনরা হোৎনৌ অদু ওইরবদি নোংমদি শোয়রদনা মুমগী মবেম্মা ওইবা ঙমগনি। অসুম্না বারেং অসিদা মুপী ওইবীশিংবু অনৌবা মহৈ মশিং তম্মিংবগী অনৌবা পাওজেল অমা পীনবা হোৎনৈ।

বারেং অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি—তৌগদবা থবক্তা মায় ওন্সিনবা লাইরিক-লাইগু তমহনা অনৌবা জ্ঞান ফংনবা হোৎনবা হায়বসি ছাত্রশিংগী তৌদবা য়াত্রবা মথৌনি হায়বসিনি। মসিদা চাউবনা হায়রিবা পাউজেল অসিবু মীপুম খুদিংমক্তা থঙহম্মীংবদগী চান্দনী মমা-মচাগী বারী শান্নবগী খুৎথাংদা মরু ওইনা মৈতৈ মুপী পুম্নমক্তা পাউতাক ওইনা পীরিবনি।

## উইল কনবা :

'উইল কনবা' হায়বা বারেং অসিদা মীওইবা খুদিংমক মথৌদা পুক্রিং চংনা লোইহ্রিফাওবা হন্না হন্না হোৎনৌ হায়রি। উইল কনবা হায়বসি য়াওহ্রবদি মীওইবনা থবক অমত্তা মায় পাক্তা পাংথোকপা ঙমদে। করিগুম্বা থবক অমা পায়খৎত্রিবৈদা অদু নিংথিনা মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা হায়বদু মুন্না খনহৌগদবনি। ঙমগনি হায়দুনা পায়খৎলবা থবক অদুদি ঙম্মবা হোৎনগদবনি। হন্না হন্না হোৎনরবদা ঙম্মোইদৌবা লৈতে। খুদম ওইনা নিংথৌ ব্রুসকী বারী ঐখোয় পুম্নমক্তা খঙলিবদু মগাই।

বারেং অসিদা অইবনা উৎনিংলিবা মরু ওইবা পান্দমদি "উইল কনবা" হায়বসি করিনো? উইল কনবদগী ফংলিবা কান্নবশিংদু তাক্লবা হোৎনবা অমসুং উইল কনবনা পুন্সিদা মায় পাকপা ঙমই হায়বদু বারেং অসিদা তাক্লি।

## মীগী মপাল তাংদবা তম্বা :

"মীগী মপাল তাংদবা তম্বা" হায়বা ৱাংরেং অসি পাউতাকী ওইবা হীরমগী মস্থংদা লৈবনি। ৱারেং অসিদা চাউথনা হায়রি— মী খুদিংমক মশাবু থাজবগা লোয়নননা থবক তৌগদবনি। মশানা মশাবু থাজবগা লোয়নননা অতোপ্পগী মতেং পাংবদা ঈশ্বরনস্থ মহাকপু থৌজাগনী। অস্থুম্না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা, মশানা মশাবু থাজবা অমসুং হোৎনবা কনবা মী ওইরবদি হীরম খুদিংমক্তা চাউখৎপা ঙম্মী। একলব্যনা মশানা মশাবু থাজ্জবা গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈবা অমসুং হোৎনবা কনবদগী মীনা ফংঙমদ্রবা মহৈ হৈখি। অসিগুম্বা পাউতাকশিং অসি ছাত্র নহারোলশিংদা খঙহনবনি।

ৱারেংসিগী পান্দম অমসুং মিৎয়েংদি— মীগী মপান তাংদনা মশাবু মশানা থাজবগা লোয়নননা হোৎনবা কনবা ওইগদবনি হায়বসি তাক্নবা হোৎনবনি। অস্থুম্না হোৎনবা কনবা অমসুং নোল্লুকপা মীশিংদদি ঈশ্বরনস্থ মতেং পাংই হায়বসি ছাত্র নহারোলশিংদা খঙহনবা অইবনা পামখি। মসি হেন্না লাইনা খংবা ঙম্নবা খুদম কয়াগা লোয়নননা তাক্লি।

ৱারেংসিদা শিজিন্নরিবা লোন অসি অতৈ ৱারেংশিংগী লোনগা চপ মান্নে। মরমসিনা মতাংসিদা তোঙান্না নৈনজদ্রে।

## মী পুম্নমক মহৈ তমগদবনি :

মী পুম্নমক মহৈ তমগদবনি হায়বা ৱারেং অসিগী শমলপ্পা ৱারীদি লৌউবা চাউরেল হায়বা অমগা থুঙ্গং অতুগী স্কুলগী ওজা অমগা শান্নবা ৱারী— মহৈ তম্বসি মতম মাঙননবনি। লৈবাক অসিদা ইনাক কৈরাক খুনবা মীগী মচা-মচা আই. এ., বি. এ. য়াম্না লৈরে। অতুবু মখোয় অমতা থবক ফংদে।— অতুনা মহৈ তম্বা তোকতুনা লৌ উরগা ফৌ য়াম্না হাপ্পনা হেন্না ফৈ. ছায়না হায়রকপদা ওজা অতুনা হৌজিকী মতমদা

ফৌ য়াম্না থোক্কবগী মরমদি লাইরিক্কী ৱংবা জ্ঞান ৱাৎপননি। হন্দক্তা সরকারনা লৌউ-শিংউবগী কলেজ অমা লীংখৎলিবা অসিদা মহৈ-মশিং নিংথিনা হৈরবা মীশিংনা তম্বীবা অচুগী মতুংইন্না ফৌ থারবদি কয়া য়াম্না চাথোক হেনগৎপা অমসুং সমাজগী কয়া য়াম্না চাউখৎপা ওমগদগে হায়বথু খংবা ৱংলগনি হায়বনচিংবা অসি তাকই। মসিগা লোয়ননা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীশিংনা মতমগী মমল খঙনা শু-নোম্বী।

ৱারেং অসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েংদি লাইরিক হৈবা হায়বদি মহৈ-মশিং নিংথিনা হৈরবা মীশিংনা লৈবাক্কী মুংঙাই-য়াইফ পুরকপা ওমগনি হায়বসি তাক্লবা হোৎনবনি। লাইরিক লাইশু হৈতবা মীশিংনা শু-নোম্বদগী মহৈ-মশিং হৈরবা মীশিংনা শু-নোম্বনা নিয়ম চুম্বা হেল্লি। মরম অসিনা অহানবদা লাইরিক হৈননবা হোৎনরগা থবক শুবা হায়বসি তঙাইফদবনি হায়বসি অঙাংশিংদা খঙহনবা পামথি।

ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসি অতৈ ৱারেংশিং ইথরকপদা শিজিন্নরিবা লোলগী থাক্কা অমহানি। হৌজিক্কী মতমদা শিজিন্নরিবা য়াম্না লাইনা খঙবা য়াবা অনৌবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্তনি। অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ য়াওদে। ৱারেংশিংগী থোইদোকপা মায়বু য়াম্না নকশিনবা অমসুং মুংশিবা (ঙাংলিবা মীদগী চহী হুনবা) মশিংদা শিজিন্নবা ৱাহৈ—ইবুংঙো, ইবেম্মা অসিনচিংবা ৱাহৈশিং অসি শিজিন্নৈ। মসিনা তাকপদি ৱারেংসি মহারোলশিংগীদমক্তা খন্দুনা ইখিবনি হায়বসিনি। মরম অসিনা য়াম্না লুবা ৱাথল নত্রগা লোল শিজিন্নদে। ৱারেং মচা অসি দাইলোগকী মওংদা ইবা খুৎইনি।

## নোম্বা :

"পাউত্তাক্কী ওইবা হীরম" হায়বা তাঙ্কক-সিগী অরোইবদা লৈরিবা "নোম্বা" হায়বা ৱারেং অসি মথক্কী ৱারেংশিং—তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা, উইল কনবা, মীগী মপান তাংদবা তম্বা অমসুং মী পুক্নমক

মহৈ তমগদবনি হায়বা বারেংশিংদা পীরিবা পাউজেলগা হায়ফেৎ মামৈ। বারেং অসিদা মথক্কী বারেংশিংদা ফোঙদোকপবা বাখল্লোনশিং অমু খেন্নবা বাহৈ খরনা অমুক নৌহৌনা হায়বনি। বারেং অসিদা ফোঙদোক্লিবদি— নোম্বনা চাউখৎনবগী মরুনি। হৌজিক্কী মতমদা বিজ্ঞান চাউখৎলিবসি মীওইবনা নোম্বগী মহৈনি। সমাজ অমগী শেল-থুমগী কীতম হায়বসিসু মীওইবগী নোম্বগী মথা পোনবনি। হায়রিবা বাফমশিং অসি বারেং অসিগী ময়াংনি।

মীওইবনা নোমজ্রবদি ঙসি ফংলিবা বিজ্ঞানগী কান্নবশিং অসি ফংলমোই। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক কম্না শু-নোমগদবনি। শু-নোম্বদা অহল-নহা খায়রোইদবনি হায়বনচিংবশিং অসিনা বারেং অসিগী পান্দমনি।

মথক্কী বারেংশিং অসিদা ইরিবা থুৎইগী মওংদি অঙাংশিংনা লাইনা খঙবা ঙম্নবা মওংদা ই। অয়াম্বনা (নেরেটিভ) বারী ওইনা লীবগী মওংনি। বারী লীবসু ছাত্রগা ওজাগা, মমাগা মচাগা, ময়াম্বগা মনাওগা পুন্না ফম্মীন্নতুনা পাউদম্বগী মওংনি। করি করিগুম্বা মতাংদা হুকথেংননা পাউ তম্নবদগী তোক্লগা নাকেইননা বারী ওইনা লীবগী মওংসু উবা ফংই। শম্না হায়রবদা চাউবনা ছাত্র-নহারোলশিংবু খঙহন্নবা হোৎনবদা শিজিন্ননীংবা পাম্বৈ অমা শিজিন্নতুনা— বারী, খুদম, পাউতাক্লচিংবশিং অমু লাইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মরম অসিনা বারেংশিং অসি অবাংবা সাহিত্যগী চাংয়েংদা য়েংতুনা এসেগী থুৎইগী মথল খায়দোকতুনা নৈনবা য়াবা থাক ওইদে। য়াম্না ইচম চম্বা লোন্দা ইরাই লাইনা খঙহন্নবা ইবা বারেংশিংনি।

মথক্কী বারেং মঙা তোগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা, উইল কনবা, মীগী মপাল তাংদবা তম্না, মী পুম্নমক মহৈ তমগদবনি অমসুং নোম্বা কনবা হায়বা অসিদা শিজিন্নরিবা বাহৈ পরেংশিং অসি পংশাং শাংবা য়াওদে। বাহৈ পরেং পুম্নমক সজেক্ট, ওবজেক্ট অমসুং ভার্বকী য়েৰ্টন্দা ইবা

ঙাক্কনি। অদুবু করিগুম্বা মতাংদা হায়রিবা নিয়ম অসি ফাত্তবসু য়াওই। ত্তোগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা হায়বা বারেং অসি বাহৈ পরেং ২৩, উইল কনবা বাহৈ পরেং ২১, মীটী মপান তাংদবা তম্বা বাহৈ পরেং ২৪, নোম্বা বাহৈ পরেং ২৪ অমসুং মী পুমমক মহৈ তমগদবনি বাহৈ পরেং ৫৩ না শেম্মী।

## ৪. অতৈ অতৈ :

মরিগুবা তাক্কক্তা লৈরিবা "অতৈ অতৈ" হায়বসিগী মমুংদা "ঐখোয়গী লৈবাক অমসুং" কৈ ফাবা অমসুং থম্বগী পুকচেল চাউবা" হায়বা বারেং অনিসি লৈ। অহানবগী বারেং "ঐখোয়গী লৈবাক" হায়বসিদা মণিপুরগী চাউরাকপা মশক অমা তাক্লবা হোৎনরি। মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা ফীভম, লম্বিং-তুম্বিং (চীং, তুরেল, পাৎ), য়ুম্লে-কৈরৈ শেল-থুম অমসুং হরাও-কুম্মৈগী মশক তাক্লনবা হোৎনৈ। মসিগীমথংদা লৈবাকসিগী বায়েল থৌদা অমসুং চুরাচান্দ মহারাজগী মতিক-মগুণনচিংবা অদুসু তাক্লবা হোৎনৈ। চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা লৈরিবা পোলিটিকেল এজেন্টশিংনা লমদমসিগী ওইনা তৌথিবা থবকশিং অদুসু ছাত্র-নহা-রোলশিংদা খঙহন্নবা হোৎনরি।

মথক্তা হায়খ্রিবা লমদমসিগী মহৌশাদগী লৈজরক্লবা শক্তম চুরাচান্দ মহারাজগী মতিক-মগুণ অমসুং পোলিটিকেল এজেন্টশিংনা লৈবাকসিগী য়াইফনবা তৌখিবা থবক থৌরম কয়াদু ছাত্রশিংদা খঙহন্নবা হোৎনবা অমসুং মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎকন্দবনি হায়বসিনা বারেং অসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েং ওইরি।

## কৈ ফাবা অমসুং থম্বগী পুকচেল চাওবা :

মথংদা "কৈ ফাবা অমসুং থম্বগী পুকচেল চাউবা" হায়বসি শম্না নৈনক্করি। মসিগী বারীদি—থম্বা অমসুং নোংবান অনিনা খোইরেনতাক্তা কৈ কাবা চৎপগী মতাংনি। কৈনা শোকতুনা শিগদোরবা নোংবাননা

খম্বগী মফমদা অহুম্না হায়জরকখি—"ইতাও হৌজিক্তি ঐনা তৌজরকপা থবক পুন্নমক্কী মহৈ ফংজরে, ইতাও ঐনা নংঙোন্দা হায়গদবা ইশা ইতোমতা হাংঙ্গায়জে, শানা শোক্লবা অসিগী হুনা ওইরমাগ্লে—ঈশিং ওংশোক্লা খৌরাংগ্রেদা। মমাংঙৈদগী হৌনা শামু খোংয়েৎপা ফাওবদা ঐনা ইতাওগী নফমদা কায়বা পুন্নমক খল্লরবদি—ইতাওগী মফমদগী ঈশিং ফংফম থোক্কে। অদুবু ইতাওদি পোকপদগী কায়জরক্লবা নিপা অমনি। মহৌশাগী ভাকপীহৈবা গুণনা মমাংগী অরানবা পুন্নমক কাওথোক্তুনা খৌরাংবনা কংলবা মতাওবু লাইজ খুজোক অমতং পীথকতুনা ইংনা অমসুং থরায় পেন্না লাইগী খুয়া ফংহনবীগদ্রা? লীননা মথুল চংলমদাইদা চুম্মী হায়দুনা ঐহাক্না হৌজিক্লা খঙজরক্লে, ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বা হৌজিক্লা খঙজরে।" অসিনচিংবা। অমুক নোংবানগী ৱা তাবদা খম্বনা হায়রকই—"ইতাও করিমতা ৱারুগন্ন করিস্থু তৌরোই।" অসিনি মতাং অসিগী ৱারী।

ৱারেংসিদা অইবনা উৎনিংলিবা পান্দমদি অচুম্বনা জয় ওই, লান্দবনা মায় পাকই হায়বসিনি। ছাত্র নহারোল খুদিংমক্না অরানবা থবক তৌদবগা লোয়ননা অচুম্বা ভাংগদবনি হায়বসি ছাত্রশিংদা খঙহননব হোৎনবনি "ঐখোয়গী লৈবাক" অমসুং "কৈ ফাবা অমসুং খম্বগী পুকচেল চাউবা" হায়বা ৱারেং অনি অসিদা ছাত্রশিংবু মণিপুরগী ইতিহাসকী মশক খঙহনবগা লোয়ননা অচুম্বা ভাংবনা মমৈদা জয় ওই হায়বদু তাক্লবা হোনদুনা ইবা ৱারেং ওইবনা ৱারী লীবগী মওংদা ফোঙদোকই। অইবনা ফার্ষ্ট পার্সন্দা লৈরগা ময়াম খঙনবা ৱাহৈ "ঐখোয়" হায়বা অসিদা ৱারেংগী ৱারী পুন্নমক ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। মরম অসিনা মসিগী খুৎই অসি নেরেটিভ ষ্টাইলনি। অঙাংশিংগী ওইনা ইবা ৱারেং ওইবা মরম্না অরুবা, খঙবদা ৱাগদোবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নদে পুন্নমক (ৱাহৈ-ৱাতা হুংগী ৱাথক্লোন) ইচম চম্মী।

অহানবা ৱারেং "ঐখোয়গী লৈবাক" হায়বসিনা ৱাহৈ পরেং ৫২ অমসুং অনিশুবা ৱারেং "কৈ কাবা অমসুং খম্বগী পুকচেল চাউবা" হায়বসিনা ৱাহৈ পরেং ২৭ না শেম্মী।

**ৱারোইশিন :**

"সাহিত্য অহানবা" হায়বা লাইরিক অসিদা চাউবগী ওইনা য়াওরিবা ৱারেং ১৩ অসি তাঙ্কক ৪ থোক্না নৈনখ্রে। হায়রিবা তাঙ্ককশিং অসি হীরম অমসুং খুৎই য়েংলগা খায়দোকখিবনি। তাঙ্ককশিং অসিগী মমুংদা লৈরিবা "চরিত্রগী ওইবা হীরম" হায়বা অহানবা তাঙ্কক অসিদা ফীদমনিংঙাই ওইবা অফাওবা মহাপুরুষশিংগী মতীক মগুণবু ৱারী লীতুনা অঙাংশিংদা তাহল্লি।

অনিশুবা তাঙ্কক্তা হীংলিবা মীওইবগী পুন্সিদা মতেং য়াম্না ওইরিবা থাতু অমদি য়ুমদা য়োকপা শাশিংগী কান্নবশিংতু নৈনৈ। অহুমশুবা তাঙ্কক্তা পাউতাক পীবগী মওংদা তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিন্দুনা মীগী মপাল তাংবা তৌদনা, মথন্তনা নোমজতুনা, উইল কনবগা লোয়ননা মহৈ তম্বা হায়বসি মী পুম্নমক্কী মথৌনি হায়বতু তাকই। মরিশুবা তাঙ্কক্তা ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুরগী চাওরাকপা ফীভম অমদি পুকচেল চাউবা অচুম্বা হায়বসি মতম খুদিংমক্তা মাঙবা লৈতে অমসুং তুংদা মায় পাক্নবগী লম্বীনি হায়বতু নৈনৈ। অহুম্না মতেক মতেক ওইবা ৱারী, খঙজিনন্দা কান্নবা অমসুং পাউতাক কয়ানা ছাত্র-নহারোলশিংগী ফজবা অমসুং ফিদমনিংঙাই ওইরবা মপুংফাবা পুন্সি অমা শেমগৎনবা হেৎনবদা মতেং পাঙনবা ৱারেংগী খুৎথাংদা পাউজেল্লি।

চাউবগী ৱারেংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল য়াম্না চম্মী। লায়না খঙবা ঙম্বা হৌজিক মতমগী লোন্দা শিজিন্নতুনা ই। পাউতাক্কী ওইব হীরম হায়বা তাঙ্কক অসিদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসিদি চাউবগী ইতোপ তোপ্পা খুৎইগী মশক অমা উবা ফংই। মতুদি অয়াম্বা মতাংদা মশামক্তা হেক্তমক পাউতাক পীশিনন্দে খুৎথাংদা পীনবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা

“উইল কনবা” হায়বা ৱারেং অসিদা রবার্ট ব্রুশকী ৱারী শাংলপ লৌতুনা খুদম ওইনা থম্লগা লোইশিল্লি। “মী পুন্নমক মহৈ তমগদবনি” হায়বা ৱারেং অসিদসু ওজা অমগা খুলগী অহল অমগা লাইরিক তহনা কান্নবা অমদি কান্নদবগী মতাংদা ৱারী শান্নদুনা লোইশিল্লি। “নোম্বা” হায়বা ৱারেং অসিদা হায়ফেৎ শাংবা ৱারী অমা—ইন্দুবা অমনা শিরমদাইদা অতনবা মচা অহুমদা মহাক্না থনম্বা ললশিংদি অৱাংগী ইংখোলদা যুম্নহনি হায়রম্বদগী মচাশিংনা নোম্বগী মহৈ খঙখিবগী মতৌ লৌ। “তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা” হায়বসিদা চান্দনী মমা-মচানা ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা অঙাং ওইরিঙৈগী মশকপু ৱারী ওইনা শানৈ। “মীগী মপান তাংদবা তম্বা” হায়বসিদা একলব্যগী ৱারীনা খুদম ওইনা পি। হায়রিবা খুদমশিং অসিনা ৱারেংগী অয়াম্বা শরুক ওইহল্লি। অসিগুম্বা অরায়-অথুম তৌনদুনা দাইলোগকী মওংদা ইবা থুংই অসি অমরোমদা হায়রগা প্লেটোগী “রিপব্লিক” ইবগী মওংগা হায়ফেৎ মান্নৈ। অদুম্না অঙাংশিংবু খুদম পীদুনা খংহনবনা হেন্না থুনা খঙবা ঙমগনি হায়না খনখিবা ৱাখলগী মমি অমা লাইরিক অসিগী অয়াম্বা ৱারেংশিংদা তারি।

অহুমশুবা তাক্কক;

মথক্তা নৈনখ্রবা লাইরিক অহুম অসিদা অইবনা নিংলিবদি ছাত্র নহারোলশিংগী লমহেৎ-শাজৎ শেমগৎপগা লোয়নননা অহল-লমন্দা থকশি থাসি নাইনা চৎপা অমসুং মরৈবাক মজাতিগী সেবা তৌহন্নীংবগী ৱাখল পোকহন্নবা হোৎনবনি। ছাত্রমচাদা য়াওরিবা ৱারেংশিংনা অঙাংশিংদা কান্নগদবা পাওতাক কয়া পীরি। অদুগা “কান্নবা ৱা” অমসুং “সাহিত্য অহানবা” দনা ফিদরিংঙাই ওইবা অচৌ তশাং, মহাপুরুষ কয়াগী মশক তাকুনা মখোয়গী মতৌ তমগদবনি হায়বগী মওংদা শন্দোক্না তাকই। মসিগা লোয়ননা চাউথৎপা অমসুং নুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা শেম্বদা নহারোলশিংনী অচৌবা থৌদাং লৈ। মরম অসিনা ঐখোয়গী ছাত্র-নহারোলশিংনা হকচাং ফনা নাদ-য়েক্কনা লৈনবা অমদি লমহেৎ ব্যবহার কায়দনা অহল-লমনগী পাউতাক ইনগদবনি হায়না অইবনা হন্না হন্না পাউজেল্লি।

## ৱারেং ঙাক্তগী ওইবা লাইরিকশিং

মরিগুবা তাঙ্কক অসি লাইরিক অসিগী মিংথোল ওইনা থমজরিবা "খ্বাইরাকপম চাউবা অমস্তুং মহাক্কী ৱারেং সাহিত্য" অসিগী থৱায়নি। মরম অসিনা তাঙ্কক অসিগী মন্থুংদা থম্মিবা লাইরিকশিং অমস্তুং অতোপ্পা চেফোঙশিংদা কোঙথ্রবা ৱারেংশিং অসি হৌরম মাম্ম মাম্মবা য়েংলগা অমমমতা ওইনা নৈনজরি। মরমদি চাউবগী ৱারেংদা হৈ-শিংবগী মশক অমস্তুং মগুণ অতু হায়রিবা তাঙ্কক অসিগী মন্থুংদা থম্মিবা ৱারেংশিং অসি নৈনরবা মতুংদা চাউবনা য়েংলম্বা মিৎয়েং অমস্তুং পান্দম অতুস্তু থঙবা ঙমগনি। মথক্কী মতাং কয়াদস্তু হন্না হন্না হায়জপ্রে মতুদি চাউবা কবিদগী সাহিত্যকার অমা ওইবনা হেন্না নকশিল্লি হায়না। মহাকপু মণিপুরী ৱারেংগী অপোকপা মপানি হায়নরিবা অসিস্তু তাঙ্কক অসিগী মন্থুংদা লৈরিবা ৱারেং অসিগী মগুণদগীনি। মরম অসিনা মাগী অসিগুম্বা মমল য়াম্বা সাহিত্যগী খুদোল অসি মমুৎ তানা নৈনবা অমস্তুং মহাক্কী মিৎয়েং অমস্তুং পান্দম অসি মমুৎ তানা খঙনবা হোৎনবা হায়বসি সাহিত্য প্রেমী খুদিংমক্কী থৌদাংনি।

তাঙ্কক অসিগী মন্থুংদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি অমমমদং নৈনবদা ওক্লগদবা নম্রগা হেন্না প্যাক চাউরগদবা বিষয় কয়াদা ইরনা অয়াম্বনি। অদুবু চাউবগী হৈ-শিংলবা কলমনা লুরবা বিষয় কয়াবু লাইনা খঙহনবা নম্রগা অরাইবা (সাধারণ মীচমশিংনা কয়া খঙইনবিদ্রবা) বিষয় কয়া, য়াম্না মরিক চুম্না পুথোরকপা ঙম্মী। খুদম ওইনা শিনকম ওমবা, শিবা কিবা, লাইবক অমহুং থবক অসিনচিংবা পম্বা য়াই।

চাউবগী পোকপদগী য়াওরকবা প্রতিভা অমসুং হোৎনবদগী কনাকপা লৌশিং কয়ানা পুনশিনগা ইথোরকপা বারেংশিং অকুনা অরথা বিষয় নত্রগা অরাইবা বিষয় ওইরবস্থ অপারশিংবু পুক্লিং লাইনা চিংশিনবা অমদি চপচানবা রাখল খণ্ডহনবা ওদ্মী। মহাক্কী অসিগুম্বা পাবদা নত্রগা তাথদা হুক হুক লাওরবা বাহৈ-বাতা, প্রমান-পাথৈ অমসুং পাউরো কয়াস্থ তাঙ্ককসিগী মন্থুংদা লৈরিবা বারেংশিংগী মন্থুংদা য়াওরি। মরম অসিনা তাঙ্কক অসিগী মন্থুংদা থমজরিবা লাইরিকশিংগী চাউরাকপা মশক অমা তাক্লগা মতুগী মন্থুংদা লৈবা বারেংশিং অমদি মান্নবা হীরমশিং অহু কুপা নৈনজরি। মসিগা লোয়ননা বারেংগী পাউজেল— মীৎয়েং, পান্দম, লোল, খুৎইনচিংবা কয়াস্থ নৈনজরি।

**ফিদম ঃ**

"ফিদম" হায়রিবা লাইরিক অসি শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবগী অহমশুবা সাহিত্যগী পোৎথোক্নি। মসি ছাত্রমচা (১৯২৩) অমসুং কান্নবা বা (১৯২৪) ফোঙথবা মতুংদা ইং (১৯২৫) দা ইবা লোইখি। ফিদমগী মমাঙদা ফোঙথিবা লাইরিকশিং অসিদা বারেং অমসুং শৈরেং পুম্না য়াওই। অত্তবু মসিদি বারেং ওাক্তগী ওইবা বারেং লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা পুম্না বারে ২২ য়াওই। বারেংশিং অসি মমাঙদা ফোঙথিবা লাইরিক অনিগী বারেংশিংদগী থাক য়াম্না বাংখৎলি। মমাঙগী লাইরিক অনিদা ছাত্র নহারোলশিংদা পাউতাক পীবা অমদি কান্নগদবা বাকম কয়া ফোংদোক্লনা খণ্ডহনবগা লোয়ননা ছাত্র কদায়বু কৌবগে, ছাত্রগী মথৌ করিনো হায়বনচিংবা কয়া তাকথবা মতুংদা সাহিত্যগী মশক তাকতুনা অনৌবা মহাও অমা খণ্ডহনবা ফিদমনা হেৎনরকই। শম্না হায়রবদা অহানবগী লাইরিক অনিদা ছাত্র নহারোলশিংগী চরিত্র শেমগৎপনা মপুং ওই। অদুগা অহমশুবা লাইরিক 'ফিদম' হায়বসিদদি পৃথিবীগী অফাও-অফাওবা সাহিত্যকারশিংগী মশক খণ্ডহনবগা লোয়ননা সাহিত্যগী মহাওস্থ পীননবা হেৎনরকই।

"থিদম" হায়রিবা লাইরিক অসিদা খাঙরিবা ৱারেংশিং অসি হীরম তোঙান তোঙানবদা ই। মসিদা লমদমসিগী ওইবা হীরমদা নত্রগা পৃথিবীগী ওইবা কয়াস্থু লৌশিল্লুই। মসিগমক্তি অইবগী অপাম্বা অমদি অনিংবা অমগী মথা পোল্লনি। চাউবনা মশামক্কী অপাম্বা অমদি অনিংবা অতুমক লাইরিক অসিমক্কী ৱাহৌদোক্তসু ময়েক শেংনা ফোংদোকই। মত্থুদি— "হীরম অমত্তগী মরমদা ইবা লাইরিকপুদি হীরম পুম্নমক গুনা য়াওবা লাইরিক্কা ঐখোয়গী অঙাংশিংগীদি হেন্না কাম্নকম থোকই হায়না নিংজৈ। মরমদি চাওখৎলবা লোল অতৈ অতৈগুম্বা, তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইবা মৈতৈ লাইরিক কয়া থোরকত্রি।

মৈতৈগী লৈরম্বা ঙাক্তা তম্বনসু মতমগী মতিকচাবা লৌশিং পোকপা ঙমলোইগবরা হায়না খল্লতুনা মৈতৈগী মমাংঙৈগী লৈরম্বা হীরম ফোংদোক্লবা লাক্লবগুম মীরৈবাক্কী মীরমগী ৱাসু মফম চানা হাপজিল্লরি।

চাউবনা তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইথিবা ৱারেংশিং অসিগীসু তোঙান তোঙানবা পান্দম লৈজে। অতুবু তোঙান তোঙানবা হীরম অমসুং পান্দমশিং অসিগী অপুনবা অমতা ওইবা পান্দমদি মমা লৈবাক্কী নৌনা মহে-মশিং তমখৎলক্লিবা, মরু ওইনা সাহিত্যবু শকখঙনবা হোৎনরক্লিবা স্কুলগী ছাত্রশিংদা মলম-মখলগী হীরমবু লাইরিক অমতদা পুম্না ফংহন্নীংবদগীনি। হীরম খনবদা পৃথিবী থুংনা কোনসিল্লুই। অক্ষাওবা সাহিত্যকারশিংগী ভার্ব, ৱাখল পুশিল্লি। মসিগী চপ চাবা প্রমাণসু মশামক্কী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইরি। মত্থুদি —

"লাইরিক অসি লেংবদা বংলাদেশকী মমিং চৎলবা কবি কালী প্রসন্ন ঘোষগী প্রভাতচিন্তা, নিশীথচিন্তা, নিভৃতচিন্তা, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদীগী প্রকৃতি কর্ম্ম কথা জিজ্ঞাসা, বঙ্কিম বাবুগী বিজ্ঞান রহস্য লোক চরিত, শ্রীযুক্ত রবীন্দ্রনাথ বাবুগী স্বদেশ, টেনিশন, মেকেলেগী ইংলণ্ডগী ইতিহাসনচিংবগী ৱাখল অয়াম্বা পুজরি অত্তনা মতিক চাউরবা কবিশিং অসিদা পুক্লিং শেংনা তৌবিমল থঙবা উচ্চরি।"

অসুম্না পৃথিবীগী ওইবা বাকম কয়ানা বারেংগী হীরম ওইহনসু ইথোরকপা মতমদদি মশামক্কী খাথল অমদি অপাম্বা অহুগী মতুংইন্না মফমসিগা চান্নবা য়েংহনা নৈনৈ। মসিগী মতাংদসু মশামক্তা অসুম্না হায়রি—" লাইব্রিক অসি অসুম্না কান্নগনি হায়বদি উথির্দবা মরমনা ঐগী ইশাগী নৈনজবগী মওং ওইনা ইথিবা বারেংনা নম্না য়াওরে।"১১৮

" ফিদম " হায়রিবা লাইব্রিক অসি চাউবনা মতমহুগী লাইব্রিক তম্লিবা ছাত্রশিংগী তম্নবা লাইব্রিক ( টেক্স্ট-বুক ) ওইনা পুথোরকখিবনি। মতম অহুদা মখাগী ক্লাসশিংদা তম্নবা লাইব্রিক্তি লৈরবসু খরা বাংখৎপা ক্লাসশিংদা তম্নবা মমারোলগী ওইবা লাইব্রিক্তি মশিং বাংনা লৈবা মরমনা অবাংবা ক্লাসশিংদা বঙ্গলা লোনগী লাইব্রিক তম্নবা উরুবদগী— অসিগুম্বা লাইব্রিক অসি পুথোকপা ওমগনি নত্রগা ওয়োই হায়বগী খাথল তৌদনা হেক্তমক ইবা হৌখিবনি। অহুনা লাইব্রিক অসি ওন্না ইং ১৯২৫ দা ইবা লোইরগসু ইং ১৯২৭ ফাওবা ফোঙবা ওমদনা লৈথি। অসুম্না ফোঙবা ওমদনা মতম খরা লৈরুরগা মতমহুগী মণিপুরগী মহারাজ চূরাচান্দগী মফমদা শেলগী মতেং পাংবিররুবা হায়জখি। মানা হায়জবা ওইনা ইখিবা চিঠিগী মরোল অহুদি—

"মহা-মহিম, শ্রীল শ্রীযুক্ত পঞ্চযুক্তা মণিপুরেশ্বর মহারাজ ধিরাজনৃপ চূড়ামণি, সি, বি, আই, প্রচন্ড প্রতা পেয়ু—

দরখাস্থ — শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহ, উরিপোক শরান ইম্ফাল
প্রজা পাল কেয়ু—

শ্রীলশ্রীযুক্ত মহারাজ ইবুংঙোগী সনা চরন্দা ননাই তোল্লবা ঐহাক্না সবিনয় প্রার্থনা তৌজবদি: (১) ননাই ঐহাক্না লেংজবা " ফিদম" হায়বা লাইব্রিক মচা অসি সনা চরন্দা কংপা মতিক চাবদি থোকত্রবসু পেনবী হৈবা মপুনি খঙ্গহনা ননাই গ্রন্থকারগী সরাজভক্তি অমসুং কৃতজ্ঞতাগী থুদম মশক ওইনা সনা সিংথেং তাবিবা নিজরি। (২) মৈতৈ সাহিত্য হায়বসি ননাই ঐথোয়গী লাইবক ফবনা সন্না থুংমক্না অহানবা থাবিখিবা চারনি।

ননাই ঐহাক্না মৈতৈলোন্দা লাইরিক লেৎলগা তাকপা মকা ননাকাথং অতু মতম পুমনমক্তা নিংশিংজহুনা সনা চরনগী কৃপাদগী লৌশিং অরিক অমত্তং ফংজৈদগী হৌজিক ফাওবা অসিদা পামজরবসু লাইরবা থাকৈ লৈতবগী মরমদা পাঙথোকপা ঙমজদ্রে। মরম অসিনা শ্রীযুক্ত মহারাজ ইবুংঙোমা কৃপা তৌবিদুনা লৈপাকী কাম্নগদবা লাইরিক হোৎনজবা অমসুং তোঙবা ননাই ঐহাক্না পামজরিবা অসি থুংনবা পাম্বৈ অমত্তং সনা নোংমাইয়ু হায়বগী মরিদা সনা চরন্দা দরখাস্তকী থোং ওইনা প্রার্থনা তৌজরি ইতি—

সনা য়াথং নিজরিবা সনা চরনগী তোল্লবা ননাই

তাং ৮। ৪। ১৯২৭ ইং শ্রীখ্বাঃ চাউবা সিংহ

চাউবগী চিঠি অসি ফংলবা মতুংদা মহারাজনা মহাকী দরবারগী মেম্বরশিংগা লোয়নননা কুপনা খন্নরবা মতুং কায়নথংদা ইং ১৯৩০ দা সরকারনা চাউবগী অতোপ্পা লাইরিক "বাখল" হায়বা অমগা অনিসি পুন্না লুপা ২৭৫-১৩-৩ দা কপিরাইদ ওইনা লৈখি। মসিগী অকুপ্পা মরোলদি—

"Considered political Agent Memo No. 3143—M.S. dated 8th/10th February, 1930 and sanctioned Rs. 275-13-3 for payment to Honorary Secretary Johnstone High School in return for the stock and copy right 'Phidam' and 'Wakhal' which will now vest in the state expenses of book in the Education budget for the current year.

(Copy to D.I. of School, S. S.P. and S.H.O. vide the Darbar Memo No. 3726, 3727 and 3728 and 3728 24.3.30." ১১

অসুম্না লাইব্রিক অসি য়াম্না ওম্না ইবা লোইরগনু সরকারগী ওইখিবদি ওপগী ইং ১৯৩০ দনি। সরকারগী লাইব্রিক ওইখিবগা লোয়ননা লাইব্রিক অসি মতমদুগী ক্লাস নাইনদা তম্নবা হৌখি। লোয়ননা মেট্রিক্কী টেক্সবুক ওইহনখি।

লাইব্রিক অসিদা বারেং ২২ য়াওব্রিবা অসি হীরম অমসুং খুৎই য়েংলগা মাম-মামবা পুনসিন্দুনা মখাগী অসুম্না মখল খায়দোক্লগা নৈনরি।

১. বাখলগী ওইবা শক্লাইদবা হীরম
২. মীশক্না মপুং ওইবা হীরম
৩. মহৌশাগী ওইবা হীরম
৪. অতৈ অতৈ

## অহানবা : বাখলদগী ওইবা শক্লাইদবা হীরম :

হায়রিবা "বাখলদগী ওইবা শক্লাইদবা হীরম" হায়বা মখল অসিগী চাউবনা মশাগী বাখলতনা শাগৎপা পুক্নিংগী বারোল কয়াবু তোঙান তোঙানবা,মিংথোন্দা ফোংদোক্লবা হোৎনরি। মীয়াম্না খল্লুবা লৈতবা বাফম কয়াবু চাউবনা অরুবা হীরম অমা ওইনা পুখৎতুনা মরামগী মমাওদা থম্নবা হোৎনরি। হায়রিবা কাংলুপ অসিগী মমুং চনবা বারেংশিং অদুদি—

ক. মীওইবা
খ. মুংঙাইবা
গ. থৌজাল
ঘ. শিদবদি মিংচত্তনি
ঙ. লৈখাক্কী কুহী
চ. থোইবা অমসুং মশাগী ইকাইখুম্নবা
ছ. অতনবা অমসুং মপুগী শিঙং
জ. মহৌশাগী তাবক অমসুং প্রেমগী ধারা।

কাংলুপ অসিদা য়াওরিবা বারেং নিপাল অসি পুম্না থক্কী মরমদি— বারেংশিং অসি নিবন্ধকারগী পুক্কিংগী পোংথোক ওক্তা ওই হায়না খনবদগীনি। তোঙান তোঙানবা মিংথোলগী বারেংশিং অসিনা মীওইবা খুনাইবু অমতা ওইনা কোনসিল্লি। অতুগা মীওইবগী পুন্সিগা মরী লৈনবা থোক্লিবা থৌদোক-বাথোক, নীতি-নিয়মনচিংবা বাফম কয়াবু তৌনবা য়াদবনি হায়বহু বারেংশিং অসিদা ওক্লি।

## মীওইবা ঃ

"মীওইবা" হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা তেংবানবদা লৈরিবা জীব খুদিংমক মুংঙাইবা পাম্মী হায়বহু ওক্লি। অতুনা মীওইবস্থ জীব ওইবা মরম্না মুংঙাইবা পাম্মী। তৌইগুম্বস্থুং মীওইবদি বাখল খনবা ঙম্বা অমদি থেংনবদগী ফংলকপা লৌশিংনা মাগী অফ-ফত্ত লেপ্পা ঙম্বা মরম্না অৰা-অনা কয়া খাংহুনা অতোপ্পগী মুংঙাইনবস্থ থন্দবা য়ারক্তে। অসিগুম্বা অতোপ্পগীদমক্তা খনবা, অতোপ্পগীদমক্তা মথৰায় কৎথোক্লিংবগী বাখল অসি অতৈ জীবশিংদদি লৈতে। অস্থম্না মীওইবগা অতৈ জীবশিংগা অন্নীগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবগী মশক অম্না নিবন্ধকারনা "মীওইবা" হায়বা বারেং অসিদা উৎনবা হোৎনৈ। লোয়নননা ছাত্র-নহারোলশিংগী মফমদা মীওইবদি "মী" ওইনা হায়বদি অফবা, ফিদম্লিংঙাই ওইবা, অচুম্বা ঙাংবা, ফজবা লমচৎ চৎপা জীব অমা ওইনা হীংগদবনি হায়বসি খঙহনবা পামথি। মসিনা মরম ওইদুনা চাউবনা থৰায় য়াওনা অমদি চেকশিন্না বারেং অসি ইথিবনি।

মতাং অসি সজেক্টিভ ওই। বারেংগী মতাং কয়াদা অইবা মশামক অপাবা নত্রগা অতাবগা পুম্না লৈমিন্নহুনা অমতা ওইবগী মতৌ উবা ফংই। বারেংসি "ঐ" "ঐখোয়" হায়হুনা ফাষ্ট পারসন্দা ইবনা নমই। করিগুম্বা মতাংদা সেকেন্দ অমস্থুং থার্ড পারসন্দা ইরকপস্থ য়াওই। বারেং অসি মীওইবগী লমচৎ, বাখল অমস্থুং থৌওংগা অতৈ জীবশিংনা পাম্লিবা

অমসুং ওইরিবা কীডমগা চাং ডমহনা শন্দোক্লা অমদি শীংথাহনা ই। মতাং কয়াদা মীওইবগা জীব অহৈগগী খেন্নবা, মশক অহু তাক্লবা হোৎনবদা ৱারী ওইনা শন্দোক্লা তাকপন্থ য়াওই। অখণ্ড-অহৈশিংনা দিস্ক্রিপটিভ এসেঙ্গী পান্দম পীনবহুগা ৱারেং অসিদা ইরিবা মইগা চপ চান্নবা থোকই। মরমসিনা ৱারেং অসি দিসক্রিপটিভ এসেগী ওইবা খুৎইনি।

চাউবনা ৱারেং অসি ইবদা শিজিন্নরিবা লোল অসি য়াম্না চম্মী। থোইদোক্লা লুবা মৈতৈগী অরিবা ৱাহৈ-ৱাতা নত্রগা অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ য়াম্না য়াওদে। করিগুম্বা মতাং খরদা জীব, ধর্ম্ম, পাপ, পুণ্যগুম্বা মৈতৈলোন্দা য়াম্না তোইনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ খরদি য়াওরি। অহুবু মসিনা অপাবশিংদা করিগুম্বা মথল অমগী অপনবা নত্রগা মুংঙাইতবদি পীদে। ৱারেং অসিদা ৱাহৈ পরেং অতেনবদগীনা ময়ায় ওইরপ শাংবা ফাওবা শিজিন্নে। ৱারেং অসি শুপ্পগী ৱাহৈ পরেং ৬৬ (হুমফুতরুক) না পেরেগ্রাফ ৬ (তরুক) কী মনুংদা লোইশিল্লি। ৱারেং অসিদা ছন্দ, অলঙ্কার হায়বদি য়াম্না লৈশি লৈথোন্দুনা ভাল নাইনা ইথবগী মওং লৈতে। অয়াম্বা ৱাহৈ পরেংদা— এস. ও. ভি. গী নিয়ম কায়দনা (ব্যকরণগী নিয়ম) কায়দনা থম্মী। মসিনা পাবদা নুংঙাই অমসুং ৱায়েংগী ৱাখল্লোন অহু লায়না খঙবা ঙমহল্লি।

ৱারেং অসি মৈতৈলোন্দা য়াম্না চম্না ইবা ওইরবস্থ মসিগী মনুংগী ৱাখল্লোন্দি অতোপ্পা লোল অমসুং ধর্ম্মগী মমি নিংথিনা তায়। অতৈ ধর্ম্মদা হায়রিবা মীওইবনা মীওইববু শেমগদবনি, ঙাক্লদবনি, অমসুং য়াইফনবা থন্দুনা মানুনা হিংমিন্নগদবনি হায়বা ৱাখল্লোন অহু ৱারেং অসিদস্থ ময়েক শেংনা উবা ফংই। মরম অসিনা মতাং অসিদা অইবনা মীওইবা হায়না শিজিন্নরিবসি কাংলুপ অমতগী ৱা নত্তে। মালেমসিদা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপকী ওইবা ৱা নি।

## সুংঙাইবা :

মাখলগী ওইবা শরাইদবা হীরম অসিগী মসুংদা অনীগুবা ওইনা লৈরিবা ' সুংঙাইবা ' হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা সুংঙাইবা হায়বসি পুক্লিংগী মখাপোনবা, অবাবগা থানবা য়াদবা অমনি হায়বতু তাকই। বারেং অসিগী মচং ওইবা বারীদি— তেংবানবদা লৈরিবা মীওইবা অমসুং জীব খুদিংমকী পুক্লিং অসি সুংঙাইবা পাম্মী অমদি মতম খুদিংমক্তা সুংঙাইবা থিত্নুনা লৈ হায়বসিনি।

কনাগুম্বনা সুংঙাইবা হায়বসি থম্মোয়গী অপেনবনি হায়নৈ। অতুগা কনাগুম্বা খরনা অমুক হায়— সুংঙাইনবা হোৎনবা অমসুং থিরিবা অতুনা সুংঙাইবনি। মীওইবনা পেনবা লৈত্রবদি অবাবসু হেঙ্গৎলকই। মরম অনিদা খরমথৈদি পেঙ্গোকপা তম্বা তাই। মতুতনা সুংঙাইবা ওইগনি। কয়িগুম্বা সুংঙাইবা হায়বসি ফংদ্রে নত্রগা লৈত্রে হায়না খল্লগদি অবাবা হায়বসিসু ফংদ্রে নত্রগা লৈত্রে হায়বা তাই। অনীমক পুম্না চৎপা অমনা অমগী শকতাকনি। সুংঙাইবা মখল অনীনি—অমনা থম্মোয়বু অপেনবা পীবা, অনিগুবনা হকচাংগী মপানথোংগী সুংঙাইবা। অনী অসি থংনা চৎপা নত্রগা অমবু ফংবা ঙম্বা অতুদি সুংঙাইবা মী কৌগনি। মসিনি চাউরবগী বারেং অসিদা পীরিবা পাউজেল।

বারেং অসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েংদি তাইবংপান অসিদা লৈরিবা জীবশিংগী মনুংদা মীওইবা হায়বসিনা খল্লিবা অমসুং পাম্মিবা সুংঙাইবা হায়বসি করিনো ? মসিগী মখল অমসুং অরেপ্পা মশক কদায়নো হায়বতু তাক্লবা হোৎনবনি। অতুগা অইবা মশামকী মত ওইনা বারেং অসিগী মনুংদা পীরিবা পাউতাক্তি সুংঙাইবা হায়বা পোৎশক অমা তোঙাম্না লৈতে। মশক উবা য়াদবা অবাবগা মতম পুম্নমক্তা পরুতুনা লৈ।. খুৎ অমতগী খুবাক থুনমগুবনি হায়বসিনি।

## খুৎই অমসুং লোল :

বারেং অসি ইবগী মওংদি তাইবংপানবদা লৈরিবা মীওইবা খুদিংমক্তা পাম্মিবা " সুংঙাইবা " হায়বসি করিনো ? মসিগী মশক মওং কমদোবগে

অমসুং মথল কয়া লৈবগে ? হায়বনচিংবশিং অসি খঙ-নৈনহুনা পুথোকপগী মওংনি অহুগা হায়রিবা বাকমশিং অসিবু ময়েকশেংনা ছাত্র-নহারোলশিংনা লাইনা খঙবা ঙম্মনবা শন্দোকনা তাকই। অসুম্না শদোক্না নৈনহুনা ইবা খুৎই অসিবু রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা খুৎই কৌই।

বারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসি অনৌবা মৈতৈলোনগী মশক্নি। বারেংগী মতাং কয়াদা বাহং-পাউথুম ওইনা চৎথবসু য়াওই। মতাং চানা চানা সংস্কৃত অমসুং বংগলাগী বাহৈ শিজিন্নৈ। পৃথিবী, ঈশ্বর, নরক অসিনচিংবশিং অসি খুদম ওইনা পনবা য়াই। মসি অতৈ বারেংদগী চাং য়াম্না হৃম্না য়াওই। বারেং অসিদা কা হেন্না শাংবা বাহৈ পরেং য়াওদে। শুপ্নগী বাহৈ পরেং ৪৩ (নিকুহুমদোই) না পেরেগ্রাফ ৪ (মরি) গী মনুংদা লোইশিল্লি।

"মুংভাইবা" হায়বা বারেং অসিদা মৈতৈগী ফজরবা পাউরো মৈরানবীনা ভহাক কোয়পাই পাইরগা মৈরী তম্না চোংশিন্দুনা মথবাই মাংজে। অসুম্না মীওইবগী মুংভাইবসু মৈরানবীগী মশক্নি। মরমসিনা কা হেন্না মিহৌবা ফত্তে হায়বহ্ন বারেংসিনা তাক্লি।

## থোজাল :

"থোজাল" হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা 'থোজাল' হায়বসিগী মশক তাকপগা লোয়ননা থোজাল হৈবা নত্রগা থোজাল লৈবা মীশকশিংগী পুকচেল অসিতনা তাইবংপানবদা মীওইবনা শান্তি ওইনা হিংবা ঙম্লিবনি হায়বসি উৎলি। বারেং অসিদা ফোঙদোক্লিবা বাকমদি— তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক মশা মশাগী কান্নবা থি। মীওইবসু জীব মথল অমনিনা মশাগী কান্নবা থিবা তাই। অদুবু মীওইবগীদি মশাগীতা য়েংবা অমসুং থনবা য়াদে। মভোন্দা ঈশ্বরনা অফ-ফত্ত অমসুং অতোপ্পা জীবশিংগী বাথলসু থম্নবা শক্তি পীরম্মী, মসিনা মরম ওইদুনা মচা-মচ শাগৈ-নাতৈ অমসুং সমাজদগী হেন্দোকহুনা তাইবংপানবদা লৈরিবা

জীব খুদিংমকপু লুম্না-চান্না তৌহনা মখোয়গী মফমদা থৌজাল লৈবত্তু উংলা তারকই। হায়না নিংহক্কবারনা বারেং অগিদা তাগ্নি।

থৌজাল হায়বসিনা মিংচৎ পাম্বগা য়ান্না খেন্নে। অশেংবা থৌজাল লৈবা মীশিংদি মিংচৎকীদমক করিস্তু খল্লুবা তৌদে। থৌজাল লৈবা মীগী অকণ্নদদি পুন্নমক্তগী তোপ্না অতোপ্নবু সুংশিবগী মশক অমা লৈ। থৌজাল লৈববু পাংদবা অশোনবা পুকচেল চেনবনি হায়বন্না য়াদে, অকনবা, অর্থোবা কয়াম্ভু মমা লৈবাক্কীদমক্তা পী তাবা ঙম্মী। অসিগুম্বা লমচৎশিং অসি মিংচৎ পাম্বা মীশিংদদি লৈতে। গুপচিন্না হায়রবদা পৃথিবীগী ধর্ম পুন্নমকী মরুদি থৌজাল লৈবা নত্রগা হৈবা হায়বসিনি। ধর্ম চেনবা, ধর্ম খঙবা মহাপুরুষশিংগী অশিংবা লৌশিং অমসুং অঙকপা মতিক-মগুণ অহুনা থৌজালগা তোল্ল-তারবা জীবশিংগী অবা-অনা কোকহন্দুনা অরান খুভম ফংবা ঙম্মিবনি।

তেংবানবদা লৈন্নিবা মী খুদিংমক অসি মাগী মাগী থৌজাল লৈবা চাংগী মতুংইন্না কর্ম, ধর্ম অমসুং ব্যবহার তোঙান্না লৈ। মসিগী মতুংইন্না মীওইবা থরনা পুজা তৌনিংঙাই মশক ওই, অতুগা মীওই থরনা পাপকী মশক ওইহল্লি। অসিগুম্বা মীওইবগী মরক্তা অঙকপা যংমা খেন্নরিবা অসি করিগীনো হায়বত্তু ছাত্র-নহারোলশিংদা তাক্তুনা খঙহন্নবা হোৎনবনা অইবগী পান্দম অমসুং মিৎয়েং ওইরি।

## খুৎই অমসুং লোল :

বারেং অসিগী খুৎই অমসুং লোল চন্না নিংথিজে। মসিদা শিজিন্নরিবা খুৎই অসি মথক্কী "মুংঙাইবা" হায়বা বারেংদা ইখিবা রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা খুৎই অহুনি। মসিদা নিবন্ধকারনা থৌজাল হায়বসি করিনো, মসিগী মথল নত্রগা মসিগী মতিক-মগুণগা মিংৎকা করি খেন্নবগে হায়বত্তু নৈনহুনা শন্দোক্লা তাক্লি। অতুগা ধারেংসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসিস্তু মথক্তা ইখিবা বারেংগা হায়ফেৎ মান্নে। ইবগী মওং মান্নবগুম্না বাছে

থনবা অমসুং ৱাহৈ পরেং শেম্বগী মওংদসু য়াম্না মায়ৈ। অয়াম্বা ৱাহৈ থোৎ নৌই। ৱাহৈ পরেং শাংনা ইদে। মরম অসিদা অইবনা ৱারেংসিংগী খুৎথাংদা তাকুবা হোৎনরিবা থৌজাল করিনো, থৌজালনা তেংবানবদা সুংঙাইবা অমসুং চাউখৎপা পুরকপা ঙমগনি হায়বছু থংহল্লি।

ৱারেং অসিদা খৃষ্টান, বৌদ্ধ অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী মমি জফনা তায়। মরম অসিনা ধর্ম্মশিং অসিদা হায়রিবা— মীওইবদি অমতনি, মীওইবগী মপোক অসিদি মিৎনা উবা স্বর্গনি হায়বা প.উজেল অসি ৱারেং অসি পাকরগা লায়না খঙবা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা ফজরবা অমসুং ফিদম্নিংঙাই ওইবা ৱাখল্লোন অসিবু লায়না থংহনবা হোৎনবদা মৈতৈগী ফজরবা পাউরৌ অমসুং প্রমাণ কয়ানা ৱারেংগী মতাং চানা চানা শোগৎলি— "লুবাক্তা হাপ্পা কেতুকিবু মিৎনা উবমক ফংদ্রবসু মাগী সুংশিবা মনম অদু ফাওই। ওলাংথাদা তোর্ব্বান্দা ফম্বদা সুংশিৎনা শিৎপসু উদে। ঈরৈদা ঈথকী জগোই, উনানা লেংবা য়োনা উবা ফংদে। তৌইগুম্বসুং নামিবা সুংশিৎ অদুনা য়ৈরবদি হকচাংদা অইংবা পোকই। থৌজাল হায়বসিসু অদুগুনি।"* মতাং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসি য়াম্না চয়া ফজ্জে অমসুং থৌজাল করিনো হায়বদুসু লাইনা খঙবা ঙমহল্লি। মসিনি অইবগী লোলগী ফজবা হায়বসু

## লৈবাক্কী রুহী :

ৱারেং অসিসু অইবনা ৱাখলতনা শাগৎতুনা ইবনি। তশেংনা চৎনবী হায়বা অসি লৈতবা অমদি কনানসু থংনদবদি নত্তে। অদুমনদি ওইরবদা মসিমক ঙাক্লা চৎলুবদা মীওইবনা হিংলিবা পুন্সিগী মহিং অসিদা করি কাম্নবা নত্রগা অকায়বা ওইরকপা হায়বদু নৈনরগা ময়ামগী মকুমদা অক্কবা হীরম অমা ওইনা পুথোরকপনি। লৈবাক্কী রুহী হায়বদি হৈবাক্কী চৎনবী হৌনলোনচৎ হায়বনি। লৈবাক হায়বসিনা সমাজ অমা হায়বগী অর্থনি। অম্মা মসাজ অমগী চৎনবী হৌনলোনচৎ অসিগী মরমদা—নিবদ্ধ মারনা

খনবা অমদি পুক্লিংদা ফাওবা অতু ছাত্র-নহারোলশিংদা খঙহনবা পামথি। সমাজ অমগী ওইনা লৈরিবা চৎনবী হৌন-সোনচৎ অসি অসুকী মতিক কল্লি, মতুদি কনা অমতনা মসিগী বাংমদা চৎপা ঙমদে। সমাজ নত্রগা মীওই কাংলুপ অতুবু লাঙ্গোই চনশিন্দুনা থম্মী। মরম অসিনা মীওইবা কাংলুপ অতুগী মনুংদা হিংলিবা মী অমথক্তগী মরম্লাইগী ওইবা নীংতম্বা অতু কংদে। মী অমনা নীংতম্বা পাম্লিবনি হায়তুনা মহাকী সমাজ অতুদা লৈরিবা চৎনবীগী বাংমদা খোঙকাপ অমা ফাওবা কাম্ভোকতুনা চৎপা য়াদে। খুদম ওইনা মৈতৈ নুপী অমনা মুপাগী মতৌ তম্বা য়ারোই। অসুম্না লৈবাক্কী রুহী, চৎনবী অসিনা মীওইবা সমাজবু ঙাক শেন্দুনা থম্মী। অসিগুম্বা চৎনবী অসি খঙনা অমসুং ঙাক্লা চৎপা হায়বসি সমাজতুদা হিংলিবা মী খুদিংমক্কী মথৌনি।

মমাংঙৈগী মতমদদি লৈবাক্কী চৎনবী রুহী অসি য়াম্না মরু ওইনা খল্লরম্মী। থোইদোক্লা নিংথৌ পাম্লিঙৈ মতমদদি অসিগুম্বা লৈবাক্কী চৎনবী অসি খঙদবা অমসুং ঙাক্লা চৎতবা য়াদে হায়বসি তাকনবা হোৎনবনা বারেং অসিগী পান্দম অমসুং মিংচৎ ওইরি।

## খুৎহই অমসুং লোল :

বারেং অসিদা ইরিবা খুৎইগী মই অসি সিক্রিপটিভ এসেগী খুৎইনি। মসিদা চাউবনা লৈবাক্কী রুহী হায়বগী মরমদা য়াম্না শন্দোক্লা অমদি মসিগী অফ-ফত্ত কয়াসু শীংথাতুনা ই। বারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল, বাহৈশিং অসি পংলু লুদে। অতুম ওইনমক সংসকৃত বাহৈ রুহী হায়বা অসিমক্লা বারেংগী মিংথোল ওইনা থম্মী। মসিদা নত্তনা বারি সম্বন্ধ, সত্যযুগ অসিনচিংবা বাহৈ খরসু য়াওরি। বাহৈশিং অসিগী অর্থ চাউরাক্লা অমদি খঙনরবসু মখোয়সিগী চপচাবা মুংগী ওইবা অর্থ অতু অঙাংশিংনা পাক খংবা ঙমদে। মরম অসিনা বারেং অসি মথক্কী বারেং অতৈগুম্না য়াম্না হেক লাইবা হায়বতুদি থোক্কে। বারেং অসিদা পুম্না বাহৈ পরেং

৩৬ ( কুনথ্ তরুক ) না পেরেগ্রাফ ৪ ( মরি ) দা লোইশিনলি । বারেং অসি পুম্না য়েংবদা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী "স্বদেশ" হায়বা লাইরিক্তা য়াওরিবা "দেশীয় রাজ্য" হায়বা বারেংগা য়াম্না মান্না থোকই। "দেশীয় রাজ্য হায়বা বারেং অসিদসু লৈবাক অমগী নাগরিক অমা ওইরবদি করম্না লমচৎ ব্যবহার চৎকনি অমসুং লৈবাকতুগী রকমদা করি রাজভক্তি উৎকনি হায়বনচিংবগী মতাংদা শন্দোক্না তাকই। মতৌ অসুম্না ঐথোয়গী নিবন্ধকার অসিনসু লৈবাকী রুচী হায়বা বারেং অসিদা মথক্কী রাকমশিং অসি অঙাংশিংবু খংহন্নবা হোৎনৈ।

**শিদবদি মিংচত্তনি :**

"কীর্ত্তিযস্য সং জবতি" হায়বা সংস্কৃতকী নিরন্ধ অতুগী শরুম লৌরগা ইথিবা বারেংনি। "শিদবদি মিংচত্তনি" হায়বা চাউবগী বারেং অসি। হা র অসিদা নিবন্ধকারনা লমদম অসিগী রাখল্লোনগা চাশিন্নবসু হোৎনৈ। মীওইবগী পোকওমদ্রবা মপোক অসিদা তৌগদবা থবক কয়া লৈ। অতুগা অমরোমদা মীওইবা হায়বসে নোংমদি শোয়দনা শিরগরবনি অসিগুম্বা শিবগী লমন তোল্লবা পুন্সি অসিনা হিংলিঙৈ মতম খরা অসিদা মরম্নাইগী ওইবা রাখল থাদোকতুনা জাতিগী অমসুং ইরৈবাকী,তৌকম থোকপা থৌদাং থরা পাংথোক্লম্মু হায়না ইরি। থরায় হকচাংমা রাখ্রাগসু অফবা মিংচত্তি অমর ওইনা লৈহৌগনি। চাউবগী বাইহদা "অফবা মিংচত্তি মতম কুইর কুইরগা মনম লুংশিবা হেনগৎলি।" হায়না অসি খঙহনবনা অইবগী মীৎয়েং অমসুং পান্দম ওইরি।

**খুৎই অমসুং লোল :**

চাউবনা মীওইবগী পুন্সি হায়বসি অমর নত্তে, নোংমদি শোয়দনা শিরগনি। অসিগুম্বা শিবগী লমন তোল্লবা মীওইবনা হিংলিঙৈ মতমদা তৌবা ঙম্বা অমসুং তৌবা য়াবা অফবা থবক কয়া তৌতুনা মিংচৎ উরোং খিল্লম্মৈ; শিদবদি মিংচত্তনি, হকচাংদি শিবা নাইবা কায়দবনি হায়বসি তাক্লনবা হোৎনবদা য়াম্না কুপ্না নৈনতুনা রিফ্লেকটিভ এসেগী খুৎইদা ইরি।

ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাভাং-শাঙাং অসি মথক্কী অতৌ ৱারেংশিংগা চাংদম্নবদা খেন্নবা থরা উবা ফংই। মসিগী মরমদি ৱারেং অসি অতোপ্পা লোলগী ওইবা ৱারেংগী মমি লাকতুনা ইখিবনা ওইবা তাই। ৱারেং অসিগী মিংথোলমকস্থ সংস্কৃতগী হন্দোকপনি। মরম অসিনা মসিগী মুংগী ৱাখল্লোন অমসুং মসিগী শাদোং ওইরিবা ৱাহৈ ৱাতাশিংস্থ সংস্কৃতকী ওইবা মওং য়াম্না য়াওই। অদুবু অইবগী ৱাহৈশিংবু শৌগৎনবা খুদমদি লমদমসিগী ওইবা থম্বা থোইবীনচিংবা হাপতুনা ই। বিষ্ণুপ্রিয়া, শচী, গঙ্গা, ভক্তি, নবদ্বীপ, সিদ্ধার্থ, ব্রহ্ম, প্রেম ধারানচিংবা ৱাহৈ কয়ামরুমস্থ শিজিন্নরি। ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ পরেংশিং অসি পংশাং শাংদে। ৱাহৈগী অৱাৎপা নত্রগা ৱাখলগা চান্নবা ৱাহৈ ফংদবা মতমদা কোমা, সেমিকোলোন অমদি দিয়াসনচিংবা খুদমশিং অসি শিজিন্নদ্রনা মপুং ফাহল্লি। করিগুম্বা মতাংদা— "য়েংউ কেগে মোইরাংদি কাইত্রি, কুম্বীগী তেরানা মতমগী পোইরৈ ইন্না য়েম্লিং হুল্লি, তৌইগুম্বসুং মুংশিবগী শায়োন থম্বা থোইবীদি কদায়?" হায়বনচিংবা ফজরবা ৱাহৈ পরেংনা অতাবা অমসুং অপাবগী পুক্নিং চিংশিন্নবা হোৎনৈ। করিগুম্বা তাঙ্কক থরদনা ৱাহৈ পরেংগী অরোইবা শরুক অদু (ৱাতপ) মাঙহন্দুনা পাবদা কখিতাগুম্না নুংঙাইবা ৱাফমস্থ য়াওই।

ৱারেং অসিদা অনুপ্রাস, য়মকচিংবা অলঙ্কারশিং শিজিন্নৈ। মরম অসিনা ৱারেং অসি শৈরেংগুম্না পাবদা অমসুং তাবদা নুংঙাইবগী মহাও য়াওই। খুদম ওইনা— "চানবা পুক্কৈ চোল্লি, শেৎনবা ফীরুক থল্লি, লম য়েংই ৱাঙে; মী য়েংই— নোপ্পে;...।" অসিগুম্বা ফজরবা ৱাহৈ পরেং কয়া মতাংচামা চানা য়াওই। ৱারেং অসি ৱাহৈ পরেং ৫৭ (য়াঙ্খৈতরেৎ) না পেরেগ্রাফ ৫ (মঙা) গী মনুংদা লোইশিল্লি।

## থোঙ্গবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা, অতনবা অমসুং মপুগী শিঙ্গুং অমসুং মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা :

হায়রিবা মথক্কী ৱারেং অহুম অসিদি পুন্না নৈনজরি। ৱারেং অহুম অসিদা চাউবনা মীওইবগী ৱাখল মথল অমসুং মথৌ পাংথোকপগী মশক

অদু তাক্লবা হোৎনরি। থোঙ্গৈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা অমদি মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা হায়বা বারেং অনী অসিদনা মীওইবগী বাখল অসি অমগা অমগা মাম্নদে হায়বদু তাক্লি। কনাগুম্বনা মশানা মশাবু থাগৎচে, ময়ামদগী হেল্লি হায়না খঙ্জে। অদুগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা অবাবা নুংঙাইবা নত্রগা খজিক্তুং থোইদোকপা মওং অমা উরুবদা থম্মোয়দা লাংভক্লবগী ঈহৌনা মিংকী পী ওইদুনা শিন্থে। অদুগা অতোপ্পা অমরোমদা "মীওইবগী থবক অমসুং মপুগী শীঙ্গং" হায়বসিদা অমুকন্থ হায়রি—মদুদি তাইবংপান অসি মপুগী শিনশঙ অমনি। অসিগুম্বা থবক শুকম ওইরিবা তাইবংপান অসিদা লৈরিবা খুদিংমক্না মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা থবক্কী মফম অসিদা পোক্লকলবা মীওইবনা ক্ষমতুনা লৈথোকপা হায়বসি য়াম্না তনবগী মশক্নি, মসিদি মীওইববু মাংহন্নবা থম্মোয়দা চিকপা তিনশুম্বনি। অসিগুম্বা তমথিরবা তীল অসি চংদনবা মী খুদিংমক্না মাগী মাগী মথৌদা পুক্নিং চংগদবনি।

"থোঙ্গৈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা" হায়বা বারেং অসিদা অইবনা মশাগী ইকায়খুম্নবা থোঙ্গৈবা বাখল অসি কৈ হায়না ফোংদোকই। মসিনা মীথা থাবদগী ঙাকপী, অবাবা তারবা মতমদা মরুপ কুম্না মতেং পাংবী। করিগুম্বা অমা তৌরমদাইদা নত্রগা ঙাংলমদাইদা মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা বাখল অমগা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তা লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না তৌবা থবক থৌরমদা শোয়গন্দে। অদুবু অয়াম্বা মতমদা অথোঙ্গৈবা মীবু নুংশিদে। থোঙ্গৈদবা মীওইশিংদি বাশকপা ওম্মী, ঙাকপা ঙমদে। তৌবা হৌই, লোইবা নাইদে। পোৎথি তৌই থবক্তা খুৎ থিংজিল্লুবা ঙমদে।" অদুবু থোঙ্গৈনা চৎপা মীশিংদি অসিগুম্বা তৌবা ঙম্মদবা নত্রগা ওইরোইদৌবা থবক পংনা তৌদে। ঙম্মোয়দবদা ঙমগনি হায়দে। মতম পুম্নমক্তা মশাগী ঙমগদৌবা য়েংদুনা লৈ। বা ঙাংবদা নত্রগা থবক তৌবদা মীগী মথা পোনবা ঙমদে। মীথা পোনবা

তারবদি মহাকী অথোইবা পুক্চেল অদু অরুবা পুঞ্জিগী ঈশিংদা তাবা ভুমিংকী মঙালগুম্বা মিৎ থরুবগী মশক ওইদে। মমম অসিনা থোঙ্গবা হায়বা অসিনা মীওইবগী ৱাখল অমসুং থবকপু শোয়দনা পাংথোকহনা মীথোই-মীহেনবগী লম্বীদা চিংথৎপী হায়বদা থোইনা লাক্লোই। অমুম্না "মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা" হায়বা অসিমসু মীওইবগী ৱাখল অসিমু অথোৎপা লৈগী মতৌগুম্না লৈ। অৱা-মনা নত্রগা কায়ন-তিরবগী নুংশিরবা মশক্না থম্মোয় ঈথক হৌহল্লি। থম্মোয়গী কোক্তরবা ৱাহৈ কয়া মিৎনা পাউদমবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা থোৎলবা থম্মোয়গী মতৌ অসি উরগা কবি কয়ানা অনৌবা শৈশকা লোয়ননা ফজরবা শৈরোল কয়া তয়ে।

মিৎকী পীমা মিৎতগী তারকপা হায়বসি হেক্তা য়াবা নত্তে। থোৎলবা থম্মোয় অদুদা মীমুংশি লৈবা, থৌজাল অমসুং ভক্তি লৈবা মীশিং অদুতনা অতোপ্পগী থম্মোয়দা কাওরিবা অৱা নুংঙাইগী মশক অদু মশামক্তনি হায়না থনবা ওম্বা মীশিং অদুতনা মিৎলুদগী পীরাং শিম্বা ওহনি। থুংনবা, কায়নবা, অৱাবা, নুংঙাইবা কয়াদা ৱাহৈগী মহুৎ শিন্দুনা মিৎকী পীনা মরোল লোল্লি। অসিগুম্বা মমল নাইত্রবা মিৎকী পী অসিদি কবিশিংগী মফমদদি কুপী কালেন নাইদনা চেম্বত্তুনা লৈ। করিগুম্বা কান্দা মহৌশাগী ফজববু উরগা মথোয়গী থম্মোয়দা ফাওরিবা অৱা-নুংঙাইগী মশক অদু খল্লুরগা থম্মোয় ফাওনা ফাওরকপা ৱাহৈ মঙা তরাগা লোয়ননা মিৎকী পীরাংলক্তা শৈথারকই। অসিগুম্বা শৈথারোল অসি তারগা মীওইবনা মী ওইনা তপ্পা ইংনা হিংবা ঙম্লিবনি। কবিশিংগী ৱাখল অমসুং প্রেমগী ধারা অসিনা ৱারবা মীওইবগী ৱাখলবু তেকথৎহন্বা ওন্মী।

মথক্কী ৱারেং অহুম অসিগী মমুংদা "থোঙ্গবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা" হায়বসিগা "মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা" হায়বা অনিসিগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমদি মীওইবা হায়বসি জীব কাংলুপ

অমতদা তিনবা ওইরবসু মথোয়গী ৱাখল থনবগী মওং অমসুং য়েংবা মীৎয়েংদা মান্নবা কয়া লৈ হায়বসিনি। কনাগুম্বা অমনা মশাতবু অকখনি থনবা য়াওই। মী খুদিংমক মশা মশাবু লোয়না ফজবদি করিসু ৱানিংঙাই লৈতে। মসিনা মরম ওইদুনা মশাবু মত্তিকচানা ইকায়খুম্নদুনা হিংনবা হোৎনগদবনি হায়না থনবা য়াওই। অদুগা কমাগুম্বা থরনা অতোপ্পগী ৱাখলদা লুপতুনা লৈ। মহৌশাগী ফজবা খুৎশেম অমসুং মসিনা ওন্নকপা মশক অদু উরুরগা নম্রগা মীগী অৱা-অনা মদু মশামক্কী ওইনা খন্দুনা অৱাবা শরুক য়াই। মশাবু মশানা কাউথোকচদুনা অতোপ্পগী অৱা-নুংঙাইদা প্রেমগী ধারা শিন্থে। অসুম্না ৱারেং অনিসিদা মীওইবগী মান্নদবা ৱাখলগী মশক অদু তান্নবা হোৎনরি। অতোপ্পা অমরোমদনা মীওইবা হায়বসি মপুগী শিন্থা পাংথোকপা লাকপনি। অতনবা ওইদুনা মথোদা পুক্নিং চংব্রবদি অফবা মী ওইবা ঙম্মোই। হিংলিঙৈ মতম থরসিদা মপুগী শিন্থা মপুংফানা পাংথোক্নমগদবনি হায়বসি তাকপনা "অতনবা অমসুং মপুগী শিন্নং" হায়বসিগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমনি।

## খুৎই অমসুং লোল :

"অতনবা অমসুং মপুগী শিন্নং" "মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা" অমসুং "থোঙৈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা" হায়বা ৱারেং অহুম অসিদা ইরিবা খুৎইগী মওং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী খুৎইনি। থোঙৈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্না অমদি মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা হায়বা ৱারেং অনীসিদা মীওইবগী ৱাখল থনবগী মওং অমসুং ৱাখল মান্নদবা অসিনচিংবা ৱাকম কয়াবু মণোবৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনদুনা ইরি। মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা হায়বসিদা অসিগুম্বা মীওই থরগী ৱাখলগী মশক তাক্নবা হোৎনরি। মতুদি মহৌশাগী ফজবা, অতনবা অমসুং মীওইবগী অৱা-নুংঙাই কয়াবু ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ লৈত্রবসু মিৎকী পীরাংনা থম্মোয়গী মপাক্ত তম্বা ঙম্মী। অসুম্না থোঙৈবা

অমসুং মশাগী ইকায়খুম্না হায়বসিদসু মশাগী ইজৎ সনমান লোক্তনবা অমদি মশাগী ইকায়খুম্নবা ঙাক্লবা অৱাবা কোঙ্গায় থাংহনা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মুংগী ওইবা ৱাখল্লোন কয়া অসিগী মতাং কয়াবু কুপ্না নৈনহনা ইরি। অহুমশুবা ৱারেং " অতনবা অমসুং মপুগী শিঙ্গং " হায়বসিদা মীওইবদি তাইবংপানবা অসিদা লেম্না লাকপা নত্তে করিগুম্বা শিন্তা অমা শোয়দনা পাংথোক্লমগদবনি হায়বগী মতাং নৈনহনা ইরি। অসুম্না মীওইবগী পুন্সিদা তৌগদবা,তৌরি-ওইরিবা থৌদোক থৌরম কয়াগী মতাং মতাং ওইনা নৈনবা অসিনা মরম ওইহনা ৱারেং অহুমমক অসিবু রিগ্রেকটিভ এসেনি হায়জরিবনি।

লোলগী মতাংদসু ৱারেং অহুমক্তা শিজিন্নরিবা চাং অসি য়াম্না লাইবা অমসুং চম্বা হায়বহুদি ওইদ্রবসু য়াম্না কা হেন্না লুবা নত্রগা সাহিত্যগী লৈতেং হাপ্লবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাক্তা শিজিন্নহনা ইবা ৱারেংশিংদি নত্তে। ৱারেং অহুমক য়াম্না চম্না থার্ড পার্সন্দা ই।

" থোঈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্না " অমসুং " অতনবা অমসুং মপুগী শিঙ্গং " হায়বা ৱারেং অনী অসিদদি অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ ইয়াও য়াওদে অদুগা " মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা" হায়বা ৱারেং অসিদনা সংস্কৃতকী ৱাহৈ খরা মতাং মতাংগী ওইনা য়াওই। ৱারেংগী মীংথোল অসিমক্তা য়াওরিবা প্রেমগী ধারা হায়বসিমকসু খুদম ওইবা য়াই। মসিদা নত্তনসু ৱারেংগী মহুৎদসু "মন্দাকিনি গঙ্গানা শ্রীবিষ্ণুগী খুয়া থম্বালদগী চেনথরকতুনা সাগর বংস লানবীহনা লোয়নবা চাক্লবা তেংবানবগী অৱাবা মৈচাক মুৎপীবগুম্না... " হায়না য়াওই। অমুক্তসু ভগীরথী গঙ্গানা গোমতীগী নাপোমদগী চেমথরকতুনা লম্বীদা যমুনা স্বরসতীনচিংবা ঈচেল চামগা তিন্নবনা...।" অসুম্না ৱারেং অসিগী মতাং অয়াম্বদা সংস্কৃত ৱাহৈনা শেম্বা ৱাহৈ পরেংগী অমগী মহুৎদা লৈতেংগুম্না থেৎচিনবা কয়া য়াওরি। অহুম ওইনমক ৱারেং অসিগী ৱাখল্লোন অহু থংবদা ঙমদবা নত্রগা ৱাবা হায়বহুদি ওইদে।

বারেং অহুমমক্তা লমদম অসিগা চায়বা পাউরৌ পাউতাক কয়া মতাং চানা চানা হাপ্লি। হায়রিবা পাউরৌ অমস্তুং পাউতাকশিং অসিনা বারেংশিংগী মশক ফজহল্লি। করিগুম্বা মতাংদা অর্থ মমগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা বাহৈ শিজিন্নহুনা বারেংগী ফজবা হেনগৎহল্লি। খুদম ওইনা মিংকী পীবু প্রেমগী ধারা, তরং লাইজ, মিংলূদা ঈপোম লাংবা অসিনচিংবা থোঙবা অমস্তুং মশাগী ইকায়খুম্নবা হায়বা বারেং অসিদা অলঙ্কারগী ওইবা বাহৈদা অবাবগী অরাবা কোক্লবা, অমদি খড়বদা বাবা বাহৈ লমদ-ফাইরেনথা, অয়াম্বনচিংবা শিজিন্নরি। খুদম ওইনা "অয়াম্বা মীগী থবক মশক থোক্তে, মহাক্তি মীনা তাকপা লম্বীদতা চৎলি, মাগী জগোইদি মীনা য়ৈবা তানগী মতুংইন্না শাবনি।" অসুম্না ফজবা ক্তাবদা তুংঙাইবা পোকহনবা ওম্বা বাহৈ পরেং কয়া য়াওরি। অসুম্না নিবন্ধকারনা বারেংগী মতাং কয়ামুক্তা ফজরবা লোল শিজিন্নরি।

বারেং অহুমমক্কী ওইনা য়েংবদা কা হেন্না শাংবা বাহৈ পরেং য়াওদ্রবসু অয়াম্বা ময়াই ওইরগ শাংনা শাংনা শিজিন্নৈ। মহৌশাগী ভাবক অমস্তুং প্রেমগী ধারা হায়বা বারেং অসি বাহৈ পরেং ৪৯ না পেরেগ্রাফ ৪ গী মনুংদা, থোঙবা অমস্তুং মশাগী ইকায়খুম্নবা অসিনা বাহৈ পরেং ৬০ না পেরেগ্রাফ ৫ গী মনুংদা অমস্তুং "অতনবা অমস্তুং মপুগী শিঙ্গং" হায়বা বারেং অসিদনা বাহৈ পরেং ৬০ না পেরেগ্রাফ ৭ কী মনুংদা লোইশিল্লি।

## অনীশুবা, মীশক্লা মপুং ওইবা হীরম :

নৈনবা অসিগী অনীশুবা মখলদা লৈরিবা "মীশক্লা মপুং ওইবা হীরম" হায়বসি মীওইবগী মশাদা চেনবা থোইদোক হেন্দোকপা গুণশিং লৈবা মীওই থরবু লৌখৎলগা ময়ামগী মফমদা খঙহন্নবা হোৎনরি। তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা বারেংশিংদা—ইতিহাস অমস্তুং মহাকাব্যদা য়াওবা মীওইশিংগী লমচৎ-শাজৎকী ওইবা বারেং ওাক্তনি। মখোয়শিং অহুদি—

ক) ২.১ ভাগ্যচন্দ্র

২.২ হুজরত মহম্মদ

২.৩ পুকচেল চাওবা অলফ্রেড

২.৪ খাগীগী লানফম

খ) ২.৫ মোইরাং থোইবী

২.৬ হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য

২.৭ অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম

২.৮ ভরত

২.৯ খম্বা অমসুং নোংযানগী পাউত্তাক

মথলসিগী মমুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসি ইতিহাস অমসুং মহাকাব্যশিংদগী য়েংলগা অমুক্তা হন্না ক, খ হায়না অনী থোক্না খায়দোকতুনা থমজরি। মথক্ত অনীমক্তী মমুংদা লৈরিবা মহাপুরুষশিং অসি চাউবনা তোঙান তোঙানবা জাৎ অমসুং ধর্ম্মগী ওইনা অমমম লৌরম্মী। থুদম ওইনা হিন্দু ধর্ম্মদগী ভাগ্যচন্দ্র অমসুং হরিশ্চন্দ্র শৈব্য, ইসলাম ধর্ম্মদগী হুজরত মহম্মদ অমসুং ইশাই ধর্ম্মদগী পুকচেল চাউবা অলফ্রেডনি। চাউবনা ঐখোয়গী পীক্লিবা ছাত্র-নহারোলশিংদা অসিগুম্বা ফিদম্লিংঙাই ওইবা মীশকশিং অসিগী মরৈবাক মজাতিবু মুংশিবা, মশাগী ধর্ম্মবু চেৎনা থাজবা, মীগী মতেং পাংবদা মশাগী লৈজবা পুম্নমক থাদোকপা ঙম্না অসিগুম্বা মতৌশিং অসি খঙহন্নীংবদগী ৱারেংশিং অসি ইখিবনি। চুম্না হায়রিবা অসিতা নত্তনা নাকল অমরোমদা য়েংলবসু তোঙান তোঙানবা জাতি অমসুং ধর্ম্মগী থেরবা কয়া কাওথোকতুনা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবগী ঈথিল অমা পীবা ঙমগনি হায়মা খনখি। অসিগুম্বা ফিদমনীংঙাই ওইবা মীশকশিং অসিনা পাঙথোকখিবা মমা লৈবাক মজাতিগী অমসুং মীওইবা খুন্নাইগী অমত্তা ওইবা ৱাখলগী ঈচেলদা য়েংখিবা মীৎয়েং অমসুং ধর্ম্মগী মমাক অত্ত মীওইবা জাতিনা লৈরিবা মথৈ কাওবা ঙম্মরোইদবনি।

অহানবা 'ক' গী ৱাংলুপতা লৈরিবা ৱারেংশিংগী মনুংদা চাউবনা 'ভাগ্যচন্দ্র' হায়বা ৱারেংদা অসুম্না ফোঙদোক্লি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মৈতৈগী জাত্তা পোকপসি মৈতৈগী লাইবক ফবনি। ঐখোয়না ভাগ্যচন্দ্রবু নিংথৌ অমা ওইনা ইকাইখুম্নবগীসু মথক্তা মহাকপুদি পুজা তৌবা য়াবা মরম কয়ামরুম লৈরি। মহাক্না তৌরম্বা থরগী মনুংদা মৈতৈ মচাশিংবু অনৌবা লৌশিং অমসুং মিৎয়েং অমা পীননবা হোৎনরম্বা অসিনি। মহাক্কী মঙমদা মৈত্রবাক্তা রাস, মহারাসনচিংবা কয়া লিংখৎতুনা মৈতৈশিংগী পুন্সিদা ইনৌ নৌবা রস অমা হাপখি। অসিগুম্বা মহাক্কী খুদোলশিং অসিনা মরম ওইতুনা মহাকপু চুম্না নিংথৌ অমা ওইনা লৌবদা নত্তনা থোইদোক হেন্দোক্লা পুজা তৌনফম ওইরবা লাই অমগুম্না খনবসু য়াই।

মতাং অসিদা নিবন্ধকার চাউবনা অসুম্না ইরি—"ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈদা পোকপা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী নত্তে অওইবমক মৈতৈ ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।"

ৱারেং অসিদা চাউবনা পীক্লিবা অঙাংশিংবু মহারাজ ভগ্যচন্দ্রগী মতিক-মগুণ মথৌনা, খাওবা কম্বা, মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা কথোক্লিং-বগী ৱাখল চেল্লিবা অতুবু খঙহনবা পাম্মী। মরমদি মখোয়সু ভাগ্যচন্দ্রগুম্না মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈবা অচুম্বা ঙাংবা অমদি ইন্দ্রী খুত্তুম নেবা ওম্বা মী অমমম ওইবা ওমনবা ঐখোয় মৈতৈসু অতোপ্পা জাতি অমসুং ধর্মদগী করিসু শোৎথবা লৈতে হায়বসিন্ন খঙহনবা।

## খুৎই অমসুং লোল :

চাউবনা ইরিবা ৱারেং "ভাগ্যচন্দ্র" হায়বসি ভাগ্যচন্দ্রগী ৱারী মতেক অমা লিবা নত্তে নত্রগা ভাগ্যচন্দ্রগী মরমদৎ মতিক-মগুণবু শীংথাতুনা ইবসু নত্তে। মসিদি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মিংথোলদা কান্নরবা পাউত্তাক্কী ওইবা ৱাফম কয়াবু থুদমগা লোয়ননা শন্দোক্লা

নৈনরগা ইবনি। অসুম্না কান্নগদবা অমদি পাউত্তাক্কী ওইবা বারেংগী খুৎইসু ওবজাবেতরী এসে হায়রনা খঙনৈ। অতুনা বায়েং অসি কনাগুম্বনা নেগেটিভ নত্রগা কেরেক্টর ওইনা লৌবসু য়াই। অতুবু মক্কম অসিদদি ঐহাক্না ওবজাবেতরী ওইনা লৌজরে।

বারেং অসিদা শিজিন্নখিবা লোল—বাহৈ, বাহৈ পরেং অমসুং প উরৌ য়াম্না মরীক চুম্মী। মতাং কয়াদসু হায়জখ্রে—চাউবা লোল শিজিন্নবা হৈবা নিবন্ধকার অমনি হায়বসি। মসিনা মরম ওইদুনা বারেংগী মিংথোল অমসুং হীরমগা চান্নবা বাহৈ, পাউরৌ মতাং চানা থিদুনা হাপ্পা ওম্মী। বারেং অসিদা লক্ষনা, ব্যঞ্জনাগী ওইবা বাহৈ-বাতা কয়া শিজিন্নরি। করিগুম্বা মতাংদা পুক্রিংগী অনিংবগা চান্নবা থিবদা লাম্বা ফংলকত্রবা মতাংদসু কোমা, সেমিকোলোন, দিয়াস নত্রগা অমদি, অমসুং অসিনচিংবা শিজিন্নৈ। অসিদসু নত্তনা রম, লমনচিংবা বাতপ তপতুনা লোনগী ফজবা হেনগৎহল্লি।

বাহৈ থনবগী মতাংদা য়ারিবমখৈ মৈতৈলোন্দগী ওইবা বাহৈ শিজিন্নবা হোৎনৈ। অতুবু মতিক চাবা বাহৈ ফংলকত্রবা মতমদা সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবা লোনগী বাহৈ বাতাসু লৌশিল্লি। খুদম ওইনা—"ন কশ্চে বিজয়ং কৃষ্ণ নচ ব্যজ্যং সুখা নিচি" আসন, সিংহাসন, কৃপা, পুজা, ইস্ত্রী, ধর্ম্ম অসিনচিংবা। ইংরাজীগী বাহৈ হাপ্পবা য়াদদুনা হাপ্পবসু মৈতৈলোন্দা বাঙ্গলা ময়েক্কা ইথোকতুনা শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা—"গ্লেচৌন" হায়বসি পনবা য়াই।

বারেং অসিদা চাউবনা মমাংদৈগী মৈতৈগী অরিবা শৈরেংদা মক্তোন তাবা মান্নবগী ফজবা মতৌ অমা লৈবদু বারেং অসিদসু শিজিন্নবা থেংনৈ। মতুদি—"ওঙ্গোকপনি কয়াদা নিংথিজরিবা বাখলনো; বাখল হায়বদা চিংনরমকসু কয়াদা ফজরবা লমচৎনো, মতুমক্তনা য়ানিংদ্রমকসু কয়াদা পুক্রিং হুনবগী মশক ওইরবা বাহৈনো?" অসিনচিংবা।

বারেং অসিদা বাহৈ পরেং শাংনা শাংনা শিজিন্নবা থেংনৈ। করিগুম্বা মতাংদা বাহৈ ৯৭ না বাহৈ পরেং অমা ওইবসু য়াওই। বারেং অসি বাহৈ পরেং ৬৯ না পেরেগ্রাফ ৬ কী মনুংদা ইতুনা লোয়শিনলি।

## হজরত মহম্মদ অমসুং পুকচেল চাউবা আলফ্রেড :

ছায়রিবা মথক্কী বারেং অনী অসিদা চাউবনা অসুম্না হায়— হজরত মহম্মদ অমসুং পুকচেল চাউবা আলফ্রেড মখোয় অনীমক ধর্ম অমমমগী লূচিংবা অমসুং ফিদম্লিংঙাই ওইবা মীশক ওাক্লনি। মখোয়না মাগী মাগী ধর্ম কাংলুপকী মীওইশিংগী সেবা তৌবদা অরা-অনা কয়া থাদোকখি। অশেংনমক মখোয় অনীমক ধর্মগী লূচিংবা ওইবদা নত্তনা মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা খনবা মহাপুরুষ ওাক্লনি হায়বসি উৎলি।

হজরত মহম্মদ আরব লৈবাক্তা পোক্লকপা মতমদা মতমতুগী ধর্মদা কা হেন্না থাজবা অন্ধবিশ্বাসনা য়োমতুনা লৈরম্দগী অনৌবা মঙাল অমা মহাক্না পুরকখি। মহাক্না মতমতুগী ফত্তবা চৎনবী পুম্নমকপু নমথরগা অনৌবা নুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা শেম্বা হোৎনখি। মমৈদা ভগবান বুদ্ধগুম্না ধর্মগী মরু ওইবা "একমেব অদ্বিতীয়ম" ঈশ্বরদি অমতনি হায়বা লাইরা অসি ফংখি। মহাক্কী অসিগুম্বা লাইগী শক্তি য়াওরবা মমল নাইত্রবা পাউতাক কয়া শন্দোকখি। মহাক্কী থম্মোয়দগী অসুম্না হায়রকখি—"জীববু নুংশিরু, নংসু ঈশ্বরগী নুংশিবা ফঙনি—অফবা ফত্তবা থাযগসু মীবু নুংশিবদা লিক্কনু কত্তবদা অফবা লমাং চৎপনা মীগী ফনবগী পাম্বৈনি।"

আলফ্রেডসু হজরত মহম্মদকুম না মমা লৈবাক নিংবা, মশাগী ধর্মদা চেৎনা থাজবা অমসুং মীওইবা জাতিগী ফনবা খনবা মীশক্নি। মহাক্না ইউরোপতুগী লাকপা দিনেমারশিংনা ইংলণ্ডগী নোংপোকথংবা তোর্কান্দা খুন্দাতুনা লৈরম্বা মীওইশিংদা ওৎ-নৈথিবা অমদি মীনুংশিং হৈত্তবা শাজৎকা লোয়ননা য়েংখিবা অখুবা মীৎয়েং কয়ামুক অতু মায়োক্লনবা

হোৎনখি। মসিদা মহাক্কী লৈজবা লৌশিং থৌনা পুম্নমক কৎথোকতুনা মীয়ামগী মতেং পাংখি। মখল মখা অয়াম্বা অফবা গুণশিংনা লৈতেংই। হায়বগীদমক ইংলেণ্ডগী ইতিহাসতা মহাকপু "আলফ্রেড দি গ্রেট" নত্রগা পুকচেল চাউবা আলফ্রেড হায়না খঙনৈ।১২০

আলফ্রেড হোৎনবা কনবা অশাং অমা ওইখি। মপুং ফারক্লবদা লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্লবা হোৎনজুনা স্কুলশিং লিংখৎখি। লোয়নননা লাইব্রিক কয়া ফোংদোকখি। মহাক্কী অসিগুম্বা মতিক-মগুণশিং অসিনা ইতিহাসতা অমাং অতা লৈত্রবা মিংচৎকী উরোং খিনবা ঙমখি। মহাক্না শিরমদাইদা মচা এডৱার্ডতা অহুম্না হায়রম্মী— জাতিবু মুংশিয়ু প্রজাগী মফমদা অচুম্বা ৱায়েন পীনবা হোৎনৌ ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি কায়গন্নু।" আলফ্রেডকী অসিগুম্বা পুকলে চাওবা ধর্ম্ম কায়দবা অমসুং মীমুংশি লৈবা মতৌ অদু খঙ্বুবদা নিবন্ধকার চাউবনা হায়রকই— "আলফ্রেডপু কৌথজুনা মতৈমক ঙমদ্রবসু ভক্তিগী চন্দন মখৈদং নত্রগা মুংশিবগী লৈরাং মখৈক্তং কৎপা পাম্লিবসি করিগীনো? মরম অতৈ খঙদে মীবু মুংশিয়ু, মীবু চান্নু, মীগী ফনবা কান্ননবা লাকনৌ,... চহী লিশিং কয়াগী মতুংদসু থম্মোয়গী লাইশংদা নংবু ইন্নাৎনরগনি" অহুম্না আলফ্রেড মশা লৈখিদ্রবসু মহাক্কী মিংচৎতি মালেম শিনথুনা লৈহোরে।

মথক্কী ৱারেং অসিদা চাউবনা ময়ামগী মফমদা করিগুম্বা থরদি তাক্লিংলি। মহাক্না তাকে হোৎনরিবা পান্দমদি মীওইবনা ৱারক্লবা মতমদা মহু কোকপীনবা নত্রগা কনবীনবা মহাপুরুষ অমমম হেক হেক পোকহল্লকই হায়বসিনি। খুদম ওইনা খৃঃ ৫৭০ অহুৱাইদা ৱাবগী ঙমখৈ লৈরকপ্রবা মতমদা হজরত মহম্মদকুম্বা লাইপোক অমনা অরা-অনা পুম্নমক কনখি। অহুম্না মতম অমদা রাজনীতি অমদি লৈবাক্কী শেল থুমগী ফিভম ফত্তবনা অৱাবা তারবা ইংলণ্ডগী ইতিহাসতা আলফ্রেডকুম্বা থৌনা ফবা, লৌশিং লৈবা অমা ফাওরকখি। অসিগুম্বা থোইদোক্না ফিদম্নিংঙাই

ওইরবা মীওইশিং অসিগী মতিক-মগুণশিংঃ অসি খঙলবদি ঐখোয়গী অঙাং ওইরিবা ছাত্র নহারোলশিংদসু মমা লৈবাক অমসুং মজাতিবু করিগুম্বা কান্নবা খরদি তৌনিংবগী ঈথিল অমা পীবা ঙমগনি হায়না খনবসিনা ৱারেং অনীসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েং ওইরি। মহাপুরুষশিং অসিদা ধর্ম, জাতিগী খেন্নবা লৈতনা মীওইবা পুম্নগী সেবা তৌনিংবা ৱাখল অমা লৈ। তশেংনমক অসিগুম্বা পুকচেল অসি তমজনিংঙাই ওই হায়বসি ৱারেং অনীশিদগী খঙবা ঙম্মী।

## খুৎই অমসুং লোল ঃ

হজরত মহম্মদ অমসুং পুকচেল চাওবা আলফ্রেড হায়বা ৱারেং অনী অসিদা চাউবনা আরব অমসুং ইংলণ্ড লৈবাক অনীগী ফিভম ( খৃঃ ৫৭০ অমসুং ৯ শুবা চহীচা ) অদু তাক্লবা হোৎনৈ। হান্নরিবা মতম অনী অসিদা আরব অমসুং ইংলণ্ডগী প্রজাশিংনা ঙমখৈ লৈতনা ৱারক্লবা মতমদা হজরত মহম্মদ অমসুং আলফ্রেড পোকলকতুনা অৱাবশিং অদু কোকখি। অসিগুম্বা মহাপুরুষ অনীসিগী থৌনা, লৌশিং, ঙাকপীহৈবা, খাঙবা কনবা অসিনচিংবা কয়া খুদম অমসুং প্রমাণগা লোয়ননা ইবা মরম্না ৱারেং অনীমক্তা নেরেটিভ এসেগী পীনরিবা মচাকশিং শুনা য়াওবা মরম্না নেরেটিভ এসেগী ওইবা খুৎইগী মনুংদা থম্লি। অতোপ্পা অমনা ৱারেং অনীসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসিগী মতাংদনি। ৱারেং অনীমক্তা য়াওরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসি থাক অমতনি। মরমদি অনীমক মী অমগী মতিক-মগুণ অমসুং মথৌনাগা লোয়ননা মহাক্কী মতমদুগী সমাজগী মশক তাকপনি। ৱারেং অনীমক্তা বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত ৱাহৈ য়াওই। হজরত মহম্মদ হায়বা ৱারেংদা য়াওবা ৱাহৈ—ধর্ম, আবস্তা, প্রজা অসিনচিংবা অসিদি পুকচেল চাউবা আলফ্রেডতসু য়াওই। অনীমক্কী ওইবা ৱাহৈ পরেং অশাংবা শিজিন্নদে। ছাত্রশিংনা খঙবা ঙম্নবা য়াম্না লায়বা মওংদা ৱাখল ফোঙদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ পরেং ঙাক্তা শিজিন্নৈ। হজরত মহম্মদ হায়বা ৱারেংদা সংস্কৃত শ্লোক " একমো

অখিতীয়ম, সত্যং ব্রূয়াৎ, প্রিয়ং ব্রূয়াৎ ন ব্রূয়াৎ সত্যম প্রিয়ম অনিনচিংবা য়াওরি। মসিনা ৱারেংগী মগুন হেনগৎহল্লি। অরিগুম্ব সংস্কৃত শ্লোকনচিংবা অসি "পুকচেল চাউবা আলফ্রেড" হায়বা ৱারে অসিদদি য়াওদ্রে।

ৱারেং অনীসিগী ৱারীবু শৌগৎপা ওইনা মতেক্কী ওইবা ৱারী নঙ্গ্রগা ইতিহাসকী শরুক খরা য়াওই। মসিনা ৱারেং অসি নৈনবদা অপনবা খরা পী। খুদম ওইনা—আলফ্রেডকী মতিক-মগুণ লৈবা অমদি হোৎনবা কনবগী মতাংদা ইতালি, ফ্রান্সনচিবা লৈবাক্কী ৱা য়াওই। অদুনা ইতালি অমসুং ফ্রান্সা হায়বসি কদায়দা লৈ, করম্বা মফম্বো করম্বা মথলগী লৈবাকশিংনো হায়বনচিংবা ময়েক শেংনা তাকপা তাবনি। অদুম ওইনমক ৱারেং অনীমক্কী ওইনা পুন্না য়েংবদা কান্নবা য়াম্না লৈ। মসিদা য়াওরিবা কান্নবা ৱা অমসুং পাউতাকশিং অসি নিংথিনা লৌরবদি য়াম্না অফবা সমাজ অমা শেমগৎপদা অচৌবা মতেং ওইগনি। মরু ওইনা পীরক্লিবা ছাত্র নহারোলশিংনা অসিগুম্বা পুকচেল চাউবা, মথৌনা লৈবা, মরৈবাক নুংশিবা, মশাগী অমসুং মজাতিগী ধর্ম্মবু চাউথৎনবা হোৎনবা মীওইশিংগী পুন্সি ৱারী খংলবদি মখোয়দসু অনৌবা থৌনা অমসুং ঈথিল অমা পীবা ঙমগনি।

## খাগীগী লানফম :

"খাগীগী লানফম" হায়বা ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা "খাগী" হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি চীন হায়বনি। অদুবু তশেংনা মণিপুরগী ইতিহাসতা য়েংবা তারবদি মণিপুরদা চীনানা লান্দারকখিবা লৈতে। মণিপুরদা য়াম্না তোয়না লান্দারকখিবদি অৱা হৌজিক্কা ব্রমীজ হায়বা কাংবু অসিনি। ৱারেংসিগী মতুংইন্নদি খাগীগী লাল ঙম্বী হায়দুনা খাগেম্বা মহারাজবু খাগী ঙম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) কৌখিবগী ৱা ওইনা তৌই। মরম অসিনা চাউবনসু "খাগীগী লানফম হায়না মিংথোল্ল পীরম্মিবনি।

"থাগীগী লানকম" হায়বা ৱারেং অসি মৈদিংগু খাগেম্বগী মতমদা থোকখিবা লাল অতুগী মরমদা শম্লপা কল্পনা অমসুং ইতিহাসকী থৌদোক্কা পুন্সিল্লগা ইবা ৱারেংনি। ৱারেং অসিদা মৈতৈ মচাগী কন-থৌবা অমসুং লান্দা হৈ-শিংবসু তাক্লি।

মৈতৈগী লাম্মীশিংনা মথক্তা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপা অমসুং য়াইস্কুল লাকপা অনীশুবা লাম্লেংনবতুদা য়াওরি। লাইবু নিংবা ধনঞ্জয়না লাংজক্করবা নিংথৌগী ৱাখলবু তপেথনা অমদি মঙ্গলগী মশক ওইবা পাউজাক কয়া পীরি। অদুম্না, কম্না হোৎনবদগী খাগীগী লালগী লাম্মী পুন্নমক মায়খিতুনা চেনখি। "মৈতৈনা জয়া ওইরে!" ৱাকম খরসিবু চাউবনা লৈশি লৈথোল কয়াগা লোয়ননা শালবা ৱারেং অমা ওইহল্লি।

"থাগীগী লানফম" হায়বা ৱারেং অসিদা চাউবনা উৎনিংলিবদি মৈতৈশিং অসি থৌনা ফৈ লান্দা হৈ-শিংই হায়বসিগা লোয়ননা মৈদিংগু থাগেম্বা অমসুং মহাক্কী মনাওশিংনা পুকচেল অমত্তা ওইনা চোংথোকতুনা লাল্লেংনবনা পাঙ্গল কল্লবা অমসুং মশাং য়াম্লবা অৱাগী লাম্মীশিংবু মায়থিনা পীবা ঙম্মিবনি হায়বসিনি। ৱারেং অসিগী খেল্লাও ওইরিবা "দুর্গামাই" হায়বা ৱাহৈসিনা তাকই, মতুদি— মসিগী দুংগী ৱাখল্লোন অসি হিন্দুগী ওই হায়বা। হিন্দুশিংনা শা-লানগী মতমদা শক্তিগী লাইরেম্বী দুর্গাগী পুজা তৌনৈ। মসিগী চৎনবীসি লৌতুনা চাউবনা মৈতৈগী লাম্মীশিংসু "শিবদুর্গাগী" নাম শোন্দুনা ৱাশক্লসি, থবক পাংলগা পাংবা নত্রগা থরায় থাবা" হায়না লেপখি। অদুম্না ৱারেং অসিনা পীরিবা থৌনা ফবগী পাউজেল অসি হিন্দু ধর্মগী য়ুফমদা থাজরবা মৈতৈ মচাশিংদনি।

## খুৎই অমসুং লোল :

ৱারেং অসি দিসক্রিপটিভ ত্রসেগী খুৎইনি। থৌদোক ৱাথোকশিংবু শন্দোক্লা অমসুং শুগাইনা ই। ৱারেং অসিদা য়াম্না হক হক লাওবা

বাহৈ বাক্তা কয়া শিজিন্নরি। বাহৈ পরেং শাংনা ইদে। সংস্কৃতকী বাহৈ য়াম্না য়াওরি। মসিদি হিন্দু ধর্মগী ইথিল্দা ইখিবা বারেং ওইবনা ওইরম্বা তাই। শক্তিগী মতাংদা " দুর্গামাই " হায়না শিজিন্নরি।

বারেং অসিদা পুন্না বাহৈ পরেং ৩৩ মা শুংগী পেরেগ্রাফ অহুমথক্কী মনুংদা লোয়শিনলি। লানফমগী মরমদা ইবা বারেং ওইবনা বীর রসনা মপুং ওই। অদুগা উপমা, শ্লেষনচিংবা অলঙ্কারশিংসু মতাং কয়াদা য়াওরি। খুদম ওইনা লাম্মীনা লাল চংবগী মতাংবু " নোংজুথাগী খম্বা ঙমদ্রবা ঈচেলগুম্বনি " হায়রি। বারেং অসিনা হৌঞ্রবা মতমবু নৌহৌননা নিশিংহল্লি। মসিগা লোয়ননা অনৌবা থৌনাগী ঈথিল অমসু পী। মতাং অসিদা টি. এস. এলিয়েটকী বাহৈ— " History makes the man wise " হায়বা বাহৈসি নিংশিংবা য়াই।

বারেং অসিদা ইতিহাসকী করিগুম্বা থৌদোক অমবু নীশিংহনবদা নত্তনা অতৈ বারোলশিংগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা মগুণ অমা য়াওরি। বারেং অসি পাবদা নত্রগা তাবদা রম্লিং কমেন্তরীগী মতৌগুম্না তৌই। মসি চাউবগী বারেং ইবগী খুৎইদা য়াম্না তোয়না শিজিন্নদবা খুৎইনি।

## মহাকাব্যদা য়াওবা মীশকশিংগী মশক :

" মহাকাব্যদা য়াওবা মীওইশিংগী মশক " হায়বা তাঙ্কক অসি ইতিহাস অমসুং মহাকাব্যদা য়াওবা মীশকশিংগী মশক হায়রা অদুগী অনীগুবা শরুক্নি। ইতিহাসকী ওইবা শরুকমথৈ মথক্তা নৈনজগ্রে। হৌজিক অমুক মীশকশিংগী মরমদা শম্নগা নৈনজরি। চাউবগী "ফিদম" দা য়াওবা বারেংশিংগী মনুংদা মহাকাব্যদা য়াওবদি— ভরত, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য, অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম, মোইরাং থোইবী অমসুং খম্বা অমসুং নোংবানগী পাউতাক অসিনি। হায়রিবা বারেংগী মিংথোলসু ওইরিবা চরিত্রশিং অসি তোঙান তোঙান্বা মহাকাব্য অহুমদগী লৌবনি। ভরত অমসুং হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য হায়বা বারেং অনী অসিনা রামায়ণদগী

লৌবনি। অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী থাবক হায়বদিনা মহাকাব্যকী চরিত্রশিংনি। মৌরিয়াং খোইবী, থম্মা, অমসুং লোকপালগী পান্ডাক হায়বা বারেং অনী অসিনা খম্বা থোইবীগী বারীগী পাত্রশিংনি। চাউথবা বারীগী পাত্রশিং অসি লৌবা মতমদা য়াম্না মুন্না অমসুং চেক্লিনা থমনা লৌখিবনি। মরমদি মখোয়শিংসি মহাকাব্যশিং অসিদা য়াওরিবা চরিত্র কয়ামকমগী মচুংকগী মতম অমসুং মফমগা চান্নবা পাত্রশিংনি। পাত্রশিং অসিগী লমচৎ, নোমুকপা, থাজবা কনবা, মীচুংশি লৈবা, বাশক চেৎপা, থকশি থাসি ওাক্লা চেৎপা অসিনচিংবা গুণশিং অসি— চাউথগী মতমগী মণিপুরী সমাজদা য়াম্না তঙাইফদবনি। অদুনা মহাক্না পাত্রশিং অসিগী বারীবু ছাত্রগা চান্নগদবা থাক্কী (মওংদা) বারেং ওইনা ইথোকখিবনি। মসিনা মতমসিগী ছাত্র-নহারোলশিংগী যাওথরক্লবা মোরেল জেল্ল্যা অচু ওাকপা (কনবা) ওমগনি হায়না নিবন্ধকারনা চেৎনা থাজৈ। অচুগা মসিমচু থাজখি মচুদি, বারেংসিগী মিংথোল ওইরিবা পাত্রশিংগী মতিক-মগুণ অসিনা ছাত্র-নহারোলশিংদা অনৌবা থৌনা হাপতুনা মমা লৈবাকপু চুংশিবা, থাজবা কনবা, মীচুংশি লৈবা অতোপ্পগী য়াইফনবা থমবা কৎথোকপদা পান্দবা অসিনচিংবা অসি থলহনবা অমসুং ওইহনবা থোইনশিন অমা পীবা ঙমগনি হায়না।

## ভরত অমসুং হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য :

বারেং অনী অসিদা চাউবনা ছাত্রশিংবু থাজহল্লোইবী। মচুসি— ভরতনা ময়াম্বা শ্রীরামচন্দ্রবু কয়া য়াম্না ইকায়খুম্নবা, চুংশিবা অমসুং ভক্তি লৈবা হায়বতু। অদুম্না হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্যগী বারীদা পীনহৈবা হরিশ্চন্দ্রনা অতোপ্পগী মফমদা কদায় কাওবা কৎথোকপা ঙমগে অমসুং মশাগী ইকং শনমানগা লোয়ননা হায়দোকখিবা বাহৈ অচু তাকবা হোৎনবদা কয়া য়াম্না কঠোরবা থাওখিবগে হায়বচু তাকবা হোৎনৈ। ভরতকী মরমদা চাউবনা দশরথকী তাহৈদা অদুম্না হায়রকনখি:— "রামদগীচু থমগী মরীদা

ভারতনা হেনবা নত্তনা থাংপা তৌরোই।" (লা: ১৮৬) হায়রিবদু মত্তে ভারতকী নোংমৈকপা, ভক্তি লৈবা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপগী মরমদা ৱাংনবা; হায়নবা মত্তাং অমদা কনাগুম্বা হায়রকই—"হায়জবা নাইদনা কংজবা লৈথাকপু অমুক হনবা ওন্না মহাক অসে পোক্লগী মতৌ য়াম্না হায়বা অহুনি। মহাককুম্না পৃথিবীদা অনী ওদে।" ( লা: ১৬ ) তশেংনমক ভারতকী মশা লৈত্রবা লমচৎ অসি ভারতদসু নত্তনা পৃথিবীগী ওইনা অতাংবনি। অসিগুম্বা মশাগী ওইজবা থাদোকতুনা মরাম্বু লাইমক্লি থম্লিবা ভারতকী থাশক চেংপা মতৌ অসি ছাত্র নহারোলশিংনসু তমগদবনি হায়বা পাউজেল অমা চাউবনা নাকোইননা পীরি।

অতুম্না "হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য" গী মতাংদসু মত্তিক মগুণ লৈরবা নিংথৌরেল অমনা কয়া য়াম্না কথোকপা ওন্না অমসুং মহাক্কা ৱাংথোকখিবা থাহে অদু ওাক্লবা হোৎনবদা মাগী মুংশিজরবী মুপী ( শৈব্য ) ফাওববু য়োক্খোকপা অমসুং মশানা অতোপ্পগী মীনাই ওইবা য়াখিবা অসিনচিংবাশিং অসি অতোংবা থুদম ওাক্তুনি। মথোয়গুম ঐথোয়সু থাশক চেংপা, ওাংবগা তৌবগা মাম্বা, অথাবা থাউবদা ক্লিদবা তমগদবনি। অসিগুম্বা ক্লিমম্লিংওাই ওইরবা থাৰীশিংদগী কাম্বা পাউতাক ময়াম অসি তাশিন থওজিন্দুনা অফবা মী অমা ওইবা ওম্বা হোৎনগদবনি হায়বসি চাউবগী খোম্লাওনি।

**অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানকম :**

থারেং অসিসু মহাভারতকী নায়ক অমসুং মহাক্কী মচা বভ্রুবাহন অনীগী কন-থৌবগী থারীনি। থারেং অসিদা ক্ষেত্রিয়চাগী থৌনা কথা, লান্দা হৈ-শিংবা অহূগী মশক তাকই। অর্জুননা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলগী মতুং ইন্দুনা লাকপনা মনিপুর য়োরকখি। বভ্রুবাহনগা অর্জুননা লাম্বেংনখি। লান অহূদা মরোল অহনবু জয় তৌবা ওম্বা অর্জুন মভ্রুবাহনগী মখুত্তা সায়রখি। বভ্রুবাহননা নায়

পায়রে। অর্জুনগী মকোক মণিপুরদা তারে মসিগা লোয়ননা পজাগী শাপ থুংলে। মসিনা ৱারেং অসিগী শয়রা ৱাখলনি।

চাউবনা ৱারেং অসিদা পীননবা হোৎনরিবা পাউজেল অদুদি— মৈতৈ ঐখোয়গি কেত্রি বংশনি, আর্য্য বভ্রুবাহনগী থারানি। মরম অসিনা ঐখোয়সু অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী মতৌগুম্না থৌনা লৈগদবনি। লানফমদা শিবা কিয়োইদবনি। মমা লৈবাক অমসুং মথৌগী ওাক শেনবদা থবায় থাবা পাম্‌রোইদবনি হায়বসিনি।

মথক্কী ৱারেং অহুম ভরত, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য অমসুং অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম অসিদা থম্লিবা অইবগী পান্দমদি ভরতকুম্না ময়াম্বা নীংবা, নোল্লুকপা অমসুং ভক্তি লৈবা, হরিশশ্চ অমসুং শৈব্যগুম্না পীনহৈবা, খাঙবা কনবা অমসুং ৱাশক চেৎপা অমসুং অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগুম্না থৌনা কবা, মমাগী য়াথং ওাকপা মমালৈবাক অমসুং মথৌ ওাকপদা শিবা কিদবা ওইগদবনি হায়বসিনি।

মথক্কী ৱারেং অহুমমক অসি ইবগী মওংদি ৱারী হায়বগুম (লীবগুম) তৌই। ভরত, হরিশ্চন্দ্র, শৈব্য, অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী থোইদোক হেন্দোকপা মতিক-মগুণশিং অসি অঙাংশিংগী মফমদা থওহল্লবগীদমক্তা ৱারী ওইনা লীরকই। অদুগা মতাং চাবা কয়াদা থুদম পীদুনা লাইনা অমসুং নীংথিনা থওহল্লমসু হোৎনৈ। অসিগুম্না থুংই অসিবু নেরেটিভ এসে কৌই। অদুনা ৱারেং অহুমক নেরেটিভ এসেগী ওইবা থুংইনি।

ৱারেং অহুমকী হৌরকফম সংস্কৃত সাহিত্যদগীনি। অদুম ওইনমক চাউবনা য়ামা চেকশিন্না ফজনা অমসুং থওবা ওয়বা লমদমসিগী ফিভমগা চান্নবা মৈতৈলোন্দা ইথোরকই। কম্নি কম্নিগুম্না মতাং খরদা হায়বদি মীশিং মখিং—অর্জুন যুধিষ্ঠির, বভ্রুবাহন, শৈব্য, হরিশ্চন্দ্রনচিংবা ৱাহৈ খরদি মৈতৈ মচাশিংনা পাবদা (হায়বদা) ৱানা থোক্লবসু ৱারীদি থওনদা লুনা থোক্কে। ইচম চম্বা ৱাহৈ শিজিন্নদুনা অমদি অতেন্নবা ৱাহৈ পয়েংদা

অহুক-হুমিদাং চাংনরিবা ৱারৈ-ৱাতাদা ইবা ৱারেংশিংনি। ৱারেংগী মতাং চাবা য়েংহুনা মৈতৈগী ওইবা প্রধান অমসুং পাঙ্গক্লো শিজিন্নে। মতাং চানা অলঙ্কার শিজিন্নে। খুদম ওইনা "নাইতোম থোকপা খাঙ্গদ ভরত্তনি" অসিনচিংবা। পর্বা হায়রবদা ৱারেংশিং অসিদা লোলগী ৱারৈ-ৱাতা চম্না নিংথিজে।

'অর্জুন' অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম হায়বা ৱারেং অসিদি মথক্কী ৱারেং অনীগী খুৎহইদা থম্না তোঙাল্লি। ৱারেংদা বভ্রুবাহন অমদি মহাক্কী মমা চিত্রাঙ্গদাগা— অৱায়-অথুম্বগী মওংদা ৱারী শাগ্নরি। অসিগুম্বা ৱারী শাগ্নবগী (দাইলোগ) মওং অসি অতৈ ৱারেংশিংদদি পাংনা তৌদে। মরম অসিনা ৱারেং অসি অতৈ ৱারেংগী ঈচেলদগী তোঙাম্না উই। অহুবু ৱারেংগী ৱাখলোন কোওদোকপগী মতাংদদি থোইদোকপা তোঙম্না তাদে।

ৱারেং অহুম অসিদা য়াওরিবা ৱারৈ পরে শিং অনদি পেরেগ্রাফশিং মথংশিংনা শুব্রত ৱারৈ পরেং ৫২—পেরেগ্রাফ ৬, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্য ৱারৈ পরেং ৫৭—পেরেগ্রাফ ৫ অমসুং অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম ৱারৈ পরেং ৫৬, পেরেগ্রাফ ৯ নি।

## মোইরাং থোইবী অমসুং খম্বা অমসুং নোংবানগী পাঙ্ভাক :

মোইরাং থোইবী অমসুং খম্বা অমসুং নোংবানগী পাঙ্ভাক হায়বা ৱারেং অনীসি পুম্না খম্বা থোইবীগী ৱারী হায়না খঙনবা মোইরাংগী থোৱোক ৱাথোক পুম্না চৎপা খম্বা থোইবী শৈরেংগী য়ুম্ফমদা ইর্বানি। ৱারেং অনীমক ৱারী অমত্তগী মশা ঙাক্তনি। ৱারী অমগী মহুংদগী মরু ওইবা পাত্র থোইবী, খম্বা অমসুং নোংবানগী ফজবা শক্তক খম্বা লোৎখৎলগা ইথোকপনি। খম্বা অমসুং নোংবানগী পাঙ্ভাক হায়বা ৱারেং অসিদা তাইবংপানবদা লৈরিবা মীওইশিংগী মাগী মাগী কর্ম মহুংইদা পাপ-পুণ্যগী মশক তাক্লবা হোৎনরি। চাউবনা ৱারেংসিদা খম্বগী পুণ্য অমসুং নোংবানবুনা পাপকী মশক উৎনবা হোৎনরি। ভলোক

ৱারেংগী ময়াংদি থম্বা থোইবী অনৌগী সুংশি-সুংঙোনগী ৱারীনি। মখোয় অনীগী সুংশি-সুংঙোনগী থোৌদোকলক্কা নোংবাম্না তত্তনা অপনবা ( থৈথায়-থিনপাইবা ) পীরি। নোংবানগী হোৎনবা পুম্নমক অচুম্বা ধর্ম্মগী মশক ওইরবা থম্বনা তত্তনা অরেম্বা তাহল্লি। নোংবাননা কত্তবা ৱাখল খনবা, মীগী মাঙনবা কয়া তৌবা, ইকায় থভদবা হৌন-লোনচৎ অমসুং থোৌগম্লোন কায়বা থবক কয়া তৌই। অমরোমদা থম্বদি থাংবা কনবা, ঙাকপী হৈবা, নোল্লুকপা হৌন-লোনচৎ ঙাকনা চৎপা অমসুং হায়বা ইনবা থীরোদ্রাগী মশক্কি। অসিগুম্বা থম্বা অমসুং নোংবানগী লমচৎ মওং অসিবু চাউবনা পুণ্য অমসুং পাপকী মশক্কি হায়রি। ৱারেং অসিদা শন্দোক্লা ইরি। হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবী—"অচুম্বনা জয় ওই" "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" হায়বছু উংলি। থম্বদি ধর্ম্ম লৈবা, মীনুংশি থঙবা অমসুং পুকচেল চাওবা মী ওইবনা মহাকপু মাংননবা লিনথিবা নোংবাননা শিথিবদা সুংঙাইত্তবা পোকই। মসিগীসু মথক্তা "নোংবানগী তালোয় মঙানা মপুরোইবগী লমন থুমগে লাকপা উবদা থংনা পী শিন্তদবা ঙমদে।" ( লাঃ ৩৫ ) অম্নমা ধর্ম্ম লৈবা পুণ্যগী মশক ওইরবা মীশিংদি অতোপ্পগী অৱাবদসু শরুক য়াই হায়বসি চাউবনা ৱারেং অসিদা উংলি।

হিন্দু ধর্ম্মদা মরু ওইনা ৱাখলগী পোৎথোক (কনাগুম্বনা ইতিহাসকী ওইনা লৌনবস্ত্র য়াওবা) রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা মহাকাব্যশিংদা অফবগা ফত্তবগা, অচুম্বগা অরানবগা মতম পুম্নমক্তা যুক্তহুমা চৎলি। অতুগা মমৈদা অচুম্বনা হেক হেক জয় ওই। ৱাফমসি থম্বা-থোইবী শৈরেংদসু থোকই। অসিগুম্বা থোৌদোক-ৱাথোকশিংতনা থল্লবা অমসুং অৱাবা, সুংঙাইতবা কয়া ফংলবা, থাঙলবা তুংদা সুংঙাইবনা পোম্লোয় ওইনা ৱারী কয়ামরুম লৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না "থম্বা অমসুং নোংবানগী পাউতাক" হায়বা ৱারেং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মহুদি অৱাবা, সুংঙাইবা কয়া থাঙলবা মতুংদা অফবা মহৈ ফংলি হায়বসি। মসিনা মরম ওইহনা চাউবনা ছাত্র-নহারোলশিংগী মফমদা মতম চান্নিঙৈদা

অৱা-অনা থিদনা থুংলা মাইকনবা থম্নুনা অমাদ থম্ম কায়দনা লেগদবান মচুংবা মায়পাকপা ওইগনি হায়রি।

মোইরাং থোইবী হায়বা বারেং অসিদনা চাউবনা থোইবীগী মপাল নাইদবা ফজরবা মশক অমসুং মহাক্কী থোইদোকপা গুনশিং অচুম্বী মরুমদা খুদম করাগা লোয়ননা ইর্রি। ঈয়াইদা শাংনী থ.ালগুম্বী থোইবীগী পুক্লিং অসি লৈরাংগা মাজনা থোংলি। নিংথোকোর্ম্দা পোকপী ওইহুনস্থ মীগী অরা-অনাগী মশক ফজনা থঙই। মসিগী খুদমদি—নোংমা থোইবীনা শেম্নুনচিংবা মনাই অচানবীশিংগী মুংঙাইনা য়ারী-য়াতাই শাহনা চংলিঙৈদা লম্বীদা ফীমন শেংগী থমগুবু উরুবদা থোইবীগী থম্মোয়দা মুংয়াইতবা ফাওখি

বারেং অসিদা থোইবীগী মশক ফজবতা নত্তনা মীনুংশি লৈবা, মীগী অৱা-অনা খঙবী, মুপীগী থোংলদা থম্মোয় ওইহুনস্থ থাঙবা কনবা অসিনচিংবা গুণশিং অসি শিংথাক্লুনা ইরকপদা মুপানা কনবদি পাঙ্গলতনি মুপী হায়বসিদি থোংপা নোবগী মশকতুনি হায়না ইর্রি। অহুম্মা বারেংগী মত্তাং কয়াদা থোইবীগী থোইদোক-হেন্দোকপা গুণ-কয়াবু চাংদমহুনা ই। মত্তাং অমদা হায়রি—"মুপানা মহাক্কী পাম্মুবা মুংশিবা চাম্বা পোং অহু মুপীগী মতৌগুম্বা অচুক থম্মোয়দা চিংশিবা ঙমদে, অচুক শুমহৎতুন মশাবু ফাওবা ঙমদে, তেংবানববু নিংশিংদবা ঙমদে। মরমদি মুপাগী মচত্তিপাকপদা চাংজো নাইদ্রবা ঈপাকফুদনি। মুপানা মহাক্কা পাম্বা পোং অহু থম্মোয়দা থম্বা ঙম্নগা মথবায় মুংঙাইবা ঙম্মী; তৌইগুম্বসুং মুপীনা মহাক্কী অপাম্বা অহু থম্মোয়দা লাংপগা লোয়ননা মীংথক্কা থম্নগত পেল্লি।" (লা ৫৩)

বারেং হ নী.সি.গী মিংথয়েং অমসুং পান্দমদি—কত্তবদগী অৱবনা ধর্ম্ম লৈতবদগী ধর্ম্ম লৈবনা জয় ওই হায়বসিনী। ধর্ম্ম লৈবা অচুম্বা চংপা মীশিংদি অৱা-অনা কয়া তাম্বফ্র ঈশ্বরনা মথোম্বগী মতেং পাংই।— মরম

অসিনা মখোয়দা মখোয়না জয় ওই। থোইবীগী খাঙবা কনবা, মীয়ুংশি লৈবা, মপুকচেল চেৎপা অসি মুপী ওইবী খুদিংমক্কা তমজনিংঙাইনি। অসুম্না থবক থোনা কবা, হুনবা লৈতবা, মীয়ুংশি চাউবা অসিনা মুপা ওইবশিংগী কৌদয়করি— হায়বসু ভাকুবা হোৎনবনা খারেং অনীসিগী পাম্মনি।

## খুৎই অমসুং লোল

"খম্বা অমসুং নোংবানগী পাউতাক" অমদি "মোইরাং থোইবী" হায়বা খারেং অনী অসিদা খম্বা নোংবানগী পাঙ্গল চাংয়েংনবা, অচুম-অরানগী মরমদা থনবা খাখল মথল, মশাগী ওইজবা থাদোকপা-থাদোক্কবা লৈবাক্কী হোৎন-লোনচৎ ভাক্কা চৎপা-চৎতবা অসিনচিংবা ময়াম অসিগা চাংদম্নহুন। পাপ-পুণ্যগী মশক ওইনা পুথোকতুনা উৎননবা হোৎনৈ। মোইরাং নিংথৌ অমসুং যুবরাজগী অমতা পোকচবী থোইবীগী ফজরবা পুকচেল, মহুগী মঙ্গংদা চেল্লিবা ফজরবা খাখল অমসুং মীয়ুংশি খঙবা, থোৎ নৌবা খাহে থোনফম, লেপখিবা খাখলদা চপ য়ুংনা থনবা অমসুং মহু ফংননবা হোৎনবদা অবা-অনা থিদবা অসিনচিংবশিং অসি শক্নোক্না অমদি গুগাইনা ইরি। মরমসিনা খারেং অসি ওবজাবেসন এসেগী ওইবা খুৎইনি। অতুগা "মোইরাং থোইবী" হায়বা খারেং অসিনা থোইবীগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণশিংবু হায়বদি লমচৎপু নৈনবা ওইবনা কেরেক্টর এসেগী খুৎইগী মঙ্গংদা থমজরি। তৌবগীদি খারেং অনীসি অকক্নবা এসেগী মথল অমগী মঙ্গংদা মসিমক ওইগনি হায়না খম্বদি খল্লা লুনা থোকই। *অতুবু খজিক্কুং হেন্না চাম্বা টাইলগী খুৎইরু য়াওই। কন্নিগুম্বা মতাংদা পাবদা নত্রগা তাবদা হকথেংননা লৈবগুমনা তৌই। অসিগুম্বা মথলগী খুৎকোঙদোক অসি ডাইরেক্টিভ টাইলগী ওইবা খুৎইনি হায়বসু য়াই। পুম্নমক অসি য়েংবা মতুংদা মথক্কা ঐন পৌজরিবা খুৎই অসিনা খায়দগী চাম্নবা ওইসনা থল্লি।

"খরা অমসুং নোংবানগী পাউজাক" হায়বা ৱারেং অসিদা মুক্তমার হিন্দু ধর্মগী যথা ধর্ম তথা জয়" হায়বহৌনি। শ্লোক অসিগী শব্দোকপা ওইনা খরা নোংবান অনীগী লমচৎ য়েক্কবা হোৎনবদা মৈতৈলোনগী ফজ ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া ৱারেং অসিগী মতাং কয়াদা শিজিন্নৈ। ৱারেং অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ পরেংশিং ময়ায় ওইরপ তৌনা য়াম্না শাংলবা য়াদিস্ তেন্দবা মওংনি। চাউবগী হৈন্নবী ওইনা অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ-ৱাতা খরদি ৱারেং অসিদসু অহুম য়াউরি। কয়িজবা মতাংদা য়ক্রোক্তি অলঙ্কার শিজিন্নৈ। মসিনা ৱারেংগী ফজবা হেনগৎহল্লি। ৱারেং অসিদা "শরুবা" হায়বা ৱাহৈ অমথক য়াওরি। মসিগী অর্থদি ছাত্র ( শিষ্য ) হায়বনি। ৱারেং অসি পুম্না ৱাহৈ পরেং ৭১ মা পেরেগ্রাফ ৪ গী মনুংদা লোইশিল্লি।

"মোইরাং থোইবী" হায়বা ৱারেং অসিদা মৈতৈলোনগী চম্না ফজবা মশক অহু উবা ফংই। য়াম্না লূবা অমসুং অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ-ৱাতা য়াওদে। ৱারেংগী মতাং চাবা কয়াদা মৈতৈগী প্রমান পাহৈ শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা থোইবীগী ফজবা মশক থারকপদা "নৌদা নৌবী তনৌবী থাওদন মানবী তথোংপী, খম্বাল মানবী সনা খম্বাল মাগবী মাইথোংদা থুনা ঈশৌ লাংডি অসিনচিংবা হায়রি। ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতাদি অতোপ্পা লোলগী ওইবা য়াওদব। মৈতৈলোন্দগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতাদা য়াম্না লৈশি-লৈথোনবগা লোয়ননা লক্ষনা, ব্যঞ্জনা শিজিন্নৈ। মথক্কী ৱারেংগুম্না ৱারেং অসিদসু য়াম্না ফা হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেং য়াওদে। ৱারেং অসি শুপগী ৱাহৈ পরেং ৮৮ না পেরেগ্রাফ ৬ কী মনুংদা লোইশিনলি।

## অহুমশুবা মহৌশাগী ওইবা হৌরম :

চাউবনা ৱারেংগী লাইরিক "ফিদম" হায়বসি নৈনবা খুদোং চানবা অমসুং হৌরমগী মওং য়েংহনা খায়দোকপা তাঙ্কী অহুমশুবা মতাংদা

লৈরিবা "মহৌশাগী ওইবা হীয়ম" হায়বা অসিগী মতুংদা প্রলয় অমসুং মুহায় হাবা অমসুং মৈগী চীং হায়বা ৱারেং অসীসি থম্লি। ৱারেং অসী মসিদা চাউবনা কোঙদোক্লিবদি মীওইবনা কনা হোৎনহৌদা, হৈশিংহনা লনৌবা কয়া পুখোকপা ওন্নবসু— পুন্নমকসিগী ৱাংথদা প্রকৃতিগী ওইবা থাইদোক্লা কিনিংঙাই ওইবা মশক থয়া লৈ হায়বসিনি। মতুংগী মতুংদা প্রলয়, মুহায়হাবা মৈগী চীং অসিনচিংবশিংসিনি।

ঐথোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা প্রকৃতিগী অঙকপা থোংকথশিং অসিবু উরু-তারুরগা লায়না শুকথঙ থঙদনা পংকিদা কিরম্মী। অদুবু থয়া চাওথংক্রলবা মতমদা অসিগুম্বা অকিবশিংসি থয়া মাংখিবগুম তৌই। বিজ্ঞান চাওথংলকপদগী থোকথবা, থোক্লিবা অমসুং থোক্লগদবা কয়াগী মিৎনা উবা পাউদমগুম তাবদা অকিবা অমুবসু পোক্লক্লে। অসিগুম্বা অকিবশিং অসিনা মতম পুন্নমক্তা ঐথোয়গী ইশাদা মীনা হকচাংগী মতুং ইনবগুম ইমহুনা লৈ। অসিগুম্বা হায়নিংঙাই লৈতনা অকিবগী মশক ওইরবা প্রকৃতিগী থৌদোকশিং অসিগী মরমদা খিজিন্নবা কাংবুনা হায়রকপা ৱাহৈশিং অদু তাবদা শান্তি ওইদে।

অহানবা ৱারেং "প্রলয়" হায়বসিদা অইবনা প্রলয় হায়বসি করিনো হায়বদু অপাননা তাকত্রবসু ঐথোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিনা তুমখিবা য়াবা নত্রগা কায়তুনা মাংখিগদরা হায়বগী চিংনবা কোঙদোকই। অদৈ গ্রহশিংনা মহৌশাগী থোংচৎ কায়রকতুনা নত্রগা অমগা অমগা থেংনদুনা অঙৈং-অশাগী চাং কায়হনবগুম ঐথোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিসু নোংমদি থোক্লবা য়াই। অদুগুম্বা মতম অদুদা পৃথিবীসিদা কনাগুম্বা জীব অমত্ত লৈবা ঙম্মোই। অইবনা ৱারেং অসিদা কোঙদোক্লিবা মতকী মতুংদুর পৃথিবীদা জীব অমত্তা লৈবা ঙম্মোয়দবা, মসিগী লৈমায়দা লৈরিব পুন্নমক মাঙ-তাকপা য়াবা মওংসু প্রলয়নি হায়রি। অকাওবা হেলন লাহেবনা হায়রম্মী। অসিগুম্বা প্রলয় অসি বিজ্ঞাননা কনা চাউথংলবা থিংবা ঙম্মোয় হায়দগী চিংনবসু অইবনা কোঙদোক্লি।

মথক্তা হায়রাখিবা "প্রলয়" হায়বাসগী শরুক অমা ওইবা য়াবনু মত্রগা প্রলয় হায়বনু মক থোকহনবা য়াবা য়ুহারহাবা অমসুং মৈগী চীংগী অকিবা মশক অদু বারেং অসিদা তাক্লি। য়ুহারহাবা হু য়বনি ভাইবংপানবা অসিদা য়াম্না কিনিংঙাই ওইবা থোদোক অমনি। মমাংঙৈদদি মসি করবা মতমদা অমসুং কনায়দা থোক্কদগে হায়বদু খঙনরমদে। অদুবু হৌজিক বিজ্ঞান্না থরা মাংজোননা খঙবা ঙম্মে। অদুম ওইনমক বিজ্ঞানগী শক্তিজেন্দা পেঙ্খোকতুনা লৈবদু চাউবনা য়ানিংদবা থোক্লোই। লৈমুংদা হুমহুনা কৈরিবা অশাবা মহী নত্রগা মনিল অদুনা প্রকৃতিগী থোঙচৎ কায়রকপদা পোকথায়রকপা য়াবগী চিংনবদু মতম পুম্মক্তা লৈ। অদুম্না মৈগী চীংগী মতাংদদু অদুম্না মৈগী চীং হায়বসিদু ইথঙ থঙহৌদনা করিগুম্বা মিংকুপ অমদা পোকথায়রকপা য়াবগী চিংনবা লৈ। অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা থোদোকশিং অসিদু ঈশ্বরগী শুংশেমনি হায়না লৌবা তায়। অদুগা কনাগুম্বনা মসিবু প্রকৃতিগী থোঙচৎনি হায়নদু লৌনৈ। অদু ওইরবসু অসিগুম্বা কিনিংঙাই ওইরবা মৈগী চীংগা য়ুহারহাবগা য়াম্না নক্কবা মরী লৈনৈ। মৈগী চীং লৈবা মফমদা য়ুহার হাগল্লি। খুদম ওইনা জপানগী "ফুসিলামা" কৌবা মৈগী চীং অসিগী মখা অসি তোয়না তোয়না য়ুহার হাই। অদুবু মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি— অশেংবা মৈগী চীং লৈ নত্রগা লৈতে হায়না খঙদ্রিবা মফম কয়াদসু তত্তনা য়ুহারাবদি থোকই। মসিগী মরমদি মখানা অশাবা মহী নত্রগা মনিল লৈবা মরমনা ওইবা য়াই নত্রগা অথঙ-অহৈশিংনা হায়নবা করিগুম্বা মফম অমদা মহী নত্রগা মনিল অদু মপান্দা থোক্লকপা মতমদা লৈবাক নিকপনচিংবা থোকপনি হায়নবসু য়াওই।

অদুম্না মথক্কী বারেং অনী অসিদা প্রকৃতি নত্রগা ঈশ্বরগী অঙকপা তৌবা ঙম্বা শক্তি অমা ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা নত্রগা থিবা ঙম্বগী রাংথদা লৈরবা শক্তি অসিগী মরমদা কা হেন্না কিশিনবা নত্রগা মসিবু কল্পিমতা থওইদবসু চুমদে হায়নসু চাউবনা অজাতশিংদা খঙহনবা পাম্বই। মীংকুপ

অমগী খোৎলোক অমদা পুরমক মাংবা য়াই হায়বসি খল্লগা— খল্লা নৈগদবনি হায়বসি চাউবনা হাত্র মহারোলশিংদা চেকশিল্লবনীনরক্তা তাকপা পামথি। ৱাকমশিং অসি চাউবগী ৱারেং অসিদা লৈবা থীংয়েং অমসুং পাল্লবনি।

## থুংই অমসুং লোল :

প্রলয় অমসুং য়ুহারহাবা অমসুং মৈগী চীং হায়বা ৱারেং অনী অসিদা 'মিংখোল ওইরিবা হীরমশিং অসিগী মরমদা শব্দোক্লা তাক্লি। হীরমশিং অসিগী ওইবা য়াবা নত্রগা খোকপা য়াবা মওং কয়াবু থুদম অমসুং প্রমাণগা লোয়ননা শুগাইনা তাকপা মরম্মা মসিগী থুংই অসি দিসক্রি-হিক্ত এসেগী মসুংদা থম্লি।

ৱারেং অনীমক্কী ওইনা লোনগী মতাং নৈনরকপদা "প্রলয়" হায়বা ৱাহৈসিদি সংসকৃত ৱাহৈনি। ৱাহৈ অসি চাউরাক্লা ১৮শুবা শতাব্দী অহুরাইদা লমদমসিদা চংলকখিবনি। অহুম ওইনমক হৌজিক্কী অনৌবা মৈতৈলোন্দা য়াম্না তোয়না শিজিন্নরে। মসিগী ৱাহৈসিনা পুরিবা হুংগী ৱাখল্লোন অহুগা ৱারেংদা নৈনরিবা মচাক অসিগা য়াম্না চাম্নৈ; অমতা ওই। হৌজিকসু ময়াম্না হায়নৈ প্রলয় তারে, প্রলয় থোক্লে অসিনচিংবা। মসিনা তাকপদি য়াম্না কিনিংঙাই ওইবা নত্রগা পুকমাং মাংলবগী ৱাখল ওইনা তৌই। প্রলয় হায়বা ৱাহৈ অসিদা গ্রহ অমসুং উপগ্রহশিংগী মমিং য়াওরি। খুদম ওইনা পৃথিবী, ধুমকেতু, থবানমিচাক অসিমচিংবা। চুম্না সংসকৃত অমসুং বেঙ্গলিগী ৱাহৈদা নত্তনা ইংরাজিগী হায়রোজেননচিংবা অথয়বা ৱাহৈ খরসু শিজিন্নরি। অসুম্না য়ুহারহাবা অমসুং মৈগী চীং হায়বা ৱারেং অসিদসু অতোপ্পা লোলগী ৱাহৈ 'ফুসিলামা, বজ্র, বিষ, ভিয়স, ধাতু, পামশিয়ারচিংবা ৱাহৈ কয়া য়াওই। ৱাহৈশিং অসিনা ৱারেংগী মশুপ হেনগৎহল্লি। মরমদি হায়রিবা ৱাহৈশিং অসি অথয়বা পোৎ নত্রগা লমগী মমিং তাক্কনি। ৱারেং অনীমক্তা য়াম্না কা হেন্না শাংবা ৱাহৈ দারেং

শিজিন্নরে। অতৈ বারেংশুম্না মরায় ওইরণ শাংবা বাহৈ পরেংশীনা য়াম্না কেনবা বাহৈ অমী অহমতনা শাবা বাহৈ পরেং শিজিন্নৈ।

"প্রলয়" হায়বা বারেং অসিদা পুম্না বাহৈ পরেং ৪৭ না পেরেগ্রাফ ৮শী মতুংদা লোইশিল্লি। অদুগা সুহাররহাবা অমসুং মৈপী চীং হায়বা অরেংসিদনা বাহৈ পরেং ২৫ না পেরেগ্রাফ ৩শী মতুংদা লোইশিল্লি।

বারেংশিং অসিদা কোঙদোক্লিবা লোল অসি পুম্না য়েংবদা য়াম্না চম্না কৈ। হায়নিংবা বা পুন্নমক ইতিং তিংনা পাউদম্বগী মওংদা ইথোকপনি। বরিগুম্বা মতাং অমতদা নাকোয়ননা হায়বা য়াওদে। অতৈ বারেংগুম্না অলঙ্কার অমসুং প্রমাণ য়াম্না শিজিন্নদে। পুম্না য়েংবদা বারেং অমীসীদা হায়রিবা বাহৈশিং অসি থংবদা কান্নবা, পুক্নিং লৌশিং ওইবা মচাক ওাকনি।

অতৈ অতৈ, মধু মালতী, মণিপুর ইতিহাস অমসুং মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক :

তাঙ্কক অসিগী মমুংদা থম্নিবা বারেংশিং অসি তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইবা ওাকনি। কিদম কৌবা লাইরিক অসিগী মমুংদা য়াওরিবা বারেং ২২ (কুনমিথোই) অসি হীরমগী অমসুং খুংইগী মতুং ইন্না মায় মান্নবা য়েংহুনা কাংপুপ (তাঙ্কক) অহমদা বারেং ১৯ (তরামাপল) নৈনখ্রে। মথোয়শিং অতুগী মমুংদা হৌজিক তাঙ্কক অসিদা থমলিবা বারেংশিং অসি য়াওবা য়াওদবা (হীরম অমসুং খুংই মান্নদবা) অমদি তাঙ্কক অসিমক্তদা লৈরিবা মথোয় অহমমকত্থ হীরম অসিদা অমগা অমগা মান্নদবা মরম্না অতৈ অতৈ হায়না মিংথোক্লুনা নৈনজকনি।

তাঙ্ককসিগী অহানবমক্তদা লৈরিবা 'মধু মালতী' হায়বা বারেং কল্পনাগী পোংথোক্লি। অতম ওইনমক মসিদা য়াওরিবা থৌদোক কাথোকশিং অসিদি ১৮ শুবা শতাব্দীদা থোকখিবা অশেংবা ইতিহাসকী

ওইবা থৌরোক ওইনা তৌই। ৱারেং অসি অশেংবদি ৱারীমচা নত্রগা একাখী অমখী ওইবা খুৎইগা য়াম্না নকশিল্লে। ৱারেংসিদা য়াওরিবা নায়ক মধু অমসুং নায়িকা মালতী অনীগী মুংশিং-মুংঙোলগী অমদি মখোয়না মতাংলিবু মুংশিনবগী ৱাৱী অমসু ইথোকপনি। মরম অসিনা মসিবু ৱারেং (এপ্লে) হায়না হৌজিক থঙনরিবা অসিগী থাক্তা থম্দি ৱারেংইগা অহুবু—"কিদুম" হায়বসি ৱারেং লাইরিক অমগী ওইনা লৌবা অমসুং মসিগী মতুংদা য়াওবা ৱারেং (প্লোত) ওইনা লৌরবনা নৈনবতনি।

চাউথোকপা ৱারেং অসিগী নায়ক অমসুং নায়িকা অনীগী মরক্তা শেম্নবা মপুং ওইবা উৎননবা হোৎনরবদা মরমাইগী ওইনা মুংশিনা অমসুং থোইদোক্না মধুনা মশাগী মশক লোৎহুনা মালতীবু তাক-শেপলগা নৈমিবা অমরোমদা মৈতৈ লানমীনা মোড়ালদা লান্দারগা লাকপদা মোড়াল খুমাইগী লম্বী খঙদনা নৈবা উবদগী মধুনা মালতীদা লম্বী তাকহনখি। মালতীনা য়াম্না হৈ-শিংনা অমসুং পাইরবী লৌশিং অমনা মৈতৈ লানমীশিংবু মোড়াল য়ৌনবা লম্বী তাকখি। মোড়ালগী হাওশিং অমসুং মৈতৈগী লানমীশিংগা থেংনবদা মৈতৈনা ঙমহুনা শপোক লানপোক পুহুনা লাকখি। মমৈদা নিংথৌনা মালতী অমসুং মধুবু লুহোংবিখি। মসিনি ৱারেং অসিগী ময়াং ওইবা য়ারিদি। ৱারেং অসি ইতিহাসকা অমসুং থৌদোককা মরী লৈনবা ওইবনা য়াম্না পাক চাউই। অতুবু মফম, মতমগী মতুংইন্না তেনসিন্না ইনবা হোৎনরকপদা অৱাবা থুদোং চাদবা লৈবনা রাজ্যসিমক মপুং কারোইত্রা হায়না চিংনবা লৈরদগী অইবা মশামক্তা হায়রম্বী—"লাইরিক মচা অসিদা ঐথোয়না ৱারীগী হৌরকফম পুম্নমক ঙাকতুনা পারীরিবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী পুক্নিং থুংনবা থোগদা তৌবা ঙমজদ্রে..... ... তৌইঙম্বসুং তৌনিংঙাই লৈত্রবনা শাবী-শানৌ অনীমক অসি পাম্নহন্দুনা ৱারী অসি তেনসিন্নরগে।" (লা:১৩৫) অশেংবদি পাক-চাউত্রবা ৱারী অমসুং থৌদোক-তাথোকশিং অসি কামায় থম্বদা লোয়শিনখ্রা হায়বসি অরায়বা ৱখল ত্রে। অহুবু চাউবদি মহাকী

হৈ-শিংলবা কন্নুমসী মতেংনা ৱাহৈ পরেং খরদা মতমহূক্কী মণিপুরী ৱাড়িকী থৌদোক-ৱাথোকশিং অহু ভসি কাওবা হৌজিক্কা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোককুম উহনবা ঙম্মি।

ৱারেং অসি (এসে) গী থাক্তা থৱনী মতাংদদি মথক্কী লামায়দা হায়জরে। তশেংনা ৱারীগী মপুথোক অসি ঞামাগী মওংনি। মধু-মালতীগী ৱারীগী মরক্তা অইবনা কমেণ্টেতর ওইনা শাওদৱনি। মরম অসিনা ৱারেং (থোক) অসি এসেগী মওংদা নৈনজরে।

ৱারেং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসিদি য়াম্না ফজে। পাত্রগা চান্নবা ৱাহৈ খন-খন্দুনা শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা "মৈতৈ নিংথৌনা মণিপুর লমা লৈবাক তম্না লেংলক্রে।" ( লা:১৩৪ ) অসিনচিংবা। ৱারেং অসিবু পাবদা খ্বায়দগী হেন্না পুক্নিং চিংশিনলিবা মতাংদি মালতীনা শকখিবা কৌহ্নু ঈশৈ অসিনি —

চহা ৱবু চলোইবা
থেবু চীওখাং য়োরকপ
কনা মতিক লৈবগে?
নোংচুপ লোকতা কুমহুন।
অথুবা হাওরম থিদনা
কনা মতিক লৈবগে?
ময়ুম য়ানবা থৌদোক
হাওয়াম তুমখুন হুনথরে।
লম্বী খিহোৌরো কানসিদা—। ( লা: ১৩০ )

মথক্কী ঈশৈ অসি থোক্লেন ফবী কনাগুম্বীনা স্মুর অমস্তুং শৈহেক চুম্না শকপা তারবদা থম্মোয় চুজুংলোইদবা লৈতে।

ৱারেং অসি ৱারী ৱাতার ( দায়লোগ ) ওইনা ইবনি অহুবু ৱারী ৱাতাইগী মশক খিরকপা মতমদা অইবনা পাঙ্গিদৱা অমা ওইনা অহাংবা

মতম অদু য়েনাপাল। মসিনা মরম ওইদুনা ৱারেং অাস পাবদা নত্রগা তাবদা মুংগাইবা পোকই। ৱারেং অসিদা অতোপ্পা লোনগী ৱাহৈ-ৱাতা শংয়াম ষাম্মা য়াওরবসু ৱারেংগী মিংথোল ওইরিবা মধু অমসুং মালতী হায়বসিদি সংস্কৃত লোলগী ৱাহৈনি। ৱারেংগী মুংগী ৱাখললোনসু হিন্দুগী মমি তায়। মরম অদুনা "জয় দুর্গা জয়" হায়না লালহৌরগা লোইশিনলকপগা নায়ক-নায়িকা থুংনহনখি।

তাককসিগী অতৈ ৱারীশিংদি মণিপুর ইতিহাস অমসুং মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক হায়বা অসিনি। ৱারেং অনী অসিসু মথক্কী অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্কী লৈহাওগা মরী লৈনৈ। "মণিপুর ইতিহাস" হায়বা ৱারেং অসিদা—মণিপুরগী মরমদা থগুনরিবা ব্রভ্রুবাহনগী মচা মগুশিংনি, ক্ষেত্রি অমসুং আর্য্যনি হায়বনচিংবা অসি অরানবনি। অদুগা থরা অমনা মৈতৈশিং অসি মঙ্গোলোয়গী জাৎনি হায়নবসু য়াওই। অসিনচিংবা ৱাকমশিং অসিদি মমুৎ তানা থিজিনগা অশেংবা মশক অদু থগুনবা হোৎনবা কৈ। নত্রদুনা পুক্লিংদা নিংলক নিংলকপা থরা হেম্না হায়বা নত্রগা ইবদি করিসু কাম্নরোই। অশেংবা মৈতৈগী মশক তাকপা লাইরিক পুয়া অমতসু লৈত্রি। মরম অসিনা কাংলুপ অমগী নত্রগা লনাইগী ওইবা ৱাথল থাদোকতুনা অশেংবা মণিপুরগী ইতিহাস অদু থিননবা হোৎনগদবনি। নিংথৌগী ৱারীদনা ইতিহাস ওইবা য়াদে। লৈবাক অদুগী মগুংদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক, অফবা-ফত্তবা, হৌন-লোনচৎ, লৌশিং, ধর্ম, নাত, লৌউ-শিংউবা খুৎশা-হৈবা, লম্লোন-ঈতিক অসিনচিংবা ময়াম অসিগী অশেংবা মশক অদু তাকপনা অশেংবা অফবা ইতিহাস হায়বদু ওইগদৌরিবনি। হায়রিবা ময়াম অসি কংনবগীদমক—থগুনবগীদমক খুমনলোল, লুৱাংলোন, চৈথারোল, কুম্বাবা, গুবিকানচিংবা অসিগী মথক্তা লৈবাকী মাইবা মাইবী পাল্লি অমসুং মখল-অশেংগী ৱাখলসু লৌগদবনি।

মৈতৈশিংগী মসুংদা কনা কনাগুম্বনা ঐখোয় মৈতৈদি চাউখৎখ্রবদি, করিসু থঙদবনি হায়নবসু য়াওই। অদুগা কনাগুম্বা খন্না অমুক মৈতৈদি, য়াম্না চাউখৎলম্মী— খুদম ওইনা খোইরীনা, শারা ফি, পেনাগী ঈশৈং খুংশা হৈবগী থবক কয়া অমসু লৈ হায়নবসু য়াওরি। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা অমসুং মাম্নদবা মতশিং অসি লৈবা মরমনা তশেংবা ইতিহাস অমা কংহুনা সুংঙাইনা লৈগনি হায়বদুদি থোকত্রে।

অসুম্না মৈতৈশিংগী মরক্তা অমনা অমবু থাজনদবা, অমনা অমবু ইকায়খুম্নদবগী মতৌ অসি উরুরগা চাউবা ৱাখি। মরম অসিনা মহাক্না ৱারেং অসিগী খুথাংদা হায়রম্মী— ঐখোয়গী মরক্তা থেম্ন অমসুং থাজনদবা কয়া অসি থাদোকতুনা লৈবাকী ওইবা অপুনবা, অশেংবা ইতিহাস অমা শেম্নবা হোৎনসি হায়না। মসিগী মথংদা মহাক্না মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক হায়বা ৱারেং অসিদা অমুক লোক্তাককী ফজবা অমসুং মহাকী পুক্নিংদা ফাওখিবা কয়া অদু শন্দোক্না ইরকই। মোইরাংগী ফজবসি চুম্না লোক্তাকথক্তগী ফজবা নত্তে। লম্বীগী ফজবা, লৌবুকী নিংথিজবা, হৈপাল-লৈপান, উ-ৱা খিবিক্না লোয়ননা উচেক ৱায়াশিংনা পায়তুনা শাম্নরিবা, মখোয়গী সুংশিবা খোঙ্গেল অমসুং সুংশিংকী তাংথক নাইদবা ঈথক-ঈপোমগা লোয়নরিবা অসিনচিংবা ময়াম অসিনা মোইরাংগী ফজবনি। মসিগীসু মথক্তা নোংমাইজিং চীংজাও অমসুং মোইরাং থাংজিংগী মতিক মগুণ কয়া অমসু তারগা অমুক্তা হেন্না পুক্নিং হরাওনিংঙাইনি।

অসিগুম্বা গুমথৈ লৈত্রবা প্রকৃতিগী ফজরবা মশকশিং অসি উরুরগা অইবগী পুক্নিংদা গুমথৈ লৈতনা সুংঙাইজবা অমা ফাওখি। নোংমাইজিং চীং অমসুং মোইরাং থাংজিং খুরুম্বা চৎপা অমসুং মতুদা মহাকী নিংজবা থুংলগনি থনখিবা। অমুকী ঙাওঙানবা সুমিংকী মশেক্না লোক্তাকী ঈথক ঈপোমগা লোয়ননা শাম্নরুপা মতমদা মহাকসু য়াওজবা ফংখিবা অদুদা

মুংঙাইবগী চাংজৌ মপাল নাইখিদে। মতুংগীদমক্তা মহাক্তা তাইবংশেংবা মপুবু হনা হন্না খাগৎপগা লোয়ননা খুরুমজখি। অসিগুম্বা ফজরবা অমসুং পুক্নিং হনিংঙাইগী মশকশিং অসি য়েংননবগীদমক্তা মহারাজ নিংথৌখোম্বসু লেংখি। ঈশিংগী লৈরাংনা শাৎপা, লমলক্কী উচেকশিংনা শান্নবা পুন্নমক অসি উরুরগা চাউবগী থম্মোয়দা মপাল নাইদ্রবা মুংঙাইবা ফাওখিবগা লোয়ননা থাঙ্গী চীংদোল উরুরগা কলম্বসকী আমেরিকা নিংশিংলকখি। অসুম্না নিবন্ধকারনা কবিত্বগী পুকচেলগা লোয়ননা মোইরাংদা চয়োল অমা লৈতুনা মোইরাং অমসুং লোক্তাক্কী ফজবা য়েংখি।

বারেং অসিদা লৈবা চাউবগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমদি ফজবা, মপুং ফাবা মণিপুরগী ইতিহাস অমা লৈহনবগা লোয়ননা মোইরাং অমসুং লোক্তাক্কী ফজবা, শুমহৎনিংঙাই ওইবা মশক অসি ময়ামগী মফমদা থংহন্নীংবনি। লোক্তাক ময়াইদা লৈরিবা থাঙ চীংদোল কলম্বসনা অমেরিকা পুথোকখিববুসু নীংশিংহনখি। অসুম্না অরিবা পুয়া অমসুং অতৈ হৌরম কয়া নৈনরগা অনৌবা মপুং ফাবা মণিপুরী ইতিহাস অমা শেমগৎহন্নীংবগী ঈথিল অমা মণিপুর ইতিহাস হায়বা বারেং অসিনা পীরি।

## খুংই অমসুং লোল :

"মণিপুর ইতিহাস" হায়বা বারেং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী খুৎইনি। বারেংসিদা মণিপুরী ইতিহাসকী অশেংবা মশক অমা কন্নবা শাগৎকদগে হায়বসু নৈনতুনা তাক্লি। অশেংবা মনিপুরী ইতিহাস অমা শেমগৎকে হায়রবদি অরিবা পুযাশিং পাতুনা ঐথোয়গী লৈজরিবা নাত, খুৎশা-হৈবা য়েলহৌঔদগী চৎনরকপা লৌউ-শিংউ অমসুং লরোন ইতিকী মশক নিংথিনা তাকপা, অতুনা ওইগনি হায়বনচিংবা কয়া খুদমগা লোয়ননা তাক্লি। অসুম্না নৈনতুনা ইবা অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী পান্দমনি।

মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক হায়বা বারেং অসিদা মোইরাং, লোকতাক, থাংজিং, নোংমাইজিং চীং, থাঙ্গ অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈরিবশিংগী কজবা মণ্ডিক-মণ্ডণ কয়াবু শন্দোক্না অমদি শীংথাক্লুনা ইরি। মরম অসিনা বারেং অসি ডিসক্রিপ্টিভ এসেগী মখুং চল্লা থম্বা য়াই। পুক্নিংগী ঊখিল কয়াবু য়াম্না রোমান্তিক ওইবা হায়নদি লৈশি লৈথোক্নবা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। অহুনা মসিবু ফেমিলিয়ার হায়বা এসে খবল অসি ওইনা লৌথসু য়াই।

লোলগী মতাংদা বারেং অনীসিদা শিজিন্নরিবা অতৈ বারেংশিংদা শিজিন্নখিবা অহুগী থাক্তা অহুম লৈ। খেন্নবা হায়ববু মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক হায়বা বারেং অসিদা ইংরাজি কবি টেনিশনগী শৈরেং মতেক অমা—

"The sea the sea, the open sea
*       *       *       *
I like, oh how I like to rise,
On the faoming bursting tide."

হাপতুনা অমৌবা মহাও অমা ফংহল্লিবা অসিদনি। সংসকৃত অমসুং কালাগী বাহৈ থরা য়াওইদি হায়ববু চাং য়াম্না হন্থে। অহুগা য়াওরিবা বাহৈশিং অসিদি মৈতৈলোনগুম্না চাউখনা যাম্না তেংয়না শিজিন্নরবা ঙাক্তনি। বাহৈ পরেং অশাংবা য়াওদে। অয়াম্বা ময়াই ওইরপ ওইরপ শাংই। 'মণিপুর ইতিহাস' হায়বা বারেং অসিনা বাহৈ পরেং ৯১ ( মরিফুত্তরামাথোই ) না পেরেগ্রাফ ৯ (মাপল) গী মখুংদা লোইশিল্লি। অহুগা "মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক" হায়বা বারেং অসিগীনা বাহৈ পরেং ৪৮ ( নিফুনিপাল ) না পেরেগ্রাফ ৫ ( মঙা ) গী মখুংদা লোইশিল্লি।

বারেং অনিম ক্তা প্রমাণ-পাহৈ নত্রগা পাউরৌ থোইনা য়াওদে। য়াম্না চম্বা বাহৈশিংনা পুক্নিংগী ইহলবু ফোঙদোকপা ওইবা মরম্না

ৱারেংশিং অসি পাবদা অমসুং তাবদা মুংঙাইবা অমসুং খঙবদা লাইনা থোক্কই।

## ৱারোইশিন :

চাউবগী "ফিদম" (১৯২৫–২৭) অসিদা য়াওরিবা ৱারেং ২২ অসি তাঙ্কক ৪ (মরি) থোক্না খায়দোক্লগা নৈনজখ্রে। তাঙ্কক মরি থোক্না খায়দোকখিবগী মরমদি ৱারেংশিংগী হীরম, লোন অমসুং খুৎইগী মওং য়েংতুনা থমজখিবনি। তাঙ্ককশিং অসিদা পীরিবা ৱারেংশিং অসি নৈনরকপদা চাউবগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমসু অতুমক লায়না খঙবা ঙম্মী। পুন্না য়েংবদা মহাক্না লাইরিক অসিগী মনুংদা পীরিবা পাউজেনদি অফবা মহাপুরুষশিংগী ফজবা পাউতাকশিং অতু লৌতুনা ছাত্র নহারোলশিংনা মশা মশাবু অফবা মী অমমম ওইননবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। অফবা মী অমা ওইরবদি সমাজগী চাউখৎপা ওইগনি। চাউখৎপা অমসুং নুংঙাইবা য়াইফবা নাগরিক অমা ওইনা হিংবা তারবদি থৌজাল লৈবা, থোঙ্গৈবা নত্রগা নাপল তৌদবা, অতনবা মী ওইদবা, লৈবাক্কী চৎনবী মশক খঙনা চৎপা মী ওইগদবনি। লৈবাক্কী ওইবা নাৎ, ধর্ম, ইতিহাস অসিনচিংবা কয়াসু মমুৎ তানা থিগদবনি। লোয়ননা মহৌশাগী ওইবা প্রকৃতিগী খুৎশেম নত্রগা থোংচৎ ওইনা লৈরিবা থৌদোকশিং অসিবুসু থওইদবা তৌরোইদবনি। মীওইবনা বীজ্ঞানগী মতেংনা ফনা য়াম্না চাউখৎপা পুররক্নবসু হায়রিবা প্রকৃতিগী খোঙচৎ অসিবু থিংবদি ঙমদে। অসিনচিংবা ৱারোল কয়া অসি ফিদমগী মনুংদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসিনা তাক্লি। মসিগা লোয়ননা মণিপুরগী মরুওইবা মোইরাং তামসুং লোক্তাককী ফজবা দৃশ্যশিংবুসু লোয়ননা সাহিত্যগী মহাও পীনবা হোৎনরিবা মধু মালতীনচিংবা ৱারেংশিং য়াওরি। অন্নুম্না পুন্না য়েংবদা লাইরিকসিগী ৱারেংশিং অসি পাবদা কান্নবা, মুংঙাইবা পীবা অমসুং পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওই।

**রাখল ঃ**

"রাখল" হায়বা লাইরিক অসি চাউবগী বারেংগী লাইরিকশিংগী মরুংদা অমনি। অচুবু লাইবক থিবদি লাইরিক অসিমক ঐহাকী ওইনা উজবা ফংজরে। মসিগী মতাংদা হংজবা য়াবা মফম কয়াদা হংজরুরে, চৎচরুরে অচুম ওইনমক ফংবদি ওমথিদে। অচুনা চাউবগী বারেং লাইশিংগী মশক তাকতুবা নৈনজবা মতমদা অরাংপা অমদি অচুম লৈরে। অচুধু লাইরিক অসিগী ওইবা চাউরাকপা মশক অমদি 'মতমগী মুমিংলৈ' হায়বা চেফোংও অচুদগী খঙজরে। চেফোংসিদা লাইরিক অসিগী মরমদা অসুম্না ইরি—"খ্বাইরাকপম চাউবগী "রাখল" হায়রিবা লাইরিক অসি ১৯২৭ ইংদা স্টেট প্রিনটিং প্রেসতা উনম তৌদুনা জনষ্টোন ইংলিস স্কুলগী হেড মাষ্টরনা ফোংবনি। লাইরিক অসিগী কোপী অমগী মমল পৈশা ৫০ নি। লাইরিক অসিগী রাহৌদোক্তা ৮-৭-২৫ ইংদা লাইরিক লেংবা অসিনা অসুম্না ইরি— লাইরিক মচা অসি পুখোকবেদা পুরিংদা য়াম্না অকিবগা লোয়ননা হায়জনিংবা খরা লৈজৈ। বারেং অসি ঈশানা পামজবগী নৈনচুনা শান্নজবা ওাক্তনি। মসিদা লোনগী অমসুং বাখলগী ফজবদি কদায়মথৈ ওাকপা ওম্নিবা হায়বদি রাখল চাউবা পাবিরিবশিংনা থনবিগদোবতা মঙাইরে। ঐগী ঈশাগীদি নীংবা থুংনা ফোংদোকহৌবা ওমজরে। লোনগী মরমদা মরম্নাই চঙজরকপা সংসকৃত খরদি থোওইনা হন্দোক্লবা হোৎনরুবদি পামজদে। মসি লেংবদা বঙ্গদেশকী মমিং চৎলবা কবি ৺কলিপ্রসন্ন ঘোষ, রামেন্দ্রসুন্দর ত্রিবেদী অসিনচিংবা কবিশিংগী মতৌ অয়াম্বা ঐগী ফিদম ওইনা লৌজরি। মরম অচুনা কবিশিং অসিগী তোন্নিবা লমনগীদমক মতিক ওকপা ভক্তি কচ্চরি। মসি লেংবদা মণিপুরগী ডিপুটি ইন্সপেক্টর শ্রীযুক্ত বাবু গোপাল সিংহ, সব-ডিপুটি কলেক্টর, শ্রীযুক্ত বাবু নদীয়াচান্দ সিংহ, বি. এ. দা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

মাথল হায়রিবা লাইরিক অসিদা মায়েং ১৫ য়াওই। মখোয়সিংদি—

১। মরৈবাক অমসুং মরোল
২। মশাগী কান্নবা থাদোকপা
৩। পৃথিবীগী মখা নম্রগা মসুং
৪। জনষ্টোন সাহেব
৫। চাং নাইনা চা-চিং তৌবা
৬। হোরেশিও নেলসন
৭। লাইবু নিংবা
৮। ঙাকপীবা
৯। মন্থরা
১০। হাজী মহম্মদ হুসীন
১১। অথিবা অমসুং মীগী মতুংদা ঙাংনবা
১২। থৌজাল
১৩। মীওইবগী অপাম্বা
১৪। ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা
১৫। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ।

হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা ১৪শুবা মায়েং অসিগী মরমদা ওজা অসিনা মহাক্কী মায়েংদা—"মসিগী মায়ী অসি ঐগী ইপুনা (ইপা পোকপা ইবেনগী মবুং) লিখিবা মায়ীনি। কনাগুম্বনা ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা হায়বসিদি ঙরাংতগী মানি হায়বসু য়াওই। কদায়মথৈ অচুম্বনো হায়বদি খঙদ্রে" হায়তুনা লাইরিক অসিগী মমৈদা য়াওই। "অসুম্না মতমগী সুমিৎলৈ" দা য়াওরিবা মায়োল খরা অসিদগী 'মাথল' চাউরাকপা মশক অমদি খঙবা ঙম্মে। খরা হেন্না কুপ্পা নৈনবা য়াবনি অহুবু লাইবক থিবনা লাইরিক অসি থিবা ফংদ্রে। মরম অসিনা মাথলগী মাকম অসি মতাং অসিদা লোয়শিঞ্জরে।*

**ৱাখলগী ঈচেল :**

"ৱাখলগী ঈচেল" হায়রিবা লাইরিক অসি শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবগী অইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী থাক ৱাংলবা ৱারেংশিংগী অপুনবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা পুম্না ৱারেং ১১ (তরামাথোই) য়াওই। হায়রিবা ৱারেং ১১ অসি মহাক্কী অতৈ লাইরিক— ছাত্রমচা, কান্নবা ৱা, ফিদম, সাহিত্য অহানবনচিংবদা য়াওরিবা ৱারেংশিংদগী থাক ৱাংবা হায়বদি সাহিত্যগী গুণ চেনবা হেল্লি। মসিগী খুদম অমদি মহাক মশামক্না লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্না ইরিবা—"লাইরিক অসি ঐহাক্না লেংজখিবা ৱাখল, ফিদমনচিংবা লাইরিক্তগী খরদং হেন্না নুংবা লাইরিক্নি। মসিদা মৈতৈগী লৈজরম্বা ভাব লোম্নচিংবা অমদি খরদং ফেংংদাকপা য়ানবা লাক্কজরি। বঙ্গদেশকী মিং চৎলবা লাইরিক লেংবা ৺কালীপ্রসন্ন ঘোষকী নিভৃতচিন্তানা কলেজগী পাঠ্য ওইনবা উবা অদুদা মাগী ফিভম অদু লাকতুনা কান্নগদবা মফমদা মতুদগী ভাব ফাওবা লৌতুনা করিগুম্বা তুংদা ঐখোয়গী লৈবাক্তসু মকান্নরবা থংদে হায়না খনবদগী মসি হোৎনজবা হৌথি। অদুগা লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি থাইনগী মৈতৈ মচাশিংগী ৱাখল চাউবা উৎপগী শরক্তনি হায়নদা থোইনা চিংনফম লৈতে।"১২১ হায়বসিনা ওইরি। অদুগা ৱারেং অসিবু অমমমত্তা ওইনা নৈনতুনা য়েংবা মতমদসু মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা ফীরেপ অমমম লৌজবা ঙম্মবা, খুৎই অমসুং খুৎফোঙদোক্ত। মপুং মরৈ ফারবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বনসু হায়বা য়াওই। মতুদি— "চাউববু ৱারেং ইবা অমা ওইনা নৈনরগা মহাক্কী মশকপ্রকপ য়াই।" হায়বদি ৱারেং অমা হায়বসিদা চংফম থোকপা মচাক মচল লৈফম থোকপা গুণশিং অদু ঙনা হাপতুনা ইবা ৱারেংশিংনা পুনশিল্লবা "ৱাখলগী ঈচেলনি।"

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংগী হীরমশিং অসি মীওইবগী পুক্নিং, ৱাখল, থোদাং, লাইবক, লমচৎ, নাৎ লোল অমসুং সাহিত্যগী

ওইবা ভাকনি। চাউবনা হায়রিবা হীরমশিং অসিদা য়াম্না হৈ-শিংনা, মসিগী ওইবা য়াবা অকবা, ফত্তবা, হোৎনবা হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা মতমগা চুশিন্নবা নত্রগা চান্নবা মওংদা পুন্না হিংমিন্নবা ঙমেনবগী বাকম কন্না শন্দোক্না অমসুং খুদমগা লোয়ননা তাক্নি। অহুয়া করিগুম্বা হীরম অমদা সুংগী অমসুং পানগী ওইবা বাকম কয়াবু মীওইবগী পুক্নি অমসুং মতমগী খো চৎতা চান্নবা ইবা হায়বসি (অচৌবা) বারেং ইবা অমগী মগুণনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেংগী হীরমশিং অসি য়াম্না চীং-লেম্মী অমসুং মীওইবগা নক্নবা মরী লৈনৈ। মসিগী মথক্তা বারেংশিং অসিগী শাদোং ওইরিবা লোল অসিদা অমুক্কা হেন্না ফজৈ। বারেং খুদিংমক্তা শিজন্নরিবা লোল, বাহৈ, বাহৈ পরেং অমসুং মৈতৈগী ওইবা প্রমাণ-পান্তে কযাম্তু মতাং চানা চানা শিজিন্নৈ। মসিগীসু মথক্তা মতাং চাবা য়েংহনা বাংলা, সংস্কৃত অমদি ইংরাজিগী বাহৈ, বাহৈপরেং নত্রগা সুংগী বাথল (অ.ইদিয়া) কয়া হাপ্লি। মসিনা বারেংশিংগী ফজবা হেনগৎহনবগা লোয়ননা বারেংগী বাহন্থোক্তা হেন্না ময়েক শেংহল্লি। পাবদা সুংঙাইবা অমসুং খুৎলোইবগা লোয়ননা খুক্নিংদা করিগুম্বা থরা থম্নবগী ঈথিল অমসু ফাওহল্লি। মসিমক বারেং ইবা অমগী অচৌবা মায়পাকপনি। অফাওবা সাহিত্যকারশিংগী মচং ওইবা বাহৈ, হিন্দুগী শাস্ত্রগী মাংবা তাবা য়াম্রবা পাউতাক বাহৈ বয়ানা অপানবু মিৎ-না শিংহল্লি।

লাইরিক অসি পীক্না মগুণ চেনবা লাইরিক্নি। চাউৎনা ইথিবা লাইরিকশিংগী খ্বাইদগী পীকপা, অমগী চেনা ৫৫ (য়াঙথেমঙা) তমক পানবা অমদি বারেং ১১ থক্তমক য়াওবা ওইহুনসু খ্বাইদগী বাংবা ব্লাসতা তমথিবা বারেংগী লাইরিক্নি। লাইরিক অসিবু ছাত্রশিংগী তয়নবা লাইরিক ওইনা থনগৎনবা মণিপুর সরকারনা কৌথৎপা মতমদা চাউবগী ওইনা পুন্না বারেংগী লাইরিক অহুম থাগৎমিন্নথি। মতুদি— "নোংপোক থংবা ভারত" অমসুং "শায়োন" হায়রিবা লাইরিক অনী অসিনি। অতুবু

হায়রিবা লাইরিক অনী অসিদি সরকারনা খল্লকখগা লোয়নবা অহুম কোঙখিত্রে। রাখলগী ঈচেল অসি খৃঃ ১৯২৮ অহুবাইদা নবা হৌখি। অহুগা আসাম গোবর্ণমেন্টকী মথাদা আই.এ. দা তম্বগীদমক্তা খৃঃ১৯৩১ গী ওক্টোবর তাং ২৬ তা কপিরাইত ওইনা লৈখি। ১৯৩৩ দা কলিকাতা ইউনিভরসিতিদা আই. এ. দা টেক্সবুক ওইনা তমনবা হৌখি।

" রাখলগী ঈচেল " হায়রিবা লাইরিক অসি আই. এ. তমলিবা ছাত্রশিংগী টেক্সবুক ওইনবা সরকারনা লৈবা মতমদা অশাংবম তোম্বী ( হৌজিক্তা মীনকেতন ) গী " বসন্তী শৈরেং " অমসুং শোরোকখাইবম ললিত সিংহগী " সতী খোংনাং " হায়রিবা লাইরিক অনী অসিগা পুন্না লৈখি। মসিগী অকুপ্পা মরোলদি মথাদা থমজরি—

" Considered Resolution No. 1 of the Education Standing Committee held on 2.3.31 for recognition of the following books as text books in B.A. and I. A. classes.

1. Sakuntala—Dwijamani Sharına, B.A.
2. Seireng Khujok—A Tombi Singh, B.A. — B.A.Examinations
3. Thainagi Manipur—Yumjao Singh

1. Wakhalgi Ichel—Kh. Chaoba Singh
2. Basanti Seireng—A. Tombi Singh, B.A. — I A.Examinations
3. Sati Khongnang—S. Lalit Singh, B.A.

This resolution is addressed and asked to obtain the sanction from the necessary authorities for the recognition of these kooks in the B. A. and I. A. classes.

Copy to Chairman, Edn. Standing Committee of S.D.P. Vide Memo No.459-60/X-8 of 1.5.31"১২২

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেং ১১ (তরামাথোই) অসি হীরম অমসুং খুৎহৈগী মতুংইন্না কাংলুপ মরি থোক্না খায়দোক্লগা নৈনরি। কাংলুপশিং অদুদি—

১। লোল অমসুং সাহিত্যগী ওইবা
২। পুক্নিং বাখলগী ওইবা
৩। পাউতাক্কী অমসুং নৈনবনা মপুং ওইবা
৪। অতৈ অতৈ।

## লোল অমসুং সাহিত্যগী ওইবা :

"লোল অমসুং সাহিত্যগী ওইবা" হায়বা মিংথোল অসিগী মনুংদা লৈরিবা বারেংশিংদি "মৈতৈলোল" অমসুং "কবি" হায়বা অনী অসিনি। লোলগী ওইবা বারেং "মৈতৈলোল" অমসুং সাহিত্যগী ওইবা বারেং "কবি" হায়বা বারেং অনীসিনক চাউবগী বারেংশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওই। "মৈতৈলোল" হায়বা বারেং অসিবু য়াম্না মরু ওই হায়রুবগী মরমদা চাউবনা ইবা পুন্না বারেং ১০০ (চামা) মুক অসিগী মনুংদা লোলগী মবমদা অখরবা ইবা বারেং ওইবননি। "কবি" হায়বা বারেং অসিদসু লাউদগী নিবন্ধকার অমা ওইবগী হৈ-শিংবা অদু উৎননবা হোৎনৈ। মরম অসিনা তান্নক অসিবু খ্বায়দগী মরু ওই হায়না লৌজবনি।

"মৈতৈলোল" কৌবা বারেংদা মৈতৈলোলগী ফজবা, থোং-নৌবা মশক কথাগা লোয়ননা মসিগী মতিক-মগুণশিং অদু তাকই। লোয়ননা লোল অসি অতৈ চাউখৎপা লোলশিংদগী করিসু তাঞ্জবা চাউখৎপা লোল অমনি হায়বসু খন্দহল্লি। মৈতৈ মচা খুদিংগী মমালোন ওইরিবা মৈতৈলোল অসিবু ইকায়খুম্নগদবনি অমসুং মথোয়না ফোংদোক্লিংবা পুক্নিংগী বাখল, তাপাস্বা, অনি বা খুদিংমকতু লোল অসিদা ফোঙদোক্লবা হোৎনগদবনি হায়বসি বারেং অসিদা ফজনা তাক্লি। অদুগা অমরোমদা কবি হায়বা বারেং অসিনা বাপগ মতিক-মগুণ কয়া শংথাদুনা তাক্লি।

বারেং অসিদা চাউবা মশামক কবি অমসুং সাহিত্যকার ওইবগী মমি পুম্না তাই। বারেংগী মমিং অমসুং অইবগী মগুং মতৌনা সাহিত্যনি (বারেংগী মগুংনি) অদুগা মসিগী চেম্বরক্লিবা বাখলগী ঈচেল অমসুং ফোংদোক্লিবা মগুংনা শৈরেংনি। কবিগী মফমদা ঐখোয়না করি খনফম থোকপগে? মহাক ঙসি মীয়ামগা মান্নবা থোইদোকপা গুণ খরা চেন্নবা মী মরক্তা অমনি হায়বত্তুসু তাকই। বারেংগী মতাং অমদা চাউবনা কবিগী মফমদা মহাক্কী থাজবা অমসুং ইকায়খুম্নবা অদু ফোংদোক্লবা হোৎনবদা থম্মোয়গী ঈথিল কনমনখিবনা কবিবু লাই তোংলবা মাইবীগুম নত্রগা ধ্যান তৌরিবা মুনিগুম লৌরকখি। অদুগা করিগুম্বা মতাং অমদনা কবিবু থাজদবা ফোংদোকই। অদুম ওইনমক মহাক্কী থম্মোয়না কবিগী মফমদা অচেৎপা থাজবা অমদি মতম পুম্নমক্তা থম্মী। মহাক্না হায়—মী খুদিংমক অফবা, তফাওবা কবি হায়বসি ওইনিংবদগী হোৎনবা ঙাক্তনি। অদুবু অশেংবা কবিদা পোকপদগী য়াওরক্লবা প্রতিভাগা লোয়নননা নিংথিনা তম্বা পাউদম্না মীগী পুক্নিং গুমহৎপা ওম্বা অদুতনা ওইগদবনি। অসিগুম্বা কবিশিং অসিগী ফজরবা অমসুং মুংশিরবা রাহৈ-রাত্তা কয়ানা তাইবং পান্নদা লৈরিবা মীওইশিংগী অরা-অনা কয়া কোকহন্দুনা মুংঙাইহনবা ঙম্মিবনি।

## পান্দম অমসুং মীৎয়েং :

বারেং অনীসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েংদি মৈতৈলোনগী মশক তাকপগা লোয়নননা কবি হায়বসিনু মীচমগা মান্নদবা থোইদোক হেনন্দোকপা গুণ চেন্নবা মীশক অমনি হায়বদু তাকপনি। মৈতৈলোল হায়বা বারেং অসিদা চাউবনা মসিগী ফজবা মতিক-মগুণ কয়াবু শন্দোক্না তাকতুনা হায়রি—মতুদি—লোল অসি অতৈ চাউখৎপা লোলশিংদগী করিমু হন্দে। মরম অসিনা লোল অসিদা ঐখোয়না ফোংদোক্লিংবা পুক্নিংগী বাখল অপাম্বা অনীংবা পুন্নমক ফোংদোকপা য়াই। অদুবু অসিগুম্বা লোল অসিগী মগুণবু খঙদবনা ঐখোয়গী লাইরিক-লাইশু

হৈরবা মৈতৈ মচাশিংনা চাউখৎতবা লোলনি। মসিদা পুক্নিংগী বাখলোন শুনা ফোংদোকপা ঙমদে হায়নবা য়াওরি। মসি মখোয়না থঙবা রাৎপদগী হায়রিবনি হায়বসি তাকপগা লোয়ননা কবিগী মতাংদসু কবি হায়বসি লাই তোংলবা মুনিগুম্বনি হায়না ইরি। চাউবনা মশামক কবি অমসুং সাহিত্যকার অমা ওইবা মরম্না কবিগী মফমদা থোইদোকপা থাজবা অমা থম্বগা লোয়ননা হঞ্জিন হঞ্জিন কবিগী মতিক-মগুণবু শৈথাই। কবিগী মতাং ইরকপদা চাউবনা কলিগী মরক্তা মথল খরা থায়দোক্লগা শেংদবা মীগী মতৌ তৌবা অমদি খুদক খুদক্কী বাখল অনৌ-অনৌবা পুথোকপা ঙম্বা হায়তুনা নৈরিবশিং অসিগী মনুংদা অশেংবা পুক্নিংগী ঈথিলগা লোয়ননা ইরিবা কবিবু অথোইবা কবিনি হায়বসি তাক্লবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা কবিগী মফমদদি ঐখোয়না মতিক চাবা ইকায়খুম্নবা উৎকদবনি। হায়রিবা বাফম অসিনা মথক্কা বারেং অনীসিগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমনি।

## খুৎই :

মৈতৈলোন্দ হায়বা বারেং অসিদা ইরিবা বারেগী খুৎই অসি রিফ্লেকটিভ হায়বা এসে মখল অতুগী খুৎইনি। বারেং অসিগী মতাং কয়াদা অফবগা ফত্তবগা চাদম্নবগী মওংদা ইরি। অতুগা অমুকসু অইবগী বাখলদা ফাওরকপা হায়বদি মহাক্কা থনবা থাজবা অতুগী মতাংদা নৈনতুনা তামদি শীংথাতুনা ই। অসুম্না ইবগী মওং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী খুৎইনি। অতুগা "কবি" হায়বা বারেং অসিদি ক্রিটিকেল ওইবা বারেংনি। হায়বনা হেন্না চান্নগনি। কবি ওইবা ওইদবগী অক-ফন্ত চাং লেপ্পবা হোৎনৈ। অতুনা বারেং অসি ক্রিটিকেল এসে ওইনা লৌবা য়াই।

চাউবনা মহাক্কী বারেং অনী অসিদা সংসকৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজীগী অফাওবা অইবা কয়াগী বাখল হাপতুনা মহাক্কী বারেংশিং

অসিবু হেন্না মপুংফানা ফজহল্লি। বারেংগী মতাং কয়াদা সংসক্কৃত অমসুং ইংল্যাজীগী বাহৈ, বাহৈ পরেং কয়া হাপতুনা ফজবগী প্রমাণ ওইহল্লি। খুদম ওইনা "মৈতৈলোল" হায়বা বারেং অসিগী মঙুংদা য়াওরিবা সার ৱালটর স্কোটকী "দি লেন্দ ওফ দি লাস্ট মেনস্ট্রেল" হায়বা শৈরেংগী মতেক অমা হাপ্লিবসিনা ইংরাজীগী ওইনা পনবা য়াই। মতৌ দি—

Breathes there the man with soul so dead,
Who never to himself hath said
This is own my native Land ?
If there be, go mark him well. ( লাঃ ৩ )

অসুম্না "কবি" হায়বা বারেং অসিদসু মতাং অমদা অমুক টেনিসনগী বাহৈ পরেং অসি পুশিল্লকই —

The Nightingale I have sung many songs
But never a one so gay. ( লাঃ ১১ )

অসিগুম্বা খুৎই অসিনা বারেংগী মগুণ হাপ্পী। চাউবনা মতাং চাবা কয়াদা হকথেংননা নত্রগা নাকোয়ননা লোল, রাখল পুশিল্লকপসিনা মহাক্কী বারেংগী ফজনা মপুং শাবা হেনগৎহনবদা নত্তনা মহাক্কী লোল য়াম্না হৈ অমসুং নৈনৈ হায়বতুসু তাকই। মসিদসু নত্তনা "মৈতৈলোল" হায়বা বারেং অসিগী অরোইবদা ইংরাজীগী ওইবা বাহৈ পরেং মতেক অমসু অমুক হাপচিল্লি। মসি মথক্কী শৈরেং অসিমক্কী অরোইবা বাহৈ পরেংনি। মতৌ দি—

" O Caladonea sterm and wild
Meet Nurse for a poetic child"

বারেং শৈরেং অসিদা শিজিন্নরিবা " O Caladonea " হায়বা বাহৈ অসিগী মহুত্তা চাউবনা—

" O Manipur sterm and wild
Meet Nurse for a pootic child " ( লাঃ ৫ )

হায়না ওন্থোক্লগা ইথোকই।

সংসকৃতকী ওইবা বাহৈ অমদি বাহৈ পরেংশিং হাপ্পগী মতাংদা—
"জননী জন্মভূমিচ স্বর্গদপি গরিয়সী" ( মৈতৈলোল, লাঃ ৪ ) অমসুং
কবিগী মতিক মগুণ থারকপা মতাং অমদসু—

"জিবাত্মনঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ
শীতোষ্ণ সুখ দুঃ খেসু তথা মানা পমালয়োঃ। ( লাঃ ১০ )

হায়বসি হাপলি।

অসুম্না বারেং অনীমক্কী ওইনা মতাং কয়াদা অতোপ্পা লোলগী বাহৈ
কয়া নীংতম্না শিজিন্নরি। অদুগা মৈতৈগী অরিবা বাহৈ কয়াসু মতাং চানা
চানা শিজিন্নৈ। মৈতৈগী অরিবা অমসুং অনৌবা বাহৈগা, সংসকৃত
বাঙলানচিংবা বাহৈগা পুনশিন্নগা তোঙানবা মরম্নাইগী ওইবা ফজবা
লোলশেন থরা থোকহন্দুনা বারেংশিং অসিবু ফজবা হেনগৎহনবসু
য়াওই। খুদম ওইনা— মলয়া নুংশিং, খোমলাং তম্মত, চেংলৌ শক্তম,
তরং লাইজ, কোলোয় মপাউ অসিনচিংবা। মসি পুম্নমক চাউবগী
থোইদোকপা গুণ লৈবগী খুদমনি। লোল য়াম্না হৈবা অমসুং শিজিন্নফম
থংবা মরম্না মহাক্না ফোঙদোক্লিংবা বাথলগী পরীংবু মতিক চাবা লোল
অমসুং বাহৈনা নীংতম্না ফোঙদোকপা মহাক্তি ওম্মী।

বারেংশিং অসিদা অইবগী পুক্লিংগী রাকম অমবু ফোঙদোকপদা
হায়গদবা বাহৈদু হেক্তমক হায়দোক্লনা নাকোয়ননা হায়দুনা শাংথনা
ইবা মতাং কয়াসু য়াওরি। মসিমক্তি নিবন্ধদা শিজিন্নবা লোলদি তশেং
তশেং উহনগদবনি হায়বদুগী ওন্ন-তৈনবা থোকই। অদুম ওইনমক অইবগী
খুৎইদা পুক্লিং, বাথল অমতা ওইখিবা মরম্না পরিং তৎপা বাথলগী
পোৎথোক হায়বদুদি ওইদে। নাকোয়ননা তৈহাক চৎলুরগসু চপ চানা
অপাবদা মহাক্না ফাওহম্নীংলিবা অদুমক ফাওহনবা ওম্মী। মসি চাউবগী
থোইদোকপা গুণশিংগী মরক্তা অমনি।

বারেং অনীমক্তা শৈরেংগী মগুণ থরা চংবা মরম্না পাবা অমদি
তাবদা নুংঙাইবা অমসুং রসকী মহাও পোকহনবা ওম্বা মতাং য়াওরকই।

করিগুম্বা মতাংদা অলঙ্কারগী কুজবা লিংখিজনা কোঙদোকই। মসিগুম্বা মথক্তা ব্যাকরণগী অচুম্বা নিয়ম ঙাক্না চৎতুনা লোলগী কজবা হেনগৎপদা মতেং পাংই। অতুবু করি করিগুম্বা মতাংদা অইবগী ৱাৱলদা কাওরকপা পুক্নিংগী ইহলনা খিংবা ঙমদনা চৎথরকপদগী লোল অমস্তুং ৱাহৈ পরেংগী কজবা মাঙহল্লি। শাংনা শাংনা শিজিন্নবা ৱাহৈ পরেং য়াওরকতুনা পাবদা মুংঙাইতবা অমস্তুং অর্থ শেংদবা য়াওরকই। ৱারেং অনী অসিদা খুঁয়দগী শাংবা ৱাহৈ পরেংদি মথংশিংনা ৱাহৈ ৬৪ (হুমফুমরি) করি অমস্তুং ৬৭ (কুনথ্রাতরেৎ) মৈতৈলোলনা শেম্বা ৱাহৈ পরেংশিং য়াওরি।

ৱারেং মপুম ওইনা য়েংবদা অনী অসি প শাং শাংবা হায়বদুদি থোক্তে। নিয়ম নাইনা তেম্বক্লা ইবা ৱাহৈশিংনি। মৈতৈলোল হায়বা ৱারেং অসি ৱাহৈ পরেং ৫৭ (য়াঙখৈতরেৎ) না পেরেগ্রাফ ৬ (তরুক) কী মনুংদা লোইশিল্লি। অতুগা 'করি' হায়বা ৱারেং অসিনা ৱাহৈ পরেং ৫৮ (য়াঙখৈনিপাল) না পেরেগ্রাফ ৫ গী মনুংদা লোইশিল্লি। ওপাচিন্না হায়রবদা ৱারেং অনী অসিদা মৈতৈলোল, সংসকৃত অমস্তুং ইংরাজীগী কজবা মশক উবা ফংই। বাঙ্গলা ৱাহৈদি অয়াম্বা মতমদা নীংতম্না শিজিন্নরি।

## পুক্নিং ৱালথলগী ওইবা :

"পুক্নিং ৱাথলগী ওইবা" হায়বা তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈবা ৱারেংশিংদি—

১। শিৱা কিৱা
২। থিন্নুংশি
৩। মীনা করি হায়থিগদগে, অমস্তুং
৪। ঈশ্বর ভক্তি, অসিনচিংবনি।

মথক্কী ৱারেং মরি অসিগী মনুংদা " ঈশ্বর ভক্তি " হায়বা ৱারেং অসি মতুনা অহুম অসিদি পুক্লিং ওইবা ৱাকনদা নুংঙম ওইরগা ইবনি। ৱারেং অহুম অসিদা চাওবনা মীওইবা ঐথোয়গী পুক্লিং অসিদা লৈরিবা ৱাখল— পুক্লিং অসিনা করিগুম্বা মতমদা থওদবদগী নত্রগা পাংদবদগী শিববু কিং করিগুম্বা মতমদনা করিগুম্বা পোৎশক অমা নত্রগা তোল্ল-তারবা জীব অমগী অৱা-অনানচিংবা খোদোক কয়া উরগা মীঙংশি পোকই, অদুগা অমুকন্থ ইতোমতা নত্রগা ঐথোয়না করিগুম্বা ৱা অমা হায়বা নত্রগা থবক অমা তৌবদা মীনা করি হায়খিগদগে হায়না চিংনবা নত্রগা অকিবা লৈ। হায়রিবা ৱাফমশিং অসিগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া অফ-ফত্ত কয়া থুদমগা লোয়ননা ৱারেংশিং অসিদা তাক্লবা হোৎনৈ। "শিবা কিবা" হায়বা ৱারেং অসিদা অইবনা শিবা কিবগী মরমশিং তামদি করম্বা মীওইনা শিববু কিবগে, করম্বনা কিদবগে হায়বগী মতাংদা ৱাফম কয়া পুথোকতুনা শন্দোকনা নৈনরি। ৱারেংগী মনুংদা মতাং চাবা য়েংহুনা শ্রীমদভাগবত গীতাগী শ্লোক কয়াসু থুদম ওইনা পীরি। অদুগা ৱারেংগী অরোইবদা পীরিবা পাউজেনদি— শিবা হায়বসি মীওইনা পোক্লবা পুন্সিসিদা শোইদ্রবনি। মরম অসিনা মীওইবা থুদিংমকনা শিববু কিফম থোক্লে। অফবা থবক্কীদমক থরায় কৎথোক্কদবনি। অসুম্না 'মিনুংশি' হায়বা ৱারেংগী মতাংদসু অইবনা ফোঙদোক্লিবদি মীওইবগী থোৎলবা থম্মোয় অসিদা থোজাল, মিনুংশি, ভক্তি অসিনচিংবা ৱাফম কয়া লৈ। মীওইবনা মীওইববু নুংশিবা, মীওইবনা তোল্ল-তারবা জীববু নুংশিবা হায়বদি মথোয়গী মফমদা মিনুংশি থংবা হায়বসি মীওইবগীদমক্তা পীরক্লবা থুদোলনি। অসিগুম্বা থুদোল অসি ফংলবা মীওইবা থুদিংমক্না অশাওবা অমসুং কলক-য়েংথিবগী মৈরিদগী কন্দুনা মিনুংশিগী পাম্বৈনা পুন্না ইংনা তপ্না হিংমিন্নবা ঙম্মিবনি হায়বসি ৱারেং অসিদা উৎলি। মতৌ অসুম্না তাক্কে অসিগী অহুমশুবদা লৈরিবা "মীনা করি হায়খিগদগে" হায়বা ৱারেং অসিদা মীওইবা হায়বসিদি পুন্না হৈবা (ক্যংলুপ নাইনা

হিংবা ) হৌরুনি। মরম অসিনা মীওইবা অমনা অমবু ইকায় খুম্নগদবনি, অমনা অমগী য়াইফনবা থনবা অমসুং তৌবা ভাবনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌগে থনবা মতমদা মীনা করি হায়খিগদগে হায়বসি হাম্লনা থনগদবনি। ঐখোয়না কৈ থনবা থবক অহু অতোপ্পগীদা ফত্তবা ওইবসু য়াই। মরম অসিদা থবক খুদিংমক তৌরমদাইদা অফ-ফত্ত অমসুং মাং-তুং য়েংগদবনি। অসুম্না থনবসিদি অফবা মরুপ অমা তিম্নবগুম কাম্নবা ফংই।

অহুবু বারেং অসিমক্কী করিগুম্বা মতাং অমদা চাউবনা অমুক হায়রিঃ মহুদি— অসুম্না থবক অমা তৌবা হৌরিঙৈদা য়াম্না কা হেন্না থল্লবদি থবক অমতা নিং-তম্না অমসুং মতম চানা পাংথোকপা ঙমদে। মসিগীসু মথক্তা বাখল অসিনা ঐখোয়বু পাংদবসু ওইহল্লি। অসুম্না খেন্নবা বাখল অনী অসি ইরবা মতুংদা বারেংগী অরোইবা পাউজেল ওইনা অমুক চাউবনা হায়রকই—"ঐখোয়না কৈ হায়না খঙলবা অমসুং থাজরবা থবক অহুদি মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা বাখল অসি থাদোক্লগা অচেৎপা বাখলগা লোয়ননা থৌনা ফনা পাংথোকফম থোকই। থৌনা ফনা অমসুং অচেৎপা বাখলগা লোয়ননা তৌবা থবক্তি শোয়দনা মায় পাকই।"

"ঈশ্বর ভক্তি" হায়বসি কাংলুপসিগী মসুংদদি থম্মি, অহুবু মথক্কী বারেং অহুম অসিদগীদি থরা তোঙাম্না উই। বারেং অসিদা চাউবনা ফোঙদোক্লিবদি ভাইবংপাম্না অসিদা জীবশিংগী মসুংদা ভাইবং মীওইরনা খ্বাইদগী মকোক থোংবনি হায়বসিনি। মসিগী মরমদি ঈশ্বরনা অতৈ জীবশিংদা পীবা গুণশিংগী মথক্তা মীওইবদদি থোইদোক হেন্দোকপা গুণ থরসু পী। মসিনা অফ-ত্তফগী বাখল থনবা মীসুংশিং লৈবা অমসুং ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি উৎপা ঙম্লিবনি। চাউবগী বাহৈদা—"অয়ুক্তা চীংথে ফিহুপ হুল্লবা কাক্কী লানবাও শিল্লবা চরোই তেত্থু থোঙলবা, কৌরৌ হনবগী ঙাঙানবা মশেক্তা মালেম লৈমায় খিনবা থুংনা কুপথ্রবা অমসুং

তাইবংপানবগী মশিং নাইত্রবা লমদমদা মশিং নাইত্রবা থোক্লেলনা মপুগী নাম শোন্নরি।" (লাঃ ৪২) অসুম্না চাউবনা ৱারেং অসিদা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ কয়াবু তাকতুনা হায়রি। মতুদি ঐখোয় খুদিংমক্না ঈশ্বরগী মফমদা লৈগদবনি হায়না।

ঈশ্বরবু নিংবা অমসুং মহাক্কী মফমদা ভক্তি লৈবা হায়বসিনা তাইবং পানবা অসি শান্তিগী মশক ওইহল্লি। তাইবং পানবদা লৈরিবা জীবশিংগী মরক্তা থোক্লিবা নত্রগা ওইরিবা অৱা-নুংঙাই পুম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী লিলানি। মরম অসিনা ঈশ্বরবু নুংশিবা, নিংবা অমসুং মহাক্কী মফমদা ভক্তি লৈবা হায়বসিসু অতৈ জীবশিংবু নুংশিবনি হায়না তাকপশিনা ৱারেং অসিগী থৱায়নি।

## পান্দম অমসুং মীৎয়েং :

পুক্নিং ৱাখলগী ওইবা তাঙ্কক অসিদা থম্লিবা ৱারেংশিং অসিগী মনুংদা "ঈশ্বর ভক্তি" অমসুং অতৈ লেমহৌরিবা ৱারেংশিং অসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েংদি— মীওইবা হায়বসি ঈশ্বরনা পীবা থোইদোকপা খুদোল কয়া রুংলবা জীব মথল অমনি।) অসিগুম্বা জীব মথল অসিগী মনুংদা য়াওরিবা, লৈরিবা ঐখোয় মীওইবা হায়বসিগী পুক্নিংদা তোঙান তোঙানবা মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না পুক্নিং ৱাখলগী মওংসু হোংলকই। অসিগুম্বা অহোংবা লৈরবা ৱাখল অসিদা শিবা কিবা হায়বসিসু অমনি। অতুবু ঐখোয়না খঙগদবদি পোক্লবদি শোয়দনা শিগনি অতুনা উপায় লৈত্রবা হীরম অসিদা ৱারুফম লৈতে। মরম অসিনা মতম থরা হিংলিঙৈ অসিদা অতোপ্পা জীবশিংদা মরু ওইনা তোল্ল-তারবশিংগী মফমদা মিনুংশি লৈগদবনি। মীওইবগী থোংলবা থম্মোয়গী লল ওইরিবা মিনুংশি হায়বসি লৈবনা থৌজাল, নুংশিনবা, চান্নবা অমসুং ভক্তি লৈবা হায়বসি ওইরিবনি। অসুম্না থোংলবা থম্মোয়গী ৱাখলনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না থম্লকপা মতমদা

মীনা করি হায়খিগদগে হায়বসিসু থনগদবনি। মী পুন্দিংমক মানা মানা প্নাম্বা থবক অমা তৌবা হৌগৎলকপদা অক-ফত্ত খল্লুনা মাং-ফুং য়েংলমদি অফবা ওইগনি অমসুং শান্তি ওইনা পুন্নমক ইংনা তপা হুংঙাই য়াইফনা পানবা ঙমগনি হায়বসিনি।

**খুৎই :**

শিবা কিবা, মিন্নুংশি অমসুং মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা ৱারেং অহুম অসিগী ইরিবা মওং অসি রিফ্লেক্টিভ এসেগী খুৎইনি। অহুগা "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেং অসিনা দিসক্রিপ্টিভ ওইবা খুৎইনি। অহানবগী ৱারেং অহুম অসিদা নিবন্ধকারনা য়াম্না শন্দোক্না অমসুং মৈনহনা শিবা কিবা হায়বসি করিনো? তশেংবদি ঐখোয় মীওইবসিনো মদি শোয়দনা শিরগদবনি মরম অসিনা তৌগদবা থবক্তা পুক্নিং চংনা অমসুং মাইপাক্না পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। অহুম্না মিন্নুংশিগী মতাংদসু হায়রি— মহুদি, তাইবং পানবা অসিদা লৈরিবা জীব পুন্সিংমকপু মিন্নুংশি লৈনা য়েংগদবনি। থোইদোক্না অতোনবা জীবশিং অমসুং ঙম্না-অনা তারবা কাংবুদা মিন্নুংশিং অমসুং থোজাল লৈগদবনি। মতৌ অহুম্না অহুমশুবা ৱারেং "মীনা করি হায়খিগদগে" হায়বা ৱারেং অসিদসু হায়রি— মহুদি, ঐখোয়না করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না খল্লকপা মতমদা মহুগী অফবা-ফত্তবা অদু খনথহনা য়েংগদবনি। অহুবু থবক্তি পাঙথোক্কনা অন্নম খল্লুনা লৈবদি ফত্তে, তৌগে হায়না পুক্নিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লবা থবক্তদি শোয়দনা পাঙথোক্কবা হোৎনগদবনি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসিগা লোয়নননা ঐখোয়না "পুক্নিং ৱাখলগী ওইবা" হায়বা তাক্কক অসিগী মসুংদা থম্মিবা "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেং অসিদা অমুক ঈশ্বরগী তৌবা ওস্বা মতিক মগুণ খাবগা লোয়নননা মহাক্কী মফমদা ঐখোয়না করি তৌফম থোকপগে হায়বনচিংবা ৱাহং কয়া থম্নগা মহুগী পাউখুম ওইনা অমুক হায়রকই—ইবুংঙো মহাক্কী অঙকপা থৌজালতনা তাইবং পানবদা লৈরিবা জীবশিং অসি হিংবা

ওল্লিবনি। জীবশিংগী মরুওইবসু মীওইবনা খোঙলোক হেন্দোক্লা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগা লোয়ননা ছিংবা ওল্লিবনি। মরম অসিনা মহাক্কী মরুমদা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা থমগদবনি। ঈশ্বর মহাক্কী খুৎশেম্না তাইবং পানবসি ছিংবা ওল্লিবনি অমসুং জীবশিংগী মরক্তা অফ-ফত্ত কয়া লৈরিবসি খঙবা ওমছল্লি। মরম অসিনা ঐখোয় খুদিংমক্না তাইবং শেম্বা মপুবু নিংগদবনি অমসুং খুরুমগদবনি।

মথক্কী ৱারেংশিং অসিদা শিন্নরিবা লোল অসি ইচম চম্না ফজে। ৱারেংশিং অসিদসু অতৈ ৱারেংশুম্না অতোপ্পা লোলগী মমি তাই। "শিবা কিবা" হায়বা ৱারেং অসিগী থৱায়দি শ্রীমদভাগবত গীতানি হায়বা য়াই। গীতাগী মঙুংদা য়াওরিবা সখ্য যোগগী ২৭ শুবা মতাংদা হায়রিবা, পোকপু পোক্লবদি শিবা শোয়দ্রে অদুগা শিগ্লবদি অমুক পোকপা শোয়দ্রে। মরম অসিনা শোয়দনা থোক্লগদবা অসিগীদলক্তা করিসু ৱাফম লৈতে হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ৱারেংনি। মতাং অসিদা হায়রিবা ৱাখল্লোন অসিদা চুম্না মুংগী ওইবা ৱাখলসতগী রা নত্তে। ৱাখল্লোন অসিবু পুরিবা লোলগী ৱাসু য়াওরি। মতৌ অদুম্না য়িমুংশি অমসুং মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা ৱারেংশিং অসিদসু বাঙ্গলা অমসুং সংসকৃতিগী মমি অদুম উবা ফংই। "ঈশ্বর ভক্তি" গী মতাংদসু অদু মঙাই। মসিদা হিন্দু ধর্ম অমসুং সংস্কৃত লোলগী মমি তাই। খুদম ওইনা—

" সর্ব্বধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্ব পাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচঃ।" (লাঃ৭৪)

অমদি—

" পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়াং যোমে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যা পহৃত যশ্নামি প্রযতাত্মনঃ।" ( লাঃ ৪৬ )

ৱারেংশিং অসি য়াম্না লুবা অমসুং য়াম্না কা হেন্না শাংবা ৱাহৈ পরেং ইয়াও য়াওদে। "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেং অসিগী মঙুংদা

খুৎলী শাংবা ৱ হৈ পরেং অমা য়াওরি। মসি ৱাহৈ ৬৬ না শাই। অমসুং অতৈ ৱারেংশিংসু শাংলবদা ৱাহৈ ৬০ না শাবা ৱাহৈ পরেংনা খুইদগী শাংবা ওই। ৱারেংশিং অসিদা সংসকৃতকী ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেং (শ্লোক ওইনা) কয়া য়াওরি। "শিবা কিবা" হায়বা ৱারেং অসিগী অয়োইবদা নীতি শাস্ত্রদগী শ্লোক মতেক অমা লৌশিনহনা হাপলি মসুদি—

"অজরামরব্য প্রাজ্ঞো বিদ্যামর্থংচ চিন্তয়েৎ।

গৃহীত ইব কেশেষু মৃত্যুনা ধর্মমাচরেৎ।" (লাঃ১৭) অসিনচিংবা।

ৱারেংশিং অসিদা বাঙলা, সংসকৃতনচিংবা লোলগী ৱাহৈ অমসুং মৃংগী ৱাখল লৌরুবদা নতনা অরিবা মৈতৈলোলগী ৱাহৈ অমসুং প্রমাণ-পাহৈ, পাউরৌ কয়াসু মতাং চানা চানা শিজিন্নৈ। ৱারেংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অমসুং ৱাখল অনীমকপু হেন্না মপুং ফাহন্নবা তোঙান তোঙানবা উপমানচিংবা অলঙ্কার শিজিন্নৈ। অসুম্না চাউবনা ৱারেংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসি য়াম্না মরীক চুম্না চীং-লেম্মী হায়বা য়াই। ৱারেংশিং অসি হৌবদগী লোয়বা ফাওবা চীং-লেম্নবা ঈচেলগী মতৌগুম্না তপ্পপা চৎথৈ। অদুবু করি করিগুম্বা মতাংদা য়াংতক তৌবা মফমসু থেংনদবদি নত্তে। চাউবনা ৱারেংশিং অসিদা মরম্নাইগী ওইবা লোলশেম খরসু হাপচিল্লি। অদুম ওইনমক ৱারেংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোলশিং পুম্না য়েংবদা হক-হক লাওনা ফজে। খঙবদা লাই। ফোঙদোক্লিংবা ৱাখল ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্মী।

ৱারেংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ পরেংগী মশিং মথংশিংনা "শিবা কিবা" ৱাহৈ পরেং ৬৭, "মিহুংশি" ৪৭, "মীনা করি হায়খিগদগে" ৫১ অমসুং "ঈশ্বর ভক্তি" ৪৪ নি।

## ৩. পাউতাক অমসুং নৈনবগী মপুং ওইবা :

"পাউতাক অমসুং নৈনবনা মপুং ওইবা" হায়রিবা তাঙ্কক অসিগী মগুংদা "মীওইবগী থবক অমসুং অক্তনবনা ৱা কায়বা", "লাইবক অমসুং

থবক" অমসুং "শিনকম ওন্নবা" হায়বা অসি থমজরি। বারেং অহৌ-চিন্দা অইবনা উংলিবদি তাইবংপানবা অসি লেংলি-পাল্লিবা জীবশিং অমদি প্রকৃতিগী ওইবা পোৎশকশিংনা মাগী মাগী মথৌবু লেপ্পা লৈতনা পাঙথোক্লি হায়বসিনি। "মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা বা কায়বা" হায়বা বারেংগী অহৌবদা গীতাগী শ্লোক অমা—

" নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।
কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্ব্ব প্রকৃতিজৈর্গুণৈঃ।" ( লাঃ ১৭ )

অদুগা বারেংগী মশা পুন্বদা শ্লোক অসিগী অর্থ অমসুং বাখল অনী পুন্না লৈমিন্নদুনা চৎলি। পুন্সিদা থবক অমসুং থৌদাংনা মরু ওই হায়বসিনা বারেংগী থরায়নি। অদুনা চাউবনা এলেন অষ্টারগীস হুপরগী—

'I slept and dreamt that life was beauty,
I woke and found that life was duty. ( লাঃ ১৭ )

হায়বা অসিসু পীরম্মী। তাইবংপানবা অসি লানফমগা চপ মান্নে অদুগা লানফম অসিদা হিংলিবা ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিং অসিসু লাম্বেংনবগুম্বনি। অসিগুম্বা লানফম অসিদা লাম্বেংনরিবা ঐখোয় মীওইবা পুন্নমকসি ইশা ইশাগী তা থনবা য়াদে। ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপগা লোয়ননা মীগীসু মতেং পাংবা অমসুং পীনহেবা ওইগদবনি। খুদম ওইনা শীবিনা চংজরকপবু কনবদা মশাগী অরাবা কয়া থাঙথিবগুম বাখল থনবা ওন্নবা মীওইবনা পুন্না হিংমিন্নবা অমনা অমগী য়াইফনবা থনবা অমসুং কৎথোকপগী থম্মোয় চেনগদবনি। অদুবু করিগুম্বা কান্দা অতনবশিংনা লেপ্পা চানিংবা মুংঙাইনা লৈনিংবা য়াওরকই। অদুনা অসিগুম্বা মীওইশিং অসিবু "An idle mind, is the workshop of Devil" হায়না হায়নৈ। অমরোমদা চাউবনা "লাইবক অমসুং থবক" হায়বা বারেং অসিদা হায়রি— মদুদি— লাইবক্তগী থবক্লা হেন্না মরু ওই। মহাত্মা মথা তাথনা মৈতৈ হায়বা জাতি অসি য়াম্না মুংঙাইথোকপা

হৈবা প্রবন্ধগী লাইরিক্তা হেন্না হায়না থাজবা কাংলুপশিং হায়না হায়। লাইরিক কয়া মীওইশিংনা নিংথৌগী সনা শঙ্গায়দা পোক্‌কই। অদুগা লাইরিক থিরা কাংবুনা উনাগী থাংপোক্তা। পুম্নমক অরি মাগী মাগী লাইরিক্তা তমকপনি হায়না থাজনৈ হায়রক্লু বারেং অসিদা তাক্লি। অদুবু ঐখোয়না লাইরিক্তা করি তম্মগদগে হায়রসিদি চপ চান্না খংবা ঙমদে। য়াম্না রানা লৈরম্বা অদুম্ন শুংঙাইরকপা য়াই। অদুগা য়াম্না শুংঙাইরম্বা অমসু রারকপা য়াই। খুদম ওইনা অপংবা অমসুং অতনবা ওইরম্বা রত্নকর অমসুং কালিদাসকুম্না মমৈদা পুজা তৌনিংঙাই মীশক ওইরকপা য়াই। শুংঙাইরম্বা কয়াম্নু দুর্য্যধন অমসুং রাবনগুম্না অরাবা নংলকপনু য়াই। খুবাক থুনম ওন্নবগুম্না মীগী লাইরিক্তা কৈদৌঙৈ করি তম্মকদগে ওইরকদগে হায়রসি ঐখোয়না খঙবা ঙমদে। অসিগুম্বা রাকম কয়াদা থাজদুনা ঐখোয় মীওইবনা মরু ওইনা মৈতৈশিংনা তৌফম থোকপা থবক কয়া পাংথোক্লুনা লৈথোকই। মসি অরানবনি। মীওইনা পোক্লবদি শীতাদা হায়রবগুম্না অফ-ফত্ত য়েংদনা (ফলগী মরমদা খন্দনা) মথৌ পাঙথোকদবনি হায়রসিনা বারেংসিগী মুংগী পাউজেলনি। অদুবু রাকম অসি "শিনফম ওন্নবা" হায়রবা রারেং অসিদা অমুক অনুম্না হায়রকই। মতুদি মীওইবগী তেন্নবা পুন্সি অসিদা তৌগদবা থবক্কী মশিংদা য়াম্না য়াম্মী। মরম অসিনা ঐখোয়না হৈনবা অমসুং অপাম্বা থবক অতুদমক তৌনবা হোৎনফম থোকই। হৈনবা অমসুং চাম্নবা শিনফম থোক্লবা হায়বদি ঈশৈ শকদবদা লাই য়েক্পগী তুরি পীশিনবগুম থোকতুনা মীওইবগী পুন্সি মাংবা য়াওই। অসিগুম্বা অসি থোক্লনবা ফম্না চেক-শিনগদবনি। মী খুদিংমক মশানা পাম্বা অমসুং হৈনবা য়েংদুনা থবক পাইফম থোকই। নত্রবদি অরেম্বদা তাবনু য়াই।

**পান্দম অমসুং মীৎয়েং :**

তাকক অসিদা লৈরিবা রারেং অহুম অসিগী পান্দম অমসুং মীৎয়েংদি—মী খুদিংমক্কী মথৌ অমদম লৈগদবনি। অদুগুম্বা মথৌ অদু

পাঙথোক্নবা হোৎনরদা লাইবক্কা তম্বনি হায়না থক লৈথোক্লোইদবনি। লাইবক্কা তম্বা অমসুং থরক্কী ৱল য়েংদুনা লৈরবদি ঐখোয় মীওইবনা থবক অমত্তা মায়পাক্কা পাঙথোকপা ঙম্লোই। থবক তম্বা নত্রগা পুন্সিমী থৌদাংদু মায়পাক্কা পাঙথোকপা হায়রসিনু হৈনবা, চুনবা অমসুং অনিংবগী মথা পোক্নি। মরম অসিনা নিরন্তরনা হায়— পুম্নমক্কীদমক মীওইবগী পুন্সি অসি অঙাংবা শাম্রবগুম অরেম্বা নত্তে তাংলবা মীওইবগী পুন্সি অসিবু অর্থ থোক্হনগে হায়রবদি মানা মানা পাম্বা, অচুম্বা শিনফম পায়রগদ্দা ওইগনবনি। অচুম্বা শিনফম পায়বনা অচৌবা থবক মায়পাক্কা পাঙথোকপা ঙম্মী হায়বসিনি।

## খুৎইঃ

মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱা কায়বা অমসুং শিনফম ওন্নবা হায়বা ৱারেং অনী অসি ডিসক্রিপ্টিভ এসেগী ওইবা খুৎইনি। ৱারেং অনী অসিদা মীওইবগী পুন্সি অমসুং মসিগা পক্নরিবা থবক অনীগী মরমদা য়াম্না ফজনা শন্দোকতুনা ইরি। তাইবং শিঙ্গং অসিদা লৈরিবা মীওইবনা তৌগদবা থবকশিং অসি মানা মানা পাম্বা অমসুং হৈনবা য়েংদুনা তৌহৌদ্রবদি মায়পাকপা ঙমদে অদুগা থবক তৌদবা হায়বসিসু পুন্সিদা লাকপা অকায়বশিংগী মরম অমসুং অতনবগী থুদমনি। শিনফম ওন্নবা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিদা পীরিবা অমাংবা অদুগী মরমদা শন্দোক্লি। মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা হিংনবগী লানফম অসিদা লাইবক্কা তম্বনি হায়না খন্দুনা লৈথোকপা য়াদে হায়না "লাইবক অমসুং থবক" হায়বা ৱারেং অসিদা নৈনদুনা ইরি। মৈতৈশিংনা লাইবক্কা য়াম্না কা হেন্না থাজনরিবা অসি হিন্দু ধর্ম্মগী ৱাখল্লোন্দগীনি হায়বা য়াই। অদুবু তশেংবদি ঐখোয় মীওইবসি মানা হোৎনবা কর্ম্মগী ফলনা হিংলিবনি। অদুনা তৌফম থোক্পা থৌদাং অদুদি লাইবক্কা তম্বা ঙাক্লনি হায়না খনবা তৌদনা পাঙথোক্লদবনি। অদুনা লাইবক অমসুং থবক হায়বা ৱারেং অসিদি রিফ্লেকটিভ এসেগী খুৎইনি হায়বা য়াই।

---

বারেং অহম অসিদা শিজিন্নরিবা লোল অসি চন্না ফঙৈ। সংসকৃত, বাঙলা অমসুং ইংরাজী বাহৈ-রাতা কয়া য়াওরি। "লাইবক অমসুং থবক" হায়বা বারেংগী মতাং অমদা "ন স্বপ্তস্য সিংহস্য প্রবিসন্তি মুখে মৃগাঃ" অমদি "নচ দেবাং পরেং বলম" হায়না ইরি। মসিনা বারেংগী মুংগী বাথল অমসুং লোলগী ফজবা হেনগৎহল্লি। অমরোমদা "মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা বা কায়বা" হায়বা অসিদা "An idle mend, is the workshop of devil" হায়না ইরি। অসুম্না ট্রারেংশিংগী মরক মরক্তা অতোপ্পা লোল হাপতুনা তোঙান তোঙানবা লৈ মচুগী নাচোম শেম্বগুম্বা বারেংশিংনি।

চাউবনা মহাকী বারেংশিং অসিদা অলঙ্কার মতাং চানা থেৎচিন্দুনা শেম্বা শৈরেং ওইনা শাবা য়াবা মুরগী মহাও য়াওবা বাহৈ পরেং কয়া হাপচিল্লি। খুদম ওইনা "মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা বা কায়বা" হায়বা বারেং অসি অনুপ্রাস অলঙ্কারগী শক্তমদা " মীৎয়েংসু অহোবনি থম্মোইসু অহোবনি বাথলসু অহোবনি " অহোবা চিনবান্দা অহোবা মীনোক নঙ্গা অহোবা মীকপ " ( লাঃ২৫ ) "শিনফম ওন্নবা " হায়বা বারেং অসিদসু অসুম্না— চানবা, পুকৈ চোল্লি শেৎনবা ফিক্লক থল্লি, লন য়েংই বাক্তে, মী য়েংই নোপতে " ( লাঃ ৫১ ) শিজিন্নৈ। অমুকসু— " মৈয়ানবীগী পুল্লিগী তেল্লবা মীওইবগী মপোক" (লাঃ৪৮) "তেংবাম্নগী লীলাগী কম্পাক" ( লাঃ ৪৮ ) অসিনচিংবা অসি কম্পরেটিভ স্টাইলগী মওংদা চাউনা উবা ফংরবসু উপমা অলঙ্কারগী মশক অমা ওইনা লৌবা য়াই।

অসুম্না অতোপ্পা লোল শিজিন্নবা প্রমান-পাম্থে অমদি অলঙ্কার মতাং চানা শিজিন্নহনা বারেংগী লৈতেং শেম্বদা হৈ-শিংবদা নত্তনা মৈতৈদগী ওইবা মমাংতৈদগী চৎনরক্লবা রাতৈ কয়াগা অনৌবা বারেংগা পুনশিন্দুনা শেম্বা মরম্বাইগী ওইবা বাহৈ কয়াসু বারেংশিং অসিদা শিজিন্নরি। মৈতৈগী অরিবা লাইরিক "লাংঙল" হায়বা অসিদগী মতাং

চানা লৌথংলগা অইবগী অনিংবা অপাম্বু কোৎশোকপদা মতেং পাংহল্লি। খুদম ওইনা "লাইবক অমসুং থবক" হায়বা ৱারেংদা চৌথোংদমখোনবু অমা তৈনা লৈতে। কুমার কুশাবনা মালেম লৈবু শারগুম মহাক মতোম মতোম শংলৌ থৌরাংজবদগী তোজবা ...... মচীন্না চীপ্পাক থি (লাঃ ৪০) মসি গীতাগী কর্ম যোগদা থবক্কী মহৈ খল্লুদনা থবক তৌ হায়বা অতুগা য়াম্না চান্নবা থোকই। মসিদসু নত্তনা "শিনফম ওম্বা" হায়বা ৱারেং অসিদসু "উনবী পুক্নিং লোংবা থৌরম্না য়াম্নদি মতম পাঙ্গল লাংনা ফোইথুনৈএ" (লাঃ ৪৮) অহুম্না অরিবা মৈতৈগী পাউরৌ পাউতাককুম্বা ৱাহৈ করা চাউবনা পামজনা মীয়ামগী মফমদা পাউতাক ওইনা পাউজেল্লম্মী।

ৱারেংশিং অসিদা ৱাহৈ পরেং শাংনা শাংনা শিজিন্নদে। লোয়নননা ৱাহং হংবা অমদি মশানা পাউথুম পীজরগী মওংসু য়াম্না মরাং কায়না য়াওই। ৱারেংশিং অসিগী মনুংদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ পরেংশিংদা ইংরাজী S.V.O. গী মওংদা ইবা য়াওই। অয়াম্বা মতমদা মৈতৈলোন্দা S.O V. গী মওংদা ইবনা নম্না শিজিন্নৈ। মহাক্কী ৱারেংশিংদা ইংরাজিদা "you" হায়বা ৱাহৈ অসিগী মফম লৈবগুম "নং" হায়রবসিগী মফম য়াম্না লৈ।

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসি থোইনা হেন্না শাংবা ৱারেং য়াওদে। অতুম ওইনমক "মীওইবগী থবক অমসুং অস্তনবনা ৱা কায়বা" হায়বা ৱারেং অসিদি "ৱাখলগী ঈচেল" লাইব্রেরিকী মনুংদা খুইদগী হেন্না শাংবা ৱারেংনি। ৱারেং অসি ৱাহৈ পরেং ১২২ না শেম্মী। "লাইবক অমসুং থবক" ৱাহৈ পরেং ৪৩, "শিনফম ওম্বা" ৱাহৈ পরেং ৫০ খক্তনা শেম্মী। ৱারেংশিং অসি সাহিত্যগী লমদা য়ৌনা ফজরবা ওক্তনি।

## ৪. অতৈ অতৈ :

অতৈ অতৈ হায়বা তাঙ্কক অসিগী মনুংদা "মৈতৈগী কেথোল লৌথোকপা থায়না অমসুং ছৌজিক" অমসুং "নোংলোরজংবা ভারত

অমসুং মণিপুর" হায়বা বারেং অনী অসি থম্মি। "নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর" হায়বা বারেং অসিদা চাওবনা বাকম অহুমথক পুথোক্লুনা উৎলি। মহুদি অহানবদা ভারতকী নোংপোক্তা লৈরিবা লৈবাক মচাশিং অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসি আর্য্যগী মচা-মশু নত্তে হায়দুনা খোঁশাবীদে, অনীশুবদা ভারত মচাশিং অসিনা থংদে মহুদ্রি লমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগা আর্য্য কাংবুগা য়াম্না ওল্লিদৈ মতমদগী নক্লম্না মরী লৈনরকই। খুদম ওইনা আর্য্য অমসুং চিন, মলেসিয়ানচিংবা লৈবাকশিংগা লল্লোল ইতিহ্ তৌবদা হায়রিবা লৈবাক মচাশিং (ভারতকী নোংপোকথংবা মায়কৈদা লৈবা লৈবাক মচাশিং) অসি ফাওদুনা চৎনরম্মী। অহুমশুবা বাকম্না লমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসি আর্য্যগী মচা-মশুশিং শোয়দনা ওইগনি খুদম ওইনা নাগালেণ্ড অমসুং মণিপুর ফাওবা লাক্লম্বা ভীম অমসুং অর্জ্জুনগী মচা-মশু লৈহৌই হায়না থাজনবা কয়া লৈ। অসুম্না ভারতকী নোংপোকথংবা লৈবাক মচাশিং মরু ওইনা মণিপুরগী ওইবা বাকম কয়া নৈনরকপদা— অমুক "মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক" হায়বা বারেং অসিদা মৈতৈশিংগী ওইবা চৎনবী (কলচর) অমসুং কেবা-মৌবা (লকজুরি) গী ওল্লক্লিবা মশক অসি থায়নগা হৌজিককী মরক্তা খেন্নবা কয়া উৎতুনা তাকই। বারেং অসিদা থায়নগী অহল-লমনশিংনা কেবা, মতমদা লূবা নানবা তাম্নদুনা মীগী শীংথানফম ওইরম্মু হৌজিক্তি কেবা-মৌবদা ওক্সোকতুনা লৈবাকী অমদি জাতিগী মাং-তাকহন্নবা মশক ওইরে।

## পান্দম অমসুং মীৎয়েং :

মথক্কী বারেং অনী অসি তোঙান তোঙানবা মিংথোল অমমমগী মথাদা ইবা ওইরবসু বারেং অনীগী পান্দমদি য়াম্না নক্লে। নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর হায়বসিদা নিবন্ধকাম্না উৎনিংলিবা পান্দমদি মৈতৈশিং অসি আর্য্যগী মচা-মশুশিংনি। মৈতৈশিংনা হৌজিক চৎনম্লিবা

বৈষ্ণব ধর্ম অসিমু মহাভারতকী মতমদগী হৌনা চৎনরক্লবনি। মরম অসিনা নহারোলশিংনা হিন্দু ( বৈষ্ণব ধর্ম ) অসিদা থাজবা থমগদবনি হায়বসিনি।) বাকম অসিমকী মথা ৎথরকপা ওইনা "মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক" হায়বা অসিদমু উৎলিবা পান্দমদি— মৈতৈশিং অসি থায়নদগী হৌনা য়াম্না লুনা নাম্না লৈজরক্লবনি। অতুবু হৌজিকী নহারোলশিংনা কেবা-মৌবদা হেন্না শেল অমসুং মতম মাংহন্দুনা লৈবাক অমসুং জাতি অসিগী মাং তাকননবা হোৎনরে। চুম্না কে-মৌবদা নত্তনা মীগী ফজবা মতৌ তম্বদা বা হেন্না থরায় য়াওশিনবগুম উরে।

মথকী হায়রিবা বারেং অনী অসিদা অইবনা য়েংলিবা মীৎয়েংদি— মৈতৈশিং অসি আর্যশিংগী মচা-মগুনি মরম অসিনা ভারতকুম্বদা লৈরিবা মীওইশিং অসি জাতি-বিজাতি থায়দনা পুন্না হিংমিন্নগদৌবনি। ভারতকী অমত্তা ওইরবা হিন্দু ধর্ম অসিদা পীরিবা পাউতাকশিংতু মরু ওইনা গীতাদগী লৌতুনা মথৌদা থাজবা মীশক অমমম ওইহনবা পাম্মী। মৈতৈগী কেথোক-কৌথোকপগী মতাংদমু অতুমওই। মৈতৈশিং অসি থায়নদগী য়াম্না লু-নাম্না লৈবা পামজবনি। অতুবু "হৌজিক অসিদা লু-লাননবা পাম্বদগী কেনিংবা য়াম্না হেনগ্রে।" (লাঃ ৩১) মসিনা মৈতৈ সমাজগী অমাঙবা ওইহল্লে। লৈজবগী হেন্দোকতুনা মীঙে ন্দগী পুশিন্দুনা কেম্বা হোৎনরক্লে। মসিনা জাতিগী মাংনবা মশক ওইরিবনি। বারেং অনী অসিদা অইবনা পীনিংলিবা পাউজেলদি শ্রীমদভাগবত গীতাদা য়ুম্ফম ওইবা বৈষ্ণব ধর্ম অসিবু চেৎনা থাজতুনা ইকায়-খুম্না হিংবা অমসুং কেবা-মৌবদা অরেম্বদা শেল অমসুং মতম মাংহনবা তৌদনা মহৌশাগী ওইবা মওংদা লু-নাননা লৈগদবনি হায়বসিনি।

**খুৎই :**

বারেং অনী "নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর" অমসুং "মৈতৈগী কেথোক-মৌথোকপা থায়ন অমসুং হৌজিক" হায়বা বারেং

অনী অসিদা ইরিবা খুংইগী মওং অসি থন্না থেইম। অহানবগী ৱারেং অসিনা মৈতৈ থরনা ঐখোয় মৈতৈশিং অসি আর্য্যগী মচা মওনত্তে অমসুং মণিপুরদা অর্জুন লৈরম্বা লৈত্তে হায়না খল্লিবসি অরানবনি হায়না মসিগী মায়োক্তা তশেংনা মৈতৈশিং অসি আর্য্যগী মচা-মওনি হায়র্মসি থঙহনবা শম্পোক্লা ইরি। মসিগী খুদম কয়াসু মহাভারতনচিংবা পুরাণগী লৌহুনা উংলি। অতুম্বা অক-ফত্ত নত্রগা থাজবা থাজদবা কয়া লৈনহনা ইবা ওইবনা ৱারেং অসি রিফ্লেকটিভ এসেগী ওইবা খুংইনি। অদুগা মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক হায়বা অসিদা ইরিবা খুংই অসিনা দিসক্রিপটিভ এসেগী খুংইনি। ৱারেং অসি মৈতৈগী থায়নদগী চংনরকপা ফিজেং-চাকচা, লু-নানবা অমসুং হৌজিকী মতমদা তৌরকইবা কেবা-মৌবা অমসুং মসিগী মিংদা ওইরকইবা ইরাং মওং কয়া অসি শীংথাহনা শক্লোক্না ই। মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক হায়বা ৱারেং অসি পুক্নিং লৌশিংগী ওইবা ৱারেংনি। নিবন্ধকারনা মহাক্কী ৱাখলগী পাঙ্গল পুম্নমক পুথোকতুনা ৱারেংগী ফজবা হেনগৎনবা হোৎনৈ।

নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর অমসুং মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক হায়বা ৱারেং অনী অসিগী মনুংদা অহানবগী ৱারেং অসিমদি হিন্দু ধর্ম্মগা মরি লৈনবা ওইবনা — মসিগী মুংগী ৱাখল্লোন অমসুং ফোঙদোকপদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়াদা সংসকৃতকী ওইনা তৌই। ৱারেং অসিদা হায়কেৎ শাংবা সংসকৃতকী ৱাহৈ পরেংশিংগী ওইবা মতাং কয়াসু য়াওরি। খুদম ওইনা অমতং পল্লবদা—

"ততো হোমোদৃথ সুতপা, বলিঃ সুত পুসোং ভবেৎ।
অঙ্গ বঙ্গ বলিঙ্গাদ্যা শুক পুতোত্র সংজ্ঞিতা।
জজ্ঞিরো দীর্ঘ তমসো বলেঃ ক্ষেত্রে মহীরিতঃ।
চক্রু স্বনাম্নাবিষয়ান্ বড়িমান প্রাচ্য কাঞ্চনে।" (লাঃ ৫০)

অসুম্না সংসকৃতকী ওইবা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ পরেংশিংনা মাং থানা পুরক্লগা ইবগুম তৌই। মসিগা লোয়ননা মতাং কয়াদা হিন্দু ধর্ম নত্রগা বৈষ্ণব ধর্ম হায়না তোয়না তোয়নসু পল্লি। অদুগা অনীগুবা ৱারেং অসিদদি অতুক হায়া অতোপ্পা লোলগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা পায়াও য়াওদে। মথক্তসু হায়গ্রে মতুদি, ৱারেং অসি চাউবগী অশেংবা ৱাখলগী পোখোক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা মৈতৈলোনগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা, প্রমান-পানথৈ, (অরিবা অমসুং অনৌবা) কয়া মনীং তম্না শিজিন্নদুনা ৱারেং ফজবা হেনগৎহন্নবা হোৎনৈ। ৱারেং অনী অসিদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ পরেংশিং অসিসু য়াম্না কা হেন্না শাংবা য়াওদে। পুক্লিংগী অনিংবা অমসুং অপাম্বশিংবু অচেম্বা ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেংনা ফজনা ফোঙদোকই। মতাং চানা চানা প্রমান অমসুং পাউরৌগী ওইবা ৱাহৈনা অমুক্তসু হেন্না ৱারেংগী মগুণ হেনগৎনবগুম থোকই। শাংতক তৌবা ৱাহৈ পরেংগী মরক্তা "কোমা", "দিয়াস" অমদি সেমিকোলোননা শমজিন্দুনা ৱাহৈ পরেং অমতা ওইনা থোকহনবদা য়াম্না হৈ-শিংবগা লোয়ননা অপাবা অতাবশিংদা ময়েক শেংনা থোক্লবসু হোৎনৈ।

নোংপোকথ বা ভারত অমসুং মণিপুর হায়বা ৱারেং অসি য়াম্না কা হেন্না অতেনবা হায়বদু নত্রবসু য়াম্না শাংবদি নত্তে। মসি শুগী ৱাহৈ পরেং ৩০ (কুনথ্রামাপল) থক্লনা শেম্মী। অদুগা অতৈ কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক হায়বা ৱারেং অসিনা ৱাহৈ পরেং ৫৮ (য়াংথৈনিপাল) না পেরেগ্রাফ অহমগী মসুংদা লোইশিন্দুনা ই।

ৱারেং অনীমক্তা ব্যাকরণগী নিয়ম ঙাক্না ই অমসুং মতাং চানা ফজবা অলঙ্কারশিং শিজিন্নৈ। মসিনা ৱারেংগী ফজবা হেনগৎহনবদা নত্তনা থঙহন্নবা হোৎনবদসু ময়েক শেংহল্লি। খুদম ওইনা "মৈতৈগী কেথোক-মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক" হায়বা অসিদা মৈতৈ য়ামখে - মীতৈ সাহেব, মীতৈ বাবু অসিনচিংবা। মীতৈ হায়বা অসি

হৌজিক অসিদা থাজৈশেংবমক মীতৈ ওইরে।" ( লাঃ ৩১ ) বাহৈ পরেং অসিদা য়াওরিবা "মৈতৈ" অমসুং "মীতৈ" হায়বসি অর্থ মান্নবা নৈ। অদুম ওইনমক "মীতৈ' হায়বসিদদি অরোইবগী অসিগা অর্থ তোঙান তোঙানবা চংহল্লি।

শৈরেংগী মওংদা পাবা য়াবা শৈরেংগী মহাও চেম্বা বাহৈ পরেংশিংগী ওইবা লোল্লা মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক হায়বা বারেংসিগী মতাং কয়াদা শিজিন্নৈ। প্রমান ওইনা খুদম পীদুনা উৎপা মতাংদা— ফজরবা মৈতৈগীদা ওইবা বাহৈশু শিজিন্নরি— মদুদি, "পশোৎমুক ভৌবা", প লিডৈ য়োৎ খিংলিডৈ, অমদি " মজা ইরেন্মা থোইবীনা য়েৎনা হুন্ন ওইনা ওক, ওইনা হুন্ন য়েৎনা ওক, শাবা ফিগে স্না ... ..." ( লাঃ ৩২ ) অসিনচিংবা। মসিনা বারেংগী মগুণ য়াম্না হেনগৎহল্লি। মসি চাউবগী বারেং ইবদা হৈ-শিংবগী খুদম অমনি।

## বারোইশিন :

চাউবগী বাখলগী ঈচেলদা য়াওরিবা বারেং ১১ ( তরামাথোই ) অসি নৈনবা মতমদা হীরম অমসুং খুৎইগী মতুং ইন্না তাক্কক মরি থোক্লা থায়দোকতুনা থমখ্রে। মথক্কী মতাং কয়াদা পনজখ্রে মদুদি বাখলগী ঈচেলদা য়াওরিবা বারেংশিং অসিগা অদৈ লাইরিকশিংদা য়াওরিবা বারেংশিংগা হীরম খুদিংমক্তা খেন্নৈ হায়না। লাইরিক অসি নৈনবদা খুদোং চানবা হায়দুনা থমলিবা কাংলুপশিংগী মন্নুংদা অহানবা তাক্কা য়াওরিবা "মৈতৈলোন" অমসুং "কবি" হায়বা বারেং অনীসি চাউবনা থরায় য়াওনা অমসুং পামজনা হোৎনথিবা সাহিত্য সাধনাগী মচী। মচং ওইবা শরুক্তি হায়বদা থোয়না হায়মনবা থোক্লোই খল্লি। বারেং অনী অসিদা মহাক্কা সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকারগী মফমদা থম্মিবা ইকায় খুম্নবা, থল্লিবা অমসুং কাওরিবা বাখল পুম্নমক অদু ফোঙদোক্লবা হোৎনরি। চুম্না মহাক্কী বাখল অদুগা নত্তনা বারেং ঈথরকপা মতমদা

পুক্লিংগী ওইবা থিংঙমত্রবা রাখলগী মমি কয়াম্থ বারেং অনী অমিদা উবা ফংই। অসুম্না অতৈ তাক্ককশিংদা য়াওরিবা রারেংশিং অসিদগী তোঙান তোঙানবা ধর্মগী লাইরিকশিংদগী ফংবা জ্ঞানদা সমাজ অমসুং সংসকৃতিগী চৎনবীগা পকশিন্নহনা লৈবা মুংগী ওইবা রাখল অমসুং মহাক (চাউবা) মশাগী অনিংবা, অপাম্বা কয়াগা লোয়ননা ইরকপা ঙাক্তনি।

তাক্ককশিংগী মন্নুংদা য়াওরিবা রারেংশিং অসিগী অপুনবা খোল্লাও নত্রগা পাউজেল্লি—মীওইবা হায়বসি মতম খবগীতা ওইনা পোকপনি হায়বদি নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিরগদ্রবনি। বরম অসিনা অসিগুম্বা শিবা অসিবু মীওইবনা কিফম থোক্তে। মতম খরা হিংলিঙৈদা তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক নিংথিনা পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি। ঐগী তৌকম থোকপা ইথৌ নিংথিনা পাংথোকপা হায়বা অসিনা জাতি অমসুং সমাজগী য়াইফবা পুরকই। সমাজদা পুম্না হিংলিবা মীওইবা ঐখোয়না অমনা অমবু নুংশিনা লুনা চান্না তৌনগদৌরবনি। অতোপ্পবু নুংশিবা 'মিন্নুংশি' হায়বসিনা সমাজদা শান্তি থম্বদা নত্তনা চাউখৎপা পুরকপা ঙম্মী। অসুম্না মীগী য়াইফনবা থনবা, মিন্নুংশি থম্বা হায়বসিগা লোয়ননা ঈথৌ পাঙথোকপা মতমদা মীনা করি হায়থিগদগে হায়বসিসু খনগদবনি।

ঐখোয় মৈতৈ মচাশিং অসি লাইবক্তা য়াম্না থাজগল্লি। ঐখোয়না করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা হান্নমা লাইবক্কী বা খল্লি। মসি চুমদবনি। শ্রীমদভাগবত গীতাদা হায়বগুম্না মী থুদিংমক ফল য়েংদনা মাগী মাগী মথৌ অহু নীংথিনা পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি।" ঐখোয়না থবক তৌবদা নত্রগা করিগুম্বা অমা থম্নকপা মতমদা ঈশ্বরগী নাম শোম্না অমদি ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা ভক্তি উৎপা হায়বসিদি থোইদোকনা লেমজনিংঙাইগী মশক্নি। ভক্তি লৈবা নত্রগা থম্বা হায়বসি কথোকপগী রাখল লৈবনি। মরম অসিনা মতম পুম্নমক্তা ঐখোয় মৈতৈ মচাশিং নত্রগা

করিগুম্বা অতোপ্পা কাঙলুপ অমা ওইরবসু ভক্তি লৈবা হায়বসিদি অত্তাংবা গুণ অমনি। ঐখোয়না থবক তৌবা নত্রগা থনবা মতমদা য়াম্না মুম্না থনহৌগদবনি নত্রবদি শিনকম ওন্নবা হায়বদি ইশাগা থবক অচুগা চান্নদবা ওইহনা অরেম্বদা থাঙবা য়াই।

কনাগুম্বা ভারত মচা থরনা মৈতৈ জাতি অসি আর্য্যগী মচা-মগু নত্তে হায়না খনবসু য়াওই। মসি মখোয়না থংবা বাংপদগী হায়বনি। তশেংবদি ভারতকী নোংপোক্তা লৈরিবা লৈবাক মচাশিং থোইদোক্না মণিপুর অসি য়াম্না ওল্লিবা মতমদগী হৌনা আর্য্যশিংনা য়ৌরম্বা অমসুং মখোয়গী মচা-মগু ফাওবা লৈহৌরবা লৈবাক ওাক্তনি। অসুম্না মচা-মগু থরা লৈহৌবতা নত্তনা লল্লোল-ইথিক্কী লম্বী অমসুং ওইরম্মী। অসিগুম্বা লৈবাক অসিদা লৈরিবা মৈতৈ জাতি অসি য়াম্না ওল্লিবৈদগী হৌনা লু-নাম্না লৈরকপা কাংবুনি। অসিগুম্বা অংনবা মতমদগী হৌনা চৎনরক্লবা লু-হেনবগী মশক অসি হৌজিক্কী মতমদা কেবা-মৌবা ওইনা লৌনরক্লে। চুম্না কেবা-মৌবা, ঈথক-ইরাংদা লৈবতা নত্তনা অশেংবা মশক থঙদনা মীগী মতৌ তম্বা অমসু কম্না চৎনরে। মসিনা জাতি অমসুং সমাজগী মাঙনবগী মশক ওইহল্লি। হায়রিবা মীওইবগী পুসিগা পকশিন্নতুনা লৈরবা রাফমশিং (ধর্ম্ম, জাতি-বিজাতি অমসুং লমগী খেন্নবা লৈত্রবা রাকমশিং) অসি চাউবনা য়াম্না হৈ-শিংনা রাথলগী ঈচেলদা য়াওরিবা বারেংশিং অসিদা ফোঙদোক্লি।

রাফমশিং অসি ফোঙদোক্লবা হোৎম্বদা মৈতৈলোন অরিবা, অনৌবা সংসকৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজিদগী ফজ-ফজরবা রাহৈ নত্রগা রাহৈ কয়া শিজিন্নৈ। চুম্না লোলদা নত্তনা লোলগী মসুংদা ফুমতুনা য়াওরিবা মুংগী রাখল রাখল্লোন, প্রমান-পাহৈ অমসুং অলঙ্কারনচিংবা কয়াসু মতাং চানা শিজিন্নৈ। মরম অসিনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিং অসিনা অতৈ লাইরিকশিংদগী হেন্না মরীক চুম্না ফজে।

## অতৈ অতৈ :

তাঙ্কক অসিগী মথুংদা থমজরিবা 'অতৈ অতৈ' হায়বা পন্দুপ অসিগী মথুংদা য়াওরিবা ৱারেংশিংদি —

১। খম্বা থোইবী ৱারী অমসুং মহাকাব্য ( জ্যোতি )
২। মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরা ( জ্যোতি )
৩। কবি অমসুং কাব্য ( জ্যোতি )
৪। মীতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধৰ্ম ( মণিপুর সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা )
৫। মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা ( নহারোল, ১৮৪১, পুজ মশীং )
৬। রেলগী খোঙচৎ ( খঙ্গৎপা সাহিত্য, ১৯৬৬ )
৭। মৈতৈলোন ইনবগী পথাপ।

ৱারেং অসি চাউবা অমসুং নবদ্বীপচন্দ্র অনীগী মিং পুন্না থাই। ১২৩ মথক্তা পীরিবা ৱারেংশিং অসি পোৎরগা মখল অনী থোক্না থায়দোকপা য়াই। মতুংদি— অহানবদা "মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্য" গী ওইবা ৱাফম অতুগা অনীশুবদা চুমা সাহিত্য অমসুং পুক্নিংগী ওইবা ৱাফম খরা ফোংদোকপা। হায়রিবা ৱাফম অনীসিগী মথুংদা অহানবগী "মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্য" হায়বসিগী মথুংদা লৈরিবা ৱারেংশিংদি মথক্কী নম্বর ১, ৩, ৪, ৫ অমসুং ৭ অসিনি। অতুগা অসিগুম্বা "সাহিত্য অমসুং পুক্নিংগী ওইবা হায়বা থাক অসিদনা নম্বর ২ অমসুং ৬ নি। হায়রিবা পন্দুপ অনীসিগী মথুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসিসু য়াম্না ফজবা অমসুং মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যগীদমক্তদি য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম ঙাক্তনি। মরম অসিনা পনতুপ অসিমক মথাদা শমলপা নৈনজরি।

## অহানবা পন্দুপতা লৈরিবা ৱারেংশিং :

ক) খম্বা থোইবী ৱারী অমসুং মহাকাব্য
খ) মীতৈ সাহিত্য ইতিহাসকী মরমদা খরা
গ) মীতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধৰ্ম

ঘ) মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা
ঙ) মৈতৈলোন ইনবগী পথাপ

অসিদা অইবনা উৎপা নত্রগা হায়বা পাম্মিবদি ৱাফম অনীনি— অমনা মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যগী ইতিহাস অসি কুপ্পা নৈনদুনা য়েংবা তারবদি অতৈ চাউখৎপা লোল অমসুং সাহিত্যদগী করিসু তাদে হায়বসিনি। অদুগা অনীশুবা ৱাফম অমনা মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্য অসি অরিবা মতমদা হায়রবদি মমাংঙৈদা য়াম্না চাউখৎলম্লবসু হৌজিক্তি খরা হৎবগুম লৈরে, অদুগা মসিদা অতোপ্পা লেল, সাহিত্য, ধর্ম অমসুং সংসকৃতিগী মমি য়াম্না চাউনা ঙেশিনলক্রে হায়বসিনি। মহাক্না খম্বা থোইবীগী ৱারী অমসুং থৌদোক ৱাথোকশিংগা চাংদম্নরগা হায়রি, মদুদি— খম্বা-থোইবীগী ৱারী অসি খণ্ডকাব্যগী মথক্তা লৈবা কাব্য অমনি। মসিগী প্রমান ওইনা — খম্বগা, পান্দবকা, কুণ্ডগা-খম্নুগা, কৌরবকা নোংবালগা, শ্রীকৃষ্ণগা ইবুধৌ থাংজিংগা চাংদম্নদুনা পীরিবা পুম্নমক অসি মশিং য়াম্বা য়ামদবা নত্রগা পীকপা চাউবা নত্রগা ৱাবীশিং অসিদা থোক্লি ওইরিবা থৌদোক-ৱাথোক পুম্নমক অমহানি। শুপ্পগী অশেবা নত্রগা অশেংবা অমসুং অতাবা নত্রগা অপাবশিংগী শৈথা-শৈশক নত্রগা শৈরেং অমসুং পুক্রিংনা থাজবা (লৌবা) গী মওং মতুং ইনবনি। অসুম্না খম্বা-থোইবীগী ৱারীগা লোয়ননা মৈতৈ সাহিত্যগী মপুং ফাবা ফজবা মশক অদু তাইবং সাহিত্যগী মশক হৌরকফম্নি অমদি লেমজনফম ওইনা লৈরিবা মহাভারতকী থাক্তা পুখৎলি। অদুগা অমরোমদা অমুক চাউবনা মৈতৈ মচাশিংবু মৈতৈ সাহিত্যগী হৌজিক ওইরিবা মশক অসি তাকপগা লোয়ননা মসিগীদমক্তা তৌগদবা, হোৎনগদবা কয়া অমা লৈরি হায়বদুসু উৎলি। মহাক্না মৈতৈলোন অসিদা অতোপ্পা লোনগী ৱাহৈ অমসুং ধর্ম অমসুং সংসকৃতিগী ঈথিল য়াম্না চাউনা চংশিল্লক্রে, মসিনা ঐখোয়গী সাহিত্য অসি মাংবা য়াবগী অকিবা লৈরে। মরম অসিনা মৈতৈ মচা খুদিংমক্না মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যবু

চাউখৎহনবা অমসুং হেন্না ফগৎনবা হোৎনগদবনি হায়রি। মসিনি মহাক্কী অহানবা পদ্দুপতা লৈরিবা ৱারেংশিং অসিনা পীরিবা পাউজেল্

অনীশুবা থাক্না লৈরিবা ৱারেংশিংদি—"কবি অমসুং কাব্য" অমসুং "রেলগী খোঙচৎ" হায়বসিনি। পদ্দুপ অসিদদি মথক্তা হায়খ্রিবা ৱাফমশিং অসি নত্তবা চুম্না চাউবগী পুক্নিংদা ফাওনা নত্ত্রগা মহাক্না কবিগী মরমদা খনবা ৱাখল অহু মহাক্কী "কবি অমসুং কাব্য" হায়বা ৱারেং অসিদা য়াম্না ফজনা অমসুং শন্দোক্না ই। ৱারেং অসিদা চাউবনা কবি কন'নো, কনাবু কবি কৌগদগে অমদি মতৌ করমনা কবিনা কাব্য ই, কবিগা কাব্যগা কবি মরী লৈনৈ হায়বনিংবা ৱাফম কয়া পুখৎতুনা ৱাঙং পাউখুম ওইনা নৈনবি। মসিদগী নত্তে মহাক্না হাগবি, কবি হায়বসি অশেংবা অমসুং শেংদবা হায়বা অমসু লৈ। মসিনা মশোয়গী অশেংবা, অৱাংবা থাক্কী অমসুং আনন্দা অশ'বা কাব্যগী মশকস উবা ফংই হায়বনচিংবা ৱাফম কয়া অমসু পল্লি। অশেংবা কবিগী মত'ংদা মহাক্না হায়বি—"ফজববী প্রকৃতিগী ফজবগী ফজরবা রস অহু হেক থকউবা অহুদা ঙৈহাক মুন্দুনা লৈতবা ওমদে—মতম খবগীদমক খন্নবগী পাঙ্গল মাঙখি, উনবগী পাঙ্গল মাঙখি, ত'নবগী পাঙ্গল মাঙখি, মী অহু মতম খরগীদমক চেদা চেকপা মুত্তিগুম লেংদনা, উদনা, তাদনা লৈ। তাইবং পানবা অসি মতম খরগী উনগুমনা চিকখি ·· ···· মতম অহুদা মহাক অহু মতম খরগীদমক কবিনি অমসুং মহাক্কী ৱাখল অহু অশেংবা কাব্যগী রস নত্ত্রগা অথুপ্পা ঈচেল অমনি।"১২৪ অহুম্না চাউবনা মহাক্কী পুক্নিংদা ফাওবা কয়া কলমগী মতেংনা ফজনা মরীক চুমনা ফোংদোকপা গুণ্মী' মহাক্না রেল তোংদুনা চৎপা খোঙচৎ অমগী মতাংদসু অমুক হায়রকই— "ঐনা হায়রিবসি ইংশোক ১৯৪৫ গী জুন থাগী ৱারীনি। মতম অহুগী রেলগী খোঙচৎকী ৱাদি অচৎপা মীতনা খঙই। অসামগী পীরিবা রেল গাড়ী মচা অহুনা ঐখোয়বু দায়িত্বগী মশক ওইনা লালমনিরহাট যৌনা পুরিরক্লিবনি লেপনিংবা মফমদা চপ। মিলিটরী গাড়ী লানথোঃখিদবা

য়াদে— চৈসন হায়বগী ৱা খল্লুবা য়াদে, মতম মত্তে। খাঙমৈগী ৱাদি চৎলিবা অত্থু অর্জুনা আলকাপুরী চৎপগী খোঙকমনি পুন্নমক অমাবস্যা। খোয়া লোম্নবগুম্না মী লোয়রে হায়বদি থঙই, তৌইগুনম্নুং কনানা কনানো উবা খঙবা পোৎ নত্তে··· ঐদি চুম্না তীর্থ চৎপনি অচৌবা উদ্দেশ্য অমা পুত্থনা তীর্থদা মাতৃ তর্পন কৎপা।"১২৫ অসুম্না চাউবনা মহাক্কী পুক্নিংদা ফাওবা নত্ত্রগা মিৎনা উবা অত্থুমক য়াম্না মরীক চুম্না কোঙদোকই।

## খুৎই :

চাউবগী লাইরিকশিংগী মমুংদা চলহৌদ্রবা ৱারেং খরা অসিগী ইবগী মই ( খুৎই ) অসি মথাগী অসুম্না মখল খায়দোকপা যাই। অত্থুমনদি ওইরবদা ৱারেংগী খুৎইবু মসিদি মসি শোয়দনা ওইগদবনি হায়ত্থনা অকক্লবা মখল অমদা থম্বা হায়বসিদি য়াম্না লনা থোকই। ওইস্নু ওইথোক্কে। অত্থুবু অখঙ-অহৈশিংনা পীরম্বা মখলশিং অত্থুগী মওং মতৌগা খরা খবা চাম্নবা যেংত্থনা খায়দোকচবনি। মখল অত্থুদি—

১। ক্রিটিকেল ওইবা খুৎই —ক) "থম্বা থোইবী ৱারী অমসুং মহাকাব্য"

খ) কবি অমসুং কাব্য

২। ডিসক্রিপ্টিভ ওইবা খুৎই— ক) মৈতৈলোন ইনবা পথাপ

৩। রিফ্লেকটিভ ওইবা খুৎই — ক) মীতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম

খ) মৈতৈ সাহিত্য ইতিহাসকী মরমদা খরা

গ) "মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা"

৪। ফেমিলিয়ার ওইবা খুৎই— "মেলগী খোঙচৎ"

মথক্কী ৱারেংগী খুৎই মরি অসিগী মমুংদা লৌরিবা ৱারেংশিং অসি য়াম্না ফজে। ক্রিটিকেল এসেগী খুৎইদা ইরিবা— "থম্বা থোইবীগী

ৱারী অমসুং মহাকাব্য" অমসুং "কবি অমসুং কাব্য" হায়বা ৱারেং অনীসি কলাগী খুৎইদা চরিত্রশিংগী অমদি অশেংবা কবিগী মশক তাক্লবা হোৎনবনি। খম্বা-থোইবীগী ৱারী অমসুং মহাকাব্য হায়বা ৱারেং অসিদা খম্বা-থোইবীগী ৱারীগা মহাভারতকী ৱারীগা চাংদম্নরগা মতমতুগী সমাজগী মশক অমসু উৎননবা অৎইসনা হে'ৎনরি। খম্বনা পাণ্ডবকী মশক্কি, অদুগা নোংবাননা কৌরবকী মশক্কি। অদুগা মোইরাংগী ৱারীনা স্পী (থোইবী) গী ৱাহৈদগীনি। মসিদা চাউবনা অফ-ফত্ত কয়া নৈনহনা তাক্লি। অসিগুম্বা খুৎই অসিবু ক্রিটিকেল এসেগী খুৎইনি হায়না লৌনৈ। অদুগা "কবি অমসুং কাব্য" হায়বা ৱারেং অসিদসু অফবা কবিগী মশক অমদি মহুবু ইরিবা কবিগী ওইনা ফিভম কয়াদা অফ-ফত্ত লেপ্পবা হোৎনৈ। অহনা "মৈতৈলোন ইনবা পথাপ" হায়বা ৱারেং অসিদা মৈতৈলোনগী হৌজিক চৎনবিনা (চাউবগী মতম) বনানগী পথপ অসি চুম্না পরিং অমদা শিজিন্নগদবনি হায়বসু শন্দোক্লি ই। মরম অসিনা ৱারেং অসিনা ডিসক্রিপটিভ এসেগী খুৎইনি। মথংদা রিফ্লেকটিভ অমসুং ফেমিলিয়ার এসেগী ওইবা খুৎইগী মনুংদা "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম", "মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরা" অমসুং "মণিপুর সাহিত্যগী মরমদা খরা" অদুগা "রেলগী খোঙচৎ" হায়বা ৱারেংশিং অসি লৈ। মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম, মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা হায়বা ৱারেং অহুম অসি ৱাফম অমথক্তদা তোঙান তোঙানবা মওংদা পুথোকপনি। ৱারেং অহুমমক অসিদা চাউবনা মণিপুরী লোল (মৈতৈলোন) অমসুং মসিগী সাহিত্যগী মরমদা অফ-ফত্ত কয়া উৎনুনা তাক্লগা— ফগদনবা/ওইবা য়াবা সজেসন অমা তৌবনি। মসিদা মৈতৈলোন্দা মপানগী লোন (ৱাহৈ) চংশিন্নকপা অসি মক্ক ওইনা ঈখোয়মা বৈষ্ণব ধর্ম লৌরুমদগীনি হায়বা মত্ত অমা চাউবনা পী। অসুম্না অতোপ্পা ৱারেং অনী অসিদসু মৈতৈলোনগী সাহিত্য লৌজবা, অরিবা সাহিত্যনা মওং চুম্না শিজিন্নবা য়ানা লৈরিবনি অদুবু

ঐখোয়না খঙবা অমসুং খিজিনবা বাৎপদগী অরেপ্পা ওইনা তাতুনা লৈরে হায়বসি তাক্লি। তাঙ্কর্কসিগী অনোইবদা থমজরিবা রেলগী খোঙচেৎ হায়বা বারেংগী খুৎই অসি ফেমিলিয়ার (পর্সনেল এসে) এসেগী মওংনি। মসিদা চাউবনা রেলগী মনুংদা থেংনবা মশাগী অনুভব কয়া হকথেংননা পাউতম্বগুম্বা ই। অমরোমদা অসিগুম্বা খুৎই অসি চাউবগী ওইনদি অতাংবনি। মহাক্না মহাক্কী অয়াম্বা বারেদা অসিগুম্বা খুৎই অসি তোইনা শিজিন্নরমদে। বারেং অসিদা মহাক্না তীর্থ চৎপা মতমদা রেল গাড়ী মনুংদা থেংনবা বারী খরা তম্বনি।

লোল :

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা বাহৈংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা লোলগী মওং অসি য়েংলগা মখল অনী থোক্লা নৈনবা য়াই। অহান্দা— খম্বা-থোইবী বারী অমসুং মহাকাব্য, মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং কবি অমসুং কাব্য হায়বা বারেং অনীম অসিদা চাউবনা মৈতৈলোনগী বাহৈংশিংনা সংসকৃত অমসুং বাঙ্গলা লোনগী বাহৈংশিংগা যানশিন্না (পুন্না) শিজিন্নবগী মওং অমা উবা ফংই। অতুগা বারেংগী মহুংগী ঈচেলদু সংসকৃত অমসুং বাঙ্গলা সাহিত্যগী মওংনি। খম্বা থোইবী বারী অমসুং মহাকাব্য হায়বা বারেং অসিদা মহাভারতকী বারীগা খম্বা-থোইবীগী বারীগা চাংদমনুনা অমদি অফ-ফত্ত কয়া নৈনতুনা ইবা মবম্না সংসকৃত বাহৈ অমসুং পাউরো য়াম্না য়াওই। অতুম্না মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং কবি অমসুং কাব্যদসু হায়রিবা লোলশিং অসিগী বাহৈ অমসুং পাউরো য়াম্না মরাং কায়না ফংই। থোইদোক্না মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হায়দসিদি চাউবা মশামক্না— মৈতৈলোন অসি অতোপ্পা লোনগী বাহৈ অমসুং পাউরোম্না নমহৎকদোরে হায়বগী চিংনবা ফাওবা ফোংদোকই। অতুম ওইনমক মহাক মশামকসু হায়রিবা অতোপ্পা লোল য়ানশিন্নগা ইবা নত্ত্রগা ওাংবগী হৈনবী অদু থাদোকপা ওমখিদে। খুদম ওইনা— "বৈষ্ণব ধর্ম্মনা জাতিগী থম্মোইবু খুতুম লৈখিবদগী মৈতৈ

সমাজগী চৎনবী কুহী, আচার, ব্যবহারনচিংবা য়াবপ্রবন্ধ থমোইগী অপাম্বা কাওবা ওনথিবনা জাতিগী লোল অমসুং সাহিত্যগী ফিভম খরা ওইরোই হায়বা য়াদে। পুম্নমক ধর্ম্মগা লোয়নননা ওরে, ওলি অমসুং ওনগনি হায়বা ঐথোয়না থাজে।" ১২৬

অতুবু তাক্কক অসিগী মগুংদা য়াওরিবা অনীশুবা শরুকী বারেংশি— মীতৈ সাহিত্য ইতিহাসকী মরমদা খরা, মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা অমসুং রেলগী খোঙচৎ হায়বা অসিদা অতোপ্পা লোল অমসুং রাখল থোইনা য়াওদে। চাউবগী মরম্নাইগী ওইবা রাখল অমসুং অনৌবা মীয়াম্না শিজিন্নবা মৈতৈরোলদা ইচম চয়া ই। মরম অসিনা বারেংশিং অসি পাবদা মুংঙই।

বারেং অসিনা চাউননা মতাং চাবা য়েংতুনা ছন্দ, অলঙ্কার অমসুং প্রমান পাইস্থ কয়া শিজিন্নে। মসিগা লোয়নননা বাকৈ পরেং শাংনা শাংনা শিজিন্নে। মসি মহাকী অতৈ বারেংশিংদস্তু অতুম য়াওই। অশাংবা বাহৈ পরেংশিংবু কোমা, সেমিকোলোন অমদি দিয়াসনা অমত্তা ওইনা শমজিন্নহন্নি। বাহৈ অমগা অমগা শমজিন্নবদা থোইদোক হেন্দোকনা ফজবা, মতুদগী ফজনা অর্থ লৌবা ঙম্বা হায়বা অসিদি চাউবগী বারেংশিংগী থোইদোকপা গুণ অমনি। বাহং হংবা, হায়গদবা অমবু হেক্তা হায়দোক্কবা বক্রোক্তি অলঙ্কারগী মশকস্তু হায়রিবা বারেং খুদিংমক্তা মরাং কায়না য়াওই। ব্যাকরণগী নিয়ম ঙাক্লা ই। বারেং খুদিংমক মশামক য়াওনা পাউদম্বা অমদি বারী বাতাই শাম্নবগী মওংদা ই।

বারেংশিং অসি চাউবা পীকপগী মতাংদদি মহাকী অতৈ বারেংশিংদগী থোইদোক হেন্দোক্লা শাংবা য়াওরি। খুদম ওইনা মহাকী "থম্বা-থোইবী বারী অমসুং মহাকাব্য" হায়বা অসি খ্বাইদগী হেন্না শাংবা অমদি মরিক চুম্বা বারেংনি। বারেং অসি পুম্না বাহৈ পরেং ২১১ না শেম্বনি। মসিনা মহাকী বারেংশিংদা খ্বাইদগী শাংবনি হায়না লৌবগ লো ন। মথং মথং

ওইনা "মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরা" অসিদনা ৱাহৈ পরেং ১৬৩, "কবি অমসুং কাব্য" হায়বা অসিসু ৱাহৈ পরেং ১২৯ না শেম্বনি। "মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা খরা" হায়বসিনা ৱাহৈ পরেং ৮৮ নি। অদুগা "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম" হায়বা অসিদি গুপ্নগী ৱাহৈ পরেং ৩৭ কী মনুংদা লোইশিল্লি। অদুম্মা চাউবনা ময়াই ওইরপ শাংবা ৱারেংদগীনা ফনা তেনবা ৱারেং কাওবা ই। অদুধু ৱারেংগী মগুণদি শাংবা নত্রগা তেনবনা লেপ্পা নত্তে। মাগী হৈ-শিংবা মফোঙদোক্নি।

চাউবগী ৱারেংশিং অসি মচোই মচোই তাবা ৱারেংশিং ওইদুনসু অমময়া মশাগী অমসুং অইবগী মশক তাকবা ঙম্বা ৱারেং ঙাক্তনি। মশাগী অমসুং অইবগী মশক তাকবা ঙম্বা ৱারেংগী খুংই অয়াম্বদা অহানবা পাবমক্কদা মথংসু পাথনিংবগী মহাও অমা কালিদাসকী অইবশিংদা লৈবগুম্মা লৈ। করিগুম্বা মতাংদসু তুংদা থোক্লগদৌবা ৱাকম অমবু মাংজোননা হায়দোকপা ঙম্বগী মশকসু উবা ফংই। খুদম ওইনা মহাক্কী ৱারেং "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম" হায়বসিদা অদুম্মা ইরি— কাব্যদা নায়ক নায়িকা শেম্বদা বঙ্গসাহিত্যদা রাধা-কৃষ্ণনা কান্নবগুম মীতৈগী তুংগী সাহিত্যদসু কাম্নগদৌরিবনি.."[১২৭] অদুগা অমনা "খম্বা-থোইবী ৱারী অমসুং মহাকাব্য" হায়বসিদসু "মোইরাং থোইবী হায়বা অসি মৈতৈগী ৱাহৈদা থোইদোকপদি তুংদা লাক্কদৌরিবা মীতৈ সাহিত্যদা চাউরবা শরুক অমা লৌরিবা অমসুং লোগদৌরিবা অমনি।"[১২৮] ৱারেং অসিদা অইবনা সংসকৃতকী ৱাহৈগী ফজবা অর্থ অদুমক মৈতৈলোন্দা শেমদোকতুনা মৈতৈগীতা ওইনা শেম্বসু মতাং কয়াদা মরাং কায়না য়াওই। মদুগী মরক্তা অমদি "যথা ধর্ম তথা জয়। যথা কৃষ্ণ তথা জয়" হায়বসিগা মাম্নবা ইবুধৌ থাংজিংনা কুবিরে। লান্দবনা লাকচরে। নোংয়াইনা মায়পাক্লে অদুম্মা চাউবগী হৈথোই-শিংথোইবা অমদি শেম্বা হৈবগী মশক উহু হায়রিবা ৱারেং মতা অসিদা ফজনা উরি।

মতাং অসিদা মথক্কী বারেং "মৈতৈলোন ইনবা পথাপ" (নবদ্বীপ অমস্তুং চাউবা) হায়বা অসিদি থোইদোক্না নৈনজদ্রে। অদুবু বারেং অসিদা মৈতৈলোনগী বনান ইবা মতমদা মৈতৈ ময়েক অরিবদা ময়াম্না ইনদ্রগা বাঙ্গলা ময়েক্না ইনবা মতাং অসিদা থরায়নদি য়ানিংদবা পোকখি। অদুবু মতমদুগী চৎনরিবা ময়াম্না য়ানরিবা বাঙ্গলা ময়েক অসি ইবা মতমদা শিজিন্নগদবা বনানগী (ময়েক্কী) মতাংদা য়াম্না মরীক চুম্না ইদুনা উৎলি। অদুমকপু মহাক মশানা শিজিন্নরকপা ইরবপা বন নগী মতাংদদি য়াম্না চাং মান্নদবা য়াওই—মদুদি— "মীতৈ", "মৈতৈ" "থম্মোই", "থম্মোয়" "থরায়", "থরাই" অসিনচিংবা পনবা য়াই। মহাক্কী বারেং "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম" অমস্তুং "মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা থরা" হায়বা অসিদা শিজিন্নরিবা য়াহৈ অনীসি ম মদে। মসিদসু নত্তনা মশামক্কী মমিং থারম্বদসু অমুক্ত চাওবা (থায়নগী লৈরাং), "চাউবা" (কংতৈ লাইরিক্কা হায়না শিজিন্নরম্বা থেংনৈ। মসিমক দোষনি হায়বদি মহাক্কী চেকশিন্দবনি হায়জনিংই।

অদুবু মথক্তা থরা হায়রিবা অশোয়বা/দোষ অসি লৈদুনসু চাউবগী বারেংগী খুৎই, লোন, ফোংদোকপা অমস্তুং বিষয় থনবগী হৈ-শিংবসিদি অতৈ ফইবশিংদগী তোপ তোপ্পবা মশক অমনি। মসিনি চাউবনা মীয়ামদগী হেৎলিবা অসিনু।

মরিগুবা তাঙ্কক অসিদা মসুংদা বারেং তাকুগী ওইবা লাইরিকশিং—ফিদম, খাখল, খাখলগী ঈচেল অমস্তুং চোইনা লৈবা বারেংশিং (জ্যোতি, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, নহারোল, খন্তৎপা সাহিত্যনচিংবদা) ফোঙখিবগী মখমদা গুপাইনা নৈনজদ্রে। তাঙ্কক অসিগী মসুংদা নৈনরিবা বারেংশিং অসি চাউবগী বারেং সাহিত্যগী মচং ওইবা তাকুনি। ফিদম, খাখল অমস্তুং খাখলগী ঈচেলদা খাওরিবা বারেংশিং অসিদা চাউবগী মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী বারেংগী ওইবা খুঁৎয়দগী ফজবা মশকশিং অদু উবা ফংই। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা য়াওবা বারেংশিং অসিগুম্বা

ফজবা বারেং থরগু (মথক্তা চোইনা লৈবা বারেংশিং হায়না থমজখবা) যাওরি। হায়রিবা বারেংশিং অসি পুম্না নৈনরকপা মতমদা চাউবনা মহাক্কী বাবেংশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং, থম্লিবা পান্দম অমসুং বারেং ইবগী হৈ-শিংবা খুৎই অতুগী চপ চাবা মশক অমা থডবা ঙম্মী। মহাক্কী তাঙ্কক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিং অসিগী মুং অমসুং পানগী ওইবা বাখল্লোন অসি যাম্না পাক চাউই। বারেংশিং অসিদা মীওইবগা প্রকৃতিগা লৈনবা মরী, মীওইবগা মীওইবগগী মরক্তা লৈনবা লৈনগদবা মরী, মীওইবা অমসুং সমাজগগী মরী, মীওইবা অমসুং মসিগী পোৎথোক ওইরিবা লোল অমসুং সাহিত্যগী মরী অসিনচিংবা হীরম কয়াদা খুদমগা লোয়মনা ই।

মরিশুবা তাঙ্কক অসিগী মনুংদা মরু ওইনা লাইরিক অহুম অমসুং চোইনা লৈরবা হায়বা মিংথোল অমগা পুম্না শন্দ্রপ মরি থোক্না খায-দোক্লগা মথং মথং ওইনা নৈনজাগে। 'ঘিদম' দা হীবম য়েংলগা— মীশক্না মপু ওইবা, মহৌশাগী ওইবা, বাখলগী ওইবা শক্লাইদবা অমসুং অতৈ অতৈ হায়না খাযদোকতুনা নৈনৈ। হায়রিবা মিংথোলশিং অসিগা চান্নবা হীরমগী ওইবা বারেংশিং অতু পুম্না 'থম্লগা বারেংগীংতুগী হাবী, মীৎয়েং পান্দম, খুৎই, লোল অমসুং মফোঙদোক্লচিংবা অতু নৈনৈ। অদুগা অতৈ লেমহৌরিবা বারেংশিং অসিসু নৈনজৈ। মথক্কী মতাং বযাদসু হন্না হন্না হাযখে — মতুংদা চাউবগী বারেংশিং অসি চোইনা (অমমমতা ওইনা) অমসুং পুম্না নৈনরকপা মতমদা চাউরগী লোল ইনাকখুনবা, লোল শেম্না অমসুং শিজিন্নবা হৈবা, মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈ সাহিত্য চাওখৎহন্নবা বাখল চাউবা মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থনবা, তোল্ল-তারবশিংগী মযমদা মীকুংশি লৈবা, থম্বা, প্রকৃতিগা মী-ওইবগা অমদুনি তুৎনখানবা য়াদে হায়বা, তাইবং পানবা অসি কনাগুম্বা লৈশেম্বা মপু অমগী থোজান্দগী লৈরিবনি। হিংলিবনি, মরম অসিনা শোইদনা শিরুগদবা মপোক্লসিদা মতম থরদং হিংলিবৈদা মিংচৎ উরোং খিমনবা হোৎনগদবনি ফাং নং চো চাবা অসি খডবা ঙমী।

## (ৱারেং অমস্তুং নিবনধ-এসে)

মতাং অসিদা শিজিন্নরিবা "ৱারেং হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃতকী "নিবন্ধ" অমদি ইংরাজীগী 'এসে' হায়বা ৱারেংশিং অসিগী মায়বা অর্থদনি। তশেংবমক্তি মৈতৈলোনগী ৱাহৈ "ৱারেং" হায়বসি সংসকৃতকী "গদ্য" অমস্তুং ইংরাজীগী 'প্রোজ' হায়বা ৱাহৈশিং অসিগা মায়বা অর্থদা মী অয়াম্বনা লৌনৈ। অদুবু "নিবন্ধ" "এসে" হায়বসিনা সাহিত্যগী বিধা অমা ওইনা কন্না নৈনরকপা অকস্তুং মৈতৈ সাহিত্যদা মসিগী মফম অমা পীননবা থিরকপদা চপ চাবা ৱাহৈ ফংদবদগী "ৱারেং" হায়না অস্তুম শিজিন্নরি। হৌজিক সাহিত্য নৈনরিবা অমস্তুং সাহিত্যকার অযাম্বনা "ৱারেং" হায়রগা "নিবন্ধ" নত্রগা "এসে" ওইনা খঙনৈ। অদুম ওইনমক মফম অমস্তুং মতাংগী মতুংইন্না মসিবু হেন্না পাক-চাউবা "গদ্য নত্রগা প্রোজগী অর্থদস্তু অদুম শিজিন্নরি।

পৃথিবী অয়াম্বা লোলদস্তু "ৱারেং" হায়বসি য়াম্না ঙন্নিবে মতমদদি ৱারেং (গদ্য - প্রোজ) গী অর্থদা শিজিন্নরম্বা ডাক্তনি। অদুবু মসিগী মই অমস্তুং মপুথোক্লা গদ্যগী অতৈ বিধাশিং হায়বদি উপন্যাস, ৱারী মচা, নাটকনচিংবাশিংগা খেন্নরকপদগী মমৈথংদা তোঙানবা বিধা অমা ওইনা লৌনরকখিবনি। ফ্রান্সনচিংবা য়ুরোপকী লমশিংদা ১৬/১৭ শুবা শতাব্দী অহুৱাইদগী হৌনা 'এসে' হায়বা সাহিত্যগী তোঙানবা বিধা অমা ওইনা শকখংনখ্রে। অদুবু ভারতকীদি য়াম্না থেংনা ১৮/১৯ শুবা শতাব্দী অহুৱাইদগীনা শকখংনবা হৌরকখি। হায়রিবা বিধা অসি মণিপুরদদি অমুক্তা হেন্না থেংনা ২০ শুবা শতাব্দীনা হৌগৎলকপা অহুৱাইদগী তা শকখংনবগা লোয়নননা কন্না নৈনবা হৌরকখি। ৱাফম অসি শ্রী খোঙচোম মোধুগী ৱারৈ পরেংশিং অসিদগী খঙবা য়াই। "অৱাবদি হৌজিক মথক্কী ক্লাসতা তমনবা "রচনা সংগ্রহ" প্রোজি সেলেকশন্স অমতস্তু উত্রি। ইংরাজী লোলগীস্তু বাঙ্গলাগীস্তু সংস্কৃতগীস্তু লৈবা লোয়না উট্টে। পত্রিকা অমা লৈরবদি ফজ্জ কঞ্জন। নচিংবা দিংগৎতুনা

ইরাই লাইনা "রচনা সংগ্রহ" লাইরিক য়াম্না থোকপা য়ারনি। অতৈ লোলগী রচনাশিংসু অসিগুম্বা অয়াম্বদি পত্রিকাদগী খনগৎলকপা ওাক্রুনি। XXX অসিত্তনি।" ১২৯

অসিনা তাকপদি শোক ১৯৩৭/৩৮ অত্তুরাই ফাওবা হায়রিবা 'এসে' গী ওইবা থৃৎই অসিগী নিংথিজবা মশক অমত্তা লমদমসিদা উবা ফংলমদে হায়বসিনি। মসিগী মমাংদা অনেম্বা ক্লাসসিংদা তম্বননবা রচনা থরা লৈরম্লবসু অরাংবা থাকী 'এসে' হায়বসিগী চপ চাবা গুণ চেনবা ৱারেং অমসুং মসিগী লাইরিকী মশীং ৱাৎনা লৈরম্মী। মসিগী থুদম অমসু শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা ইরম্বা অসি য়েংবা যাই।" এসে টাইপতা কবিরত্ননা ইরম্বা 'থম্বাল হায়বসি নোংমা ঐগা কবিরত্নগা থবক অমগী কৈশামথোংদা চৎলূবদা লম্বীদা শ্রী সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, এম.এ, এক্স-মিনিষ্টরগা উমত্তুনা বি. এ. দা তম্নবা এসে লাইরিক লৈত্রে, অমত্তা ইযুবা তাদা হায়না হায়রকই। মত্তু তাবদা কবিরত্ননা, "ঐগুম্বা করিসু খঙদ্রবনা ইবত্তু বি. এ. দা তম্বগী মতীক চাগত্রনে মমাক ইবুঙো" হায়না খুমখি। অত্তুধু খুমিংত্তুমকী সুমিদাংদগী হৌনা "থম্বাল" ইবা হৌখি।" ১৩০ অত্তুবু ৱারেংগী পান্দমদা ইখিবা থম্বাল অসি ৱারেং ওইদত্তুনা এলেগোরিগী মশক ওইখি। অসুম্না অঙাহল, চাউবা, কমল, য়েদ্রেম্নম বঙ্গবিহারী সিংহ, কৃষ্ণমোহন, মীনকেতননচিংবা অইবা কয়ানা অনৌবা ৱাখল্লানগা চান্নমা মণিপুরী ৱারেং ইবা হৌরকখি হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা নিলকান্ত, সমরেন্দ্র, বিনোদিনী, মণিহার বাবুমচিংবা কয়ানা লেপ্তুনা ৱারেং ইরি।

## ৱারেং অমসুং শৈরেংগী খেন্নবা :

সাহিত্যবু মঙৎ মতৌগী মত্তুং ইম্না য়েংলগা শৈরেং অমসুং ৱারেং হায়না মশা অনি থোক্না থায়দোকই। পৃথিবীগী সাহিত্য খুদিংমকতা শৈরেংনা হান্না পোক্লকই হায়বদি ৱারেংলগী মাংজিন থানা থোরকই হায়বসিদি ময়াম পুম্নমকা য়াম্নরবা ৱাকম্নি। অত্তুম ওইনমক শৈরেং

অমসুং ৱারেং হায়না। মশা অনি থোক্না খায়দোক্নগা সাহিত্যদ। শিজিন্ন-
নবগী অনি অসিমী মশক মওং মতৌদি মপানথোংগী মীয়েংদা থেম্ববা
উন্নবগী নমুংগী মচাকদি থেম্ববা লৈতে। থেম্ববা হায়ববু করিগুম্বা হৈ
অমা লৈ অমগী মওং মতৌ, মশক-মচু শীংথারকপা মতমদা শৈরেং
শিজিন্নৈ। অদুগা হৈ নম্রগা লৈ অদুগী মরমদা কুপ্পা লৈনদুনা মতম
তাকপদদি ৱারেং শিজিন্নৈ। অদুগা অনি অসিগী মরক্তা থেম্ববা অসি
লাইনা পুথোকপা ঙমদে। মসিগী মতাংদ শ্রীচোংথাম মণিহারনা—শৈরেং
অমসুং ৱারেং অনিগী থেম্ববসি চৌংগা পাংকা থেম্ববমুক লাইনা পুথোকপা
ঙম্বা নত্তে। অইবা অনিগী মীৎয়েং থেম্ববনা পোৎকী মগুণ ফাওবা থেম্ববা
মরমশিং ফোঙদোক্লবগী তোঙান তোঙানবা লম্বী থিনখিবতনি।১৩১
মসিগী মথা তাথনা অনিগী থেম্ববা তাকপদা য়াম্না শম্না অমদি ময়েক
শেংনা "অমনা মহুং ভংগনবা কল্পনাগী শাদোং অতোপ্পনা লৈতারবা
য়াখলগী।"১৩২ হায়রবসি পনবা য়াই। মসিগী মতাংদা কোলরিজনসু
য়াম্না ফজনা—"The opposite of prose is not peotry, but science, the opposite of prose is not peotry but verse."১৩৩ হায়রম্মী।

## ৱারেং অমসুং ৱারেং (প্রোজ অমসুং এসে) :

মতাং অসিদা "ৱারেং অমসুং ৱারেং" হায়রিবা অসিদা অহানবা
ৱাহৈ "ৱারেং" হায়রিবসিনা ইংরাজীগী "প্রোজ" অদুগা অকোনবগী
"ৱারেং" হায়রবসিনা "এসে" হায়বগী অর্থদা শিজিন্নবনি। তাকক অসিগী
মথা তেথরকপদা হেন্না ময়েক শেংনবা ইংরাজী ৱাহৈশিং "প্রোজ"
অমসুং "এসে" হায়বা অদু শিজিন্নগনি।

"প্রোজ" হায়বা অসি অহানবদা রোম অমসুং য়ুনানরোমনগী
হৌনকপা। "প্রোজ" হায়বা ৱাহৈ অসি লাটিনগী ৱাহৈ "প্রোসস"
(Prosa ১০৩) হায়বদুগী শুইরকখি। মসিগী অর্থদি— হকথেংনবা মত্রগা

চুমথ্রিং চুম্বা হায়বনি। অদুগা শিজিন্নরিবা প্রেন ওইনা ইতিং তিংনা হেক্তা হায়দোকপব্রু খঙনৈ। ৱোন্নশিংনদি অহানবদা "প্রোজ" বু "পেদেসট্রেন মিউজ" (Pedestrian Muse) লঙ্গী চৎপা মীশিংগী ৱারী হায়না খঙনরম্মী। মীশিংনা লঙ্গী চৎপা মতমদা কন্নিগুম্বা থোদোক ৱাথোক অমগী নত্রগা ভাবনা শাবা ৱারী লিতুনা নত্রগা ৱাহং পাউখুমগী মওংদা ৱারী শাতুনা অবা পে থানৈ। অসিগুম্বা মওংদা 'প্রোজ সাহিত্য' অসি হৌরকখি। অদুবু মতমগী মতুংইন্না মীওইশিংনা হৈনা ৱারী লীবা অমসুং ৱাথল থনবা ওম্নবপদগী ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি প্রমান-পাম্থৈ শিজিন্নবা হৌরকখি। মসিগা লোয়ননা মীওইবনা লাইরিক-লাইশু হৈরকপা অমসুং হেন্না চাউখৎলকপদগী প্রোজগী মশকতুম্ব অহোংবা কয়া লাকখি। অসুম্না হোংলকপা প্রোজগী মশক অসিদগী তোঙান-তোঙাম্বা সাহিত্যগী বিধা কয়া থোরকখি। বিধাশিং অদুগী মনুংদা "এসে" হায়বসিসু অমনি। "এসে" হায়বসিসু অযাম্বনা প্রোজগী মওংদা ইনৈ। অদুবু কমাগুম্বনা শৈরেংগুম্না ইবসু য়াওই হাযনৈ। অদুম ওইনমক 'প্রোজ' অমসুং 'এসে' দা খেন্নবা য়াম্না লৈখ্রে। প্রোজগী মনুংদা "এসে" সু য়াওই অদুবু এসেগী মনুংদা প্রোজ লোইনা য়াওবদি ঙমদে। মরম অসিনা "প্রোজ" অমসুং "এসে" অনিগী মরক্তা সাহিত্যগী মহাওসু খেন্ননা লৈ।

হৌজিক "এসে" গী হৌরকপা অমসুং চাউখৎলকপগী মরমদা ইংরাজী, সংসকৃত, বাঙ্গলা অমসুং মণিপুরীদা শন্নগনা নৈনজরি।

## ইংরাজী সাহিত্যদা প্রোজ অমসুং এসেনা হোরকপা অমসুং চাওখৎলকপা ঃ

ইংরাজী সাহিত্যদা ৱারেংগী ওইবা খোঙহৌ অসি চাউরাক্লা ১২শুবা শতাব্দীগী তঙখায় চন্নকপা মতম অদুৱাইদগী হৌরকখি। অহানবা ওইনা চাউসন্ন অমসুং ৱাইব্রিফ অনিনা শৈরেং অমসুং ৱারী বয়া ৱারেংদা ইখোরকই। মসিদগী ৱারেংগী অশেংবা মশক হৌন্নকখি। অদুগা ৱারেংগী

ওইবা খুৎই অসিদা মশাগী ওইবা তোপতোম্না অমদি ইমৌ নৌবা শক্তম অমা লৌরকখিবদি রেনানসান্স (১৫০০—১৬০০) কী মতমদগীনি। মতম অসিদা য়াম্না তমজনিংঙাই ( আইদিল ) ওইবা সমাজ অমগী মরমদা ইবা থোমাস মোরগী " ওটোপিয়া " ( Utopia ) ১৫১৬ থোরকই। মসি অহানবদা লাটিন্দা ইবদগী ইং ১৫৫১ দা রালফ রোবিনসন ( Ralph Robinson ) না অহানবা ওইনা ইংলাজীদা হন্দোকখি। মসিদগী ইংরাজী সাহিত্যদা বারেংগী ফজবা মশক অমা থোরকপগা লোয়নমা মরায়া পায়বা হেনগৎলকখি।

অতুগা ইংরাজী বাহৈ "এসে" হায়বা খুৎই অসি চাউরাক্না ১৬শুবা শতাব্দী অতুরাইদগী হৌনা শকথংনরকখি। মসিগী অহানবা অইবা মীশক্তি ফ্রান্সকী মোন্টেন ( ১৫৩৩-১৫৯২ ) হায়বসিনি। মহাক্না মহাক্কী ভোল্যুম অত্রমগী লাইরিক ( অহানবা অমসুং অনীশুবা ভোল্যুম ১৫৮০ অমসুং অহুমশুবা ভোল্যুম ১৫৮৮ ) অসি ফোংলকপদগী "এসে" হায়বা বাহৈ অসি মীয়াম্না খঙনবা হৌখি। মোন্টেননা হৌদোকপ্রবা মতুং ইন্থই কুইদনা ইংরাজীগী এসে ইবা ফ্রেনসিস বেকোন ( ১৫৬১-১৬২৬ ) থোরকখি। মহাকপু ইংরাজী সাহিত্যগী ইহান হানবা এসে ইবা মীনি হায়না লৌনৈ। মহাক্কী এসে হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা এসে'শং অসিগী থীমদি থবায় পান্দবা, উবা ফংদবা, মণোবৈজ্ঞানিক ওইবা পোং নত্রগা থৌদোক্কী মরমদা ইবা ওইনা তৌই। অতুগা অমরোমদা মোন্টেননা মহাক্কী লাইরিক অসিদা মরম্নাইগী ওইবা পুন্সিগী মশক অমসুং মাগী অকোযবদা লৈরিবা ফীভমশিংগী মরমদা ই। মাগী অসিগুম্বা খুৎই অসিবু য়েংলুবগা মহাক্কী বারেং অসি মীওইনগী পুন্সি অমসুং মসিগা মরী লৈনবা থৌদোক্কী মরমদা ইবনি হায়বা য়াই।

"এসে" হায়বা বাহৈ অসি "এস,ই" (Essai) হায়বদগী লাকপনি। মসি ইহান হান্না মোন্টেননা মহাক্কী বারেংগী লাইরিক্তা শিজিন্নখা হৌখি। "এসে" নত্রগা "এসাই" হায়বা বাহৈ অসি য়াম্না থেংনা ১৬শুবা

শতাব্দী অসিবাইদগীদা থোরক্লবসু মসিগী মচাক ওইরিবা পোৎশকশিং অসিদি য়াম্না ওল্লিদ্ভেদগী হৌনা লৈরে হায়না মত পীনৈ। "The words essay is late but the thing is ancient. For Senecas Fpistles to lucilius, if one mark than well, are but essay, that is dispersed meditation, thoughts conveyed in the Form of Espitles."১১৪ মাহৈ অসি বেকোননা মাগী এসেগী অইবশিংবু "প্রিন্স ওফ মালিস" তা কৎপদা শিজিন্নখিবনি। মাফম অসি লৈতুনসু এসে হায়বা অনৌবা মাহৈ অসিনা সাহিত্যগী বিধা অমা ওইনা খণ্ডনরকপদি মোন্টেন অমসুং বেকোনগী মতমদগীনি হায়না লৌনৈ। মথোয় অনিমক শতাব্দী অমতদা থোরকপনি। অদুম ওইনমক মথোয় অনিগী এসেগী খুৎই অমসুং মফোংদোক্লদি থেমবা য়াম্না লৈ। মোন্টেনগী খুৎইদি অরিবা কয়াদগী মতেং লৌরগা মহাক মশামক অমসুং ইমুং-মনুং, মরূপ-মপাংশিংগী ওইনা পুথোকপনি। মহাক্না য়াম্না লাইবা অমসুং ইচম চম্বা হীরমদগীনা য়াম্না চাউবা অমসুং লুবা হীরম ফাওবা খুৎ থারম্মী। মহাক্কী খুৎইদা হান্নগী পরিংগা চাম্বা অনৌ অনৌবা কয়াসু থেৎচিননা থেংনৈ। মসিনা মোন্টেনগী ভোপ ওংমা খুৎই অমনি। অদুগা বেকোন্দি মোন্টেনগুম্বা থেক্লা, কোয়না ইদে। হায়নিংবা, ফোংদোক্লিংবা মাফম খুদু হেন্না ইতিং তিনা হাযদোকই। অসিগুম্বা বেকোনগী খুৎই পাউতাক্কী ওইনা খুৎইনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা এসেগী লময়ানবা অনিসুগী পরিংদা ১৭শুবা শতাব্দীদা অব্রাহম কোলি (১৬১৮-১৬৬৭) না চৎশরকই। মহাক্কী ফজবা মায়েংশিং অদু পাক্নবদা পেন্নবুনা মহাকপু "ফাদর ওফ দি ইংলিস এসে" হায়না খণ্ডনখি। মাগী মথং ১৮শুবা শতাব্দীদা হোগৎলকপদদি ইংলণ্ডদা অনৌবা প্রেস লিংখৎকুনা মতম মতমগী ওইবা চেকোং কয়া ফোংনরকখি। চেকোংশিং অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মতমতুগী রাজনিতিগী চেয়াংবা মশক, সমাজগী থৌদে নাম্বা'থাক অমদি সাহিত্যগী মশক তাক্লনা চেংখনবনি। চেকোং শিং অসি

কোঙ্‌লকপদগীদি মীয়াম্না সাহিত্যবু মরুওইনা এনেম্বু শাম্নবা হেনগৎখি। মতম অসিগী এসে ইবশিংগী মনুংদা রিচার্দষ্টিল (১৬৭২–১৭২৯) অমসুং জোসেফ এডিসন (১৬৭২–১৭১৯) অসিনা থাখুঙী কবা অমসুং মীয়াম্না পাম্নবা অমসুং কজবা এসে ইবা ওইরম্মী। মথোয়গী মতমদগীদি এসে অসি সাহিত্তাগী বিধা অমা ওইনা ফজনা শকথংনবা হৌরে। মতম অসিরাইদা লৈরম্বা এসে ইবা খরদি জোনাথান সুইপ (১৬৬৭–১৭৪৫), আলেকজেন্দর পোপ (১৬৮৮–১৭৪৪), ডাঃ স্যামুয়েল জোনসন (১৭০৯–১৭১৯) অচিন্নচিংবনি।

১৯শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা মমিং চৎখিবা এসে ইবশিংগী মনুংদা খরদি থোমাস দি কুন্সি (১৭৮৫–১৮৫১), বিলিয়ম হেজলিট (১৭৭৮-১৮৪০) চার্লস লেমব (১৭৭৫–১৮৩৪), জোন রসকিন (১৮১৯- ) অসিনচিংবনি। মথোয়শিং অসিগী মরক্তা খ্বায়দগী মমিং চৎনা ইরম্না মীশক্লি চার্লস লেম্বনি। মহাক্কী মতম অসি ইংরাজী সাহিত্যদা বারেংগী মপুং ফাবা চাওখৎলবা মতমনি। মহাক্না বারেং ইবা মতমদা মহাক্কী ইমুং-মনুং, মরী-মতাগী ওইবা হীরমদা ই। অদুবু মহাক্কী হৈ-শিংবা থুৎইনা নিংথিনা শেম শারগা পুথোরকপা মতমদা কনানসু অতোপ্পগী মরমদা ইবা বারেংনি হায়না খনখিদে। বারেং পুম্নমক নিবন্ধকার মশাগী ওইবা বাখন্দা পুথোরকখি। মরম অসিনা মহাক্কী বারেংশিং অসিদা বারেংগী ওইবা গুণ পুম্নমক ওনা তিল্লি হায়না লৌনে। লেমসকী মথংদা রোবার্ট লুইসগী মমিং পনবা য়াই। মহাকসু মোন্টেন অমসুং লেমসকী মতৌগুম্না মতমতুগী অমিং চৎপা এসে ইবা মীওই অমনি। ময়াম্না খন্নরিবা বারেং হায়বসিদি অইবা মশাগী ওইনা য়াম্না থাজনা ফোঙদোকপা থুৎই অমা ওইগদবনি হায়বতুমক লুইসকী বারেংশিংদসু ফংই। মরম অসিনা মহাক্কী বারেংশিং অসি হৌজিক্কী বারেংশিংদগী করিসু তাদে হায়না লৌনে। মহাক্কী মথংদগীদি হৌজিক ফাওবা এসে এসে ইবা করাসু মজ মজবা এসে কয়া লেপ্পা লৈতা পুথোকরক্লি।

অসুম্না ইংরাজী সাহিত্যদা এসেনা হৌরকপসি ১৬শুবা শতাব্দীদগী ওইরবসু তশেংনা মওং চুম্না ফিরেপ চানা হৌরকপদি ১৮শুবা শতাব্দী-দগীনি। মতম অসিদগী এসে হায়বা বিধা অসি মীয়াম্না পায়বা অমসুং সাহিত্যগী মরু ওইবা হীরম অমা ওইনা লৌনখি।

## সংসক্রৃত অমসুং সাহিত্যদা বারেং (এসে)গী মশক :

ভারতকী ওইনা খুয়দগী মাংজিন থানা পোকখিবা সংস্কৃত সাহিত্যদা কাব্যনা মখিং চৎনা চাউখৎত্রবসু বারেংগী (প্রোজ) মতাংদদি অহুক হাক্না ওনখিদে। ব্যাকরণ, ধর্ম শাস্ত্রনচিংবা বিষয় অয়াম্বা শৈরেংগী মওংদা ইনখি। মসিগী মরমদি চিনফা পুবদা অমদি তাবদা নুংঙাইননবনি। অহুম ওইনমক কৃষ্ণজনজু বেদ অমসুং বেদগী টিকানচিংধদি বারেংদা ইনরম্মী। অসুম্না সংসকৃত লোন্দা গদ্য সাহিত্যনা চাউখৎলকপসি দণ্ডিগী "দশকুমারচরিত" নচিংবা থোরকপা মতমদগীনি। মসি চাউরাক্না ৬/৭ শুবা শতাব্দী অহুবাইদগীনি। মতম অসিদদি সংসকৃত লোন্দা গদ্য সাহিত্যগী মশক ফজনা উবা ফংলে। মথোয়শিং অহুগী মনুংদা শুবনধুগী "বাসবদত্ত", বানভত্তগী "হর্ষচরিত" অসিনচিংবা পনবা য়াই। মতম অসিদগীদি সংসকৃতকী পণ্ডিতশিংনা গদ্য সাহিত্যগী মনুংদা "কথা" অমসুং "আখ্যান" হায়না মথল অনি খায়দোকতুনা কুপ্না নৈনবা হৌখি।

অসুম্না সংসকৃত সাহিত্যদা বারেংগী মশক অমা কন্দুনা লৈরক্লবসু "নিবন্ধ" হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী বিধা অসিগী হৌরকপা অমসুং মসিগী চাউখৎলকপগী চপ চাবা মশক অমদি ফংবা ঙমদে। মসিবু ফংনবা থিরকপগা মরী লৈননা নাগরি প্রচারিনী সভা, বনারসনা ফোংবা "হিন্দী সাহিত্যগী ইতিহাস" তা ইরিবা রাকম অসি য়েংবা য়াই। "সংসকৃত সাহিত্যদা নিবন্ধ হায়বা বাহৈ অসি শিজিন্নরম্মী। অদুবু ঙসি ঐখোয়না ইংরাজীগী বাহৈ "এসে" হায়বগী অর্থদা লৌরিবা "নিবন্ধ" হায়বসিগী মশক্কি নত্তে। সংসকৃত সাহিত্যদা শিজিন্নরম্বা নিবনধগধ অর্থদি

য়াম্না দর্শনিক ওইবা হীরমদা কুপ্না ইবা পাবা (মৈনবা) গী অর্থদা লৌনরম্মী। অহুগা মতু বারেংদা নত্রগা শৈরেংদা ইবসু য়াই। মসি করিগুম্বা কান্দা নিবনধগী মহুত্তা "প্রবনধ" হায়নসু কৌনরম্মী। ১৩৫ হায়রিবা বাফম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, মহুদি— সংসক্রত সাহিত্যদা ঙসিগী "এসে" হায়বসিগী অর্থগা চান্নবা তোঙান্বা সাহিত্যিক বিধা অমা লৈরমদে হায়বসিনি। হায়রিবা "এসে" হায়বসিগী পান্দম, মীৎয়েং অমসুং খুৎহই অসিদি তশেংনমক ইয়ুরোপতা ১৬/১৭শুবা শতাব্দী-দগী হৌরকপা সাহিত্যগী অনৌবা বিধা মখল অমনি। অতুম ওইনমক হৌজিক ভারতকী সাহিত্যে অয়াম্বদা "নিবনধ" হায়বা বাহৈ অসি এসেগা মান্নবা অর্থদা শিজিন্নরি। অসিগুম্বা "নিবধ" হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থবু "বিশ্বহিন্দি কোশ" তা মখল ১২ থোক্না খায়দোকতুনা পীরি— (১) পুনবা, (২) তিনসিনবা, (৩) অপাম্ব (অসকতি), (৪) ইবা (সাহিত্যগী তিকা তৌবা), (৫) পুনিসনবা, (৬) দান তৌবা, (৭) অ,ম্বা খুহুম চনবা (সংযম), (৮) অপনবা, (৯) পরিং নাইবা, (১০) অরেপ্পা মশকই লৈবা, (১১) হৌরকপা, (১২) মরম (কারন)১৩৬ মখোয়শিং অসিগী মতুংদা মতাংগা চান্নবা য়েংতুনা নিবনধ হায়বা বাহৈ অসি শিজিন্নরম্মী। "নিবনধ" হায়বসিনা তোঙানবা সাহিত্যিক বিধা অমা ওইনা খঙনরিবসিসু মথক্কী অর্থশিংসিগী মমুংদগী "পুনবা" অমসুং "ইবা" হায়বা বাহৈ অনিসিগী অপুনবা অর্থদনি।

মথক্তা হায়রিবা বাফম থর অসি নত্তনা সংসক্রত সাহিত্যদা "নিবনধ" অসি সাহিত্যগী বিধা অমা ওইনা ঙসি লৌনরিবা অসিগা চান্নবা অর্থ নৈনরম্বা নত্রগা বিধাসিগী ওইবা মশক উবা ফংদে। অতুবু নিবনধগী ওইবা মচাক অমসুং মমিংদি অতুম লৈরম্মী।

## বাঙ্গলা সাহিত্যদা বারেং (এসে) :

বাঙ্গলা সাহিত্যদা প্রোজ অমসুং এসেনা হৌরকপগী মতাং অসি নৈনত্রিঙৈগী মমাংদা বাঙ্গলা সাহিত্যনা হৌরকপগী মরমদা শমলপনা

পঙ্গরি। বাঙ্গলা সাহিত্যনা হৌরকপসি চাউরাক্লা ১১/১২ শুবা শতাব্দী অহুবাইদগীনি। হায়রিবা মতম অসিদা ইনবা সাহিত্য অমু য়াম্না কজবা অমসুং অবাংবা থাক্কী বাঙ্গলা লোলদি ওইখিদে। মতমহুদা মীয়াম্না ভাংনবা "প্রাকৃত" (অপভ্রংস হায়না খঙনবা) লোন্দা ইবা সাহিত্য ভাক্তনি। তশেংনা বাঙ্গলা লোন্দা ইবা হৌরকপদি চাউরাক্লা ইং ১৪৮০গী অহুবাইদগীনি। মসিগী খুদম ওইনা মালাধরনা চহি ৭ চংনা ইবা (১৪৭৩ ৭৪–১৪৮০।৮১) "শ্রীকৃষ্ণবিজয়" হায়বা শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী কাব্য অসি য়েংবা য়াই।১৩৭ মসিগী মমাংদা কৃত্তিবাসকী "রামায়ণ" অমসুং কাশীরামদাসকী "মহাভারত" ইরম্মী। অহুবু লাইরিকশিং অসিদা ইবগী শক, তারিক্লচিংবা অমত্তা পল্লমদে। অহুগা ইরিবা লোল অহুসু অরিবা ওইগনি হায়না মত পীনবা য়াওই।১৩৮ অতুম ওইনমক ১৫শুবা শতাব্দী অসিবাইদগীদি বাঙ্গলা লোন্দা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসি থোরকপগা লোয়নবা বাঙ্গলা সাহিত্যগী মমি তমলকখি।

বাঙ্গলা লোন্দা প্রোজনা হৌরকপসি চাউরাক্লা ১৬/১৭ শুবা শতাব্দী অহুবাইদগীনি। মতম অসিবাইদা কলকতাদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানী লিংখৎলকখি। কম্পানীগী মীওইশিংনা মথোয়গী ধর্ম্ম শন্দোকপা অমদি লল্লোন ইত্তিকী থবক্তা খুদোং চানবা হায়দুনা ছাপাখানা লিংখৎলগা বাঙ্গলা ময়েক শাহুনা শিজিন্নবা হৌরকখি। মসিনা বাঙ্গলা লোল সাহিত্যগী চাওখৎপদা অচৌবা মতেং অমা পীখি। মসিগীসু মথক্তা শোক ১৮০০ দা ফোর্ড ৱিলিয়ম কলেজ লিংখৎতুনা বাঙ্গলা, হিন্দিনচিংবা ভারতকী লোল কয়ামরুম তম্বীনবগী থৌরাং তৌরকখি। মসিনা অমুক্তসু বাঙ্গলা লোল অমসুং সাহিত্যগী চাউখৎ খোংথাংদা অনৌবা ঈনোং অমা পীখি। কলেজ অসিদা ৱিলিয়ম কেরিনা বাঙ্গলা লোন্দা তম্বীবগী থবক পুরম্মী। মরম অসিনা মহাক্লা বাঙ্গলা অনৌবা সাহিত্যগী ওইবা শৈরেং অমসুং বারেং পুথোক্লবা থৌরাং কয়া তৌই। থৌরাং অসিগী মথাদা রামরাম বসু, মৃত্যুঞ্জয় বিদ্যালঙ্কারনচিংবা অইবা

কয়া থোরকখি। মথোয়না বাঙ্গলা লোন্দা ৱারেং-শৈরেং ইবদা নত্তনা সংসকৃতনচিংবা লোলশিংদগী লাইরিক কয়াগী অনুবাদ তৌখি। অসুম্না মথং মথং চংথরকপনা রাজরামমোহোন রোইগী থৌরাংদগী টেক্সবুক্কা নত্তনা বেদ, বেদান্ত, উপনিষদনচিংবা কয়া বাঙ্গলাদা হন্দোক্কহনখি। অসুম্না ১৮শুবা শতাব্দী সিবাইদগীদি বাঙ্গলা লোন্দা প্রোজ সাহিত্তনা মশাক থোক্লা চাউথংপা হৌরকখি।

ইং ১৮১৮ দা "সমাচার দর্পন" কৌবা চেকোত্ত অমা থোরকখি। মসিনা বাঙ্গলা লোন্দা ফোঙবা চেকোঙশিংগী মনুংদা অহানবমি হায়না লৌনৈ। মসিদা মীচম প্রজানা থংবা ইচম চম্বা লোন্দা সাহিত্যগী ওইবা মচাক কয়া ফোঙলকখি। মসিগী মথংদদি অতৈ চেকোং কয়া মথং মথং থোরকতুনা বাঙ্গলা লোল অমসুং সাহিত্যগী ওইবা রাফম কয়া থম্ম নৈনবা হৌরকখি। মতাং অসিদা পনবা যাবা রাফম অমনা ১৮১৫ দ, বাঙ্গলা সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শিন্দুনা "ভার্নিকুলর লিটরেরি কমিটি" অমা শেমখি। কমিটি অসিনা অঙাংশিংগী তম্নবা লাইরিক নত্তনা অতৈ সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক কযাসু পুথোকতুনা অহোংবা মমলদা মীয়ামবু ফংহনখি।

মসিনা মবম ওইতুনা ১৯শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা অসিরাইদদি বাঙ্গলা লোল অমসুং সাহিত্যগী ফজবা মশক অমা লাকপা হৌরকখি। অসিগুম্বা অনৌবা সাহিত্যগী ফজবা মশক অমা পুরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াখিবশিংগী মনুংদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, রাজ নরায়ন বসু, রাজ রাজেন্দ্র লাল মিত্র, তরানশঙ্কর তর্করত্ন, রামপতি ন্যায় রত্ন, দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, কলিপ্রসন সিংহ অসি পনবা য়াই। মথোয়শিং অসিগী মরক্তগী শিংথাবা য়াবা "বাঙ্গলা ৱারেংগী মপানি" হায়না ফাওবা হায়নবা মীশক্তি ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনি। মহাক্না বাঙ্গলা গদ্যগী মওং নাইদ্রবা মশকপু ফজবা অনৌবা শক অমা পুথোক্কপা হৌরকখি।

" " বাঙ্গলা সাহিত্যদা এসেনা চাউথংলকপদি শুমগী ১৯শুবা শতাব্দীগী মরাই ওইবা মতম চাউরাক্না ১৮৩৮—১৮৯৪ অসিবাইদগীনি। হায়বিবা মতম অসি বংকিমচন্দ্র চুট্রোপধ্যায়না অনৌবা "এসে" কয়া ইরকখি। ওপোংনমক্তি অহানবদা। মহাক অসি উনন্যাসকার অমা ওইনা উপন্যাস কয়াসিরবা মতুংদা ফজরবা "এসে" কযা ইরকখি। মহাক্না বেঙ্গোলি সমাজদা ওইরিবা অমদি থোক্লিবা থৌদোক-বাথোক কয়াবু 'এসে' দা ময়েক শেংনা য়েঙ্গবা হোৎনরকখি। মরম অসিনা মহাকপু মতমতুগী বেঙ্গোলি সমাজনা অচুম্বা অমসুং অরানবা অনিগী মরক্তা ফজনা বায়েনবা (মশক তাকপা) অইবা অমনি হায়না ইকাই-খুম্নবা উৎলম্মী। মতম অসিদা রবিন্দ্রনাথ টেগোর নত্তনা কনাগুম্বা অইবা অমত্তনা মহাককুম্না সমাজগী অশেংবা মশক থাহ্নমশাগী অচুম্বা বাখল কোঙদোকপা ঙম্বা লৈখিদে। মহাক্না ইরম্বা "বমলা বাস্তরদপতর", "নবজিবন সধারনি" অসিনচিংবা এসেশিং অসি মতমতুগী খ্বাইদগী মীয়াম্না পাম্নবা মশক্তি। মাগী মথংদা ঠাকুরদাস মুখোপাধ্যায় (১৮৫১–১৯০৩), কালিপ্রসন ঘোষ (১৮৪৩–১৯১০) হরপ্রসাদ ভর্ত্তচার্য্য (১৮৫৩-১৯৩১) অসিনচিংবশিং অসি থোরকখি।১৩৯ মখোয়না তোঙান তোঙানবা হীরম অমদি মিংথোন্দা ফজরবা এসে কয়ামরুম ইরম্মী। মখোয়না শিজিন্নরম্বা লোল অতুম্না মতমতুগী ফজবা অমদি মীয়াম্না লাইনা খঙনবা য়ই। মখোয়গী এসেশিংগী থীম, মীৎয়েং, অমসুং খুৎই য়াম্না শাক-চাউই। অতুম ওইনমক মখোয়না অনৌবা বেঙ্গোলি সমাজ অমা শেমগৎপদা মতেং পাঙ্গদবা মীওইবগী লমচৎ, ধর্ম্মদা কা হেন্না থাজবা, প্রকৃতিগী হোংবা নাইবা খোঙচৎ অমসুং মাগী ফজবা মশক কয়াদা মপুং ওইনা ই। মরম অসিনা বিধা অসি অনৌবা ওইরবসু বেঙ্গোলি সমাজনা য়াম্না পাম্না পানখি। হায়রিবসিগী পরিংদা অমদি অত্তোপ্পা মওং কয়াদা হৌজিকসু অনৌ অনৌবা নিবন্ধকার কয়া থোরক্তুনা ফজবা নিবন্ধ কয়া ইনরক্লি।

## মণিপুরী সাহিত্যদা বারেং (এসে) :

মণিপুরী সাহিত্যদা এসেনা হৌরকপগী মতাং নৈনত্রিঙৈদা এসেগী হৌরককম ওইরিবা প্রোজগী চাউরাকপা মশক অমা হায়না পীনবা হোৎনজরি ।

মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমদা প্রোজগী মশক অসি "পোইরৈতোন খুনথোক" "নুমিৎ কাপ্পা" নচিংবা বারীশিং অসিনি। হায়রিবা লাইরিক অনিসিগী মনুংদা পোইরৈতোন খুনথোক অসি পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনদি অহুমশুবা শতাব্দীদা ইরম্বনি হায়না হায়নরি।১৪০ মহাক্না হায়রম্লিবা বাকম অসি শ্রীবাহে বম য়ুমজাও সিংহনা ইবা লাইরিক্তা য়ুম্ফম ওই।১৪১ অদুবু হায়রিবা বাকম অসিমক্তি থাজনিংঙাই ওইদে। মরমদি মণিপুরদা ময়েক পুথোকতুনা লাইরিক ইবা হৌরকপসি ঙল্লবদা ১৩শুবা শতাব্দীগী মতুংদগীদি হৌবনি। মসিগী মথংদা ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা, সনামহি, লাইকল, চৌংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা, চন্দ্রকৃত্তি জিলা চংবনচিংবা বারেংগী লাইরিক কয়ামরুম থোরকখি। মথোয়শিং অসিগী খুৎই অসি প্রোজগী খুৎইদা ইবনি। অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা প্রোজগী ফজবা মশক অমা বারী ওইনা নগ্রগা অইবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমদগী হৌনা লৈরক্লে।

অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা প্রোজগী মশক অমা ঙল্লিঙৈদগী লৈরক্লবসু হৌজিক্কী এসে হায়বা সাহিত্যগী বিধা অসিগী অশেংবা মশক অমা লাকখিবদি ২০শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদগীদি। মতম অসিদা টেক্সবুক, চয়োল, থাথায়, থাগী ওইবা চেকোঙশিং পুথোক্লরকখি। মসিদগী মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মরু ওইনা এসেগী মশক অমা শেম্বা হৌরকখি। লোয়নবা অসিগুম্বা অনৌবা সাহিত্যগী মশক শেম্বা মীওই কয়া অমসু চোংথোরকই। মথোয়শিং অদুগী মনুংদা মকরসিংহ, মুনাল, য়েনত্রেম্নম বঙ্গবিহারী, অয়াম কমল, পুখ্রম্বম পারিজাৎ, হবাইবম

নবদ্বিপচন্দ্র, চাউবা, কমল, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ অসিনচিংবনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা এসে ইবা ওইনা খোরকখিবদি য়েনেন্দ্রগম বনবিহারী (পাওমেন, ১৯২৭), অয়াম কমলগী (শিনকম, ১৯২৮), হুরাইবম নবদ্বিপচনদ্রগী হুকচাং নাদনবা পাথৈ, অঙাংহল (থম্বাল, ১৯৪৭) অসিনচিংবনি। মখোয়শিং অসিগী মথংদা মীনকেতন, কৃষ্ণমোহন, নীলকান্ত, সমরেনদ্র, বাবু, মণিহার অসিনচিংবনি। হায়রিবা নিবনধকার-শিং অসিনা ফজরবা পুক্নিং থাখল ওইবা, লমচৎকী ওইবা, সমাজগী অমদি ছাত্র নহারোলগী ওইবা লমচৎশিংগী মরমদা বারেং কয়া ইতুনা মণিপুরী সাহিত্যদা এসেগী ফজরবা মফম অমা কলহল্লি। হৌজিকসু মখোয়শিং অসিগী মনুংদা কয়া অমদি হিংলি। মখোয়গী শালবা সাহিত্যগী অনুভাব (এক্সপেরেন্স) অমসুং মপুং ফারবা থাখলদা ফজ ফজরবা মফম অমসুং মতমগা চান্নবা বারেং কয়া লেপ্পা লৈতনা পুথে ক্রি। অতুবু মখোয়শিং অসিগী বারেং পুম্নমকপু কোনশিন্দুনা নৈনবদা অকিবা লৈবদগী অমদি "বারেংগীদমক্তা বারেং ইবা" অমসুং "বারেংগী মপা" হায়না মিংথোল ফংলবা খাইরাকপম চাউবা সিংহগী বারেংতবু লোখৎলগা নৈনজবনি।

শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহগী বারেংশিংগী মখল, হীরম, মীৎয়েং, থুৎই অসি নৈনবদা হেন্না ময়েক শেংননবগীদমক্তা মতাং অসিদা এসেগী দিফিনিসন প্রোজ অমসুং এসে, প্রোজ অমসুং পোইত্রিগী খেন্নবা, তোঙান তোঙানবা লোলশিংদা এসেগী হৌরকপা অসিনচিংবশিং অসি নৈনজবনি। মখোয়শিংসিগী মনুংদা এসেগী দিফিনিসন অসি নুক্তনা অতৈদি তাক্কসিগী অহৌবা শরুক্তা নৈনজগে। হৌজিক এসেগী দিফিনিসন অসি তোঙান তোঙানবা অখঙ-অহৈশিংগী মতকা লোয়ননা মথাদা শম্পা পীজরি।

**এসেগী দিফিনিসন :**

মথক্তা এসেগী হৌরককম অমসুং মসিনা চাওখৎলকপগী মতাং শম্পা নৈনজগে। হৌজিক এসে হায়বসি করিনো? মহাক্কী মও মতৌ

করম তৌবগে হায়ৱসিগী মতাং অমুক নৈনজরি। মসিগী মতাংদসু তোঙান তোঙানবা মত লৈ। মহুদিং সেম্জবেরিনা য়াম্না চম্বা মওংদা "ৱারেং ওইনা ইবা ৱারেং অমনি" হায়না মত পীরম্মী।১৪২ অদুগা Oxford Dictionary দা—"A composition of immoderate length on any particular subjects or branch of subject originally implying want to finish, but now said of a composition more or less elaborate in style, though limited in range ১৪৩ হায়না হায়রি। অদুগা অমুক Mr. Benson না "The essay is the revere, the frame of mind in which a man says, in the world of the old song says, in the world. I to myself, say I"১৪৪ হায়রি। অমরোমদা অমুক Dr. Johnson "A loose selly of mind, an irregular indigested piece not a regular or orderly performance." হায়না হায়রম্মী। অসুম্না অমুকসু J.B. Priestly না " A genuine expressiou of an original personality, an artful and enduring kind of talk"১৪৫ হায়না তোঙানবা মত পীরম্মী। অদুবু মথক্তা পীরিবা মতশিং অসিদসু য়ানিংদবা ফোঙদোকপগী মওংদা Anthony X Soares না অসুম্না হায়রি।" এসে হায়বসি ৱারেংদা ঙাক্না ইবা তারবদি Alexander Pope কী " Essay on Man " হায়বগি শৈরেংগী মওংদা ইবনিনা ৱারেংনি হায়ররোইদ্রা ? অদুগা এসে হায়বসি তেনগদবনি হায়বা শারগস্ত Locke কী " An Essay on Human Understanding হায়বসি য়াম্না শাংবা মপুং ফাবা লাইরিক অমনি। মদুনা মসি এসে ওইররোইদ্রা ? অসুম্না অমুকসু এসে হায়বসি শংলু লুহংলোইদবনি হায়বসিগী মতাংদা David Humeগী "Treatise of Human Nature " হায়বসি হৌরমদস্ত নত্তনা খুৎইদসু লুই।১৪৬ মসিদু এসে নত্তবরা ? হায়রিবা মতাংশিং অসিদগী অকরবা মওং মশক

অমা লৈতে হায়বসিনি। মসিগী মরমদা করিগুম্বা খরা হায়বসি য়াম্না লুনা থোকই। মসিগী মতাংদা Anthony X Soares না হায়রম্বা বাহৈ অসি পনবা য়াই। মহুদি— " Essay is a very elastic and elusive term, and very difficult to confine within the Boundary of Definition" মনিমক য়াম্না চুয়া থোকই। অদুবু অখণ্ড-অহৈশিং না পীনরম্বা মতশিং অসি য়েংনুরগা খরমখৈ চারবা য়েংলগা 'এসে' গী মশক অস্থুম্না লেপ্পা য়াই। অখণ্ড-অহৈশিংনা পীনরম্বা মতশিং আসদা বারেং ওইনা তৌবা, অতেনবা খুৎহৈনি হায়বসি তক্তনা পল্লম্মী। অদুনা এসে হায়বসি প্রোজগী শৈরেংগী মওংদা ইববু এর্সেনি হায়না লৌরগসু সাধারণ মীয়াম্না য়ানবদি বারেংনি হায়বসিনি। অদুগা অমুকসু Locke কী অশা'বা বারেং অমসুং অঙাংহনলগী 'খপাল' হায়ফেৎ শাংবা বারেং ওইরবসু অয়াম্বা মীওইশিংনা তেনতক তৌবা খুৎই মহুদা পু'রু'গী অনিংববু ফোংদোকপা খুৎইসু ওইনা লৌনৈ। অদুনা য়াম্না ফজনা এসে হায়বসি মহৈশানা বারেং ওইনা তৌবা, অতেনবা মওংদা ইরিবা মী অদুনা মশামক্কী পুন্সিগী থৌদোক-থোক অদু ইরকপদা মশামক্কা মশকসু তাকচবা ( Subjective ) নত্রগা তোঙান তোঙানবা ছৌরমদা ( Objective ) নৈনরিবা খুৎই অদুবু খঙনৈ হায়বসি অয়াম্বনা য়ানৈ।

নিবনধগী মতাংদা মণিপুরগী সাহিত্যকার অমসুং সমালোচকশিংনা পিনবা মত খরা মথাদা পীজরি— শ্রীমেংখোম ধনঞ্জয় সিংহনা "এসে" গী মতাংদা অস্থুম্না হায়— "নিবনধ" হাহৈ অসি ইংরাজীদা শীজিন্নরিবা "এসে" গী অর্থদা হিন্দীদা শীজিন্নরকখিবনি। তৌইগুম্বসুং মথোয় অনিগী অর্থদি থেমৈ। "এসে" না "হোৎনবা" হায়বনি অদুগা "নিবনধ" গী অর্থদি "পুনবা" নি। লুপা অমতগী তোঙান তোঙানবা মমাই অনীগুম মিংতা থেম্নবনি পোৎশক্তি অমতনি।"১৪৮ শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহনা খরা কোটরপনা অস্থুম্না এসেগী মশক তাকপা হায়বসি য়াম্না লাইবা থবক্তি নত্তে হায়বগী মতাংদা ইরি।

"করিগুম্বা বিধা অমবু মওং মতৌ ফজনা খণ্ডলবসু চপ চাবা পরিংদা পরিভাষা পীবদি পঙলায় লায়দে ওইথোক্তবদি নত্তে। অসুম্না নিবন্ধ করিনো হায়রা অতুম্যক খণ্ডনৈ, পরীক্ষাদা অঙাংগী প্রশ্ন অমদা মশগী মরমদা রচনা অমা ইবু হায়রবদা অমুক হংনরবা তৌদনা নিবন্ধ ইরমগনি কবিতা নত্রগা ৱারী ইরমোই। অতুগা করিনো কদায়বু কৌই হায়না হংলুরবদি পরীক্ষাগী অঙাংশিংদি লায়রম্না নৈনবতনা মথৌ ওইরবা কৌশিং করা তুমিন্না লৈনবা শোয়দে, অতুগা তুমিন্না লৌতবা তারবসু অমা অমগা মত থেন্নরকপা অসিদি ময়েক্কী ওইনা তৌরিবনি।"১৪৯

অতুগা অয়েকপম চন্দ্রমণি সিংহনা অমুক অসুম্না হায়রি—

"মমাংঙৈগী মতমদা ছাপা নম্বগী থবক হৈনরমদে। মতম অতুদা ভোজপত্র নত্রগা তাডাগী মনাশিংগী মথক্তা ইনরম্মী অমসুং মংখায় অতু পুস্তিন্দুনা লাইব্রিকী মওংদা থম্মরম্মী। মতৌ অসুম্না পুনশিনবগী থবক অসিবু নিবন্ধ নত্রগা প্রবন্ধ হায়না কৌনরম্মী। তপ্না তপ্না মতুংদা মসিগী অর্থ তোঙানম্রে, অয়ান্বা ৱাখলশিং নত্রগা ব্যাখ্যাশিংগী য়ানশিন্নবা নত্রগা পুস্তিনবা বিধা অতুবু নিবন্ধ হায়না খঙনরক্লে। হৌজিক্কী মতমদা মথং মনাও নাইনা ফোঙদোকপগা লোয়ন লোয়নবা লেখক্তা মশাগী লোন্দা অমদি মশাগী শৈলীদা ফোঙদোকপা বিধা অতুবু 'নিবন্ধ' হায়না খঙনৈ।১৫০

অসুম্না অখণ্ড-অহে কয়ানা মাগী মাগী মত পীবতু এসেগী মশক তাক্লি।

মথক্তা এসেগী ওইবা দিফিনিসন থম্না পীখ্রে। অসিগুম্বা এসে অসি খুৎথোকদোক্কী মতুং ইন্না চাউরাক্না মথল অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। মতুদি সবজেক্তিপ এসে অমসুং ওবজেক্তিপ এসে। অতুবু মসিগী

চাউরাকপা মথল অনিসিগী মখুং পান্দম অমসুং খুদোংচাবা য়েংহনা এসেগী মথল কয়ামরুম থোক্লা অমুক খায়দোকই।

১। বিষয়গী মতুংইন্না খায়দোকপা
২। খুৎইগী মতুংইন্না খায়দোকপা
৩। লোল অমসুং পুথোকপগী মতুংইন্না খায়দোকপা।

## ১. বিষয়গী মতুংইন্না খায়দোকপা :

বিষয়গী মতুংইন্না নিবনধগী মথল খায়দোকপা য়াই। অহুম ওইনমক মসিদি য়াম্না লুনা থোকপা অমনি। মরমদি বিষয় হায়বসিগী অকক্নবা ওমথৈ লৈতে, নিবনধকার অহুগী হৈ-শিংবা অমসুং অপাম্বগী মতুংইন্না—ইতিহাস, পুরাণ, ধর্ম, দর্শন, রাজনীতি, সমাজ, বিজ্ঞান, অর্থশাস্ত্র মীওইবগী পুন্সিগী থৌদোক-থাথোক কয়া সংস্কৃতি, পুক্নিংগী থাখল, লমকোইবা, সংসারগী লেংলি পাল্লিবা মফমশিং অসিগী মরক্তগী অমা অমা হেক্তা লৌখৎলগা ইবা য়াই।

খুদম ওইনা ঐখোয়গী নিবনধকার চাউবগী বারেংগী হীরমশিং অসি য়েংবা য়াই। মহাক্না মহাক্কী বারেংশিংদা শোক্তবা হীরম লৈতে হায়বা য়াই। চীং, পাৎ, তুরেল, শা-ঙা মীওইবগী থাখল, ধর্ম, চামচৎ, বিজ্ঞান অসিনচিংবা।

## ২. খুৎইগী মতুং ইন্না খায়দোকপা :

খুৎইগী মতুংইন্না নিবনধগী মথল কয়া থোক্লা খায়দোকপা য়াই। নিবন্ধশিংগী লাইরিক অহুগী তাক্ককী ওইনা খায়দোকপা নত্রগা থাহৌদোক্কী মওংদা খায়দোকপা নত্রগা শাংলবা ভাষণ অমা পীবগী মওংদা চৎথরক্লগা তাক্ক ওইনা চৎথরকপগী মতুংইন্না খায়দোকপা নত্রগা থাইহনা ফোংদোকপা মফোংদোক খুৎই অমসুং টাইল অহুগী মতুংইন্না খায়দোকপা অসিনচিংবা।

৩. লোল অমসুং পুথোকপগী মওং মতৌগী মতুংইন্না নিবনধগী মখল খয়েদোকপা য়াই। হায়রিবা মখল অহুমমক্তা মগুণগী মতুংইন্না পণ্ডিতশিংনা নিবনধগী মখল কয়ামরুম থোক্লা অমুক খায়দোকই। চাওখাক্লা ভারতকী ওইনা নিবনধগী মখল মঙা থোক্লা খায়দোকই। মথুদি—

ক. (১) বর্ণনাত্মক নিবনধ
(২) বিচারাত্মক নিবনধ
(৩) বিবর্ণাত্মক নিবনধ
(৪) ভাবাত্মক নিবনধ
(৫) হাস্যব্যঙ্গাত্মক নিবনধ

অদুগা ইংরাজী সাহিত্যদা নিবনধগী মখল অহুম ফংই। মথুদি —

খ. (১) দিসক্রিপটিভ এসে
(২) রিফ্লেকটিভ এসে
(৩) নেরেটিভ এসে

অহ্নবদা ভারতকী ওইনা লৈবা। চংনবা মখলশিংগী মরমদা শন্নগা ইজরি—

ক. (১) বর্ণনাত্মক নিবন্ধ মখল অসিদা লম অমগী মমিং, মফম, চাং, তুরেলনচিংবা প্রকৃতিগী ওইবা পোৎশিংগী বর্ণন তৌহুনা ই। মসিদা য়েক্লিবা পোৎ অদুগী মশক অদু অইবা নত্রগা অপাবশিংগী মমাংদা শংশং উবগুম তৌই। মসি ইংলিসকী দিসক্রিপটিভ হায়বা এসে মখল অদুগা অমত্তনি।

(২) বিচাত্মক নিবন্ধ— মসিদি ৱাখলনা মপুং ওই। মখল অসিগী নিবনধ অয়াম্বা অক-ফত্ত য়েংনবা, সমালোচনা তৌবা অসিনচিংবসিনা মরু ওই। মখল অসিগী নিবধনী হীরমসু য়াম্না চাং লেম্বা ওইগনি। মসিগী থোইদোকপা গুণ অমদি ৱাহৈ অমগা ৱাহৈ অমগা নত্রগা ৱাহৈ পরেং অমগা ৱাহৈ পরেং অমগা নত্রগা তাঙ্কক অমগা তাঙ্কক অমগগী

মরক্তা ভংনে-থানবা য়াম্রবা মরী অমা লৈগদবনি। মসিবু ইংলিসকী রিফ্লেকটিপ হায়বা মথল্ল অমুগা অমহাক্নি।

(৩) বিবার্ণাত্মক নিবনধ—মথল অসিনি বারীগী মই (কথা শৈলী) গী মতুংইন্না থায়দোকই। মথল অসিগী বারীশিং বারী লিলগা হায়ফেৎ মান্নে। করিগুম্বা মতমদা বারী মচা কাওনা মান্নলকতুনা বারেংগী মগুন মাংলকপা যাওই। অদুবু অইবগী হৈ-শিংবনা বারেংগী মুংঙাইবা পীনবা হোৎনৈ। বিবর্নাত্মক অসি নেরেটিপ এসেগা মান্নে।

(৪) ভাবাত্মক নিবনধ— মথল অসিগী নিবনধশিংদি বিচারাত্মক নিবনধশিংগা পুরা তায়েন্নৈ। মথল অসিদি কবিত্বনা মপুং ওইবা নিবনধ ওই। হায়বদি শৈরেংগুম্না পাবা অমসুং তাবা নুংঙাইবা ইমোসনেল ওইনা তৌবা মওংনি। পাবা অমসুং ভাবদা তাল নাইনা চৎথৈ। অদুগা নিবমধকারনা ইবা মতমদসু য়াম্না ইনিংবা/হায়নিংবা ইথিল অমগা লোয়ননা ই।

(৫) হাস্যব্যঙ্গাত্মক নিবনধ— মথল অসিগী নিবনধশিংদি নোক্লিংবনা মসুং ওই। মসিদা কনাগুম্না অমবু নত্রগা করিগুম্বা অমবু মওং অমদা পানশিন্দুনা সিম্বোলিক ওইনা পুথোক্লগা করেয়বগুম্না নোক্লিংবা পোকহল্লি। মসিনা বারেং অসিগী মগুনসু ওই। অদুবু হায়রিবা মথল অসিগী নিবনধদি য়াম্না তাংই। নিবনধকারশিংনা পংই ইনদে।

অসুম্না নোংপোক অমসুং নোংচুপকী অইঙ-অহৈশিংনা নিবনধগী মথল অসি থায়দোকনৈ। অদুম ওইনমক মসিনা নিবনধগী মথল থায়দোকপা লোয়রে হায়বদি লৈতে। ইনসাইক্লোপেদিয়া আমেরিকানদা খুৎথগী মতুংইন্না এসেগী মথল কয়ামরুম থোক্না থায়দোক্লি।

১) ওবজার্ভেসন, ২) ফেমিলিয়ার, ৩) করেক্তর, ৪) দিসক্রিপটিপ

৫) ক্রিটিকেল, ৬) সাইনটিফিক, ৭) ফিলোসোফি, ৮) নেরেটিভ

৯) লেক্তর অমসুং ১০) ইদিটোরিয়েল।১৫১

নসিগী মসুংদা ৫ ( শুদ্ধদগীনা অরোইবা ফাও ) লেন্না ফোর্মেল ৩টবনি হায়না লৌনৈ।

১) ওবজার্ভেসন—হায়বা অসিদা প্রোভাব, অতেনবা কাং ৷ বা অমা পাউতারুচিংবনা মরু ওইনা ই।

২) ফেমিলিয়ার—মসিদা থেংনরুবা অমদি উন্নরুবদা ফাওরকপশিং অড় ইডুনা অইবড়গী মশক হায়কেৎ তাকই।

৩) করেক্তর—করিগুম্বা পারা অমা তম্বীনিংবগী মাখলগা লোয়-নড়ুনা অয়াম্বা মতমদা মী অমগী মগুণশিং নত্রগা মখল, থাক নত্রগা কাংলুপকী মরমদা ই।

৪) দিস্‌ক্রিপটিভ—মসিদা অইবগা মখলনা মচু শংলবা চরিত্র মশক উৎপনি।

৫) ক্রিটিকেল—কলাগী ওইবা পোৎথোকশিংদা, চরিত্রগী মরমদা সমাজগী থৌদাংশিংদা নত্রগা থৌদোকশিং অফ-ফত্ত লেপ্পবা হোৎনড়ুনা ইবা।

৬) সাইনটিফিক—বিজ্ঞানবু পামহন্নবগী অনিংবগা লোয়ননা বিজ্ঞানগী চাংয়েংশিংগী ফলগী মরমদা ইবা।

৭) ফিলোসোফি (রিফ্লেকটিভ)—ধর্ম্ম, দর্শনশাস্ত্র, বিদ্যা, সরকার অমসুং ইতিহাসকী মরমদা অফ-ফত্ত খল্লরুবা, নৈনরুবদগী ফংলকপা অচুম্বশিং অড়গী মরমদা নৈনবা।

৮) নেরেটিভ—য়ারী লীবগী মওংদা নৈনবা/ইবা।

৯) লেত্তর—চিঠি ইবগী মওংদা ইবা।

১০) ইদিটোরিয়েল—নিত্তিগী অমদি মতম মতমগী চেফোংশিংদা য়াওরিবা সম্পাদকিয়শিং।

মথক্তা ভারতকী অমদি নোংচুপলোমগী হায়বদি ইংরাজী সাহিত্যগী লৌনরিবা নিবন্ধগী মখলশিং শমলপা খরা পজপ্রে। মসিগী মথংদা

অমুকসু ইনসাইক্লোপেদিয়া আমেরিকাগী মতুংইন্না থায়দোকপা নিবন্ধগী মখলশিংগী মতাংদসু শমলগা ইজল্লে। মসিগী মরক্তগী ইনসাইক্লোপেদিয়া আমেরিকাদা থায়দোক্লিবা এসেগী মখলশিং অসিগা ঐখোয়গী নিবন্ধকার শ্রীশ্রীইরাকপম চাউবগী নিবন্ধশিংগী মখলগা চান্নবা য়েংবা মতমদা ৯ অমসুং ১৪ শুবদা লৈরিবা লেত্তর অমদি ইদিটোরিয়েল হায়বা মখলগী নিবন্ধ অসি মতুনা অতৈ লোইনা ফংই। হায়বদি চাউবনা ইরম্বা নিবন্ধশিং পুম্না ( মরিকুনিপাল ) অসি হৌরম, মীৎয়েং, খুৎই অমসুং মফোংদোকী মতুংইন্না মখাগী অতুন্না থায়দোকপা য়াই ঃ

১. ওবজার্ভেসনগী ওইবা এসেগী মখল
২. ফেমিলিয়ার ওইবা এসেগী মখল
৩. করেক্তরগী ওইবা এসেগী মখল
৪. দিসক্রিপটিভকী ওইবা এসেগী মখল
৫. ক্রিটিকেলগী ওইবা এসেগী মখল
৬. সাইনটিফিককী ওইবা এসেগী মখল
৭. ফিলোসোফিগী ওইবা এসেগী মখল
৮. নেরেটিভকী ওইবা এসেগী মখল

মথক্তা পীরিবা চাউবগী এসেশিংগী মখল অসিগী মনুংদা লৈবা ৱারেংশিং অতুগা কোম্বনা মখলশিং অসিগী শমলপ্পা মশক অমা মখাদা পীজরিঃ—

১. ওবজার্ভেসনগী এসেগী মখলঃ

ক) ভোগদবা থবক্তা মাই ওনসিল্লু ( ছাত্রমচা )
খ) নিংবা কাঙ্গগম্নু হন্না হন্না হোৎনৌ ( ,, )
গ) মীগী মপাল ভাংবা তমগন্নু ( ,, )
ঘ) অকবা লঙ্গ ভিল্লু ( ,, )
ঙ) অহল-লমন্না হায়বা ইল্লু ( ,, )

চ) মতম মাংহনগনু (ছাত্রমচা)
ছ) নোলন্দুকপা তম্মু ( ,, )
জ) চাং নাইবা তম্মু ( ,, )
ঝ) ভাগ্যচন্দ্র (ফিদম)
ঞ) থম্বা অমসুং নোংবানগী পাউতাক ( ,, )
ট) পুক্লিং চংবা (কান্না বা)
ঠ) য়াহৌওনবা ( ,, )
ড) হকচাং নাদনাবা পাহৈ ( ,, )
ঢ) লোয়া (সাহিত্য অহানবা)
ণ) মা পুন্নক মহৈ হনগদবনি ( ,, )
ত) যুমদা য়োকপা শানা বান্নবা ( ,, )
থ) ধাতুনা কান্নবা ( ,, )
দ) উইন কনবা ( ,, )
ধ) তৌগদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা ( ,, )

তাঙ্ককনিগী মহুংদা পাবিবা বারেংশিং অসি অনেম্বা থাককী বারেংনি হায়না লৌবগন্তু অংাংশিংদা পাউতাক পীবগী মওং ওইনা অমসুং খঙবদা কান্নবা মাকশিং যাওবা বারেং উাক্তুনি। চাউবনা ইবা বারেশিংগী নংদা মথল আসগী মহুংদা হাযরিবা বারেং ১৯ অসি থম্বা যাই।

২. ফেমিনিযাব এসেগী মথলঃ

ক) মোইবাংদা চেয়োল অমা অমসুং লোক্তাক (ফিদম)
খ) বেলগী থোঙচং

বাবেংশিং অসিদা চাউবা মশামক্তা হকথেংনাক্কবা অমসুং মতুদা মশামকতা ফাওখিবা অলাংসুংগাইগী মশক অদু তানলো ই। অসিগুম্বা খুংই অসিবু ফেমিনিং নহাগা পর্সনেল এসেগী খুংই মথলনি হায়না লৌনৈ।

খুৎই অসি নিবন্ধকারশিংনা য়াম্না পামনয়ক্লিবা খুৎই মখল অমনি। চাউবগী ওইনম্ মাগী ৱারেংশিংগী মচুংদা মখল অসিগী ওইনা অনিথক অসিদমক থেংনৈ।

৩. কন্স্ত্রক্টর এসেগী মখলঃ

ক) অচুম্বা ঙাংবা জর্জ ৱাশিংটন (সাহিত্য অহানবা. কান্নরা)

খ) বেঞ্জামিক ফ্রাঙ্কলিন ( কান্ন বা )

গ) নোললুকপা সার আইজাক নিউটন ( ,, )

ঘ) মপু নিংবগী অথোইবা খুদম ( ,, )

ঙ) মোইরাং থোইবী ( ফিদম )

চ) হাজি মহম্মদ মহসিন ( কান্ন বা )

মখল অসিদি মী অমগী মত্রগা মী কাংবু অমগী মরমদা চুম্না শুগাইনা ইবনি। চাউবনা মহাক্কী ৱারেংশিং অসিগী মিংথোল ওইরিবা মীওইশিং অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা মতিক-মগুণশিং অহু শীংথাহনা ই। চাউবগী ওইনা মখল অসিগী ওইবা ৱারেং ৬ (তরুক) অসিতনি।

৪. দিসক্রিপটিভ এসেগী মখল ঃ

ক) ছাত্র ( ছাত্রমচা )

খ) তম্বা ( ,, )

গ) মীওইবা ( ফিদম )

ঘ) লৈবাক্কী রুহী ( ,, )

ঙ) ঈশ্বর ভক্তি ( ৱাখলগী ঈচেল )

চ) শিনফম ওমবা ( ,, )

ছ) মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱা কায়বা (ৱাখলগী ঈচেল)

জ) মৈতৈগী কেথোক মোথোকপা থায়না অমসুং হৌজিক ( ,, )

ঝ( মৈতৈলোন ইনবা পথাপ

ঞ) খাগীগী লানফম ( ফিদম )

ট) ঐথোয়গী লৈবাক ( সাহিত্য অহানবা )

য়ারেংশিং অসি চাউবনা মহাক মশামককী য়াথলগী ওইবা পরীংদা শাগৎলগা তোওান তোওানবা হীরম অমসুং মিংথোলদা পুথোক্লনি। য়ারেংশিং অসি মিংথোলগা চাননা য়ায়া ফজনা শন্দোক্না অমদি শীংথাহনা ই। য়ারেং মথল অসিগী ওইনা চাউবগী খুৎইশিংগী মনুংদা য়ারেং তরামাথোই (১১) অসি ফংই।

৫. ক্রিটিকেল এসেগী মথল :

ক) কবি (য়াথলগী ঈচেল)

খ) কবি অমসুং কাব্য (জ্যোতি)

গ) খম্বা থোইবী হৌরী অমসুং মহাকাব্য (ফিদম)

য়ারেংশিং অসি চাউবনা কলাগী ওইবা পোৎথোকশিং অমদি মসিগা মরী লৈনবা কয়াদা, চরিত্রশিংগী মরমদা অফ-ফত্ত লেপ্লবা হোৎনহনা ই। মথল অসিগী ওইনসু চাউবগী ওইনা ৫ (অহুম) অসিতসি হায়বা য়াই। মথল

৬. সাইনটিফিক এসেগী মথল ;

ক) নুমিৎ (কান্ন য়া)

খ) প্রলয় (ভিদম)

গ) য়ুহারাবা অমসুং মৈগী চীং (ফিদম)

ঘ) লৈচিন অমসুং নোং (কান্ন য়া)

য়ারেংশিং অসিদা চাউবনা সাইনসপু মীয়ামদা থওহন্নবা অমসুং পামননবা হোৎনৈ। অদুনা য়ারেংশিং অসি রেংবদা মপুং ওইনদি দিস্ক্রিপটিভ এসেগী মনুংদা চন্না থম্বসু য়াই। নরমদি পোৎশিং অসিগী মরমদা শন্দোক্না অমদি শীংথাহনা ইবা মরমনা। অদুবু সাইনসকী কান্নবশিংবু তাকপা য়ারেংশিং থিরকপদা হায়রিবা য়ারেংশিং অসি থম্বা য়াই।

৭. ফিলোসোফি। রিক্রেকসিপ এসেগী মথল :

ক) থোইবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্বা (ফিদম)
খ) লাতনবা অমসুং মপুগী শিঞ্জং ( ,, )
গ) মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা ( ,, )
ঘ) লুংঙাইবা ( ,, )
ঙ) থৌজান ( ,, )
চ) শিদবদি মিংচত্তনি ( ,, )
ছ) মণিপুরীগী ইতিহাস ( ,, )
জ) নিংথৌদা চৎকদবা লীচৎ (কাম্ন ৱা)
ঝ) মপা মমা অমসুং মচিন মনাওদা চৎকদবা লীচৎ (কাম্ন ৱা)
ঞ) তোল্লবা জীবশিংদা চৎকদবা লমচৎ ( ,, )
ট) কল্লবপা ( ,, )
ঠ) শিৱা কিবা (ৱাখলগী ঈচেল)
ড) লাইবক অমসুং থবক ( ,, ,, )
ঢ) মৈনৈলোন ( ,, ,, )
ণ) মীন্নুংশি ( ,, ,, )
ত) মানা করি হায়খিগদগে ( ,, ,, )
থ) মীতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণ ধর্ম্ম (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা)
দ) মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা থৱা (নহারোল)
ধ) মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাসকী মরমদা থৱা (জ্যোতি)
ন) লমচৎ (ছাত্রশক্তি)
প) ইন্দী খুতুম নেবা ( ,, )
ফ) পুকচেল তিংবা ( ,, )
ব) লমচৎ (কাম্ন ৱা)

মথল অসি মখুংদা লৈরিবা ৱারেংশিং অসি ৫০ শুমন তোঙানবা হীরমদা মরুওইনা। ধর্ম্ম, দর্শনশাস্ত্র, বিদ্যা, সরকার ৩০৫৫ ইতিহাসকী মরমদা

চাউবগী ৱারেংশিং অসি নিবন্ধগী মথলশিংগী মতুংইন্না চাননবা য়েংতুনা থায়দোকপা মতমদা চয়েৎনবা থন্না লৈ। মরমদি মহাক্কী ৱারেংশিং অসিগী মনুংদা থরদি অমগা অমগা য়ান্না মান্নবা য়াওই। অতুৰু মান্নরে হায়তুনা তাক্কক অমদা পুল্লপ থম্বস্থ য়ানবা ওইনা তৌই। মরমদি হীরম মান্নরগনু থুংই মান্নদবা নত্রগা থুংই মান্নরগস্থ মকোংদোক্না মান্নদবা য়াওই— মরম অসিনা ঐখোয়না মহাক্কী ৱারেংশিং অসি নৈনতুনা মথল থায়দোকপা মতমদা ৱারেংগী অয়াম্বা শরুক্কা মান্নবা য়েংলগা মতুংগা চাননা তাক্কক্কা থম্মনবা হোংনৈ। হৌজিক চাউবগী ৱারেংশিং অসি হীরম, মীৎয়েং অমস্তুং থুংইগী মতুংইন্না মথল থায়দোকতুনা নৈনরি।

## চাউবগী ৱারেংশিংগী হীরম :

চাউবগী ৱারেংশিং অসি কুপ্পা নৈনতুনা য়েংবদা মহাক্কী হীরম অমস্তুং মীৎয়েং য়াম্না পাক চাউনা উই। মহাক্কী হীরম্না য়াম্না পাক চাউখিবগী মরম থন্না লৈ, মতুংদি, চাউবা মশামক পুকচেল য়াম্না চাউবা, পাক চাউনা থনবা, মাও অমস্তুং তুংগী ফিভম উবা, পোং অমস্তুং জীব থুদিংমক্কা মান্নন য়েংবা ওম্বা অমস্তুং কবিগী গুণ অসিনি। মসিগীস্থ মথক্কা মহাক লোল য়াম্না খঙবা অমস্তুং হৈবা ( সংসকৃত, বাঙ্গলা, ইংরাজী, থোইদোক্না মণিপুরী লোলগী অরিবা অমস্তুং অমৌবগী মরমদা নীংথিনা মমুৎ তানা খঙবা ) মীশক অমস্থ ওইরম্মী। হায়রিবশিং অসিনা মরম ওইতুনা মহাক্কী পুক্লিংদা ফাওরকপা করিগুম্বা হীরম অমা নত্রগা অমদা হেক্তমক থুং থাবা ঙমখিবনি। মসি মহাক্কী থোইদোকপা গুণ অমনি।

চাউবগী ৱারেংশিংগী হীরম অকক্কবা লৈতে। মহাক্কী পুক্লিংগী ঈথিল মতুংইন্না ইন্নিংবা হীরম অমদা হেক্তা ই। মহাক্না ইরম্বা ৱারেংশিং পুম্না ১০৩ ( চাম শুম অহুম ) অসি নৈনতুনা য়েংবদগী খঙবা ঙম্মী, মতুংদি, থায়নগী অকল-অথৌ, পুকচেল শেংবা ফিদম্লিংওাই ওইবা মীশকশিংগী মশক তাকপা (চরিত্র য়েকপা ), ছাত্র অমস্তুং নহারোলশিংদা, কান্নগদবা

পাউ চাক পীবা মীয়াম্মা থঙনবা অমসুং পা:বা পাউরেং শিক্ষিগ্গিনা লৈবাক্কী সংসকৃতি মশক তাক্পবা হোৎনবা মহৌশাগী (প্রকৃতি) ওইবা পোৎলম, বিজ্ঞানগী ওইবা হীরম অসিনচিংবা কয়া কোনশিল্লি। মহাক্কী বারেংশিংগী হীরমশিং অসি য়েংলুরগা বারেংগী হীরমগী সংখ্যাদা হায়নরিবা বাকমশিংগা য়াম্মা চাননা থোকই। "সংসারদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎ অমগী মরমদা নিবন্ধ ইবা য়াদবা লৈতে।"১৫২

অশেংনা হায়রবদা বারেং ইনবগী অকক্নবা বিষয় অমা লৈতে। মসি অয়াম্বা আলোচকশিংনসু য়ানরবা য়াকপি। মতাং অসিদা Hugh Walker গী মত নিংশিংবা য়াই—

"Apparently, there is no subject from the stars, to the dust heap and from the amoeba to man, which may not be dealt with in an Essay"১৫৩

বাকম অসি চাউবগী বারেংশিংগী হীরমগী মতাংদসু চপ চানা থোকই। মথক্তসু হায়জগে—চাউবগী বারেংগী ওমথৈ য়াম্মা পাক চাউই হায়না। অদুবু নৈনবদা খুদোং চানবা হায়তুনা মহাক্কী বারেংশিং অসি পন্দুপ অমসুং হীরমগী মতুংইন্না য়াম্বা য়েংলগা মখাগী অসুম্মা থমজরি—

১) মহৌশাগী ওইবা হীরম
২) লোল অমসুং সাহিত্যগী ওইবা হীরম
৩) পুক্লিং বাখলগী ওইবা হীরম
৪) পাউতাক্কী ওইবা হীরম
৫) ধর্মগা মরী লৈনবা হীরম
৬) ফিদয়িংতাই ওইবা মীশকশিংগী হীরম
৭) অতৈ অতৈ।

১. মহৌশাগী ওইবা হীরম :

চাউবনা মহাক্কী বারেংগী হীরম খল্লকপগী মতুংদা "মহৌশাগী ওইবা" হায়বদি প্রকৃতিগী মশক ওইনা লৈজরবা হীরমশিংদসু খুৎ

থারম্মী। তাস্কক অসিগী মঙ্গংচন্না লৈরিবা মীওইবা, য়ুহারাবা অমস্তুং মৈগী চীং প্রলয় ( ফিদম ), সুম্নিং লৈচিন অমস্তুং নোং (কাম্নবা বা ), পৃথিবীগী মথা অমস্তুং মঙ্গং ( বাখল), ধাতুনা কাম্নবা (সাহিত্য অহানবা) অরিনি। বারেংশিং অসিদা ঈশ্বরনা তাইবং পানবা অসি শেম্বদা য়াওরক্লবা নত্রগা তাইবংপানবা অসিবু থোক্নবা ( শেম্নবা ) হোৎনবদা চংদবা য়াদবা মশক ওইরিবা মীওইবা, সুমিং, থা, চীং, তুরেল, লৈচিন অমস্তুং নোং অসিনচিংবা হীরমশিং অসিগী মরমদা বাহং পাউথুমগী মওংদা মথোয়শিং অসিগী মতিক-মগুণ তাক্লবা হোৎনম্মি। কাংলুপ অসিমক্কী মঙ্গং চন্না থম্নিবা "পৃথিবীগী মথা অমস্তুং মঙ্গং" অমস্তুং "ধাতুনা কাম্নবা" হায়বা বারেং অনি অসিদা অমুক মহৌশাগী ওইবা পোৎশিংনা ঐথোয়দা পীবা কাম্নবগী মরমদা ইরি। অতুগা অমুকস্তু কাংলুপ অসিমক্কী মঙ্গংচন্না থম্নিবা ( লৈরাংবা, য়ুহারহাবা অমস্তুং মৈগী চীং ) হায়বা অসিদনা তাইবং পানবা অসি ইবুংঙো মহাক্কী থুংশেম্মি। মসিগী লৈবা, লৈহন্দবা, কাম্নবা কাম্নদবা অমস্তুং মসিগী লোইশিনবা ( মাং তাকহনবা ) অসিস্তু ঈশ্বর মহাক্কী থুংতা লৈরিবনি হায়বস্তু তাক্লি। তাইবং পানবা অসিদা লৈবা লৈতবা অমস্তুং মসিগী কাম্নবা কাম্নদবা পুম্নমক অসিগী থুপচিনবা, লোইশিনবা হায়বসি মীওইবগী বাখলগী বাংস্কদা লৈবা মহৌশাগী ( প্রকৃতিগী ) খোংচৎনি হায়বস্তু চাউবনা খুদম অমস্তুং প্রমান কয়ানা তাক্লনবা হোৎনৈ। তাইবংপানবা অসি করি করিগুম্বা মতমদা ওমখৈ লৈতনা অরাবা প্রলয়গী মশক ওইবা চৈথেং কয়া থেংনৈ। অসিগুম্বা মতম অসি ঈশ্বরবু থাজবা মীশক নত্রগা বিজ্ঞান খঙবা মী ওইরবস্তু মীপাইনিংঙাই ওইহনা লৈরি। 'মহৌশাগী ওইবা' হায়বা তাক্কক অসিগী অসিগী মঙ্গংদা য়াওরিবা বারেংশিং অসি নৈনবদগী খঙবা ফংদী, মতুদি— তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা, ওইরিবা, ফংলিবা অমস্তুং থোক্লিবা খোঁদোক পুম্নমক অসি মহৌশাগী খোঙচৎকী মতুংইন্নানি। মসি কায়বা নত্রগা শেমদোক-শেমজিন তৌবা য়াদে। পুম্নমক প্রকৃতিগী খোঙচৎ ওইনা লাকপনি অমস্তুং থোকপনি হায়বস্তু চাউবনা তাক্লবা হোৎনৈ,

## ২. লোল অমস্তুং সাহিত্যগী ওইবা হীরম :

চাউবগী খারেংশিংগী মন্নুংদা "লোল অমস্তুং সাহিত্যগী ওইবা হীরম" কায়বা তাক্কক অসিগী মন্নুংদা থম্লিবা খারেংশিং অসি য়াম্না মক্ক ওই। হায়রিবা খারেংশিং অসিদা চাউবনা মাগী পামজবা অমস্তুং হৈশিংবা পুন্নমক উৎনবা হোৎনৈ হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই। মহাক্কী খারেং 'মৈতৈলোন', কবি, কবি অমস্তুং কাব্যনচিংবা খারেংশিং অসিদা মহাক্না খাথল, অপাগা পুন্নমক মতিং থোক্না ফোংদোক্লবা হোৎনরি। খারেংশিং অসিদা মৈতৈলোনগী ফজবা, থোৎ-নৌবনচিংবা মতিক-মগুণ কয়া থাজনা নৈনরি। অতুগা কবি, কবি অমস্তুং কাব্যনচিংবদা সাহিত্য করিনো, অমদি কবি হায়বসি কনানো হায়বনচিংবা কয়া শন্দোক্না তাক্লবা হোৎনৈ। অরোইবদা মহাক্না থনবা অমস্তুং পাম্বা মওং অতু মযেক শেংনা ফোংদোকই। হায়রিবা খারেংশিং অসিগী মথংদা— "মাগপুরগী সাহিত্যগী মরমদা খরা", "মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম" "মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরমদা খরদং" অমস্তুং "খম্বা থোইবী খারী অমস্তুং মহাকাব্য" হায়না খারেংশিং অসি লৈ। হায়রিবা খারেংশিং অসিদসু মণিপুরী সাহিত্যগী ফজবা, মৈতৈ সাহিত্যদা অতোপ্পা সাহিত্যগী মপি তারকপা, মক্ক ওইনা বৈষ্ণব ধর্মগী ইথিল চঙলকপা, মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাস, খম্বা থোইবীগী খারী অমস্তুং মহাকাব্য হায়বসি মহাকাব্য অমা ওইবা য়াত্রা নত্রগা য়াদত্রা হায়বনচিংবগী মরমদা শন্দোক্না নৈনৈ।

চাউবনা থরায় হকচাং অমত্তা ওইনা পামজনা হোৎনখিবসি মথক্ত খিবা খারেংশিং অসিগী পান্দমশিং অসিনি। মথক্তা ইঙ্গ্রিব মৈতৈলোন অমস্তুং মসিগী সাহিত্যগী সেবা তৌবদা চাউবা চোকথবা লৈখিদে। মহাক মৈতৈলোন অমস্তুং সাহিত্যগী সেবাদা থবাই হকচাং, লন-থুম করিগুম্বা অমত্তা পাম্নবা লৈখিদে। মরম অসিনা মহাক্না

অতৈ লোন অমস্তুং সাহিত্য তমলু-পারুবা হায়বদি নৈনরুবদগী রুংলকপা পুক্নিং লৌশিং ওইবা পুন্নমক মৈতৈলোন অমস্তুং মসিগী সাহিত্যগী সেবাদা কৎখোকখি। চাউবনা মহাক্কী মতমগী সমাজদা লৈরিবা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা মৈতৈলোন অমস্তুং মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা করিস্তু ওইদনা খন্নরিবা ৱাখল মওং অতুদা য়াম্না পেন্দবা ফাওরম্মী। মহাক্না মখোয় ময়ামশিং অতুদা মৈতৈলোন অমস্তুং মসিগী সাহিত্য অসি অতৈ লোল অমস্তুং সাহিত্যদগী করিস্তু ৱাৎতে, করিস্তু তাদে হায়বসি হুন্ন হন্না হায়রম্মী। অতুগা মসিগী খুদম ওইনা পীননবা লৈতবা কয়াস্তু মহাক মশামক্না ইছুনা নত্রগা অতোপ্পা মরুপ-মপাংশিংদা ইহুন্দুনা পুথোক্লবস্তু হোৎনখি।

তশেংনা হায়রবদা চাউবগী সাহিত্যগী খুৎইশিংগী মস্তুংদা খ্বাইদগী মক্ক ওইরিবা ৱারেংশিং অসিগী মস্তুংদস্তু তাক্কক অসিদা (লোন অমস্তুং সাহিত্যগী ওইবা হীরম) থম্লিবা ৱারেংশিং অসিনা থন্নায়নি। চাউবগী ৱারেংশিং অসিদগী হায়রিবা ৱারেংশিং অসি লৌথোকখনদি য়াম্না তয়াং তয়াংবা ৱারেং ৱাক্তা ওইনা থোক্লবা য়াই। হায়রিবা ৱারেংশিং অসিদি সাহিত্যগী মচল অমা ওইনবা হোৎনখিবনি। মরম অসিনা মহাক্না সাহিত্য অমস্তুং মসিগা মরী লৈনব। অতৈ বিধাশিং কয়া কোনশিন্দুনা নৈনবা হোৎনরম্মী। অতুগা হায়রিবা ৱারেংশিং অসি নত্তবা ৱারেংশিংদি ছাত্র অমস্তুং নহারোলগী কান্নবা নত্রগা মখোয়দা পাউতাক থরা পীননবা ওইনা ইখিবনি। মসিগা লোইননা মতমতুগী ছাত্রশিংনা তম্নবা পান্না অমমম ওইনা হাপ্পবা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা ইখিবা ভাক্তনি।

কলকতা বিশ্ববিত্তালয় অমস্তুং গৌহাটি বিশ্ববিত্তালয়নচিংবনা মৈতৈলোনবু ভারমুকুলার (তম্নবা বিষয় অমা ওইনা) হাংবা য়ারকখিরে অতুগা মতুদা হাংনবা লাইরিক লৈতবদগী চাউবা মথস্তা নত্তনা মতমতুগী লাইরিক-লাইশু হৈবা কয়া অমনস্তু মানা মান। হৈনবা হীরমদা ৱারেং

ইনখি। মখোয়শিং অহুম্বী মনুংদা চাউবনা খ্বায়দগী হেন্না ইবা সাহিত্যকার অমনি। মসি মহাক্কী অসিগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী শেমগৎলকপা মতম অসিদা মহাক্না শাংথোকখিবা থৌদাংশিং ( ইখিবা বারেংশিং অহুম ) উক্লগা শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা য়াম্না চুম্না হায়—

"মহাক য়াওদনা মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা খনবা ওইথোক্কদবনি।১৫৩

অমুকসু শ্রীনীলকান্তনা মখা তানা হায়—

> খ্বাইরাকপম চাউবগী থবক্কী পুন্সিদি স্কুলগী ওবানি অহুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অরাংপা অহু ছাত্রগী অরাংপরোমদগী মীৎয়েংদা উখি।১৫৪

অসুম্না চাউববু কুপ্না নৈনকথা মীশাক থুদিংমক্না তোঙান তোঙানবা মওংদা থাগৎনৈ। শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনসু "মৈতৈরোল অমদি মৈতৈ সাহিত্য হিঙ্গৎনবা হোৎনবদা পুন্সিগী ব্রতনি।১৫৫ হায়না হায়রম্মী। মসিগী মখা তাথনা মৈতৈলোন অমদি মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌবদা নত্তনা তুংদা হৌরকপা নহারোলশিংগী অকবা লম্বী শেম্নীনবা হোৎনখিবগী মতাং অমদা অসুম্না হায়রি— "চৎলিবা মৈতৈ সাহিত্যগী থোঙহৌদা চোংথোকখিবা থুৎমাবা লাইরিক ইবশিংগী মনুংদা লুচিংবনি।"১৫৭ অমুকসু "কাব্য মশানা পামজবনি অঙাংশিংগী য়েংবদা চানবচুদা থম্বনি।"১৫৮

## ৩. পুক্লিং-রাখলগী ওইবা হীরম :

চাউবগী বারেংশিংগী হীরমশিংগী মনুংদা "পুক্লিং-রাখলগী ওইবা হীরম" হায়বা তাক্কক অসিসু য়াম্না মরু ওইবা অমনি। তাক্কক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিং— মীমুংশি, ঈশ্বর ভক্তি, মীনা করি হায়খিগদগে, লাইবক অমসুং থৰক ( রাখলগী ঈচেল ), মুংঙাইবা, থৌরাল, (ফিদম), কল্লকপা, লমচৎ, পুক্লিং চংবা, মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা, থোঙ্গবা অমসুং মশাগী মাইথুম্বা ( কান্নবা বা ), লাইবু নী বা, মীওইবা

অপাম্বা ঙাকপীহৈবা অমসুং থৌজাল ( ৱাখল ) অসিনচিংবা অসিনি। ৱারেংশিং অসি মীওইবগী পুক্নিংগী ৱাখলদা ফাওবা—মীৎনা উবা অমদি খুৎনা খোঙনা শোকপা ঙমদ্রবা মগোবৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ইবা-ঙাক্কনি। মীওইবগী পুক্নিংদা ফাওবা সুংঙাইবা, অতোপ্পা তোপ্প তারবশিংগী মফমদা সুংশিবিবা, মীসুংশি অমসুং মথোয়দা উৎপা থৌজাল অসিনচিংবা কয়া শন্দোক্লা ৱারেং অসিদা তাক্লি।

"ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেং অসিদা ঈশ্বর হায়বসি করিনো হায়বা তাকপগা লোয়ননা ঈশ্বরবু নিংবা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিবু শান্তি ফংহল্লি হায়বসি খঙহন্নীংনা শন্দোকই। মহাক মশামক ঈশ্বরবু চেৎনা থাজব্রবা সাহিত্যকার অমা ওইবনা মহাক্না মীওইবা খুদিংমকপু তাইবং শেম্বা মপু মহাকপু ( তোঙান তোঙানবা ধর্মগী লাইবু থাজবা মী ওইবুবসু) নীংগদবনি অমসুং মঙোন্দা চংজগদবনি হায়বসি ৱারেং অসিমক নত্রবসু তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈবা ৱারেং "লাইবু নিংবা" "মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা" নচিংবদা তাক্লি।

তাঙ্কক অসিগী মনুংদা লৈরিবা অতুগা মথক্তা হায়খ্রিবা ৱাফমশিং অসি নত্তবা মীওইবগী লমচৎ, মথৌদা পুকনিং ঢংবা অমসুং অপাগা, কল্লকপা, মীহৌবা কশাবু থুডুম চনগদবনি হায়না তাকপা ৱারেংশিংসু য়াওরি। অসিগুম্বা মথলশিংগী ৱারেংশিংদা ফজবা, নোম্লুকপা লমচৎনা সুংঙাই য়াইফবা শান্তি লৈবা সমাজ অমা শেমগৎপা ঙমগনি হায়বসি উৎলি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসি নত্তবা অতুগা তাঙ্কক অসিগীদি মনুং চম্না থম্বা ৱারেং খরা অমসু লৈরি। মথোয়শিং অতুদি "মহৌশাগী ভাবক অমসুং প্রেমগী ধারা", থোঈবা অমসুং মশাগী ইকায়খুম্নবা অমসুং লাইবক অমসুং থবক হায়বা অসিনি। ৱারেংশিং অসিদা ৱাফম অনিথক্কী মরমদা চাউবনা শুগাইনা তাকননবা হোৎনরি। মতুদি অহানবদা মালেম অসিদা লৈরিবা পোৎশিং হায়বদি মশা মথক্তগী ওইজবা মশক অমদি

অনীগুবদা খুৎশেমগী ওইবা। মতাং অসিদা মহৌশাগী ওইবা অমসুং খুৎশেমগী ওইরা হায়না হায়রুবগী বাকমদি মীওইবগী লাইবক, থোইবগী মশক অমসুং মহৌশাগী ভাবক অসিনা মহৌশাগী ওইবা (প্রকৃতিগী) পোৎশক অমগুম্না লৌরগা অকোনবগী প্রেমগী থারা মশাগী ইকায়খুম্নবা অমসুং থবক হায়বসিনা ঐখোয় মীওইবগী বাখল অমসুং পুক্নিংদগী থোকহুনবগী মওংনি। থবক কয়া গুগে, লেপ্পা লৈরোই, ইশাগী ইকাইখুম্নবা চৎকে (হোৎনগে) অমসুং অকনবা মুংশিবা বাখল খনবদগী প্রেমগী থারা শিন্থরকপগী মওংশিং অসিবু ঐখোয়না খুৎশেমগী ওইবা পোৎনি হায়না লৌরি।

মথক্তা ইথিবা বাকম অহুমমক (১) মীমুংশি লৈবা, মুংঙাইবা, থৌজাল লৈবা অসিগুম্বা বাখলগী মওং অমা, (২) ফজবা নোল্লুকপা লমচৎ চৎপা অমসুং মথৌদা পুক্নিং চংবা অমসুং (৩) মহৌশাগী ওইবা (প্রকৃতিগী) পুক্নিংগী বাখল অমসুং খুৎশেমগী ওইবা বাখল অমসুং পুক্নিং লেপ্পগী মওং অসি কুপ্না য়েংবদা মীওইবগী বাখলদগী থোরকপা পুক্নিংগী ঈহুল ঙাক্তগীনি হায়না খনবদগী তান্নক অসিগী মসিং পুক্নিং বাখলগী ওইবা ঙীরম হায়না থমজখিবনি। তশেংনা মুম্না নৈনহুনা য়েংবদসু পুক্নিংগী তোঙান তোঙানবা থাক্কী ওইবা (দিফরেন্ট ষ্টেট ওফ মাইন) হায়বহুনি।

বারেং অসিগী মমুংদা য়াম্নমক পুক্নিং বাখলগী (হায়বদি মণোবৈজ্ঞানিক) ওইবা অমদি " মীনা করি হায়খিগদগে" হায়বসিনি। মীওইবনা সমাজ লিংহুনা লৈনরকপা মীগা মীগা পুম্না লৈমিন্নরবপদগী অফবা অমসুং ফত্তবা হায়বসি লৈরক্লে। অদুগা খুদিংমক্তা খুৎ হেক্তা থাবা ঙমদে। অফবগীদমক্তদি মসিনা অকায়বা ওইরকই হায়বসি পুক্নিংদা ফাওরবা বাখলগী পরিং অদু শক্লোন কয়া থোক্লা উৎলি। মতাং অসিগী মমুংদা অইবা চাউবসি মীওইবগী মুং অমসুং পানগী লমচৎ নীতি নিয়ম য়াম্না নীংথিনা খঙলবা বাখল চাওবা মীশক্তি হায়বসি থোইদোক্লা ঙক্লা

থোক্লে। মহাক মশামক্কী ৱাহৈ অসিমক্তু চাউবগী শক্তমদি অমুম তাকচরবান। মতুদি—"মীগী মঙং মতৌ কদাইমথে খেন্নহনবগে হায়বা অহুদি ৱাখল চাওবা মীনা থওই।" (ফিদম, লা: ৭৮)

## ৪. পাউতাক্কা ওইবা হীরম :

খুৱাইরাকপম চাউবা সিংহগী ৱারেংশিংগী মনুংদা পাউতাকী ওইবা ৱারেং কয়ামরুম য়াওরি। হায়রিবা ৱারেংশিং অসিদা মহাক্না মৈতৈগী নহারোল অমসুং অভাংশিংদা পাউতাক অমা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা পীননবা হোৎনৈ। মরম অসিনা অসিগুম্বা মথলগী ৱারেংশিং অসি তাক্কক অসিদা পুন্না থম্মি। চাউবগী অসিগুম্বা ৱারেংশিং অসিগী পান্দমদি পীক্লিবা অভাংশিংবু তুংগী অফবা মী অমমম ওইহনা লৈবাক্কী সেবা তৌনিংবা পোকহন্নবনি। পাউতাক পীবগী মওংদি করিগুম্বা কান্দা চাউবা মশামক চোংথোকতুনা পী। অতুগা করিগুম্বা কান্দনা নাকোইননা পীনবনু হোৎনৈ। অসুম্না মমা মপা ওইনা, অমুক্কা ময়াম্বা মত্রগী লৈকাইগী অহল-লমন অমা ওইনা নত্রগা ওজা-গুরু অমা ওইনা খুদম প্রমান কয়াগা লোইননা তাক্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী "য়ুমদা য়োকপা শানা কান্নবা" হায়বা ৱারেং অসিদা য়ুমদা য়োকপা শাশিং অসি মীওইবদা য়াম্না কান্নবা মরম্না মথোয়বু লুনা তৌবিগদবনি হায়না মহাক মশামক্কা পাউতাক পীরি। "মী খুন্নমক মহৈ তমগদবনি" হায়বা ৱারেং অসিদনা ওজা অমা ওইনা মশিংগী মপাগী খুৎথাংদা কান্নগদবা পাউতাকশিং অহু মশিদা য়োহন্নবা হায়রকই। অসুম্না "তৌগদবা থবক্তা মাই ওনসিনবা" অমদি "মীগী মপান তংদবা তম্বা" হায়বা ৱারেংশিং অসিদনা মমা অমা ওইনা মচানুপী চাম্পনিদা ভিক্টোরিয়া মহারাণীগী মতৌগুম মথৌদা মাই ওনসিনগদবনি অমদি মী খুদিংমক মীগী মপান তাংদনা মশা মরোমদোম হিংবা শুন্নবা হোৎনগদবনি হায়বত্তু তাকই।

মীওইবনা পোকপদগী খঙ হৈদুনা লোল্লকপা হায়বদি অতাংবদি ঈশ্বরগী থৌজান মখোয়বা মীওই খরা নত্তনা অয়াম্বদি মতাং মতাংগী ওইনা খঙ-হৈনবা তম্ববা ঙাক্লনি। অসিগুম্বা অননবগী মতম অসি অঙাং ওইরিঙৈদনা খ্রীষ্টদগী কবা মতমনি মরম অসিনা তম্বা হায়বদি অঙাং ওইরিঙৈ অমদি ছাত্র ওইরিবা খুদিংমক্কী মথৌনি। চাউবনা ৱাকমশিং অসি শন্দোকনা অমসুং শুগাইনা তাকনবগীদমক ছাত্রগা মরী লৈনবা, মথৌ তৌবদা নীংহম্মদনবা, মীগী মপান তাংদনা অমদি চাং নাইনা হোংমীংবা, মতম মাংহন্দনা অফবা সঙ্গ তৌনবা ৱারেং কয়ামুক ইরম্মী। হায়রিবা ৱারেংশিং অসি তুংগী যুগ্মীরেল ওইরগদবা অমসুং সমাজগী মপী মপা ওইরগদবা অঙাংশিংদা (ছাত্রশিংদা) হকথোননা পাউতাক পী। অসিদসু নত্তনা মহাক্না করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মাই পাকপা ঙমগনবসু নীংবা কারগনু হায়না তাক্লম্মী। মসিগা মরী লৈননা নীংবা কায়দনা হম্না হম্না হোৎনরবদি শোয়দনা মাই পাকনি হায়বা থৌনা হাপ্না ৱারেং কয়ামকমগু ইরম্মী। পাউতাক্কী ওইবা হীরম হায়বা তাঙ্কক অসিগী মতুংদা চেনবা অতুগা মথক্তা ইম্বিবশিং অসিদদি ম্নাওত্রিবা ৱাকম থরসু মহাক্কী পাউতাক্কী ওইবা ৱারেং খরা লৈরি। হায়রিবা মথক্কী ৱারেংশিং অসিদা ফজবা লমচৎ-শাজৎ চৎপা, অহল লমন, লাইগুরুনা হায়বা হায়বা ইনবা অমসুং লাইরিক-লাইগু নীংথিনা হৈরবা মীশিংদি ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি লৈ হায়বা ৱাফম অসিমসু ম্নাক্না থাজবগা লোয়ননা অঙাংশিংদা তাম্বা হোৎনৈ।

মথক্কী ৱাক্যশিং অসিগা মরী লৈনবা চাউবগী ৱারেং "লমচৎ" অমসুং "ইন্দ্রী থুত্থুম চনবা" হায়বা অসিদা তাক্লি। মতুংদি লমচৎনা মীওইবগী লৈতেংনি। অসুম্না চাউবনা মীওইবগী পুন্সিদা কাম্নগদবা পাউতাক কয়া অঙাংশিংদা মওং অমা নত্রগা অমদা পীননবা হোৎনৈ। মহাক্কী অসিগুম্বা পাউতাকশিংদগী ওইবা লাইরিক "ছাত্রমচা" অসি শক ১৯২৩ দা পুথোকখি। লাইরিক অসিদা ছাত্র অমনা করি করি তৌগদগে,

করম্বা লমচৎ চৎকনি হায়বনচিংবা পাউতাক্তগী ওইবা লাইরিক্তি। অদুগা ঐহাক্না পাউতাক্কী ওইবা হীরম হারম হায়বা তাক্কক অসিগী মসুংচক্না লৌরিবা বারেংশিংদি "কান্নবা বা", "ফিদম", "সাহিত্য অহানবা", "বাখলগী ঈচেল" অমসুং "বাখল" দগীনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা য়াওরিবা পাউতাক্কী ওইবা বারেংশিং অসি পুন্না য়েংবদা তোঙান তোঙানবা মগুন লৈজরবসু পাউতাক্কী মওংদি হায়কেৎ মান্ননা উই। চাউবনা বারেংশিং অসিদা পীরিবা পাওতাকশিং অসিদি অফবা মী অমা ওইদুনা অফবা সমাজ অমা শেমগৎপা ওয়নবনি। অফবা সমাজ অমা শেম্বদা সমাজদুগী (মী) সদস্যা অমা ওইরিবা মীপুম খুদিংমক মলা-মউ ফবা, মথৌদা পুক্নিং চংবা, পুকচেল শেংবা অমসুং মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা খনবা মীশক অমমম ওইগদবনি। মথৌ তৌবদা নীংনবা নত্রগা শিবা কিবা তৌরোইদবনি। অসুন্না শিবা কিদনা মথৌ তৌরিবা নত্রগা মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা মথবাই কৎথোকপা ওল্লিবা মীওইশিং অদুদি মশানা লৈত্রবসু মখোয়গী মমিংদি শামন্ন ওইহৌরগনি হায়বা পাউতাক্তনা থল্লবা, খঙবদা কান্নবা অমসুং পাবদা নুংঙাইবা পীরিবা বারেং ওাক্তনি।

মহাক্কী বারেংশিং অসিগী অপুনবা পাউজেলদি শ্রীমদভাগবত গীতাগী "থবক্তা মাই ওনশিল্লু মহৈদা য়েংগনু" হায়বদগী হৌরগা ধর্ম্ম, জাতি খেন্নবা বাখল থাদোকতুনা অমতা ওইনা নাদ-য়েক্তনা পুন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বা অসিনি।

## ৫. ধর্ম্মগা মরী লৈনবা (কিদমনীংঙাই ওইবা চরিত্র) হীরম :

চাউবনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা বারেং কয়ামরুম অমসু ইরম্মী। হিন্দু মুসলমান, খৃষ্টান অমদি মৈতৈগী ওইবা ধর্ম্মগী চৎনবীগী মনুংদা য়াওদুনা লৈরবা মীওই খরবু বারেংগী মিংথোল ওইরম্মী। অসিগুম্বা ধর্ম্ম কাংলুপশিং অসিগী মনুংদা য়াওবা অশেংবা (ইতিহাসকী ওইখিবা

থৌদোক ) অমসুং শেংদবা ( কল্পনিক ওইবা ) ৱারীশিং লুচিংবা নত্রগা ফিদমনীংঙাই ওইবা শরুক খরা লৌখৎলগা থম্লী। হায়রিবা মতাং অসি নৈনবদা হেন্না খুদোং চাম্নবনীদমক্তা মখাগী অম্না তাক্কক খাম্লদোকই নৈনজরি। মহুদি :

ক) হিন্দু ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা ৱারেং
খ) মুসলমান ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা ৱারেং
গ) খৃষ্টান ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা ৱারেং
ঘ) মৈতৈ ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা ৱারেং।

(ক) হিন্দু ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা ৱারেং :

তাক্কক অসিগী মমুংদা চাউবগী লবকুশ, ভিম্বগী রাশক, তারতনা ময়াম্বা নীংবা, নিমাইনা মরুপ নিংবা ( কামবা ৱা ), ভরত, অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্যা ( ফিদম ), অমসুং মম্বরা (রাখল) হায়তুনা মিংথোললবা ৱারেংশিং অসি থম্লি। মিংথোলশিং অসিগী মমুংদা। মখাদা চাউবনা হিন্দু ধর্মগী ওইনা থাজনরবা পাউভাক কয়ামরুম অঙাংশিংদা হায়বদি তুংগী য়ুম্বী ওইহৌরগদব। নহারোলশিংদা পীনবা হোৎনৈ। হায়রিবা অসিগুম্বা কলচরেল হেরোংশিং অসিগী থৌনা, লৌশিং, খাঙবা কনবা, ময়াম্বা নীংবা, রাশক চেৎপা, থৌজাল হৈবা, মীমুশি চাউবা, মরুপ নীংবা, অচুম্বা ঙাংবা, মমা লৈবাকপু মুংশিবা অসিনচিংবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসিগী মতিক-মগুণ মথৌনা অহু পাম্নগা, খঙলগা ছাত্র নহারোলশিংমু মখোয়গুম্না অকনবা, অফবা মী অমমম ওইরক্কনি হায়বসি চাউবনা চেৎনা থাজৈ। চাউবগী মতমগী মণিপুরী সমাজ অসি হৌরম খুদিংমক্তা শোৎথরবা অমদি অরাং-অপানা থম্লবা সমাজ অমনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা মথক্তা হায়খ্রিবা ফিদমনিংঙাই ওইবা অমসুং ধর্মদা চেৎনা থাজবা ফওই থরদি তঙাইফদম্বা লৈ হায়বহুমু চাউবনা খঙখি। মরম

অসিনগী মহাক্না অসিগুম্বা কলচরেল হেরোশিং অসি সাহিত্যগী খুৎথাংদা মশক তাক্কবা হোৎনখি। অদুগা মখোয়দগী ফংবা অকবা মক্কলগী মশক মশক ওইবা থোইনশিল অদুনা চুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা শেমগৎপা ঙমগনি হায়বসি চাউবনা খল্লম্মী।

(খ) মুসলমান ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা অমসুং (গ) খৃষ্টান ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা:

খাইরাকপম চাউবা সিংহগী রাখল, খুৎই অমসুং মীৎয়েংগী মতাংদা মথক্তা হুম্না হুম্না হায়রুধ্রে মতুদি, মঙোন্দা ধর্ম জাতি নত্রগা অচৌ-পীশক অমদি কমখোয়চিংবগী খেমবা লৈতে। মীওইবা পুম্নমক চপ মান্নে অমসুং চপ মান্না হিংমিন্নগদবনি হায়বা অসিনা মহাক্কী পামজবনি। মরম অসিনা মহাক্না মহাক্কী শৈরেংশিং নত্রগা বারেংশিংদা অসিগুম্বা অমতা ওইবগী রাখল মওং অসি তত্তনা উৎননবা হোৎনৈ।

মতাং অসিদা থমজরিবা মুসলমান অমসুং খৃষ্টান ধর্ম অমসুং নাৎকী ওইবা থোদোকশিংগা মরী লৈনরিবা মী ৩২ কয়াবু মহাক্কী বারেংগী হীরম ওইনা লৌই। মসিনা তাকপদি হায়রিবা ধর্মশিং অসিসু ঐখোয়গী হিন্দু ধর্মগুম্না মীওইবগী য়াইফনবা থনবা, য়াইফনবা তৌবনি হায়বসি থগুহন্নবনি। ঐখোয় মীওইবা থরগী মসুংদা কাংলুপ থায়দোক্তুনা ধর্ম, জাতি অমসুং লমগী নত্রগা কন্নিগুম্বা ওইজবা থরগাদমক্তা থবন চৈনা তৌরিবা অসি কান্নদবনি অরেম্বনি হায়বসিনা মুংদা খল্লগা মসিগী মথক্তা অকবা, চুংঙাইবা মী অমনা অমবু নত্রগা কাংলুপ অমনা অমবু সুংশিননা পুন্না হিংমিন্নগদবনি হায়বসিনা চাউবগী বারেংশিং অসিগী পান্দমনি। কাংলুপকী ওইবা অথুবা মীৎয়েং থাদোকতুনা মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থনগদবনি অমসুং তৌগদবনি হায়বা পাউজেল অসিনি চাউবনা ঐখোয়গী নহারোলশিংদা চেন্নম্লিবা। মহাক্না মহাক্কী বারেংগী মিংথোল ওইরিবা "হজরত মহম্মদ", "হাজি মহম্মদ মহশিন",

"সার সৈয়দ অহমদ", "বৈঞ্জামিন ক্রাঙ্কলিন", "উইল কনবা রবার্ট ব্রুস", "জনষ্টোন সাহেব", অসিনচিংবা খরা অসিদি চুরগী খুদমতা ওইনা তাক্লবনি। মখোয়শিং অসি নত্তবা কয়া অমসু লৈরিবনি। মখোয় পুন্নমক মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা হোৎনবদা, খনবদা মথবায় কৎথোকখিবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা থৌনা ফবা, ধর্ম লৈবা মীওইশিং অসিগী মফমদা ঐখোয়না তৌবিমল উৎপগা লোয়ননা মখোয়না পামলম্বা খবক, খল্লম্বা বাখল, চৎলম্বা মওং পুন্নমক অত্তু ঙাক্লবা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা হোৎনগদবনি। অত্তু ওইরবদি ঐখোয়গী সমাজ অসিসু সুংঙাই য়াইফনা থল্লবা চাউখৎপা সমাজ অমা ওইবা ঙমগনি হায়বগী থৌইনসিন অত্তু ঐখোয়গী নহারোলশিংদা য়েৌহল্লি খি।

( মৈতৈ ধর্ম অমসুং নাৎকা মরী লৈনবা বারেং ঃ

চাউবনা অত্তোপ্পা লমগী ওইবা ফিদম্লিংঙাই ওইরবা ধর্ম লৈবা শক্লাইবা কয়াগী মশক তাকপগা লোয়ননা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা, ছাত্রশিংদা মসিমসু তাক্লবা, খঙহন্নবা হোৎনরম্মী। মতুদি, মৈতৈগীসু করিসু অরাৎপা লৈতে। থৌনা ফরবা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ, খম্বা, নোংবান, শক ফজবী অমসুং লৌশিং লৈরবী থোইবী, পুকচেল চাউবা অমসুং মমা লৈবাক্কী সেবাদা মথবায় ফাওবা পাম্মুখিত্রবা সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ, বীর টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা কয়াসু লমদম অসিদা লৈরি। অসিগুম্বা মহাপুরুষশিং অসি লমদম অসিদা পোকখিবনি। মখোয়গী থৌইনসিল অমসুং বাখলদগী ফংবা বাখল, পাঙ্গল, লৌশিং কয়া অহুনা ইমা লৈবাক্কী য়াইফনবা সেবা তৌগদবনি। লমদম অসিদা হায়রিবা মহাপুরুষশিং অসিদা নত্তনা অতৈ থৌনা ফবা কয়াসু পোকখ্রবনি। ঐখোয়সু অতুগুম্বা থৌনাফবশিং অতুগী মচা মওনি, মরম অসিনা ঐখোয়গী ধর্ম, ঐখোয়গী লোল, অতৈদগী করিসু তাবা লৈতে অমসুং লৈহল্লোইদবনি হায়বসি চাউবনা মহাক্কী বারেংশিং অসিদা ফোঙনা নত্রগা লোমা হায়রম্মী।

## ৬. ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশকশিংগী ওইবা হীরম :

ঐখোয়না চাউবগী ৱারেংশিংগী হীরমশিং নৈনরকপগী মতাংদা হায়গে—মতুদি, মহাকী মীৎয়েং অমসুং হীরম য়ায়া পাক-চাউই হায়না। তশেংনমক চাউবসি অকববু পাম্বা অকবতবু ওইহল্লীংবা সাহিত্যকার অমনি। মরম অসিনা মহাক্না মহাকী সমাজ নত্রগা মীওইবা সমাজ অসি স্থংঙাই-য়াইফবা ৱাত্ত-পাদবা অমসুং মুংশিবনা থল্লবা সমাজ অমা ওইহনীংলম্মী। অদুনা মহাক্না মতম পুম্নমক্তা অকবতা য়েংবা নত্রগা উবা পাম্বদগী পৃথিবীসিদা লৈরিবা অকবা ফিদমনিংঙাই ওইবা মীওই থরগী পুন্সি ৱারীবু মহাকী ৱারেংগী হীরম ওইনা লৌরম্মী। মসিগী পান্দমদি অফবা লমচৎ চৎপা, মথৌনা অমসুং মবুধি লৌশিং লৈবা মীওইশিং অসিগী পুন্সি ৱারী অসি খঙলগা নৌরিবা নহারোলশিং নত্রগা ছাত্রশিংনা করিগুম্বা কান্নবা থরদি শোয়দনা ফঙনি খনবদগীনি। অসিগুম্বা মহাপুরুষশিং অসিগী মতিক মগুণশিং অদু তারগা নত্রগা পারগা করিগুম্বা অফবা থৌইনসিল থরদি নহারোলশিংদা শোয়দনা ফঙনি হায়বসি মহাক্না থোইদোক্না চেৎনা থাজরম্মী। মহাক্না তোঙান তোঙানবা লম অমসুং হীরমদা শক্নাইরবা মীশকশিং অসিগী মরমদা ইবা ৱারেংশিং "কান্নবা ৱা", সাহিত্য অহানবা অমসুং ৱাথলদা য়াওরি। "অচুম্বা ঙাংবা জর্জ ৱাশিংটন, হজি মহম্মদ মহশিন, মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনচিংবা ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশকশিং অসিগী পুন্সি ৱারীশিং অসি থোইদোক্না নহারোলশিংগী পুক্নিং লৌশিং ওইহল্লিংঙাইনি।

মথক্তা ইখ্রিবা মহাপুরুষ অহুম অসিদি চুম্নগী খুদমদা ওইনা লৌবনি। মথোয় অহুম অসি নত্তবা অতৈ থৌনাফবা মজাতি, ধর্ম, সমাজ অমদি মীওইবা খুন্নাই অসিগী ফনমবা থনবা নত্রগা ফননবা করিগুম্বা থরদং ওইরবসু তোরম্বা মহাপুরুষ কয়া অমগী মরমদসু শিংথানিংঙাই ওইবা গুণ থরা লৌথৎলগা চাউবনা ইরম্মী। ময়াম অসিবু মহাকী ৱারেংগী

পান্দম ওইনা থমলম্বগী ( ইন্নম্বগী ) মরমদি -- মখোয়গী থৌনা, অচুম্বা ঙাংবা, মথৌনাদা মথরায় কৎপা ঙম্বা, মমা লৈবাক অমসুং মজাতিগী সেবা তৌনিংবা অসিনচিংবশিং অসি ঐখোয় নহারোলশিংনা খঙলগা মখোয়দমসু (মহাপুরুষশিং অদুগী ) মতৌগুম্বা অকবা, থৌনা লৈবা, অচুম্বা ঙাংবা, খাঙবা কনবা, ধর্ম লৈবা মমা লৈবাক অমসুং মজাতিগীদমক্তা মথবাই ৎখোবনিংবা অসিনচিংবগী ঈথীল অমা পীহনবা ঙমগনি খনবদগীনি। মরম অসিদগী চাউবনা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা থোক্তদোরা শরুহইরবা অমসুং মীয়াম্মা ইকায়খুম্নবা অমদি ফিদম্লিংঙাই ওইরবা মীশকশিংবু মহাক্কী বারেংগী হীরম ওইনা লৌরুবনি।

## ৭. অতৈ অতৈ :

ত্যাঙক অসিদা থমজরিবা বারেংশিংদি—'নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর', 'মৈতৈগী কেথোক মোথোকপা থাইনা অমসুং হৌজিক' ( রাই. ঈ. ), লৈবাক্কী রুহী, মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক, মণিপুরগী ইতিহাস, খাকীগী লানফম ( ফিদম ), ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা ( রাখল ), ইংরেজনা খুদুম চন্নবা ভারত ( কাম্নবা রা ), ঐখোয়গী লৈবাক ( সা. অ. ), অসি নত্তবা খঙৎপা সাহিত্য হায়বসিদা য়াওবা রেলগী খোংচৎ হায়বনচিংবসিনি। বারেংশিং অসিদা চাউবনা বারেংগী মিংথোলগা মরী লৈনবা বাফম খরা খরা ছাত্র অমসুং নহারোলশিংদা খঙহম্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী 'নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর হায়বা বারেং অসিদা ভারতকী অরাং নোংপোক্তা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগী মরমদা অতোপ্পা লমগী মীশিংনা থল্লিবা রাখল মথন অমসুং য়েংলিবা মীয়েং অদুগা লোয়ননা মমদম অসিগী ধর্মগী য়ুম্ফমদা শাগৎলবা কল্পনাগী মশক ওইনা উরিবা বাফমশিং কয়াগা পকশিন্নদুনা শন্দোক্না ইরি। অসুম্না " মৈতৈগী কেথোক মোথোকপা থাইনা অমসুং হৌজিক " হায়বা বারেং অসিদা মৈতৈগী মহৌশাদগী চৎনরকপা

নাং অদুগা হৌজিক্কী মতমদা হোংলক্লিবা চৎনবী (সংস্কৃতি)। মওং অসিগা চাংদমনবা অক-ফত্ত কয়া তাক্লনবা লাক্লি। ফিদমদা য়াওরিবা “মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক” হায়বা বারেং অসিদা লোক্তাকী ফজবশিং অমু মহাক্না মোইরাংদা লৈরিবৈদা উথি। মসিগা লোয়ননা লমদমশুগী চৎনবী হৌন-লোনচৎ কযাসু হকথেংননা শকথঙবা উমখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা থোইদোক্না মহাক্না খোয়দাখিবদি বসন্তগী য়াচংবদা প্রকৃতিগী ফজবা মশক অদুনি। লোক্তাকী চনিক তনিকলবা ঈথক অদুদা মলয়া নুংশিৎনা য়ৈবদা হৌরকপা ঈপোম অদুগী মথক্তা তাবমদাই হুমিংকী ভাণ্ডারনবা মঙাল অদুগা নাকল অমরোমদা বসন্তগী হানৌনা লেং-লেং চৎলিবা পুম্নমক অসিনা চাউবগী থম্মোয়দু শুমহৎখি। অসিগুম্বা পুক্লিং হুনা ফজরবা দৃশ্যশিংনা শুমহৎলুরবা মহাকী থম্মোয় অদুনা অমুক মণিপুরগী মরুওইনা মৈতৈগী চৎনবী রুহী, সংস্কৃতি অশোমদা অমুক থম্বা হৌরকখি। অদুনা সংস্কৃতিগী ওইবা বারেং ইখি। মুখী থম্বরুরগা লৈবাকী চৎনবী পথাপশিং অসি মাওইবনা ভাকদবদি হায়বদু তাকই। অসিগুম্বা চৎনবীশিং অদুগী মরমদা মহাক্না হায়— “মংগী ইমুং মনুংগী নত্রগা বারী শম্বক কনাগুম্বনা শিরবদি নপীমক তাবা ভমত্ত্রবগসু কপ্তবা য়াদে লৈবাকী রুহী পুম্নমক অসিদ মীওইবগী মহোশাগী তৌদবা' য়াত্রবনি” (ফিদম, নাঃ ৭৬) অদুগা বারেং অসিমক্তদা মথা তানা ইরি। মদুদি, ঋরিগুম্বা অঙনবা অহেংবা অমসুং অনৌবা অমা পুরক্লে হায়রবদি হান্নগী চৎনবী রুহী পথাপ অদুদি থুগাইবা তাই হায়না। মসিগী মথংদা “মণিপুরগী ইতিহাস” অমসুং “থাকীগী লানফম” হায়বা বারেংশিং অসিসু মণিপুরগী হৌখবা মতমগী ফজবশিং অদুগা লোয়ননা থোকখিবা থৌদোক বাথোক কয়া অমা ইরি। ইতিহাসকী ওইবা হীরম অসোমদসু খুং থাবীদুনা মহাকী অপাম্বা অমা ফোংদোক্লি। মহাক্না বারেংশিং অসিদা হায়নিংলিবদি ঐথোয়সু লমদম অসিদা পোকপনি থৌনা ফরবা ইপা ইপু কয়াগী

মচা মশুনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী মিংচৎ ডাকুবা অমসুং অনৌবা মুংডাইবা অমসুং ইশাগী সনম'নগা লো'য়ননা হিংনবা হোৎনবদা থবায় থাবা পান্মরোইদবনি।

তাঙ্কক অসিগী মসুংদা থমজরিবা রারেংশিংগী মসুংদা "ইংরেজনা খুতুম চল্লবা ভারত" অমসুং "ঐখোয়গী লৈবাক" রারেং অনি অসিসুনি। মসিদা অহানবগী রা'রেং "ইংরেজনা খুতুম চল্লবা ভারত" হায়বসিদা ইংরেজ মচাশিংনা লমদম অসিদা ওৎ-নৈরন্না অমদি ফত্তবা থবক কয়া অতু থা'দাক্লগা মখোয়না তৌরম্বা কান্নরবা, অফবা অতু'তবু শিংথাতুনা ইরি। চাউবনা মসিমসু খল্লি মতুদি, ওসিগী ওইরিবা অনৌবা তারতকী অপুনবা মশক অসি ইংরেজগী মমল নাইদ্রবা চাউরবা শিংথাবা য়াবা খুদোলনি অতুনা ঐখোয়না মখোয়দা তৌবিমল উৎকদবনি হায়না।

চাউবগী সাহিত্যগী ওইবা খোঙচৎকী ময়াই চল্লকপা মতম (ইং ১৯৩৬) অতুরাইদা ইখিবা রারেং "ঐখোয়গী লৈবাক" হায়বসিদা মণিপুবগী ভুগোলীক অবস্থা, চীং, পাৎ, তুরেল, লম অসিদা লৈবা জাতি অমদি লৈবাক অসিদা থোকপা পোৎথোক রুওইনা রায়েন পথাপকী মতাং অমা পল্লুনা ই।

লৈবাক চাওখৎলকপা রারেং থৌদা ফজবা পুম্নমক ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা নিংথৌ শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজনা তৌই। রায়েন থৌদাবগী থবক অসি বৃটিশ গভর্ণমেণ্টকী মীহুৎ অমনা মতেং পাংবীদুনা লৈরি। অতুনা অসিগুম্বা অফবা তৌবিরিবসি মতম পুম্বদা ডাক-শেন্দুনা লৈবিরিবা নিংথৌ অমসুং নিংথৌগী থবক তৌরিবশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎশি হায়বসিগা লোয়ননা থোইদোক্লা নিংথৌগী মফমদা উৎপা ব্যবহারগী মশক অমা রারেং অসিগী অরোইবদা থম্মী। মতুদি—

"জয় মণিপুরেশ্বর মহারাজ
শ্রীলশ্রী ১০৮ যুক্তা সার চুড়াচান্দ সিংহ,
কে. সি. এস. আই., সি, বি, ই।"

মসিগী মনুংদা থমজরিবা অইবগী মশাদা হকথেংনখিবা থবক থৌদোক অমবু ময়ামগী মফমদা তমথোকপা ওইনা ইবা বারেং অমদি "রেলগী খোঙচৎ" হায়বসিনি। বারেং অসিদা পুন্সিদা থেংনখিবা মতৌমতগী নত্তনা মৈতৈমচা অয়াম্বদা থেংনরবা খুদোংথিবা রেলগী খোঙচৎ তত্থু তশেংনা উৎনি। থম্মোয় শোক্না মোইরাংদা লোক্তাক উবদা কাওখিবা ইহুল অতুমক্তি নত্তে। চুমত্রিংনা অফংবা থেংনবশিং অতুতমক তম্বনি।

চাউবনা মাগী বারেংগী হীরম থনবা অমসুং খুৎইদা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং কাচিন কোয়া যৌনা য়েংই। মরম অসিনা মহাক্না মীয়াম্না য়াম্না থওইবীদবা নত্রগা থওইনা খল্লদবা হীরম অমবু মাগী তোপ-তোপ্পা হৈ-শিংবা মপুথোক অমসুং বাখল্লোন অমগা লোয়ননা ইথোকতুনা মীয়ামগী পুক্নিংবু ইরাই লাইনা চিংশিনবা ঙম্মী। খুদম ওইনা শিনফম ওন্নবা• মীনা করি হায়খিগদগে হায়বনচিংবা বারেংশিং অসি পনবা য়াই।

অসুম্না চাউবনা তাইবংপান অসিদা লৈরিবা• উরিবা অমসুং বাখলনা খল্লিবা পুন্নমকসিগী মরমদা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ• মসি য়াম্না পাক চাউই। অত্তে নিবন্ধকারনা হায়মবা—"নিবন্ধগী হীরম ওইবা য়াদবা বিষয় লৈতে" হায়বগুম চাউবনা মাগী নিবন্ধগী হীরম ওইনা পল্লমদবা লৈত্তে হায়বা য়াই। অতুবু মানা করিগুম্বা হীরম অমদা খুৎ থারকপা মতমদা মাগী লাপ্পা অমসুং পাক চাউনা উবা ঙম্বা বাখল অমসুং মীৎয়েং অমদি বাহৈগী হৈ-শিংবা অতু মতাং চানা শিজিন্নছুনা ফোঙদোক্লিংবা বাখলশিংবু মরিক চুম্না ফোঙদোকপা ঙম্মী।

## চাউবগী বারেংদা লৈবা মীৎয়েং :

মথক্তা থেসিস অসিমকী অছম অমসুং মরিগুবা তাঙক্তা চাউবনা ইরম্বা বারেংশিংবু অমমমতা ওইনা নৈনজগ্রে। মসিদগী থঙবদি চাউবনা

পান্দম ওইনা থমলম্বগী ( ইল্লম্বগী ) মরমদি -- মখোয়গী থৌনা, অচুম্বা ঙাংবা, মথৌনাদা মথল্লায় ক্ষংপা ঙম্বা, মমা লৈবাক অমস্তুং মজাতিগী সেবা তৌনিংবা অসিনচিংবশিং অসি ঐখোয় নহারোলশিংনা খঙলগা মখোয়দস্থু ( মহাপুরুষশিং অদুগী ) মতৌগুম্না অঙ্কবা, থৌনা লৈবা, অচুম্বা ঙাংবা, থাঙবা কনবা, ধর্ম লৈবা মমা লৈবাক অমস্তুং মজাতিগীদমক্তা মথৱাই ক্ষংথোকনিংবা অসিনচিংবগী ইথীল অমা পীহনবা ঙমগনি থনবদগীনি। মরম অসিদগী চাউবনা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা থোইদোক্না শক্লাইরবা অমস্তুং মায়াম্না ইকায়থুম্নবা অমদি ফিদম্লিংঙাই ওইরবা মীশকশিংবু মহাক্কী ৱারেংগী হীরম ওইনা লৌরুগনি।

## ৭. অতৈ অতৈ :

অাঙ্কক অসিদা থমজরিবা ৱারেংশিংদি—‘নোংপোকথংবা ভারত অমস্তুং মণিপুর’, ‘মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থাইনা অমস্তুং হৌজিক’ ( ৱাই. ঈ. ), লৈবাক্কী রুহী, মোইরাংদা চযোল অমা অমস্তুং লোক্তাক, মণিপুরগী ইতিহাস, থাকীগী লানফম ( ফিদম ), ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা ( ৱাখল ), ইংরেজনা খুদুম চল্লবা ভারত ( কাম্নবা রা ), ঐখোয়গী লৈবাক ( সা. অ. ), অসি নরবা থঙ্গংপা সাহিত্য হায়বসিদা য়াওবা রেলগী খোংচং হায়বনচিংবসিনি। ৱারেংশিং অসিদা চাউবনা ৱারেংগী মিংথোলগা মরী লৈনবা ৱাফম থরা থরা ছাত্র অমস্তুং নহারোলশিংদা খঙহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী ‘নোংপোকথংবা ভারত অমস্তুং মণিপুর হায়বা ৱারেং অসিদা ভারতকী অৱাং নোংপোক্তা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগী মরমদা অতোপ্পা লমগী মীশিংনা খল্লিবা ৱাখল মথন অমস্তুং য়েংলিবা মীয়েং অদুগা লোয়নন্না লমদম অসিগী ধর্মগী য়ুম্ফমদা শাগৎলবা কল্পনাগী মশক ওইনা উরিবা ৱাফমশিং কয়াগা পকশিন্নদুনা শন্দোক্লা ইরি। অস্তুম্না “মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা থাইনা অমস্তুং হৌজিক” হায়বা ৱারেং অসিদা মৈতৈগী মহৌশাদগী চৎনরকপা

মাং অদুগা হৌজিক্কী মতমদা হোংলক্লিবা চৎনবী (সংস্কৃতি), মওং অসিগা চাংদমনদুনা অক-ফত্ত্ কয়া তাক্লবা লাক্লি। ফিদমদা য়াওরিবা "মোইরাংদা চয়োল অমা অমসুং লোক্তাক" হায়বা বারেং অসিদা লোক্তাক্কী ফজবশিং অদু মহাক্না মোইরাংদা লৈরিঙৈদা উথি। অসিগা লোয়ননা লমদমদুগী চৎনবী হৌন-লোনচৎ কয়াসু হকথেংননা শকথঙবা ঙমখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা থোইদোক্না মহাক্না খোয়দাখিবদি মসক্কগী য়াচংবদা প্রকৃতিগী ফজবা মশক অদুনি। লোক্তাক্কী তনিক তনিকলবা ঈথক অদুদা মলয়া নুংশিৎনা য়ৈবদা হৌরকপা ঈপোম অদুগী মথক্তা তারমন্নাই নুমিৎকী ঙাঙ্গানরবা মঙাল অদুগা নাকল অমরোমদা বসন্তগী হানৌনা লেং-লেং চৎলিবা পুম্নমক অসিনা চাউবগী থম্মোয়বু শুমহৎখি। অসিগুম্বা পুক্লিং হনা ফজরবা দৃশ্যশিংনা শুমহৎলুরবা মহাক্কী থম্মোয় অদুনা অমুক মণিপুরগী মকুওইনা মৈতৈগী চৎনবী রুহী, সংস্কৃতি অশোমদা অমুক খপ্পবা হৌরকখি। অদুনা সংস্কৃতিগী ওইবা বারে ইখি। মুন্না খন্থরুরগা লৈবাক্কী চৎনবী পথাপশিং অসি মাওইবনা ঙাকদবনি হায়বদু তাকই। অসিগুম্বা চৎনবীশিং অদুগী মরমদা মহাক্না হায়—"মংগী ইমুং মনুংগী নক্ত্রগা বারী শম্বন্ধ কনাগুম্বনা শিরবদি মপীমক তাবা ঙমদ্রবগনু কণ্ডবা য়াদে লৈবাক্কী রুহী পুম্নমক অসিদ খীওইবগী মহৌশাগী তৌদবা য়াদ্রবনি" (ফিদম, লা: ৭৬) অদুগা বারেং অসিমক্তদা মথা তানা ইরি। মহুদি, কল্লিগুম্বা শওনবা অহোংবা অমসুং অনৌবা অমা পুরক্কে হায়রবদি হান্নগী চৎনবী রুহী পথাপ অদুদি থুগাইবা তাই হায়না। মসিগী মথংদা "মণিপুরগী ইতিহাস" অমসুং "খাকীগী লানকম" হায়বা বারেংশিং অসিসু মণিপুরগী হৌখবা মতমগী ফজবশিং অদুগা লোয়ননা থোকখিবা থৌদোক বাথোক কয়া অমা ইরি। ইতিহাসকী ওইবা হীরম অসোমদসু খুৎ থাবীদুনা মহাক্কী অপাম্বা অমা ফোংদোক্লি। মহাক্না বারেংশিং অসিদা হায়নিংলিবদি ঐখোয়সু লমদম অসিদা পোকপনি থোনা ফত্তবা ইপা ইপু কয়াগী

মপু মশুনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী মিংচৎ ডাকুবা অমসুং অনৌবা সুংডাইবা অমসুং ইশাগী সনম নগা লেয়ননা হিংনবা হোৎনবদা থবায় থাবা পাম্ম রোইদবনি।

তাঙ্কক অসিগী মসুংদা থমজরিবা বারেংশিংগী মসুংদা "ইংরেজনা খুদুম চল্লবা ভারত" অমসুং "ঐখোয়গী লৈবাক" বারেং অনি অসিনি। মসিদা অহানবগী বারেং "ইংরেজনা খুদুম চল্লবা ভারত" হায়বসিদা ইংরেজ মচাশিংনা লমদম অসিদা ওৎ-নৈরম্বা অমদি ফদবা থবক কয়া অদু থাদোকুগা মখোয়না তৌরম্বা কান্নরবা, অকবা অদুতবশিংথাদুনা ইরি। চাউরবা মসিমসু খল্লি মদুদি, ঙসিগী ওইরিবা অনৌবা ভারতকী অপুনবা মশক অসি ইংরেজগী মমল নাইদ্রবা চাউরবা শিংথাবা য়াবা খুদোলনি অদুনা ঐখোযনা মখোয়দা তৌবিমল উৎকদবনি হায়না।

চাউবগী সাহিত্যগী ওইবা খোঙচৎকী মযাই চল্লকপা মতম (ইং ১৯৩৬) অদুরাইদা ইখিনা বারেং "ঐখোযগী লৈবাক" অদু য়বসিদা মণিপুরগী ভূগোলীক অবস্থা, চীং, পাৎ, তুরেল, নাম অসিদা লৈরা জাতি অমদি লৈবাক অসিদা থোকপা পোৎথোক মরুওইবা বায়েন পথাপকী মতাং অমা পুন্দুনা ই।

লৈবাক চাউথল্লকপা বায়েল থৌদা ফজবা পুন্নমক ঐখোয়গী লৈশিংবা নিংথৌ শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজনা তৌই। বায়েন থৌদাবগী থবক অসি বৃটিশ গভর্মেন্টকী মীহুৎ অমনা মতেং পাংবীদুনা লৈরি। অদুনা অসিগুম্বা অকবা তৌবিরিবসি মতম পুম্বদা ডাক-শেন্দুনা লৈবিরিবা নিংথৌ অমসুং নিংথৌগী থবক তৌরিবশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎশি হায়বসিগা লোয়ননা থোইদোক্লা নিংথৌগী মফমদা উৎপা ব্যবহারগী মশক অমা বারেং অসিগী অরোইবদা থম্মী। মদুদি—

"জয় মণিপুরেশ্বর মহারাজ
শ্রীলশ্রী ১০৮ যুক্তা সার চুড়াচান্দ সিংহ
কে. সি. এস. আই., সি, বি, ই।"

মসিগী মহুংদা থমজরিবা অইবগী মশাদা হকথেংনখিবা থবক থৌদোক অমবু ময়ামগী মফমদা তমথোকপা ওইনা ইবা ৱারেং অমদি "রেলগী খোঙচং" হায়বসিনি। ৱারেং অসিদা পুন্সিদা থেংনখিবা মতোমতগী নত্তনা মৈতৈমচা অয়াম্বদা থেংনরবা খুদোংথিবা রেলগী খোঙচং অমু তশেংনা উৎনি। থম্মোয় শোক্না মোইরাংদা লোক্তাক উবদা কাওখিবা ইচুল অত্মক্কি নত্তে। চুমদ্রিংনা অফংবা থেংনবশিং অত্তমক তম্বনি।

চাউবনা মাগী ৱারেংগী হীরম থনবা অমসুং খুৎইদা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং কাচিন কোয়া য়ৌনা য়েংই। মরম অসিনা মহাক্না মীয়াম্না য়াম্না থওইবীদবা নত্রগা থওইনা খল্লদবা হীরম অমবু মাগী তোপ-তোপ্না হৈ-শিংবা মপুথোক অমসুং ৱাখল্লোন অমগা লোয়ননা ইথোকহুনা মীয়ামগী পুক্নিংবু ইরাই লাইনা চিংশিনবা ঙম্মী। খুদম ওইনা শিনফম ওন্নবা, মীনা করি হায়খিগদগে হায়বনচিংবা ৱারেংশিং অসি পনবা য়াই।

অসুম্না চাউবনা তাইবংপান অসিদা লৈরিবা, উরিবা অমসুং ৱাখলনা খল্লিবা পুন্নমকসিগী মরমদা হকথেংনবা নত্রগা নাকোইননা ফোঙদোক্নবা হোৎনৈ, মসি য়াম্না পাক চাউই। অত্তে নিবন্ধকাৱনা হায়মবা— "নিবন্ধগী হীরম ওইবা য়াদবা বিষয় লৈতে" হায়বগুম চাউবনা মাগী নিবন্ধগী হীরম ওইনা পল্লমদবা লৈতে হায়বা য়াই। অদুবু মানা করিগুম্বা হীরম অমদা খুৎ থারকপা মতমদা মাগী লাম্না অমসুং পাক চাউনা উবা ঙম্বা ৱাখল অমসুং মীৎয়েং অমদি ৱাহৈগী হৈ-শিংবা অদু মতাং চানা শিজিনহুনা ফোঙদোক্লিংবা ৱাখলশিংবু মরিক চুয়া ফোঙদোকপা ঙম্মী।

## চাউবগী ৱারেংদা লৈবা মীৎয়েং :

মথক্তা থেসিস অসিমক্কী অহুম অমসুং মল্লিঙবা তাক্তা চাউবনা ইরম্বা ৱারেংশিংবু অমমমতা ওইনা নৈনজগ্রে। মসিদগী খঙবদি চাউবনা

মহাক্কী বারেংশিং অসি ইরকপা মতমদা অয়াম্বনা অকরবা পান্দম অমসুং মীয়েং অমগী মখাদা চৎথরকই হায়রবসিনি। পান্দম অমসুং মীৎয়েং হায়বসি তোঙান তোঙানবা বাহৈ অমমম ওইরবসু নুংগী বাহম্মোক অমসুং বাখলোনদদি য়াম্না নকৈ, মাম্নৈ হায়বা লোৗবা য়াই। মরম অসিনা চউবন। মহাক্কী বারেংশিংগী মীৎয়েং অসি শুনাচিন্না মখাগী অসুম্না খায়দোকপা য়াই।

ক) মী ওইবদা য়েংবা মীৎয়েং

খ) মনা লৈবাক, মনাবোল অমসুং মসিগী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েং

গ) প্রকৃতিদা য়েংবা মীৎয়েং, অসিনচিংবা।

মথক্কী পীবিবা মখল অহুম অসি চুয়ানগী মাগী বারেংশিংদা ফংবা রাখল অমসুং মীৎয়েং অহু য়েংলগা খায়দোকচবনি। অহুবু মতাং চাবা মফমদদি মহাক্কী সাহিত্যগী খুৎই পুম্নমক পুন্না য়েংলগা খুদম পীনবা হোৎনজরি, মহাক্কী বারেংদা থম্না মাৎয়েংগী মখাদা শম্লগা নৈনজরি।

## ক) মীওইবদা য়েংবা মাৎয়েং :

অহুক অসিগী মথংদা থমজরিবা "মীওইবদা য়েংবা মীৎয়েং" হায়বা অসিগী শংদনি চাউবনা খ্বায়দগী থম্মোয় শেংনা ইথিবা। মহাক্কী বারেং কযাদা মীওইবগী তোঙান তোঙানবা শক্নমশিংদা মীৎয়েং থমখিবগী মশক অমা উবা ফংই। অহুগা মহাক্কী বারেংশিংদা উৎনীংলিবা অসিদি মক ওইনা মীওইবগী তোঙানবা লৌচৎ-শজৎ, রাঙাং-শাঙাং কয়ানা পুনশিনলগা মী মপুম অমা ওইনা ফংবা মশক অহুনি। অতোপ্পা অকুপ্পা মীয়েং অমনা মীওইবগী পুন্সিগী খোংচৎ অসিদা থেংনবা শকউদনা লৈবিবা ঈশ্বরগী লীলা অসিদনি। মসিগী মীৎয়েং অসি মহাক্কী শৈরেং অমসুং বারেংশিংদা থেংনৈ মহাক্কা মীওইবগী পুন্সিগীদমক্তা অমুক্কা য়াম্না

মুংঙাইজখি। অদুগা অমুক্কা য়াম্না রাজখি। অদুবু মীৎয়েং অসিমক অইবগী শৈরেং অমসুং বারেংগী খোঙচৎতদি চপ মান্নখিদে। চাউবনা অহোংবগী মশক অমা ফজনা লৈখি। শৈরেংগী শরুক্তা মীওইবগী পুন্সি অসি শিননবগীদমক্তা পোকপনি অমসুং হিংবনি হায়না লৌখি। মসিনা মতম পুম্নমক্তা অরাবা, মুংনাংবা রাখল অমা ইরোইদা লোয়নহনা লৈবগুম উই। অদুবু অসিদগী খরা হোংদোক্লবা মীৎয়েং অমদা পুন্সিবু মমল লৈনা হিংনিঙৈ মতম খল্লসিদা মাংবা তাবা লৈত্রবা মতম থুসিংমক্তা লেংদনা লৈহৌরগদবা "ফজবা চিংচৎ" থৎনম্না হায়বসি পামজকখি। অদুনা মহাক্কী লৈশরেংশিং— থম্নাল উবদা, শিবা মেরাগী থাবল, ইঙেল্লৈ, বাকচিংগী লৈরাংনচিংবদা পোকল্লবদি শিগনি অমসুং শিবা হায়বসি মীওইবগী থাদোক্লবা য়াম্লবা পোৎশক অমনি হায়বসি কাওবা লৈতনা হন্না হন্না শৈথাই। মসিগী রাখল অসিমক্তা মীওইববু মঙম ইশান শান্দবা, তানথহনবা ওইনা উই। অদুবু অসিগুম্বা শিবগা পুন্সিগা পক্লদুনা লৈবা, শিবনা পুন্সিদা নিনা হকচাংগী মতুইন্দুনা লৈবা, পুন্সিবু ইফা ফাজিন্দুনা, কিথি কিরম তৌনা অযম্বা মীদোনা লৈরম্বদু বারেংগী শরুকতদি পুন্সি হায়বসি য়াম্না তাংনা কংবনি হায়বসিদা চাউবগী রাখল হোলকখি। লোয়নন‍া মীওইবগা শিবগা য়াম্না নক্লবা মরী অমা লৈনবগুম তৌরকখি। পোকপু পোল্লবদি শোয়দনমক্কী শিরগনি। মরম অসিনা মীওইবনা শিবগীদমক্তা করিম্ থনফম অমদি কিফম লৈতে হায়না লৌখি। অমুকম্ মহাকনা মথা তানা হায়খি মীওইবনা শিত্রিঙৈ মতমদা করিগুম্বা ফিদমনিংঙাই ওইবা থবক খরদি শোয়দনা তৌগদবনি। থবক্তা ইথৌনি, থবক্তা থরায়নি হায়বা গীতাগী পাউজেলবু চেৎনা থাজবা হৌরকখি। থাজবা অসিগা লোয়ননা মহাক্না হায়রকই—"থবক্কী ঈচেল অসি তাইবংপানবগী মফম পুম্নমক্তা চপ মান্ননা চেল্লি।" পুম্নমক অসি য়েংউ তারুরগা ঐখোয়না হন্না হন্না হায়নিংই তাইবংপানবা অসি থাঙ্গৈশেংনমক মহাকপু শেম্বা মপুগী মহৌশাগী ওইবা

শিনসংনি, মনা কেল্লে, য়েনিং ছুল্লে, মপাল শাংলে, মহৈ য়াল্লে, থবক্কী মতুংদা থবক অসি অমুক পোৎথাবা লৈতে।" (বা, ঈ, লাঃ ১৮) অসুম্না পুন্সিদা থবক্তা মরুপ্তই হায়না লৌরকপা থেংনরকই। পুন্সি হায়বসি য়াম্না তাংনা ফংবনি মরমসিনা 'হিংলিঙৈগী তেল্লবা মতম থরাসিদা মুৎপা নাইদ্রবা, অফবা মিংচৎ করম্না ফংগদগে? অফবা পুন্সি অমা শেম্বদা করি চংবগে হায়বনচিবত্থ কুপ্না খঞ্জনবা হৌরক-পগুম উরকই। পুন্সিগী মমল মশক খঙলকপা ওইনা শিজ্রিঙৈগী মতম থরা অসিদা তৌরম্বা থবক্কী মহৈনা পুন্সিগী মশক শোয়দনা ওইগনি হায়বসি মহাক্না মহাক্কী বারেংগী শরুক্তা তাকলকই। অতুনা বারেংদা হাম্নগী শৈরেংদা লৈরম্বা মীৎয়েং অমসুং রাখলদগী অনৌবা অহোংবা মশক অমা লাকথি। অসুমনা বারেংগী খোঙচত্তা পুন্সি অসিমক নিয়ম চুম্না, পরীং কায়দনা থবক্তা পুক্নিং চংবা, হোৎনবা কনবা, নিংহল্লবা থাদোক্তুনা ইথোদা থাজবা থম্বা মী অমা ওইনা হিংগদবনি হায়বসি তাক্লবা হোৎনরকই।

চাউবসু সেক্সপিয়ারগী মতৌগুম্না (মেকবেথ) তাইবং পানবনু লীলাগী ফমপাক ওইনা লৌরগা মীওইবনা মতুদা পুন্সিগী থৌদাং তৌরিবা শক্তম লাংবা অমা ওইনা লৌখি। অতুগা করিগুম্বা শক্তি অমনা ওইন্নীংবা, তৌহন্নী বা অমগী মতুংইন্না তৌবা, মতুদগী লানথোকপা ইঙম ঙমজদবগী মতৌ অমদা মীওইবনা হিংলিবনি হায়বসু থনখি। শকউদবা থৌশিল অসিনা লোইশিননিংবা মতমদা মীওইবগী পুন্সিসু লোইখিগদবনি হায়বসি মহাক্কী রাখলদা কাওনা লৈখিদে। অতুগা করিগুম্বা মতাংদনা মীওইবগী পুন্সি অসিনা লানফমগী ওইরবা তাইবং-পানবা অসিদা লান শোক্নরিবা লানমী অমা ওইনা উরকই। মহাক্না "তাইবং পানবা অসিমক থাঙ্গৈশেংবা মপুগী মশক্নি।" (বা. ঈ, লাঃ ১৯) হায়না থনখি। মহাক্না মীওইবগী পুন্সি হায়বসি পোকপগী শিবা ফাওবগী মতম অসিনি হায়না লৌখি। হায়রিবা মতম অনিদা হিংলিবা

মীওইবগী পুন্সি অসিনা তৌবা য়াবা থৌদাং (দ্যুতি) পুন্নমক পাঙ-থোকককদবনি। থৌদাংশিং অসি পাঙথোকপদা অকিনা, তুজুংবা, নীংহন্নবা নত্রগা মায়পাকপা হায়বা অসি শোয়দনা লৈ। অদুনা পুন্সি অসিদি থবক্কা শেমগদবনি।" থবক্কা হেক লেপ্পা মুমিত্তা মীওইবনা মখোয়গী মীওইবা হায়বা অদু তোক্কনা শিবা হায়বা অদু ওই।" (ৱা. ঈ. লাঃ ২০) হায়বসিদা চেৎনা থাজখি। অসিগুম্না মীওইবমা থনবা ৱাখলগী মওং (মোদ ওফ থিংকিং) অসিদা মহাক্কা য়েংবা মীৎয়েং অসি মহাক্কী সাহিত্যগী থুংই (লাইরিক পুন্নমক) পুন্নমকপু পুন্না য়েংলগা মখাগী অসুম্না তাঙ্কক অহুম থোক্কা খায়দোকপা যাই। অদুদি—

১. শিবগা পক্কত্নুনা লৈবা পুন্সিগী মশক

২. পেনথোক্কনা লৈবা পুন্সিগী মশক

৩. মিংচৎ থমলমনবা হোৎনত্নুনা লৈবা পুন্সি মশক।

হায়রিবা তাঙ্কক অহুম অসি মখাদা শম্নৈনা নৈনজারে—

## ১. শিবগা পক্কত্নুবা লৈবা পুনসি মশক

চাউবগী শৈরেং অমসুং ৱারেং খরদা মীওইবগী পুন্সি অসিদা শিবা হায়বসি পক্কনা লৈরবা পোৎশক অহুগুম্না উৎলি। মীওইবগী পুন্সি অসি পোক্লবনিনা শোয়দনমক শিরগনি হায়বা অসিদা য়াম্নমক চেৎনা থাজখিবগুম তৌই। মহাক্কা ইঙেল্লৈ থম্বালনচিংবা কয়াগা পান্দম্নত্নুনা হায়রি—

"থম্বাল কৌবী লৈমুংশি
ঐখোয়সু নখোয়গুম্বনি
তাইবং ঈপাক থকশিদা
কেম্নবা শাৎপনি" (থম্বাল উবদা, থা. লৈ. লাঃ ১২)

অমুক্কসু মীওইবগী পুন্সি অসি লৈরাং ইঙেল্লৈগুম্বনি। লৈরাং অসিনা শাৎপমথৈ শাৎলগা করিসু তৌগমদনা লৈমাইদা কেন্দুনা মাংবগুম মীওইবগী পুন্সিসু নাংগনি হায়না শিংথারি—

নংবা কেন্নবা শাংপগুম
ঐ খোয়দু থুনা শিন্নবা
ঙাইবনি
ঈপাক্কা কোজোলি ভাকপগুম
পুন্সি ঈপাক থকশিন্দা
ভাক্লনি। (ইংভৈন্নৈ, থা. লৈ. লা: ৩৮)

অসুমনা চাউবনা মীওইবগী পুন্সিসি অসি করিমু তৌবা ঙমজদবা শিরগী য়োংলহিং ফলাং অমনা ফাজিন্দুনা লৈরবা পুন্সি অমগুম্না উৎলি। হিংবদা মহাও য়াওদবা হৈনীংদবা, শিগনি হায়বতা খন্দুনা লৈবা নত্তগা করিগুম্বা মিৎকুপ অমদা শোয়দনা শিরগদবনি হায়বা বাখল অসি মহাক্কী বারেং (এসে) খরদমু অতুমক লৈ। খুদম ওইনা মহাক্কী "শিবা কিবা" হায়বা বারেং অসিদা— "পোকপু পোক্লবদি শিবগী লমুন তোল্লে। মমগী খোমলাং অমৃত থকলিবা অঙাং নবা অসি তেংবানবগী অবা নুংঙাইবগী বাখল পুম্নমক মহাক্কী পুক্নিংদা চংবা লৈত্রবা মথোক কারকইবা পাখং অসি পুম্নমক নোংমা শোয়দনা শিরগদবনি। হে ইমাকথুনবা, অহিং-নুংথিল, অইং-অশা, অরা-অনা খন্দনা নীতিগী লন লৈমগী সেবা তৌরিবা নহাকসু নংগী নুংশিরবা নরল অতু থাদোক্তুনা নোংমদি শিরগদবনি। নংগা নক্লবা মী থোরক্লবা তাইবংপানবগা নোংমা শোয়দনা মৈতাম্না বাখৈরগদবনি।" (বা. ঈ., লা: ১১) মতৌ অসুমনা চাউবনা মীওইবগী পুন্সি অসি য়াম্না শোনবা মীৎয়েং অমসুং বাখল্লোন্দা য়েংলম্মী। মসি পেসিমেন্টিক ওইবা বাখলগী মখলনি। অদুবু অসিগুম্বা মঙম শান্দ্রবা বাখল অসি বারেংগী অহৌবা শরুক খরদদনি।

## ২. পেনথোক্তুনা লৈবা পুনসিগী মশক :

চাউবগী সাহিত্যগী খোঙচত্তা তাক্কক অসিদদি য়াম্না পেনথোকপা পুন্সিগী মহীং অমদা চংশিনলকই। অহানবা তাক্কী মীওই অসি পোক্লবদি শোয়দনমক শিরগনি হায়বগী বাখল অদু কাওথোক্তুনা

ইচম চম্না অমদি ইত্তিং ত্তিংনা, অৱাবা মুংঙাইবা, কজবা অখিবা, লাইরবা ইনাকখুনবনচিংবা পুম্নমক্তা অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইববস্থ পুমপেন পেন্দুনা মুংঙাইথোক্তুনা লৈবগী মশক অমা ৱারোং, শৈরেং-শিংদা থেংনৈ। মহাক্কী "ঈশ্বর ভক্তি" হায়বা ৱারেংদা থাজৈশেংনমক খল্লুবদা ঐখোয়বু মীওইবনি হায়জবদা পুক্সিংদা মুংঙাইবা পোকই।" (ৱা, ঈ লাঃ ৪২) মহাক্কী ৱাখলদা ভাইবংপানবদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্কী মক্তা মীওইবনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ অমসুং মুংঙাউ হায়তুনা পেনথোকচবা অমা পোকচৈ। মসিগী খুদম অমসু মহাক্কী "মীওইবা" হায়না শৈরেংদা অহুম্না শৈথারম্মী—

বীণসু খোংসম্ন ফিরানসু থেৎসম্ন
ত্রাস্কানা ফংত্রব। মপোকনি।" (থা, লৈ, লাঃ ১৩)

অসিগুম্বা ফংঙমদনা ফংলবা লাইমরুস্থ পোকঙমত্রবা মীওইবগী মপোক অসিদা হিংলিবা পুনসিগী মতেক খবা অসি অৱাবদা হেন্না ৱাশিন্দুনা, মুংঙাইবদা কা হেন্না মুংঙাইরুবগী করিস্থ কান্নবা লৈতে। হৌজিক লৈরিবা অমসুং ওইরিবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফরবনি, মুংঙাইরবনি হায়না পেনথোক্তনা লৈথোক্লিংবগী মওং অমা মাগী খুৎইদা য়াওরকই। খুদম ওইনা মথাগী শৈরেং মতেক অসি য়েংবা য়াই—

কাগনি হায়বস্থ কল্লক্তে
তাগনি হায়বস্থ ৱাৰুদে
পুনসিগী পুংজা খুদিংদা
মপুগী য়াথং ঙাক্কনি।
(খা, লৈ, চিংগী লৈরাং অমদা লাঃ ১০

মসিদস্থ নত্তনা "লৌউবা" হায়বা শৈরেংদা লৌউবা অমগী পুনসিনা লেনখিবা মুংঙাইবা মহিং অমদা পুনসিবু চাং অমদা লৈবা খ্বাইদগী মুংঙাইবা পুনসিনি হায়ন'লৌখিবা মতাং অমদা অহুম্না উৎলি—

মীওোন্দসু পুথোক্তা মীওোন্দগীসু পুরুদ
লৈজবা অত্তুনা পেল্লিদো।
চাউবগীসু মীদোদে কানি হায়বসু কল্লক্কে
তাগনি হায়বগীসু বারুদে। (থাং, লৈ, লা: ২১)

অসুম্না মহাকী হাহিত্যগী খোঙচত্তা শৈরেং অমসুং বারেংদা য়েংলিবা পুনসিগী মশক অসিদা অরাবা বাখলনা পোলোই ওইবা, অসিগীদমক্তা খোইনা হেন্না বাশিল্লবা অমদি হেন্না মুংঙাইরুবা পামদনা চাং অমদা পেনথোকপগী মশক অসিনি। হায়রিবা মশক অসি মরুওইনা মহাকী শৈরেংগী শরুক্তনা অয়াম্বা উবা ফংই। অত্তুবু অসিগুম্বা পুনসি মরেনসি বারেংগী শরুক্তসু অত্তুম ফজনা ফংই।

## ৩. মিংচৎ থমলম্বা হোৎনবা :

চাউবগী চাউরাক্না চহী ২৩ মুককী (১৯১৭-৪০) সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা য়াম্না চাউনা লাকখিবা অহোংবা অত্তু য়েংলগা তাক্কক অহম খোল্লা খায়দোকচঞ্চে। হায়রিবা তাক্কক অহম অসিগী মহুংদা খ্বাইদগী শাংবা মতম, য়াম্না মরুওইবা, অমসুং অরোইবা তাক্কক "মিংচৎ থমলম্বা হোৎনবা" হায়বা অসি শৈরেংদগী হৌরগা বারেং (এসে) অমসুং ইতিহাসিক উপন্যাস "লবঙ্গলতা" কাওবগী মতমবু কোনশিল্লি। মহাকী শৈরেং থরদা মীওইনা পোকপা মপোক অসি ফংঙমদনা ফংবনি। মরম অসিনা মসিগী মমুংদা তৌবা য়াবা থরা তৌরম্মু হায়থা মহাকী থম্মোয়গী পাউজেল অসি তাই। হায়রিবা থম্মোয়গী পাওজেল অসি বারেংগী অয়াম্বা শরুক্তদি য়াম্না কনবা খোল্লাও অমা ওইরকখি। হান্নগী শৈরেংশিংদা পুন্সিগা পিবগা পরুত্নুনা লৈবা অমদি শিগদবা মপোক্নি থন্দুনা পেনথোকপা মুংঙাইথোকপা অসি অত্তু মহাকী বারেংশিংদা অত্তুক হাক্না তাক্রে। শৈরেংদা য়াম্না তোয়না হায়রিবদি মীওইবগী পুন্সি অসি ঈশ্বরগী খুৎশেমনি, মালেম অসিসু

মহাক্কী লীলাগী ফম্বাক্তি। অসিগুম্বা ফম্বাক অসিদা হিংলিবৈগী মতম খরা অসিদা হিংননবগী শিনথা পাংবা হায়বসি মী খুদিংমক্কী মথৌনি। মহাক্কী "শিবা" হায়বা শৈরেংদা হায়রি—

মপুগী শিনশং অসিদা
মপুগী শিনথা শাংছুদা
পুক্লিং ভুজুং হরাওনা নিংবা কায়বা লৈত্তনা
মীংচংকী উরোং খিন্দুনা
পোকপগী মহৈ য়ানগনি।" (থা, লৈ, লাঃ ১৬)

পাউজেল অসি মহাক্কী বারেংশিংগী থরায় ওই। মহাক্কী অসিগুম্বা বাথল অসি মহাক মশামক বৈষ্ণব সাহিত্যকার অমা ওইবনা গীতাদগী ফংবা ওইগনি হায়না খল্লি। গীতাগী মত্তাং অমদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়খিবা "থবক্তা পুনসিনি পুনসিদা অফ ফত্ত য়েংদনা পুনসিগী থৌদাং পাংথোক্কদবনি।" হায়বা পাওতাক অসিদা চাউবসু য়াম্না চেৎনা থাজজখিবা মীশক অমা ওইনা উই। মহাক্কী অয়াম্বা বারেংদা মসিগী মমি ইতৎ তত্তনা তাই। মহাক্কী বারেং "শিনফম ওন্নবা" হায়বসিদা মীওইবগী পুনসিদা হিংবগী মতমদি য়াম্না তেনবা, তৌগদবা থবক্তা য়াম্বা অসিগী মথক্তা মীওইবগী পুক্লিংনসু অরেপ্পা লৈতবা, মতমগী মমল য়াম্না লৈনা লোরকপগী মশক উৎলকই।" উনবী পুক্লিংনা লোংবা থৌরম্না য়াম্বদি মতম পাঙ্গল লাংনা ফোইথুনৈ।" (ৱা. ঈ. লাঃ ৪৮) মসিদসু নত্তনা মহাক্কী বারেং "মীওইবগী থবক অমসুং অক্তনবনা য়াকায়বা।", "তৌথদবা থবক্তা মায় ওনসিনবা।", "মীগী মপাল তাংবা তরগনু, অতনবা অমসুং মপুগী শিঙ্গং অসিনচিংবশিংদা মীও-ইবগী পুন্সি য়াম্না তাংনা ফংবা, অমদি অত্তৈ জীবশিংনা ফংওমজবা মপোক্তি হায়না হায়রি। তাংলবা মীওইপ্লোকক্কী মপোক ফংলবা মীওইবনা ভজনো নজপ্পা ফত্তবা সঙ্গ তিন্নতুনা অরেম্বদা খক মাংহন-লোইদবানী অফবা মরুপ-মপাং ভিন্নতুনা পুণ্যগী থবক পাংথোক্লগা

মীওইপোক্কী পোকচমদ্রবা মপোক অসিগী মহৈ য়ামবা হোৎনগদবনি মীওইবনা পোক্লকলগা মশা মশাগীতা থন্দুনা লৈথোকপসু চুমদে। অকোয়বদা লৈরিবা মরী-মতা, মরুপ মপাং পুম্নমক শেমগৎতুনা মুংঙাই য়াইফবা সমাজ অমা পুরক্কবা হোৎনবদা মীপুন খুদিৎমক্কী চপ মান্নবা থৌদাং লৈ। মসিবু মীওইবগী মপৌ নত্রগা থবক্কি হায়না লৌনৈ। অফবা থবক তৌবনা মীওইবা সমাজগী য়াইফবনি, মীওইবগী য়াইফনবা রাখল থনবা, থোরাং তৌবা অমসুং মসিবু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমলবদি অফবা মিংচৎ লৈহৌগনি। অসিগুম্বা থবক্কী মওং অসিবু চাউবনা মহাক্কী ৱারেংগী মতাং য়েংদুনা তোঙান তোঙানবা মিংথোন্দা শম্নোক্লা তাক্লি। মসিনা চাউবগী সাহিত্যগী খোঙচৎতা "মিংচৎ থমলমনবা হোৎনবা" হায়বা অরোইবা তাঙ্কক অসিগী মশক অমদি চাউবগী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েং।

মথক্কা অসিগী থংবদি চাউবগী সাহিত্যগী খোঙচৎতা শৈরেং অমসুং ৱারেং অনিদা য়েংলিবা মহাক্কী মীৎয়েং অসি খেন্নবা লৈ হায়বসিনি। অয়াম্বা শৈরেংগী শরুক্তা পুন্সিবু শিননবগী দমক্তা হিংবা শিগদবনি খনদুনা লেনখোকপগুম্বা তৌই। শম্মা হায়য়বদা, পুন্সিগী মমল ইরৈ লৈক্রবগুম উই। অতুগা খোঙচৎ অসিগী অরোইবা শরুক্তা মহাক্কী হাম্নগী রাখল মখল অসি হোংলকখি। অতুগা ৱারেংগী খোঙচৎ য়ৌবকপদদি পুন্সিগী মমল শাথিনা হায়গৎলকখি। অফবা তমজনীংঙাই ওইবা (আইদিয়েল) ওইবা পুন্সি হায়বসিগী মকম চাউনা কনখি। মতমগী মমল হাইগৎখি— অরেম্নদা মতম মাংহন্দনা পোকলবদি করিগুম্বা থরদি শেয়দনা তৌরমগদবনি হায়না তোয়না তোয়না লাউরকখি।

মীওইবগী মতাংদা মথক্তা ইথ্রিবা ৱ কম থরসিনবা চাউবগী সাহিত্যগী খুৎইদা শোপ তোয়া মশক থরম্ উবা লৈরি। মতুদি, মীওইবনা অফব মানজদা অংবা মী অমা ওইনা হিংবা, মহাক্কী অকোয়বদা

লৈরিবা পুম্নমকপু অফবা ঙাক্না ওইহন্নিংখিবগী রাখল মগল তাসিনি। খুদম ওইনা অঙাং অমা অফবা অঙাং নত্রগা। অফবা মী অমা ওইররুবগী দবক্তা অফব মমা-মপা, অফবা মরুপ-মপা' অফবা মতিক চাবা ওজা অসিগা লোয়ননা মহাক্না হেক নক্করিবা নত্রগা উবা-তাবা মফমদা লৈরিবা পুম্নমক অফবা ঙাক্না ওইগদবনি। অসিগুম্না থম্মোয়গী পাওজেল অসি চাউবগী অয়াম্বা রাবেংদা তাবা ফংই। অফবা অঙাং নত্রগা মী অমা শেমগৎপদা অফবা মাশিংগী মতৌ অম্না, মখোয়গী পুন্সি রারীনা অফবা রাখল অমসুং থৌনাগী ঈথিল পীবা ঙমগনি হায়বসি চাউবনা চেৎনা থাজ্জে। মরমগিনা মহাক্না অমা' অতেংগী ওইনা পৃথিবীগী অচৌবা ফমনাইবা, থৌনাফবা, ধর্ম চেনবা, ফী-দমনিংঙাই ওইবা মীশক কয়াগী রারীশিবু রারেংগী মওংদা ইহুনা থম্মীরম্বনি। মহাক্কী রাখলদা ধর্ম, জাতি-বিজ্ঞান অমদি অচৌ-পিশক খায়বগী খেন্নবা পংথৈ অমা মীওইবা মরক্তা থম্না পামখিদে।

মী পুম্নমক চপ মাটে, অমতনি হায়বসিদা চেৎবা থজহুনা মীনা মীগী সেবা তৌহুনা পুম্না নুংঙাইনা হিংমন্নগদৌবনি হায়বসিনা মাগী থম্মোয়গী পাউজেল ওইখি। মী মরক্তা ধর্ম, জাতি, লম অমসুং ফমথোনগী মিংদা অচৌ পিশক খায়গদবা নত্তে, মশা মশাগী যোগ্যতা (মতিক-মগুণ অমসুং মবুধি-মরৌশিং) পুক্নচেল অমসুং তৌথোরকপা থবক্না মী মীগী মশক লেপচরনি। অসিগুম্না মওগী রাখল পরিং অমা মহাক্কী খুৎইদা ফংই। অফবা লৌখুপ লৌকোই লৈতবা অমসুং হোৎননিংবা রাখলনা অমনা অমগী মতেং পানবা, য়াইফনবা থনবা হায়বসিনা মান্নবা সমাজ অমা পুরকপা ঙমগনি হায়বসিসু মহাক্কী সাহিত্যগী মরুওইবা মীৎয়েং অমনি।

ঘ) মমা লৈবাক, মমালোন অমসুং মসিগী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েং:

শ্রীখাইরাকপম চাউবা শতাব্দী অসিগী লোন্নবা মতমদা তমসুং

অরি-অনৌ অনীনা শিন্নবগী মতমদা পোকখি। ১৯ শুবা শতাবদীবু থাদোকলমলগা ২০ শুবা শতাবদীনা হৌগৎলকপা মতম অমসুং অরিববু নমহৎলমলগা অনৌবনা ময়োল চোংখৎলকপা মতমগী ঈস্থলদা পোকপা চাউবগী থম্মোয়দা মসিগী মমি ফজনা তাই। মরম অসিনা মহাক্কী রাখলদা মতম পুম্নমক্কা অফবগা-ফত্তবগা, অরিবগা অনৌবগা, অচুম্বগা-অরানবগা, অনি'বগা-অপাঙ্গপগী চাংদমনবা অমা লৈ। অদুবু মমৈদা মানা চুন্না, ফৈ হায়না খনবদুগী পরিংদা হেক হেক ৎেথে।

চাউবগী রাখলদা মমা লৈবাক, মমালোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগী সেবা তৌনিংবনা মতম খুদিংমক্কা ভুমিন্না পোৎথাদুনা লৈবা ঙমখিদে। মরম অসিনা মহাক্কা মমালৈবাক্কী সেবা তৌবগী লম্বা কয়া (পান্থৈ) থাদোকলমলগা মসিগী লোল অমসুং সাহিত্যগী সেবা তৌবা হৌরকখি। লোল অমসুং সাহিত্যগী সেবা তৌবা হায়বসিসু মমালৈবাক্কী সেবা তৌবনি হায়না খনখি। চাউবনা লমদম অসিগী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সেবা তৌবদা পাম্বা অমসুং চোকথবা লৌখদে। মশাগী পাঙ্গল, শেল-থুম, বুধি লৌশিং লৈজবা পুম্নমক পুথোক্লুনা লমদমসিগী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সেবা তৌখি। মহাক্কী মীৎয়েংদা (রাখলদা) লৈবাক অমা চাউখৎপা হায়বসি লমদুগী লোল সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি চাউখৎপনা ওইগনি হায়না খনখি। মরম অসিনা মৈতৈলোন অমসুং অসিগী সাহিত্য য়াম্না পাক চাওরবা মীৎয়েংনা য়েংলম্মী।

লৈবাক অমা চাউখৎপা হায়বসি লমদুগী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি চাউখৎপনা ওইগনি হায়বা খনখি। মরম অসিনা মহাক্কা মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগী চাউখৎনবা লোয়নমা মসিগী মতীক-মগুণ কয়া তাক্লুনা মসিদা ফোঙদোক্লিংবা পুকনিংগী রা পুম্নমক লোয়না ফোঙদোকপা ঙম্মী হায়বদু মহাক্কী মতমদা হিংমিন্নখিং। মরূপ মপাং কয়াদা তাক্লবা হোৎনখি। অসিগা লোয়নননা মসিগী ফজবা

থোং নৌবা, মেংবগী মশক কয়া অরিবা সাহিত্যদা মরাং কায়না ফংই হায়বত্তুসু তাকখি। অসুম্না মহাক্না লমদম অসিগী মরুওইবা লোল, মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যদা য়াম্না পাক চাউরবা খীংয়েংনা য়েংলম্মী। অত্তুবু মৈতৈলোন অসি লৈরাং ইংলেণ্ডগী পান্দমগুমলে। মৈমৈলোন অসিসু ইংলেণ্ডগুয়া থিবিনবা লৈতা, কোল্লোই শকপীনবা য়াওদনা অরেম্বদা তাদুনা মাংবগুম চীংনা কোযশিল্লবা লমদম অসিদা অসিগী মতীক-মগুণ থাবিনবা অমসুং মাগী কোল্লোই শকপীনবা লৈতবনা অরেম্বদা তাদুনা লৈরে। মসিগী মতাংদা মহাক্না হায়— "···কনানা মৈতৈলোন অসিবু পান্মৎফম থোকপগে? মবমদি হৈদুনা লৈববা ইরোনবু অমুক নৌহৌনা তমলবগী কবি কাম্নফম লৈবগে? খরনা অমুক হায়রি— মৈতৈলোন তম্নগা করম্বা মতমগী মতিকচাবা রাখল, লৌশিং থোকফম লৈবগে? খরা মতমনা মৈতৈলোন অসিবু পুক্নিংগী রাখল ফোংদোক্নবদা শুদ্রবা যাম্না চম্নবা ৫'ও নাইগী লোনগুম নিই। ····জাতিগী লোল, জাতিগী সাহিত্য চাউখৎপা হায়বসি জাতিদু চাউখৎপগী খুদম অমসুং চাউখৎনবগী পান্থেনি।" (রা. ঈ., লাঃ ২) অসুমনা মহাকনা মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগী চাউখৎনবা কয়া তৌখি। মহাক্কী মতমগী মৈতৈমচাশিংনা মৈতৈলোন অমসুং মসিগী সাহিত্যগী মরমদা নিংবা কাযনরিবা কয়া অদু উক্নরগা অনৌবা থৌনা পীনবা হায়রকই— "মণিপুর সনা লৈপাক অসি রাখল চাউবা কবিগী মতিক চাবা পোক্নফমনি।" (রা. ঈ., লাঃ ৩) মতৌ অসুমনা চাউবমা মৈতৈগী নহারোলশিংবু মৈতৈলোন অমসুং মৈতৈ সাহিত্যগী ফজবা কয়াগী তুংনফম ওইরিবা ইমা লৈবাক মনিপুর অসি সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিবু শেম্বা মীওই কয়াগী পোক্নফমনি হায়না নুংঙাইজনবা তাক্নি। অসুমনা চাউবনা মৈতৈলোন, মসিগী সাহিত্য অমসুং মসিগী সংস্কৃতিদা অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা য়েংলম্মী। তুংগী নহারোল, সাহিত্যবু সেবা তৌরক্নবশিংগী দমক্কা লমজিং লমতক পীবগা লোয়ননা অনৌবা

আশা অমা পীরম্মী।

চাউবনা মণিপুরগী মরুওইনা মৈতৈ সমাজগী অরিবা চৎনবী অমসুং মসিগী ইতিহাস অসি নিংথিনা য়োকখৎপা পামলম্মী। মরম অসিনা মহাকনা "মণিপুরগী ইতিহাস" কৌবা ৱারেং অমা ইদুনা লমদম অসিগী ইতিহাসকী ময়েক শেংদবা চয়েৎনবা কয়া লৈরিবসি করম তৌরগা কোককদগে হায়বনচিংবগী খুংনাংবা অমা কোওদোকলম্মী। ৱারেং অসিদা মহাক্না পাক্লবসু মণিপুর মণ্ডল লৈবা লৈবাকনি, মসিগী মনুংদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী মশাগী ওইজবা তোপ তোপ্পা শক্তম কয়া চোডান্না লৈজরি। অসিগুম্বা ময়ামগা মান্নদ্রবা তোঙানবা শক্তমশিং হাসি খঙদবনা অতোপ্পা লমগী মীনা মৈতৈগী নত্রগা ঐখোয়গী মনুংগী মীওই খরনা পংহায় হায়নবা অমদি নোকনবা অসি ঐখোয়না থাজকম থোক্তে। লমদম অসিদা য়াম্না ওল্লিরৈ মতমদগী মীওইবনা হিংবদা চংবা পোংচং কযাগী মরম অমসুং চৎনপথাপ কয়া নিংথিনা তাক্লুনা লৈরম্মী। মরম অসিনা ঐখোয়গী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি অসি য়েংলগা করিগী চাউথোকলোইদগে ? অসুমনা মহাক্না মৈতৈলোন অমসুং অসিগী সাহিত্যগী মনু' চন্না লৈফম থোকপা ইতিহাস সংস্কৃতি কয়া অসি লোল অসিগী মনুংদা ফংলিবনি হায়বসি চাউবগী চৎনা থাজবনি। মরম অসিনা ঐখোয়না ঐখোয়গী লোল অমসুং সাহিত্যবু চাউথৎনবা হোৎনফম থোকই হায়রবসিনা মহাক্কী ৱাখলনি অমসুং মমালৈবাক, মমালোন অমসুং মসিগী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েংনি।

## গ) প্রকৃতিদা য়েংবা মাৎয়েং :

চাউবনা মাগী থুৎইদা প্রকৃতিদা যেংবা মীৎয়েং অসি শৈরেং অমসুং ৱারেংদা থেন্নবা উই। শৈরেংগী শরুক্তা মহাক্না য়েংবা প্রকৃতিগী মশক অসি য়াম্না থোৎ নৌবা, অনৌবা য়েন্নি লক্তা খুমিদাংৱাইগী তাঙ্গানবা খুমিৎকী মশেক্তা শান্নবা চীংগী নাপোমগী তানৌ অমসুং লাংবনগী ফৌনানা মুংশৎকী ঈশোমদা জগোই শাবনচিংবগী ফজ।।

মশক ঙাক্তা উই। অতুবু বারেংগী অয়াম্বা শরুক্তদি হায়রিবা প্রকৃতিগী মশকশিং অসি অকিবা, মাংতাকপা য়াবগী মশক ওইনা য়েংলকপগুম তৌই। খুদম ওইনা প্রলয়, মৈগী মীং, য়ুহারাবা অসিনচিংবশিং অসিদা তাইবংপান অসি মিৎকুপ খরগী মনুংদা লোয়না হেক্তা মাংখিবা য়াবা মওংদা উই। অতুবু হায়রিবা রাকম অসি মাগী বারেং লোইনমক্তা য়েংই হায়বগী বাদি নত্তে। মহাক্কী বারেং "মোইরাংদা চয়েল অমা অমসুং লোক্তাক" হায়বা অসিদদি প্রকৃতিগী ফজবা মশক কয়া থাহ্নি। ইরি। অতুম ওইনমক মহাক্কী সাহিত্যগী খোংচেৎনা মযাই চল্লকপা, লোইরকপা শরুক্তা ইরকপা বারেংশিংদদি প্রকৃতিগী ফজবা মশক, থোৎ-নৌবদা য়েংবা মীৎয়েং অসি ইফং ফংদে। মরম অসিনা হায়বা র.ই মতুদি চাউবগী খুৎইদা প্রকৃতিগী মীৎয়েং অসি সাহিত্যগী ওল্লিবৈ মতমদা য়েংবা মীৎয়েংগা ময়াই চল্লকপদগী লোয়বদা যেংবা মীৎয়েংগগী মখক্তা অহোংবা অমা লাকখি মসি মাগী পুন্সিগী পন্দম হোংলকপা অমসুং নহা ওইরম্বদগী অহল ওইরকপা (মীযাই চল্লকপা) অতুনা ওইন্দু য়াই। পুন্সিগী বাখলনা মরাই চাইথরক্লবাদা পোৎকী মমল অমসুং ফজবগী মশকসু হোংলকই। মরম অসিনা তাইবংপানবদা লৈরিবা পুমমক প্রকৃতিগী খুৎশেম ঙাক্তা ওইদুনসু মসিগী ওল্লকপা মশক অসিসু ঐথোয়গী বাখলদা মমি চাউনা তাই। নত্রগা প্রকৃতিগী ফজবনা লেংদনা লৈরবসু ঐথোয়গী বাখল হোংলকপনা ফজবগী মশক ওনবসু য়াই। মরম অসিনা চাউবনা মহাক্কী পুন্সিনা নহা ওইরিবৈ মতমদা উরম্বা প্রকৃতিগী ফজবশিং অতু ময়াই চল্লক্লবা মতম অসিবাইদদি অকিবা অওকপা কয়াগী মশক ওইনা উরকপগুব তৌই। খুদম ওইনা তাইবংপান অসি মিৎকুপ অমতদা মাংহনবা য়াবা মহাপ্রলয় থোরকপা য়াবা নত্রগা ইখও খঙহৌদনা মৈগী চীংনা পোকথায়ৎক্তুনা পুমাং মাংবা য়াবগী অকিবসু উরকপগুম তৌই।

চাউবনা তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা মিৎনা উবা, নাকোংনা

তাবা ফংবা পোৎভন্দীনা হকচাংদা ফাওবা অঙৌং-আশা অমসুং রাখলনা ফমবা ওয়া শক্তিগী মনুংদা লৈরিবা পুন্নমক প্রকৃতিগী মশক্কি হায়না লৌরম্মী। অদুগা মসি পুন্নমকপু শেমজিবা শকউদবা তাইবং মপু অদুবু ঈশ্বরনি হায়না খনবগুম ত্তৌই। মরম অসিনা চাউবনা তাইবং শেম্বা মপু নত্রগা ঈশ্বর মহাক্কী খুৎশেম অসিমক প্রকৃতিগী খোঙচৎনি হায়না খল্লি। অসিগুম্বা রাখল অসিগী পরিংদা মহাক্না তাইবং পানবদা লৈরিবা খরায় পানবা পান্দবা (মীওইবনচিংবা) পুন্নমক অসি প্রকৃতিগী খোঙচৎ নিয়ম অমগী মতুংইন্না হিংবা, লৈবা ডাক্তনি। হায়রিবা খোঙচৎ নিয়ম অসিনা করিগুম্বা মিৎকুপ অমদা হোংলকপা নত্রগা কায়রকপা থোকলবদি লোয়নমক তুম্না মাংখিবা য়াই, অদুগা তাম-য়োমদা অমুক ঐখোয় মীওইবস্তু প্রকৃতিনা পীবা নীয়মশিং অদু ভাক্না চৎকদবনি হায়বা রাখল অসি ময়ামদস্তু খঙহনবা পাম্মী। মসিনি মহাক্না মহাকী রারেংশিংদা প্রকৃতিদা য়েংবা মীৎয়েং।

মতৌ অসুমনা চাউবনা সমাজগী সদস্য অমা ওইরিবা মী অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা চৎকদবা লমচৎ, খনগদবা রাখখল, য়েংগদবা মীৎয়েং, ভাংগদবা রাভাং অসিনচিংবা কয়া অসি তোঙান তোঙানবা মিংথোলগী রারেং অমসুং লাইরিকশিংদা হুম্না হুম্না তাক্লবা হোৎনৈ। মসি পুন্নমক অসিগী মরমদি চাউবনা মী অমা ওইনা হিংবদা ফজবা লমচৎ, অরাংবা রাখল, অচুম্বা রাভাং অমসুং মীৎয়েং হায়বসি য়াম্না মরুওই হায়না খনখিবননি। মহাকী রাখল অসি ১৯ শুবা শতাবদীদা লৈবম্বা অফাওবা ফিলোজেফর মিলগী "অশেংবা মরুন-নাইগী ওইনা নুংশিজবা অমসুং থম্মোয় শেংনা ময়ামগী ওইনা খনবা হায়বসি চাং মারুত্রবস্তু নিয়ম চুম্না য়োক্লকপা মীওই খুদিংমক্তা ফাওবা য়াই। ১৫৯ হায়বা রাখল পরিং অসিগা মান্নৈ। অদুনা অমুক্তসু চাউবগী রাখল অসি শ্রীচোংথাম মণিহারনা হায়বা—"চাউবনা আর্নোলগী মতৌগুম্না সমাজদা "স্বিটনেস এন্দ লাইট" পুরকপা

পাম্লখি।" ১৬° হায়বা অসিসু য়াম্না শেংলবা রাক্কনি। অসুম্না মহাক্না ময়া লৈবাক্কী সমালোচন অমসুং মণিপুরী সাহিত্য অমসুং প্রকৃতিগী মরমদা য়াম্না চাউথৎপা, হেন্নগৎপা, শান্না, ইংলাতপা পানবা সমাজ অসিগী মশক অমা লৈহনবীংবগুম প্রকৃতিদসু বিস্মানবরতা (ভাইবং পানবদা মান্নবা) গী কব্রবা মশক অমা শাপ্পৎপরা হোত্নৈ। মসিগা লোয়নন্না প্রকৃতিগী থোং নৌবরা মশকতগীনা অকিবগী শক্তম কয়া ইরি। মসিগীসু মথক্তা তাইবংপানবদা লৈরিবা পুম্নমক প্রকৃতিগী থোংচং নিয়ম অমগী মথাদা হিংবগুম্না ঐথোয় মীওইবসু প্রকৃতিনা পীবা নত্রগা প্রকৃতিগুম্না তৌফম থোকপা থোদাং অদু শোয়দনা তৌগদবনি। মসি শোয়রবদি, কায়রবদি মালেম অসি পুম্মাং মাংখিবা য়াবগী অকিবা কয়া অমসু লৈরি হায়বদু উৎলি। অদুবু অমরোমদা অমুক প্রকৃতিগী মত্নংচন্না হিংহিবা ঐথোয় মীওইবা অসি ফিদমনিংঙাই ওইবা অবাংবা রাখল খনবা, শিবা কিদবা, মান্নবা সমাজগী মীওইনা হিংগ-দবনি হায়রি। চাউবগী অসিগুম্বা রাখল অসি হিন্দুগী "গীতা", মিলগী ইউটিলিটরিয়ানিজমগা অমদি জর্মনগী আইদিএলিষ্ট কাংবুগী মতৌগা য়াম্না মান্নবা থোকই। মরম অসিননি মহাক্না বারেং অমগী ওইনা নত্রগা লাইরিক অমগী মনুংদা মিংথোল ওইনা মালেমসিদা লৈরিবা ধর্ম, জাতি অমসুং লমগী থেম্নবা য়েংদনা ফিদমনিংঙাই ওইবা মহাপুরুষ কয়াগী মরমদা ইদুনা তাকলমলিবসি। মথোয়শিং অসিগী ভমজনীংঙাই ওইবা রাখল অদু ভমদুনা ছাত্র মহারোলশিংবুসু ফিদমনিংঙাই ওইবা নাগরিক অমমম ওইদুনা চাউখৎপা, নুংঙাইবা য়াইফবা সমাজ অমা শেম্বা ঙমগনি হায়বসিন। চাউবগী রাখল অমসুং মীৎয়েং ওইরি।

## থুৎই :

মতাং অসিদা "থুৎই" হায়বা রাহৈ অসি ইংরাজিগী "স্টাইল" হায়বা অদুগী অর্থদা শিজিন্নজবনি। স্টাইল নত্রগা থুৎই য়বসিগী

মরমদা ফজনা মপুংফানা অর্থ পীবা হায়বসি য়াম্না লাইবা থবক্তি নত্তে। মরমদি মী খুদিংমক্কী শক-চু, লৈফম চাফম মান্নদগুম ৱাখল খনবগী মওং হমদি তৌথোরকপা থবককী মওংসু মান্নদে। পোংশকী অমথক্কদা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং অমদি মমল পুথোকনরকই। মসিনা মরম ওইদুনা মীশিংনা ভাংথোরকপা ৱাঙাং ইথোরকপা খুৎইদসু মান্নদনা মশক থোরকই। অসিগুম্বা খেন্নবশিং অসি লৈবা মরমনা খুৎংগী চপ চাবা মশক তাকপা অসি লাইনা থোক্কে হায়-জবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি খুৎই হায়বসি সাহিত্যগী য়াম্না মকওইবা মচেল অমা ওইনা লৌনরকই মসিগী মতাংদা E.L. Epstien না হায়বা—

> the apprehension of style may be the only function of the human mind. [১৬১]

অসিনসু য়াম্না চান্নে হায়বা য়াই। অদুনা চাউবগী সাহিত্যগী মরুওইবা ৱারেং নৈনরকপা মতাংদসু নৈনদবা য়াদবা অমা ওইনা খঞ্জদুনা লৌখৎচবনি।

মতাং অসিদা খুৎই করিনো হায়বগী মরমদা অখণ্ড-অহৈশিনা পংবা মত খরগা লোয়ননা নৈনজরি। অখণ্ড অহৈশিংনা নৈনবগী মওং অসি নোংচু পলোমদা প্লেটো, এরিস্টোটল নচিংবা কয়ানা 'ষ্টাইল' গী মওং মতৌ আসবু য়াম্না কুপ্না নৈনরকপগী পরাং অদু হৌজিক ফাওবা চৎথবগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা মত কয়া পীনবক্লি। ভারত্তা চাউরাক্লা হায়রবা মতম অসিৱাইদগী অভীনবগুপ্তা, বামন, অনন্দ-ৱর্ধননাচংবা সংস্কৃতকী পণ্ডিত কয়ানা, 'শৈলী' গী মরমদা তোঙান তোঙানবা মত কয়া ফোংদোকলম্মী। মখোয়গী সম্প্রদায়গী পরাংদা হৌজিক ফাওবা শৈলীগী মওং কেপনবা হোৎনবা কাংবু থরসু লৈরি। অদুবু ঙসি ভারত্তা নৈনরিবা খুৎই। শৈলী। ষ্টাইল হায়বা অসিদি নোংচুপ অমসুং নোংপোক অনিগী য়ানশিন্নবা মশক অমনি।

ভারতকী শৈলীগী মওং অসি অহানবদা রীতি নত্রগা বৃত্তী হায়না খঙনরম্মী। মসিগী শুপ্চিন্না হায়বা অর্থদনা—

ক) রীতিনা কাব্যগী থবায়নি

খ) শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা লোল শিজিন্নবা

গ) কাব্য শেম্বা। ইবা মতমদা চৎনবী ডাক্লা চৎপা। ১৬২

হায়না খঙনম্মী। অদুবু মমৈথংদা রীতি। বৃত্তিগী মওং মতৌ পুম্নমক শৈলী ওইনা খঙনরকই। হায়রিবা শৈলীগী মশক অসি ভসিদি হায়না হায়না খঙনরক্লি। শৈলী হায়বা ৱাহৈ অসি চাউরাক্লা ১১ (লৈবা-মাথোই) শুবা শতাব্দী অহৈৱাইদা। ইবা মনুস্মৃতিগী টিকাদা মতুংনা ইরম্মী—

> শীলমের স্বাথে অনভীয়। চারিত্র ত্যাগীয়মোযেৎ
> শৈলা। যৎসাম নেৎমিধায় বিশেষেণ নিদুর্দ্দোষিত
> প্রাচ্চা। ১৬৩

(শৈলী হায়বা ৱাহৈসি শৈলাদগী লাকপনি। মসিগী অর্থদ ইবগী মওং ৱাহৈ পরেং শেম্নগী মওং, চৎনবা লাকপা অমসুং মসিগী মৱম তাকপনি)

মতৌ অসুমনা সংস্কৃত সাহিত্যদসু য়াম্না ভল্লিবৈ মতমদগী শৈলী হায়বা ৱাহৈসি চৎনরকই অমসুং মসিগী তোঙান তোঙানবা অর্থ কযা মকম মতমগী মতুংইন্না লৌনৈ।

নোংচুপলোমদসু শৈলী (ষ্টাইল) অসি য়াম্না ভল্লিবৈ মতমদগী নৈনবা হৌরকখি। অদুম ওইনমক স্টাইল নৈনবগী মতাং অসিদি লাইনা লৌনরমদে। ষ্টাইল নৈনবগী মতাংদা সেক্সপিয়র টেটসমেন না দেফিনিসন এ.বি.সি.দি হায়না মরি থোক্লা থায়দোক্লগা নৈনরম্মী। ১৬৪ অদুগা এপিষ্টাইলসু 'ষ্টাইলবু নৈনগে হায়রবদি লিঙ্গুইষ্টীক ক্রিটিসিজমগী পাম্বৈনা নৈনবনা শৈরেং অমসুং ৱারেংগী ওইবশিংদা লৈরিবা মথল

মখা অয়াম্বা মরী মখোঙশিংবু নিংথিনা উৎপা ঙমগনি হায়রি। ১৬৫ অম-রোমদা মুরেগী মত মতুংইন্নদি 'ষ্টাইল'বু বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা চেকশিন্না নৈনবা তারবদি মসিদা লে'ইনমক্কী মতেং লৌগদবনি হায়বসিনি। ১৬৬ ঙাসুম্না মত কয়া লৈত্নুনসু ষ্টাইলবু নৈনবগী থবক অসিদি শুপ্পগী বুফোনগী "দিসকোভরিজ ওফ স্টাইল" হায়বা লাইরিক অসি থোরকপদগীদা ষ্টাইল নৈনবগী মপুংফাবা থাক অমা য়োৌবে হায়না লৌনৈ। লোয়ননা মহাক্কী "স্টাইল ইজ দি মেন" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা স্টাইলগী ৱাফম পুন্নমক মযেক শেংনা হায়বে হায়না থাজনৈ। অতুবু ডব্লিউ বাসিল রোয়সফোল্ডগী "জজমেন্ট ইন লিটরেচর" হায়বা অসিদদি বুফোনগী পন্দনগা খরা খেন্নবা মও দা মীনা মহাক্কী লমচৎ ব্যবহারনা সমাজদা মকম ফংবগুম অইদনা সাহিত্যদা মাগী লোন অমসুং শৈলীনা ফমগম ফংই। মরম অসিনা ষ্টাইল হায়বসি মীতুমক নত্তে, মী অতুগী মগুণ অতুনি। ১৬৭ হায়না হায। হায়রিবা মত অসি অসিদগী খরা তোঙানবা মওংদা মুরেনা —স্টাইল হায়বসিদি লোল অতুবু ফোংদোকিবা নত্রগা ইরিবা মী অতুগী পুক্নিং ৱাখলগী মখুংইন্না থোরকপা লোলগী ম " অতুনি। ১৬৮ হায়না মত ফোংদোকই। মসো অসুমনা ইংরাজী সাহিত্যদসু ষ্টাইলগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনতুনা ক্রিটিকশিনা মাগী মাংগী মত ফোংদোকনরি।

মণিপুরী সাহিত্যদদি ঙসি ফাওবদা শৈলী। ষ্টাইলগীদমক বন্না খন্না-নৈনবগী ৱমি তাপ্রি হায়বা য়াই। ক্রিটিকস খরনা কনাগুম্বা অইবা অমগী মরম নৈনরকপা মতমদা অইবতুগী মন্নাইগী ওইবা খুৎইগী মরমদা শমলপনা খরা নৈনবা নদনা। মতাং অসিদা খুদম ওইনা শ্রীএলাংবম দীনমণি সিংহনা "খ্বাইরাকপম চাউবগী খুৎই" হায়বা মতাং অতুদা ইরিবা ৱাহৈ পরেং খরসি য়েংবা য়াই —

চাউবগী নিবন্ধশিং অসি চাউয়েং য়েংবদদি হায়বপ মান্নব খুৎইদা হায়বদি শৈলী অমদো ইদগুম তৌই। তশেংবদি

মতু নত্তে। য়েংবদা খরগী মথে মাল্লজরবসু ফোংদোকপা খুৎফোংদোক্তা ময়েক শেংনা থেল্লে। লৈখক মশাগী পামজবা অমদি হৈনজবা খুৎইদি শন্দোকপা মখলগী অসিনি, অতুগা মাহিত্যগী মগুণতনা থল্লা য়াওরবা অসুপ্পা খুৎইসু মতাং চানা চাম্না য়াওদবা নত্তে। 'কবি' হায়বা নিবন্ধগী অহৌবা মতাংদা মখল মখা অয়াম্বা বাখল কয়ামুক নৈনরুই, লোইশিল্লকপা মতাংদা অমুক মতুম তাশিন্দুনা সুপচিল্লকই। ১৬৯

অসুমনা শ্রীপুখ্রম্বম নিমাই সিংনসু ডাঃ কমলগী সাহিত্যগী মতাং নৈনবা মতমদা শৈলীগী মতাংদা অসুমনা হায়—

ডাঃ কমলগী তোপতোপ্পা শৈলী লৈ। য়াম্না তাল নাইবা ছন্দদা ইবা কবিতাদোন। লোলগী অমসুং ফোংদোকপগী মবী কায়হন্দনা অপাবশিংবু শুমহৎলি। মপালগী অর্থ অমসুং মীগী মগুণ য়েংতুনা অচাবা বাহৈ শিজিল্লে। মৈতৈগী ওইবা বাহৈ লৈতেং অমসুং পাউরৌ কয়া শিজিন্নতুনা থোদোককী গম্ভীম হেনগৎহল্লি। মতিক চাবা উপমা শিজিন্নতুনা যেন্নিবা শক্তম ময়েক শেংহল্লি। ১৭০

মতৌ অসুমনা চোইনা নৈনবা থর অসি নত্তনা অপুনবা মীৎয়েংদা স্টাইল হায়বসি করিনো, করম্না মসিগী মশক অমসুং মওং মতৌ লেপকনি হায়বগী বাখলদা থন্নবা লৈতে। মরম অসিনা ঐখোয়সু মথক্তা পীজখিবা মপালগী ওইবা মতশিং অসিগী মতেং লৌরগা চাউবগী বারেংশিংদা শিজিন্নখিবা খুৎইগী মরমদা মখাদা নৈনজরি—

চাউবগী খুৎই নৈনরকপা মতমদা চাউবনা ইরম্বা বারেং অমসুং শৈরেং লোইনা কোনশিন্দুনা নৈনরবদি হেন্না মপুং ফাগত্রা হায়না খল্লী। অতুবু অকরুবা ভমথে অমা লৈবনা মহাক্কা বারেংশিং (পুন্না ৮৮)

অসিদংগী ওইবা খুৎইগী মশক অমা পুথোরবা হোৎনজরি।

চাউবনা মাগী ৱারেংশিং অসিদা ইরিবা খুৎইগী মওং অসি য়াম্না চৌং-লেম্বা অমসুং মোং হাদবা মশক্নি। মাগী খুৎইগী মতাং নৈনরকপা মতমদা শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা অসুমনা হায়রি—

… য়ারিবামথৈ বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃত ৱাহৈ লৌথোকপা কোইনা কোইনা হায়বা খুৎই অমা শিজিন্নরকই। ৱাখলগী অরুপ্পা ভাৱ পুবনি প্রমান পানথেগী তৎন থন্নবা য়াত্রবা নম্বো অমসু থারা ওমজ্রি। অসিনা অরুবা ৱাখল খরদা নঙ্গল তুরেলগী থেক্লা খোয়না চেনবা ঈচেলগুম চেনথহল্লি। … হায়গদৌবা খরত্নমক চৌং-লেম্না হায়দোকই। ১৭১

অসুমনা চাউবগী খুৎইগী মতাংদা শ্রীচোংথাম ওইহারনম ইরি—

চাউবগী খুৎইদা ময়াই ওইনা চৎপা মোং হাদবা অমা থাগোম্মে। ১৭২

তশেংনমক চাউবা য়াম্না ইং-তপ্পা, নোললকপা অমসুং ৱাখল থনবা অইবা অমনি। মরম অসিনা মাগী খুৎই থোইদোক্লা ৱারেংশিংদা মসিগী মমি ফজনা তাই।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা শরুকগী নৈরকপা এসেগী অইব-শিংগী মসুংদা চাউরগী অইবা লাইরিকশিং অসিভবু ময়ামনা শীংথানি তাংনখোকই। অদুবু মাগী অইবশিং অসিনা ফাওরিবা অমসুং অয়াম্না শীং-থানরিবসিদি মহাকী হীরম অদুদগী নত্তে— মহাকী থোং নৌবা, ফজবা সাহিত্যিক ওইবা লোন অমসুং খুৎই অমা নৈবা অসিদনি। মসিগীসু মথক্তা মতমদুগী সমাজদা তাংনা থোকপা অশেংবা এসেগী ওইবা লাইরিক মরাং কায়না নৈভবা অসিমসুনি। চাউবগী খুৎইশিং অসি য়েংলুরগা মহাকী ৱাখলদা করিগুম্বা ফরদি কাওথি হায়বসিমসু লাইন থঙবা ঙম্মী। মসিগী মতাদা মারক্তেগী ৱাহৈদা—

ফরিগুম্বা অকনবা মোটিভ অমা নৈতনদি অইবনা সংসারদা পুক্লিংগী অশেংবা পুথোককন্দে। ১৭৩

মসিমক চাউবদা চশ চানা থোকখি হায়বা যাই। মহাক মতমদুগী অঙাংশিংগী অৱাংবা অমদি মমারোলনা লৈখা তানা লৈরবগী মুংঙাইতবা কয়া ফাওখি। মসি কোকহন্নীংবগী মোটিভ অমা মডোন্দা লৈখি। মহাক্কী ৱাখল অসি Dr. Browing গী "lear how to live before you live"

হায়বসিগুম্নি মান্নৈ। মসিনা মাগী খুৎইশিংদা অঙাংগীদমক্তা থম্মুনা ৱারী ওইনা হেন্না লাইনা খঙগদোবা মওংদা ইরবই। ফিদমসিংগী ওইবা মীশকশিংগী ৱারী লী। মহাক্না ৱাখল অসিনা লমজিংহুনা ইবা খুৎইদা মহৌশাগী অমদি মীওইবগী মরমদা কুপশিন্না ইরকই। মাগী খুৎইদা মীওইবগী তাঙবং লোংচৎ অসিগী মচুং ছাজন্না উশিনবগী মতৌ অমসু উবা ফংই। খুদম ওইনা—

"মুংঙাইবা মখল অমনা মেরা থাগী অহিংগী থাবল অংদি চঙ্গল খিকপা লৈরাংশুম থম্মোযদা অইংবা পোবহল্লি, অচুগা অমগী মুংঙাইবনা অহ নবা থেনবদা পুক্কিং হৎচাং পুম্নমকপু শুমহৎলি, মমৈদা লমজাও য়াঙন চংক্লুনা মাংহল্লি। (ফিদম, লাঃ ২৭)

মসিদসু নত্তনা চাউবনা মুপা মুপী অনিগী থম্মোয়গী মবম অমা বুম্নু "মোইরাং থোইবী" হায়বা ৱারেংদা য়াম্না ফজনা ফোংদোকই। মবাক্কী ৱাহৈদা—

"মুপানা মহাক্না পাম্বা পোৎ অচু থম্মোয়দা থম্মা ঙমলগা মথক্তায় মুংঙাইবা ঙম্মী, তৌইগুম্বসুং মুপীনা মহাক্কী অপাম্বা অচু থম্মোয়দা লৎপগা লোয়নমনা মীথক্তা থম্নগতা পেল্লি। (ফিদম, লাঃ ৫৩)

অসুমনা ইবা চাউবগী খুৎই অসি মযামগা মান্নদনা ময়েক শেংনা চোংথোক্নুনা লৈ। মহাক্কী ৱারেংশিংগী খুৎইগী মখল অসি অহমগুবা অমসু মরিশুবা তাক্ককক্তা লাইরিকী ওইনা (ৱারেং ঙাক্তগী ওইনা

লাইরিক অমসুং বারেংগা শৈরেংগা পুনবা লায়রিক হায়না খায়দোকতুনা থমলগা) নৈনজগ্রে। অদুগা হৌজিক চৎথরিবা মঙাগুবা তাঙ্কক অসিগী হৌরকপদা। বারেংশিংগী মখল, হীরম অমসুং মীৎয়েংগী মরমদসু নৈনজগ্রে। মরম অসিনা হৌজিক চৎথরক্লিবা পরিং অসিগী মতুংইন্না বারেং পুন্নমক্কী অপুনবা খুৎই অমসুং মপুথোক্কী মওং যেংলগা মখল মঙা থোক্না খায়দোকতুনা শমলপা মখাদা নৈনজরি। মখলশিং অদুদি—

১. শন্দোকপা খুৎই
২. নৈনবা খুৎই
৩. ঈংচল নাইবা খুৎই
৪. হাইং পাউথুমগী ওযবা খুৎই
৫. খুদম্না মপুং ওইবা খুৎই

## ১. শন্দোকপা খুৎই;

শন্দোকপা খুৎই হায়বদি করিগু। হীরম এমনু মচা থযনা পাযনা শুগাযনা ইন্দু খট্নে। হায়দবা খুৎই অসি দিস্ক্রিপটিভ-নেস্টি। এক্সকী মখল অসিগা চান্না লোকই। চাউবগী খুৎই অসি ম'ল অসিগী মনুদা হনা রা ওযাম্বদা ফংই। অদুম ওইনমক করিগুদা মতাংদা রিক্রেকটিপ এসেগী মনুংদসু ফংবা যাওই। শন্দোকপা খুৎই হায়বসি চাউবগীদমক্তদি খুৎদগী হেন্না খুৎলোইবা অমসুং হৈনবা খুৎইনি হায়বা যাই। অযাম্বা মতাংদা শন্দোকপা অমদি শীংথাদুনা নত্রগা নৈনদুনা ইবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা তপ্যা, ছাত্র, লৈবাক্কী কহী, ঈশ্বর ভক্তি, শিনফম ওন্নবনচিংবা অসি পনবা যাই। মহাক্না “তপ্যা” হায়বা বারেং অসিদা মীওইবগী তফমগী মতং শন্দোক্লাই। “ছাত্র” হায়বা বাবেংদসু ছাত্রসী মখল খায়দোক্তুনা মরাইবক ফবা ছাত্র, অফবা ছাত্রা অমসুং শেম্বা থোক্তবা ছাত্র হায়না খায়দোক্তুনা শন্দোক্লা অমসুং শীংথাক্লনাই। অস্নমনা শন্দোক্লা ইঘা চাউবগী খুৎই অসিগী খুদম অমতং মখাদা পীজবি—

…নংসু মুপামচা ওইবগী হৌনবা পুং ঈশৈং-সাইরিক, থাং-তা মথং মথং পরীক্ষা তৌহনা য়েংলে; নং অমসুং ঙসীমচা ওইবগী হৌনবা, ফিল্লা লোলশায়া পুন্নমক মথং মথং হোৎনাহনা য়েংলে, তৌইগুমসুং, পুন্নমক অমত্তদসু মীমায়বা ওমত্রি। মরম অত্নুনা নংনা ঙেংবানবগী লানফম অশিন্না থাইথিবা কংহনা নিংবা কায়বগী হুংশা মগী হোল্লী। অত্নুনা মতম-গী অকনবা ঈরৈনা লিংবা পুন্নমক খাদোক্লুনা অশিবগুম খোং-খৎ পুন্নমক তিংথোক্লনা তাওথদনা থেংঙবা মফমদা থেংঙগনি, তাক্লবা "মফমদা তাক্লগনি হায়বসু হায়বা য়াদে। করিনা মৈ, ঈশিংনচিংবা পোৎ নত্রগা মিৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রি পুন্নমক অসিগী কাম্নবা অককনবা অমমম লৈবগুম, মীওইবগী হিংহনা পানবগী পাঙ্গল অসিগীসু অককনবা লৈরমগনি হায়বসু খনফম থোকই। (বাখলগী ঈচেল, লা: ৪৮)

অসুমনা চাউবনা শিনফম ওম্নবগী মত্তংবু শন্দোক্না ইহনা ময়ামগী মফমদা মী মীগী চান্নবা শিনফম অমা লৈগনি হায়বসু তাকই।

## ২. নৈনহনা ইবা খুৎই:

নৈনহনা ইবা হায়বসি কারিগুম্বা শৌরম অমা মাংদা থমলগা মহুগী মরমদা অফবা ফত্তবা ইথোকপা য়াবা য়াদবা, কাম্নবা কায়দব-নচিংবগী, মরমদা য়ায়া মসুং তানা নৈনহনা পুথোকপবু খঙনৈ। হায়রিবা খুৎই অসি মরুওইনা ফিলোসোফিকেল ব্রিকেটিপ নত্রগা ডিসাকপটিপ এসেগী মখলগী মগুংদা থম্না য়াবা নত্রগা চান্নবা কমামসু য়াওরি। খুৎই অসিসু চাউবগী এসেশিংগী খঙ্গায়নি হায়বা থাওবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা শৌরম অমবু পুৎলগা মহুগী মরমদা য়ায়া নৈনহনা পুথোকই। মুদম ওইনা মহাক্কী বারেং-গী থোইবা অমসুং খলাগী ইকায়খুম্নবা, অত্তনবা অমসুং মপুগী শিন্নং লাইবক অমসুং খবক দ্রৌতেগী কেথোক মোথোক্লপা হায়না অমসুং হোৎনক হায়রবনচিংবা পনবা য়াই।

বারেং অমা ইরগা মশানা অফ-ফত্ত নৈনরগা অফবা অতৃদা হেন্না শৌগৎ লগা ময়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবা হায়বসি চাউবগী হৈনবীগুম লৈ। অতৃনা মহাক্কী বারেংশিং অসিদা থোইবা হায়বসি ফৈ হায়না পুখৎনবগীদমক্তা মাওইবগী অথোৎপা পুকচেল ময়াম পুথোক্তনা নৈনৈ। মমৈথংদা "অথোইবা মীনা থোদোক খুদিংমক্তা শোয়দনা মীমাংথাই" হায়না লোইশিল্লি। অসুমনা মৈতৈগী কেথোক মোথোমপা থায়না অমসুং হৌজিক" হায়বসিদসু মমাংঙৈগী লুবা-নানবগা হৌজিক্কী কেবা-মৌবগী অমংবা অমসুং অতোংবা নৈনৈ। মমৈথংদা হৌজিক্কী কেবদি "লৈবাক্কী মানননবা নত্রগা লাইরনবগা মরমদা তেংবাংলরে" হায়না লোইশিল্লা। মসান চাউবগী নৈনবা খুৎইদা শিজিন্নরিবা থোইদোকপা গুণ

### ৩. ঈচেল নাইবা খুৎই :

হায়রিবা খুৎই অসিদি য়ালপ অমসুং চমতক তৌনা এসেগী খুৎইনি। মসিগী মতাংদা শ্রীএলাংবম দীনমণিনা "অসিদা থম্মোয়গী ওইবা ঈথক ঈহৌ কয়া ভাই কয়া য়াঙলপ তৌবা খোঙচৎ অমত্তদা চেনথবা ঈচেলগুম চেনথৈ।" ১৭৪ হায়না মত পী। খুৎই অসি করিগুম্বা বাখল অমনা থৌইনশিল ওই। হায়রিবা খুৎই মখল অসি চাউবগী ওইনদি মহাক্কী বাখলদা ফাওবা অঙাংশিংবু ফিদম খরা তমহননংবদগী ফীদমনিংঙাই ওইবা মীশকশিংগী বারী লিবা মতমদা শিজিন্নে। খুদম ওইনা—হজরত মহম্মদ, অর্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম, পুকচেল চাউবা অলগেড, হরিশ্চন্দ্র অমসুং শৈব্যা, খাগীগী লানফম অসিনচিংবশিংদা উবা ফংই। মহাক্কী হজরত মহম্মদ হায়বসিদা অসুমনা ই—

> "তৌইগুম্বসুং মহম্মদকী মমল নাইত্রবা পাউত্তাক অতৃ থরনা লোমনি, থরনা ধর্ম্ম থুগায়বা ফাফেরনি হায়তুনা মহাকপু মতিক চাবা দণ্ডি পীবনা চুম্মী হায়তুনা মপুক্লিংদা লেপখি। মমৈদদি

মকাগী মীশিংনা ওৎপনা খাংবা হাদদুনা মহম্মদনা মদিনাদা চেনখি। মফম অদুগী মরাইবক ফবা মীশিং অদু মপৈ মপৈ ওয়না মহম্মদগী ধর্ম লৌখি।" (লেকদম, পাঃ ১৫৯)

## ৪. রাহুং পাউখুমগী ওইবা খুৎই ঃ

রাহুং পাউখুমগী ওইবা খুৎই হায়বসিনা কারিগুম্বা হীরম অমবু খঙহনবীংঙবা নত্রগা খঙনীংবগী রাহুং হংলগা খুম্বগী মওংদা ইবদু খঙনৈ। হায়রিবা খুৎই অসি চাউবগী রাবেং থরদস্থ ফই। মহাক্না কানপুম্বা হীরম অমা ইরকপা মতমদা অপাবগী পুক্নিং চেশনবা চনবা নত্রগা লাইনা খঙবা হোৎনবা খুৎহান। মাস চাউবগী থেংনদোবপা হুন অমনি। মহাক্না অনেম্বা ক্লাসকা টেক্সবুক ... খুৎই অসিগী মথল থরা ফংই। খুদম ওইনা "... ..." হায়বা লাইরিকসিদা য়াওরিবা রারেং— ধাতুনা কন্নবা, তোগদনা থবক্তা মাই ওনশিনবা, মীপুম্নমক মহৈ তমগদবানি ... অসি পানবা য়াই। মহাক্না রারেং "ধাতুনা কান্না" হায়বাসিদা ললিত অমসুং মাধব মচিন মনাও অনীনা বাহুং পাউখুম ... হায়বা শাবগী মওংদা ই। মদুদি— "ললিত লেখা ... লোইরবা ?"

ললিত— লোইজবে তাদ

মাধব— অঙক লোইনা তারবরা

ললিত— লোইনা তারে

মাধব— অদুদি নংগী সাহিত্যগী লাইবিব যেগে।

অসুমনা ইবা খুৎই অসি তোগদবা থবক্তা মাই ওনসিন্নু হায়বনচিংবা রারেংশিং অসিদস্থ অদুমক শিজিন্নৈ।

## ৫। খুদমনা মপুং ওইনা ইবা খুৎই ঃ

খুদম্না মপুং ওইবা খুৎই হায়বদি করিগুম্বা হীরম অমবু মযেক শেংনা খঙহন্নবগী দমক্তা উপাই ওইনা শিজিন্নৈ। খুদম মানদুং প্রমান

পীবসিনা হেন্না ময়েক লাবা অমসুং শেংবা হেল্লি। হায়রিবা খুৎই অসি চাউবগী ৱারেং "মপুংনংবগী অথোইবা খুদম", মীগী মপাল তাংদবা, ভগা, নোম্বা অসিনচিংবা ৱারেংশিং ঙসি পনবা য়াই। "মপুংনবগী অথোইবা খুদম" হায়রবা ৱারেং অসিদা খুদম অসি উৎননবগী ধর্মদত্তা খাতি পানাগী বারী পুসিনহুনাই। অদুগী "মীগী মপান তাংদবা ভগা" হায়রবা অসিদদু একলব্যগী ৱারীমা খুদম ওইনাই। "নোম্বা" হায়রবা ৱারেং অসিদা মপা অমনা শিরন্দাইদা অতনবা মচানুপা অহমদা মখোয়গী লম-খুম গৌবুদা ঙমসনি হায়না তাক্লমী। মচা অহুমা লন ফুংনবা অহু যংবা পাৎত্তোদা গৌবদা লন থইনা মইহে মরোং য়াম্না ফাওবগী ৱাখল অমন খুদম ওইনা তাযকেৎশাংবা ৱারী অসি পুসিনহুনাই। অদুনা চাউবগী ৱারেংশিং অসি তারিনা মখা মতা অসিগী মগুন্দা ফবা ঙম্লানি। অদুনা চাউবগী ওইনা অপুনবা ৱারেংশিগী খুৎই শেংনা মতৌনা মথক্কী মরিক্তুনা মখল ৱাহং পাউখুমগী ওয়বা খুৎই অসিদি লৈবাক ওইদে ওয়াখলদু মতাং মতাংগী ওয়না শিজিন্নে। মথাং ওসিনা শিজিন্নবা মৈথেন অতোবা অমসুং অপাবশিংবু মাগী ৱাখল চংদাম্দা লায়না চিংশিনবা ঙমনবগী পাংগল ওয়না শিজিন্নবনি। মশামক্কা ৱারেংগী অহৌবদা নম্রগা করিগুম্বা মতাংদা ৱাহং হংহুনা অতাববু মাগী মাযকৈ অদোমদা পুরিংলাশল্লি। মহুগী মথংদা মশামক্কা মহুগী পাউখুম পিবা ওয়না মখা চৎথরকই খুদম ওয়না—"নিংবা কায়গা ঙম্লা-হক্লা হোৎনৌ" হায়বা ৱারেংগী অহৌবাক্তদা উইল বননগী অর্থ বরিনৌ? পাউখুম ওয়না—"করিগুম্বা থবক অমা হন্না হন্না ভাঙ্গিফাওবা হোৎনবনা।" হায়বসি পনবা য়াই। (ছাত্রমচা, লাঃ ২১)

অদুগা খুদম পীহুনা ইবগী মতাং অসিসু ৱারেং মপুন অমা নগদসু ৱারেংশিংগী মনুংদা মকাংচবা যেং য়েংহনা তাক্লি। মসি চাউবগী হৈনবীনি হায়না হাই। [illegible]

ওইবা য়াই।

মতৌ অসুমনা চাউবগী খুৎইদা মশাগী ওইবা ময়ামগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা মশক অমা উবা ফংই। মহাক্না মহাক্কী নিবন্ধগী খোঙচৎ অসিগী মনুংদা য়ামনা তোইনা অমাদ পামজনা ইথিবা খুৎই-শিংদি শব্দোক্না ইবা, নৈনত্নুনা ইবা, খুদমদা মপুং ওইনা ইবা অমসুং ৱাহং পাউথুম ওয়না ইবা অসনি। মসিগী মনুংদা অমুককসু "নৈনত্নুনা ইবা" হায়বসিনা চাউবগী ওইনা খ্বাইদগী হেন্না শীংথানিংঙাই ওয়বা খুৎইনি। অদুগা মহাকপু মণিপুরী সাহিত্যগী এসেগী জগত্তা খুৎই অসিবু অহানবা শক্তাক্লস্বা মীশবস্নুনি হায়বা য়াই। মসিগী মতাংদা নীলকান্তনা চাউবগী এসেশিংগী মনুংশিদা খুৎই অসিবু অহানবা উবা মক্তদা ঙকপা পোকখি হায়না অসুম্না হায়—

> অহানবা মণিপুরী লোনগী কাচিন কোয়া য়ৌশিনবা ঙম্বা ফিলোজোফিকেল ওযবা রিফ্লেক্তিভ এসে হায়বত্নু ঐখোযনা ঙক্না থেংনৈ। ১৭৫

চাউবনা মশামক্কী ৱাখলগী পোৎথোকপু মীনা য়েংশিনবা অমদি য়েংপা য়াদনবা মঙংদা অচুম অরান অফ-ফত্ত পীত্নুনা ই। কাচিন কোযা যৌনা পুথোকই। মসিদসু নত্তে মহাক্কী ৱাবেংগী অরোইবদা মশাগী মত অমা অপাবশিংদা হায়ফেৎনা উৎলম্মী। অসুমনা চাউবনা খুৎইশিং অসিগী মতেংনা করিগুম্বা হীরম অমবু য়াম্না লাযনা অমসুং মযেক শেংনা পুথোকপা ঙম্মী। অসিগুম্বা মহাক্কী ৱারেং ইবগী থোইদোকপা গুণশিং অসিগীসু মথক্তা ৱারেং থরদি পাবদা নুংঙাইবা লেপনিংদবগী মহাও অমসু অপাবশিংদা ফাওহল্লি।

চাউবনা ইরকপা খুৎইশিংগী মনুংদা শব্দে ক্না ইবা মতমদা ৱাহৈ পরেং শাংনা শাংনা ইবা মনুংগী মরক্তা কোমা, সেমিকোলোন অমসুং দিয়াৎনচিংবা শিজিন্নৈ। অদুগা কান্নবা ৱা, প্রভাবনচিংবা থন্না যাওরবা অতেনবা ৱাহৈ পরেংসু মতাং চানা চানা শিজিন্নৈ ...গুম্বা

অতেৎবা বাহৈ পরেংশিং অসিনা অশাংবা বাহৈ পরেং অমা ওইনা ইবা য়াবা য়াওরকই। অদুগা অশাংবা বাহৈ পরেংশিংসু বাহৈ পরেং মচা নচা থোক্লা ইথোকপা য়াবসু য়াওরকই। মহাক্কী স্টাইল অমনা অতে গ্না লাইরিক্কী অকাওবা মীশকশিং হায়খিবা বাহৈশিং লৌথোক্নুন খুদম অনসুং প্রমান ওইনা হাপটিল্লি। অদুগা মহাক্লা ইরম্বা অমসু হায়রম্বা বাহৈশিং অসি মফম অয়াম্বদা শিজিন্নবা য়াবা লাইবাক্তা তম্বা য়াওই। অসিমক বারেং ইবা অমা ওইনা চাউবগী হৈ শিংবনি।

হৌজিক চাউবনা মহাক্কী নিবন্ধশিংদা শিজিন্নরম্বা লোলগী মতাংদা অমুক শমলপ্পা নৈনজরি—

**লোল:**

চাউবগা লোল শিজিন্নবা, বাহৈ থনবা অমসুং বাহৈ পরেং শেম্বা হৈবগী বাফব অসি মথক্তা পন্দুপ অহুম অমসুং মরিগী মতাং কয়াদা বারেং বাবেংগী ওয়না তেল্লপ তেল্লপ নৈনজখ্রে। হৌজিক বারেং পুন্নমক্কী ওযবা অপুনবা লোলগী মশক অমা অমুক নৈনজরি।

চাউবা অসি লোল যাম্না হৈবা অমসুং খঙবা অইবনি হায়না মথক্তা হন্না হন্না হায়জখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না মহাক্কী সাহিত্যগী পোৎথোকশিংদা হায়রিবা লোলশিং অসিদগী বাহৈ নত্রগা বাহৈ পরেংশিংবু থন খন্দুনা লৌরগা মতাং চাবা য়েংদুনা শিজিন্নে। মসিনা মহাক্না কবিগুম্বা বাফম অমা ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা বাহৈ চান্নবা ফংদবগী অরাবদু লৈতনা ফোঙদোকপা ঙম্মী। অদুনা মতাং অসিদা চাউবনা মহাক্কী বারেংশিংদা শিজিন্নরিবা লোলগী মশক অসি পুন্না য়েংলগা মখাগী অসুমনা মখল খায়দোক্লা নৈনবা য়াই। মদুদি—

১. মৈতৈলোন অরিবা অমসুং অনৌবা য়াম্নবা মশক

২. সংস্কৃত। বাঙ্গলা অমসুং মৈতৈলোন য়ান্নবা মশক
৩. ইংরাজি অমসুং মৈতৈলোন য়ান্নবা মশক
৪. ইংরাজি, সংস্কৃত। বাঙ্গলা অমসুং মৈতৈলোন য়ান্নবা মশক।

## ১. মৈতৈলোন অরিবা ১সুং অনৌবা য়ান্নবা মশকঃ

চাউবনা মহাক্কী ৱারেংশিং ইরকপা মতমদা মৈতৈলোনগী পুক্কৈদগী মতাং চাবা য়েংদুনা অরিবা নত্রগা অনৌবা ৱাহৈ লৌদুনা শিজিন্নৈ। করিগুম্বা মতাংদা অরিবা অমসুং অনৌবা ৱাহৈ অনিমক পুন্না ৱাহৈ পরেং মতমগী মনুংদা শিজিন্নবা য়াওই। খুদম ওইনা — "অতৈমক খওক্রৈবসু খন্বা থোইবীগী কোলোই মপাউ পাদুনা তুরংগা ঈরা চেনবা ওম্মী।" (ৱাঃ ঈঃ লাঃ ২) অসুম্না অতৈ মতাং কয়াদসু ৱাহৈ পরেং অমগী মনুংদা অরিবা অমসুং অনৌবা ৱাহৈ পুন্না ওম্মী। অদুগা অতোপ্পা মতাং কয়াদা অরিবা ৱাহৈগা, অনৌবা ৱাহৈগা অর্থ চপ মান্নবদা পুন্না থমদুনা শিজিন্নবসু য়াওই। খুদম অইনা—

| | |
|---|---|
| ভৈনবী-পুক্লিং, | পলেম-ইমা, |
| চেংলৌ-শকফম | কাওদ্রেন-মগ, |
| লাইজ-ঈশিং, | কোলোই-মিংলেন, অসিনচিংবা। |

## ২. সংস্কৃত। বাঙ্গলা ১সুং মৈতৈলোন য়ান্নবা মশকঃ

চাউবগী মহৈ মশিং তমলকপগী য়ুম্ফমদি বাঙ্গলা অমসুং সংস্কৃতনি। মসিগী মথক্তা মহাক্কী ইমুং-মনু অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা সমাজসু হিন্দু ধর্ম্মগী অচেৎপা ৱাখললোনগা লোয়ননা লৈবা মরমনা মথোন্দা মসিগী মমি চাউনা তাই। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী হিংবগী মহিং ৱাখল খনবগী মওং অমসুং ইবা থুৎইশিংদসু হায়রিবা লোলশিং অসিগা পরদুনা লৈবা হিন্দু ধর্ম্ম। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অনৌবা মমি তাই। অদুনা মহাক্কা ইথোরকপা মতমদা সংস্কৃত বাঙ্গলা অমসুং মৈতৈলোনগা য়ান্নবা মশক য়াম্না মন্না ৱায়না য়াওই। খুদম ওইন—"গোবিন্দগী

"ৱাথলগী ঈচেল"গী ৱাবেংশিং—মৈতৈলোন, কবি, মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱা কায়বা, হায়রিবশিং অসিদা ইংরাজীগী শৈরেং মতেক মতেক লৌথোক্লুনা মশক মওং কায়দনা হাপ্পী। মসিদসু নত্তনা মহাক্কী ৱারেং "মোইরাংদা চেয়োল অমা অমসুং লোক্তা" হায়ৱসি টেনিসনগী ৱারেং মতেক অমা হাপলি—

"The sea, the sea, the open sea

X X X

I like, oh how I like to ride,

On the foaming bursting tide."

X X X

(ফিদম, লা: ৯৯)

অসুমনা শৈরেং মতেক মতেক হাপ্পদা নত্তনা ইংরাজি ৱাহৈ কয়া মৈতৈলোন্দা ইতুনা শিজিননৈ। মতুদি—

সোমোন-অপীন, কোলেজ, টেবল, সার, অসিনচিংবা।

৪. সংস্কৃত। বাঙ্গলা, ইংরাজি অমসুং মৈতৈলোনগী য়ম্বা মশক :

সংস্কৃত। বাঙ্গলা, ইংরাজি অমসুং মৈতৈলোনগী য়াননবা মশক অসিদি চাউবনা মাগী ৱারেংশিং ইরকপা খুদিংমক্তা অমা নত্রগা অমদি য়াওতুনা লৈবা থেংনৈ। মরম অসিনা চিংনবা লৈতনা হায়বা য়াই, মতুদি চাউবগী ৱারেংশিংদা মপানগী ওইবা লোলশিং সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি অসিগা মৈতৈলোনগা চাননবা য়েংতুনা হাপচিল্লগা ফজনা শেম শাতুনা পুথোরক্লুবা ঙাক্তনি। অতুনা মাগী ৱারেং কয়াদা হায়রিবা লোলশিং অসি পুবা মশক উবা ফংই। চাউবদা লোন, ধর্ম, লমগী খেন্নবা লৈতে। পুম্নমক মাপ্পবা অমসুং অমত্তনি হায়বতু মাগী ৱারেংশিংসিনা তাক্লি। অসুমনা লোল য়ানশিননবা শিজিননবা নত্তনা চাউবনা লোল সরু শিজিননদুনা ইথোরকপা ৱারেংশিংদা থোয়দোকপা লোল শিজিন্নবা

হৈবগী গুণ কয়া উবা ফংই। মহুদি—

১. বাহৈ পরেং শেম্বা হৈবা

২. লোল শেম্বা অমসুং বাহৈ খনবা হৈবা

৩. প্রমান, পানথৈ, পাউরৌ শিজিন্নবা হৈবা

৪. অতৈ অতৈ (ছন্দ, অলংকারনচিংবা)।

## ১. বাহৈ পরেং শেম্বা হৈবাঃ

চাউবগী খুৎহৈদা ময়ামগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা মশক উবা ফংলিবসি মাগী বাহৈ পরেং শেম্বা হৈবা অসিদনি। মথক্তা মহাক্কী লোলগী নৈনবা মতাংশিংদা হায়জথে, মহুদি—চাউবসি লোল য়াম্না খংবা অমসুং হৈবা মীশক অমনি হায়না। অতুবু লোল হৈবা অমসুং খঙবা ভাকনা ফজবা বারেং ইবা নত্রগা পাবদা নুংঙাইহনবা ঙমদে। মাগী বাবেংদা "ঐখোযনা লাইরিক খরা য়েংলগা ফজ ফজবা বাহৈ খরনা বারেংগী লৈরাং পরেং অনি মরিদা লেংহুনা তাইবং মীগী ওক্তা লুকপিরগা ...কবিগী অাসন থাহুনা ঈরাৎপশি মহৌশানা পাম্নদে। (বাঃ ৬ঃ লাঃ ৬) অসুমনা মশামক্কী বাহৈ অসিনা কবি ওইবা নত্রগা অফবা বারেং ইবা অমা ওইবা হায়বসি বাহৈ খবা লেংশিন্দুনা থম্বনা ওইদে হায়বসি তাকই। মতাং অমসুং মফম চাবা য়েংহুনা ফজবা বাখলগা চান চান্নবা বাহৈশিং মফম চানা চানা মথং মনাও নাইনা থম্বা হায়বসি বাহৈ পরেং শেম্বগী থোইদোকপা মগুনি। করম্বা মতাংদা করম্বা বাহৈ শিজিন্নগনি অমসুং করম্বা মফমদা করম্বা বাহৈ থমগনি হায়বাসি মহাক চপ চানা খঙই। অদুনা মহাক্কী বারেংশিং অসি পাবদা নুংঙাই কবিতাগুম্না ঈচেল নাইনা চেনথৈ।

চাউবগী বাহৈ পরেং শেম্বগী মওং অসি মখল অহুম থোক্না থায়—

(ক) য়াম্না তেনবা

(খ) ময়াই ওইরপ শান্না

(গ) য়াম্না শাংবা

অসুম হায়না খায়দোক্তুনা নৈনবা যাই। মহাক্কা হায়রিবা হ হে পরেং মখল অসি মফম চাবা মতাংদা মনিং ভয়া শিজিন্নবা হৌই। য়াম্না তেনবা ৱাহৈ পরেংদা ৱাহৈ অমখক্তনা ৱাহৈ পরেং অসি ওইনা শিজিন্নৈ। খুদম ওইনা—করি? কদাই? হোই, কনানো? ভাসিনারিংবা অসিগুম্বা ৱাহৈ অমগী ৱাহৈ পরেং অসি ৱারী ৱাতাই শন্নবগুনা নম্না শিজিন্নৈ।

চাউবনা য়াম্না খুৎলোইনা শিজিন্নবদি "মযাই ওইরপ শাংবা ৱাহৈ পরেং অসিনি। মসিদা মহাক্না সৈতেলোনগী নবজেব, এবজেক ভার্বকী পরীং অহু কায়দনা থম্নবা হেৎনৈ। অহুবু কবিগুম্বা মতাংদা কবিতাগী মতৌগুম্বা হায়রিবা পরীং অসি থুগাইদুনা ইন্নম নাংখবদ নত্তে। খুদম ওইনা—

"লুরবা থাবনগী মডালনা শুমহৎখিদুনা হৈরাং চেরাং চেরাং অপুম্বা মকা ফম্না শাৎকাইরে।" (ৱাঃ ঈঃ লাঃ ৭)

"থাগৎপা নত্রগা তাথিবা, অমাংবা নত্রগা অতোংবা পুন্নমনা মাগী ফম্বালনা লেংবা লৈতে।" (ছাত্রচা, মাঃ ৪৫ ও চিন্নদিংদ

চাউবগী ৱারেংদা মরক মরক্তা য়াম্না কা হেননা শাংবা ৱাহৈ পরেং খরা য়াওবা থেংনৈ। অসি মহাক্না করিগুম্বা ইরম অমবু য়াম্না হৈনিংনা অমসুং থৱায় য়াওনা ইরকপা মতমদা ইবা ওইনা তৌই। ৱাহৈ পরেং শাংখিগনি হায়বা থোইনা খল্লুদনা পুক্নিংগী অনিংবা অহুদা ফোঙদোক্কবা হোৎনবা মতাংদা উইনা থোকই। খুদম ওইনা— "মহাক্কী লৌশিংগী অরংবা মডাল ওবদা অহানবদা মতুনা নোংমা শোয়দনা লৈবাক্কী অমম্বা কে রুরগনি হাইনা নিংনরম্বা অঙাং কয়ামা অফবা সঙ্গ তিল্লুবদগী মাংখিবা মহাক্কী থৌজাল, মীবু মুংশি হৈবা পুবচেল উবদা মহাক্না নোংমা শোইদনা সনা খোংনাং পাম্বীগুম্না জীবা কয়াগী চংনফম ওইরগনি হাইনা নিংনরম্না কয়ানা মীহাৎপা ওম্না মুংশি হৈত্রবা মী ওইখিবা অদুগা। মহান্দী তৌবা

ঙশা মতিক মগুণ ঊবদা নোংমা মী পুন্নমক্কী মপোক্ত হৱাওবনা মকা ফম্নগৱা নত্রগা। মহাক্কা হিংজনা লৈবদি নোংমা শোইদনা মী পুন্নমক্কী ঈরাৎনফম ওইগনি হাইনা নিংনরম্না, মহাক্কী নোংথাংগী মশক ওইরবা মীৎযেং অমতনা মিৎ চামবু লাকপা য়েম্না, মহাক্কী লৈতোন শমজনা মী চামগী থম্মোইগী ঈপেন্দো নিংতগী হনৌ অনৌবা ঈথক কাহনবা ডগ্গ, মী কয়না মরাওবক ফজনা সঙ্গদা হেক তারকপা কম্নবা কাওথথাং ওইরনা মাংখিবা খুদম অসি অকবা নত্তে।" (চাত্রমতো, লা: ২৯) হায়রিবা ৱাহৈ পরেং অদি পুন্না বাহৈ ১০৮ না শেম্মী। ৱাহৈ পরেং অসি শাগমনবনা সবজেক্ত, ওব্জেক্ট অমসুং ভার্বকী পরীং অতু কাইরে। অদুগা মানা তাযানিংলিবা রা অসিসু ইফা ফাদোকুনা লৈবগা মমৈগা মকোক্তা শঙ্গদবগুম তৌই।

অসিগুম্বা ৱাহৈ পরেং অনৌবা নত্রগা মচা মচা কয়া থাগদোকপা য়াবা ৱাহৈ পরেং ৱয়ামক্লমবু কোমা (,), সেমিকোলোন (;), দিয়াস (—), ইন্টেরোগেসন (?) নতিবা কয়ানা হাইনা শাজিল্লি। তোয়ননা ৱাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা মতাং কয়া হায়বিরা খুদমশি অসিনা মহাক্কা ৱাথলগী ৱাহৈবু মহৎ শিন্দুনা অপাকপা তাইনা খঙহন্নবা লাকনৈ। মসিদসু নত্তনা মৈতৈলোনগী থেক নৌবা অমসুং মেংগা খঙ্গনরিবা ৱাতপ (না, পু, সু মফম চানা মজিল্লে। পুন্ন য়েংবদা চাউবা ৱাহৈ পরেং শেম্বা হৈবা নিংঙ্কার অমনি।

## ২. লোল শেম্বা অমসুং ৱাহৈ খনবা:

চাউবগী লোল হৈবগী মতাং মথক্তা পনখ্রে। মসিগীসু মথক্তা মহাক ৱাহৈ খনবা, ৱাহৈগী মথং মনাও চানা থমদুনা ৱাহৈ পরেং শেম্বা হৈবা অইবা অমান। মহাক্কা চানবা অমসুং ফজবা লোল খন্দুনা শিজিন্নরগা ইবা ৱারেংশং অসি চুম্না পাবদা হুংঙ ইবদা নকো হুংগী ৱাথক্লোনসু ফজনা ফোংদোকপা ঙমী। পুক্কিংগী থনিংরংগা চান্নবা ৱাহৈ কংক্রুবদা কয়িঙম্বা মতাংদা ... হৌ ... হৈ

শেমদুনা শিজিন্নৈ। মদুদি—তাহিকলে, খঙহিকত্রে, মরায়কইবা নবি-ঙানিগী, নোংদম্বীযু অসিনচিংবা। মতৌ অসুমনা চাউবনা ৱাহৈ পরেং শেম্বা মতমদসু শায়া চেকশিনবা অমসুং হৈশিংবা উৎলি।—মাসগা লোয়ননা "কবি" গী মতাং অমদা মহাক্না হায়—"মীওইবগী থম্মোয়গা লোয়ননা পোবলক্লবা তাইবংমীনা তাক্ল উরুবদগী স্বৰ্গগী নিংথিজবা অমরাবতীবু ঙমজনবা অইবা কবিগী থম্মোয়গী অরংবা কাব্যকুণ্ড নত্রগা কবিগী থম্মোয়গী পুরবা ঈফুত্তগী চেনথরকপা লাইবৈপাকক্তা চেন্নবা মন্দাকিনি গঙ্গাগী ঈশিং মুক লরবা ৱ খঙগী ঈচেল অদু ফংনিংবা নত্রগা থকনিংবা ঙাক্তনি।" (ৱাঃ ইঃ, লাঃ ৬)

অসুমনা চাউবনা ফজ ফজরবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া মৈতৈলোন হারিবা, সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাদগী খনগৎতুনা শিজিন্নরকপা ৱাহৈংগী মগুণ হেনগৎহল্লি। ৱাহৈ অমগী মপু দা মৈতৈলোন, সংস্কৃত অমদুং ইংরাজি পুন্দুনা শিজিন্নবসু থেংনৈ। ঙৌববুদি নসি মাগা মমাং য়ায়া ঙম্লিদৈদগী অসিগুম্বা চৎনবী অসি লৈবকলবনি খুদম ওইনা সনাচরণ (সনা+চরণ) চরণথাদা (চরণ+থাদা), কুপদগী (কুপা+দগী), মহারাজগী (মহা-রাজ+গী), অমৃতগুম্বা (অমৃত+গুম্বা), এজেন্টশিং (এজেন্ট+শিং) কোলেজশিং (কোলেজ+শিং), অসিনচিংবা।

## ৩. প্রমান-পানথে, পাউরো শিজিন্নবা হৈবাঃ

চাউবনা মাগী ৱারেংশিংদা য়ায়া খুৎলোয়না অমদি মযামদগী তোপ তোপ্পা লৈরিবদি প্রমান, পাউবৌ শিজিন্নবা অসিদনি। মসিনা মাগী ৱারেংশিংগী ফজবা হেনগৎহল্লি। লোয়ননা পুক্নিংগী অনিংবসু লাইনা মপুং য়ৌনা ফোংদোকপা ঙম্মী। মহাক্না শিজিন্নখিবা প্রমান অসিগী মতাংদা শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা—'ঐহাক্না তাকচরিবা ভদ্রলোক অসি প্রমান য়ায়া শামজৈ। ফজবা ৱাথল অমতং ফোংদোয়পদা প্রমান মাঙহনদি হৈনগবগুম তোই।" ১৭৫ হায়না হায়। মহাক

শিজিন্নখিবা প্রমান পানথৈ, পাউরো অসি মখাগী অনুমনা মথল থায়দোকপা য়াই —

ক) মৈতৈলোনগী ওইবা মশক
খ) সংস্কৃতকী ওইবা মশক
গ) ইংরাজি অমসুং অতৈ অতৈগী ওইবা মশক।

ক) চাউবনা মাগী বারেংশিং ইরকপা মতমদা করিগুম্বা অমবু হেন্না ময়েক শেংহনবা নত্রগা বাহৈ থরতনা পাক চাউবা আইদিয়া অমা ফোংদোকরবা হোৎনবদা হায়রিবা মথক্কী লোলশিং অসিদগী ফজবা পাউরো প্রমান লৌদুনা মতাং চাবা য়েংদুনা শিজিন্নৈ। মসিনা করিগুম্বা মতাংদদি মৈতৈলোনগী লৈজরম্বা পারো "মীনুংশি য়েংবা ভমদদুনা লমজা পুরবনি," "অহলগী অমাংবনা চফু মেল্লি," "অরাবা নংদনদি নুংঙাইবা ফ দে," 'লৈমা য়েংলিঙৈদা খুনু কাদুনা তোকই' অসিন-চিংবশিং অসিবু শিজিন্নবদা নত্রনা সংস্কৃত, ইংরাজিদগী লৌবা মতমদদি মৈতৈলোনদা অর্থ হন্দোক্লগা নত্রগা মশাগী মশক অদুমক কাইহন্দনা নিংতম্না শিজিন্নবা থেংনৈ। মদুদি মৈতৈলোনদা হন্দোক্তুনা শিজিন্নরম্বা "অতুম্বা নোংশাগী থয়াঙ্ভা শজি চোংশিনলক্কে।" "অদুগা অতোপ্পা মতাং কয়াদনা সংস্কৃতকী শ্লোক অদুমক অদুম হাপলম্মী।" জননী জনমাভূমিচ স্বর্গদপি গরিয়সী", "যদি যত্নে কৃতেন সিধ্যাতে কোহত্র দোস" অসিনচিংবা। অদুগা ইংরাজিদগী লৌবা মতমদা—"An idle mind is the workshop of Devil" অসিনচিংবা।

## (8) অতৈ অতৈ—(ছন্দ, অলঙ্কারনচিংবা):

চাউবনা মহাক্কী বারেংশিংদা প্রমান পান্থৈ, পাউরোনচিংবা কয়া মফম চাবা য়েংদুনা শিজিন্নবগুম অলঙ্কার, ছন্দনচিবসু মফম চানা ফজনা শিজিন্নৈ। মহাক্কী অয়াম্বা বারেংদা শব্দ অমসুং অর্থ অলঙ্কারগী থেংগান তোঙানবা মশক কয়া উবা ফংই। খুদম অমত্তং

পনজরবদা—"হে রসন্ত লাও নংহাকপু ঋতু অপুন্নগী নিংথৌন্নি হ'য়বর্ণস কনানা হাপ্পনো।" (বাঃ ঈঃ লাঃ ৪৫) হায়রিবা অসিদা সমাসোক্তি অলঙ্কারগী ফজরবা মশক অতু ফোঙদোকই। মহাক্কা অনুপ্রাস ও শব্দ ব য়াম্না মরাং কায়না শিজিন্নৈ। ব্যক্রোক্তি অলঙ্কারগী মশকসু—'বারদা তয়ান্দ্র উবদা নঙগী নমিৎ পেনবা য়াই তৌইগুসুং নংনা অগায়নগা লোয়ননা মাবু হেক্রবা লাক্রব্বরা?" (কবি অমসুং কাব্য, মণিপুরী বারেং, ১৯৮৪, লাঃ ১৮) অসুমনা শিজিন্নৈ। অসুমনা চাউবনা মাগী বারেংশিংদা মতাং চাবা য়েংহুনা তোঙান তোঙানবা অলঙ্কার হাপতুনা বারেংগী মগুণ হাপ্পী।

ছন্দগী মতাংদি নৈনরিবা হীরম অসিনা কবিতামক নকবনা—খোঙথাং কয়ানা শাবনো, মাত্র কয়া লৈবগে হায়বনংশিংনা য়াম্না কুপ্না মখল খায়দোক্তুনা নৈনজপ্রে। অতুম ওইনমক মগী বারেংশিং অসি শাবদা কবিতাগুম্না মুংঙাইবা অমসুং ঈচেল নাইনা চেন্নবগী মগুণ অমদি অতুম লৈ। বারেং খরদদি কবিতাগী অরোইবদা তৌবগুম রাহে পরেংগী অরোইবদা 'গে' গুম্না রাতপ অমনা হেক হেক লোইশিন্দুনা ইবন্নু থেংনৈ। খুদম ওইনা—"বাকগন্নু শানোখোয়, কনাগী মপাম লমদমদা ইমুং শোরানা তৈবদা কাককী লাম্নাওনা শীল্লকপা চরোই তেতুনা খোংলকপা মতমদা উনা তিংথৌগী মথক্তা সনাগী ইরা হৌবগে। কনাগী পোক্লফম লমদমদা মুমিৎদা চীংয়া পকপদা, তমগা কোরী চেনবা, কাওরে শঞ্জন মতমদা সন্ধ্যাতি খোঞ্জেন্না মাইগৈ তরা শিনলগে। (বাঃ ঈঃ লাঃ ৫)

পুম্না য়েংবদা চাউবগী বারেংশিং অসিদা অলঙ্কারগী মখলশিং অসি শিজিন্নহুনা য়াম্না ফজবা মপুংফাবা বারেং অমমম ওইনবা হোৎনৈ। মসিগা লোয়ননা বারেং খুদিংদা তাম্না নাইনা পুক্নিংগী ঈথক ঈহনগা চান্নবা পাবদা মুংঙাইবা ঙাক্তা ওই। বারেংগী রিদম ফজনা য়াওই।

## শ্রীচাউবগী রারেংশিংদা য়াওবা অরাৎপা (অশোয়বা) খরা:

চাউবগী রারেংশিং অসি তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং কয়ামরুমদা নৈনবরুপা মতমদা করিগুম্বা খরদি অরাৎপা নত্রগা মপুংফাদবা য়াওবা থে নৈ। মহাক্কী অসিগুম্বা অশোইবশিং অসি অস্থমনা খাংদোকতুনা থমজরি—

১. রারৈহ পরেং শাংবা অমসুং হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বা
২. অতোপ্পা লোনগী রারৈহ। রারৈহ পরেং অমদি আইদিয়া লৌশিনলগা মরী মখোঙ তাকলমদবা
৩. পাউত্তাক পীগনবা
৪. প্রমান পীবদা প.রুদবা (ফজদবা)

### ১. রারৈহ পরেং শাংবা অমসুং হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বা—

চাউবনা মহাক্কী পুক্কিং রাথল শাত্র ইথে রবপা মতমদা হেন্না খঙহনীংবা, হেন্না তাক্লিংবা অমসুং হেন্না পাউদমনিংবগী ইচ্ছানা নমহৎখিতুনা রারৈহ পরেংগী চপ চাবা মশক ঙাকপা ঙমদনা—হায়বদি মৈতৈলোনগী চৎনবীগী মতুংইন্না রারৈহ পরেং অমদা সবজেক, ওবজেক ভার্বকী মথং মনাও কায়বা যাওরকই। তাসিদসু নত্তনা করিগুম্বা হৌরম ঙমবু নত্রগা মাগী রাখলবু ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা রারৈহ, রারৈহ পরেং অমদি আইদিয়া ফাওবা হঞ্জিন হঞ্জিন শিজিন্নৈ। মসিনা করিগুম্বা মতমদদি হেন্না রাকোই শুমনখিবদগী মানা হায়গদবা রাফমনা কোনবা অপবশিংনা হান্না খঙখিবগী মতাং য়াওরকই। মসিনা অপাবশিং নত্রগা অতাবশিংদা চোকথবা অমদি তওবা ফাওহল্লি।

### ১. সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং ইংরাজি রারৈহ, রারৈহ পরেং অমদি আইদিয়া লৌশিনলগা মতুগী মরী মখোঙ তাকলমদবা—

মতাং অসিগী ওইনদি চাউবগী রারেং পুন্নমক্তা হংযরিবা লোলশিং অসিগী রারৈহ য়াওদবা লৈতে। অতুগা রারে খরদি সংস্কৃত, বাঙ্গলাগী

বাহৈ পরেং মশক কায়দনা হাপচিল্লি। ইংরাজিগী বাহৈ পরেং হাপচিন
রাহৈ অহুম মরিস্থ য়াওরি। মরম অসিনা ছাত্রা নহারোলগীদমক
খন্দুনা ইরম্বা বারেংশিং ওইহুনসু মুংঙাইনা পাথরকপদা লোনশিং অ
খঙদবগী অরাবা অতুমক থোকই। অসিগুম্বা হমাক্লা হাপলম্বা অতোম
লোলগী বাহৈ পরেংশিং অসিগী অর্থ অমদি মতুগী মরী মখোঙনচিং
তাক্লমদবা অসিনা হায়রিবা লোলশিং অসি খঙদবা মীদদি চাউব
বারেং পাবদা বানা থোকই। লোযননা চাক চখোমদা নুং য়াখ
মগুম মুংঙাইনা পাথরকপদা অপনবা থোকহল্লি। মসিদসু নঙ
চাউবা মশামক লাইরিক য়াম্না প বা অমা ওইবনা মতুদগী ফংলকপ
আইদিয়া কয়া মশানা খঙনা নত্রগা খঙদনবু ওইরবসু ম্‌গী বা
খরদা নাকোইননা নত্রগা হকথেংননা মমি তাই। ম্‌গী রারেং 'কা
অমদি "ঈশ্বর ভক্তি" অনিসিদি বাঙ্গলাগী কালি প্রসন্ন ঘোষকী "নির
কবি" অমদি "ঈশ্বরেয় ভক্তি" হায়বদুদগী আইদিয়া লৌরগা ইবা
হায়বসি খঙবা ঙম্মী। য়াম্না মান্নবা মতাং ফাওবা থেংনৈ। অদু
মহাক্নদি মসিগী মরী মখোঙ অমতা তাকলমদে। অদুম ওইনম
মহাকী লাইরিক—বাখল, ফিদম রাখলগী ঈচেলনচিংবগী বাতৌদোক্লি
কালিপ্রসন্ন ঘোষকী মফমদা নোন্কপা উৎপা রাহৈ খরা ইরম্মী। অদু
ওইনমক রারেংশিং অসিগী মমিং মথাগা চান্নদি চাউবনা পুথোক্তুং
তাক্লমদনা অসিনা অপ বশিংদা উথুল চাইবগুম্না থোক্ষই।

## ৩. পাউতাক পীগনবা:

চাউবগী থাদোক্লবা য়াদবা খুৎইদি পাউতাক পীবা হায়বসি
হায়না মথক্রসু হায়জখ্রে। মহাক্লা বারেং ইবদা পাউতাক য়া
পীরম্বা অসিমক্তি ওজা ওইবগী শিনফমনা ওইবা তাই। অদুবু পাউতা
হেন্না পীমনবনা অঙাংশিংগী লাইরিক্তা ওইনা লৌবনা হেন্না চান্নরকই
অহলশিংনা পাবদদি খরা তনথবা পোকহল্লি। মসিগী মতাংদা শ্রীএলাং
বম দীননণি সিংহনা—"নিবন্ধ ওইবগী খরগা তৈনীংদবনে, পাবগসু

ফে, ফদু। "গদবনি"—"রোইদবনি হায়বনচিংবা প্রাউতাকী মঙ্গ কয়,—মগী থেংনরবনে পাবদা সাহিত্যগী অশেংবা মুংঙাইরা অহু যংবা বানা থোকই"। ১৭৬ হায়না হায়বসিমক য়াম্না চুমলবা বাফমনি। অতুগা মহাক্না পাউরাক পীবা মতম্দসু মহাকী বাথল অমসুং মবুকথোক্কী ওইবা পাউতাক্তা নণ্ডনা গীতা, পুরাণ, বাইবল, কুরানচিংবা ধর্ম্মগা, মরী লেনবা লাইরিক কয়াদগীসু হকথেন্নরা নত্রগা নাকোইননা লৌহুনা পাউতাক পানবা হোৎনৈ। মসিগুম্বা লুরবা অমসু দর্শনগী ওইরবা বাকন কয়াবু নৌরবা অতাং শংদা তাকশিনবা হায়বসি শামুগী মপোৎ ইরোইদা থোনবান। খুদম ওইনা—"খনু শঙ্করাচার্য্য অমসুং চৈতন্যদেবনা অচুম্বা অমসুং ভক্তিগী তমংত খিক্তনা লমজাওখোম্না চারবা ওাইবং মৈচাক মুৎপিনবা লারুদবা নেপোলিয়ান বোনাপার্টকী থাংশাং পাইরুতুনা মশাগী অমসুং ওাইবংপানবগী করি কান্নফম থোককনি...।" (প্রাঃ ঈঃ, লাঃ ৫১)

চাউবা মৈতৈলোন মনুৎ তানা খংবগা লোয়ননা মৈতৈগী চৎনবীসু ময়েক শেংনা শঙলবা অহবান। অতুবু করিগুম্বা মৎকুপ্তা নত্রগা পুংফমদা অশোইবা অতুম য়াওদবদি নত্তে। মহাক্না ইবা বারেংশিংদা মতাংগা চান্নবা প্রমান পানখে, খুদমনচিংবা পীবা হায়বসিমসু থানবা য়াদনা হায়রী অতু। মতাং অনদাদ নানা পীবা প্রমানদা য়াম্না য়াওইঅতুদি —"খেতগী লেচৈনা কোকগী হেন্না চাউরবদি চৎপদা বায়োং ফজদবা থোকওইদবান। খুদোমীনা হকচাংদগী হেন্না চাউরবদি থরক্লা য়ৈখায়বা থোককদবান। (তাএমচা, লাঃ ৩৬) মতাং আসদা মহাক্না পীরবা প্রমান অসি মৈতৈলোন্দা শিংজমদে। অতুগীসু মথক্তা মতাংগা চান্নবক্ত বাৎলি।

মথক্তা খরা পীখ্রিবা অশোইবশিং অসিদা নত্তনা বাহৈ—বাত্তা ফজনব, অপাংরব মফম চানা শেহ্রিনবা, মফোঙদোক ফজদবা, কা হেন্ন .... জনগা বনান লানব ... নদচিংবা লেখ রুয়ামরুবুরৈ।

বনানগী মতাং অসিদি মশামক বনানগী মতাংদা অচৌবা শরুক য়ারগা মীশক অমনি। অদুবু মশামক্কী অইবশিংদা বনানগী চাং পুবা ঙমদবা থোকই। মহাক মশামক্কী মমিংদা অমুক্তা "এ" (থাইনগী শৈরেং) অদুগা "উ" (ছাত্রমচা, ফিদম) শিজিন্নদুনা ই। অদুমনা অতৈ মতাং কয়াদা মান্নদবা ফংই।

অদুবু অৱাংবা থাক্কী ৱারেং ইবা অমগী চাংয়েংদা যেংবদা ৱারেংগী হৌরমগী ওইনা খঙবা (বিষয়ী জ্ঞান) ৱাংপা, থুৎই ফজদবা, হঞ্জিন হঞ্জিন হায়বনা অপাবদা অদুবা পোকলবসু মহাক্না করিগুম্বা য়াম্না খঙহন্নীংবা ৱাফম অমবু কাওথিদনবা হায়দুনা হন্না হন্না নিংশিংবনি। মসিনা মফম মতম থুদিংমক্তা সাহিত্যগী মহাও অমা অপাবশিংদা পীরি। মসিগী মতাংদা জি. ই. হেলিংরোদনা "ফ্রেঞ্চ নপ্রগা আইদিযা ওইরবসু হঞ্জিন হঞ্জিন শিজিন্নবা অসিনা অরি-অনৌ শমজিন্নবগী খাইদগী লাইবা পাম্বৈনি।" ১৭৭ হায়বসি পনবা য়াই।

মথক্তা খরা পীজখিবা দোষশিং অসিনা চাউবগী ৱারেংশিংগী ফজবদা ময়েং তাহনবদি ঙমদে। মসিদি পুর্ণিমাগী থাজদা মাইহিং পকপগুম্বনি। মাইহিং পকলবসু পাকনা পুর্ণিমাগী থাজদি থাজনি।

## চাউবগী মতমগী মিবন্ধকারশিং:

চাউবগী মতমদা লৈরম্বা মরৈবাক্কী অনৌবা সাহিত্যবু য়াকা-য়হনলম্বা অইবশিং খরগা চাংদম্নদুনা য়েংবদসু চাউবনা হেনদুনতা লৈরগদবনি হায়বসি হায়মনবা থোক্রোই। মহাক্কী মতমদা লৈরম্বা সাহিত্যগী সেবারিশিংগী মরক্তা হৌমিন কামিন্নরকপা—কমল, ময়ুরধবজনচিংবা কবিশিংদি মতাং অসিদা পঞ্জরমদ্রে। গুপ্তগী ৱারেং ইবা খরগী মিংদমক শম্নবা পঞ্জরমগে। মথোয়শিং অদুগী মরক্তগী শিংথানবা য়াবশিংদি পুণ্ড্রব্রম পরিজাৎ সিংহ (১৮৭৮—১৯৪২ ?) হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২—১৯৪৩), শ্রীহরাইবম নবদ্বিপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭—১৯৪৬),

শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (১৯০২- ) অমসুং শ্রীতখংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৯- ) অসিনি। মখোয় পুম্নমক ছাত্র ওইরিবেদগী হৌনা লমদম অসিগী বাৎতুনা লৈরবা সাহিত্যগী বিধা কয়ামুক্কী মথুংদা অমা ওইরিবা "নিবন্ধ" ইননবা ঙাখল থনবা হৌরকখি। মখোয়গী পুন্সিদা থেংনবা অৱা মুংঙাই নত্রগা মুংশি মুংওনগী মুঙ্মদা শাগৎলগা নিবন্ধ কয়া ইখি।)

শ্রীপুত্রম্বম পারিজাৎ—"মৈতৈ সাহিত্য" (১৯২০), অমসুং "মৈতৈ বারেং অরুবা" (১৯২৯), অনি সি বারেংগী লাইরিক ওইনা মমিং পনবা য়াই। মহাক্না ইবা বারেংশিং অসি য়েংলুরগা মহাক্কী মীৎযেং অমসুং পান্দম লাইনা খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী মরুওইবা পান্দবদি— ঈশ্বরবু থজবা, মী খুদিংমক অফবা ভক্তি লৈবা লমচৎ ব্যবহার ফজবা, ফজবা ফিদমনীংঙাই ওইবা পুন্সি মরেল অমা লেন্নবা তাকপা অসিনচিংবা অসিনি। মহাক্কী মীৎয়েংগা চাউবগী মীৎয়েংগা হায়ফেৎ মান্নে। মহাক্কী থুৎইদা অফবা ফীদমনিংঙাই ওইবা মাশকশিংগী ফিদম য়াম্না লোইন্নীংবগী মমি নিংথিনা তাই। অদুগা মহাক্কী থুৎই অমসুং মফোঙদোকতা চাউবগা য়াম্না নকশিন্নে। চাউবগা য়াম্না নক্না তিন্নখিম্বা মাগী অইবশিংগী মথুংদা নবদ্বিপচন্দ্র অসি অমনি। মখোয় অনীগী ঙাখল, মীৎয়েং অমসুং পান্দমদা মান্নবা য়াম্না লৈ। মরী অসিনা মখোয় অনী পুল্লগা "সাহিত্য আহানবা" (১৯৩৬) কৌবা বারেং শৈরেং পুনবা লাইরিক অমা ফোঙখি। মসিগী মমাংদা নবদ্বিপচন্দ্রগী "রচনা" কৌবা লাইরিক অমা ইং ১৯২৫ ফোংখি। হায়রিবা রচনাগী লাইরিক অসিদা মৈতৈলোন অসি বাঙলা ময়েক্কা ইবদা বনানগী চোং মান্নদবা লৈবদগী মহারাজ চুরাচান্দগী পাউতাক মতুংইন্না বনানগী কাঙলোন অমা ই। অসুম্না নবদ্বিচন্দ্রসু লমদম অসিদা বাৎতুনা লৈরিবা হীরম কয়াদা মেনথৎনীংঙবগী ঙাখল অমা লৈরম্মী। বারেং ইবগী থুৎতি চাউবগা থরা খেন্নবা উই। নবদ্বিপচন্দ্রগী হেক মথংদা মৈতৈলোন্দা নিবন্ধ

ইংগ,থম্মা অপানবা ইখিবা অইবদি হিজম অঙাংহল্লি ! মহাক্না 'থম্বাল' (১৯৪৭) কৌবা বারেং অমা ঈগশীগী থম্বালবু লৈকংগী থম্বাল কৌবী মপ্পী মচা অমগুম্মা ফোংদোকই। অঙাংহল মশা মুক্তি কাব্লি। মরম অসিনা থম্বালগী মশক থাম্বকপদা কাব ওইবগী হৌনশানা লৈশি, লৈথেংল কবা তৌহনবা নিবন্ধগী মহৈংতা "হনেগোরি" ওইনা থোরকখি। অদুবু মাগী বাখলদদি বারেংনা থম্মা ইখিবনি। চাউবগা অঙাংহলগী খুংই অমসুং মাংয়েংদা থেম্বা য়াম্না নে। চাউবগা য়েংনবদা অঙাং-হলগী মীংয়েং খুহ হায়বা তাই। মরমদি মহাক্কা বাখল অমসুং মীংয়েং লমদম অসিগীনি। মসদা অতোপ্পগী লোননগা বাখল চংহনিংখদে। অদুবু চাউবদি মালেমসি অনংগুন থনবা তমসুং য়েংবা অইবনি।

চাউবগী মতমগী নিবন্ধকারশিংগী মনুংদা চাউবদগী থবা নষ্টা ওইনা থোরকখিবদি শ্রীমনাম বৃন্দমোহন অমসুং অশাংবম মানকেতন অনা অসিনি। মখোয় অনীসি হায়রিবা মতম অসিগা অইবশিংগী মনুংদা মহৈ মশিংদা হেন্না মপুং ফরবা অহবা ওইবনা মখোয়গা বাখল অমসুং খুংইদা থবা মপুং ফবা হেন্না হায়বদা লাপ্পোক্তদা থল্লি। কৃষ্ণমোহনদা মাগী ফীদম অমসুং লনাজং মথাদা মবন্নাইগা ওইবা পান্দম অমসু মীংয়েং থমলগা ই। মাগী আদর্শনা মীবু নমতুনা থংউ, মানা হায়বদা ইল্লু, আগ তৌ, অদু তৌগনু হায়না য়াম্না অতাক অফোংনবা চাউবগুম্মা লাউথোকপদি নত্তে। চুম্মগী অপাকনা মহাক্কী বাখলগা লোয়নবা চংমিন্নবা ঙমজে। মাগী "বারেং নাচোম" (১৯৭২) হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিংগী খুংই অমসুং মফোংদোক অদুমক চাউবগী তোঙানলি। অমুম্মা শ্রীমানকেতগীমু মশাগী য়াম্না দর্শনিক ওইবা বাখললোনগা লোয়ননা মাগী মুংগা ওইবা বাখলশিং অদু ফোংদোকখ্রি। মাগী বারেংশিং পাকরগা হৌখ্রবা ইপা ইপুগী নাং-লোল অমসুং সংস্কৃতিগী মশক অমা ঐখোয়না থঙবা ঙম্মী। মাগী খুংইদা খোদোকতুনু মাদা হেক

চোংখোকহনবা ভুগা মতৌ অমা য়াওই। মাগী থোইদোকপা অমনা লৌল শেংবা হৈবা অসিনি। মাগী রাখল, থুংই অমসুং থুংফোংদোক্লা চাউবগা হায়ফেংথেরে।

চাউবগী মতমগী অইবশিংগী ওইবা থুংই, মফোংদোক অমসুং রাখল অসি চাউরাক্লা মথল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবা কাংলুপ—পারিজাৎ, চাউবা, নবদ্বিপচন্দ্র অহুম অসিনি। অনীশুবা কাংলুপতদি হিজম অঙাংহল মথনতনি। মাগী থুংই মীৎয়েং পান্দম অমসুং রাখল অসি মতমসিগী অইবশিংদগী তোপ তোপ্পী। অহুমনা মতমসিগী অহুমশুবা তাঙক্লা লৈরিবশিংদি কৃষ্ণমোহন অমসুং মীনকেতন অনীসিনি।

মতম অসিগী সাহিত্যগী খোঙচত্তা খাইদগী শাংনা চৎখিবা অমসুং বারেংগী পোৎথোক য়াম্না পুথোকখিবদি শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহনি। মহাকী শাংলবা সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা ইখিবা বারেংগী লাইরিক—"ছাত্রমচা, কান্নবা বা, সাহিত্য অহানবা" অসিনচিংবনা অহানবা তাঙককী ওইনা থম্বা য়াই। অতুগা মসিগী মথংদা ইরকপা রাখল, ফিদম অমসুং রাখলগী ঈচেলনচিংবা অসিনা অনীশুবা তাঙককীনি। তাঙক অসিগী মতুংদা লৈরিবা বারেংশিং অসি লাইরিকশিং অসিদদা ওাক্লা নত্তে। মতমতুগী মরূওইবা চেফোঙ, ললিত মঞ্জরী, য়াকায়রোল, নহারোলনচিংবশিংদা য়াওবা বারেংশিংদা ফোংখিবা কয়াম্থু য়াওরি। চাউবগী শাংলবা সাহিত্যগী খোঙচত্তা কংলকপা লৌশিং, জ্ঞান, অতুনা মপুং মরৈ ফারকপগা লোয়ননা মাগী বারেংশিংগী থুংইদা অমসুং মফোংদোকতা অহোংবা লাকখি। অহানবা তাঙককী মতুংদা লৈবা বারেংশিং অসি থম্না নেম্বা থাকী ওইনা চমত্তক তৌই। অতুগা অনীশুবা তাঙকী বারেংশিংনা বুধি লৈরবা কোক্তগী থোরকপা ওইবনা পুম-লুম লাউনা থোকলকই।

চাউবগী মতম (১৮৯৬-১৯৫০) সিগী মনুংদা থোরকখিবা নিংঙকার শিং অচি মতমসুগী তঙাইফদবা অৱাংপশিংদা পীবা থোইনশিংবা মপুং ওই। মখোয়দা ৱারেং ইবগী হৈনবী অমসুং ইনিংথবগী ইৎথা য়াদে, ইগদবনি হায়বসিনা হেক্লা মরুওই। অদুবু চাউবদংদি ইনিংবা অমগা লোয়ননা হৈনবী ওইনা ৱারেং ইখি। মরম অসিনা মতমসিগী ৱারেং ইবশিংগী মনুংদা চাউবনা মকোম ফম্বা ওমলিবনি।

—লোইরবা—

( রিফরেন্স নম্বর ১দগী হৌগদবান অহুবু ৭৩দগী হৌখ্রে। মসি লাইরিক মন্নুংদসু অসিগী কায়দনা য়াওরি )


৭৩. সিংহ, রাজকুমার, সনাহল, মণিপুর ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৪৭, লা: ১৪২

৭৪. খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহগা থৌমু নাওমু ওইনা হৌমিন্নরকপা কোংগ্রাইলাংপম নবদ্বীপ শর্ম্মগা হিংলিউৈদা উন্নরুবদা তাক-পীবকপা

৭৫. Darbar Revolution, 21/12/1917 to 15/10/1990, No. 7, p. 1

৭৬. শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবগী মচানুপী মুংশিতোম্বীদগী ফংবা

৭৭. নবদ্বীপ শর্ম্মগা উন্নজকবদা তাকপীরকপা

৭৮, ৭৯. ISKCON MANIPUR 'শ্রীকৃষ্ণ নিংবগী কম্বীদা' ইদিটরগী বাহং পাউথুম Souvenior, Shri Radha Krishna Celebration, 1987

৮০. নবদ্বীপ শর্ম্মগা উ: জক্কবদা তাকপীরপা

৮১. সোরোজিনি, খ্বাইরাকপম, 'খ্বাইরাকপম চাউবা, সাহিত্য রগ্নগী পুন্সিগী মরমদা থরদং', নতিক নশান, ওক্তোবর ১৯৭৮, ল: ২৩

৮২. নবদ্বীপ শর্ম্মনা তাকপীররপা

৮৩. মীনকেতনদগী তাজবা

৮৪. সোরোজিনি, ইবিদ, লা: ২৫

৮৫, নবদ্বীপ শর্ম্মনা তাকপীরকপা

৮৬. সোরোজিনি, ওপ, সিট লা: ২৪

৮৭. সিংহ, এলাংবম দীনমণি, খ্বাইরাকপম চাউবা, ইম্ফাল লা: ৭

৮৮. নবদ্বীপ শর্ম্মনা তাকপীরকপা

৮৯. মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী শমলপ্পা ইতিহাস, মনিণপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৫, লা: ২

৯০. দীনমণি, ওপ, সিট, লা: ১০৪

৯১. Secretariat Library Record No. $\frac{\text{N. 6179}}{\text{5E/28 of 1928}}$

৯২. সিংহ, খাইরাকপম চাউবা, কবি, রাখলগী ঈচেল, ইম্ফাল ১৯২৮, লা: ৯

৯৩. ইবিদ, মৈতৈলোন লা: ১

৯৪. সিংহ, খাইরাকপম চাউবা, মীওইবা, ফিদম, ইম্ফাল, ১৯২৭, লা: ৩

৯৫., ৯৬. সিংহ, এ মীনকেতন, রাহৌদোক, কবিতর্পণ, ইম্ফাল ১৯৬৭

৯৭. ঘোষ, কালিপ্রসন, ঈশ্বরে ভক্তি, প্রভাতিচিন্তা, ঢাকা, ১৮৭৭, লা: ১৬৭

৯৮. সিংহ খাইরাকপম চাউবা, ওপ, সিট ১৯২৮ লা: ৪৩

৯৯. ঘোষ, নিরব কবি, ওপ, সিট, লা: ৯-১০

১০০. চাউব, কবি, ওপ, সি, ১৯২৮, লা: ৪৩

১০১. William, H. M. (ed.), To A Skylark, Six Ages of English Poetry p 142

১০২. সিংহ, খাইরাকপম চাউবা, তাম্না, 'থাইনগী লৈরাং', ১৯৩৩ লা: ২৩

১০৩. Gray, Thomas, "Elegy Written in Country Churchyard," The Harvest of Harmony, Imphal, 1917, p. 67

১০৪. চাউবা, "মৈতৈ কবি" ওপ, সিট, ১৯৩৩ লা: ৫

১০৫. চাউবা, "মৈতৈলোন," ওপ, সিট, ১৯২৮, লা: ৫

১০৬. চাউবা, মীওইবগী থবক অমস্যুং অতনবনা রাকান্নবা, ওপ, সিট, ১৯২৮, লা: ১৭

১০৭. মীনকেতনগা উন্নজরুবদা তাকপীরকপা

১০৮· Bacom, Francis, "Of Death," Collected by Robert Cochran, The English Essay, Deep and Deep Publication, New Delhi 1989, p. 10

১০৯. চাউবা, শিবা বিবা, ওপ, সিট, ১৯২৮ লা: ১১

১১০· চাউবা, কখি, ইবিদ, লা: ৯

১১১· Secrates is quoted by Abercrembie, Lascelles, "Principles of lirerary criticism," Vora and Co. Bombay 1958, Reprint 1971. p. 8

১১২. চাউবা, ওপ, সিট ১৯২৮, লা: ১০

১১৩. চাউবা; বাহৌদোক, ছাত্রমচা, ১৯২৩

১১৪. Darbar Proceeding, 1929-31, p. 27-28 dt. 4 12-29

১১৫ Chochran, Robert, of cit, mp. 229

১১৬· ১১৭. ১১৮. চাউবা, বাহৌদোক, ফিদম, ১৯২৭

১১৯. Darbar Proceedings, 1929-31, p 100 dt. 5 3 30

১২০. চাউবা, ওপ, সিট ১৯২৭, ৭৯

১২১. চাওবা, বাহৌদোক, বাখলগী ঈচেল, ১৯২৮

১২২. Darbar Proceeding, 1929-31, p 21 dt 25.3.31

১২৩. Manipur Govt vide No. 25-2-63, L/R S L. dt. 30-9-64

১২৪. চাউবা, 'করি অমসুং কাব্য', ওপ, সিট, লা: ২৫

১২৫. সিংহ, খ্বাইরাকপম চাউবা, 'রেলঙী খোঙচৎ', স্নাহল সিংহ, বিকম, (খোমজিনবা) খঙৎপা সাহিত্য, ১৯৬৬, লা: ৮৪

১২৬· ১২৭. চাউবা, 'মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম' নহারোল, পুজা মশীঙ ১৯৪১, লা: ১

১২৮· চাউবা, "খম্বা থোইবী রারী অমশুং মহাকাব্য" ওপ, সিট, ১৯৬৫, লা: ৯

১২৯. সিংহ, খোকচোম মোধু, "মীতৈ সাহিত্য অমশুং পত্রিকা অমা", মণিপুর সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, অহানবা ফোঙবা, নরেম্বর ১৯৩৭, লা: ৫

১৩০. সিংহ, অয়েকপম শ্যামসুন্দর, রাখল, হিজম অঙাংহলগী অখনবা চেকোঙ, ১৯৮৩, লা: ১

১৩১, ১৩২. সিংহ. চোংথাম মণিহার, 'রাহৌদোক', রারেংগী শক্লোন, ইম্ফাল, ১৯৭৫

১৩৩· Coleridge is quoted by Beson Christopher. The Art of the Essayist, London, 1965, p. 145

১৩৪. B.J. Prassad, A Background to the study of English Literature, Delhi, 1965, p. 140

১৩৫. সুধাংশু লক্ষীনরায়ণ, হিন্দী সাহিত্যকা বৃহত ইতিহাস, প্রকাশক নাগরী প্রচারিনি সভা কাশী, ১৬শুবা ভোল্যুম, লা: ১৬

১৩৬. বিশ্ব হিন্দী, কাশ, নগারী প্রচারনী সভা, কাশী, উত্তর প্রদেশ

১৩৭, ১৩৮. সেন, ডা: সুকুমার বাঙ্গলা সাহিত্য কা কথা অনুবাদক— শ্রীভোলানাথ শ্বামী, হিন্দী সাহিত্য সমেলণ প্রয়াগ, ১৯৭৯, লা: ৬

১৩৯. Bandyopadhyaya, A History of Modern Bengali Literature, Modern Book Agency, Calcutta, 1986, P. 18

১৪০. খেলচন্দ্রদগী কংবা, ওপ, সিট, লাঃ ৬২

১৪১. W. Yumjao Singh. Report on Archeologi-cal Studies of Manipur, Bulletin, No. I, p. 18-19

১৪২. B. Prassad, op, cit, p 134

১৪৩. Soares, Anthony, In Introduction to the Study of English Literature, p. 135

১৪৪. Benson, Christopher, op, cit, p. 140

১৪৫. Priestly, J.B. Sourch from Dr Raghukul Tilak, 'Bacon Essays' New Delhi, 1973 (3rd Edn.) p. 17

১৪৬. Soares, op, cit, p. 135

১৪৭. Ibid

১৪৮. [illegible], 'নিবন্ধ', সাহিত্য নৈনরোল, ককথিং, ১৯৭৭, লাঃ ৯১

১৪৯. দীনমণি, ওপ, সিট, লাঃ ১৬

১৫০. চন্দ্রমণি, অহেনপম, 'নিবন্ধ', সাহিত্যগী নৈনবা বারেং থরা, লাঃ ১৬৭-১৪৮

১৫১. Encyclopaedia American, Vol. X, American Corporation, New York, Chicago, Washing-ton D C., 1963

১৫২. [illegible] ওপ, সিট, লাঃ ১৫৭

১৫৩. Walker, Hugh, The English Essay and Essaylist, Introduction, New Delhi, 1982, p. 2

১৫৪, ১৫৫. [illegible], এলাংবম, খুইরাকপম চাউবা, অচাইবা নৈ. ইম্ফাল, ১৯৫৭, লাঃ ৫৭

১৫৬, ১৫৭, ১৫৮. [illegible]নিকেতন, মৈতৈ উপন্যাস, লাঃ ৫০-৬১.

১৫৯. Mill. John Stuart, Utilitarianism, On Liberty and Consideration on Representation Government London. 1910, New Edition, 1972, Reprint, 1976, p. 13

১৬০. সিংহ, চোংথাম মণিহার, ৱারেং অতেনবা ইবা (নিবনধ-কার অমগা) ওইনা খুাইরাকপম চাউবা. 'খুাইরাকপম চাউবা নৈনবা ৱারেং' নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ১৯৯০, লা: ১৫

১৬১. Epstein, E.L., 'Introduction', p. XI, New Accounts Language and Style, London, 1978

১৬২, ১৬৩. ডা: গুপেকশ্বরনাথ উপধ্যায়, শেলী বিজ্ঞানকা স্বরূপ, বনারসি, ১৯৭৬, লা: ১১

১৬৪, ১৬৫. Chatman, S., is quoted by Epstein, E.L. op, cit, p. 1

১৬৬. Murray. J. M., The Problem of Style, London, 1976, p. 3

১৬৭. ডা: গুপেকশ্বরনাথ, ওপ, সিট, লা: ১২

১৬৮. Murry. J M. op, cit, p. 71

১৬৯. দীনমণি, খুাইরাকপম চাউবা, লা: ৩৫

১৭০. নিমাই, পুখ্রম্বম, 'ডা: কমলগী মাধবী অমসুং লৈ পরেং নৈনবা', মতাম, ককচিং, ওক্টোবর, ১৯৭৭, লা: ২১

১৭১. নীলকান্ত, এলাংবম, 'তৌজিক্কী মণিপুরী ৱারেং', মতমগী ৱাথল, ইম্ফাল, ১৯৭৩, লা: ৪২

১৭২. মণিহার, ওপ, সিট, লা: ১৪

১৭৩. Sartre Jean Paul. 'What is writing', What is Literature, London 1978, p. 21

১৭৪. নীলকান্ত, এলাংবম, 'খুাইরাকপম চাউবা নিংশিংলুবদা', লৈ লাংবা, জানুৱারী, মার্চ, ১৯৪৭, লা: ১৫

১৭৫. দীনমণি, ওপ সিট, লা: ৪৫

১৭৬. Halling Worth, G.E., A Primer of literary Criticism, University Tutorial Press, Second Edition, London, 1937, (reprint), 1969

| অরানব | | অচুমবা | লামাই | শরেং |
|---|---|---|---|---|
| শ্রীয়ালৈমা | — | শ্রীয়ালৈম্মা | ৯ | ১০—১১ |
| পুশা | — | লুপা | ৯ | ৯ |
| মচম্নুপীগী | — | মচাম্নুপী | ১২ | ১ |
| ম্নুপীম্নচা | — | ম্নুপামচা | ১ | ৩ |
| ১৯৮৭ | — | ১৯৪৭ | ২৭ | ৪ |
| খদম্ননি | — | খুদমনি | ২৯ | ২০ |
| নৈন | — | নৈর | ,, | ২১ |
| অপুনবা | — | রাহৈপরেংশিং | ,, | ২ |
| মায়বা | — | হায়বা | ৩০ | ১৬ |
| থেংনৈ | — | হোংনৈ | ৪০ | ৬ |
| লৈতেঙুম্না | — | লৈতেঙুম | ৪৩ | ১৪ |
| হৌননা | — | হৌমবা | ৪৪ | ১০ |
| মীম্নুংশ | — | মীম্নুংশি | ,, | ১৫ |
| ত্রিবেদীনচিংবগী | — | ত্রিবেদীনচিংবগী | ৪৬ | ২ |
| হায়বাস | — | হায়বসি | ,, | ১২ |
| সহিত্যগী | — | সাহিত্যগী | ,, | ১৩ |
| নৈনবা | — | লৈনবা | ,, | ২১ |
| বঙ্গেশকী | — | বঙ্গলাদেশকী | ৪৭ | ৩ |
| তশেনা | — | তশেংনা | ,, | ১৬ |
| মাই | — | মঙ | ,, | ১৭ |
| রারে | — | রারেং | ,, | ১৯ |
| মাম্নদবা | — | মাম্নবদা | ,, | ২৪ |
| তম্না | — | "তম্না"দা | ৫২ | ৯ |
| R. H. (.) | — | কী | ,, | ৮ |

| অয়ানবা | | অচুমবা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| হায়বা | — | হায়বসি নত্রগা দা | ” | ৯ |
| ইরক্লিবগি | — | ইরক্লিবসি | ” | ১৮ |
| ক্রুকপিন | — | ক্রুকলিন | ৫৬ | ৭ |
| পামগ্রামগী | — | পাঠ্যক্রম | ” | ১৫ |
| খরদদা | — | খরদংদা | ৬১ | ২৩ |
| পনখি | — | খনখি | ” | ৪ |
| পাওতক | — | পাউতাক | ৬২ | ৫ |
| ইশানস্থ | — | ইশানবু | ৬৮ | ১২ |
| থায়দোনাক্তু | — | থায়দোক্তুনা | ৭১ | ২১ |
| য়ারোলশিংদা | — | য়ারেংশিংদা | ৭৮ | ২৪ |
| হ্যাঅনা | — | অহুনা | ৮২ | ২৫ |
| মুংঙাইলা | — | মুংঙাইবা | ৭৬ | ৩ |
| নৈনবনি | — | নৈনবননি | ৮৮ | ৭ |
| চাওদে | — | য়াওদে | ৯২ | ” |
| সেমিকোলোনচিবা | — | সেমিকোলোনচিংবনা | ” | ১৩ |
| বখলনা | — | য়াখলনা | ৯৩ | ১৫ |
| কননবগীদমক্তা | — | কায়বগীদমক্তা | ৯৪ | ৭ |
| মখল | — | য়াখল | ৯৮ | ১৫ |
| অসিগী | — | অসি | ৯৯ | ১২ |
| বরম্মা | — | করম্মা | ১০১ | ১ |
| অঙাংশিংনা | — | অঙাংশিংদা | ১১৬ | ১১ |
| বফমদা | — | মফমদা | ১১৯ | ৭ |
| অনিগী | — | অসিগী | ১২১ | ১১ |
| কানাড়া | — | কানাডা | ২২২ | ৯ |

| অরানবা | | অচুমবা | মামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| আঙ্কক | — | তাঙ্কক | ১২৬ | ৬ |
| মায়ববু | — | হায়ববু | ১৩০ | ১০ |
| অনীসিদগী | — | অসিদগী | ১৬১ | ৭ |
| ইবা | — | ইরম্মী | ১৬১ | ১২ |
| এসেগী পীনরিনা মচাক | — | এসেগী মচাক | ১৬১ | ১১ |
| অমহুং মহা | — | আর্জ্জুনগী | ১৬৬ | ৫ |
| শগোলবু | — | শগোলগীদমক | ,, | ৩ |
| মপাল নাইদবা ফজরবা | — | ফজবদা পমাল নাইত্রবা | ১৭০ | ৩/৪ |
| মান্ননা থোংলি | — | পাঙথকনি | ,, | ৬ |
| ফজম্বা | — | ফজবা | ১৭২ | ৮ |
| মাগবী | — | মালবী | ,, | ১৬ |
| ফা | — | কা | ,, | ৬ |
| জীবা | — | জীবা | ১৭৩ | ৪ |
| াকপ | — | তাবপা | ১৮৬ | ৫ |
| স্বাবলদা | — | স্বাখলদা | ১৯৪ | ৩ |
| অতৈ | — | মৈতৈগী | ২০৯ | ৮ |
| পলিঙৈ | — | পঙলিঙৈ | ২১০ | ৯ |
| বরম | — | মরম | ২১১ | ৮ |
| ইভিক্কী | — | ইতিক্কী | ২১২ | ১০ |
| অমহুং | — | থমহু | ,, | ,, |
| হোংম্বদা | — | হোংনবদা | ,, | ৬ |
| হায়বনিংবা | — | হায়বনচিংবা | ২১৫ | ৯ |
| চেকপা | — | য়েকপা | ,, | ১০ |
| অসামগী | — | আসামগী | ২১৫ | ৩ |
| অর্জ্জুনা | — | অর্জ্জুননা | ,, | ২ |

| অরানবা | | অচুমবা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| উন্দেশ্য | — | উদ্দেশ্য | ২১৬ | ৪ |
| ভে.ইনা | — | তোইনা | ২১৮ | ৭ |
| অহাম্বদা | — | অহানবদা | ,, | ১১ |
| চন্দ | | ছন্দ | ২১৯ | ,, |
| ৰাবৈ | — | ৰাহৈ | ,, | ১৩ |
| শকঙখনবা | — | শকখঙনবা | ২২৩ | ৭ |
| লোল | — | লোলগী | ২৩২ | ৯ |
| সাহিত্যগী | — | সাহিত্য | ,, | ৮ |
| ৰাঙ্গনা | — | বাঙ্গলা | ,, | ৪ |
| বাঙ্গলা অনৌবা | — | বাঙ্গল লোলগী | ২৩২ | [illegible] |
| বাঙ্গলা অনৌবা | — | বাঙ্গল লোলগী | ,, | ২ |
| চুত্রোপ ধ্যায়না | — | চট্টোপ ধ্যায় | ২৩৪ | ৩ |
| মভমত্থগী | — | মতমত্থগী | ,, | ৭ |
| হোৌপৎলকপদগীদি | — | হোগৎলকপদগীনি | ২৩৫ | ৬ |
| হাহৈ | — | ৰাহৈ | ২৩৮ | ৭ |
| মংখায় | — | মখোয় | ২৩৯ | ১৩ |
| থয়েদোকপা | — | থায়দোকপা | ২৪১ | ২ |
| অসিনি | — | অসিদি | ২৪২ | ৩ |
| মম্পুং | — | মপুং | ,, | ১১ |
| অইঙ | — | অখণ্ড | ,, | ৭ |
| অসি | — | অনি | ,, | ৬ |
| খুৎখগী | — | খুইৎগী | ,, | ৪ |
| নসিগী | — | মসিগী | ২৪৩ | ১ |
| শ্রীধ্বাইরাকপন | — | শ্রীধ্বাইরাকপম | ২৪৪ | ৪ |

| অৱানবা | | অচুমবা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| নিথমথশিং | — | নিবনধশিং | ২৪৪ | ৭ |
| বেজ্ঞামিক | — | বেজ্ঞামিন | ২৪৬ | ৬ |
| মন্ত্রগা | — | নন্ত্রগা | " | ১১ |
| ওম্নবা | — | ওম্নবা | " | ৬ |
| মৌথোকপা | — | মৌথোকপা | " | ৪ |
| ৫ | — | ৩ | ২৪৭ | ১২ |
| অসিতসি | — | অসিতনি | " | " |
| ভিদম | — | ফিদম | " | ৯ |
| নরমসি | — | মরমদি | " | ৪ |
| প্লেমগী | — | প্রেমগী | " | " |
| পত্রিকা | — | পত্রিকা | ২৪৮ | ৯ |
| ইন্দী | — | ইন্দ্রি | " | ৫ |
| তাক্তনা | — | তাক্তুনা | ২৪৯ | ১ |
| ফিম্মগী | — | ভিম্মগী | " | ১০ |
| চন্দ্রকীত্তি | — | চন্দ্রকীর্ত্তি | " | ১১ |
| চাননা | — | চানবা | ২৫০ | ৮ |
| স্থুমিৎ | — | ষুমিৎ | ২৫২ | ২ |
| ওইরহস্থ | — | ওইরবস্থ | " | ৭ |
| বাক্তা | — | ঙাক্তা | ২৫৪ | ১১ |
| বিধাশিং | — | নৈননবা | " | ৯ |
| সেতা | — | সেবা | ২৫৫ | ১৩ |
| সাহিব্যগী | — | সাহিত্যগী | " | ৮ |
| নীবা | — | লিংবা | " | ১ |
| মীস্থংশি | — | মীস্থংশি | ২৫৬ | ৫ |
| ইশ্বর | — | ঈশ্বর | " | ৭ |
| কশাবু | — | কয়াবু | ২৫৬ | ৯ |
| পান্তি | — | শান্তি | " | ৭ |
| কম্না | — | কম্না | ২৫৭ | ৬ |
| মস্থংদা | — | মস্থংদি | ২৫৯ | ১২ |
| হীন্নম | — | হারম | ২৬০ | ২ |

| অরানবা | | অচুমবা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| মলা-মউ ফবা | — | মশা-মউ ফবা | ,, | ১০ |
| নীংল্লবা | — | নীংননবা | ,, | ১২ |
| চান্নবগীদমক্ত | — | চাননবগীদমক্তা | ২৬১ | ৩ |
| তাক্লবনি | — | তাক্লবনি | ২৬৩ | ,, |
| য়োইহ্নিংখি | — | য়োইহ্মিংখি | ২৬৩ | ১০ |
| ওইহনীংলম্মী | — | ওইহ্মিংলম্মী | ২৬৪ | ১৯ |
| ( ৱাই· ঈ ) | — | ( রা· ঈ ) | ২৬৫ | ১৩ |
| খাকীগী | — | খাগীগী | ,, | ১২ |
| অতুগী | — | অসিগী | ২৬৬ | ৫ |
| ৱায়েম | — | ৱায়েন | ২৬৭ | ১০ |
| উৎনি | — | উৎলি | ২৬৮ | ৫ |
| ইত্তুল | — | ঈতুল | ,, | ৬ |
| হাযবা | — | হায়না | ২৬৯ | ৪ |
| মীংয়েঃ | — | মীংয়েং | ,, | ১২ |
| লৈশরেংশিং | — | শেরেংশিং | ২৭০ | ৯ |
| হোলকাখ | — | হোংলকাখি | ,, | ১০ |
| শক্তি | — | শক্তি | ২৭১ | ,, |
| কাওনা | — | বাউবা | ,, | ৬ |
| অনিদা | — | অসিদা | ,, | ১ |
| থোকক্কদবনি | — | থোককদবনি | ২৭২ | ২ |
| চেৎদা | — | চেৎনা | ,, | ৬ |
| মীওইবমা | — | মীওইবনা | ,, | ৬ |
| পক্লত্রবা | — | পক্লত্রনা | ,, | ১৩ |
| অঙ্কমগুম্না | — | অমগুম্না | ,, | ১১ |
| পনসি | — | পুননিগী | ,, | ১৩ |
| শিরগী | — | শিবগী | ২৭৩ | ৭ |
| মুংঙাউ | — | মুংঙাই | ২৭৪ | ,, |
| হাহিত্যগী | — | সাহিত্যগী | ২৭৫ | ৫ |
| ইতিহাসিক | — | ঐতিহাসিক | ,, | ৯ |
| পিদগা | — | শিবগা | ,, | ৪ |

| অরানব | | অচুমবা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|---|
| শব্দোক্কা | — | শব্দোক্কা | ২৭৭ | ১০ |
| ওইগদননি | — | ওইগদবনি | ২৭৮ | ৫ |
| অম্বা | — | তম্বা | ,, | ৭ |
| শতাবনী | — | শতাব্দী | ২৭৮ | ১ |
| অসিঙ্গী | — | অনীগী | ,, | ,, |
| তমস্নং | — | অমস্নং | ,, | ,, |
| মৈমৈলোন | — | মৈতৈলোল | ২৮০ | ৫ |
| মতমনা | — | অমনা | ,, | ১২ |
| অবস্নং | — | অমস্নং | ২৮২ | ৭ |
| পন্দম | — | পান্দম | ,, | ১৩ |
| পুমাং | — | পুন্মাং | ,, | ২ |
| মশকতদগীনা | — | মশকতগীনা | ২৮৪ | ৬ |
| হিংহিবা | — | হিংলিবা | ,, | ১২ |
| থেম্নবা | — | খেম্নবা | ২৮৪ | ৯ |
| য়বাসগী | — | হায়বাসগী | ,, | ১ |
| শাস্ত্রগী | — | শাস্ত্রগী | ২৮৬ | ৪ |
| চাম্না | — | চানা | ২৮৮ | ৫ |
| য়ারিবামখৈ | — | য়ারিবনখৈ | ২৮৯ | ,, |
| পানথেগী | — | পানথৈগী | ,, | ৭ |
| চশ | — | চপ | ২৯০ | ১ |
| মরুম | — | তারুম | ,, | ১০ |
| মবাক্কী | — | মহাক্কী | ,, | ৮ |
| থম্মা | — | থম্বা | ,, | ৭ |
| লংপগা | — | লোৎপাগা | ,, | ৫ |
| ইবা | — | ইববু | ২৯১ | ১৩ |
| দিসক্রিপটিল | — | দিসক্রিপটিভ | ,, | ,, |
| নরেটিপ | — | নরেটিভ | ,, | ১২ |
| চাম্মনা | — | চাননা | ,, | ,, |
| রিফ্লেক্টিপ | — | রিফ্লেকটিভ | ,, | ১০ |
| হোৎনতুনা | — | হোৎনতুনা | ২৯২ | ৩ |

| অরানবা | | অচুম্বা | লামাই | পং |
|---|---|---|---|---|
| চান্নবা | — | চানবা | ২৯২ | ১৫ |
| রিফ্লেকটিপ | — | রিফ্লেকটিভ | " | ৭ |
| দিসক্রিটিপ | — | দিসক্রিটিভ | " | " |
| থৱ্রায়নি | — | থৱায়নি | " | ৫ |
| ঙৌনা | — | ঙৌবা | ২৯৩ | ১৪ |
| ধাতি | — | ধাত্রি | ২৯৫ | ৫ |
| দিয়াৎমচিংবা | — | দিয়াসনচিংবা | ২৯৬ | ২ |
| ৱাকৱ | — | ৱাকম | ২৯৭ | ১০ |
| সুংশিত | — | সুংশিৎ | ২৯৯ | ৬ |
| হাজনিংবা | — | হায়জনিংবা | " | ৭ |
| শ্লেক | — | শ্লোক | " | ১৪ |
| ঙখহন্নবা | — | খঙহন্নবা | " | ৭ |
| নুংঙাহনবা | — | নুংঙাইহনবা | ৩০১ | ১১ |
| শান্নবগুম্বনা | — | শানবগুম্বনা | ৩০২ | ৫ |
| মতাদা | — | মতাংদা | " | ৯ |
| উঈনা | — | ওইনা | " | ৭ |
| ওবদা | — | উবদা | " | ৬ |
| মম্মোই | — | থম্মোই | ৩০৩ | ১ |
| ফোংদোয়পদা | — | ফোংদোকপদা | ৩০৪ | ২ |
| হৈনগৱগুম | — | হৈনদবগুম | " | ১ |
| লীবা | — | লৌবা | ৩০৫ | ১ |
| ৱসন্ত | — | বসন্ত | ৩০৬ | ১ |
| হমাত্মা | — | মহাত্মা | ৩০৮ | ৪ |
| চান্নরকই | — | চানরকই | " | ৩ |
| অহুমগুৱ | — | অহুমগুবা | | ৯ |
| পুম-লুম | — | লুম-লুম | | ১ |





# ডা. কৈশাম মাধুরী দেবী

**পোকপা**—মার্চ ১, ১৯৪৮ ইং

**লৈফম**—কৈশামপাৎ থিয়াম লৈকাই, ইম্ফাল

**অপোকপা**—কৈশাম ৺মানকচান্দ সিংহ

**অপোকপী**—কৈশাম ওংবী পদ্মা দেবী

**মহৈ-মশিংগী থাক**—এম.এ. মণিপুরী, পি.এইচ. ডি

**শিনফম ওজা**—(সেলেকসন গ্রেট-লেকচরর), লিলোং হা' কলেজ, মণিপুর।

**হৈনবী**—ইবা-শাবা

-(O)-